# টাইটানিক লুপখিবা

অইবা

যুগেশ্বর, থোকচোম



[illegible]

সাহিত্য সেবা সমিতি, ককচিং

TITANIC LUPKHIBA By Jugeshwar, Thokchom

অফোঙবা : থোকচোম ওংবী সনাহনবী দেবীনা
সাহিত্য সেবা সমিতি, ককচিংগীদমক

অহানবা ফোঙবা : এপ্রিল ১৪, ২০১২

কোপি মশিং : ১০০০ (লিশিং অমা)

ফংফম থোকপা : অইবা

মমল : লুপা ১৫০ /-

লাইরিক নমফম : লময়ানবা প্রিন্টর্স
কোনুং লম্পাক, ইম্ফাল ইস্ট

# সেক্রেটরীগী ৱারোল

তাইবং ইপাকসি লীলাগী চাউরবা ফম্বাক্নি। ঐখোয় পুম্নমক্না তোঙান-তোঙানবা রোল লৌদুনা কুপ্নিবা এক্টর-এক্ট্রেসনি, মীৎকুপ অমত্তা পোত্থাবা লৈতনা। অদুগা অমুক্তু লীলাসিবু য়েংলিবা তাবোক্তু ঐখোয়না ওইরি। কনানসু তুংদা করি থোক্কনি, করি ওইরক্কনি হায়বা ৎমদে। নাহোক্তুনা চেনখিবসু ৎমদে। অঙকপা ঈশ্বরগী লীলানি।

লুপ্পা নাইররোই হায়না থাজনরম্বা চাউরবা জহাজ "টাইটানিক" না এপ্রিল ১৪, ১৯১২ ইংগী অহিংদা ঈংবনা ত্রৎ-ত্রৎ চিংশিল্লবা আটলান্টিক মহাসাগরগী ঈরোললুংদা লুপখিদুনা পুন্সি কয়া শীখয়হনখিবা, লন-থুম কয়া মাঙ-তাকহনখিবা লীলাগী ফম্বাক অসিমক্তদনি। ইংলন্দগী সাউথর্মটোন্দগী নিউ য়োর্ক চৎপা লম্বীদা উনগী চীং অমদা থেংজিন্দুনা কায়খিবনি। অঙকপা ত্রেজেদিনি। মসিদা নুংশিবা, অকিবা, অরা-অনা, অরানবা-ইকাইবা, থৌনা ফবা, থৌজাল হৈবা, অঙ্গংবা, অতপ্পা, থাজবনচিংবা রস কয়া মপুঙ ফানা য়াওরি। থৌদোক্তুনা শুন্নগী লুহোংবা মতুং নুমিৎ য়াঙখৈনিদা লুপ্পাবী ওইহনম্রবী সেলিনে দেকরগী ৱারী, মতৌ-মনাও থাদোকনৌ য়াদনা ঈরোললুংদা টাইটানিক্কা লোয়ননা লুপমিন্নখিবা আইশিদোর অমসুং আইদা স্টাউসকী নুংশিনবগী ৱারী, "নিয়ারর, মাই গোদ টু দি" ঈশৈ শক্ক-শক্কা খোঙফম অমত্তা লেংদনা অরোইবা পুঙফম ফাওবা মখৌ পাংথোকখিবা ৱালেস্ট হার্টলেনালুচিংবা বেন্দ-পার্টিগী থৌনা অসিনচিংবা মুৎনাইদনা লৈহৌরগদবা ৱারী কয়ানা য়োম্লবা থৌদোক্নি। মসিনা তুংগী মীরোলদা কান্নবা পাউতাক কয়াসু পীরি।

শ্রী থোকচোম যুগেশ্বর সিংহ (বোর্দ ওফ সেকেন্দরি ইদুকেসন, মনিপুরদা থবক তৌরম্বদগী পোত্থারবা) মমাংদা ১৯৮৩ ইংদা মশানা ইংরাজিদগী মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা "লেনিনগী পুন্সি" অমসুং "নীংতোল অহম" কৌবা লাইরিক অনী ফোংথ্রবা লম অসিদা এক্সপেরিয়েন্স লৈরবা অইবনি। হৌজিক হৌজিক সাহিত্য সেবা সমিতি, ককচিংগী লাইফ মেম্বর ওইরি।

সহিত্য সেবা সমিতি, ককচিং ১৫/১/১৯৬৭ ইংদা লিংখৎখিবা মণিপুরগী অরিবা সাহিত্য সংস্থানশিংগী মনুংদা অমনি। অইবা-অইবীশিংবু পুক্নিং থৌগৎপা, লাইরিক ফোংবা অসিসু সমিতিগী পান্দমশিংগী মনুংদা মরু ওইবা অমা ওইনা লাকই। ওজা থোকচোম যুগেশ্বর সিংহগী "টাইটানিক লুপখিবা" হায়বা লাইরিক অসিবু টাইটানিক লুপখিবগী চাম্ম শুবা নুমিৎ তাং ১৪/৪/ ২০১২ ইংদা সমিতিগী ২৪ (কুনমরি)শুবা লাইরিক ওইনা ফোংদোকচবা ৎমজবসি য়াম্না নুংঙাইজে। অইবা অমদি অফোঙবা অনীমক্কী তুংগী পুন্সিদা কাউঙম্ররোইদবা থৌরম অমা ওইনা লৈহৌরগনি।

পুথোকচরিবা "টাইটানিক লুপখিবা" কৌবা শ্রীথোকচোম যুগেশ্বর সিংহনা ইবা লাইরিক অসি সাহিত্য সেবা সমিতি, ককচিংনা মীয়ামগী মফমদা শিন্নজরি।

ককচিং
তাং ১৪/৪/২০১২ ইং

য়েংখোম নিলচন্দ্র
সেক্রেটরী, সাহিত্য সেবা সমিতি
ককচিং, মণিপুর

# অইবগী ৱারোল

ঐ টাইটানিক করিনো হায়বা মতম কুয়না খঙদনা লাকখি। শোক ১৯৮১ গী এপ্রিল থাদা আফ্রিকা মহাদেশগী মেদিটরানিয়ান সীগী মপান্দা তাবা লিবিয়াদা চৎপগী খুদোংচাবা ফংখি। লৈবাক অদুনা রিভোলুসন মায় পাকখিবগী নীংশিং কুমওন পালন অমা ছাত্র-নহারোলশিংনা চাউনা পাংথোকখি। পৃথ্বীগী লৈবাক কয়াদগী বার্তন ফংবা নহারোলশিং পালন অদু য়াওবা লাক্লখি। ঐসু ভাবতগী মীহুৎ ওইনা হরিয়ানা মচা অমগা ঐখোয় অনী য়াওজবা ফংখি। শাংলবা নোংথক্কী লমী চৎপা মসিনা অহানবনি। পালন অদু লৈবাক অদুগী অনীশুবা সহর বেঙাজ্জিদা পাংখোকই। নুমিৎ মঙানিরোম চত্থবা থৌরম অদুগী লোইশিল্লকপদা লৈবাক অদুগী কোনুং ট্রিপোলিদা পাংথোকই। ট্রিপোলি সমুদ্র মপান্দা লৈবা সহরনি। শরুক য়াবা লাক্লিবা দেলিগেৎ পুম্নমক জহাজ অমদা লৈহল্লি। জহাজ অদু ময়াই ওইরপ চাউই। সমুদ্রগী খোঙচৎ চত্তনা হিথাংফমদা লৈবা মতমদা হোটেল ওইনা শিজিন্নে। মনুংদুদা ফংদবা লৈতে। পোৎ জয়াম্বা ফংবনিনা মপান খোক্লুদ্রবসু য়ারে। মিটিং হোল অমা লৈ। মদুদা মিটিং ফমগদবগী মরাং-মরাং তৌরিঙৈদা বৃটেন্দগী লাকপা পাখং লৈশাবী অনীদুদা ইথোপিয়া মচা অমনা ফাগী তৌরকখি, "ঐখোয়না লৈরিবসি টাইটনিক নত্তেকো।" ইংলিশ মচা পাখঙদুনা খুম্লকই, "তাবদা অকিবা পোকই।" লৈশাবীদুসু খুম্লকই, "তাবদা ত্তু চুংই।" মখোয়না ঙাঙনরিবদু খোয়না খম্বুবা লৌদে মখোয়না হায়খিবা টাইটানিক হায়বদু করিনো খংখিদে। মী খরদি ফাগীনি খঙবদগী নোক্লকখি।

শোক ১৯৯৯ অদুৱাইদনি। ঐনা যাম্না নুংশিজবা ৱাংখৈদা লৈবা কাল্লানা নোংমা টাইটানিক ফিলম ঐবু য়েংহনখি। নুমিৎ অদুদা টাইটানিক করিনো খঙখি। নৌশৈনা ট্রিপোলিগী জহাজদা ইথোপিয়া মচাদুনা তৌখিবা ফাগীদু নিংশিংলকখি। হৌখিবা চহী ২০১১ লোইশিল্লকপদা দিল্লি চংলুবদা টাইটনিক্কী লাইরিক অমা ফংলকখি। ইম্ফাল বুক ফিয়ারদা কোলকোটাগী ফার্ম অমদগী লাইরিক অমগা ফংই। ৱাবুপরাদা লৈবা ঐনা ইচামক্লি খঙবা লুকেশ রাজ ভটিয়া (সুখদেব রাজ ভটিয়া অমদি অনিতা ভটিয়া অনীনা পোকচবা) না ইন্টর্নেটতগী মমল য়ানবা লাইরিকশিং অমদি দোকুমেন্ট কয়া পীবিদুনা লাইরিক অসি পুথোকপদা চাউরবা মতেং পাংবীরকখি। লুকেশগী মফমনা শিংঙম্লরোইদবা লমন তোনশিল্লবনি। লাইরিক অসি পুথোক্লিংবগী থাৱী শাবুবদা থৌনা হাপ্পীরকখিবা ঐগী মরুপ এম,দি,প্রেস, ককচিংগী প্রোপাইটর অমদি অইবা, এৱাদি বীবমাজাল, সোর্ট প্লে রাইট, সোর্ট স্টোৰী ইবা ইনাও শরুব য়াইমা অমদি অঙাং ওইরিঙৈগী নুংশিরবা মরুপ উকিল শ্যামবু হন্না হন্না থাগৎচরি। ঐগা মতম শাংনা বোদ ওফ সেকেন্দরী ইদুকেসন মণিপুরদা থবক তৌমিন্নরম্বিব, শ্রী য়ুম্নাম নাগেশ্বর সিংহ, ব্রমাপুর, ভৈগ্যাবতি লৈকাই, ইম্ফালনা লাইরিক অসি পুথোকপদা চাউরবা মতেং পাংবীরকখি। মহাক্কী মফমদা শিংঙম্লরোইদবা লমন অমা তোন্দুনা লৈরগনি। ঐগী ইনু অমরিশনা কম্পুটরগী থবক্তা মতেং পাংবীখি। অংগোমদা লময়ানবা প্রিন্টর্স, কোনুং লম্পাক ইম্ফাল ইন্দনা লাইরিক নম্বদা চাউরবা থৌদাং লৌবীখি। লময়ানবা প্রিন্টর্সগী ইনাও শরুবা মজি অমদি অতে ইদিন-ইনাউশিংবুসু হন্ন হন্ন থাগৎচরি। লাইরিক অসিদা অশোয়বা অরানবা কয়া য়াওবম্রবসু তোল্লবদু ঙাকপীয়ু। অফ-ফত্ত তাকপিরকপা খুদিংমক্ক থম্মোই শেংনা লৌশিজ্জগনি।

যুগেশ্বর, খোকচোম।

# টাইটানিক শাখিবগী মরম

বৃটিশ সাম্রাজ্য নুমিৎ তাদে হায়নরিবা মতম্নি। ১৯শুবা শতাব্দী ময়াই চল্লকপা অদুরাইদা ফ্রান্সগী নিংথৌরেল নেপোলিয়ন্না লৈবাক অদুদা অকি-অখঙ ময়াম পোকহল্লম্বদু ব্রাটরলুগী লান লোইশিনখিবদগী স্বর চনিং তানা হোনবা ফংলকখি। ২০শুবা শতাব্দী হৌগৎলকপদা অমুক টাইটানিক ব্রার্লদ হায়না খঙনবা অঙকপা চৈথেং অমনা অকিবা পোকহল্লকখি। কপ্পা লাউনবগী খোঞ্জেলনা অতিয়া শিনবা থুংখি। হায়রিবা থৌদোক অসি এপ্রিল ১৪ অমদি ১৫, ১৯১২গী লোন্নবা অহিংদা আটলান্টিক মহাসাগরদা থোকখিবনি। কনা অমনা হায় লাব্রাদোন সমুদ্রদা লৈবা উনগী লাই ওদিন অমসুং থোরনা লানবল শাদুনা লৈরিঙৈদা জহাজ অমা মফম খঙদনা চংশিল্লুবদগী থোকখিবনি। করম্বা লাইগী শাপ্তগী জহাজ অদুনা তাখিবা দশানো? কনা অমনা হায় মতিক মগুন লৈরবা ওদিন অমদি থোরনা অরাম থৌরাংদুনা চেম্পেইন যু থক্কে খল্লপা মতমদা পেলহনখিদে। মদুগী লমন খুম্বা শোয়দনা ওইগনি। ওদিন লানগী নিংথৌরেলনি। মানা ঙমদবা লৈতে অদুগা থোরনা সোরারেনগী নোংমৈ শীংজঙ পুবা লাইনি। পাঙাল কনবদা মাগুম্বা লৈতে। লানবল অসি নোর্রে মীশিংনা উনগী চীংজাও কৌই। লাইগা তাইবং মীগা লাখেংনবা হায়বদুনি।

মবাইবক থীববা জহাজ অদু অতৈ অমা নত্তে। টাইটানিক্নি। লুপ্পা নাইববোইদবনি হায়না থাজনখিবা মতমদুগী খ্বাইদগী চাউরবা জহাজ টাইটানিক উনগী চাউরবা চীং অমদা থেংজিনবদগী শরুক অনী থোক্লা তেক্লগা সমুদ্রগী ঈবোন্নুংদা লুপশিনখি। মদুদা তোংলকখিবা যাত্রিক ২২২৪গী মনুংদা মরাইবক ফবা মী ৭১০ হিংহৌরগা মী ১৫১৪না সমুদ্রগী ঈরোন্নুংদা লুপশিল্লগা শিনা তাওরকখি। মপুরোইবা অমদি মচা কায়নবগী মীকপ মীরাউখোন্না অতিয়া শিনবা থুংখি। মসিগী থৌদোক অসিবু ইতিহাসগী তাঙ্কক অমা ওইনা টাইটানিক ব্রার্লদ হায়না খঙনৈ।

টাইটানিক পোক্তিঙৈ ১৯শুবা অমদি ২০শুবা শতাব্দী লোন্নবগী মতমদু লৈবাক অদুদা লল্লোন-ঈতিক তৌবদা য়াম্না কান্নখি।

আটলান্টিক মহাসাগরগী ব্রাংমদা লৈবা লৈবাকশিংগা লল্লোন-ঈতিক তৌবদা য়াম্না কান্নে হায়বা খঙনরকপদগী লনাই কম্পানীশিংনা হিরম কয়াদা

শেল থাদবা পাম্নরকই। ঈশিংগী লম্বীদা চৎনবা অফবা মখলগী জহাজ পুখোকপদা শেল চাউনা থাদনরকখি। লৈবাক অসিগী নোংচুপথংবা সমুদ্র মপান্দা লৈরম্বা হিগ্নাংফম কয়া নৌনা শেমগৎনরকই। মদুগী মনুংদা লিভরপূল অমনি। মতমদুদা লিভরপূল অচৌবা লল্লোন-ঈতিক্কী মফম ওইরকই।

শোক ১৯০৬তা লং শুংদোক্লিবা লশিং, শামতু, শা-ঙা, মহৈ-মরোং গেহনচিংবা, ইন্দিয়া রবর, অহিংবা শা, কোরি অমসুং উগী করবার তৌবদা য়াম্না কান্নখি। মপান লমদগী হিদাক মনা য়াম্না পুশিল্লকখি। চাংচৎতা য়েংবদা হিদাক মনা পুশিল্লকপগী চাং ১০শুবা থাক্তা লৈখি। লশিং ময়ামা পুশিল্লকপদগী লানকাসিয়াবগী মশিং য়াম্লবা মিলশিং থবক লেপহনখিদে। ঙশেংনা হায়রবদা চহী অদুদা মপান লমদগী পাউন্দ মিলিয়ন ৪৭কী মপোৎ-মচৈ পুশিল্লকখি। অমরোমদা মিলিয়ন ১৫০গী পেৎ মপান লমদা থাদোকখি।

নোংম-নোংমগী লল্লোনবগী থবক হেনগৎলকপদগী পোৎ পুথোক পুশিন তৌরিবা জহাজ অফবা মখলগী শিজিন্নবা পাম্নরকই। জহাজ শাবা কম্পানী কয়না উনা শাবা শিজিন্নবম্বদগী যোৎনা শাবা অচৌবা স্টিম সিপ পুথোক্লুনা লল্লোনবশিংদা হেন্না কান্নবা ফংহনখি।

১৯শুবা শতাব্দী ময়াই চল্লকপদা কুর্নাদ লাইন কৌবা জহাজ কম্পানী অমনা স্টিম সিপ পুথোক্লগা আটলানটিক মহাসাগরদা বৃটেন অমসুং আয়ারলেন্দগী মখাথংবা হিগ্নাংফমশিংদগী লাপ্না লৈরিবা আমেরিকাগী নোংপোকথংবা সমুদ্র মপান ফাওবা চাং নাইনা সারভিস লৈহনবা হৌরকই। চাং নাইনা সারভিস লৈবকপদগী বৃটিশ অমদি যুরোপকী অতৈ লৈবাক কয়াদগী আমেরিকা চৎপগী মীশিং নোংম-নোংমগী হেনগৎলকখি। চৎলিবা অয়াম্বা আমেরিকাদা খুন্দাবা পাম্বগীনি। শুফম-নোক্ফম খঙদনা লৈবম্বা কয়ানা মফমদুদা লৈবদগী ইনাক খুনবা ঙম্লকপগী পাউ তত্তনা তানরকপগী অরেপ্পা লৈতনা চৎনরকখি। মফম অদুদা চৎপা পাম্নবগী মরম অমসু লৈ। শোক ১৮৪০গী অদুরাইদা বৃটেন্দা অচৌবা লায়চৎ কোলেরা অমসুং টাইফোৎনা অকিবা ফংনা শন্দোরকপদগী মী কয়াগী পুন্সি মাঙখি। হায়রিবা লায়চৎ অদু য়ুরোপকী অতৈ লৈবাক ফাওবা য়ৌনা শন্দোরকখি। আমেরিকাদা লায়না অদু য়ৌবা ঙমখিদে। মীয়াম অমনা ঙাঙনরকখিঃ আমেরিকাদা চৎলবদি শিরোই। মফম অদুদি লায়না লৈতবা লমদম্নি।

ওইবমক মদুদা থাজখিদুনা আইরিশ মচা লিশিং লিশিং আমেরিকা চৎলগা লৈনরকখি। মশীং খঙদনা য়ুম হোংনরকপদগী শোক ১৮৯২দা নিউ য়োর্ক্কী আইলিজ আইলেন্দদা মীরৈবাক্তগী লাকপা মীশিংগী থুঙফম স্টেসন

অমা হাংদোকখি। শন্না হায়রবদা ১৮৫০দা নিউ য়োর্ক সিটিগী মীশিং ৭০০,০০০ ওইরম্মী। শোক ১৯০০দা মিলিয়ন ৩ হেনগৎলকখি। শোক ১৯০৭তা মী মিলিয়ন ১.২৫ ''আইলেন্দ ওফ টিয়ার্স'' ফাওরগা আমেরিকাদা লাকখি।

পুন্নমক অসিগী চথোক-চৎশিনগী কান্নবা মতম শাংনা কুর্নাদ কম্পানীনা লৌরগা লাকই। কম্পানী খরসু মসিগী খুদোংচাবা ফংনবা হোৎনরকখি। মখোয়শিংদুগী মনুংদা ইনমান লাইন অমসুং হৱাইট স্টার লাইন অমনি; মীরৈবাক্কী লাইনর খরসু চংশিল্লকখি। মরু ওইনা জর্মনদগী লাকপা লাইনবশিংনি। ইমান লাইন শোক ১৮৫০দা থবক হৌখি। লাইনরশিংগী লমজেলদা মহাক কয়া য়াওদবগুম তৌখি। কুর্নাদ লাইন অমসুং হৱাইট স্টার লাইন অনীনা মপুং ওইনা লাম্বা ওইরকখি। হৱাইট স্টার লাইন হায়বসি টাইটানিক শারগদবা কম্পানী অমনি। মসি পিলকিংটন অমসুং হেনরী থ্রেফোল উলসন্না অহানবা লিভরপূলদা লিংখৎখিবনি। শোক ১৮৬৭তা কম্পানী অসি শেল-থুমগী ফিবম চাদনা লৈরিঙৈদা থোমাস হেনরী ইস্মে কৌবা নিপা অমনা মতেং পাংবদগী অনৌবা থৌনা অমা লাকখি।

থোমাস হেনরী ইস্মে হায়বসি কম্বরলেন্দদা লৈবা মেবী পোর্টকী জহাজ মপু জোসেফ ইস্মেগী মচানি। শোক ১৮৩৭তা পোকখি। মশাগী চহী ১৬ শুরকপদা হায়বদি শোক ১৮৫৩দা লিভবপূলদা লাকখি। মহাক অহানবদা মেসেস ইমরী অমসুং তোমলিনুন কৌবা জহাজগী মপু ওইবতা নওনা এজেন্টসু ওইবা কম্পানীদুগী মখাদা থবক তৌবা যাওই। মমৈথঙদা হৱাইট স্টাব লাইনগা অমুক থবক তৌমিন্নরকই।

শোক ১৮৬৭তা হৱাইট স্টার লাইনগী মেনেজিং ওনর থবক্তগী পোত্থাখিবদগী থোমাস হেনরীনা মপু ওইরকখি। মহাক্কী মঙলান্দি লিভবপূলদগী নিউ য়োর্ক চৎনবগী অফবা মখলগী পেসেঞ্জর পুবা য়াবা জহাজ শাবনি। মহাক্কী ৱাখল্লোন অসিদা হান্নগী মরুপ উইলিয়ম ইমরীনা মতেং পাংশিল্লকখি। শোক ১৮৭০দা মঙলান অদু মঙফাওনরকখি। মেসেস হারলেন্দ অমসুং ওলফ হায়রিবা বেলফাস্টদা লৈবা জহাজ শাফমদা স্টর্লিং মিলিয়ন ৭ চংনা অহানবা ওসীনিক শাখি। মতম কুয়না হৱাইট স্টার লাইনগা লোয়নরগদবা হারলেদ অমসুং ওলফ হায়বা জহাজ শাফম অসি শোক ১৮৪০গী অদুৱাইদগী হৌখিবনি। রোবার্ট হিক্সন কৌবা নিপা অমনা শোক ১৮৫৩দা জহাজ শাফম অমা নিউ আইনেন্দদা লিংখৎতুনা য়োংকী জহাজ শাবা হৌখি। মদুদা ইদৱার্দ জে হারলেন্দ য়াওরকখি। মতমদুদা হিক্সন এন্দ কম্পানী হায়না খঙনরম্মী। শোক ১৮৫৪দা মহাক্না মেনেজর ওই। শোক ১৮৫৯দা হিক্সনদগী মহাক্না লৌখি। শোক ১৮৬১দা গুস্টাভ ওলফ কৌবা

## টাইটানিক লুপথিবা

নিপা অমা মহাক্লা থবক তৌমিন্নরকখি। মথং চহী হায়বদি শোক ১৮৬২দা জহাজ শাফমদু হারলেন্দ অমসুং ওলফ হায়না খঙনরকই। হারলেন্দ অমসুং ওলফ হেক লিংখৎখিদগী অতৈ জহাজ শাফমদগী হীরম খুদিংদা মহাক্লা হেনখি। দিজাইন তৌবদা, ইঞ্জিন, হেভি মেছিনরী, টরবাইন, বোইলর মখল খুদিংদা।

টোন ৩,৭০০ হেন্না পুবা ঙম্বা ফুট ৪২০ শাংবা হৱাইট স্টার লাইনগী অহানবা ওসীনিক পুখোরকপদা নোর্থ আটলান্টিক্তা সারভিস তৌরিবশিংদগী অখোইবা অহেনবা হায়বদু ওইখি। চহী অমগী মনুংদা আটলান্টিক, বালটিক অমসুং রিপাব্লিক পুখোরকখি। মথংগী চহীদা এড্রিয়াটিক অমদি কেলটিক পুখোকপা ঙমখি। হৱাইট স্টার লাইন্না পুখোরকপা জহাজ খুদিংমক্কী মমিংগী মমৈদা 'ইক' ইংলিশতা 'আইসি' ঙাক্তা তাবনিনা কনাগুম্বনা 'আইসি লাইন' হায়রগসু খঙনৈ। অমরোমদা হারলেন্দ অমসুং ওলফনা তেনখ্রবা মতম খবগী মনুংদা জহাজ ময়াম পুখোকপা ঙম্বগীদমক মিংচৎ নোংম-নোংমগী অশুম-অশুম হেনগৎলকখি। জহাজ শাফম অদুদা থবক শুবা শিন্মী মশীং ১৪,০০০ য়ৌরকখি। শোক ১৮৬২দা ড্রাফটিং দিপার্টমেন্টদা ৱিলিযম জেমস পিবী কৌবা য়াম্না হোৎনবা কনবা হৈশিংলবা চহী ১৫দা ঙাযরিবা নিপামচা অমা থবক তৌবা য়াওরকখি। মহাক কনাদাদা পোকখিবনি। মপা মপুনা স্কোটিস্টনি। শোক ১৮৯৪দা মশাগী চহী ২৭ শুরকপদা হারলেন্দ শিখিবদগী মহাক্লা বোর্দ অদুগী চিয়ারমেন ওইবকই। মমৈথঙদা মহাক লোর্দ পিবী হায়বগা খঙনরকখি। মহাক্কী ৱাখল্লোন অমদি ইথিন্দগী টাইটানিক পোক্লক্কদৌবিবনি।

শোক১৮৭৪দা ইস্মেনা অনৌবা টোন ৫,০০০গী ওইবা জহাজ অনী ব্রিটানিক অমদি জর্মনিক শানবগীদমক হারলেন্দ অমসুং ওলফতা ওর্দর তৌই। জহাজ অনী অসি য়াংবগী চাং নোট ১৯ য়ৌহন্দুনা নুমিৎ ৭গা নোংমা তংখায়দা আটলানটিক লাম্বোকপা ঙমহনগদৌবিবনি। শোক ১৮৮৯দা টেউটোনিক অমসুং মেজেস্টিক টোন ১০,০০০গী ওইবা, নোট ২০ য়ৌনা চেনবা ঙম্বা পুখোরকখি। হৌজিক হৱাইট স্টার লাইন অমদি হারলেন্দ অমসুং ওলফগী মিংচৎ হায়নিঙায় লৈতনা হেনগৎলকখি। মখোয়না য়াম্না যাংবা জহাজ পুখোকপা পাম্লুবগী মরমদি ব্লু রিববন ফংনবনি। ব্লু রিববন হায়বসি য়াম্না য়াংনা চেনবা ঙম্বা জহাজদা পীবা মনানি। কুর্নাদ লাইননা কেম্পানিয়া কৌবা নোট ২১ য়াংনা চেনবা ঙম্বা জহাজ অমা পুখোরক্লুনা শোক ১৮৯৬দা ব্লু রিববন লৌখি। শোক ১৮৯৭তা ৱিথেলমাইন জর্মনীনা কাইজর ৱিথেল কৌবা নোট ২২ য়াংবা পুখোরকখি। হামবর্গ-আমেরিকা লাইননা নোট ২৩ য়াংনা চেনবা দিউটস্কলেন্দ পুখোরকখি। নোট ২৩.১/২ য়াংবা ক্রোনপ্রিঞ্চ

ব্রিলহেম থোরকপদগী অনৌবা রেকোর্দ থমখি। য়াংবগী লমজেন্দা হরাইট স্টার লাইন খর রাৎপগুম তৌই। অকে-অমৌগী ওইবা পুথোকপনা হেন্না পাম্বগুম তৌই।

নভেম্বর ৩০, ১৮৯০দা থোমাস হেনরী ইস্মে নোক্লাম্রে। মহাক লৈখিদ্রবদা মচানিপা ব্রুস ইস্মেনা জেনেরেল মেনেজর ওই। মহাক শোক ১৮৬২দা পোকখি। মপানা লাইরিক য়াম্না হৈহনবা পাম্বদগী ইংলেন্দগী মনুংদা মমিং চৎপা অফবা স্কুল ইলস্ত্রী অমসুং হ্যারোদা তমহল্লি। মতুংদা ফ্রান্সকী পেরিসতা লৈবা দিনার্দ কৌবা ফেসনগী স্কুল অমদা মখা তমহল্লি। মহাক য়ুনিভর্সিটিগী দিগ্রী লৌবা পামখিদে। মহাক্কী পামজবদি মপানা তৌবিবা শিনফম অসিনি।

শোক ১৯০৬দা কুর্নাদ লাইননা হরাইট স্টার লাইনগী লম্বা তৌবা ওইনা অকে-অমৌগী ওইবা জহাজ অনী লুশিটানিয়া অমসুং মাউবেটানিযা পুথোরকখি। কুর্নাদ লাইননা খঙবা অমদি লৈ মদুদি মখোয়না অচৌবা অমা পুথোক্লুবদা হরাইট স্টার লাইননা মদুদগী হেন্না চাউবা অমা শোয়দনা পুথোবক্কনি। অকে-অমৌগী ওইবা অমা পুথোক্লুবদা মদুদগী হেনবা অমা শোয়দনা পুথোরক্কনি। লাইবক ফবা হায়গদ্রা কুর্নাদনা পুথোরকপা লুকানিযানা নিউ য়োর্কগী প্লেমাউথ য়ৌবদা নুমিৎ ৫ পুং ৮দা থুংবা ঙমখি। অমবোমদা লুশিটানিয়ানা নুমিৎ ৫ পুং ৭ মিনিট ৩৮দা থুংবা ঙম্বদগী ব্লু বিবন লৌখি। পাউ অসিনা হরাইট স্টার লাইনদা অচৌবা চৈথেং অমা পীবকখি।

শোক ১৯০৭কী নোংমা কালেনগী নুমিদাংরাইরম অমদা লন্দনগী বেলগ্রেভ কৌবা ফেসনগী মফম্লি হায়না খঙনবা ২৭, চেলসিযা স্ট্রিটগী হোজং অমগী মমাঙদা চাউববা দাইমর বেঙ্ক অমা খামই। মদুদা তোংলকপা চীং-লেম্লবা মতৈ-মনাও অনীনা হোজংদুদা চংলকপদা মখোযগা মান্ননা ফিজেৎ নানবা মতৈ-মনাও অনী থোবক্লুগা য়াম্না হরাও তয়াম্না ওকখি। মখোয় অদু অতৈ কনা অমত্তা নত্তে। গাডী তোংলগা লাকখিবদু ব্রুস ইস্মে অমদি মাগী লোযনবীনি। অদুগা হরাও তযাম্না ওকপা থোবকখিবা অনীদু লোর্ড অমসুং লেডী পিরীনি। চাক্রেন অমা চাগদবগী শিল-লাংলিবনি। নুমিৎ অদুদা চাখিবা চাকলেন অদু অচম্বা নত্তে। টাইটানিক পোক্কদবগী মরূ হনবা চাক্রেন্নি।

চাক্রেন অদুগী মতুং এপ্রিল ২৩, ১৯০৮দা আইরিশ ইন্দিপেন্দেন্ট খবরনা লাওথোরকখিঃ "হরাইট স্টার লাইননা বেলফাস্টদা লৈবা হাবলেন্দ অমসুং ওলফদা চাওরাক্লা ফুট ৮৪০ রোম শাংবা, ফুট ৭৮ পাকপা অদুগা গ্রোস টোনেজ ৫২,০০০ গী জহাজ অনী শারগনি। মখোয়গী মমিংনা

ওলিমপিক অমসুং টাইটানিক কৌগনি। .. জুলাই থাদগী শাবা হৌরবা য়াই।''

জুলাই ৩১, ১৯০৮দা হৱাইট স্টার লাইনগা হারলেন্দ অমসুং ওলফগা টাইটানিক শানবগী কমিসন তৌনবগীদমক সহী তৌনখি।

# টাইটানিক শাবা

টাইটানিক শাবা হৌরমদাইদা আইরিশ ইন্দিপেন্দেন্ট খবরনা সেপ্তেম্বর ১৮, ১৯০৮দা হিসাব অমা পীরকইঃ "আয়ারলেন্দগী বেলফাস্টদা লৈবা হারলেন্দ অমসুং ওলফনা শাগদৌরিবা ওলিমপিক অমসুং টাইটানিক জহাজ অনীগী চার্দিং পাউন্দ ২,০০০,০০০ তৌগনি। শিন্মী ১২,০০০না থবক শুগনি। চয়োল অমগী বিল পাউন্দ ১৮,০০০ ওইগনি।"

শোক ১৯০৭গী কালেনগী নুমিদাংবাইরমদা চাখিবা চাকলেন অদুদা হভানা হায়রিবা চুবুট অদু চিংলগা নেপোলিয়ন কৌবা ব্রান্দি মখলদু হাউনা থক্লগা ইস্মে অমদি পিরীনা খন্নখিবা মরু ওইবা ৱাফমদিঃ পৃথ্বীদা খ্বাইগী চাউরবা জহাজ অহম- ওলিমপিক, টাইটানিক অমসুং জাইগান্টিক পুখোকপা হায়বসিনি। মখোয়শিং অসি পুখোক্লবদি আটলান্টিক মহাসাগর অসি হায়নঙাই লৈতনা মখৌ চিলহল্লগনি। যাত্রিকশিংগী অপাম্বা নীংবা থুংলগনি। শোক ১৯১১দা ওলিমপিক সারভিস হৌবা, মথং চহী ১৯১২দা টাইটানিক অদুগা ১৯১৩দা জাইগানটিক মথং-মথং সারভিস তৌহনবা হায়বসিনি। শাবগী থবক্তু অহানবদা ওলিমপিক শাবা অদুগা থা খর লৈরগা টাইটানিক শাবনি। ওলিমপিক্লা মাগী সারভিস হৌরবা মতুংদা জাইগান্টিক শাগদবনি। জাইগান্টিক্কী অতোপ্পা মমিং অমা ব্রিটান্নিক হায়রগসু খঙনৈ।

টাইটানিক শাবগী শেল থাদরকখিবসি জে, পি, মোর্গান অমসুং মহাক্কী ইন্টরনেসনেল মারসেন্টাইল মেবিন কম্পানীনি। দিজাইনরনা লোর্ড পিয়ারী, হারলেন্দ অমসুং ওলফ অমদি হৱাইট স্টার লাইনগী দিরেক্তর নেভাল

আর্কিটেক্লা থোমাস এন্দ্রিউনি। আলেকজেন্দর কারলিসলেনা দেকোরেসন, ইক্বিপমেন্ট অমদি অতৈ থবক ময়াম অমা পুহল্লি। অদুবু টাইটানিক শাবা লোইশিন্দুনা ঈশিংদা থাদদ্রিঙৈ মমাঙদা কারলিসলে থবক্তগী পোত্থাখি মরমদি মহাক বেলিন দেভিট অমসুং ইঞ্জিনিয়ারিং কম্পানীগী সেয়ার হোলদর ওইরুবদগীনি। মহাক্লা তৌরম্বা থবক অদু মপুং ফানা লোইশিল্লমদ্রবসু মহাক্লা য়াম্না তোয়না নুংশিনা হায়জেঃ "টাইটানিক হায়বসি ঐনা য়াম্না নুংশিজরবা ইচানুপী অতোম্বীনি।" টাইটানিক মার্চ ৩১, ১৯০৯দা শাবা হৌখি। মহাক্কী মচে হায়রগা খঙনবা ওলিমপিক ফেব্রুয়ারী থাদগী শাবা হৌখ্রবনি। মসি শাবা হৌগৎলকপদা খবর ফ্রীমেন জর্নেলনা জুলাই, ১৩, ১৯০৯দা টাইটানিক্কী মতিক মগুন পল্লদুনা ফোঙলকখিঃ

## টাইটানিক লুপখিবা

''মেসেজ হারলেন্দ অমসুং ওলফনা বেলফাস্টদা লৈবা জহাজ শাফমদা লেভায়েথান হায়বগা খঙনবা মপা লৈতনা চাউরবা জহাজ অমা শাবা হৌগ্রে।'' লাইবক থীবা হায়বদুনি জহাজ অনীসি শাবা হৌরকপদা থবক শুবা মী অনী শিখি। মী অমনা য়াম্না শাথীনা শোকখি। থৌদোক অসি ওলিমপিক্কী প্লেট থারিঙৈদা থোকখিবনি। প্লেট পুল্লিবা থৌরীদগী অমা খঙহৌদনা নাম্বরকখি। মদুনা থবক শুবদা মতেং পাংলিবা রোবার্ট কিলপাট্রিক কৌবা নিপা অমগী নমগন্দা তারকখি। কোক্তসু য়েরকখি। মদুনা য়ৈবদা কোক মশুং অনী থোক্না কায়রম্মী। মহাক খুদক্তা শিখি। হ্যরিবা প্লেট অদুনা অনীশুবা ওইনা লাইনাম কৌবা অমগী মথক্তা অমুক তাশিনখি। মদুনা ফুবদা লাইমন অদু ফুট ৩০ রাংবদগী লৈমায়দা তাবকখি। মহাক্সু শাথীনা শোকপদগী শিখি। থৌরী পায়রিবা আর্থর বীলো কৌবদু অহাংবদা হাযবগা লৈরকখি। মহাক্না হায়রকপদা কেলপাত্রিক কৌবা নিপা অমদা শক্ন কন্না য়ৈশিল্লুবি। কেলপাত্রিক মরাইবক থীবা হায়বদু ওইখি। শিবমক্তি শিখিদে।

টাইটানিক কন্না শাবিঙৈদা বোবার্ট জেমস মর্ফী কৌবা চহী ৪৯ শুববা মী অমা ফুট ৫০ রাংবা দেক্টগী তারকপদা শাথীনা শোকপদগী শিখি।

টাইটানিক শাবদা য়াম্না পুকচেল খোযজেন তিন্ননা শাখি হায়। অয়ুক পুং ৬তগী হৌরগা নুমিদাংবাইরম পুং ৫.৩০দা লৌইশিল্লি। নোং চুবকপা খোক্লবদি থবক শুবা লেপকনি। চাউববা জহাজ অদু শাবদা ইঞ্চি ১দগী ইঞ্চি ১ মখায় থাবা প্লেট অদু থাবদা বিভেট হাযবগা খঙনবা যোৎপী মিল্লিযন ৩ হেন্না মী ৪না শাবা গ্রুপ ময়াম শেম্নগা থাবকপদা অঙকপা হাযবদু ওইখি।

টাইটানিক শাবদা চাউরবা থৌদাং লৌখিবা মী অমা হাযবা তারবদি এন্দ্রিউনি। মহাক থবক্কী মীনি। থবক শুবিবা মীশিংবু নুংশিনা লোয়নৈ। অহিং ফাওবা মহাক দরকার লৈরবদি থবক শুগনি। শোক ১৯১০গী বসন্ত ঋতু লাক্লবা মতমনি। অহিংদা মহাক্কী নুপী হেলন পুবগা জহাজ শাফমদা লাকখি। মখোয় শোক ১৯০৮গী জুন থাদা লুহোংখিবনি। মপুরোইবনা থবক কন্না শুই হায়বসি মহাক মুন্না খঙই। মহাক্না মখোয়গী পুন্সিবু জেনে এরেগী রাফম নীংশিদুনা হায়ঃ ''মহাক্না ঐগী থবাই ওইরবনিনা মহাক্না পামজবদু ঐগীসু অপাম্বনি।'' ইকুই কুইদনা পুন্সিগী অহানবা ওইনা মচানুপী মমিংনা ইলিজাবেট কৌরগদবা অমা পোক্কগদবগী মশা রাই শংদ্রবা তেলেন্না মপুরোইবগা লোয়ননা চিক্লবা অহিংদুদা টাইটানিক্কী তংখায় হেন্না শাবা লোইশিল্লক্লবা দেক মথক্তা লেপমীন্নরগা ময়াম্না শঙাইশেল হায়না খঙনবা হেম্লেগী কোমিট থরায় তানা য়েংমিন্নখি। মদুতবু য়েংমিন্নগদবগী লাকইবনি। মতমদুদা হেম্লেগী কোমিট থোকই । অঙকপনি। অহিংদা মৈবুম্না মমৈ

## টাইটানিক লুপখিবা

ওইরগা লংনা ঙানবদু য়েংলগা পুক্রিংদা খল্লেঃ ''পুম্নিসে মসুম্না ঙালহনবীউ।''

জহাজ শাবগী থবক নোংম-নোংমগী খুমাঙ চাউশিল্লক্নি। শোক ১৯১০গী ওক্তোবর লোইশিল্লকপদা সেল প্লান্ট তৌবা লোইশিল্লি। ইকুই কুইদনা মে ৩১. ১৯১১দা ঈশিংদা তাউহল্লগনি।

হ্বাইট স্টার লাইনগী ইতিহাসতা মে ৩১ অরোইবা নুমিৎ অদু খ্বাইদগী নুংঙাইবা হায়বদুনি। টাইটানিক্না অহানবা ওইনা ঈশিংদা তাউহনবা অমবোমদা ওলিমপিক্না মাগী অহানবা সমুদ্রগী খোঙচৎ চৎখিবা নুমিৎনি। অয়ুক্কী পুং ৭.৩০ তাবদগী মীয়াম তিনবা হৌরকখি। চাউরবা কুম্মৈ অমগা মান্নখি। মতিক মগুন লৈরবা পুক্নীদা খুইদগী চাউরবা মহাক্না ঈশিংদা কুম্লকপা হাযবসি সগগী লইবেখীনা মীরম্লেন্দা কুম্লকপনি হায়না লৌনখি। নুমিৎ মুংবা মতমদা মী ১০০,০০০ না লগান ভুবেলগী মপান্দা লেপ্লগা টাইটানিক্না ঈশিংদা অহানবা তাউহনবদু য়েংগদবগী ঙায়নরকই। পুং ১২.০৫ তাবদা টাইটানিক্কী স্টর্নপোস্টদা ফিরাল অঙাংবা অমা পাইহল্লকখি। মিনিট ৫গী মনুংদা চৎলগনি হায়বগী খুদম তাকপা রোকেট অমা কাপ্লকই। হৌজিক টাইটানিক অহৌবা মখোল থাদোকপা হৌরক্লে মীয়াম্সু মদু তারকপদগী নিল-খোংবা হৌরকখি। পুং ১২.১৪ তারকপদ। অনীশুবা রোকেট কাপ্পুনা থাদবা হোৎনে হাযবা খঙহল্লকখি ঙসিগী অঙকপনা থল্লবা থৌরম অসিদা ময়াম্না য়াম্না পাম্না য়েংজগে খনবা মহৌশাদগী মপা মপু হাক্তকুগী চৎনরকপা থৌরম অমা উবা ফংখিদে। মহৌশাগী চৎনবী অমা ওইনা জহাজনা অহানবা ঈশিংদা তাউহনবা নুমিত্তা চেম্পেইন য়ু লিক্লি অমা খুগায়রগা ঈশ্বরদা থৌনীজগদবনি' চেম্পেইন য়ু নত্রগা অজুব মদী নত্রগা সমুদ্রগী ঈশিং য়াওবা লিক্লি অমা থুগায়বগী চৎনবীদু ঙসি টাইটানিক্না ঈশিংদা অহানবা তাউহনবা নুমিৎ অসিদা মদু তৌখিদে। মীয়াম্না য়েংবা পামখিবসি মদুবুনি। মদুগী চৎনবীদু পাংথোকখিদবদা মীয়াম মরক্তগী হায়নবা য়াওরকইঃ ''মসি পাংথোকখিদবগী মরম করিগীনো? অফবা খুদম ওইবোই।''

অশোয়বা য়াওদনা টাইটানিক ঈশিংদা তাউরগা লৈস্লে। অদুবু য়াম্না নুংঙাইতবা থোকহন্নীংদবা থৌদোক অমা থোকখি। জহাজ ঙাক্লম্বা টিম্বর অমা তুথরকপদা জেম্স দোবিন্স কৌবা নিপা অমগী ওইথংবা মথোঙদা তাশিনবদগী শাথীনা শোকখি। মনাক নকপা হোসপিতালদা লয়েংগদবগী পুখৎখি অদুবু মথংগী নুমিত্তা শিখি। মসিমক ফত্তবা খুদম্নি হায়নখি।

অমরোমদা পুং ২ ৩০ তাবদা ইস্মে অমদি মাগী ইনুং-মনুংশিং, লোর্ড অমসুং লেডি পিরী অমদি মোরগান লাগান ভুরেলদা লব স্বিলী তানা চৎখি।

মফমদুদা মখোয়বু ইংলেন্দ তানা পুগদবগী ওলিমপিক্সা ঙাইহিরিবনি। নুমিৎ অদুদা শকহেনবী ওলিমপিক মাগী অহানবা সমুদ্রগী খোঙচৎ হৌখ্রবনি।

টাইটানিক শাবগী থবক খুমাঙ য়াম্না চাউশিল্লকপা উবদগী মহাক্কী সমুদ্রগী অহানবা খোঙচৎ ফেব্রুয়ারী, ১৯১২ দা হৌবা হায়না খল্লে। অদুবু তম্বা ঙমদবা খুদোংথীবা অমা খঙহৌদনা লাকখি। সেপ্তেম্বর ২০, ১৯১১দা রোয়েল নেভি ক্রুইজর ঐইচ এম এস হোক হায়রিবা জহাজ অদুগা ওলিমপিক্সা থেংজিন্নরুবদগী বেলফাস্টদা রিপিয়ার তৌবা তারকখি। রিপিয়ার তৌবা তারবনিনা থবক শুগদবা মী য়েখ্যোক্লরগা শুরম্মী মসিমক্তনা টাইটানিক লোইশিনবদা চাউরবা অপনবা অমা পীরকখি। লেপখিবা মতম কায়রকই।

''লৈট্রিম ওবজাভর'' কৌবা আইবিশ খবব অমনা ওক্তোবর ২৪, ১৯১১দা ইরকখিঃ ''টাইটানিক শাবগী থবক য়াম্না য়াংশিল্লক্কি। হেক শাবা লোইবগা এপ্রিল ১০, ১৯১২দা মাগী অহানবা সমুদ্রগী খোঙচৎ হৌবগনি। মাগী চৎকদবা লম্বীদি সাউথমটোন অমসুং চেরবোর্গদগী নিউ য়োর্ক য়ৌবনি।''

মতম লেপ্পবনিনা অনৌবা থবক শুবা শিন্নী লিশিং মঙা হাপচিনবা তারকখি। য়াম্না কন্না হোৎনবদগী টাইটানিক শাবা লোইশিল্লক্লে। হৱাইট স্টার লাইনগী নীংজরকপা মঙলান মঙফাওনরক্লে। সেপ্তবব ১৭, ১৯০৮দা শাবগী অয়াবা পীখিবনি। মার্চ৩১. ১৯০৯দা শাবা হৌখিবনি। মে ৩১, ১৯১১দা ঈশিংদা তাউহনখি। এপ্রিল ১০, ১৯১২দা মাগী সমুদ্রগী অহানবা খোঙচৎ হৌবা হায়বসি শোয়দ্রবনি।

মসি শাবা লোইবদা দোল্লর ৭,৫০০,০০০ চংখি' হৌজিক্কী মতমগী পৈশাদা পাখোক্লবদি দোল্লব ৮০০,০০০,০০০ নি। শাবদা চহী ৩ চংখি।

টাইটানিক্কী অশাংবা ফুট ৮৮২ ইঞ্চি ৯ (মিটর ২৬৯.১) নি। পাকপনা ফুট ৯২ ইঞ্চি ৫ (মিটর ২৮) নি। ৱাংবনা ফুট ১৭৫ (মিটর ৫৩.৩) (জহাজগী ফ্রেম থল্লিবা য়ুম্বীরেলদগী মৈখু থোকফম মতোল ফাওবা) নি। টোনেজ ৪৬,৩২৪নি। য়াংবগী চাং নোট ২৩ (পুংদা কিলোমিটর ৪৩/ পুংদা মাইল ২৬)নি। জহাজগী ক্রিউশিং য়াওনা পেসেঞ্জর ৩৫৪৭ তোংবা য়াগনি।

টাইটানিক্কী হুইশলশিংদু খোঙলকপদা মাইল ১১ দা লৈবা মীশিংনা তাবা ফংগনি। টাইটানিক ফাইভ স্টার হোটেল অমনি হায়নৈ। বোট দেক্তা লৈরিবসিঃ ব্রীজ, রেদিও রুম, ওফিসারগী ক্বার্টর্স, লাইফবোটস, জিমনাসিয়মনি।

টাইটানিক্তা লাইফবোট ২০ লোয়নরকখি। লাইফ জাকেৎ ৩৫৬০ য়াওরকখি। লাইফ জাকেৎশিংদু খোইরু অমদি চোক্তাংনা শাবা ঙাক্তনি।

টাইটানিক শাবদা য়োৎপি মিলিয়ন ৩ চংখি। মসিদা শিজিন্নখিবা প্লেটগী অথাবা ইঞ্চি অমদগী অমা মখায়নি। ফুট ৮পাকই। ফুট ৩২ শাংই।

# অঙকপনা থল্লবা টাইটানিক

টাইটানিক অঙকপনা থল্লা য়াওরবা জহাজনি। টেলিফোন সিস্টেম অমা লৈ। লাইরিক রায়রগা পাবা য়াবা লাইব্রেরী অমা থমই। লাইরিক পাফম অমসুং ইনবগী কা তোঙাল্লি। স্মোকিং রুম লৈ। চাউরবা শম ককফম দুকান অমা লৈ ফার্স্ট ক্লাস সেকন্দা ঈরুজফম স্বিমিং পুল অমা লৈ। জিমনাসিয়ম, স্কাশ কোর্ট, টর্কিশ বাথ, ইলেক্ট্রিক বাথ অমদি ভেরেন্দা কেফ থমই। ফোটো চামফম লৈ। ফি স্টি তকফম থমই। মীনায় অমদি সেবা তৌবীগী তোঙান্না চাক চাফম লৈ। ফার্স্ট ক্লাস কমন রুমদা মমল যাম্লবা উনা শাবা নীংথীজববা পোৎ কয়ানা লৈতেংই। মমল যাম্লবা উপু, টেবল চৌকি কয়া মফম চানা চানা থমই। থার্দ ক্লাস কম্পার্টমেন্টগী রুম ফাওবদা টিক্লা শাবা মমল যাম্লবা ফনিচব ঙাম্ভা শিজিন্নে। ফার্স্ট ক্লাস পেসেঞ্জরশিংগীদমক কেফ পাবিসিয়ান্না খোংবা অখন্নবা হাউববা চাক-ইনশাং পীজগদবগী থৌবাং তৌরিবনি।

ফার্স্ট ক্লাসণী চাক চাফম হোল অদু ফুট ১১৪ শাংই। পাকপনা জহাজদুগী অপাকপদু য়ৌনা শন্দোকই। সীট ৫০০ নি। ফজববা লৈতেংনা থল্লবা পোৎ ঙাক্তনি মফমদুদা থম্লিবদু। দেক অমদগী অমদা কাখৎপা য়ানবা ইলেভেটব অহম থমই। যেংবদা অঙকপা পোকহল্লিবা লৈতেং ময়াম অদুমক সেকেন্দ অমদি থার্দ ক্লাসদসু অদুমক উবা ফংগনি।

কনাগুম্বা যাত্রিকশিংনা অহেনবা পাম্লবসু কা তোঙান্না থমই। কাশিংদু অহেনবা পৈশা পীরগা শিজিন্নবা য়াগনি। ঈশিং অশাবা নত্রগা অঈংবা ফংহনগনি। সেকেন্দ ক্লাসদসু চাক চাফম, স্মোকিং রুম, অমদি লাইব্রেরী থমই। কাখৎনবা ইলেভেতর অমা থমই। ফার্স্ট অমসুং সেকেন্দ ক্লাস অনীগী চাকখুম পুল্লি। থার্দ ক্লাসগী তুমফম জহাজগী মমাঙ অমসুং মতুংদা অনী থোক্লা খাযদোকই। নিপা অমখক্তা লাকপা এমদি মতৌ-মনাও লাকপশিংগী ওইনা মমাংথংবা শরুক্তা লৈহনগনি। নুপী মথন্তা লাকপা নত্রগা ইমুং মনুং অঙাংশিং পুন্না লাকপা ওইরগদি মতুংথংবা শরুক্তা লৈহনগনি। ময়ুম পান্দ্রিবা নিপা নুপী ওইবগদি তোঙানবা কা অমমমদা মী ৩ নত্রগা ৫ লৈহনগনি। মখোয়গী চাকখুম তোঙাল্লি। ফার্স্ট অমদি সেকেন্দ ক্লাসদা পীরিবা খুদোংচাবশিংদুগা থার্দ ক্লাসদা পীরিবগা য়েংনরুবদা খর হম্বা থাক্কী চাক-ইনশাং ওইরবসু মবাং কায়না ফংহল্লি। মমল য়াম্না হম্বনা টিকেৎ কক্লগা তোংলকপা যাত্রিকশিংদা পীরিবা চাক-ইনশাং অসিমক য়ুমদা চানরিবদগী হেন্না ফজনা পীববনি। পুং ২৪গী থক্রবা ঈশিং গেল্লোন ১৪,০০০ শিজিন্নৈ।

# সমুদ্রদা অহানবা চাংয়েং তৌবা

টাইটানিক সমুদ্রদা অহানবা চাংয়েং তৌগনি হায়না হান্না লেপখিবা নুমিত্তি এপ্রিল ১, ১৯১২নি। আইরিশ ইন্দিপেন্দেন্ট খবরনা পীরকপা পাউ মতুং ইন্না অকনবা নোং-নুংশিংনা মরম ওইদুনা চাংয়েং অদু পাংথোকখিদ্রে। মথংগী নুমিত্তা ওইনা পাংথোক্লগনি।

এপ্রিল ২, ১৯১২গী অয়ুক পুং ৬ তাবা মতমদা অহানবা চাংয়েং তৌনবগীদমক বেলফাস্ট লবতগী ভিক্তোরিয়া চেনেলদা জহাজ চিংনবগীদমক লৈরিবা হি মচা মরিনা টাইটানিক চিংথোরকখি। নুমিৎ য়ুংদ্রিঙৈদা কেপ্টেন ইদৱার্দ জে. স্মিথনা "এ" থাবা ব্লু অমসুং হৱাইট সিগনেলগী ফিরাল অমা ব্রিজদা য়ুংথংলকখি অদুগা সাইরেন অহন্নক শাংনা খোঙলকখি। ফিবান্দা "এ" থারিবগী অর্থদি "ঐ সমুদ্রদা চাংয়েং তৌবা চৎলবনি" হায়রিবনি।

চাংয়েং তৌবদুদা মরু ওইবা মী কয়া য়াওখি। মখোয়শিংদুগী মনুংদা আই এম এমগী হেরোলদ এ. সান্দরসন, হারলেন্দ অমসুং ওলফগী থোমাস এন্দ্রিউজ অমসুং ইদৱার্দ রিলদিং, ব্রুস ইস্মে অমসুং লোর্ড পিরী য়াওরি চাংয়েং অসিদা মখোয় অহানবদা কয়া পেন্নখিদে। মরম করিগীনো হায়বাময়াম্না খঙনদ্রবসু ইউ, এস ইনক্বারী রিপোর্টদা হায়বিবদি অশোয়বা খরা লৈবদগী মাগী চেনফম থোকপা চাং য়ৌনা চেনবা ঙমখিদে। স্মিথনা জহাজদু খোঙজেল য়াংনা চেল্লিঙৈদা মতম কয়াগী মনুংদা লেপ্পা ঙম্বগে হায়বদু যেংবা পাদ্রখি। ফুট ৩০০০ গী অরাপ্পদা লেপহন্নবা হোৎনবদা মিনিট ৩ সেকেন্দ ১৫ চংই। থাজোশেংবমক হোৎনবা য়াবা হোৎনরবসু নোট ১৮দগী হেন্না য়াংনা চেনবা ঙমখিদে। অদুবু পুং৬ চংনা চাংয়েং তৌরবা মতুং মমশিল্লকপদা লোইশিল্লি। মমৈথঙদা চাংয়েং তৌবদা য়াওরিবশিংদু খরমখৈদি অপেনবা পোকখি। চাংয়েং লোইরবা মতুং নুমিৎ অদুমক্তা "এগ্রিমেন্ট এন্দ একাউন্ট ওফ ভোয়েজেজ এন্দ ক্রিউ" কৌবা এগ্রিমেন্ট অমা বোর্দ ওফ ট্রেদগী সরভেয়ার ফ্রান্সিস ক্যারুথরগা সহী তৌনখি। এগ্রিমেন্ট অসি থা ১২ চৎনগদবনি।

চাংয়েং লোইরগা টাইটানিক্লা বেলফাস্ট থাদোক্লগা চৎখিবদা মীয়াম্না য়েংলগা লৈহৌই। মীয়ামদুগী মরক্তা টাইটানিক হেক শাবা হৌবদগী য়াওরক্লবা ফ্রান্সেস জোন পার্কিন্সন অমদি মচানিপাসু য়াওরি। মখোয়গী রাখলদা নুংঙাইজবা ফাওখি। ফ্রান্সেসনা মপুক্লিংদা থল্লিবদু খোঞ্জেল থোক্লা হায়রকইঃ "নহাক অঙকপনি! নহাক্তৌনা মতিক মগুন লৈবা অমা কদায়দা লৈরমগনি!"

# অহানবা সমুদ্রগী খোঙচৎ শেম শাবা

টাইটানিক্কী অহানবা সমুদ্রগী খোঙচৎ হৌনবগী শেম শাবা লোইশিল্লক্রে। কমান্দর ইদৱার্দ জোন স্মিটনা লুচিংগনি। মহাক্কা লোয়নননা চৎমিন্নগদবা ওফিসারশিংদি ১। অহানবা ওফিসার ডবলউ, এম, মুর্দোক, ২। অনীশুবা ওফিসার সি, ঐইচ, লাইটোল্লর, ৩। অহুমশুবা ওফিসার ঐইচ, জে, পিটমেন, ৪। মরিশুবা ওফিসার জে, জি, বোক্সহোল, ৫। মঙাশুবা ওফিসার ঐইচ, জি, লোৱে, অমসুং ৬। তরুকশুবা ওফিসার জে, পি, মুদীনি। অমরোমদা ইঞ্জিন দিপার্টমেন্টদা চিফ ইঞ্জিনিয়ার অমগা লোয়নননা সেনিয়ার ইঞ্জিনিয়ার ৭ অমসুং এসিস্টেন্ট ইঞ্জিনিয়ার ১৭ য়াওগনি।

দেক দিপার্টমেন্টদা থবক তৌবা মী ৬৬, ইঞ্জিন দিপার্টমেন্টদা মী ৩২৫, চানা থক্লবগী শেম-শাবা ভিকচুয়েল্লিং দিপার্টমেন্টদা মী ৪৯৪নি। পুন্না মী ৮৮৫নি। বেন্দ পার্টি মী ৮ সেকেন্দ ক্লাস টিকেৎকী লিস্টদা য়াওরি। চান-থক্লবগী শেম শাবা ভিকচুয়েল্লিং দিপার্টমেন্টদা নুপী ২৩ য়াওই।

তোংগদৌরিবা যাত্রিক মশীং ১,৩১৬নি। ফার্স্ট ক্লাসঃ নিপা ১৮০ অদুগা নুপী ১৪৫_ অপুনবা ৩২৫, সেকেন্দ ক্লাসঃ নিপা ১৭৯ অদুগা নুপী ১০৬ – অপুনবা ২৮৫ অমসুং থার্দ ক্লাসঃ নিপা ৫১০ অদুগা নুপী ১৯৬ – অপুনবা ৭০৬ নি। মসিগী মনুংদা ফার্স্ট ক্লাসতা অঙাং ৬ য়াওই। সেকেন্দ ক্লাসতা অঙাং ২৪, থার্দ ক্লাসতা অঙাং ৭৯ য়াওই। পুন্না অঙাং মশীং ১০৯নি।

যাত্রিকশিং অসিগী মনুংদা ইংলিশ ঙাঙদবা মীরৈবাক মচা থার্দ ক্লাসতা ৪১০ য়াওই। ফার্স্ট অমসুং সেকেন্দ ক্লাসতসু খরদি য়াওই। চান-থক্লবা শেম-শাবা ভিকচুয়ল্লিং দিপার্টমেন্টদসু মীরৈবাক মচা য়াওই। পুন্না ৫০০দি মীরৈবাক মচানি। যাত্রিকশিং অমদি জহাজগী ক্রিউশিং থারগা পুন্না ২,২০১নি।

টাইটানিক্কী অহানবা সমুদ্রগী খোঙচৎ অসি সাউথামটোনদগী নিউ য়োর্ক সিটিগীদমক এপ্রিল ১০, ১৯১২ য়ুমশাকৈশা নুমিত্তগী হৌরগনি। সাউথামটোন হেক থাদোকপগা ফ্রান্সকী চের্বোর্গদা থুংগনি। মফমদুদগী যাত্রিক খর হাপ্লগা মথংগী নুমিত্তা ক্বিন্সটাউন (কোবহ)দা থুংগনি। মফমদুদা হেক থুংবগা টেন্দর হায়না খঙনবা হি মচাশিংদা যাত্রিক থাঙদোক-থাঙজিন তৌগনি। অদুদগীদি মহাক অরেপ্পা লৈতনা নিউ য়োর্ক পাংখিগনি।

টাইটানিক তোংবগী ভরা ফার্স্ট ক্লাসঃ দোল্লর ৪,৩৫০, সেকেন্দ ক্লাসঃ দোল্লর ১,৭৫০, থার্দ ক্লাসঃ দোল্লর ৩০নি।

# খোঙচৎ হৌবা

টাইটানিক্না মাগী অহানবা সমুদ্রগী খোঙচৎ হৌদুনা সাউথামটোন থাদোকখিবা নুমিৎ অদু এপ্রিল ১০, ১৯১২ য়ুমশাকৈশা নুমিৎনি। খোঙচৎ অদুগী মাংওইননা নুমিৎ অদুগী অয়ুক পুং৮ তাবদা ৱাটরলূ থাদোক্লগা সাউথামটোন্দা লাকখি। সাউথমটোন্দগী টেস্ট তুরেল ফাউবা শক্তি লৈরবা টক তরুক্না চিংথোরকখি। টকশিং অসি অপিকপা মখলগী হি ওইজরবসু জহাজ চিংথোক্লবা থম্লিবনি। পুং ৯.৩০ তাবদা হৱাইট স্টার লাইগী মেনেজিং দাইরেক্টর ব্রুস ইস্মে মহাক্কী লোয়নবী অমদি পিক্লিবা মচাশিং পুরক্লগা জহাজগী ওইরিবা ফিবম য়েংশিনখি। হারলেন্দ অমসুং ওলফগী নেভাল আর্কিটেক থোমাস এন্দ্রিউস্ য়েংশিনবা অদুদা য়াওরকখি। পুং ১২.১৫ তাবা মতমদা জহাজ চৎপা হৌরগনি হায়বা খঙনবা হৌরবা হুইশল অহন্নক খোঙলকখি। পুং ১২.২০ তাবদা টাইটানিক্না নিউ য়োর্ক জহাজগা থেংজিন্নগে তৌই। অদুবু খুদোংথীবা অমত্তা য়াওদনা চৎখ্রগা পুং ১৭.৩০ তাবদা টাইটানিক্কী চাউরবা কোচি এঙ্কোরশিংদু চের্বোর্গদা থাদরকখি।

সাউথামটোন থাদোক্লিঙৈ মমাঙগী নুমিত্তগী হৌনা মফমদুদা মীয়াম তিনবা হৌরকখি। হোটেল পুন্নমক মীনা পিক থনখি। মখোয়শিংদু টাইটানিক তোংলগা চৎকদৌরিবা যাত্রিকশিং অমদি মখোয়-মখোয়গী মরী-মতাশিং থিন্দোকপা লাকপশিংনি। অয়ুক্তগী হৌনা হিথাংফমগী অকোয়বদা মীয়াম তিনবা হৌরকখি। খরনা জহাজনা হিথাংফমদু থাদোকখিবদা বীদায় পীগদবগী লাকইবনি অদুগা খরনা পৃথ্বীগী মনুংদা খ্বাইগী চাউরবা অমদি অকে-অমৌনা থন্না লৈতেংলবা টাইটানিক চৎখিবদু য়েংবা লাক্লরিবনি। চৎলমদাইগী শেম-শাবদু মখোয়দদি অঙকপা কুম্মৈ অমা ওইনা য়েংলম্মী।

পৃথ্বীদা অঙকপা ওইগদৌরিবা জহাজ অসিনা মাগী অহানবা খোঙচৎ হৌবা হায়বসি বৃটিশ ইথৎ মপৈগী ওইনদি ঈশিং লম্বীদা অনৌবা জয় তৌবগী ফিরাল পাইহনবা নুমিৎনি। রেভ ৱিলিয়ম জি হারলীনা শিংথরদুনা হায়, "জহাজ অসিনা খোঙশানবা হৌবা নুমিত্তা ইংলেন্দ পুম্বা হরাউ তয়াম্বগী ছুটি থাখি। সহরদা নত্তনা লবুক লমহাং শিন-থুংনা ফিরাল পাইহনখি। "বৃটান্নিয়া রুলস দ ৱেভস" হায়বসিনা ঈশৈগী ময়েক ওইরগা শকপদু মীয়াম তাহনখি।"

খোঙচৎ অসি হৌরমদায় নুমিৎ খরনিগী মমাঙদগী টাইটানিক্কী মথক্তা অৱাবা পোৎলুম অমা নম্বা হৌরকখি। মতমসিদা লৈবাক অসিদা চাউরবা

কয়লাগী অন্দলোন অমা চথখিবি। গ্রেদ কোএল স্ট্রাইক হায়না খঙনবা অমা ব্রালিজ কোএল ফিলদদা জনুয়ারী, ১৯১২ দগী হৌরকখি। স্ট্রাইক অদু লেপ্পনা চৎথবকপদগী মার্চ থা চংলকপদা কয়লা পেকফমদা থবক শুবা মাইনব মিলিয়ন ১না থ্রাসগোদগী নিউ কাস্টল ফাওবা যানিংদবা ফোংদোকপগী খোঙচৎ অমা চৎখি। মখোয়গী দাবীদি অশুমল তলব হেনগৎপীউ হায়বনি। চয়োল অমগী পুং ৬০গী তলব পাউন্দ ১ হায়বদি দোল্লব ৪ ৮০দগী তাদনা পীবিউ হায়বা দ'বীনি। মতমদুদা কয়লাগী খনিদ থবক তৌনির্বশিংগী ফিবম যাম্না ফত্রে। টেম্পেবেচব ১০০দি এফ য়ৌনা ঙংলবা মতমদা কয়লাগী উফুল মবক্তা মখোয় থবক শুগনি, কবিগুম্বদনা ইঙ্কি অনী অহম লুবা ঙশিংদা কুপ্লগা থবক শুই। মফমদু মৈ অমদি নুংশিং মবা' কায়না ফংদে। মসিনা মবম ওইদুনা চহী য়া ঙৈ শুদ্রিঙৈদা লংস লায়নানা নদুনা মখোয় অয়াম্বা শিগনি। কবিগুম্বদা শুবু'দা থবক শুবিঙৈদা খঙহৌদনা পোকখায়দকপবদা শিবসু কোজাযনি। মখোয়গী ওইবিব। ফিবম যাম্না কিনীঙাইনি। ঙিংনবগী লানফম ওইবনিন শুদবা যদদুনা শুবিবনি তশেংনা হায়ববদা মতমদুদা খনিদ থবক শুনির্বশিংগী ফিবম যাম্না ফত্তনা লৈ

স্ট্রাইক্তা মবম ওইদুনা কয়লা ফংহনখিদে। কয়লানা তৌবা থবক খুদিংমক লেপখি। জহাজ কয়লানা চেনবনি। কয়লা ফংদ্রবনিনা সমুদ্রগী খোঙচৎ লেপ্পা তাবকখি। হ্বাইট স্টার লাইনগী জহাজ ওসিনিক অমদি এদ্রিয়াটিক হাপ্পা লেপ্লম্বা প্রোগ্রাম তোকখিবমই। টাইটানিক্কী অহানবা খোঙচৎকী প্রোগ্রাম যৈখোক্তদ্রা নত্রগা যৈখোক্রোইদ্রা হায়বগী চয়েংনবা লাকখি। অদুবু মমৈথঙদা চৎপা তাখি। টাইটানিক্কী নোংমদা শিজিন্নগদবা দবকাব ওইবা কয়লা টোন ৬৫০নি। মৈফম ১৫৯দা শিজিন্নগদবনি। হ্বাইট স্টার লাইনগী মখাদা লৈবা জহাজ অযাম্বা খোঙচৎ লেপহল্লগা মদুগী কয়লাশিংদু টাইটানিক্তা হাপচিল্লকখি। খোঙচৎ লেপ্পা তাববা অপিকপা জহাজ নিউ যোর্ক অমসুং ফিলাদেলফিযাদা তোংগদবা যাত্রিকশিং টাইটানিক্তা তোংহনবা তাবকই। মসিদা অচৌবা ব্রাখোক অমা ওইনা শিল-লাংবদা চযেংনবা খোবকই। ব্রাখোক হায়ববু অতৈ জহাজশিংগী ফার্স্ট ক্লাসকী টিকেৎ করুকপশিংনি অতৈগী ফার্স্ট ক্লাস টিকেৎ মমলদগী টাইটানিক্কী সেকেন্দগী টিকেৎ মমলনা য়াম্বা হেল্লি। মবম অদুনা মখোযশিংদু সেকেন্দ ক্লাসদা তোংহনগদবগী হোৎনবকখ। অমবোমদা যাম্না হম্বা থাক্লি হাযবিবা টাইটানিক্কী থার্দ ক্লাসদা পীবিবা খুদোং চাবশিংদুগা অতৈগী ফার্স্ট ক্লাসতাদা পীবিবা ময়াম অদুগা যেংনরুবদা অব্রাৎপা অমত্তা লৈত্রবনি। অশিল-অবাং তৌবিবশিংদুনা যাম্না হৈ-শিংনা ব্রাখোক অদু লোইশিনখি।

মসিমক্তনা পুং ১২ তাবা নুমিৎ য়ুংবদা চৎকনি তৌরম্বদু মিনিট খরা থেংথরগা চৎপা তাখি।

যাত্রিকশিংগী চয়েংনবা নৈরিঙৈদা অতোপ্পা অমসু খোরকখি। মদুমক্তি হৱাইট স্টার লাইন কম্পানী মনুংগী ৱাখোক্লি। মতমদুদা টাইটানিক্কী মচে শকপী ওলিমপিক অতোপ্পা জহাজ ঐইচ. এম. এস. হোক্কা থেংজিন্নবদগী অশোকপা মফমদু শেমজিনবগী থবক কন্না চৎথরিবনি। ওলিমপিক সারভিস লেপ্লবনিনা মাগী চিফ ওফিসার ঐইচ, টি, ৱিলদে টাইটানিক্তা ট্রান্সফার তৌরকখি। অতৈ ওফিসার খরসু হোংদোক হোংজিন তৌরকই। খোঙচৎ অদু হৌরমদায় অয়ুক অদুদা তৌনখিবা থবক্লিনা য়াম্না অঙকপা ওইনা খোকখি। য়ুমশকৈশা নুমিৎকী অয়ুক অদুদা ক্রিউমেনগী মশীং ওফিসার, ইঞ্জিনিয়ার, সীমেন, ফায়ারমেন, ট্রিম্মর, অমসুং গ্রীজর পুন্না ৩৯৭ চৎপা তারকখি। অমরোমদা জহাজগী হোটেলশিংদু মপুং ফানা সেবা তৌবা ঙম্নবা সেবা তৌবা অমদি সেবা তৌবী পূজারী, শা শেম্বা মী, বেঙ্কদা থবক তৌবা মী, ঈশৈ তৌবা মী, লায়েংবগী থবক তৌগদবা মী, হোটেলগী সেবা তৌবা মী, পোৎ পুনবা মী, কেশিয়ার, হোটেলগী ফত্তবা শেংদোকপা মী অমদি খোঙ শংবা মী: অপুনবদা ৫১৮নি। টাইটানিক্কী খোঙচত্তা যাওখিবা থবক তৌবগী ইমপ্লোয়ী মশীং ৯১৫নি। নিউ য়োর্ক জহাজদা তোংবা যাত্রিক মশীংগা মান্নরবনি।

খোঙচৎ হৌরমদায় য়ৌরক্লবদা হৌনবী মতুং ইন্না সেকেন্দ ক্লাস অমসুং থার্দ ক্লাসদা কুম্মৈ উৎপা হৌরকই। যাত্রিকশিংগী পুক্নিং নুংঙাইনবা উৎপনি। উৎলিবা ময়ামদু উবদা "দ লন্দন স্টেন্দার্দ" খবরগী পাউমীদু অঙকপা পোকখি। পুং অমা চুপ্পা উৎপা কুম্মৈনি। জীম্নাস্টিক্তা হৈ শিংলবা জীম্নাস্ট অমনা মাগী তৌবা ঙম্বা শক্তি ময়াম পুখোক্লগা উৎপা হৌরকই। অতোপ্পা নাকল অমদা নুপী অমনা উৎ অশাবা অমা তোংলগা পীরামিটদা শান্নবগী নুংঙাইরবা কুম্মৈ উৎলি। অতোপ্পা নাকল অমগী কাচিন্দা নহা ওইরিবা নিপামচা অনীনা জর্মন সাইকল হায়না খঙনবদু য়াংনা খৌবগী তৌবা ঙম্বা শক্তি উৎলকই। অদুগা স্কুৱাস রেকৎ কোর্টদা আমেরিকা মচা অনীখক ফুনবগী অকিবা পোকহনবা কুম্মৈ অমা উৎলি। মখোয় অনীনা হায়রিবদিঃ ঐখোয়গী পুন্সিদি অরোইবা মিৎকুপ ফাওবা ফুনদুনা লৈগনি। অমরোমদা ঈশৈ তৌবা কাংবুনা বেন খোজাংলক্লি। নুংশি-নুংশিরবা ঈশৈ শক্লকই। শক্লিবা ঈশৈ অদু আমেরিকানশিংনা য়াম্না পামজবা ওস্কার স্ট্রাসগী "দ চোকোলেট সোলজর"দগী লৌখোরকপনি। ঈশৈদা ঙাওজবা মীওইশিংদি অতৈ কুম্মৈ অমমুক য়েংলুদ্রে। তান থারগা মখোয়সু শকপা য়াওশিল্লকখি।

## টাইটানিক লুপখিবা

যাত্রিক অমদি ভিজিটর কয়ানা জাহজদুগী কাচিন কোয়া থুংনা চৎলগা য়েংলি। কনা অমনা ইলেভেটরশিংদা কাখৎলুরি। কনা অমনা পোস্ট ওফিসকী মস্টরগা উন্নরগা চিঠি থাবগী য়ারী শান্নরি। কনা অমনা চাকশংদা চংদুনা থোং-থাক্কদবগী থৌরাং তৌরিবদু য়েংলি। লাক্লিবা খুদিংমক উনা শাবা মমল য়াম্নবা পোৎ খুদিংদা চাগদবগুম য়েংই। য়াম্লিবা ঝালোরশিংদা মখুৎনা পায়রগা মুন্না য়েংই। চাউরবা পিয়ানো মঙা থম্লিবদুগী মিংশেলগুম লংলবা মথক্তা শোক্লমদবা য়াওদে। পুম্নমক্কি উরগা কনা অমনা হায়ঃ মনুংদা লৈরিবা দুকান, শম ককফম, হোটেল পুম্নমক অসিগা মান্নবা ঐখোয়গী সহরদা লৈতে। কনা অমনা হায়ঃ ঐ ইদব্রার্দকী কোনুং অমুক্তা চংলুদ্রি। কোনুং-মনুংগী ফজবশিংদুনা মসিদগী কয়া যাম্না হেল্লমগনি। কনা অমনা হায়ঃ মসিদি অশেংবা কোনুংনি।

যাত্রিকশিংদু মাগী মাগী লগেজ পুরগা লাক্লরি। মখোযগী মায়থোংদা হবাউবগী মীনোক নোক্লি। ময়াম লাক্লিবদু ঙসাই অয়ুক্তগী থবায তানা য়েংলগা লৈবক্লিবা আলবর্ট কালদবেল কৌবী নুপীদুনা নিপা ময়ামদুগী মবক্তগী অমখক্তা হংই, "জহাজ অসিবু লুপ্পা নাইববোইদবনি হায়বির্বাসিবু অচুম্বা?"

নিপা অদুনা হায়রম্লি, "হোয় লেদী, অচুম্বমক্লি। লাই লাক্লবসু লুপহনবা ঙম্লরোই।"

যাত্রিক ময়াম লাক্লিবশিংবু য়েংশিনবগী থবক তৌরিবসি চিফ বোসন হায়না খঙনবা হি শেন্নবা আলফ্রেদ "বিগ নেক" নিকোলসগী লমজিং মখাদনি। য়াম্না চেকশিন্না য়েংলি। অমরোমদা মেবিন সুপরিন্টেন্দেন্টগী মথৌদি তোঙাল্লি। পোৎ চৈ ময়াম হাপচিনবা,থাংদোক থাংজিন অমদি মফম চানা থমফম শেম্বনা মাগী মথৌনি। শেলগী হিসাপ শুবগী থবক্লা হগ মেক ইলবোইগী মথৌনি। ফার্স্ট অমদি সেকেন্দ ক্লালকী হিসাপ শুফম ওফিস হাংই। হগ মেক ইলরোই ব্রাং চাউবা মশা মউ ফবা নিপানি। হিসাপ শুবগী হিরমদা মহাক মমিং চৎলিবনি। যাত্রিকশিংনা য়াম্না পামজবা মীনি। মহাক্লা নোকফেৎ তৌবগা মীপুম খুদিংগী পেননবা হোৎনবদুনি মীশিংনা পেঞ্জরিবসি। তশেংবমক যাত্রিকশিংগী পেননবা হোৎনবনা মখোয়গী মথৌনি।

নুমিৎ যুংবগী মতম য়ৌরক্লবদা জহাজগী বেলশিংদু খিংবা হৌরকই। বেল খিংলকপগী মখোন্দু তারকপদা কংফালদা লৈবিবা মীশিংনা হরাউ তয়াম্না বীদায় পীরকই। মখুত্তা পায়রিবা রুমালশিংদু হাইরকই। মদু হাইরকপদা জহাজ মথক্তা লৈরিবা যাত্রিকশিংগী মমিত্তা ঈথক ঈপোম নাইনা কারকপা অরংবা মশেক্লম উরকখি। মখোয়সু বীদায় পীরম্লি। হৌজিক টাইটানিক ঐ চৎপা হৌরবনি হায়বগী মতাগুম অহৌবা মখোলগা লোয়ননা

লেঙবা হৌরকই। চাউরবা সমুদ্রগী তিমীনা ওন্নকপগুম লেঙবা হৌরকপদা কারকপা ঈশিং ঈপোম্না মনাক্তা লৈবা জহাজ নিউ য়োর্কতা থেংলুরি। হৈশিংলবা কেপ্তেন স্মীটনা খুৎলৈ থুনা লৈথোকখিবদগী খুদোংথীগদবদগী কনবা ঙমখি। থৌদোক অদুবু উহৌবশিংনা হায়বদা নিউ য়োর্ক হায়রিবা জহাজদু সমুদ্রগী ঈপাক্তা হাইরগা য়াম্না রানা খাঙখি। ফুট মরিখক্তা ঙায়রবনি থেংজিনগদবা অদুবু টাইটানিক শম্না অমা ফাওবা লেংখিদে। থেংজিনগে তৌবা মতমদুদা জহাজ চিংথোক্লবা লৈরিবা টক ভুলকান কৌবদুগী কেপ্টেন গেল হায়বদু জ্ঞান মাঙখি। অদুবু হৈ শিংবা ঙাক্তুনিনা থেংজিন্নগে তৌবদগী য়াম্না ফজনা নাম্বোকপা ঙমখি। যাত্রিশিংগী থম্মোইদা নুংঙায়বা ফাওহনখি। ময়াম্না হায়নরিবদু চুম্লগনি খন্নখিঃ কল্লবা নোংলৈ নুংশিংনা টাইটানিক্না মায়োক্লবদা অকিবা পোকহনবা ঙম্লোই। মহাক্তি যুগ অসিগী অথোইবনি। মহাক্কী ফম্বাক্তা তোংবা ফংলবদি পোকপগী মহৈ য়াম্লবনি। মহাক্কুম্না নীংথীজবা জহাজ অমত্তা ঙসি ফাওবদা পৃথীদা লৈত্রি।

নিউ য়োর্ক হাযরিবা জহাজ অদু আমেরিকাগী থোইদোক হেন্দোক্লা ফজে হায়নবিবনি। শোক ১৮৮৮দা শাখির্বনি। টাইটানিক্না য়েংনরুবদা করিশু লৈতবা অমগুম খন্নখি।

মতাং অসিদা গোলদস্মীথগী রাফম অমা নীংশিংবা য়াই। গোলদস্মীথ ইংলেন্দগী কাউন্টি কেন্টগী মনুং চনবা স্ট্রুদ হায়বা মফমদুদা লৈবা চহী ৩৩ শুরবা মেছিনিস্ট অমনি। মাগী নুপীবু পোকপা হেনবী ব্রাউননা মখোয়না লৈরিবা আমেরিকাগী দেট্রোইটদা লৈমিন্নবা পাম্বদগী গোলদস্মীথ মাগী লোয়নবী অমদি মচাশিং পুরগা আমেরিকাদা লাকখি। অহানবা খোঙচৎ অসি চৎলমদাইদা থার্দ ক্লাসগী টিকেৎ ককপা মতমদা মহাক য়াম্না হৈনিংখিদে। নুপী অঙাং অমদি অতৈ মরুপ মপাংশিংগী মমাঙদা থার্দ ক্লাস তোংলগা চৎপা হায়বসি ইজৎ লৈতবা তাখি। মমাঙথক্তা জহাজ তোংলগা আমেরিকাদা মহাক কয়ারক চৎথ্রবনি। থার্দ ক্লাসদা ওইরিবা ফিবমদু মহাক মুম্না খঙই। মহাক্না ইকায়জরিবদু উবদা মরুপ মপাংশিংনদি হায়ঃ টাইটানিক হায়বসি মহৌশা নহাক্না তোংখিবা জহাজ মখলদু নত্তে। নহাক্না খঙদদুনা তৌবনি। মহাক্তি অঙকপা অমা ওইগদৌরিবনি।

অশেংবমক্সু অহানবা মহাক টাইটানিক হেক উবদা ঙকখি। থার্দ ক্লাস কম্পার্টমেন্ট চংলকপদা উরকই। তিক্লা শাবা মমল য়াম্লবা উপু কাংথোল ময়াম। ফক্লাংদা হক্লিবা লৈতেং ময়াম। চৎলু চৎলুবা মফম খুদিংদা শিনবা থুংনা খিল্লিবা নিংথীজরবা ময়ামদু উরকপদা হৌজিক্তি মহাক খঙলেঃ "টাইটানিক অঙকপা অমনি।" মহাক্না চৎপা খোঙচৎ অসিদা আলফ্রেদ রুশ কৌবা চহী ১৫গী অঙাং অমা লোয়নরকখি। হায়রিবা অঙাং অসি চার্লস

কৌবা অমগী মনাও নিপানি। চার্লস গোলদস্মীথনা লৈরুগদৌরিবা দেট্রোইটগী য়ুমদুগী হেক থংননা লৈবা মীনি। মহাক টাইটানিক্কী মরমদা মুন্না খঙই। মহাক্তা নত্তনা আমেরিকাদা লৈবশিংনা মখোয়গী মমিত্তা টাইটানিক উবা ফংদ্রবসু মাগী মতিক মগুন লোয়না খঙলম্রে। চার্লসনা গোলদস্মীথ আমেবিকাদা টাইটানিক তোংলগা লাক্কনি হায়বগী পাউ তাবদা মনাও নিপা বুশসু মদুদা তোংহন্নীংবদগী টিকেৎ কক্লবা পৈশা আমেরিকাদগী থারকখি। বুশ মমাগা লোয়ননা লন্দনদা লৈবনি। টাইটানিক তোংবা ফংলগনি খল্লুবদা মমা কায়নরগনি হায়বগী অৱাবা মতৌ অমত্তা উবা ফংখিদে। মরমদি ময়াম্বনা হায়রকই মদুদি টাইটানিক তোংবা ফংলবদি পোকপগী মহৈ য়াল্লবনি।

টাইটানিক খোঙশাল্লমদায় মতমদা ওফিসার হোংদোক হোজিন তৌবদা য়াওখিবা নিপা অমনা টাইটানিক্কী খোঙচত্তা য়াওবা ফংলরোই খনবদা য়াম্না নুংঙাইর্জখিদে। নীংবা য়াম্না কায়খি। হান্নদি খোঙচৎ অসিদা য়াওগদৌরি হায়না লৈরম্বনি। মাগী পেঞ্জদবা কয়াদু ময়ুমদা চিঠি ইরগা খঙহনখি। হার্যরিবা ওফিসার অসি টাইটানিক্কা সমুদ্রগী ঈরোন্নুংদা লুপখ্রবা মতুংদা য়াম্না মরু ওইরক্কদবা মীশক্কি। মহাক জহাজ অসিদা যাওরম্বা থোক্লবদি টাইটানিক লুপ্প্রমদবা য়াবম্বনি। মহাক অদুগী মমিং ব্রেয়ার কৌই। সেকেন্দ ওফিসারনি।

টাইটানিক্তা তোংলকখিবা যাত্রিকশিংদু তোঙান তোঙানবা লৈবাক ৪৪দগনি। তোঙান তোঙানবা জাতি ওইবনিনা মখোয়গী লোনসু তোঙাল্লি। ঙাঙনরিবা লোনশিংদু খঙনদবনা অয়াম্বনি। লৈবাকশিং অদুদিঃ আর্জেন্টিনা, আর্মেনিয়া, অস্ট্রেলিয়া, ওস্ট্রিয়া, বেলজিয়ম, বোসনিয়া, বুলগেরিয়া, কনাদা, চীনা, ক্রোসিয়া, কিউবা, দেনমার্ক, ইজিপ, ইংলেন্দ, ফিনলেন্দ, ফ্রান্স, জর্মনী, গ্রীস, হোংকোং, ইন্দিয়া, আয়ারলেন্দ, ইটালী, জপান, লেবানোন, লিথুৱানিয়া, মেক্সিকো, নেদর্লেন্দ, নোর্রে, পেরু, পোলেন্দ, পোর্টুগাল, রুসিয়া, স্কোটলেন্দ, স্লোভেনিয়া, খা আফ্রিকা, স্পেন, স্বেদেন, সুইজার্লেন্দ, সাইরিয়া, থাইলেন্দ, টর্কী, উরুগে, য়ু এস এ, অমসুং ৱেলসনি।

টাইটানিক্তা তোংলকখিবা যাত্রিক মশিং খ্বাইদগী য়াম্বা লৈবাক্তি আমেরিকানি। ফার্স্ট ক্লাসতা মী ২১১, সেকেন্দ ক্লাসতা ৫১ অমদি থার্দ ক্লাসতা ১০৮ পুম্না যাত্রিক ৩৭০ তোংলকখি। মখোয়শিং অসিগী মনুংদা লম কোয়রুরগা হল্লকপা, আমেরিকাদা লৈরবসু মখোয় মখোয়গী হৌরকফম লৈবাক্তা চৎলুরগা হল্লকপা ঙাক্তনি। মথংদা ইংলেন্দনি। ফার্স্ট ক্লাসতা ৩০, সেকেন্দ ক্লাসতা ১৫০ অমদি থার্দ ক্লাসতা ১৩৪ তোংলকখি। পুন্না যাত্রিক ৩২০নি।

# যাত্রিকশিংগী মরমদা খর

টাইটানিক্কী অহানবা সমুদ্রগী খোঙচৎ অসিদা য়াম্না মরু ওইবা পৃথ্নীগী ইনাক খুনবা অমদি তোঙান তোঙানবা হিরমদা ফাউরবা মীওই কয়া ফার্স্ট ক্লাস যাত্রিক ওইনা য়াওরক্লি। ইনাক খুনবা তরারোম য়াওরকখিবশিংগী মনুংদা জোন জেকোব এস্টোর, বেঞ্জামিন গুগেনহেইম, চার্লস এম, হেজ অমদি নুপী মরক্তা অখোইবী কোলোরেদোদা লৈবা দেনভেরগী জে, জে, ব্রাউন্দ ময়াম্না "মোল্লী ব্রাউন্দ" হায়না খঙনবী অসিনচিংবনি। মখোয়শিংদুগী চাদিং ময়াম য়াওদনা অপুনবা পাউন্দ ৩০০,০০০,০০০ গী মপু ওইরিবনি।

এস্টোর আমেরিকাগী খ্বায়দগী পৈশা পায়বশিংগী মনুংদা অমনি। মহাক মরিশুবা জোন জেকোব এস্টোর হায়রগা খঙনৈ। মহাক্কী মপা মপু পুন্নমক জোন জেকোব এস্টোর হায়রগা খঙনৈ। হৌজিক্কী মতমগী দোল্লরদা পাখোক্লবদি মাগী লন অসি বিল্লিয়ন ১১৯.২নি। মহাক্কী মপা মপু য়াম্না লায়রবা ইমুং ওইনা আমেরিকাদা শোক ১৭৮৩দা লাকখিবনি। মখোয় স্কুব্রাবিয়াম্নী। শা মতু মোন মোন লাওবা মখলগী করবার তৌবদগী কান্নবা ফংদুনা নিউ য়োর্কতা লৈখি। ২০শুবা শতাব্দী চংলকপদা অঙকপা ফংলবা লনগী মপু ওইরকখি। মহাক থা খরগী মমাঙদা মশাগী চহী ৪৬ শুবদা চহী ১৮খক্তা ঙাইরিবী মাদেলাইন ফোর্স কৌবী অমাগা লুহোংখি। মতৈ-মনাও লুহোংলবা মতুংদা ইজিপ অমদি ফ্রান্স কোয়রুরগা টাইটানিক তোংলগা আমেরিকাদা হল্লকখিবনি। মতমদুদা মাদেলাইন মীরোল্লবীনি। থা মরি মীরৈবাক্তা লৈরুরগা মখোয়না আমেরিকাদা লাক্লিবসি পোক্কদৌরিবা অঙাং অদু ময়ুমদা পোকপা পাম্বগীনি। মহাক পৈশা পায়বদা নত্তনা লাইরিক ইবা মী অমসুনি। পোৎ অনৌবা পুখোকপা মী অমা ওইনা সাইকল ব্রেক মহাক্না পুখোকখি।

বেঞ্জামিন গুগেনহেইম কৌবা নিপা অমসু টাইটানিক্কী অহানবা সমুদ্রগী খোঙচৎ অসিদা য়াউরক্লি। হায়রিবা নিপা অসিসু ফার্স্ট ক্লাসদা তোংলকখিবশিংগী মনুংদা মশক নাইরবা মী অমনি। এস্টোরগুম্না মহাক্কী নুপী অহল কায়নরগা মাদেলাইন লুহোংখিবদু মহাক পামদে। নুপীশিংবু য়াম্না ইকায় খুম্নবা পামই। সিভিল ৱারগী মমাঙদা আমেরিকাদা লাকখিবনি। মহাক স্বিজনি। মেয়ের গুগেনহেইমনা পোকচপা মচা ৭কী মনুংদা মহাক্না ৫ শুবনি।

## টাইটানিক লুপখিবা

মখোয়গী শিনফমদি স্মেলটিংনি। আমেরিকাদা স্মেলটিং ইন্দস্ট্রি লিংদুনা শেন তানবা হৌবকখি। রা ভাঙবদা য়াম্না তপ্পা, মপুকচেল্লু হায়নঙাই লৈতনা ফজবা মীনি। অদুবু তৌগে নীংখিবা থবক পাংথোক্তনা তোকখিদবা য়োংকী উইল চেনবা নিপা অমনি। মহাক মাগী লোয়নবীগা পেরিসদা মতম খরা লৈবল্লগা হল্লকপদা টাইটানিক তোংলকখিবনি।

চার্লেস হেজ কৌবা নিপা অমা টাইটানিক্কী খোঙচত্তা য়াওবকখি। মহাক গ্রান্দ ত্রঙ্ক রেলরেগী প্রসিদেন্টনি। কনাদিযান মচানি। মহাক্না পান্নিবসি কনাডাগা লোন্নবা লমদমদা অমদি অরাংথংবা মিদরেস্ট স্টেটশিংদা হায়বদি গ্রেদ লেক্সগী অকোয়বদা গ্রান্দ ত্রঙ্ক শেমগৎপনি। মহাক্না লাক্লিবসি মহাক্কী পোক্লফম কনাদাদা গ্রান্দ ত্রঙ্কনা মপু ওইবা হোটেলশিং লিংনবগীদমক্নি।

মোল্লী ব্রাউন নুপী মবক্তা অথোইবীনি। লৈবাক্কী সেবাদা মথল্লায কৎলগে খনবা মী অমনি। মাগী অনীংবা থবক পায়খৎপদা মপুবোইবগী মতেং কয়া ফংদে হায়বগীদমক কাযনবা ঙমই, বাজনিতি তৌবা মশানদি পাক্তবনিনা মাগী পামজবা লম্বীদা চৎখ্রগে হায়বদা মপুবোইবা জেমস জোসেফ ব্রাউননা হবাওনা যাখিবদা অঙকপা পোক্লখিদে। পুকচেল চাউবগী মতৌনি হায়না খন্নখি। এস্টোবনা মাগী নুপী অহল এভা রিল্লিং খাযনবগা মদেলাইন ফোর্স নৌনা লুহোংবা মতমদা মীযাম্না যানিংদবগী মতৌ উৎখি। অদুবু মোল্লী ব্রাউন মাগী যানিংবগী অপাম্বা ফোংদোকখি লাইবক তিন্নবুবা হায়বদুনি মহাক্না ইজিপ অমসু পেরিস চৎপদা এস্টোবগা খোঙবু ওইখি। হল্লকপদসু পুন্না টাইটানিক তোংলগা আমেরিকা পাংলকখিবনি।

আইসিদোর স্ট্রাউস অমদি মহাক্কী লোযনবী আইদা স্ট্রাউস টাইটানিক্কী খোঙচৎ অসিদা যাওবক্লি। চহী ৬০ শুববা ঙাক্তনি। মখোযগী মপা মপুদু জমনদগী হৌবকখিবনি। জিউনি অহল ওইববা ফাওবদা মিৎকুপ অমত্তা থাদোক্লদনা নংশিনা লৈমিন্নবা পাম্বা অহল ঙাক্তনি। আইসিদোর কংগ্রেসমেননি অদুগা আমেরিকাগী প্রসিদেন্টগী এদভাইজর ওইরম্বা মশক নাইবগা নিপানি। মেসিগী মপুনি। মতৈ-মনাও অনীসি ফ্রেঞ্চ রিভিবদা ছুটিগী মতম লেল্লুবগা আমেরিকাদা হল্লকখিবনি।

জোন বি, থায়েব কৌবা পেনসীলভানিযা রেলরোদগী প্রসিদেন্ট ওইবা নিপা অমসু খোঙচৎ অসিদা যাওবক্লি। মহাক্না লোযননা লাকমিন্নবিবসি মাগী লোযনবী অমদি মচা জেকনি। মখোযনা লাকপসিদা ফিলাদেলফিযাগী স্টীল মেগ্নেট আর্থর বিযাবসন য়াওবকই। আর্থবনা লাকপসিদা মাগী ইমিলী অমদি মখোযগী খাইদগী পীক্লিবা মচা অহম সুসান, ইমেলী অমসুং জোন লোযনবক্লি। আর্থবগী ইমুং-মনুংগী খোঙচৎ অসিদা কাওবা ঙম্লবোইদবা রাবী অমা লোযনবকখি। মাগী নুপী ইমিলীগী মতেং পাংবী ভিক্তোবিন কৌবী

অদুসু য়াওরকই। ভিক্তোরিন মাগী তোঙানবা হৈ-শিংবগী মগুন অমা লৈ। ইমুং অসিনা লাকপসিদা মখোয় ময়ামগী পোৎ-চৈ হাপনবা ত্রঙ্ক ১৬ পুরকখি। যাত্রিক পুম্নমক্তগী ত্রঙ্ক মশীং য়াম্না পুরকপগীদমক মমিং চৎখি। ত্রঙ্ক ময়াম অসিগী পোৎ-চৈ হাপ্লদা কনা অমত্তা য়াওখিদে। ভিক্তোরিন মথন্তনা হোৎনখিবনি। ইমুং অসিনা লাকখিবসি হান্না চৎকনি হায়বগী খৌরাং তৌখিবা লৈখিদে। মখোয়গী মচা নিপা অহল আর্থর জুনিয়ায় ফিলাদেলফিয়াগী মনাক্তা গারী এক্সিদেন্ট খোকপদা খঙহৌদনা শিখি। মদুগী পাউ হেক ফংবগা খুদক্তা চৎনবগীদমক য়ুরোপকী টুর তেনশিল্লগা লাকখিবনি।

কোলনল ৱাশিংটোন আগস্টস রোয়েব্লিং কৌবা নিপা অমসু খোঙচৎ অসিদা য়াওরক্লি। রোয়েব্লিং আমেরিকান সিভিল ৱার মতমদগী ইউ. এস, আর্মী কোর্পস ইঞ্জিনিয়ারিংদা য়াওরক্লবা মীনি। মহাক হৌজিক মপান' লিংখৎলম্বা ইঞ্জিনিয়ারিং অমসুং স্টীল ফার্ম জোন এ. রোয়েব্লি'স সন্সগী প্রসিদেন্ট অমসুং দিরেক্তর ওইরিবনি। রোয়েব্লিংবু লৈবাক্লা শকখঙনরিবসি মপানা শাবা হৌরম্লবা ব্রুকলীন থোং লোইশিনবা ঙম্বগীনি। মহাক মখা তানা য়ুরোপ্তা থোং শাবগী খ্বায়দগী নৌবা মখলগী ইঞ্জিনিয়ারিং তম্লিবনি। ছুটিগী ফংবদগী ময়ুমদা হল্লকপনি। টাইটনিক্কী খোঙচৎ অসিদা অনৌবা ৱাখল ময়াম অমা পুরক্লগা লাক্লি।

আমেরিকাগী থীয়েটরগী লমদা শক্লাইরবা ফাউরবা প্রোদুসর হেনরী বি, হেরিজ মাগী লোয়নবী রেনী পুরগা খোঙচৎ অসিদা য়াওরক্লি। ইংলেন্দদা বৃটিশগী অনৌবা প্রদকসনশিং ফংনবা কন্না হোৎনরিবা মতম্লি। মদু ফংলবদি মহাক মায় পাকপা ওইগদৌরিবনি। হেনরী নিউ য়োর্ক, চিকাগো অমসুং ফিলাদেলফিয়াদা লৈবা থীয়েটর ৬কী মপু ওইরি। হেরিজনা চহী খরসিদা লিলী লেংট্রী, পেটর দাইলে, অমদি রোবার্ট ইদেসন্নচিংবা এক্টর কয়া ইন্টর্নেসনেলগী থাক্তা পুখৎলকখি। মদুগীদমক মীয়াম্না মহাকপু শক্ল-শোন্নরিবনি।

আমেরিকাগী প্রসিদেন্ট ৱিল্লিয়ম হোৱার্দ টাফগী মিলিটরি আইদ ওইরিবা মশক নাইরবা মিলিটরী ওফিসার মেজোর আর্চিবোলদ বট খোঙচৎ অসিদা য়াওরক্লি। ইটালি কোয়রুবদগী ৱাশিংটন পাংলকপনি। মহাক অসি খ্বায়দগী ৱাংবগীসু অমদি খ্বায়দগী তোল্লবশিংগীসু মরুপনি হায়না খঙনরিবা পুকচেল চাউরবা মীশক্লি। মহাক লাইরিক্সু ই। মহাক্না টাইটানিক তোংলমদাইদা ইরম্লিঃ "অমনবা জহাজ তোংলবদি খুদোংথীবা কয়া থেংনবা তাবনি।" মহাক্কী খোঙচৎ অসিদা মাগী নুংশিল্লবা মরুপ ফ্রাঙ্ক মিল্লেট লোয়নরক্লি। মিল্লেট অচম্বা মী নত্তে। আমেরিকাগী সিভিল ৱার, স্পেনিশ আরেরিকান ৱার

অমদি মুসো টরকিশ বারনচিংবদা থৌনা উৎপ্রবা মীশক্লি। দ্রমর বোয় হায়রগা খণ্ডনখিবা তৌবা ওম্বা নিপানি। মহাক লাই য়েকপদসু মপা লৈতনা হৈ। "ব্লান্দরিং খোটস", "এট দি ইন", "বীটবিন টু ফইয়ারস" মাগী মমিং লৈরবা অয়েকপা লাইশিংনি। মহাক্কী লাইশিং অসি আটলান্টিক মহাসাগরগী বাংমদা লৈবা লৈবাকশিংগী য়ুমগী ফক্লাংদা থেৎপা উবা ফংগনি।

কোলনল আর্বোলদ গ্রেসি কৌবা আমেরিকান ওফিসার অমসু খোঙচৎ অসিদা য়াওরক্লি। মহাক মশামক আর্মী অমা ওইনা মিলিটরীগী মরী লৈনবা ইটিহাস ইবা মীশক্লি। "দ ট্রুথ অবাউথ চিকামৌগা" কৌবা সিভিল বারগা মরী লৈনবা লাইরিক অমা ইখি।

টাইটানিক্তা তোংলকখিবা মীয়াম্না শকখণ্ডনরবা অয়াম্বা আমেরিকান মচাশিংনি। ইংলিশ মচা অফাওবা মীওই কয়াসু খোঙচৎ অসিদা য়াওরক্লি। মখোয়শিংদুগী মনুংদা হেনরী ফোর্বেজ জুলিয়ানগী মমীং পনবা য়াই। মহাক মীয়াম্না মশক খণ্ডনরবা মেটেল্লরজিস্ট অমনি। শুংদোক্লিবা য়োৎতগী মমল য়াম্লবা য়োৎ পুথোকপা ওম্বগীদমক মহাক ফাওরিবনি। মহাক চেলসীগী খৃস্টোফর হেদ ওইবতা নত্তনা ময়োরসু ওইরম্মী। লন্দনগী লোইটসগী মেম্বরনি।

খোঙচৎ অদুদা য়াওরকখিবা ইংলিশ মচাশিংগী মনুংদা বিল্লিয়ম টি, স্টীদগী মমিং পনবা য়াই। মহাক্কী মমিং তাদবা, খণ্ডবা মী মতমদুদা লৈরম্লোই। মহাক্কী মরমদা জিওফ্রে মার্কুনা হায়ঃ "মহাক তংখায় অমনা মাইবা শাবা তংখায় অমনা লাইপোক ওইবা মীনি।" বারবরা টুচমেন্না হায়ঃ "স্টীদ হায়বা নিপা অসিদি অরাবা তারবশিংগীদমক পোকপীরক্লবনি। মহাক্কী থৌনা লিংজেল লোইবা খম্বা নাইদে।" মহাক শোক ১৮৮০দা স্টীদ পাল মাল গেজেটগী ইদিটর ওইখি। মহাক্না সাইবরিয়ান লেবর কেম্পগী অরা-অনা তারবশিংগীদমক হনবা লৈতনা থেংনখি। বালকানগী লান্দা বুলগারিয়ানশিং ওৎ নৈবগী মাইয়োক্তা ইচং থৌনা থেংনখি। কোঙোদা মীনাইশিংগী রাখোক্তা মহাক ভুমিন্না লৈখিদে। "দ মাইদেন ট্রিবুট ওফ মোর্দন বেবীলোন" কৌবা লাইরিক অমা ফোংখি। রিভী ওফ রিভীজ কৌবা থা থাগী ওইবা চেফোং অমা শোক ১৮৯০দা মহাক্না পুথোকখি। ট্রুথ কৌবা চেফোংদা অহানবা মহাক্কী মরমদা ইরকখিঃ "মহাক নোংমা অফাওবা মী শোয়দনা ওইরকপা য়াই।" মতুংদা চেফোং অদুনা মখা তানা ইরকখিঃ "ময়ামদগী থোয়দোক হেন্দোকপা গুন অমা মঙোন্দা চেল্লি।" মহাক্না টাইটানিক্কী খোঙচতা য়াওরক্লিবসি মশাগী চহী ৬৪ শুরবনি। অহল ওইরবনি

অদুবু থৌনা লীংজেল হনবা লৈতে। আমেরিকাগী প্রসিদেন্ট টাফনা বার্তন তৌবদগী নিউ য়োর্কতা লাক্লিবনি। মফমদুদা এপ্রিল ২১, ১৯১২দা পাংথোক্কদৌরিবা ইন্টর্নেসনেল পীচ কনফরেন্সতা রা ভাঙনবগীদমক বার্তন তৌরকখি। মহাক মতম অমা জার আলেকজেন্দর অহমশুবা, সেসিল রোদস, এদিএম, জোন এ, ''জেকি'' ফিশর অমসুং সেলভেসন আর্মীগী ৱিল্লয়ম বূথ উন্নদুনা শান্তিগী ৱারী কয়া শান্নখ্রবনি।

মরু ওইবা মীওই কয়াসু সেকেন্দ ক্লাসদা তোংলক্লি। মখোয়শিংদুগী মনুংদা এল্লেন বেকর কৌবী নুপী অমা য়াওরকই। মহাক্না লাকপসিদা মচা অহুম বুথ, মেরিয়ন অমসুং রিচার্দ লোয়নরকখি। মপুরোইবা য়াওরকখিদে। বুথ চহী ১২দা ভাইরিবী মবেপ্না ভস্বী মশক মতৌ চঙখোনবী নুপীমচানি। মহাক জহাজগী খোঙচৎতা কয়া কিগন্দে। মখোয় থাপ্লবা ইন্দিয়াদগী লাক্লিবনি। এল্লেন অমসুং নেল্লী বেকর মতৈ-মনাও ইন্দিয়া মিশানারীগী থবক তৌরিবনি। মখোয়গী মচা অহুমক মফমদুদা পোকখি। মেরিয়ন চহী মখি মপুং ফারক্লে। রিচার্দ প্লা ২০খক্তা ভাইরিবা অমত্তা ভাইজবা মচানিপানি। লাইবক থীবা হায়বদুনি রিচার্দ পোকপনা ফিবম চাদনা পোক্লকখি। মশা অনাবা মাল্লি। ইন্দিয়া য়াম্না শাবা লৈথাক্লি, ইন্দিয়গী হৱা নুংশিৎ মরক্তা লৈরবদি অঙাংদু হিংগনি থাজনবদগী মিচিগানগী বেন্টোন হববদা লৈবা য়ুমদা লাকপনি। আমেরিকা মখোয়গী হৌনকফম্নি অাংঙু অঙাংশিংদদি মীবৈবাক্তা মান্নরবনি।

থোমাস বিল্লিয়ম ব্রাউন অমসুং মাগী লোয়নবী ইলিজাবেদ অদুগা চহী ১৫দা ভায়রিবা মচানুপী ইদিথ মখোয় অহুমসু সেকেন্দ ক্লাসতা লাক্লি মখোয় ফাস্ট ক্লাসগী টিকেৎ হংদবদগী সেকেন্দ ক্লাসদা তোংলকখিবনি। সাউথ আফ্রিকাদা লম চাউনা কোনশিনবা অমদি সল্লোন-ঈতিক তৌবা মহাজোন্নি।

সল্লোন-ঈতিক্তা মবায় চায়থরকপদগী ৱাশিংটনগী সীটলদা লেগদবগী কেপটাউন থাদোক্লম্লগা লাক্লখিবনি।

থার্দ ক্লাসদা তোংলকখিবা এয়াম্বা মীবৈবাক মচানা অয়াম্বনি। তোঙান-তোঙানবা লৈবাক্তগী লাকপা যাত্রিক ভাক্তনিনা চেকশিন্দবা য়াদে। মরমদি মতম অদুদা য়াম্না লৌনগনবা মীৎকী লাযনা ট্রাচোমা হায়বদু কম্না শন্দোরকখি। থার্দ ক্লাসদা তোংলিবশিংগী মরক্তা লাযনা অসিনা নাবা মী য়াওরমগন্না চাংনবদগী টাইটানিক্কী চিফ সরজন দা: ই. দবলিউ. এন, ও'লবলিননা লুচিংবা মেদিকেল টিম অমনা চেক তৌরগা জহাজ মনুংদা চংহনখি। মসি তৌবমদ্রবদি যাত্রিক খুদিংমক অৱাবা ভাহল্লমগনি। ও'লবলিন আইরিশ কেথোলিক অমনি। মহাক্না লোয়নবা থবক তৌমিন্নরিবা

পুরসর মেকইলরোই হায়বদু মতম শাংনা অহানবদা ওসীনিক্তা থবক তৌরম্বদগী বালটিক্তা তৌই। মথংদা বালটিক. এড্রিয়াটিক, ওলিমপিক্তা তৌরম্মী।

টাইটানিক্কী অহানবা খোঙচৎ অসিদা য়াউগনি তৌরম্বা জে ই মোর্গান নুমিৎ থরনিগী মমাংদগী লোক লায়হৌ কন্না তৌরকখি। অহল ওইশিল্লকপনা মরম ওইদুনা লায়হৌ তৌরকপদা পাঙাল য়াম্না শোম্বখিরম্মী। চৎকদৌরিবসিনা শাংলবা ঈশিং লম্বী ওইবনা অঈংবদু কিবদগী চৎখিদবনি।

জেক বিন কৌবা নিপা অমসু য়াউরকখিদে। জেক মমিং চৎপা ৱায়ারলেস ওপরেটরনি। পৃথীদা মমিং লৈরবা মতমদুগী অফাউবা ওপরেটবনি। শোক ১৯০৬গী লৈচিন য়াম্না থাবা নুমিৎ অমদা হৱাইট স্টার লাইনগী রিপাব্লিক জহাজগা ফ্লোরিদা হায়রিবা অপীকপা জহাজ অমগা থেংজিন্নবগী থৌদোক অমা লৈখি। মতমদুদা মহাক রিপাব্লিক্তা ৱায়াবলেস ওপরেটর ওইরি। মহাক্কী হৈশিংবদু উৎখি। মিনিট থরগী মনুংদা অতৈ জহাজগা পাউ ফাউনবা ঙমখিবদগী খুদোংথীরবা যাত্রিকশিং অন্নাবা তাহনখিদে। জহাজ অদু ঈরোন্নুংদা লুপখ্রবসু মদুদা তোংলকখিবা যাত্রিকশিং অমদি ক্রিউশিং কনবা ঙমখি। শাথীরবা থৌদোক অদুদা মী মরিথক শিখি। মখোয়শিংদু জহাজগা থেংজিন্নবদা শাথীনা শোকপদগী কনবা ঙমদদুনা শিখিবনি। যাত্রিকশিংদুবু কন্নবগী থৌরাং অদু মহাক্না পাউ খুদক্তা পীবদগী মী কন্নবা হি মতম চানা য়ৌহল্লকপা ঙমখি। মহাক্কী হৈশিংবা উৎখি। মসিদনি মীয়াম্না মাবু থাগৎনরিবসি। থৌদোক অদুগী মতুংদা এড্রিয়াটিক জহাজদা কেপ্টেন স্মীথকী মখাদা চহী ২ থবক তৌরকখি। হন্দক্কী টাইটানিক্কী খোঙচৎ অসিদা মহাক য়াম্না চৎনিংখি অদুবু মঙোন্দা চৎনবগী অয়াবা পীরকপা চে ঙাইবা ঙমদবদগী এপ্রিল ৬তা মিন্নেসোট কৌবা জহাজদা চৎপা য়াউখি। মহাক্না এপ্রিল ১০ ফাউবা ঙায়রম্লগদি টাইটানিক্তা চৎলমগনি।

# খোঙচং হৌবগী নুংঙাইবা

নুমিৎ য়ুংলমদাইনি। ট্রিনিটি হাউসগী পাইলোট জর্জ বোয়ার বোর্দদা লাক্লগা জহাজগী মমাঙথংবা মাস্টলদা পাইলোটগী ফিবাল পায়হল্লকই। বোয়ার চহী নিফুরোম নেপোলিওনিক ৱার মতমদগী হৌনা সাউথ্যামটোন হিথাংফমদা পাইলোট ওইনা থবক তৌরক্লবা মীনি। জহাজদু খোঙ্জেল হৌন-হৌন খোঙলকখি। মসিনা য়েংবা লাক্লিবা মীয়াম অমদি যাত্রিকশিংদা ঐ চৎপা হৌরগনি হায়বগী পাউজেল পীবক্লিবনি। নুমিৎ চপ চানা য়ুংবা মতমদা জর্জ বোয়ারনা লাউরকইঃ জহাজ চিংথোক্লম্বা হি মচাশিংদু থুনা চৎখ্রো।

পাইলোট বোয়ারনা জহাজগী ওফিসারশিংনা তৌবিবদু য়েংশিল্লকই। চীফ ওফিসার ৱাইদেনা জহাজ থাংনবগী যোৎলীং শেন্নরিবশিংগী মকোক্লি। অনীশুবা ওফিসাব লাইটোল্লরনা মাগী মতেং পাংল্লি। অহানবা ওফিসাব মুর্দোক্লা জহাজগী মতুংথংবা ফম্পাক্কী দেকদা লৈবা ব্রিজগী য়োৎলীং শেন্নবশিংগী ইন-চার্জনি। অহমশুবা ওফিসার পিটমেন্না মতেং পাংই। মুর্দোক্কী নাকলদা মরীশুবা ওফিসাব বোক্সহোলনা ইঞ্জিন লৈবিবা কাদা পাউ পীরগা জহাজগী মায়োন ওন্নবা লৈরিবা কোগদা রিকোর্দিং তৌহনগনি। ব্রিজদা পাইলোট বোয়ারগা মঙাশুবা ওফিসাব লোৱেগা লৈমিন্নবি। তরুকশুবা ওফিসার মুদীনা অরোইবা পেংৱে লৌথোকপগী থবক যেংশিল্লি। পেংৱে অদু হেক হাংদোকখিবগা বোয়ারনা য়াম্না হৌনা লাউরকইঃ "নখোয়গী থৌরিশিংদু থাদোক্রো।" "নহাক্কী অচৌবা থৌরিদু।" "তুংগী স্প্রিংদু।" "তুংলোমদা থৌরিদু চিংউ!" "নহাক্কী মাংগী স্প্রিংদু থাদোক্রো।" হৌজিক হি মচা তগশিংদুনা জহাজদু দোক্তগী চিংথোরক্রে। টাইটানিক লেঙবা হৌরক্লবদা যাত্রিকশিং অমদি দোক্কী অকোয়বদা য়েংলিবা মীয়াম হরাউবগী খোল্লাও লাউরকখি। বোয়ারনা হি মচাশিংদু লাপ্না হোন্দোখিনবা লাউর-লাউরগা জহাজদু রিভর টেস্টদা তপ্ন তপ্ন চংশিলকখি।

ফার্স্ট ক্লাস চাক চাফম চাউরবা হোলদা ঈশৈ শকপা ওবচেস্ট্রা কাংবুনা "দ চোকোলেট সোলজর" শক্লক্লি। মতমদুদা পাইলোট বোয়ারনা নোট ৬কী চাংদা থৌদুনা চেনেল পাংলকই। মহাক্লা চেনেলদা চংশিল্লকপা মতমদা আমেরিকান লাইনর নিউ য়োর্ক্কা থেংজিন্নগে তৌই। অমরোমদা হৱাইট স্টার লাইনগী ওসীনিক লৈরিবনি। হৈ-শিংলবা টাইটানিক্কী ক্রিউশিংনা খুৎলৈ থুনা লিখ্যোরকখি। কেপ্তেন স্মীটগী হৈ-শিংবা উৎলকই। জহাজ অহমদু অশোক

অপন নংহনখিদে। অদুমকপু যাত্রিকশিংগী পুক্লিংদা মীপায়বা অমদি পোক্লখি। রেন্স হেরিজ কৌবী আমেরিকান থীয়েট্রিকেলগী প্রোদুসরগী নুপীদুনা মহাক্কী মনাক্তা লেপ্লিবা নিপা অমদা হংলকই, "নীংশা থীবা পোক্তবরা?"

"করিগী পোক্তনি। মসি অফবা খুদম নত্তে। ঐখোয় চৎপা তারবনিনা চের্বোর্গতা শোয়দনা থুংলগনি। অদুবু মতুংদা ঐ করি তৌশিগে খল্লিবনি।"

হেরিজ মোমোন নোক্লকই। মপুক্লিংদা থাজবা অমদি অদুম মরৈরিঃ টাইটানিক লুপ্পা নাইররোইদবা জহাজনি।

হেবিজ মহাক্কা ব্রারী শান্নখিবা নিপাদু অমুক হন্না বোর্দদা উবা ফংখিদ্রে। মপুক্লিংদা খল্লিঃ মহাক্না হৌজিক হায়রম্লিবদুগী অর্থ করিনো?

অবোইবা ওইনা টাইটানিক দোক থাদোক্লম্লগা সাউথামটোন ব্রাটররোমদা হাফ সম্পীদদা থোরকই। খিন্নদনা কালশোট স্পিট য়োরকই। থ্রোন চেনেল য়োশিল্লকপদদি খংথেক থেক্কদৌরবনিনা মহাক তপথরকই। মিনিট খবগী মনুংদদি য়েংলোমদা লৈশিল্লগা রেস্ট ব্রাম্বল বোই য়োবক্লগনি। মদুদগীদি কাউস রোদস, স্পিথেট, অদুগা নাব লাম্ভোক্লগা মপান নাইদ্রবা সমুদ্র ঈপাক তাগদৌরিবনি। টাইটানিক্লা রেস্ট কাউসদা লৈবা বোয়েল য়াটস স্কাদ্রোন লাম্ভোবকপদা মীয়াম অমনা হরাওনা টাইটানিক লাকপা য়েংগদবগী ঙাইদুনা লৈরি। মীয়াম লৈরিবদু যাত্রিকশিং অমদি ক্রিউশিংনা উরকই।

সোলেন্ট বোদসদা অপিকপা হি অমা তোংলগা ফ্রাঙ্ক বেকেন কৌবা ফার্মাসিস্টগী থবক্সু তৌবা ফোটোগ্রাফর অদুনা টাইটানিক্কী ফোটো লৌগদবগী জহাজদু লাম্ভোরকপা ঙাইরি। পৃথ্বীগী মনুংদা খ্বাইদগী চাউরবা জহাজ অসিগী ফোটো লৌহৌবা হায়বসি মাগী তৌদবা য়াদবা মথৌনি। মসিদা মহাক্লা লৌখিবা ফোটোশিং অসি টাইটানিক্কী ওইনদি যাম্না মরু ওইখি। মসিনা মতম চুপ্লগী ওইনা নীংশিংদুনা লৈবগদবা ফোটোশিংনি। কেপ্টেন স্মীথনা নহা ওইবিবা বেকেন য়াম্না মুন্না মশক খঙই। মবমদি মমাঙগী হৌখিবা খোঙচৎ কযাদা সোলেন্ট রোদসদা হেক থুংলবগা মহাক ফোটো নমগদবগী ঙাইরগা লৈরমগনি। অনৌবা জহাজ অমবু লাক্লবদি মখোযশিংদুগী ফোটো মহাক্লা নমখিবা ঙাক্তনি। মহাক্কী মতৌ উবদা স্মীথনা মোমোন নোক্লকখি। মহাক্লা মোমোন নোক্লগা য়েংলকখিবদু বেকেন উহৌই। ঙসি উখিবা মোমোন মীৎনোক্তুনা অরোইবনি হায়বা কনানা খঙবা ঙমগনি। বেকেননা স্মীথগী অরোইবা মীৎনোক্তু পুম্নিগী কাউবা ঙমখিদে।

হৌজিক টাইটানিক স্পিথেট তুংওইনরম্লে। রাদ লাম্ভোরক্লে। লোইদসগী লাইটসীপ, সেলী বিল, নাব লাইটসীপ পুম্নমক লাম্ভোক্লগা ইংলিশ চেনেল চংশিনখিদুনা হাংলবা সমুদ্রগী ঈপাক্তা খোঙজেল য়াঙনা চেনবা হৌখ্রে।

## টাইটানিক লুপখিৱা

মাইল মরিফু লাপ্পা লৈরিবা ফ্রান্সগী চের্বোর্গ য়োদ্রিবা ফাওৰদি মহাক পোল্খ্যাদনা চৎখ্রগনি।

হৌজিক ক্রিউশিংদু দি দেকদা লৈরগা মাগী মাগী মথৌ তৌরি। মাউট স্লোকোম্বে কৌবা মাইবা ওইরগা মীগী মশা নোইরনা সেবা তৌবা নিপাদু বীয়ার লিক্লি-অম্মা স্নাৎপদগী মশীং থীবদা নত্রগা থবক শুবাশিংনা টর্কিশ ঈরুজমদা চারম্বা সেন্দরিচ অরেম্বদু লোইশিনবদা মথৌ চিঙ্গি। জর্জ সাইমোনস কৌবা জহাজগী মীং-না শিংনা য়েংবদা য়াওবা নিপা অমনা সেকেন্দ ওফিসার লাইটোল্লরগী মনাক্তা অরুবা রাফম অমা লৈবগী মওংদা চংশিল্লকই।

''সাইমোন, করি তৌরে?''

''সার, ক্রোস নেস্টদা য়েংনবা গ্লাস য়াওবা উদে।'' মহাক্না গ্লাস হায়রিবসি বাইনোকুলরবুনি।

''ফরে, ঐ মুন্না অমুক্তা য়েংলুখিগে,'' লাইটোল্লর অসি হায়রম্লগা বাইনোকুলরদু কদায়দা লৈবনো খীরকই। ফংবা কৌবা লৈতে। সাইমোন্না পুরক্লিবা পাউ অসি অফবা নত্তে। খুদোংথীবা থোরকপা য়াবগী ফত্তবা খুদম অমনি। মরমদি লাপ্পা লৈবা পোৎ অমা উবা হায়বসি বাইনোকুলর খক্তনা ঙমগদবনি। সাইমোন্না মাগা মথৌ তৌমিন্নগদৌরিবা মাগী মরুপ অদুগা রারী শান্নরকইঃ টাইটানিক্কী বাইনোকুলর পায়বা মী তোঙান্না হাপ্লম্বা য়াই। মরম অদুনা বাইনোকুলর মাগী থমফমদা লৈত্রিবনি। টাইটানিক অঙকপা মখলগী জহাজনি। মঙোন্দা অরাৎপা অমত্তা লৈরম্রোই। মহৌশানা ওলিমপিক্তা মাগী থমফম লৈরিবদুদা মদু চেকশিন্না থমই। ঐখোয়না মাগী থমফম খঙদবগী শোয়দনা ওইগনি। বাইনোকুলার য়াওদ্রবনিনা ঐখোয় চেকশিন্না য়েংবা তাবনি।

থাজৌশেংবমক টাইটানিক্তা বাইনোকুলার য়াওরি। মফম খঙনদবগী তৌবনি। মদু  খঙবা মহাক অদু খোঙচৎ অসিদা য়াওরকখিদে। মহাক্কী মমিং দেবিদ ব্লেয়ার কৌই। মহাক চৎকনি হায়না লৈরম্বনি অদুবু অতোপ্পা ওফিসার অমনা মহাক্কী মহুৎ শিনখিবনি। চৎলমদাই মিৎকুপ খরগী মনুংদা হৱাইট স্টার লাইনগী অশিল-অরাং তৌবা অঙম্বশিংনা থোকহনখিবা থৌদৌনি। দেবিদ ব্লেয়ার য়াওরম্বা তারবদি হৌজিক রানরিবসি করিসু খন্নরমদবা য়াই। লাইটোল্লর খঙদবনি হায়বসিমদি চুম্লবনি।

নোমাদিক অমসুং ট্রাফিক কৌবা হি মচা অনীদু খোঙলৈ থুনা মাগী মনাক্তা চংশিল্লকখি। ইদিথ রুসেল কৌবী নুপী অমগী মপোৎ-মচৈ ময়ামদু হোনবদা নোমাদিক অমদি ট্রাফিক অরাবা  ওইখি। ইদিথ রুসেল মাগী মমিংগী অরোইবদা রোসেনবাউন কৌই। উইমেন রিয়ার কৌবা ফেশনগী

চেফোং অমগী কোরেসপোন্দেন্টনি। মহাক জর্জ রাশিংটন তোংলগা ইউ, এস, চৎকনি হায়না তৌরম্বনি। এপ্রিল ৭দগী চৎনবা শেম শারবসু চৎপা য়াদদুনা লৈরকখি। মহাক টাইটানিক তোংলগা চৎকদবগী মপোৎ-মচৈ হাপখ্রবনি। অদুবু নুমিৎ হুম্নি পম্বরগা লৈবা অমুক পাম্লকখি। মরমদি মহাক পেরিসদা তৌগদৌরিবা ইস্টর রেসেস য়াওনিংবগীনি। টাইটানিক্তা চত্তবা তারগদি জর্জ রাশিংটন জহাজদা চৎলগে খন্দুনা হুরাইট স্টাব লাইনগী চেরবোর্গদা লৈবা এজেন্ট নিকোলাস মর্টিন কৌবা নিপাদুদা হায়জখি। লাইবক ফবদগী মহাক্না হায়জবদা য়াবীরকখি। অদুবু লাইবক থীবদি মহাক চৎপা তারবসু মহাক্কী মপোৎ-মচৈশিংদু য়াওদনা মশা মথন্তা চৎপা তাই। মরমদি মাগী মপোৎ ময়াম অদু  টাইটানিক্তা লোইনা হাপচিনখ্রবনি। মদু অমুক হন্না লৌখোকপা য়াররোই। লুরিবদি মহাক্কী ফিবোল হাপ্পা উপু অদুতা নত্তনা দোল্লর ৩,০০০গী বিজিনেস ওর্দর য়াওরিবনি। মহাক্না য়াম্না থাজবা মবু ওইবা পোৎ অমসু মাগী পোৎয়োম লগেজদা য়াওখ্রে। পোৎ অদুদি অতৈ অমা নত্তে। মদু হেক লোয়নরবদি ফত্তবা দশা কোক্কনি, হিবম খুদিংদা মঙ্গাল ওইগনি খন্দুনা য়াম্না চেকশিন্না লোয়নজরিবা অপিকপা ''তোয় পিগ'' অমনি। মদু মাগী মমানা চহী খরগী মমাঙদা মঙোন্দা চেকশিন্না শিন্নরম্বনি। চাইনা ক্রেনা শাবা অমোনবা শামতুনা য়োমশিনবা পোৎনি। পিগ অদুগী মনুংদা মমৈ অমা পানবা মিউজিক বোক্স অমা য়াওই। মমৈ অদু হেক চিংবদা ''মেক্সসে'' ঈশৈ শক্লক্কনি। নোংমা ইদিথ গাবী এক্সেন্দেন্ট অমা থোকপদা য়াওব্রবে। শিবা যাবা থৌদোক্লি। শম্নাদা তিংহৌবনি। মদুগী হাক্তক্তগী মমানা ফত্তবা দশা অমুক হন্না তাবক্তনবা পীখিবনি। মমানা মদু পীবা মতমদা হায়, ''মসি নহাক্না মতম লৈবা খিবিক্তা লোয়নবগা চৎকদবনি।'' অওইবমক্সু পিগ হায়বসি ফ্রান্সদা অফবা মঙ্গাল ওইবগী সিম্বোলনি। ইদিথ হিরম খুদিংদা মায পাকপা পামই। মহাক য়াওদনা মাগী পোৎশিং অসি টাইটানিক্তা পুখিবা তারবদি মাঙখিগদ্রা হায়বগী চিংনবা কন্না পোক্লকই। নিকোলাস মাটিননা মাগী চিংনরিবদু খঙলদুনা হায়বকই, ''লাইবক থীদুনা জহাজ অসি লুপখিবা থোক্লবদি পোৎশিংদু মাঙখিবসু য়াই। অদুবু নহাক্না থাজগদবদি জহাজ অসি লুপ্পা নাইররোই।''

রুসেল মোমোন নোক্লগা হায়রকই, ''নংনা খঙদদুনা তৌবনি। ঐগী লগেজ অসিনা ঐঙোন্দগী হেন্না মমল য়াম্মী। ঐনা ময়াম মসি থাদোক্ললগা কবম্না চৎকনি।''

চের্বোর্গদগী তোংলকখিবা যাত্রিকশিংগী মরক্তা মখল-মখেল কয়াগী অঙকপা মী খর লোয়নরকখি। মতৈ-মনাও নত্তবা মতৈ-মনাও শারগা লাক্লি। মিস্টর অমসুং মিস্ট্রেস জি, গ্রোনসু মদুগী মনুংদা অমনি। মখোয় অনী

অশেংবা মতৌ-মনাও নত্তে। মখোয়গী অশেংবা মমিংদি জর্জ রোসেনসাইন অমসুং মেবেলে প্লোন কৌই। মখোয় অনী ফার্স্ট ক্লাসদা তোংবা যাত্রিক ওাক্তনি। অদুবু মিং ইখৎলকপদা শোয়খিবনি। মখোয় অনিমক মতৌ-মনাও ওইনা লিস্টদা লৈরম্বদা ওকখি। অতোপ্পা অমনা সার কোসমো অমসুং লেদি দফ গোর্দোননি। সার কোসমো মশক নাইরবা স্কোটলেন্দ মচানি। লেদি দফ গে'র্দোন য়ুরোপীয়ান অমদি আমেরিকান সোসাইতিদা মীয়াম্না শকখঙনরবী নুপী অমনি। "লুসিলে"গী মপু মেদাম লুসিলে হায়রগসু খঙনৈ।

লুসেলে হায়বসি নুপীশিংগী ফেশনগী সেলুননি। মহাক্কী হৌরকফম দুকান লন্দনদা লৈ। পেরিস অমসুং নিউ য়োর্কা মসিগী ব্রাঞ্চ হাংই। মশক নাইরবা অমদি নাইরবী অনী অসি টাইটানিক্কী খোঙচৎতা অশেংবা মমিং লোৎলগা চৎপা তারকখি। মখোয় অনী মিস্টর অমসুং মিস্ট্রেস মে'র্গান হায়বগা খঙনরকখি। মখোয় অনীসু মিংগী লিস্ট উরকপদা অঙকপা পোক্লখি। মসিগী মরমদি মোর্গান মতৌ-মনাও খোঙচৎ অসিদা চৎকনি তৌরম্বদগী নারকপদগী চৎখিদে। মখোয় অনীদুগী মহক্তা মখোয়গী মমিং ইশিনখিবনি।

নুমিদাংবাইরমদা জহাজ অদু চের্বোর্গ থাদোরকখি। ফার্স্ট ক্লাস যাত্রিকশিংনা দিনর চারবা মতুংদা ঈশৈ তাহনগদবগী শকপা হৌরকখি। ওসিদি ফ্রিটজ লেহারগী তৌবা ওম্বা উৎকদৌরি। "দ মেরী বিদো," "দ কাউন্ট লুসেম্বর্গ" অমসুং "জীপসী লভ" শক্লকই। অমরোমদা ওস্কার স্টাউজনা ইজবা "দ কন্ত্রি গার্ল," "ঔরার মিস বুক্স," "মিস হক ওফ হোলেন্দ" শক্লকই।

রেলেস হার্টলেনা লুচিংবা বেন্দ পার্টিনা শক্লকপা ঈশৈনা যাত্রিকশিংগী থম্মোই হমদুনা অমুক পুরকখি। ভাওলিনিস্ট জোক হিউম, পিয়ানিস্ট থীওদর, সেলিস্ট রোজর ব্রিকোক্স, ব্যাস-ভাওল ফ্রেদ ক্লার্ক, ভাওলা জর্জ ক্রিন্স, সেলিস্ট জে, দবলউ, বুদরার্দ অমসুং পিয়ানিস্ট পি, সি, টাইলর হায়রিবা মী ৮গী বেন্দ পার্টি অসিনা খোঙলকপা অমদি শক্লকপা ঈশৈনা টাইটানিক্কী ফম্পাক অসি পুম্নিল নিলহনখি। বেন্দ পার্টি অসি যাত্রিকশিংগী পেন্নবা হোৎনবনা মখোয়গী মথৌনি। চা থক্লবা মতম, দিনর চারবা মতুং, সন্দে সার্ভিস পাংথোকপা মতমদা বি দেক্তা লৈবা কেফ পারিসিয়ান অমদি আ লা কার্ট রেস্টোরেন্টগী মপানথংবা রিসেপসন রুমগী মমাঙদা পিয়ানো, ভাওলিন, অমসুং সেলো খোংগনি। আ লা কার্ট রেস্টোরেন্টদা থবক তৌরিবশিং অসি ফ্রেঞ্চ অমদি ইটালিয়ান ওাক্তনি। রেস্টোরেন্ট অসি লন্নাই ওইনা মোজিয়র গাটিনা ফমজবনি। হরাইট স্টার লাইনগী নত্তে। থ্রয়াম অসি

উরগা ৱিলিয়ম স্টীটনা মাগী চিঠি অমদা ইরম্লিঃ মসিগী জহাজ অসি লাউরগা বেবিলোন্নি।

এপ্রেল ১১গী অয়ুক্কী মতম লোইশিল্লকপদা টাইটানিক আইবিশগী সমুদ্র খোঙবাল য়ৌশিল্লকই। অরাপ্পা সোরাবেল থেংবদা ৱাওথাংনরবা কোর্ক চিংশাং পারেং প্লয়েক শেংফামনা উরকই। এয়ুক অদু ঈংবনসু মহানি। এঈংবদু করিসু খন্দবমখে যাত্রিক খর দেক মথক্তা লৈরগা নুংশা খোরকপা ঙাইহবি। আয়ারলেন্দগী খাঙ্গবা সমুদ্র খোঙবাল অনিদি য়ুরোপগী মনুংদা ম্নায়দগী নুংশিবা লমদমনি হায়নবিবনিঃ গ্রনাইট হম্মনরিবা য়ুম শাবদা শিজিন্নবা মমল য়াম্লবা নুঙ ঙাক্তগী ৱাংলবা চীংমায়, কিম্বরক্কবা ফুরা দলান নত্তগা সিগ্নেল টাৱার, পাক চাউনা শান্দকখিবা শংবায়খব লৌবুক লমহাং উবকপদা পুক্কিং নুংশিরোইদবা কনা লৈবমগনি। থিম্বদনা ফিনসেলগী ওলদ হেদ উবক্লগনি। অশুম্না লেপ্তনা চংশিল্লকদগী কোক হিথাংফম য়ৌশিল্লকই।

ক্বিন্সটাউনগী থাথংবা শরুক য়ৌগদবা মাইল খর মাংলিঙেদগী টাইটানিক্কা দাউন্ট লাইথসীপ য়ৌশিল্লকপা হেৈবকপদা যাত্রিকশিংনা উরকইঃ অনৌবা অঙকপা ফংনা চাউববা জহাজ অসিবু য়েংগদবগী মীয়াম অমনা ঙাইবগা লৈবা, হিথাংফম অসি য়ৌরকপা মতমদা মীয়ামদুনা হরাউ ভয়াম্না খুং হাইরকখি। অমবোমদা মফম অসিদগী নৌনা তোংগদবা যাত্রিক ১৩০ থৌরাং তৌবগা লৈরমম্মি। আয়াবলেন্দ অমদি আমেরিকা কৌবা হি মচা অনীদুনা অনৌবা যাত্রিকশিং অমদি মখোগগী মপোৎ-মচৈশিংদু হোনবা অমদি হাপ্পদা অৱাবা ওইহনখি।

ক্বিন্সটাউন ফাওবা তোংলকখিবা যাত্রিক খর লৈহৌরে। মখোয়শিংদুদি লিলী ওদেল, মাগী মবুং অনী, মবুংগী নুপী কেটে, মখোয়না পোকপা মচা অমদি ফ্রান্সিসনি। এম, ব্রাউন কৌবা নিপা অমসু মখোয়না বার্ডন তৌবদগী লাকমিন্নরকই। ব্রাউন্না কেমেরা অমা পুরকই। কেমেরা অদুনা লৌরকপা ফোটো ময়ামদু মমৈথঙদা য়াম্না মরু ওইরকখি। নিউ য়োর্ক জহাজগা

খেংজিন্নগে তৌবগী ফোটো অদুসু য়াওনা নম্লকখি। লোংমদি মমল য়াম্লবা ফোটোশিং ওইরক্কনি খঙনা নমখিবা ওইরমদবসু য়াই। ব্রাউন চহী কুন্থ্রানিথোয় শুরবা হৈ-শিংলবা ওজা অমনি। অমবোমদা জেসুইট প্রিস্টহুটগী কেন্দিদেট অমা ওইরিবনি।

ক্বিন্সটাউন্দা লৈরিঙেদা কনাগুম্বা যাত্রিকশিংনা জহাজদগী মপান খোরক্লগা কৈথেল কানিংবা য়াওরবদি মদুগী খুদোংচাবা পীরকই। কাগদৌরিবা কৈথেল অদু কংকালদা নত্তে। ক্রোটিলা হায়রিবা হি মচা অমদা পোৎ ময়াম পুরক্লগা য়োনগদবনি। টাইটানিক থুংলবা ঙাইদুনা লৈরক্লিবনি। পুং অমগী মতমনি মখোয়দা পীরিবসি। মতম অদুদা আইরিশ লেস হায়বসি

মীয়াম্না য়াম্না পাম্নবা লৈরোং ফজনা লোনবা মখল কয়াগী ফিনি। ইনাক খুনবশিংনা মসিগী ফি মখলসি মরু ওইনা শিজিন্নে। লেসতা নত্তে মফমসিদা ফংলিবসি। লিনেন, সিরামিক্স, অমদি পোর্সলেন্সনচিংবা কয়া অমসু ফংই। ফার্স্ট ক্লাসকী যাত্রিক খরদি কৈথেল কারুরি। আমেরিকাগী মিলিনর জোন জেকোব এস্টোর দোল্লর ৮০০ পীবা লেস জাকেট অমা য়াম্না পাম্না লৈরুরি।

খোঙচৎ অসিদা মী মখল ময়াম অমা য়াওরক্লি। কনা অমনা অনৌবা মরুপ মপাং ফংবগী নুংঙাইজে। কনা অমনা ৱারী শান্নরগা পেজ্জে। কনা অমনা ঈশৈ শক্লগা নুংঙাইজে। কনা অমতগা তিন্নজরোই ৱারীসু শান্নজরোই তুমিন্না লৈবগা পেঞ্জবসু ময়ামশিগী মরক্তা য়াওদবা নত্তে। অনৌবা মরুপ মপাং নৌনা তিন্নরগা নুংঙাইজবশিংদি মখোয়গী মরকতা মিকুপ অমত্তা লৈনিংদে। নাইতোম তাবা পামদবশিংনা অনৌবা মরুপ-মপাং খঙনরগা নুংঙাইজে। ৱিনী ট্রাউট কৌবী নুপী অমা য়াওরকখি। মহাক্কী অশেংবা মমিং ইদৱিনা কৌবনি অদুবু ময়াম্না মাগী অশেংবা মমিংদু কয়া কৌনদে। মহাক মথন্তা তুমিন্না টেবলদা চাক চাবা পামদে। মী ময়াম ফম্বা মফমদা চংশিল্লগা চাক চাগনি অদুগা মখোয়গী ৱারী শান্নবদা য়াওশিনগনি। মহাক অনৌবা মরুপ-মপাং তিন্নরগা য়াম্না হরাওজে, নুংঙাইজে। মহাক্না হন্দক্কী খোঙচৎ অসিদা খেংনখিবা য়াম্না পামজবা মীশক অমা হায়বা তারগদি জেকোব মিল্লিং কৌই। কোপেনহেগনগী কার শাবা মী অদুনি। মিল্লিংনা আমেরিকাদা চংলিবসি কার শাবগী মরমদা তমশিনবা পাম্বগীনি। আমেরিকাদা মতৌ করম্না কার শারিবগে হায়বসি মহাক য়াম্না খঙনীংই। ফম্মীন্নরিবশিংদা মাগী ৱারীদু য়াম্না শানীংই। তঞ্জা অমদগী ৱিনী খেংনখি। মিল্লিংনা চহী নিফু করবার তৌরকপগী ৱারী তৌরকপদা ৱিনী থৱায় হকচাং য়াওনা তাজে। মখোয় অনী হৌজিক চান্নরবা মরুপ হায়বদু ওইখিরম্মী। মিল্লিংনা মাগী অনৌবা মরুপ ৱিনী ফংবগী নুংঙাইজবদু মাগী য়ুমদা লৈহৌবা নুপীদা চিঠি ইরগা খঙহনখি।

সেকেনদ ক্লাসদা তোংলিবা বেঞ্জামিন অমসুং ইস্টর হার্টকী মচা নুপী চহী ৭খক্তা ঙাইরিবী ইভা কৌবীসু খোঙচৎ অদুদা মমান্নবী কয়া খঙনগদবগী হোৎনবদা মখৌ চিনখি। নিনা হার্পর কৌবী চহী ৬ শুরবী অমা মমান্নবী অমা খেঙনবদা ইভা য়াম্না নুংঙাইজখি। নিনা খেঙনদ্রিঙৈ মমাঙদা মমানবী লৈতবদগী মাবু পোকপা মপা বেঞ্জামিনগী মনাক্তগী হেন্দোকপা পামখিদে। মপানসু মাবু লুনা তৌজে। ফাগী তৌরগা মচাবু নোকহনগনি। মাবু পোকপী মমা হার্টনা খল্লিবা ৱাখলনা অমনি। নুংখিলদা মচাগা ৱারী শান্নবগী মহৎতা নুংঙাইনা তুমল্লগা লৈগনি। অহিংদা ময়াম্না তুমখ্রবা মতমদা লাইরিক পাগনি

নক্তগনা ফি লোল্লগা লৈগনি। মসিমক্তনা ইভা মমাগী মনাক্তা কয়া লৈনিংদে। মমান্নবী অমগী মনাক্তা চৎলগা ৱারী শান্নবনা হেন্না ফৈ খল্লি।

নিনা মাবু পোকপা রেব জোন হার্পরগা লোয়নরগা আমেরিকাদা লাক্লি। জোন হার্পর বেবটিস্ট মিনিস্টরনি। স্কোটলেন্দদগীনি। খোঙচৎ অসিদা মমৌ মিস জেসী লেইটচসু লোয়নরক্লি। নিনাগী মমা ইকুই কুইদনা লৈখিদবদগী হার্পর পখ্রা ওইরবনি। মমা য়াওদবনিনা মাগী মনাক্তা ইভা চংলক্লগা ৱারী শারবদা মহাক নুংঙাইজখি। অহানবা উন্নবা নুমিত্তা ''তেদি বীয়ার'' হায়বা অশাবা শওমদু ইভানা পুরক্লগা নিনাদা য়েংহল্লি। নিনা মদু পায়রগা হরাউনা শান্নজে। মদুনা মখোয় অনীগী শকখঙনবা হায়বদু ওইখি।

খোঙচৎ অসিদা থর্ম্মগী মী রেব আর্নেস কার্টর কৌবা নিপা অমসু সেকেন্দ ক্লাসতা তোংলক্লি। মহাক নোংপোকথংবা লন্দনগী সেন্ট যুগী পুরোহীৎ অমনি। মহাক্লা লাকপা খোঙচৎ অসিদা মাগী লোইনবী লিলিয়ান লোয়নরক্লি। লাইবক ফবা হায়গদ্রা কার্টরগা মিস মেরিওন রাইট কৌবী নুপী অমগা উন্নবগী তঞ্জা ফংখি। মেরিওন ওরেগোন ফ্রুইট ফার্মদা লৈবা নিপা অমদা ময়ুম পাল্লবীনি। আমেরিকান ওল্লবী নহা ওইরিবীনি। মাগী মপুরোইবদু খোঞ্জেল ৱাংনা ঈশৈ শকপা ঙমই। মদুগীদমক মহাক চাউখোকচৈ। কার্টরনা লোক থুংদুনা মশা ঙমদনা লৈরিঙৈদা মেরিওন্না হিদাক গুলি পুরক্তনা পীজখি। মেবিওনগী চমজবা মতৌদুদা কার্টব য়াম্না পেঞ্জখি। নুমিৎ অদুদগী মখোয় অনী খঙন-চান্নবা হাযবদু ওইখি। মহৌশাদগী চৎনরকপা সন্দে নাইট হাইমগী ঈশৈ সেকেন্দ ক্লাসগী চাক চাফম সেলুন্দা পাংখোকখি। মহাক্লা মেরিওন য়াউরনবা বার্তন তৌরুবদা হবাউনা য়ারকখি।

ক্বিন্সটাউন হিথাংফমদা লৈরিঙৈদা নুংঙাইতবা থৌদোক অমা থোকখি। পোৎ-চৈ থাংনবা হি অনী লৈরিবদুগী নাকল ওইরম্না টাইটানিক্কী ফায়ারমেন অমখক কৈরাক লৈরিবদুদা কাখৎলকখি। মহাক মরিশুবা ফন্নেলদা চংশিনখ্রগা মকোক্লা মদুদা ৱায়শিল্লুরি। মদুদা ৱায়শিনবদা মমায় অদু লকাংনা মুশিন মুনা তৈরম্মী। লকাং তৈরবা মমায় অদুনা য়াম্না উশিৎতবগী মওংদা মখাগী ফম্বাক্তা লৈরিবা যাত্রিকশিংদা অমদি হি মচা অনীদুদা মুন্না য়েংলগা করেম্নবদুনা য়া হিগৎলকই। যাত্রিকশিংগী মরক্তা হায়নরকইঃ ফাগী তৌবা ওইরম্বা য়াই। অদুবু মাগী ফাগী মতৌসে হেনমল্লি।

মী খরনা হায়রকইঃ নিপা অদুগী মমায়দা লকাং তৈরিবসি মরিশুবা ফন্নেল শোইদনা য়ারম্লরোই। মদু শেম্বদা মমায় মমিত্তা লকাং তৈরিবনি।

অরোইবদা মীয়াম্না হায়নরকইঃ মহাক্লা তৌরিবসি ফাগীবু ওইরবসু অতৈ অমবু ওইরবসু য়াম্না ফত্তবা উমজালগী মশক্লি।

# টাইটানিক লুপথিবা

অশুম্না ঙাঙনরিঙৈ চৈরক্তা জোন কোফে কৌবা চহী ২৩ শুরবা স্টোকর অমা টিকেৎ য়াওদনা তোংগদবগী লোম্না মেলবেগশিংগী মরক্তা লোৎলগা লৈরম্বা থেংবদগী ফারকখি। মহাক্না মথাদা লৈরিবা হি অমদগী কাখৎলকখিবনি।

এপ্রিল ১১ শগোলশেন নুমিৎকী নুংথিল পুং ১ মিনিট ৫৫ তারকপদা টাইটানিক ক্বিন্সটাউন থাদোরকখি। নুমিৎ অসি টাইটানিক্কী ওইদি য়াম্না মরু ওইবা নুমিৎ অমনি। নুমিৎ অসিগী পুং২ মিনিট ১৫ তারকপদা বৃটিশ আর্মী ওফিসার জোন মোরোগনা টাইটানিক্কী অরোইবা ফোটো লৌখি।

নুমিদাং ওইশিল্লকপদা ময়ুম হোংবগীদমক আমেরিকাদা চৎলিবা আইরিশ মচাশিংদু বোর্দগী ফম্পাক্তা লেপ্লগা নুংশিজরবা মরমদমদা হন্ন-হন্ন য়েংলকখি। অমুক হন্না উবা ফংলবোই হায়বগী মতাগুম মখোয় মচি-মচিদা লেপ্লগা নুংশুক-নুংজাননা ৱাখল তৌবসু য়াওরি। খরনা ৱারী শান্নরি। ইউগেন দালী কৌবা নিপা অমনা মাগী বাঁশিদা' বীদায় পীবগী অবোইবা ওইনা ''আইরিস লেমেন্ট''গী ঈশৈদু শক্লকই। মহাক্না শক্লকপা ঈশৈদু তাবদা ৱারী শান্নরম্বশিংদু তুমিন-তুমিন লৈখি অদুগা য়াম্না নুংশিনা তজৈ।

চহী মাপল খক্তুতা ঙাইরিবা ফ্রেঙ্কি গোলদস্মীথ জুনিয়ারনা মমা ইমিলীগা স্টর্নদা ফম্লগা আয়ারলেন্দনা তাম্না লৈহৌবদু য়েংলি। ফ্রঙ্কি মপা ফ্রাঙ্কিলিন কেন্টদগী লাকপা মেকানিস্ট অমনি। মহাক্না মাগী ইমুং-মনুং পুরগা মিচিগানগী দেট্রোইটতা লাক্লিবনি। কেন্টদা লৈরবদি শেম্বোক ৱাৎলি। মখোয়না লাক্লিবা মফম অদুদদি শেল য়াম্না থোকই। অদুম ওইনমক মতম শাংনা লৈরক্লবা মরমদমবু নুংশিজদুনা য়েংলিবনি। থা খরগী মমাঙদা খৌরীগী লায়না অমনা নারকপদগী কনবা ঙমদনা শিন্নবা মচা অতোম্বাদু চৈরকশিদা নীংশিংলক্লি। খল্লুরিঃ ''নহাক্তি লাইরৈবাক্তা লৈম্নবনিনা ঙসিগী খোঙচৎ অসিদা য়াওদ্রেদো।'' ফ্রেঙ্কিদি করি খল্লিবনো খঙদে। মমাগী মনাক্তা তুমিন্না ফম্লি।

যাত্রিকশিংগী নুংঙাইরবা মরকসিদা জহাজ অসিবু শেম্নরিবা ওফিসিয়েলশিংগী মরক্তা পেন্নদবা খরদি য়াওরম্লি। মখোয়শিংদুগী মনুংদা চিফ ওফিসার ৱাইলদে অমনি। মহাক্না পেন্দবা পোক্লিবগী মরম য়াম্মী। মহাক্কী পেন্দবশিংদু ক্বিন্সটাউন্দা লৈরিঙৈদা মচলদা চিঠি ইরগা ফোংদোকখিঃ ঐ হৌজিক্সু মাসিগী জহাজ অসিদা চৎলিবসি থৱায় নুংঙাইনা চৎপা নত্তে ...। হেনরী টিগহে ৱাইলদে ঙাত্রং ফৈত্রংনবগী শাজৎ চংপা পাম্বা মী নত্তে। ৱাং চাউই, মতিক মগুন লৈবা চহী ৩৮ শুরবা নিপা অমনি। শোক ১৯১১ মে থাদা ওলিমপিক্কী চিফ ওফিসার ওইনা লৈরকখিবনি। হৱাইট স্টার লাইনগী অশিল-অরাং তৌবশিংনা কেপ্তেন স্মীথদা থাজবা থমখিবসি

তশেংনা মহাক পেন্দে। অমরোমদা মাগী মরুপ মুর্দোক্কী নে-না তাদবা ৱাখল অদুসু মহাক য়ানিংদে। লাইট্রোল্লরসু মতিক চাবা ৱাৎলি হায়বসি মহাক্কী থাজবনি।

মহাক চহি ১৪ শুরকপদগী ঈশিংগী লম্বীদা খোঙদারগা লাক্লবনি। মহাক্কী মপাদু লিভরপূলদা লম্লোন-ঈতিক্কী থবক তৌরকই। মপানা তৌরিবা শিনফমদু পামদবদগী কেবিন বোয় ওইনা হৌরকখি। স্কুল নাইনা তম্লকখিবা নস্তুবসু মতম শাংনা থবক তৌরক্লবনিনা খঙদবা লৈতে। হোৎনবা কনবা নিপানি। অফ্রিকাগী নোংচুপথংবা সমুদ্র মপান্দা চহী মঙা হীরোই ওইরিঙৈদা মতিক চারবা সার্টিফিকেৎ কয়া পায়রক্লবনি। জহাজগী খোঙচৎ কয়া য়াওবক্লবনিনা অৱা-অনা য়াম্না খঙই হায়না কনাগুম্বনা মাবু মদুগীদমক থাগৎলিবনি। মহাক্লা হায়জৈঃ ঐদি কান্নরোইদবা থবক্তা মতম মাঙহনবা পামদে। মহাক্লা হৱাইট স্টার লাইন্দা চংলকখিবসি শোক ১৯১১ দনি।

খোঙচৎ অসিদা য়াওরিবা পেন্দবা পোক্লিবা ওফিসারশিংগী মরক্তা খ্বাইদগী জুনিয়ার ওফিসার জেমস মূদীসু অমনি। মহাক অহানবা ওইনা ওলিমপিক্তা য়াওরকখি। মহাক্লা টাইটানিক খোঙচত্তা য়াওবা ফংলকখিবসি লাইবক ফরবনি। বেলফেস্টদা লৈবিঙৈদা ময়ুমদা চিঠি ইখিঃ টাইটানিক্তা চৎচবা ফংলবদি নুংঙাইগনি। হৌজিক মহাক্কী নীংজবদু থুংলবসু পেন্দৱা অমদি অদুম লৈরি। মহাক্লা অহানবদা খঞ্জরম্বদি মাগী তলব হেনগৎলগনি হায়বসিনি। অদুবু ঙসি ফাওবদা হেনগৎপীদ্রি। মসিনি মহাক্কী পেন্দ্রিবা।

পেন্দবা কয়া লৈনরবসু থবক তৌরকপা মতমদদি পুকচেল শেংনা তৌবি। মখোয়না টাইটানিক তোংবা ফংবগী নুংঙাইরবা চিঠি ক্লিনটাউনদা লৈবিঙৈদা ইরম্লি। আর্থর পেইনটিন কৌবা কেপ্টেন স্মীথগী সেবা তৌবা মী অদু মাগী ইমুংদা থাবা চিঠি অমদা ইরিঃ জহাজ অসি অঙকপনি। ওলিমপিক্কগী য়াম্না হেন্না ফৈ। তোংলিবা যাত্রিকশিং মীয়াম্না শকখঙনরবা ঙাক্তনি। ঐনা লৈরিবা কা অসি পিকচরবসু যাম্না নীংথিজৈ। নুংশা মঙাল ফংদে অদুবু ইলেট্রিক মৈঙাল মতম চুপ্পদা ফংবনিনা য়াম্না নুংঙাই। ঐনা খঞ্জবদা জহাজদা তোংলিবা যাত্রিকশিংগী মরক্তা কনা অমত্তা পেন্দবা হায়বদু লৈরম্লোই নীঙই।

মহাক্লা হায়রিবসি অচুম্বা ৱাফমনি। ফার্স্ট ক্লাসদা নুপীগী সেবা তৌবী, নিপাগী মীনাই ওইনা লাকখিবা মী ৩১নি। মখোয়গী লৈফম, চাফম তোঙাল্লা পী। অৱাৎপা অমত্তা লৈহন্দে। লুখ্রাবী অমদি মথন্তা মাগী মপুরোইবা য়াওদনা লাকপা নুপীশিংগীদমক তোঙানবা খুদোংচাবা পী। মখোয়গী অপাম্বদু নীংবা থুংহন্নবা কন্না হোৎনৈ। নায়তোম লাক্লিবীশিংদুগী মনুংদা খর পনবা তারবদিঃ মিস্ট্রেস রিলিয়ম গ্রহাম, মাগী মচা নুপী মারগারেট অমদি

মখোয়গী অঙাংশিংবু লাইরিক তম্বীবা ওজা নুপী মিস সুটেস, মিস্ট্রেস ই, সি, এপলটোন, মিস্ট্রেস জে মুরী ব্রাউন, মিস্ট্রেস আর, সি, কোরনেল, মিস ইদিথ ইভান্স অমদি মিস্ট্রেস কেন্দীনচিংবনি। মিস্ট্রেস হেলেন চর্চিল কেন্দী অচম্বী নুপী নত্তে। ময়াম্না শকখঙলবী লাইরিক ইবীনি। শোক ১৯০০দা মহাক্না "হাউ ব্রিমেন মে আর্ন এ লিভিং" কৌবা লাইরিক অমা ফোংখি।

থার্দ ক্লাসদা তোংলিবশিংদু আমেরিকাদা খুন্দাবা চৎপনা অয়াম্বনি। জাতি মশীং য়ামই। ইংলিশ, আইরিশ, স্বিদিশ, ফিনিস, জর্মন অমদি ইটালিয়াম্না অয়াম্বনি হায়বা য়াই। অতে জাতি খরসু য়াওই। লোন তোঙান-তোঙাম্না ঙাঙনবনিনা অহানবদা নুংশিনবা খরা ৱাংনবগুম তৌরম্মী। নুমিৎ নীনি হম্নি লৈমিন্নরকপদগী খঙন-চান্নবা হায়বদু ওইরকই। মাগী মাগী তৌবা ঙম্বা শক্তি উৎনরকই। কনা অমনা জগোয় শাগনি, ঈশৈ শক্কনি। লাইবক ফরবদি মখোয় আমেরিকা য়ৌববা মতমদা পুন্না মফম অমদা লৈমিন্নবা য়ারিবনি। পৈশা খজিক্তুং পীরগা তোংলকপা যাত্রিক্না মশীং য়াম্বনিনা মখোয়গী কমপ্লেইন অমদি অদুম লৈ। থার্দ ক্লাসদা ইরুজফম বাথটব অনীদনি। ময়ামদু মথং মথং ঙাইনবদা অৱাবা অমা ওই। মদুখক্তনি মখোয়গী পেন্দবা হায়বদু।

নোংমাইজিং নুমিৎকী নুমিৎ য়ুংবা মতুংদা ইউগেন দালে কৌবা বাঁশি খোংবা আইরিশ মচাদু লমদম তাম্না লৈহৌরবা মমা লৈবাক নুংশিরক্তুনা বাঁশিনা ঈশৈ শক্লকই। কেথী গিলনাগ কৌবী লৈশাবীদু দালেগী বাঁশিগী খোঞ্জেল তাবদা শুমহৎখি। তপ্প-তপ্প লাক্লগা দালেগী মনাক্তা ফম্লরি। কনানা খঙগনি। পাখং- লৈশাবী ঙাক্তনি। আইরিশনি মখোয় অনিমক। মমাঙগী নুমিত্তগী মাগী বাঁশিগী খোঞ্জেন্দু নুংশিনা তারক্লিবনি। মতুং তারকপদা দালেদু বাঁশি তোয়না খোংনীংবগী ৱাখল পোক্লকখি। কেথীসু বাঁশিগী খোঞ্জেলবু তারবদি দালেগী মনাক্তা লাকপা হায়বশিমদি শোয়দ্রে।

কেপ্টেন স্মীথগী ফজরবা থৌৱাং অমা অয়ুক্কী পুং ১১ তারকপদা যাত্রিকশিংদা খঙহল্লকখিঃ সেকেন্দ ক্লাস অমসুং থার্দ ক্লাসদা তোংলিবা যাত্রিক খুদিংমক ফার্স্ট ক্লাসদা লাকপা য়ার্গনি। বুক ওফ কমন প্রেয়াব তৌবগী মহত্তা ঈশৈ নোংমাইগী ওইবা চাউরবা থৌরম অমা পাংথোক্কনি। মসিদা বুক ওফ প্রেয়ার শিজিন্নবা য়াগনি। জহাজসিদা তোংলিবা যাত্রিক খুদিংমক লাক্লগা ফার্স্ট ক্লাসগী দাইনিং ৱুমদা পুল্লগা ঈশৈ শকপা হৌরকইঃ হাইম নম্বর ৪১৮ "ও, গোদ। ঔৱার হেলফ ইন এজেজ পাস্ট"।

টাইটানিক খোঙজেল য়াংনা ফজনা হৌজিক ফাওবদি চেল্লক্লি। এপ্রিল ১১ অমদি ১২ ফাওবগী মনুংদা মাইল ৩৮৬ য়ৌনা চেল্লক্লি। মসিগী চাংদগী খোঙজেল খর হেন্না চেলহনবা তারবদি এপ্রিল ১২ অমসুং

## টাইটানিক লুপখিবা

১৩দা মাইল ৫১৯ য়ৌবা ঙম্লগনি। যাত্রিকশিংগী মরক্তা ঙাঙনরকইঃ মাইল ৫৪৬ য়ৌনা চংশিল্লক্লে। নোট ২২.১/২ গী চাংদা চেল্লি।

ব্রুস ইস্মেগী মায়থোং মকা লামই। কেপ্টেন স্মীথগী মনাক্তা চংশিল্লক্লগা হায়রকই, "ঙরাংগী খোঙজেলদগী ঙসিনা হেন্না ফজে। হয়েংনা অমুক্তা হেন্না ফজহনবা তাবনি। ওলিমপিক্তা নিউ য়োর্ক্তা থুংবা ঙমম্বগী চাংদগী হেন্নবা হোৎনগদবনি। শগোলশেন নুমিৎকী নুমিদাংদা থুংদবা য়াদবনি।" ব্রুস ইস্মেনা খঞ্জরিবসি করিগুম্বা শগোলশেন নুমিৎকী নুংদাংদা নিউ য়োর্ক্তা থুংবা ঙম্লবদি হরাইট স্টার লাইনগী ইজৎ হেনগৎলগনি। পৃথীদা খ্বায়দগী চাউরবা, খ্বায়দগী লকজরিয়স ওইবা জহাজ অসিগী মতিক মগুন মীয়াম্না খঙনরগনি। অমরোমদা ব্রু রিববন লৌগদৌরিবনি। মাগী থুংগদবা মতমদগী ঙনখৎনা নিউ য়োর্ক্তা থুংবা তাবনি। হৌজিক লৈরিবা খোঙজেল অসিনা অশোয় অঙাম য়াওদবা তারবদি নীংইবা পান্দম য়ৌরগনি হায়বসি ইস্মেগী থাজবনি। য়ুমশকৈশা নুমিৎকী খবরদা মসিগী পাউ অসি অঙকপা অমা ওইনা হেদ লাইন্দা ফোংহনবা তাবনি।

চৈরকসিদা বেলটিক জহাজনা পীরকপা পাউ যাত্রিকশিংগী মরক্তা 'তাবদগী ঙাঙনবা যাওরকইঃ উনগী চীং লৈবা মফম য়ৌশিল্লক্লে। মফম অসিবু লাম্থোকখ্রবদি খুদোংথীবা লৈররোই।

বেলটিক্তা পীবকপা পাউ অদু ইস্মেনা মাগী ফুরিৎখাওদা হাপচিনখি পাউ অদু ফংলবসু মখা তানা চেকশিন থৌরাং লৌখৎনবগী রাফম অমতা ওফিসারশিংদা খঙহল্লকখিবা লৈতে। মহাক্কী মায়থোংদা নুংঙাইবা নত্তনা অৱাবগী মমি অমত্তা তাবা উদে।

যাত্রিকশিংগী মরক্তা শকনাইরবী নুপী অনী থায়ের অমসুং রেয়ারসনগা উনগী চীং লৈবগী রারী শান্নরগা দেক্তা লৈ। মখোয় অনীনা শান্নরিবা রারীদু তাবদা ইস্মে মখোয়গী মনাক্তা চংশিল্লক্লগা হায়রকখি, "চাউরবা উনগী চীংনা লৈরিবসি ৪১ ৫১ অরাং ৪৯.৯ নোংচুপ্তনি।" মহাক্কা মসি হায়রিবগী অর্থদি উনগী চীং লৈরিবদু য়াম্না লাপ্না লৈ। মীপাইনীঙাই ওইদে হায়বসিনি। ইস্মেগী রারদু তাবদা নুপী অনীদুগী থম্মোইনুংদা চিংনরম্বদু খরমখৈ অৱাবা কোকহনখি। মখোয়না কিরিবসি উনগী চীংনি। নোংলৈ নুংশিৎপুদি মখোয় থোইনা খন্নদবগুম ঠৌই।

# টাইটানিক উনগী চীংদা থেংজিনবা

অয়ুক্কী চাক চারিঙৈদা অহন্নক শুবা পাউ লাকখি। পাউ খুদিংমক উনগী চীং লৈবনা চেকশিন থৌরাং লৌখৎলু হায়বগীনি। পাউশিংদু ইস্নেনা মাগী ফুরিংখাওদা হাপচিনখি। পাউ লৌবা অমদি পাউ পীবগী থবক তৌরিবসি সেনিয়ার ওপরেটর ওইনা জোন "জেক" ফিলিপস অদুগা মাগী মতেং পাংলিবা জুনিয়ার ওপরেটর ব্রাইদনি। ফিলিপস মথৌ মশক খঙবা নহানি; সুরেগী মনুং চন্না লৈবা গোদালমিংগী মনাক নক্লা লৈবা ফার্নকোম্বে কৌবা খুঙ্গাংদগীনি। এপ্রিল ১১, ১৯১২দা মশাগী চহী ২৫ শুরে। বৃটিশ মার্কোনীদা চহী ৬ থবক তৌরম্মী। লিভরপূলদা লৈবা মার্কোনী ট্রেনিং স্কুলদা তম্লকখি। মফম অদুদগী মহাক্লা মাগী ক্লাসগী মকোক তাদুনা গ্রেজুয়েট পাস তৌরকখি। টাইটানিক্তা থবক তৌদ্রিঙৈগী মমাংদা টিউটোনিক, লুসিটানিয়া, মাউরিটানিয়া, কেমপানিয়া অমসুং ওসিনিক্তা থবক তৌরকখি। মসিগী মথক্তা আয়ারলেন্দগী ক্লিফদেনদা লৈবা হায় পাউরার ট্রান্সমিটিং স্টেসন্দসু থবক তৌরকখি।

জুনিয়ার ওপরেটর হেরোলদ ব্রাইদ চহী ২২ শুরবা কেন্টগী মনুংদা লৈবা ব্রোমলেদগীনি। মহাক্সু লিভরপূলগী মার্কোনী স্কুলদা তম্লকপনি। থা ১৮ মার্কোনীদা লৈরমই। শোক ১৯১১গী কালেনথা মনুংদা হাভরফোর্দদা মাগী অহানবা এসাইনমেন্ট ফংই। তেল্লবা মতম খরগী মনুংদা লুসিটানিয়া জহাজ, এনসেম জহাজ অমদি লাক্রাঙ্ক জহাজদা থবক তৌরমই।

ফিলিপস অমসুং ব্রাইদ হৈ-শিংবা ওপরেটর ঙাক্তনি। মখোয় অনী পুং ১২ খুদিংগী শিন্ন-শিন্নরগা থবক পুনগনি। ফিলিপসনা পুং ১২ পুরবা মতুংদা ব্রাইটনা অমুক মহৎ শিনগনি। মহাক্লা পুং ১২ মথা তানা পুগনি। অতোপ্পা জহাজ মচাশিংদদি পুং ১৫ দগী পুং ১৮ ফাওবা তৌরম্নগা মহৎ শিন্নে। মখোয় অনীগী পেন্দবা হায়ববু মখোয়দা পীরিবা তলব অদুনি। ফিলিপসনা থা অমদা পাউন্দ ৮ অদুগা ব্রাইটনা পাউন্দ ৫ ফংই। মসিনা মরম ওইদুনা লনাই পৈশা তান্দবা য়াদে। ওফিসকা মরী লৈনদবা থবক ময়াম তৌই। শম্না হায়রবদা কনাগুম্বা যাত্রিকশিংনা মাগী লনাইগী ঈ-পাউ থানিংবা তারবদি অহেনবা পৈশা পীবা তায়। মদুদা লাকপা ইনকম অদু মখোয়না ফংগনি। মরম অদুনা মতম অয়াম্বদা লনাইগী ওর্দর লাকপদা মখোয় য়াম্না হরাউই।

মখৌ মশক খঙনা তৌইদি হায়ববু চিরবা মতমদা মখোয় অনীগী অশোয়বা লাকখিবদবা নত্তে। মসিমক্তনা লাইবক থীরক্লবগী অচৌবা মরম্লি।

সমুদ্রগী খোঙচস্তা লৈরিবা জহাজ পুম্নমক অমগা অমগা ঈ-পাউ য়াম্না তোয়না পীনগনি। মবমদি খুদোং থীবা হায়বসি তম্বা ভমদবা অমনি। তাং ১৪গী অয়ুক পুং ৯ তাবদা কুর্নাদ লাইনগী ক্রেবোনিয়ানা হায়রকইঃ ৪২ অৱাংদা, ৪৯ দগী ৫১ নোংচুপ ফাওবগী মনুংদা চাউরবা উন মপাক কয়া পাক শন্না লৈরে। পাউ অসি তেক ফংবগা ব্রাইটনা মবিশুবা ওফিসার বোক্সহোলদা খঙহল্লি। মহাক্না ওইর্বাক্লিবা ফিবমদু ৱাদবৃমদা খঙহনখিগনি। দটচগী জহাজ নূর্দামনা মফম অদুমক্কী পাউ পীরকপদু বেলটিক্লা হেক ফংবগা টাইটানিক্তা নুংখিল পুং ১ মিনিট ৪১ চংপা মতমদা খঙহল্লকই। বালটিক্লা পীবকপা পাউ অদু ফংলবা মতুং তেল্লবা মিনিট খরগী মনুংদ জর্মনগী জহাজ আমেবিকানা পাউ পীবক্লিঃ ৬১.২৭ অৱাং, ৫০ ৮ নোংচুপ্তা চাউববা উনগী চীং অনী লৈবে। আমেরিকা জহাজগী পাউ অসি ইউ, এস, হাযদ্রো-গ্রাফিক ওফিস্তা পীগদবনি অদুবু মখোযগী সেট অসি ফত্তবা মরম্না টাইটানিক্তা পীখিনবা খঙহল্লকখি। ফিলিপসনা হাযবিবদু মতম চানা খঙহনখি।

পুং ৭ মিনিট ৩০ তাবদা লেলেন্দগী জহাজ কালিফোর্নিয়ানা টাইটানিক্তা খঙহল্লক্লিঃ ঐখোযনা লৈবিবা মফমসিদগী খা-পাংনা মাইল ৫ চংলগা চাউববা উনগী চীং অহম লৈবে। হায়রিবসিনা লৈরিবা ফিবমসি ৪২.৩ অৱাং, ৪৯.৯ নোংচুপ্তনি। মসিনা তাক্লিবদি টাইটানিক্লা লৈবিবা মফমসিদগী মাইল ৫০ লাপ্পা মফমদা হায়বিবা উনগী চীংশিংদু লৈ হায়বনি। বালটিক্লসু পাউ অমুক পীরকখি। পুম্নমক ইস্মেগী ফুরিংখাওদা তাখি। আটলান্টিক লাইনর মেশেবানা পাউ অমুক্সু পীবকইঃ চাউব-চাউরবা উনগী চীং ময়াম অমা পাক শন্না লেট: ৪২ এন দগী ৪১.২৫ এন, লোঙ্গিচুট ৪০ দবলউ দগী ৫০.৩০ দবলউদা লৈবে। পাউ ময়াম অমা লৈরবনিনা কেপ্টেন স্মীথগী ৱাখলদা খোঙজেল অসি খর হোংদোকপা পামখি। অরোইবা ওইনা লাকখিবা পাউদু হৌজিক ফাওবা ফিলিপসগী টেবল মথক্তা তারগা লৈরি। মসিমক চেকশিনবা ৱাংপগী খুদম্লি। কেপ্টেন স্মীথগী ৱাখলদা খুদোংথীবা খোক্লবা য়াবগী চীংনবা পোক্লকই। মরমদি টাইটানিক্লা চেল্লিবা খোঙজেল অসিনা লেপতনা মাইল ১০ খা পাংনা চেল্লবদি মফম অদুদা শোয়দনা য়ৌরগনি। ইস্মেগী ৱাখলদা পুম্নমক অসি করিসু খন্দবা মাল্লি। খোঙজেল হন্নবগী ৱাখল মঙোন্দা লৈত্তে। পীরকপা পাউ পুম্নমক মাগী ফুবিংখাওদা হাপচিল্লগা তুমিল্লা অদুমক লৈখিগনি।

## টাইটানিক লুপখিবা

দিনর লোইরবা মতুংদা জর্জ রাইদেনর অমদি মাগী লোয়নবীনা কেপ্টেন স্মীথবু স্পিসিয়েল রিসেপসন অমা পীগদবগী বার্ত্তন অমা তৌরকই। মসিগী মরমদি হন্দক্কী টাইটানিক্কী খোঙচৎ অসিনা হেক লোইরকপদা স্মীথ থবক্তগী পোৎথারগনি। মদুগীদমক ইকায় খুম্নবা উৎলিবনি। থৌরমদু লোইরবা মতুংদা মহাক মফম অদুদা কুইনা লৈরমদ্রে। সেকেন্দ ওফিসার লাইটোল্লরগী মনাক্তা চংলক্লগা লেপ্লুরি। মহাক্না হায়রকই, "ঙসিসে য়াম্না ঈংইকো।"

"হোয়, সার, য়াম্না ঈংই। দিগ্রী ১গী মথক্তা ফমজিল্লে," লাইটোল্লরনা পাউখুম পীরকই।

"নুংশিৎ কয়া শিত্তেকো।"

"য়াম্না ঈংনা চিক্লা লৈ।"

পুং ৯.৩০ তাদ্রি। কেপ্টেন স্মীথনা লাইটোল্লরদা হায়রম্লিঃ ঐ ঐগী কেবিন্দা চৎলগে। করিগুম্বা নুংঙাইতবা লৈরবদি পাউ পীবকউ।

অমরোমদা ফার্স্ট ক্লাস যাত্রিকশিংনা দিনবগীদমক ফিজেৎ লৈতেংগদবগী থৌরাং তৌনবকই। নিপাশিংনা অঙৌবা টাই অমসুং টেল শিজিন্নরি। নুপীশিংনা নুমিদাংরাইবমগী গাউন শেৎলি। মিস্ট্রেস হেনরী হারিজ মখুৎ তেক্লগা লৈবিবনি। মখুৎ তেক্লবা ফাওবা য়াম্না রা'না ফিজোল শেৎচিল্লি। মহাক তৌজিক এসিস্টেন্ট সরজন সিমপসন্না মাগী পাম্বোমদা প্লস্টর তৌবিবনি। দশা হায়বদুনি স্টেয়াবকেশ ময়াম থস্লিবদগী মরক্তগী অমা খঙহৌদনা কিম্বরকপদা মাগী পাম্বোম মথক্তা তাশিনবদগী শোকখিবনি। মখুৎ শোক্লবসু দিনর য়াওনিংবগী রাখলনা পুম্নমক কাউথোকখিবগুম তৌই। চাবা-থকপদা হেন্না পাম্নুবগী নত্তে। মীয়াম মরক্তা পুনবা পাম্বগীনি।

সেকেন্দ ক্লাস যাত্রিকশিংদি দিনর চাবা লোইবগা চাক-চাফম সেলুন্দা থর্ম্মগী লাইশোল ঈশৈ শক্লি। এঙ্গ্লিকান প্রিস্ট রেভ আর্নেস্ট কারটরনা লুচিংদুনা শকপনি। নহা ওইরিবা স্কোটিস্ট ইঞ্জিনিয়ার দোগলাস নোবমেন্না পিয়ানো থোংই। ময়ামগী অপাম্বা হায়বকপা খুদিংমক মহাক্না শক্কনি। রেভেরেন্দ কারটরনা ময়াম্না শকপিয়ু হায়দুনা পীখৎলকপা ঈশৈ অমদি মদুবু ইরিবা শৈরাংবশিংগী মমিং মথা লাউথোকপনা মাগী মথৌনি। মেরিওন রাইথনা "লীদ কাইন্দলি লাইথ" শক্লমদায়দা মহাক্না লাউথোরকখিঃ "ঈশৈ অসি নোর্থ আটলান্টিক্তা জহাজ অমা কায়খিবা মতমদা ইখিবনি।"

## টাইটানিক লুপখিবা

কেটে বুস কৌবী রাইথগা খোঙচংসিদা খঙনরকখিবা নুপীদুনা হায়ঃ মিস রাইথনা ঈশৈদু শকপা হৌরকপদা মপান্দা লৈরম্বা মী পুম্মক তাগদবগী মনুংদা চংশিন্নরকখি। ঈশৈদু হেক তাবদা মখোয়গী মমিত্তা পী অরেপ্পা লৈতনা শিম্বরকখি। রেভেরেন্দ কারটরগী লোয়নবী লিলিয়ান ঈশৈদু তাবদা মখুৎনা মমায় খুম্নগা লৈখি। মিত্তগী পী শিম্বরকপদু উহন্নিংদবগী ওইরম্বসু য়াই। মীপুম খুদিংমক্কী থম্মোইদা ফাওহনখি মদুদি মখোয়না লাক্লিবসি সমুদ্রগী খোঙচংনি হায়বা। মখোয়না তোংলিবা জহাজ অসি লাইবক থীদুনা কায়বগা লুপখিবা তারবদি হায়বগী মীপায়বা অমদি অকিবা ঈশৈ তারিবশিংদা পোকহল্লকখি।

ঈশৈ অদু হেক লোইখিবগা লাওরেন্স বীজলী কৌবা লন্দনদগী লাকপা নহা ওইরিবা স্কুলগী ওজা অমনা হায়, "ইটবনেল ফাদর, স্ট্রোং টু সেভ" কৌবা ঈশৈ অমমুক শক্লকপদা থম্মোই শোক্লা লৈরিবশিংগী অপ্পাবদু অমুক কাউহনখি। অকিবা ফহনখি। নুংঙাইরবা রাখল অমদা অমুক তাউহল্লকখি।

থার্দ ক্লাস যাত্রিকশিংসু মানা মানা ঙমজবা মতিক মগুন পুখোক্লবকই। লোইবা নাইববোইদবা মখলগী জগোই শাদুনা নুংঙাইরবা ইথক ইপোমদা তাওনরকখি। অদুবু অঙকপদি জগোই শারিঙৈ মরক্তুদা চাউববা উচি থমা খঙহৌদনা চেপ্লোবকখি। উচিদু উবদা নুংঙাইরবা জগোইদু মিকুপ খরদি চবাংনদুনা কায়হনখি। মরু ওইনা নুপী মচাশিংগী মরক্তা পাখৎপা যাওনবকপদগীনি। মখোয়না য়াম্না কিনা হৌনা লাউরকপদা জগোই শাবম্বশিংদু চপ লেপ্লগা ঙক্লা যেংলকখি। থৌনা ফবা নিপা খরনা উচিদু অমুক হন্না মফমদুদা উবা ফংহনখিদে। মতুংদা নে-না তানা জগোইদু মখা চথখি।

নুমিদাংগী পুং ১০ তাবদা অহানবা ওফিসার মুর্দোগ লাক্লগা লাইটোল্লরদা পোত্থানবা হায়বকই। মহাক্লা হবা-নুংশিংকী ফিবম য়েংলগা মখা তানা হায়রকই, "হাযফেৎ ফজনা ঈংই।"

লাইটোল্লরনা খুম্লকই, "অচুম্বনি। য়াম্না ঈংই।"

মুর্দোগনা লাইটোল্লবগী মহৎ হেক শিনখিবগা লোয়ননা অমরোমদা লুকআউট জেরেল অমসুং সাইমোনগী মহৎ লুকআউট ফ্লীট অমসুং লীনা শিনখি। মখোয অনী মথৌ তৌবা হৌখিবগা লোয়ননা চেকশিন্না য়েংবা

হৌরকই। মখোয়গী মখৌদি মাঙদা করি লৈরিবগে হায়বা য়াম্না চেকশিন্না য়েংবনি। করিগুম্বা পোৎ অমা লৈবা উরকপদা পাউ পীগদৌরিবনি।

উনগী চীং উরকপদা খুদক্তা পাউ পীগদবগী অমম্বদুদা মমিৎ কুপ্তনা য়েংলি। শুক্লা মম্মী। করিগুম্বা অমত্তা উদে। মতমসিদা বাইনোকুলরদু হেক্তা নীংশিংলকই। ফ্লীট হায়জেঃ ঐখোয়না তৌগদৌরিবসি য়াম্না লুই।

মতমদু নুংশিমক্তি শিত্তে। ঈংনা চিক্লা লৈ। থাশিরমদাই ওইবনা থা থোক্তে। থবান্মীচাক্তনি অত্তিয়াদা ঙাল্লিবা। মাঙদা করি লৈরিবগে হায়বদু খঙবদা লুনা থোকই। মতমসিদা মহাক সেকেন্দ ওফিসার ব্লেয়ার নীংশিংলকখি। মহাক্না পায়রম্বা বাইনোকুলারদু লৈরম্বা থোক্লবদি য়াম্না লাইনা মাঙদা করি লৈবগে হায়বা উবা ফংলমগনি। করি উপায়দি তৌগনি। মিৎ-না শিংনা য়েংবা তাবনি। অমম্বা হায়বসিনা মখোয়গী য়েক্লবা ওইরকই।

খঙহৌদনা নুংদাংগী পুং ১১ তাশিনখ্রে। কালিফোরনিয়ানা পাউ পীরকইঃ অহলদা হায়বীউ। ঐখোয় উন্না কোয়শিনখিবদগী চৎপা য়াদদুনা লেপ্লগা লৈরে। মখোয়না অহল হায়রিবসি কেপ্টেন স্মিথনি।

ওপরেটর ফিলিপসনা ও কে হায়বগী পাউখুম পীখিদে। মদুগী মহুত্তা য়াম্না শাউনা হায়রকখি, “হায়রকখিনু ঙাইখো। হায়রকখিনু অমুক্তা ঙাইখো। কেপ রেসদা পাউ পীবগী ঐ ইখৌ য়াম্না চিল্লি।” কালিফোরনিয়াগী ওপরেটর রিলিয়ম গ্রে শাউনিংদুনা মতুংদা পাউ অমুক হন্না পীরকখিদ্রে। ফিলিপসনা খঙনীংদুনা হংলকপা থোক্লবসু তাদনবা হায়দুনা মেছিন্দু মুথ্থৎলগা থমখি।

মিনিট ২০গী মমাঙদা ক্রোগী নেস্টদা লৈরিবা ফ্রেদেরিক ফ্লীটনা মাঙদা করিগুম্বা পোৎশক খর উরকপগুম তৌরকই। সেকেন্দ ৩৭তা ঙায়রবা মতমদা পোৎশক অদু উবা ফংলকই। অহানবদা অপিকপা পোৎনি হায়না খল্লি। অদুদগীদি খংচাউ চাউনা উরকই। সেকেন্দ অনীগী মনুংদা চিংনরিবা পোৎশক অদুমক্তি হায়বা খঙলকই। খুদক্তা চাউরবা ব্রোঙ্ক বেল অদু খংচিং চিংলগা অহম্রক খিংহল্লি। মাঙদা করিগুম্বা পোৎ অমা লৈরে হায়বা তাক্লিবনি। কংশি অহম্রক খিংলপদু ব্রিজদা চৎলগা লৈরিবা আলফ্রেট ওলিভর তারকই। মহাক কার্টর্মস্টরনি। স্টেন্দবাইনি। লাইট শেন্নরিবনি। মহাক্না খোজ্রেন্দু হেক তাবগা হীলহাসত্তা চংলকই। ফ্লীটনা ব্রীজদা লৈরিবা ৬শুবা ওফিসার মূদীদা পাউ পী, “উনগী চীং লৈরে।”

## টাইটানিক লুপখিবা

"ফরে," মৃদীনা পাউখুম পীরগা থীম্বা তৌদনা অহানবা ওফিসার মুর্দোগভা ফ্লীটনা হায়রকপা য়াহৈ অদুমক হায়খি।

জহাজ অদু অতোপ্পা মায়কৈ অমদা লৈথোকখিবা লৈতে। ফ্লীট অমদি লী স্মর মপী হোল্লগা লৈরকই। য়িৎকুপ খরগী মনুংদা চাউরবা মুরবা উনগী চীংদু উরক্রে। ওলিভরসু লাইট শেল্লরিবনিনা উরকইঃ ফুট হমফুত্তবারোম য়াংবা মুনা শংবান্নরবা উনগী চীংদু টাইটানিক্কী মৈঙান্দুনা ফুবদা ইরং লংখৎলকখি। উনগী চীংদু অসুম অসুম নকশিল্লক্রবদা ফ্লীট অমসুং লী করম্বা মতমদা মমিৎ উইশিনখিবনো খঙহৌদে। উন মচেৎ-মচেৎনা হকচাংদা ফুরকপা মতমদা ভাব তারকই। টাইটানিক উনগী চীংগা থেংজিন্নরে হায়বা খঙলকই। হাযরিবা নুমিৎ অসি এপ্রিল ১৪, ১৯১২গী অহিং পুং ১১.৪০ তাবদা থোকখিবা থৌদোক্নি। উনগী চীং অদু ফুট ২৫০ রোম য়াঙই। ক্লিনসটাউনদগী মাইল ১৭৯৯ লাপ্পা অদুগা নিউ য়োর্ক য়ৌগদবা মাইল ১১৯১ য়াংলিঙৈ মফমদা থোকখিবা থৌদোক্নি।

জোসেফ কোনরদগী মঠ মতুং ইন্না টাইটানিক্কী ফ্রেম চল্লিবা য়োৎ অমদি নপ্লিবা প্লেটশিং অদু উনগা থেংনবদা হুস্টলে অমসুং পালমর বিস্কুট টিনগা মান্নখি।

# টাইটানিক লুপ্পমদাইগী মমাং

উনগী চীংগা টাইটানিক্কা খেংজিন্নরে হায়বসি যাত্রিকশিংগী মনুংদা কনাসু খঙদ্রি। ফার্স্ট ক্লাস দাইনিং সেলুন্দা চিফ নাইট বেকর বালটর বেলফোর্ট কৌবা নিপাদু হয়েং অয়ুক্কী যাত্রিকশিংদা ব্রেকফাস্ট পীনবা তলশিংদু মৈদা শাহনবগী থবক ঙসাইমখে তৌরম্মনি। হৌজিক্তা লোইখিবদা মঙায়রি।

মখাগী সি দেকদা ঙসাইমখে মথৌ তৌবুবা সীমেন খর বারদুনা পোত্থারি। মখোয়শিং অদুদি ব্রাইস, বুলে, ওসমান অমদি ইভান্সনি। মখোয় চুরুট থক্লগা নুংঙাইনা লৈরিঙৈদা কংশি অহম্রুক খঙহৌদনা খিংলকপা তাবদা অঙকপা পোকখি। ইদবার্দ বুলেনা খল্লিঃ করিগুম্বা অমদা খেৎখিবা মাল্লি।

ব্রাইসনা হায়ঃ খেৎপা নত্তে, অচৌবা পোৎ অমা তারকপগী ওইগনি।

মখোয়না ঙাঙনরিবদু হায়ফেৎ তারম্লগা ফ্রেঙ্ক ওসমান দেক্তা চৎলগা য়েংইঃ করিশু উদে। উন খর দেক মথক্তা তারিবদু উরকই।

ইঞ্জিন লৈরিবা রুমদা মথৌ তৌরিবা চিফ ইঞ্জিনিয়ার বেল মহৌশাগা মান্নদবা মতৌ অমা উরকপদা চেনখিদুনা ময়ায়থংবা টরবান মুত্থৎনবা হায়খিরম্মী। মিৎকুপ খরগী মতুংদা অলার্ম বেল হৌনা খিংলকই। বাটরটাইথ খোঙশিংদু মথন্তা থিংজিনবা হৌরকই। মিনিট খরগী মতুংদদি ইঞ্জিনিয়ারশিং, গ্রীজরশিং, আর্টিফিসরশিং করি তৌরবগে হায়দুনা কোয়চেন চেন্নরকই।

আলফ্রেদ ক্রোফোর্দ কৌবা যাত্রিকশিংবু সেবা তৌনবগীদমক লৈরিবা স্টেবার্দ অদুসু বি দেক্তা চৎলিঙৈদা খঙহৌদনা করিগুম্বা অমা তকখায়খিবগী হৌরবা খোঞ্জেল অমা তাবদা করিগীনো হায়বা খঙনীংবদগী য়েংবা লাকই। মহাক উনগী চীং অচৌবদু উবদা খুদক্তা হল্লকই। মতমসিদা বি-৪৭ কেবিন্দা লৈবা দিকিন্সন বিসোপ মতৈ-মনাওসু করি থৌদোক থোকখ্রবগে খঙনীংদুনা য়েংবা থোরকই। মখোয়না আলফ্রেদ উবদা হংই, "করি তৌরবগে?"

আলফ্রেদনা খুমই, "করিসু খুদোংথীনিঙাই ওইদে। মখাদা কুমথবীগ্রো। উন খরদা থেংজিনবগীনি।"

মারগুয়েরাইট ফ্রোলিচর কৌবী সুইজ লৈশাবীদু ঙাইহাক তুম্নুরবা মাল্লি। মংঙ্গী ঈপাক্তা তাউরিঃ জুরিক হিরানবশিংনা নাতৈ চাদবা মফম অমদা থম্বীরম্লে। মদুগীদমক মহাক শাউনিংদুনা হিহোনবশিংদা চৈশে খন্দুনা লৈ।

## টাইটানিক লুপথিবা

হৌরবা মখোন্দুনা মংগী ঈপাক্তু কায়হনখি। ইখঙ খঙনা হৌগৎলকখি। ভাব তারকপদা খঙলকই। মফম অসিদি জুরিক ওইরমদ্রে। ই, দি, এপলটোন্না খল্লিঃ হৌজিক্কীদু শাংলবা ফি অমা শেগায়বগী হৌরবা মখোল শোয়দনা ওইগনি।

ফার্স্ট ক্লাস স্মোকিং রুমদা লৈরিবশিংদু টাইটানিক করি তৌখ্রবগে হায়বা খঙদ্রি। স্টেৱার্দ জেমস রিটরনা করি তৌবদগী অসুক য়াম্না ঈংলিবনো হায়বা খঙনীংবদগী মপান থোরকখি। টেবল অনীদা ব্রিজ শান্নরিবশিংদু থোইনা খম্বরুবা তৌদে। লেফটনেন্ট স্টেফান্সন পাম্বোম যাওবা আর্মচিয়ারদা পোত্থাবগা চম্প্রামহী অশাবা থক্লগা লৈ। মতমসিদা স্পেন্সন সিলভরথোর্ন য়াম্না নুংঙাইনা ওয়েন রিস্টবনা ইবা নোভেল ''দ ভিরজিনিয়ান'' কন্না পাবি।

সি দেক কেবিন্দা মিস্টর অমসুং মিস্ট্রেস হেনরী বি, হেরিজ মতৈ-মনাওদু কেনফিলদ শান্নরগা লৈ। শান্নরিবা জুৱাবদু মিস্ট্রেস হেনবীদি কযা খোইজংদে মবমদি মখুৎ তেকপগী চৈনা খাংলগা লৈবিবনি। মপুবোইবনা খল্লিবদি জুৱাব শান্নবগা অনাবদু খবমখৈ কাউথোকখিনি হায়বসিনি। মতমসিদা জহাজগী ইঞ্জিনশিংদু খংহৌদনা মুখিরম্মী। ইঞ্জিনশিংদু মুত্রিঙৈদা হেজ্ঞবদা য়াম্লিবা মখোয়গী ফিশিংদু হাইবগা লৈবম্বনি। হৌজিক্তি ইঞ্জিনশিংদু মুৎখিবদগী হাইবম্বা ফিশিংদু চপ লেপখি। তৌরিবা মতৌদু য়াম্না হৈনিংদনা লৈবিবা মিস্ট্রেস হেনবীগী মমিত্তা উবকই। মপুবোইবদি জুৱাবদা পুক্নিং লুপ্লি।

খঙহৌদনা কংশি খিংলকপগী মখোল তাবদা আর্থব বীয়ার্সন কৌবী নুপীদুনা স্টেৱার্দ বিসোপ্পা হংলকই, ''করি তৌবগীনো?''

বিসোপনা খুম্লকই, ''মেদাম, উনগী চীং লৈবনা চৎপা য়াদ্রে।''

বীয়ার্সন মাগী রাদু তাবদা নুংঙাইনা তুমজবিবা মপুরোইবদু হৌদোক্লশিরা হল্লকই। সাউথমতোন থাদোবকপদগী মপুং ফানা তুম্বা ফংলক্লিবা মপুরোইবনি। নুংঙাইনা তুমজখিসনু অমুক্সু খল্লকই। মতুং তাবা অলার্ম অমুক খিংলপা থোক্লবদি হৌদোক্লে খন্দুনা লৈখিরম্মী।

সেকেন্দ ক্লাসতা তোংলিবা লাউরেন্স বীজলে থোরক্লুনা স্টেৱার্দ অদুদা হংই, ''জহাজ অসি লেপ্লগা লৈবিবসি করি তৌবগীনো?''

'সার, ঐ য়াম্না মুন্না খঙদে, অদুবু কুইনা লৈগদবদি মান্দে।''

স্টেৱার্দগী পাউখুমদুদা পেন্দবদগী বীজলে কোট অমা লিংলগা অশেংবা খঙনিংদুনা বোট দেক য়ৌনা লাকই। মতমসিদা জেক থয়াবসু মাগী মমা মপাদা অশেংবা খঙলুখিগে হায়রমল্লগা কোট লিংলগা দেক্তা থোরকই। দেক য়ৌরগা খঙলকপা হায়ববু অহিংদু শাথীনা ঈংই। থৱানমীচাক্লা অতিয়াদা

লংনা ঙাল্লি। সমুদ্রনা ঈথক ঈরাউখোল অমত্তা য়াওদনা ঈংনা তগ্গা চিক্লা লৈ। টাইটানিক্সু তুমিন্না ঈপাকথক্তা তাউরগা লৈরি। অদুবু ফন্নেল অহুমদগী খোরকপা মৈখুশিংনা লৈচিন ওইনা অতিয়াদা পাইরি।

জহাজ অসি উনগী চীংদা খেংজিল্লুরে খংলবা হারভে কোল্লীয়রনা মাগী নুপী চার্লোটিদা হায়রকই, "ঐখোয় চাউরবা উনগী চীং অমদা খেংজিল্লুরে অদুবু য়াম্না খুদোংথীনঙাইদি ওইদে। ওফিসার অমনা হায়রম্বনি।"

থংনবা কাদা চহী তরেৎ নিপালতা ঙাইরীবা মচানুপী মার্জোরী নুংঙাইনা তুম্লি। চার্লোটিদি তুমশিনবা য়াদদুনা লৈরক্লি। ওনিং-ওনিং তৌবদগী পোত্থাফম খঙদদুনা য়াম্না ৱানা লৈরিবনি। ওখোকপা হায়বদুনি। দিনর চারুবদগী তৌরকখিবনি। কা হেন্না চাশিল্লুবদগী তৌরিবরা নত্রগা চাকখাউগী লায়না লৈবগীরা? মপুরোইবনদি হায়জেঃ তুম্বা থেমউ। মদুতদা ফগনি।

কোল্লীয়র ইমুং হায়না ময়াম্না খঙনবা মখোয় অহম অসি ইদাহোদা লৈবা ফায়েটিদা হৈ-রাগী ফার্ম অমা লৈবুবদগী ময়ুম লমদম থাদোক্লগা আশা অমগা লোয়নরগা টাইটানিক তোংলগা লাক্লিবনি।

জহাজনা খঙহৌদনা চৎপা লেপখিবদুদু যাত্রিক খরদি মরম খঙনীংদুনা মপান্দা খোরক্লগা হংনরকই, "করি তৌবগীনো? কয়া কুইনা লেপকদৌরিবনো?"

অশেংবা খঙবা পাম্বশিংগী মনুংদা জর্জ হার্দর অমনি। মঙোন্দা স্টেৱার্দ অমনা হায়রম্মী, "ও!, পুং খরদি লেপখিবা তারি। অদুবু অমুক হন্না চৎপা তাবনি।"

উইলিয়ম স্টীদ অথেংবা অহিংদুদা পোর্টসাইদদা হৱা চাবা খোরক্লগা হংলকই, "করি করম্বা খুদোংথীবা থোকপগীনো জহাজ অসিনা লেপ্লিবসি?"

"উনগী চীং লৈবগীনি," অতেনবা ৱাহৈসি পাউখুম ওইনা ফ্রেঙ্ক মিল্লেটনা পীরকখি।

"খুদোংথীনঙাই ওইদেকো। অদুদি ঐ কেবিন্দা লাইরিক পান্নুখিগে।"

স্টীদগা মিল্লেটগা শান্নরিবা ৱারীদু মনাক নক্লা লৈরিবা ফাদর থোমাস বাইলেজ তাহৌই। মহাক্সু খন্নকই, "য়াম্না খুদোংথীবদি ওইরম্লোই।"

হৌজিক্তি উনগী চীংদা খেংজিনবগী ৱারী মফম খুদিংদা শান্নরক্লে। য়াম্না খুদোংথীবা থোরকপা য়াবগী অকিবা অমত্তা পোক্লদে। পিটর দালীনা মাগী কেবিন্দগী কুমথরকপদা ফার্স্ট ক্লাসতা তোংলকখিবা লৈশাবী অমনা অতোপ্পা মমান্নবী অমদা হায়খিবদু তাহৌইঃ লাকও, উনগী চীং হায়বদু য়েংলুসি। ঐখোয়দি অমুক্তা উদ্রিবনি।" মখোয় নোক্ল-নোক্ল উনগী চীং য়েংবা চৎখি।

## টাইটানিক লুপখিবা

বি-৪৭দা লৈবা দিকিন্সন বীসোপ মতৈ-মনাওদু মপান্দা চপ্খোক্লদগী হঞ্জিল্লকপদা মঙাইরি। মিস্ট্রেস বীসোপ তুমগদবগী মফি-মরোল হোংদোই। মাগী অশেংবা মমিংদি হেলেন কৌই। মখোয় মিচিগানগী খা-নোংচুপথংবদা লৈবনি। মিস্টর বীসোপ তুম্লগে খন্দ্রি। লাইরিক পাবা হৌরকই। মতম অসিদা খঙহৌদনা খোঙ থীল্লকই। খোঙ হাংদোক্লবদা বারনুম কৌবা বাইলে সর্কসগী পার্টি ওনরদু ওইরম্মী। কুম্মৈ য়েংহন্নীংদুনা কৌবা লাক্লিবনি।

মখোয় কুম্মৈ য়েংগে খন্দ্রে। হেলেন ফমুংদা চংখিরম্মী। বীসোপ লাইবিক মখা পাথখি। খঙহৌদনা করিগুম্বা অমদা খেংজিনবগী অহৌবা মখোল অমা তারকই। মহাক চীংনরদুনা লাইরিক পাবা তোক্লগা মপানগী দেক্তা খোরকই। করিগুম্বা অমত্তা উদে। তুমথখিবদা ঙাইরিবা হেলেন হৌদোক্লগা চীংনবিবদু য়েংবা দেক্তা খোরকই। ঈংবনসু মহানি। স্টেরার্দ ক্রোফোর্দ থেংনৈ। মহাক ঈংবদু খাংলগা লৈরম্ত্রি। মহাক বি দেকী মাঙথংবা শরুক্তা মথৌ তৌবিবনি। মহাক্না হায়বকই, "নখোয় মখাদা চৎপিগ্রো। য়াম্না মীপায়নীংঙাই ওইদে। উন মচা খরদা খেংজিনবগীনি। হৌজিক্তি মদু লাখোক্লগা লাক্লবনি।"

বীসোপ মতৈ-মনাওদু স্বর চনীং তানা হোন্দোক্লগা কেবিন্দা লাকই।

এ দেক্তা লৈরিবা ফার্স্ট ক্লাস স্মোকিং রুমদগী লাক্লিবা মনমসি চুরুট অমদি হুইস্কি থকপগীনি। মবক্তুদা জেন্টলমেন খরদি নুমিদাংরাইরগী ফিজোল শেৎলগা থক-চাদুনা জুরাব শান্নরি। মখোয়শিংদুগী মনুংদা আর্চি বট, ক্লারেন্স মুর, হগ বুলনর য়াওরি। খঙহৌদনা অহৌবা মখোলদু তারপদা মী অয়াম্বা মপান্দা চেম্বোক্লরকখি। বুলনর মশামক্তু পাখৎপা অমা য়াওনা চেম্বোরকখি। কনা অমত্তনা চিংনবা য়াবা করিগুম্বা পোৎ অমত্তা উবা ফংদে। বুলনর খঙনীংবগা লোয়নন্না মুন্না য়েংই মতমসিদা মহাক্কী মনাক্তা নিপা অমনা চংশিল্লক্লগা হায়রকখি, "তুংগী হিরুবাক্লোমদা উনগী চীং অমা লৈ।"

হৌজিক্তা উনগী চীং লৈ হায়রম্বা নিপা অদু কদোমদা চৎথ্রবনো বুলনর হন্না য়েংখিবদা উবা ফংখিদে। মিৎকুপ অমগী মনুংদা তৌনখিবা থবক্তি। মহাক নিপা অদুগী মরমদা অঙকপা পোক্লুরি। মহাক্না হায়রম্বদু অচুম্বা হায়দুনা মুন্না য়েংই। মশেল মরাং ওইনা উনগী চীং অমা উরকপগুম তৌই।

মতমসিদা দেক্তা ফার্স্ট ক্লাস যাত্রিকশিংনা টিকেৎ মমল হম্বনা তোংলকখিবা স্টীরেজ যাত্রিকশিংনা নুংঙাইনা শান্নরিবদু য়েংলগা লৈরি। কুম্মৈ অদুদা পুক্লিং কয়া লুপ্তনা লৈরিবা মেজর আর্থর পেউচচেন্না চার্লস হেজদা হংল্লকই, "মিস্টর হেজ, নহাক উন উরবরা? উনিংলবদি দেক্তা লাকউ।"

পেউচেন ওন্টারিওগী মনুংচনবা টোরোন্টোদগী লাকপা কেমিকেল মেনুফেকচরর অমনি। অদুগা হেজনা গ্রান্দ ট্রঙ্ক রেলরে প্রেসিদেন্টনি। হেজ উনগী চীংদু য়েংনীংবা পোক্লুরি। পেউচেনগী মতুং ইন্দুনা চৎখি। গ্রীজর বালটর হুর্স কৌবা নিপাদু উন খর পায়রগা লৈনা লেক্লগা মহী থক্লি। এবল সীমেন জোন পোইংদেস্টরনা ক্রিউগী মেসদা উন পুরক্লগা ময়ামদা য়েম্লি অদুগা হায়রকইঃ টোন মশিং থীঙম্লরোইদবা উন ময়াম অমা লৈহৌরবনি।

স্টেৱার্দ এফ, দেন্ট রে কৌবা নিপাদু মচিন্দা মূরুম-মূরুম শোল্লগা মাগী তুমফম কাদা লাকই। মানা শেংফাওবা লোন্দা হায়রকখিঃ ফরেনে, য়াম্না শাথীববু নত্রবদি। মদুমক্লা খুদোংথীবা থোকহনগনি হায়বা থাজদে।

এ দেক্কী ফোয়ারদা লেপ্লগা লৈরিবা কোলনল গ্রেসিদা তুংলোমদগী হায়রকই, "নহাক্লা নিউ য়োর্কতা থুংবদা মীংশিংনিঙাই করি পোৎ লৈরবগে?"

গ্রেসিনা য়েংথোকখিবদা মাগী মরুপ ক্লিফ স্মিথনা উন মচা অমা মঙোন্দা পীরকখি। মাগী মতৌদূদা গ্রেসি নোক্লিংবা পোক্লুবি।

লুহোংখিবা থা অনীরোমদা ঙাইহিরিবা এলেনি য়াসবেক অমদি মাগী লোয়নবী সেলিনে উনগী চীংদা থেংজিনবগী হৌরবা মখোল্লা তুম্বা কায়হনখি। মখোয় থার্দ ক্লাসতা তোংলকখিবনি। অকিবা ফংলবা হৌরনা মখোন্দু ত'বদা জহাজ অদু করিগুম্বা খর শোয়দনা তৌরম্লগনি চিংনবদগী মখোয় য়েংবা থোরকই। মথক্কী দেক্তা কাখৎলি। মখোয় বোইলর রুম ৬তা মুম্না য়েংশিল্লুরি। কাদুদা চেনশিল্লক্লিবা ঈশিং মযামদু ইঞ্জিনিয়ারশিংনা শিত্তোকপা হোৎনররিবদু উরকই। ওইরিবা ফিবমদু উরুবদা ভাব হারকইঃ জহাজ অসি য়াম্না খুদোংথীবা ফিবমদা লৈরে। খিম্বদনা মখোয়গী কৌবিন তানা চেল্লকই।

কার্ল জোন্সন কৌবা থার্দ ক্লাসগী যাত্রিক অদু অহৌবা খোঞ্জেল অদুনা তুম্বা কায়হনখি। মহাক্লা হৌগৎলকপা মতমদা মানা লৈরিবা কেবিন্দু ঈশিং চংবা হৌরক্লে। থীম্বদনা ফি শেৎচিল্লি। ফি শেৎপা লোইরকপা মতমদদি মাগী তোংলিবা খোঙউপ অদু যৌনা থুমজিল্লকখি।

সার'হ দেনিয়েল কৌবী নূপীদু জহাজগী ইঞ্জিনশিংদু খঙহৌদনা মুৎখিবদা চিংনবা পোক্লকপদগী মাবু গবক শুহনগদবগী লোয়নরগা লাকমিন্নবা হদসন এল্লিসন কৌবা নিপাদুগী থোঙ থীনদুনা তুম্বা হৌদোক্লুই। এল্লিসন য়াম্না নুংঙাইনা তুম্রিবনি। কনাগুম্বা অমনা হৌদোকপা ওইরম্লগদি এল্লিসন শাউনিংবা পোক্লমগদবনি। সারাহ ওইরম্বদুদা শাউবা ঙমখিদে। অদুমকপু খুম্লকখিবা পাউখুম অদুনা পেন্দবা উৎলকখিঃ সারাহ, নংবু

ঙাওরবরা করিনো? টাইটানিক লুপ্পা নাইররৌইদবনি হায়বসি নহাক খঙলিবা নত্রা?

এল্লিসনগী রা তারগা সারাহ মাগী কেবিন্দা লাকখি। অদুম ওইদুনসু সারাহ পুক্লিংদা চিংনবা কোক্তি। কেবিন হেক য়ৌবগা ফি হোংদোকই।

নোর্মেল চেম্বর মতৌ মনাওদু মখোয়গী ফার্স্ট ক্লাস ই দেক্তগী এফ দেক তানা লাকই। মফমদু য়ৌরকপদা উরকইঃ পোস্ট ওফিস হৌজিক ঈশিং চংবা হৌরক্রে। পোস্টেল ক্লার্ক মঙানা চিঠি ৪০০,০০০ য়াওবা বোরাখাও ২০০ ঈশিংদগী কনগদবগী কন্না হোৎনরি। চেম্বর্স মতৌ-মনাওনা লেপ্পগা লৈরিবা এফ দেক তানা বোরাখাওশিংদু পুখৎনবা হোৎনরি। চিঠিখাওশিংদু চোৎখিদনবনি।

মতমসিদা দি দেক্তা হেনরী স্লীপর হারপরগী নুপীদু দাঃ ও'লাঘলিন উন্নগবগী য়াম্না থুনা লাকই। মপুরোইবা হারপর মশা ঙমদদুনা লৈরিবনি। ফমুংদা পোত্থারগা লৈরবদি খর থুনা ফগদবনি। হারপর ফমুংদা হিপ্পগা লৈবসি য়াম্না পামদে। মাগী নুপীনা হায়বদু খওইনা তাদে। দাক্তরনা হায়রবদি মহাক ইনগনি খল্লি। মরম অদুনা য়াম্না রানা দাক্তর কৌবা লাকইবনি।

মিস্ট্রেস হারপরগী রা তারবা মতুংদা দাক্তরদু মায়খোং লাংশিল্লগা হায়রকই, "হৌজিক ঈশিং থুমজিনবা হৌরক্রবনি। তোরং উপুনচিংবা লোইনা তাউখোকখ্রে হায়। নহাক দেক তানা চৎখিবনা করনি।"

যাত্রিকশিংগী মরক্তা মাইবী চংবী অমা য়াওরম্লি। মহাক্কী মমিং রালটর স্টেফেনসন কৌই। করিগুম্বা থৌদোক অমা থোক্লমদায়দা মঙোন্দা শাখিনা অমা পীরক্কনি। মহাক খঙহৌদনা চেনগনি। মানবু খঙহৌদনা চেন্নবদি করিগুম্বা থৌদোক অমদি শোয়দনা থোক্লগনি। মহাক ঙাইহাক্কী মমাঙদা ভুমগদবগী ফমুংদা চংখি। খঙহৌদনা ফমুংদগী হৌগৎলগা চেনবা হৌরকই। নোংমা ভুম্নবদগী ইখঙ খঙনা হৌগৎলগা চেনবগী থৌদোক অমা লৈখি। নুমিৎ অদুদা সান ফ্রান্সিস্কো সহরদা য়াম্না কনবা য়ুহার হারকখি। দলান কিম্বরক্তুনা অকায়বা মচেৎ ময়াম অমা তারকখি। মাগী মতৌদু উবদা হায়রকইঃ মথাক্তা ইফিং ফিংনা চেল্লিবসি অফবা খুদম নত্তে। ফত্তবা অমা শোয়দনা থোক্কনি।

আ লা কারটে রেস্টোরেন্টদা জর্জ রাদেনরনা কেপ্টেন স্মীথ ইকায় খুম্নবা উৎপগী পার্টি য়াওরম্বা নুপীশিং লোইনা চৎনখ্রে। অদুবু ক্লারেন্স মূর, মেজোর বট, জর্জ রাদেনরগী মচা নিপা হেরী অমদি রিলিয়ম কারটর হৌজিক্তা চৎখিবদা মঙাইরি। কাদুগী কাচিন্দা নহা ওইরিবা হগ বুলনর অমসুং বিজোর্ন স্টেফন্সন মমান্নবা খরগা জুরার কন্না শান্নরি। অতোপ্পা টেবল অমদনা

লুসিয়েন পি স্মীথনা মমান্নবা ফ্রেঞ্চ মচা অহমগা ফম্মিন্নরগা ঋারী চিকথনবি। ঋারীদুনা ওমখিবনা টাইটানিক করি তৌগ্রবগে হান্নবা করি অমত্তা খঙদে। জুরার শান্নরিবশিংদু জুরারগী চেদা চাগদবগুম মমীংশিংদু য়েংলি।

মিংকুপ খরগী মমাঙদা ঋালটর দোগলাস মতৌ-মনাওদু গ্রান স্টেয়ারকেস ফাওরগা লাকখি। দোগলাসনা মাগী নুপীদা হায়জেঃ জহাজ অসি হান্নগী খোঙজেন্দগী হেন্না য়াংনা চেল্লকদবা মাল্লি। ইঙ্গ্লিন্না মাগী খোঙজেল হাপকদবগী লৈখৎলক্লপদা স্টেয়ার যাওনা নিকপা ওইরমগনি। মখোয়না স্টাটরুম সি-৬৮দা থুংবা মতমদা টাইটানিক উনগী চীংদা য়েশিল্লবনি। মদুদা য়েশিনবদগী নিকখিবদু মখোয়গী ঋাখলদা করিশু লৈতবদৌনা খন্নখি।

জহাজগী কেপ্টেন ওইরম্বদগী পোথ্থারবা কেপ্টেন ইদরার্দ জফোর্দ ক্রোসবী হায়বদু টাইটানিক্কী ওইরিবা ফিবম অদু মুন্না খঙদ্রি. মী খুদিংমক বোট দেক্তা লাক্লবা পাউ চেল্লম্মী। মহাক্কা মাগী নুপীদা হায়রকখি, "হাথু হাথু তৌরুবগী কান্নরোই । হিদা তেংলগা ঈরাক্লগে হায়বরা?"

মপুরোইবগী ঋা তাদ্রিঙৈদা মহাক হান্না ঋাখল তৌবগা লৈরম্লিবনিঃ ফমুংগী ফোং ফোং শাবসি থাদোক্লগা করি তৌবগী চংকদৌরিবনো"

ক্রোসবীদু মপান থোক্লুরগা হক্তিল্লকপদা মাগী নুপীদা হায়বকই, "এনা খল্লম্বদু লাল্লে। জহাজ অসি য়াম্না শাথীববা ফিবমদা লৈরে।"

ক্রোসবীগী ঋাদু তাবদা মিস্ট্রেস ক্রোসবী অমদি মচানুপী হেবিএদ ফমুংদগী চোংথরক্লগা ফি শেংলি। থীম্বদনা দেক তানা মখোয় চংখি।

অমরোমদা ফার্স্ট ক্লাস স্মোকিংদা ব্রিজ শান্নমিন্নরম্বা লুসিয়েন স্মীথ মফমদু থাদোক্লগা চংথ্রবসু লেফটেনেন্ট স্টেফেন্সন আর্ম চিয়ারদা ফমদুনা ফোং ফোং শাবা লেমোনেদ থক্লগা পোথ্থারি। মহাক্কা য়াম্না নক্লনা স্পেন্সর সিলভর্থ্রোন কৌবা নিপাদু লৈ। মহাক মাগী নোভেম্বগী ঋাখলদা উংদুনা লৈরি। মতম অসিদা টাইটনিক্কী ওফিসার অমা লাক্লগা হায়বম্লি, "নিপা খুদিংমক লাইফবেলট ফাজিনবীউ। খুদোংথীবা লৈরবনি।"

ওফিসারদুনা হায়রম্লিবদু মখোয়গী ঋাখলদা পুক্লিং কয়া চংদবগুম তৌই। মী অমনা করিগুম্বা খর হায়রম্বদুদা লৈথোক্লগা হায়ফেৎতং য়েংথোরকখি। করি লৈরবগে হায়দুনা খা তানা হংলকখিদে।

জেমস ড্রিউগী নুপীদু য়াম্না জ্ঞান তাবীনি। মপুরোইবনা পাউ হেক পুরকপগা মফি শেৎচল্লি। চহী নিপালখক্তা ঙাইরিবা মনাওনিপাগী মচা মার্সেল কৌবদু তুম্লম্বদগী হৌদোক্লবদা জ্ঞান তাদনা লৈরি। তুমশিং ফাদবগী হৌনবনি। মিস্ট্রে ড্রিউ মার্সেল কোনশিনবীরগা দেক তানা পুরগা চংখি।

## টাইটানিক লুপখিবা

আর্র রীয়ার্সন ঙসিগী তুমদ্রিবনি। মিস্ট্রে রীয়ার্সন ওইরক্লিবা ফিবমদু মুন্না খঙলবনিনা ৱা ঙাঙদনা ফি শেৎচিল্লি।। মপুরোইবনা শেংকদবা ফি পীশিল্লি। অঙাং অহমগী মফি শেৎচিনবী। মাগী লোয়নবী ভিক্টোরিনগী অপাম্বা ফি শেৎনবা পীশিল্লি। খ্বাইগী অতোপ্পী ইমিলীদা ব্লাঙ্কেট অমা পীশিল্লি। মচা ময়ামদু পুরগা মিস্ট্রেস রীয়ার্সন দেক তানা চৎখি।

রোথসগী কাউন্টেসদু মাগী কজিন গ্রেদীজ চেরীগা পাউ লৌগদবগী বি দেক্তা লৈবা ফার্স্ট ক্লাস ইন্ট্রান্সদা লেপ্লগা লৈ। ক্রিউমেন অমা লাকপদা লাইফবেলটগী মরমদা হংলুবদা এ দেক্তা ফংগনি হায়রম্মী। নুপী অনীদু থীম্বা তৌদনা মখোয়গী কেবিন্দা হল্লকখি। লম্বীদা মখোয়গী স্টেৱারদ অদু থেংনৈ। মহাক্না হায়রম্লিঃ নখোয় লাইফবেলট শিজিন্নবগী দরকার লৈতে।

কেপ্টেন স্মীথগী য়াথং মতুং ইন্না স্টেৱাদ ইটচেসনা পাউ মথং মথং পীরক্লি। সি ৭৮দা পাউ পীগদবগী খোঙ থীল্লুবদা হাংদোকবকখিদে।

খোঙদু হন্ন হন্ন থীল্লবা মতুংদা মনুংদগী নিপা অমনা হায়বকখি, "করি ৎৌরবগে?" মতুংদা নুপী অমনা অমুক হায়রকখি, "করি খুদোংচাদবা লৈরবগে হায়উ।" মখোয়না ঙমদুনা খোঙদু হাংদোরকখিদে।

ই দেক্তা খোঙ হাংদোকপা ঙমদনা লৈরম্বা অমদি নোরাস ৱিলিয়মস কৌবা টেন্নিস শান্নরোই অদুনা থুগায়রগা হাংদোকখি।

য়াম্না খুদোংথীরক্লবা মতমসিদা মথৌ য়াম্না চিনবা নিপা অমা হায়বা তারবদি সি দেক্তা হিসাপ শুবা মেক ইলরোইনি। যাত্রিক খুদিংমক্না মাগী মাগী সনা, লুপা, শেল, লিক্লচিংবা লৌথোক্কদবগী ফুজিন্নরকখি। মোমোন্তা নোকচরগা লৈবা মেক ইলরোই নোকপা শংখিদ্রে। নহা ওইরিবা এদোলফ দাইক কৌবদুদি য়াম্না থুনা স্বেদিস ক্রোনর ২০০, শংবান্নবা মণিগী লিক মরী, সনাগী ঘড়ী অনী, দাইমন্দগী খুদোপ অনী খাও মচা অমদা হাপচিল্লগা মাগী নুপীদা পায়হল্লি। অদুগা য়াম্না থুনা দেক তানা চৎখি। মেক ইলরোই জহাজ অসি লুপখ্রগনি খঙলবনি। মরম অদুনা মঙোন্দা ওমশিল্লগা লৈরিবা যাত্রিকশিং অসি মহাক্কী মনাক্তগী য়াম্না থুনা চৎখিবা পামই।

থার্দ ক্লাস অমদি হম্বা টিকেট কক্লগা লাকপা যাত্রিকশিং ই দেক্তা লমাংনরগা লৈরি। স্টেৱার্ট অমনা হায়রকইঃ লাইফবেলট ফাজিনবীউ।

## টাইটানিক লুপশিবা

দেনিয়েল বক্লে, কার্ল জোনসন অমদি যাত্রিক খরদি ঈশিং থুমজিন্নকপা উরবনি। ই দেক্কী শাংলবা লম্বীদু ময়াম্মা 'স্কোটলেন্দ রোদ' হায়না খঙনৈ। মদুদা জৌজিক যাত্রিক খরদি মাগী মাগী পোৎয়োম পুরগা চৎনবা হৌরকখি। থার্দ ক্লাস অমদি শেল য়ামদনা পীরগা তোংলকখিবা যিত্রিকশিংদু ইংলিশ লোন অয়াম্বনা খঙদে। স্টেরার্দ জোন হর্টনা ইংলিশতা মখোয়গী লম্বী চৎফম তাকই। মহাক্না ফনা য়াম্মা হায়জরবসু মখোয়না খঙবা ঙমদ্রবনিনা মখোয়গী অর্থ হন্দোকপীনবা মুল্লরগী মতেং লৌরকখি।

থার্দ ক্লাস যাত্রিকশিংদুগী মরক্তা চহী ২৬খক্তা ঙাইরিবা ঙা ফাবা নোর্বে মচা ওলাউস এবেলসেথ হায়বদু মীয়াম মরক্তা হৃক্সৎ হন্দা চেল্লি। ঈংলবা মতমসিদা লাইবক্তা হৃমাং শিল্পরি। মসিগী মরমদি মহাক্না খোঙবু ওইমিন্নরকখিবা চহী ১৬ রোম শুরবী লৈশাবী অমা মফম খংদনা কায়নখিবগীনি। নুংশিনা তিন্নজবা অহল ওইরবা মরুপ অমগী মচানুপীনি। থীবা য়াবা থীবুরবা মতুংদা মহাক্কী মশেননিপা অমগা মনাওশিং থোকপা অমগা পুন্না মখোয় লৈমিন্নরম্মী।

দোগলাস নোর্মেন হায়রিবা স্কোট লোন ইংনা তপ্না ঙাঙবা নহা পাখঙদু মথন্তা দেক্তা লাকই। মতম অদুদা ইংলিশ লৈশাবী কেটে বুস অমদি মেরিওন থেংনৈ। ঈংলবা মতম অসিদা মখোয়না শেৎলিবা ফিজোলশিংদু উবদা মহাক্না হায়রম্লিঃ নখোয়না শেৎলিবা ফিশিংদু কান্নরোই। লুমবা অথাবা ফি শেৎপনা ফগনি। লাইফবেলটসু ফাজিনবীউ।

কেটে বুস সিটিংবোর্নদগী লাকখিবা নহা ওইরিবী ইংলিশ লৈশাবীনি। মহাক্না আমেরিকাদা লাক্লিবসি মহাক্কী বর ওইগদৌরিবা সান দিএগোদা লৈবা সামুয়েল ব্বিলিজ উন্নগদবগীনি। মহাক্না তোংলক্লিবা সেকেন্দ ক্লাসকী ই দেক্তা ময়ুম পান্দ্রিবী লৈশাবী অনী অমগা তোংমিন্নরকই। টাইটানিক্লা উনগী চীংদা থেংজিনবা মতমদা মহাক খবর পারি। মহাক হৌজিকসু গাউন শেৎলি। মহাক্না দিনরদা পুন্না চামিন্নখিবা দা: অর্নেস্ট মোরাব্বিক্কা উন্নশি হায়নখি। মহাক ঙাইবা ওইনা খবর পারিবনি। জহাজগী ওইরক্লিবা পাউ অসি তাবদগী মোরাব্বিক উন্ননীংবগী ব্বা নীংশিংখিদ্রে। মেরিওন রাইথকী কেবিন তানা চেল্লক্লগা থোঙ থীল্লুরি। জহাজগী ওইরক্লিবা পাউদু মঙোন্দা তম্মী। খিম্ববা তৌদনা মখোয় অনী দেক তানা লাক্লিবনি।

# টাইটানিক লুপখিবা

যাত্রিকশিংগী মরক্তা লাইফবেলট পনব্দা হিরাই হৌবী নুপী অমা জহাজ অসিদা তোংলম্লি। চহী ১৯ শুরবী স্বেজ লৈশাবীনি। মহাক অদু অতে অমা নত্তে মার্গুয়েরাট ফ্রোলিচরনি। নোংমা নীনিগী মমাংদা মহাক্কী স্টেৱার্দনা লাইফবেলট অমা পুরক্লগা মঙোনদা পী। মদু পুরকপদা মহাক্না করেম্নদুনা হায়রকখি, "মদু উবদা ঐদি হিরাই হৌই। ওনিংবা পোকই।"

স্টেৱর্দ অদুনা হায়রকই, "সমুদ্রগী খোঙচ হায়বসি তম্বা ঙম্বা নত্তে। চেকশিন থৌরাং তৌরিবনি।"

"জহাজ অসি লুপ্পা নাইররোইদবনি হায়বা নত্রা? মদু উবদা ঐগী অনাবা লোইনা ফগ্রে।"

অশেংবমক্সু সুইজ লৈশাবীদু সি দেক্কী কোরিদরদা তুশিল্লুবগী মখোঙ শোক্লগা লৈরিবনি। লাইফবেলট উবদা হিবাই হৌরম্বা মার্গুয়েরাট জহাজগী ওইবক্লিবা ফিবম খঙলকপদগী য়াম্না হৈনিংদনা স্টেৱার্দতা হংলকই, "কদাই ঐগী লাইফবেলট?"

যাত্রিকশিংদু লাইফবেলট ফাজিন্নরকখি। মিস্ট্রেস হেলেন চর্চিল কেন্দী কৌবীদু ময়াম্না লাইফবেলট ফানরকপদু উবদা মহাক্সু ফাজিল্লি। মহাক করি খল্লুববনো থৱাই তানা নোক্লকখি। মহাক্না নোক্লিবগী মরমদি লাইফবেলট ফাবা মতমদা মাগী ওইরিবা ফিবমদু উরকপদগীনি। মহাক অমদি অতৈ যাত্রিকশিংদুনা লাইফবেল্ট ফারিবদু য়েংবদা ফিবম চাবা অমত্তা উবা ফংদে। ফিবম চাদবা মযামদু উবুবগা নোক্লিংলোইদবা কনা লৈ। মহাক্কী ৱাখলদা খল্লুবিঃ ময়াম অসিবু দান্টেগী হোলদা ফেন্সী ড্রেস বোল উৎকদৌরিবরা?

# যাত্রিকশিং কন্নবগী থৌরাং

এপ্রিল ১৪, ১৯১২ নুমিৎ অদুগী নুমিৎ য়ুংবা মতুংদা চাউব-চাউববা উন মপাক কয়া শন্দোক্লগা লৈরে। যাম্না চেকশিনগদবনি হায়বগী পাউ মেসেজ ৬ ফংখি। পাউ অয়াম্বা হৱাইট স্টাব লাইনগী মেনেজিং দিবেক্তব ইস্মেগী ফুরিৎখাওদা তাখি। চেকশিন থৌরাং লৌখৎনবগী পাউ অমত্তা পীবকখিবা লৈতে। মদুগী ফল হৌজিক্তি পাক্লবা আটলান্টিক্কী ঈপাক অসিদা ফংলবে।

কুমশিগী এপ্রিল থা অসি মহৌশাগা মান্নদে। নিংথমথাগা মান্নবা ঈ"ই। চহী ৫০গী মনুংদা নোংচুপথংবা গ্রীনলেন্দদগী চাউববা উন মপৈ মপৈ কাযথবক্লনা অরাং আটলান্টিক যৌশিল্লকখি। মাসিনা মবম ওইদুনা জহাজ চৎপদা যাম্না খুদোংথীহল্লি। মসিগী পাউ অসি মমাঙদগী ঙাওনদুনা লৈবিবনি।

হৌজিক টাইটানিক উনদা খেংজিনখ্রবা মতুং সেকেন্দ খবগী মনুংদা কেপ্টেন স্মীথ ব্রীজদা উবক্লে। হংলকই, "মিস্টব মুবদোগ, কবি তৌরে?"

"কেপ্টেন, উনগী চীংনি। মমায লৈথোক্লবা কন্না হোৎনবর্নি। যাম্না নকশিন্না লৈবম্বনা উপায় লৈখিদে," মুর্দোগনা খুম্লকই।

"ৱাটরটাইটশিংদু খুমজিল্লু।"

"সাব লোইনা খুমজিনখ্রে।"

"লোইনমক লেপহন্নেকো।"

"হোয়, সাব," হায়বগা মুর্দোগনা ইঞ্জিন মুথ্থৎনবা যাথং তৌখি।

মবিশুবা ওফিসার বোক্সহোল থুংলবে। জহাজগী খেৎখিবা মফমদু য়েংলুনবা উশুবা জিম হটচিনসন থাম্রে। মহাক যাম্না ফিংনা ব্রিজদা লাক্লগা লাউবকই, "ঈশিং হাজিল্লক্লে।"

ইগো স্মীথ কৌবা পোস্টেল ক্লার্ক অদুসু হটচিনসনগী তুংদা লেপ্পগা লাউবকই, "মেল হোলদা ঈশিং য়ুরক্লে।"

ওফিসার পুন্নমক মফমদুদা তিল্লবে। ঈশিং য়ুরকপগী পাউসু মথং মথং লাক্লি। কেপ্টেন স্মীথ হৌনা লাউরকই, "ও, গোদ"।

ইস্মে পজামা অমা শেৎলগা চেল্লক্লি। মহাক হেক থুংলবদা স্মীথনা উনগী চীংগা জহাজগা খেংজিন্নবগী পাউ পী। ইস্মেনা হংলকই, "য়াম্না শাথীনা শোক্লে হায়না খনবরা?"

"শোক্লে হায়না খল্লি।"

## টাইটানিক লুপখিবা

কেবিন নম্বর এ-৩৬দা লৈবা থোমাস এন্দ্রিউ হৌজিক ফাওবা টাইটানিক্কী ওইরিবা ফিনম অসি খঙদ্রি। মহাক দিনর চাবা লোইরবা মতুংদা মাগী কেবিন্দা হল্লক্লগা নোংমগী নোটশিং য়েংশিল্লি। স্মীথনা মী থাদুনা কৌবুবদগী ব্লু প্রিন্ট পুরগা চেল্লকই। মহাক হেক য়ৌরকপগা মখোয় অহুম শোক্লিবা মফমদু য়েংশিনবা হৌই. হৌজিক হওলে মাদি বোইলর রুম নম্বর ৬ ফুট ১৪ লুনা ঈশিং লেরম্লে। বোইলর নম্বর ৫ ঈশিং চংবা হৌরে। ফা অসিদা থবক তৌরিবা ফায়ারমেন জেমসবেরেটনা এসিস্টেন্ট সেকেন্দ ইঞ্জিনিয়ার হেস্কেথদা জহাজদা করিগুম্বা অমনা থেংখিবগী ব্বারী শান্নবিঙেদা। খঙহৌদনা রুম নম্বর ৬ওগী ঈশিং মথাম চেনশিল্লক্লবদা মখোয় অনীদু খোঙলৈ থুনা চোংথোনক্লব হেৎনবকখি। বারিটাইট দোব অদুনা থীংজিনবা হানবা ঙাবম্লবদি মখোয় অনীগী পুক্কি ফবি ওইরমগনি।

হৌজিক কেপ্টেন স্মীথ অমদি থোমাস এন্দ্রিউগী লাইবক নোর্থ আটলান্টিক সিপ্পিং কম্পানীগী ভিকটিম ওইদুন তম্বা ওমদবা ফিবমদা লৈরে। মখোয় অনী মতম অসিদা নীংশিংলম্বা য়াইহ শোক ১৮৭১দা যাত্রিক ৪৯১গা লোয়নবগা আটলান্টিক্তা লুপখিবদু। শোক ১৮৮০দা গুইয়োন লাইনগী এরিজোনা নৈচিন থাবা নুংসি অমদা ঊনকী চীংগা থেংজিন্নবদা তাখিবা দশাদু। কওনাদ্রি মদু নিউফাওলেনকী সেন্ট জোন্দা থোকখিবনি। হোয়াইট স্টার লাইন মশামক্কী জহাজ রিপাব্লিক শোক ১৯০৬দা দশা তাখ্রবনি। ফ্লোরিদা থেংজিন্নবদা পুং ৩৬ ঈশিং মথক্তা তাউরগা লৈখি। মদুদা ভোংলকপা যাত্রিকশিং হোল্লোক্লবা মতুংদা মহাক ঈংনা তপ্পা সমুদ্রগী ঈরোম্লুংদা চংখিবনি। মী অমথক শিখি। মদুসু থেংজিন্নবদা শোকফম চাদনা শোকখিবদগীনি। হৌজিক টাইটানিক্কী ফিবম করিদা তাগদৌবি? যাত্রিক ২,২০৭গী মবাইবক্কা কবি ওইদৌরিবা।

টাইটানিক্তা তোংলবা যাত্রিক অযাম্বা থোক্লিবা শাথীরবা ফিবম অসি করিশু খঙনদ্রি। যাত্রিক থবগী ব্বাখলদা ইঞ্জিন মুংখ্রিবসি পোথ্থারিবনি হায়না খল্লি। কবিগুম্বা থৌদোক খবা থোকম্রে হায়বা খঙনরবসু য়াম্না শাথীবা ওইবম্রোই হায়বসিনি। তশেংবমক্তি জহাজ অসি স্কোয়ার ফুট ১২দগী ১৩ ফাওবগী মফম অমা কায়বনি। পাউল কে. মেটথীয়াগী কৌবা মিজরমেন্ট তৌবা নিপা অদুগী মঠ মতুং ইন্না জহাজগী মখাথংবা শরুক্তগী ফুট ১০ চৎথংনা কায়বে। মাগী কায়বিবা মফমদুগী অশাংবনা ফুট ৩৯ (মিটর ১২)নি।

পুং ১১.৪৫ তাবদা টাইটানিক য়াম্না খুদোংথীবা ফিবমদা লৈরে হায়বা খঙনবা কংশি অনীবক খিংলকখি।

অহিংগী পুং ১২.২০ তাবদা কেপ্টেন স্মীথ মাগী য়েংশিনবগী থবক লোইরদুনা টাইটানিক্লা ওইরকপা য়াবা পুম্নমক খঙবা শুত্রে। লৈরিবা লাইফ বোটশিং অসিদা হান্না নুপী অমদি অঙাং পুম্নমক হাপ্পগা পুথোকখিবা হায়বসি মহাক্কী তৌদবা য়াদবা মথৌনি। অহানবা ওফিসার মুর্দোক স্টারবোর্দগী ইন চার্জ হাপই। অনিশুবা ওফিসার লাইটোল্লরনা পোর্ট সাইদগী ইন-চার্জ হাপই। হিদা যাত্রিকশিং পুথোক্লনবগী থবক কন্না হোৎনরিঙৈ চৈবকশিদা বেন্দ মাস্টর ব্রালেস হার্টলেনা লুচিংবা টাইটানিক্কী ঈশৈ শকপা কাংবুদু ফাস্ট ক্লাসগী লোঞ্জদা ঈশৈ শকপা হৌবকই। মখোয়গী মথৌদি অব্রাবা তাববশিংবু নুংশিরবা ঈশৈ তাহল্লগা মিৎকুপ অমত্তা ওইরবসু নুংঙাইবা পোকহনবনি। অহানবদা ''গ্রেদ বিগ বিউটিফুল দোল'', মথংদা ''অ'লেকজেন্দবগী বেগটাইম বেন্দ'', 'কান্ট য়ু হিযাব মী' কেবোলাইন'', ''এ লিটল লভ, এ লিটল কিশ'', অমসুং ''মূনলাইট বে'' নচিংবা ঈশৈশিং মথং-মথং শকপা হৌবকই।

কেপ্টেন স্মীথনা যাত্রিক মযাম হিদা হোন্দোক্লবা যাথং তৌবকই অদুবু টাইটানিক্তা য়াওরিবা লাইফবোট হায়বিবা হিগী মশীংদি ২০ খক্তনি। মাগী চপ চাবা কেপাসিটিদা তোংহনবদা মী ১,১০০ খক্তনি। থাদগদৌবিবসি ফুট ৭০ (মিটব ২১) ৱাংবা মফমদগীনি। লাইফবোট ২০ অসি মখল অহমনি।

বোট নং ১ অমসুং ২ ইমর্জেন্সিগীদমক উনা শাবনি। যাম্না ফজনা শাবা নত্তে। ফুট ২৫ ইঞ্চি ২ শাংই, ফুট ৭ ইঞ্চি ১ পাকই ফুট ৩ ইঞ্চি ২ লুই। মী ৪০ তোংবা য়াবা হিনি। বোট নং ৩ দগী ১৬ ফাওবনা উনা মওং তানা শাবনি। ফুট ৩০ শাংই, ফুট ৯ ইঞ্চি ১ পাকই অদুগা ফুট ৪ লুই। মী ৬৫ তোংবা যাবা হিনি। বোট এ, বি, সি, দি থেকথবা য়াবা কোলাপসিবল হায়না খঙনবা হি মখলদুনি। ফুট ২৭ ইঞ্চি ৫ শাংই, ফুট ৮ পাকই অদুগা ফুট ৩ লুই। মী ৪৭ তোংবা য়াবা হি ঙাক্তনি।

বোটশিংদা যাত্রিক হাপ্পগা মখাদা থাদবগী মতম থেংমল্লবনি। মসি থেংথখিবগী মরমদি উনগী চীংদা থেংজিল্লবা মতুংদা কয়া শাথীনা শোক্লবনো হায়বগী খীজিনবদা পুং ১ চংই। ফাস্ট ক্লাস যাত্রিকশিংদা পাউ পীবদা মতম খব চংখি। অদুবু থবক হেক হৌখিবগা ক্রিউশিংদু টিম অনী শেল্লগা চেকশিন্না হিশিংদু মিনিট ৮০গী মনুংদা যত্রিকশিং হাপ্পগা মখাদা থাদরকখি।

পুং ১২.৪৫ তাবদা বোট নং ৭দা যত্রিক ২৫ হাপ্পগা ক্রিউ ৩গা লোয়নরগা মী ২৮ হাপ্পগা ফুট ৭০ ৱাংবদগী থাদরকখি। তশেংবমক্তি হি অসি মী ৬৫ তোংগদবনি। মসিনা মখাদা থাদবা অহানবা হিনি। হি অসিদা তোংনবা হায়রকপা মতমদা যাত্রিকশিংদু চৎনিংবগী অপাম্বা কয়া লৈনখিদে।

মদুগী মরম হায়ববু লৈরিবা যাত্রিকশিংদুগী মনুংদা মতৈ-মনাও ওইবশিংদু পুন্না চৎপা পামই। অহানবদা মখোয়না খল্লম্বদি হিদা পুন্না কাখৎলু হায়রক্কনি হায়বসিনি। ময়াম অদু হিদুগী অকোয়বদা লেপ্লগা লৈরমই। মদু উবদা ইস্মেনা লাউরকই, "জেন্টলমেনশিং, তুংলোমদা হন্দোপীউ। নুপী অঙাং খক্তা কাখৎপীউ।" মতমদুদা যাত্রিকশিংদু অমগা অমগা য়েংনবকই।

দোরোথী জিবসন কৌবা সিনেমা কুম্বী নুপীদু মাগী মমাগা হিদুদা তোংগবদগী লাকখি। নুমিদাংরাইরদা ব্রিজ শান্নমিন্নবা মাগী মরুপ ফ্রেদেবিক সেরার্দ অমদি বিলিয়ম স্লোপব মখোয় অনিসু লোয়নরকই। মখোয় হিদা পুন্না তোংমিন্নগদবগী লাকপনি। অখিংবদু উবদা মখোয় ঙক্লা য়েংলগা লৈরকই। দোবোথী জিফসন মম'গা লোযননা হিদুদা কাখৎলগা ফমখি।

মীয়াম মরক্তগী লাউনবকই, "লুহোংবা নৌরিবা বব কৈন্যা অনীদসু খুদোংচাবা পীবীউ।"

ময়াম্না লাউবকপসি অহানবা ওফিসাব মুর্দোক তাবদা মদু অফবা রাখলনি হায়না খল্লি। মহাক তশেংনা য়ানিংই।

মীযাম মরক্তা লেপ্লগা লৈবিবা দিক্সন হেলেন বিশোপনা তাবকই, "বর কৈন্যা অনীদি তোংবা য়াগনি।" মদু হেক তাবদা বিশোপ খুদোংচাবা লৌবগা মাগী নুপীগা লোযননা হিদা কাখৎখি। বিশোপ মতৈ মনাও হন্দক্তা লুহোংবনি। মখোয় মসিমদি খল্লগা লৈরম্লি মদুদি কবিগুম্বা খুদোংচাবা ফংলবদি হি মচাদা চৎকদবগী শরুক খর চাউবা হি অসিদা চৎহৌবনা ফৈ। মখোযদৌনা লুহোংবা নৌবিবা বিলিয়ম সি, গ্রীনফীলদসসু মাগী লোয়নবী লীও দেভিদ গ্রীনফীলদ হিদা কাখৎলগা ফমখি। লুহোংবা নৌরিবী বর কৈনা অনী অমসু তঙ্গা য়েংলগা হান্না কাখৎলগা হিদা লৈখ্রবনি। মখোয় অনী অদুদি জোন পিলসবুরী সনাইদব অমদি নেল্লে সনাইদরনি। জে, আব, মেক গভসু মসিগী খুদোংচাবা লৌরগা কাখৎলকখি। নিপানা হিদা তোংবগী খুদোংচাবা লৌরিবশিংগী মনুংদা আলফ্রেদ নৌনীসু অমনি। হন্দক্কী সমুদ্রগী জহাজ খোঙচৎ অসিদা আলফ্রেদ নৌনী মমিং অসি ময়াম্না কয়া কৌনরক্তে। "বেবোন ভোন দ্রাকস্টেট" হায়না খঙনরখি। দোরোথী জিফসনগা লোয়নরকখিবা ফ্রেদেবিক সেবার্দ অমসুং বিলিয়ম স্লোপরসু খুদোংচাবা লৌরকখি। ফ্রেঞ্চমচা লাইগী মুর্ত্তি শাবদা মমিং লৈরবা পাউল চেভর অমদি এরোপ্লেন থৌবা পিরে মাবেচাল মখোয় অনীসু হিদুদা কাখৎলকখি। মখোয়না কাখৎলকপদু কনা অমত্তনা অথীংবা পীরকখিদে। অতৈ নুপীশিংদু মপুরোইবা থাদোক্লগা চৎখিবা পামদে। মপুবোইবশিংনসু মখোয়বু থাদোকপা পামদবদগী চৎহনখিদে। মী ময়াম অমা লৈন-লৈন মী ৬৫ তোংবা য়াবা হিদু মী ২৮ তোংলগা চৎখ্রবনি। লৈহৌরিবশিংগী রাখলদা

খঙবা অমা লৈ মদুদি টাইটানিক লুপ্পা ঙম্লরোইদবনি। মখোয়বু কন্নবা অতোপ্পা জহাজ লাকখিনি। অদুবু জহাজ অসিগী ওইরকপা য়াবা খুদোংথীবদু খঙবা কাঙবুনা চৎনবা কন্না হোৎনরকখি।

সীমেন হোগ কৌবা নিপাদু মবুক্কা শিৎল-শিংলগা চংশিল্লকই অদুগা কাখৎনবা কন্না হোৎনরকখি। সেবা তৌবদা য়াওবা ইটচেস কৌবা নিপা অমসু শিবা কিদবমখে হিদা কাখৎনবা হোৎনরকখি। মমৈথঙদদি মখোয় অনীনা জয় ওইগ্রে। হিবান্দগী চোংথরকপদা হিনুংদা ফল্লিবশিংগী মখোঙদা তাশিনখি। লাইবক ফবদগী অশোকমক্তি য়াওখিদে।

পুং ১২.৫৫ তাবদা বোট নং ৫ থাদরকখি। বোট নং ৫ থাদনবা হোৎবদা অহমশুবা ওফিসার লোরেনা মতেং পাংশিল্লকখি। লোয়ে মী কনবগী থবক তৌরিবসিদা হান্না য়াওরমদে। মহাক নুংঙাইনা তুম্লুরবনি। মরমদি নোংমাইজিং নুমিৎকী অহিং অসি মাগী দিউটি তাদে। মহাক তুম্লুবনা মরম ওইদুনা করি থোকখ্রবগে হায়বা অমত্তা খঙদে। মীয়াম লাংবগী মখোল তাবদা মহাক চেম্ভোরকপনি। মহাক লাকপা উবদা পিটমেন্না বোট নং ৫দা লৈহনখিবনি। পিটমেন্না মসিগী ইন-চার্জ পুরিবনি।

বোট নং ৫দা ইহান হান্না কাখৎলকখিবসি মিস্ট্রেস ক্রোসবী অমদি মাগী মচানুপী হেরিটনি। মখোয়গী মতুংদা মিস্ট্রেস রাসিংটোন দোজ অমদি চহী মঙাদা ঙাইরিবা মচানিপা, স্টেৱার্দ নুপী ই, এম, ররেন অমদি হেলেন ওটসবীনি। চৈরক্লিদা মীয়াম মরক্তগী লাউরক্লি, "লুহোংবা নৌরিবা বর কৈন্যাসু খুদোংচাবা পীবীউ।" মদুগী খুদোংচাবা লৌদুনা মিন্নীপোলিজদগী লাকখিবা জোন পি, স্নীদর অমদি মাগী লোয়নবী নেল্লে স্নীদর কাখৎলকখি। মখোয় অনী নৌনা লুহোংলকখিবনি। মখোয় অনী কাখৎখিবা উবদা নিপা খরসু কাখৎখি। থীংবা ঙমহৌদে।

"হি চৎহনখ্রগে। নুপী কনা কনা লৈরিবগে?" ইস্মেনা লাউরকই।

"ঐ জহাজদা অশিল-অরাং তৌবদা য়াওবী অমনি। হি অসিদা তোংবা য়াগদরা?" নুপী অমনা হায়রকই।

"করিমত্তা খল্লুনু। নহাক্সু নুপীনি," ইস্মেনা খুম্লকখি। নুপী অদুনা হিদা কাখৎলকপদা ইস্মেনা মতেং পাংই। মতমসিদা দা: হেনরী ফ্রায়েনথালনা মাগী নুপীদা বীদায় পীবা মতমদা নুংশিনা চুপচৈ অদুগা হায়রকই, "ঐ নংবু থাদোকপা ঙম্রোই!" অসি হায়রম্লগা হি মনুংদা তুথরকখি। শাথীরবা ফিবম অমনি। মদু হেক উবদা মুর্দোগনা লাউরকই, "নিপা অদু হি মনুংদগী চিংথোকখো!"

ক্রিউমেন খর চংশিল্লক্লগা হিদগী থোকখিনবা হায়জখি। চৈরক্তুদা নিপা অহখক অথীংবদু থুগায়রগা হি মনুংদা চোংশিল্লকই। মখোয়না

চোংশিলকপদা নুপী অমগী মথক্তা তাশিল্লি। ফিবম চাদনা তাশিল্লকপদগী নুং অদুগী থবাক্কী হমদাং শরু অনী তেকখি। কুইথনা লৈরবদি মখল মখেল কয়াগী থৌদোক ময়াম থোরকপা য়াই খনবদগী মুর্দোগনা পিটমেনদা বোট নং ৫ শিন্নরকই। হৌজিক হিদু মখাদা থাদগ্রে। মখাদা থাদরমদাইদা মুর্দোগনা পিটমেনগী মখুৎ শোক্লগা হায়রকখি, ''গুদবায়, গুদ লক।''

হিদু মখাদা থাদরকপদা মতম য়াম্না চংখি। হিদা পুল্লগা থাদরক্লিবা থৌরাশিংদু মফম চাদবগী ওইরম্বা য়াই। হিদু খংচোং খংচোং চোংলকই। করিগুম্বদা মরক্তা লেপ্লগা লৈখি। হি মনুংদা তোংলিবশিংদু মীপায়বা পোক্লরকই। রারেন কৌবী নুপী অমদি হিদুনা চোংলকপদা মহাক মখাদা তাখিবা য়াই খনবদগী লাউরকই। অমরোমদা হি অসিদা য়াওহৌনবা কন্না হোৎনরকখিবা ক্বাটরমস্টর ওলিভর কৌবা নিপা অমা হিগী হিবান্দা পায়রগা য়াম্লি। মনুংদা কাখৎলক্লবা কন্না হোৎনরি। মহাক হি থাদরমদাইদা মবুক্লা শিৎলগা লাকখিবনি। মনুং য়ৌদ্রিঙৈদা হি থাদবনা হানখি অদুবু থুনা চংশিন্দুনা হিবান্দা পায়বগী তঙ্গা অমদি ফংহৌই।

হিদুনা মখা য়ৌবা ঙমদনা লৈরকপদু উবদা দা: দোজ মথক্কী রেলিংদা লেপ্লগা য়াম্না থরায় রানা মাগী নুপী অমদি মচাদা য়েংলক্লি। মহাক্লা খন্নিঃ খর ফগদ্রা হায়দুনা হিদা মখোয় তোংহনখিবনি। মসিনা হেন্না শাথীবা হায়বদু ওইগদৌবিবরা?

পিটমেন্না হুইশল খোংলকই। মহাক্লা মসি খোংলক্লিবগী মরমদি হি মখাদা তারকউ য়াদ্রে হায়বা খঙহল্লিবনি। হি থাদবদা মতম য়াম্না চংহনবা অসিদা ইস্মে শাউনিংবা পোক্লকই। লোরেনা তৌরিবা থবক অসি মহাক পেন্দদুনা লাওরকই, ''মখাদা থাদগ্রো। মখাদা থাদগ্রো!''

লোয়ে শাওনা ইস্মেদা য়েংলকই অদুগা হায়রকই, ''নহাকনা পাল্লিবসি ঈরাক্লহন্দুনা মী লোইনমক হাৎলগে হায়বরা?''

য়াম্না রানা হিদু থাদগদবগী হোৎনবদা য়াওরিবা রেলসমেন শাউরক্তুনা ইস্মেগী মনাক্তা চংশিনখি। করি তৌগে খনবদগী চংশিনখিবনো? মদুদি রেলসমেন খক্তনা খঙগনি। অদুবু মখা তানা রা ঙাঙনখিদে। তপ্না তপ্না হোৎনবদগী হিদু য়াম্না মতম চংজরবসু মখা য়ৌবা ঙমখি। হিনা ঈশিংদা তাউখিবগা হিবান্দা পায়দুনা য়াল্লগা লৈরক্লিবা ওলিভগী দশাসু কোকগ্রে। হি মনুংদা য়ৌরক্লগা স্বর চনিং তানা হোল্লকই অদুগা খল্লকইঃ শিরমগনিদা।

পুং ১২.৫৫ তাবদা বোট নং ৬ থাদরকখি। মেজর পেউচেন বোট নং ৬তা মী কাখৎলকপদু য়েংলগা লৈ। শিহন্নীংবা কনাসু য়াওদবনিনা পেউচেন হিনুংদা চোংশিল্লি অদুগা ফুরিৎখাওদগী থাং মচা অমা লৌথোক্লগা হিদা পুল্লিবা থৌরীদু ককথৎলি। খোঙফম অমা অনী তুংলোমদা হন্দোক্লগা

জহাজগী পাল তিংনবা চৈগা লোয়নননা কন্না চিংই। হিদু মখাদা থাদরকপা মতমদা মোলী ব্রাউন কুম্মে অমগুম্না নুংঙাইনা য়েংলগা লৈরি। মতমসিদা তুংলোমদগী মাগী লেংবান্দা পায়রগা হায়রকই, ''নহাক্সু মসিদা চৎখ্রসি।'' অমম্বদা হায়রকখিবনি। চৎখিবনা ফরগনি খনবদগী নোয় চাউরবা মিস্ট্রেস ব্রাউন ফুট ৪ লাপ্পা লৈবা মফমদগী হিদু তানা চোংথরকখি।

ইদবার্দ কেন্ট হায়রিবা নিপা অদুদা মিস্ট্রেস কেন্দীনা মানা নুংশিনা খঞবা ফ্লাক্স অমগা মমাগী ফোটো য়াওবা লিক মরী অমগা শিন্নরম্লগা হি নং ৬তা তোংগদবগী লাক্লি। হিদা কাখৎলমদায়দা হগ বুলনর অমদি বজোর্ন স্টেফেসননা মতেং পাংশিল্লি। স্টেফেসন স্বেদিস আর্মীগী লেফটেনেন্টনি। মশা ফবা খিং খিং লাউনা থুনা চৎপগীদমক মমিং চৎলিবনি।

অমম্বদুদা নিপা অমনা অমুক্সু হায়রকই, ''বোট নং ৬দা হি হোন্নবা নিপা অমখক্তনি। ঐ মাগী মতেং পাংবা য়াগদ্রা? ঐ হিহোনবা অমনি।'' অমম্বদা হায়রক্লিবসি অতৈ অমা নত্তে পেউচেন্নি। মতমসিদা হি থাদবা হৌখ্রবনি। স্মীথনা হায়রকই, ''অদুদি নহাক দেক এদা চৎলো। থোঙনাওগী মিংশেল থুগায়রগা হিদা য়াওনবা হোৎনৌ।'' মিংশেল থুগায়নবা হোৎনরিঙৈদা হিদি মখা য়ৌখ্রগনি। স্মীথগী অয়াবা ফংলবনিনা দেক এদা অমুক চৎলুবা তৌদ্রে। মনাক্তা লৈরম্বা থৌরী অমদা পেউচেন হিথক তানা কুমথখ্রে।

মতমদুদা হিৎচেন্না লাউরকই, ''য়াম্না থুরো। হিসে লুপখিদৌরবনি।'' মতমদুদা পেউচেন হিদা য়ৌবা ঙমদ্রি। হিৎচেন্না হায়রিবসি বোট নং ৬ ওইরবোই নীংলুরে। হি অদুদা থুংলবা মতমদা খঙলকই। মহাক্না হায়রিবদু টাইটানিক্লি। মহাক পাখৎখিদুনা জহাজ হায়গদবদা হি হায়রকখিবনি।

টাইরেল কেভেন্দিস কৌবা নিপাদু মাগী নুপী হিদা তোংহল্লি। কায়নরগনি খল্লুবদা টাইলেনা মাগী নুপীদা মমিৎ কুপ্তনা মুন্না য়েংজৈ। মুন্ন য়েংলগা হন্ন হন্ন চুপচৈ। অমুক্সু মুন্ন য়েংই। হি থাদরমদাই মতম য়ৌরক্লবা ফাওবদা মুন্ন য়েংজৈ। হন্দক্তি অরোইবা ওইনা চুপ্লম্লগা চৎখি।

লুসিয়েন কৌবা নিপা অদুদি মাগী নুপীনা মহাক থাদোক্লগা চৎপা ঙম্লোই হায়দুনা হিদা কাৎখলু য়ারক্লবদা হায়রকই, ''ঐ নঙোন্দা ঐনা হায়বা ইল্লু হায়বা রাহেসি অমুক হন্না হায়রোই অদুবু নহাক্না খংগদবদি হৌজিক অনীরক শুনা খম্বনবগী মতম লৈত্রবনি।''

মাগী নুপীদু খনবা য়াবা খল্লবা মতুংদা মপুরোইববু নুংশিনা চুপ্লম্লগা হিদা কাখৎখি। কায়নরমদায়দা লুসিয়েন্না অরোইবা ওইনা হায়রক্লি, ''য়াম্না ঈংই। ফুরিংখাও মনুংদা নখত্তু হমজিল্লু। ঈংবা থরমখৈদি ফগনি।''

# টাইটানিক লুপখিবা

ইদগর মতৈ-মনাওদু হি তোংলমদায়দা মরৈ কন্ন য়েংনখি। ইদগরনা হায়. "নহাক হি অসিদা চংল্লো।" মাগী নুপীনা হায়রকই, "ঐ নহাক থাদোক্লগা চংপা ঙম্লোয়।" উপায় লৈরক্রবদা মখোয় অনীদু কেবিন তানা অমুক চংখি। কেবিন য়ৌরবা মতমদা ইদগরনা অরোইবা ওইনা হায়রকখি, "ঐনা নঙোন্দা চংলো হায়রিবসি ইচাগী য়েংলগা হায়রিবনি।" মিস্ট্রেস ইদগরদু রাখল মুন্না তৌরগা মমৈথঙদা কেবিন্দগী লাক্লগা হিদা কাংখখি।

হি নং ৬ থাদখিবা মতমদা কোলনন প্রে অমদি ক্লিন্স স্মীথ লাক্লগা হিদা তোংলিবা মিস্ট্রেস কেন্দীদা মুন্না য়েংই। বুলনর চংশিল্লক্লগা চিরোল তৌরগা হায়রকই, "লেদীনা হিদা তোংবা ফংখিবসি লাইবক ফবী হায়বদু ওইরবনি।"

পুং ১ তাবদা বোট নং ৩ মখাদা থাদরকই। ফার্স্ট ক্লাস যাত্রিক অয়াম্বা পোণ্থাফম সেলুন্দগী থোরক্লগা হজাৎ-হন্দা চংলি। মখোয়গী মাযথোংদা মীপায়বা নত্তগা পাখৎপগী মতৌ অমত্তা উবা ফংদে। রারী শান্নরগা মখোয় অয়াম্বা লৈ। মখোযনা থাজৈঃ কবিগুম্বা টাইটানিক্লা লুপখিবা তাববসু পুং ৮ নত্তগা ৯গী মনুংদা ওইগনি। হৌজিক অতোপ্পা জহাজ কয়াগা পাউ ফাওনরি। হায়বিবা পুং ৮/৯ দদি মখোয়শিংদু মফমসিদা শোযদনা থুংলরগনি। মরম অদুনা থোইনা মিপাযনীঙাই লৈতে। ফার্স্ট ক্লাস স্মোকিং রুমদা হৌজিক্কু ফ্রেক মিল্লেট, আর্থর বাএসন, ক্লারেন্স মুর অমদি আর্চি বট য়াম্না চিক্লা ব্রিজ শান্নবি। বোট দেক্তা মযাম লাংলিবদু থোইনা তারুবা তৌদে। অদুগু স্মোকিং রুমগী থোংজিন্দা আ লা কার্টে রেস্টোরেন্টকী মাইট্রে দ' মোনসিয়র লুইজ গাটি অশাবা মূর্ত্তিগুম ময়াম্না লাংলিবদু মমিং কুপ্তনা লেংলি। এস্টোর জীম্নাসিযমগী অশাব শগোল মযাম লৈলিবদুগী মমাংদা লেপ্লি স্মীথ মতৈ-মনাও অমদি হার্পর মতৈ-মনাও চৌকিশিংদুদা ফম্মীন্নদুনা পোণ্থাবগী মওংদা কবি করিনো ময়াম অমা পুথোক্লরগা নু ঙাইনা রারী শান্নবি

মতম অসিদা মী মবি হিদা কাখৎলকখি। মখোয়গা লোয়নরক্লিংদি মীনায় অমগা হই অমগনি। মহাক অসি মতৈ কনা অমত্তা নত্তে হেনবী গারপর

হায়বদুনি। মহক্ক লোযনবক্লিবা অনীদু অমনা মাগী মীনায়নি অদুগা অমদুনা মাগী রা ঙাঙবদা অর্থ হন্দোক্লবগীদমক লোয়নবিবা মীদুনি। হই অদুনা মাগী থরায়মক্লি খঙ্গবিবা চিনাগী মত্তু পোনবা মমিংনা সন য়াট সেন কৌই। টাইটানিক লুপখিবদা হই অনীখক কনবা ঙমখিবগী মনুংদা অমনি। মাগী মতৌসিদা গ্রাহাম কৌবী নুপীদুনা থরাই হকচাং য়াওনা কুম্মৈ অমগুম য়েংলি। চার্লস হেজগী লোয়নবীদু হি অসিদা তোংলি। মাগী নুপীনা হিদা তোংবা ফংখিবদু থম্মোইদা নুংঙাইবা পোকই। পুং খরগী মমাঙদা হায়বদি

দিনর চাবা লোইরবা মতুংদা কোলনল গ্রেসিগা ৱারী শান্নখি। হেক্তনা হায়খি, ''অঙকপা অমনি! হৱাইট স্টার লাইন, কুর্নাদ অমদি হমবর্গ-আমেরিকানা লমজেল য়াংবা তান্নবগী মওংদা তৌরিবসি! মসিগী ফল মমৈথঙদা অফবা খক ওইরোই। মহাক্না হায়খিবশিংদু হৌজিক্তি চপ চানা থোক্লরে।

অথীংবা কয়া লৈদুনসু হি অসিদা নিপা খরা তোংলকখি। হি অসি থাদরমদায়দা মুর্দোগনা লাউথোরকখিঃ নুপী অঙাং তোংনবা লৈত্রবদি নিপা তোংবা য়াগনি। অরোইবা মিৎকুপ্তা ফায়ারমেন ময়াম অমা হিনুংদা চোংশিল্লকখি। ইলিজাবেট স্কুটস কৌবী নুপী অমা হিনুংদা ফল্লি। মহাক্কী মনাক্তা চংশিল্লক্লগা সিমেনশিংদুনা য়াম্না কনবা, থৌনা ফবা শারদুনা ঙাঙলকই। মখোয়না ঙাঙনরিবদু তানিংদবদগী স্কুটসনা মুন্না য়েংই। মহাক্না মুন্না য়েংখিবদা সীমেনশিংদু ভাব খর তারকপা মাল্লি। ৱারী শান্নখিদ্রে। হিদু থাদবা হৌরকপদা স্কুটস য়াম্না মীপায়বা পোক্লরি। কবিগুম্বা হি অসিনা মথক মখা ওনখিবা থোক্লগদি ঈশিংদা তাশীনবা তাবনি। মহাক্তি ঈরোইবসু কয়া হৈতে। হিনা ঈশিং ঈপাকথক্তা য়ৌরকলবদা স্কুটস মীপায়রম্বা অদুদি কোকম্রে। হৌজিক লুরিবদি হি অদুবু হোনগদৌরিবা ক্রিউমেন অনীখক্তনি। উন পুবা নুংশিং মরক্তা মখোয় অনীনা পোথ্ল-পোত্থাবগা হোনবা নত্তনা করি উপায় লৈরি। থৌনা ফবা শাদুনা ঙাঙলম্বা সীমেনশিংদু হি হোল্লমদায় মতমদা ৱা অমত্তা ঙাঙলকখিদ্রে। মমায় লুকথরগা তুমিন-তুমিন লৈখিরম্মী।

পুং ১.১০ তাবদা বোট নং ৮ থাদরকখি। জে, স্টাউট হৱাইট কৌবী নুপীদু য়াম্না ঙক্না নৌ পায়রগা হি হোনগদৌরিবা মীশিংদুগী মতৌ য়েংলগা লৈরকই। দা: এলিস এক লীদরনা হি হোনবশিংদুগী মরমদা মুন্না খঙইঃ মখোয় হি হোনগদবা মী অমত্তা নত্তে। হি হোনগদবা মীদি মতৌ করম্না নত্তগা মফম কদায়দা হোনগনি হায়বা খঙগদবনি। মখোয় অমত্তা খঙদে। হি নং ৮ দা তোংলিবসি নুপী ২৪নি। হি অদু মখাদা থাদদ্রিঙৈগী মমাঙদা স্টাউসনা মপুরোইবগা লোয়ননা চৎপা য়ারোই হায়রক্লবদা মহাক্না হায়রকখি, ''ঐখোয়

চহী কয়া লৈমিন্নরক্লবনি। নহাক্না চৎপা মফমদা ঐসু চৎকনি।'' মখোয় অনী পুন্না চৎমিন্নবা য়ারোই হায়রবনিনা হিদুদা তোংলকখিদে।

মী খুদিংমক থৱায় খুবাক্তা হাপ্লগা হি তোংগদবগী হোৎনরিঙৈ চৈরক্সিদা লৈশাবী অমনা হি মনুংদগী লাউরকই, ''ঐ জেক্কী ফোটো পুরকপা কাউরম্রে। মদু অমুক্তা লৌরুখিগে অদুগা থুনা হল্লক্কে।'' অসি হায়রম্লগা চেনখি।

মিৎকুপ খরগী মতুংদা লৈশাবীদু মখুত্তা ফোটোদু পায়রগা য়াম্না থুনা চেল্লকই। মাগী মতৌদুদা কেপ্টেন স্মীথ হায়ফেৎ নোকখি।

অমরোমদা মিস্ট্রে এল্লিসনগী সেবা তৌবী সারা দানিয়েল কৌবীদু সী মেন অমনা মখুৎ পায়গা হিনুংদা চিংশিল্লি। মতমদুদা মহাক হিদা লৈবদু য়াম্না কন্না য়ানিংখিদে। মহাক্না য়াম্না ৱাজরিবসি এলিসন মতৈ-মনাও উন্নবা ফংদবগীনি। মখোয় অনীদু কায়নখিবদগী মহাক মখোয় থীবদা অৱাবা ওইখি। মখোয় উন্নদবা হায়বসি মাগীমক্তদি য়াম্না মাঙজরবনি। মরমদি মখোয়গী মতেংনা হিংলিবনি। মসিগী মমাংদা সি দেক তানা চংলুরে। মফমদুদা মখোয় লৈরমদবদগী মফমসিদা লাকখিবনি।

নুপী ঙাক্তা তৌফম খঙদদুনা লৈরম্বা মিস্ট্রেস ৱিলিয়ম গ্রহাম, মচানুপী মার্গারেট অমদি মার্গারেটকী ওঝা ইলিজাবেট পুকচেল চাউরবা ভেকম ওইলগী লন্দন মেনেজর হাৱার্দ কেস অমদি স্টীল মেকিং ফার্মগী প্রসিদেন্ট ৱাসিংটন আগস্টস রোএব্লিং থেংনদুনা হি নং ৮দা তোংহল্লি। কোনস্টেল্ল ৱিল্লারদসু ক্রিস্ত স্মীথ থেংনরমদ্রবদি হিদুদা তোংবা ফংলম্রোই।

কেপ্টেন স্মীথ হিদু থুনা থাদোকখিবা পামই। সীমেন জোন্সদা থবক থুজিন্নবা হায়। স্মীথনা মেগা ফোন্দা লাউরকই, "নুপী অতৈ কনা কনা লৈরিবগে?" সেবা তৌবা স্টেৱার্দ অনী অমদি চাক থোংবা পুজারী অমগা হিদুদা কাখৎলকই। মখোয়না কাখৎলকপগা হিদু মখাদা থাদরকখি। হি হোনগদৌরিবা স্টেৱার্দ অদুদি হিদা নৌ করয়া হাপকনি হায়বা খঙদে। মহাক মপুকচেলদি শেংই। খঙদ্রবনিনা হংলকই, "নৌসি মখুল অহোৰদা হাপকদবরা?" মিস্ট্রেস হৱাইটনা খুল্লকই, "মানি।" হিহোনবদু মাগী অশেংবদু হায়দোরকই, "ঐ হি হোনবদি লায়রদনা পুন্সিদা নৌ অমুক্তা পায়খিদ্রি।" মানা ঙাঙলিবদু তানিংদ্রদুনা অমনা খোঞ্জেল য়াক্লা হায়রকই, নহাক ৱা ঙাঙবা লেপ্লবদি হি অসিদগী লৈহৌবা তাবনি।" মদু তাবদা ৱা ঙাঙলম্বা নিপাদু অমম্বদুদা নৌদু হাপকদবগী হুন্ন হুন্ন হোৎনরকখি।

পুং ১.১২ তাবদা বোট নং ১ থাদরকখি। ফার্স্ট ক্লাসদা লাকখিবা জেন্টলমেন অমনা ওফিসারদা হংই, "ঐ বোট নং ১দা তোংগে য়াগদরা?"

পাউখুমঃ "য়াগনি, চোংশিল্লকউ।"

মহাক হিনুংদা চোংশিল্লকপগা থরো থরো ওল্লকই। "অঙকপা, নোক্সু নোক্লিংবা কুম্মৈ অমা অহিংসিদা উবা ফংলে," ওফিসার অদুনা মসি হায়রম্লগা থৱায় তানা নোক্লম্মী। হি অসিদা ক্রিউ ৭, ফার্স্ট ক্লাসগী নিপা ৩ অমদি নুপী ১, নুপীদুগী সেবা তৌবী ১ তোংখৎলকখি। পুন্না মী ১২নি। অতৈ হিশিংগা চাংদম্নবদা মী মশীং খ্বায়দগী য়ামদনা তোংবা হিনি। নিপা অহুম হায়রিবসি সার কোস্মো, এ আই সোলোমোন অমদি আই স্টেঙেলনি। হি অদুদা তোংখত্রিঙৈ মমাংদা সার কোস্মো অমদি মাগী লোয়নবী লেদী গোর্দোন নুপী অঙাং অমদি নিপা খরনা হিদা কাখৎলগা তোংখিবদু কুম্মৈ

ওইনা য়েংলগা লৈরকখি। মখোয়গী মতৌদু উবদা ওফিসার অমনা হায়রকই, ''লেদি গোর্দোন, হিদা তোংহৌবনা ফরগনি।''

লেদী গোর্দোন্না মপুরোইবদা হায়রকই, ''হিদা তোংহৌবা ফরবনি। নুংঙাইরবা এক্সকর্সন্নি খল্লগা অয়ুক ফাউবা মতম লেল্লুসি।''

লেদি গোর্দোন হিদা কাখৎখ্রবা মতুংদা সাব কোস্মোসু ওফিসাবগী অয়াবা লৌবগা হিদা চোংথরকখি। মসিদা কুম্মৈ অমা ওইখ্রবনি। হিগী মনাক্তা লেপ্লগা লৈবিবা অতৈ যাত্রিকশিংদুগী মরক্তগী অমনা ফাগী তৌবগা হায়রকখি, ''লুপ্পা নাইববোইদবা জহাজসিদা লৈগে খন্দ্রগা ঈংলবা উন মরক্তদা লৈবা পাম্লিবা কবিগীনো?''

পুং ১২০ তাবদা বোট নং ৯ থাদবকখি। অহল ওইববী নুপী অনী হিদুদা কাখৎলকই। যেংখংবা ফাচিবলোমদা চংশিনখি। মপুবোইবশিংনা মাগী মগী নুপী কায়নবর্গনি খনবদা অৱাবা ওইবি। মিস্টব ফুট্রেলিনা মাগী নুপী বোট ৯দা কাখৎহল্লবা মতুংদা হায়বকই, ''ঈশ্বরনা শিল্লকপা ঙাক্তনি, চংলোকে।''

ফয়াবমেন অমা মচা পুবগা ঙাহৌ ঙাহৌ চংলম্বদগী হি মনাক্তা চংশিল্লক্লগ মচাদু হিনুংদা ফমহল্লি মবাইবক হংল ফযাবমেন্নি। মচা থল্লম্লগা চংলগে তৌবদা কেপ্টেন্না হায়বকই, ''সীমেন ঙাইখো। নখাক হি অসিগী ইন চার্জ ওইনা থবক পুবে।'' হাইনে কৌবা সীমেন অদুনদি মঙোন্দা ইন-চার্জ শিন্নখিবদু যানিংদে হিদু মথাদা থাদগদবগী খ্রৌনাং লৌইশিনবা মতমদা খনসু তোংখৎলকখি মেবিগন অমদি কেটে হি তোংগদবগী চংশিল্লকখি। মফমদুদা দোগলাস নোর্মন অমদি দা অলফ্রেদ পেন মখো অনীসু থুংলখি। মখোয়গী হিদুগী মনুংদা চোংশিল্লি। কেটে চোংশিনবা ঙমদদুনা হিবান পাসবগা কাখৎলকখি হিদু থানবা ঙৌবকপদ। বেটেনা অমুক্তা ঙাইবীখো হায়না খাম্মী। মাগী ৱাদ ফন অমত্তনা তাবীখিদে

হিদু মথা য়োৌবা নংমদা নৌ পাংগদবগী হিনববাখ। নৌশিং অদুদি থৌরীনা কিশিল্লগা লৈনিবনি। ৱাইগেবী কৌবা সেবা তৌবা স্টৈরাদ অদু অমম্বা মবক্তা থৌরিনা কিশিল্লগা লৈবিবদু থেংনকই। মহাক্তা মাগী ফুবিংখাওদা যাওবা থাং অমা পুখোবক্লগা থৌনীদু বকথংখি। অদুদগীদি হিদু হোনবা হৌখিবম্মী। হিদু হোনবা হৌবক্লবদা কেটেনা হিহোনবা হাইঅগী মনাক্তা চংশিল্লক্লগা হায়বকই, ''হি অসি ঙাইহাক্তা থেংথনা থাদবম্লবদি ঐগী মবুপ অনীদু তোংহল্লম্বা সাবনি।'' হাইব্রনা খুম্লকই, ''ঐনা ঙম্বা নত্তে। পুম্নমক অসি ওফিসাবগী যাথংনি।'' কেটে ৱা মথা তাবকখিদে। তুমিন্না লৈখি। মহাক্লা মবুপ অনী হায়বিবসি নোর্মেন অমসুং পেন মখোয় অনীনি। মখোয়গা উন্নখিবদুনা অবোইবা হায়বদু ওইখি।

পুং ১.২১ তাবদা বোট নং ১০ থাদরকখি। হৌজিক টাইটানিক নাকল অমরোমদা চেপথবা হৌরক্লে। পোর্ট বোটশিংগা রেলগা ফুট ৩ গী গেপ লৈবা হৌরক্লে। জহাজ চেপ্থবা হৌরকপদগীদি যাত্রিকশিংদু অকিবা পোক্লরকখি। ফ্রেন্স লেদী অমা বোট নং ১০ দা চোংশিল্লকখি। লাইবক থীবা হায়বদুনি। হি মনুংদা য়ৌশিল্লকপা ঙমখিদে। অদুবু মখুৎনা হিবান্দা পায়বা ঙমখি। মহাক লৈজবা পাঙাল ফুদোক্লগা হি মনুংদা য়ৌবা ঙমখি। ইভান কৌবা সীমেন অমনা দেক্তা লেপ্লগা লৈরিবা অঙাং অমথক হি মনুংদা হাপ্পবা হোৎনবদা অকিবা পোকহনখি। মহাক্না খঞ্জবম্বদি অঙাংদুগী মখুৎ পায়রগা হিনুংদা লংশিনগে তৌবনি। মহাক্না লাম্লিবসি হি মনুংদগীনি। অঙাংদুগী মখুৎ পায়বা ঙমখিদে। অদুবু ফুবিত্তা পায়রগা হিনং য়ৌনা লংশিল্লকই। অঙাং অদু হিনুং য়ৌরকপদা শোক্লমগদ্রা নিংশা থীবুববনি। শোক্লমদবদুদা নুংঙাইজখি। ইভানগী থৌনাদু উহৌবশিংনা থাগৎনখি।

মতমসিদা মার্ক ফোর্চুন কৌবা নিপাদু মাগী নুপী মেবীগা মচানুপী ইথেল, এলিস, মাবেল পুবক্লগা তিদা তোংহল্লি। হি থাদবকপা মতমদা খুৎ হাইবগা বীদায় পীবকখি। মপুবোইবগী থৌনাদু উবদা মেবী ঙকখি। হিদু থাদবা হৌবক্লবদা দেক এ দা লৈবম্বা নিপা অমা হিনুংদা চো' শিল্লকখি। মহাক পেং চোযববা ইটা'লি মচানি।

পু ১ ২৫ তাবদা বোট নং ১১ থারকখি। বোট অদু দেক এদা হান্না থাদরকখি। মফমদুদা সেকেন্দ ক্লাস অমসুং থার্দ ক্লাসগী যাত্রিক ময়াম লৈবিবনি। এলেন ও. বেকর কৌবী নুপীদু মাগী পিক্লিবা মচা অনী হান্না হি মনুংদা লৈহল্লবনি। খঙহৌদনা হিদু থাদবা হৌরক্লবদা এলেন্না লাউরকই, 'ঐ ইচাশিংগা চৎমিন্নগদবনি। অমুক্তা ঙায়বিখো।'' হিথক্তা কাখৎপা ফংলেদি হায়ববু স্বব চ'নিং তানা হোনবা য়াখিদে। মহাক্না যাম্না রানা খঞ্জরিবসি মচা অতল বুথগী রাখলদনি। বুথ হিসিদা তোংহনগে হোৎনবদা কাখৎপা নংখিদে। হি থাদবনা হানখি। মহাক্না মচাবু হন্ন হন্ন কৌজে। বুথদি দেক মথক্তা লেপ্লগা লৈহৌরে। মমানা হায়রম্রি, ''বুথ, মথংগী হিদা যাওরকউ।''

মসিগী মমাঙদা ইদিথ রুসেল মাগী থাদোক্লবা যাদ্রবা চোয পিগ অদু ফিনা চেৎনা য়োমশিল্লগা পুবকখি। ময়োম অদু স্টেব্রার্দ অমদা পায়হল্লগা হিদা কাখৎলকই। স্টেব্রার্দ অদুনা ফিনা য়োমশিল্লিবদু অঙাংনি খনবদগী নুপী অমদা পীশিনখি। ইদিথনা মাগী ময়োমদু পীরক্লবা স্টেব্রাদ অদুদা হংলুবদা নংগী নচা অদুবা হাযনা হংলকই। ইদিথনা হায়বকখি, ''ইচা নত্তে, ঐগী চোয় পিগনি।''

## টাইটানিক লুপখিবা

জহাজদগী লাউবক্লি, ‘‘হি অদুদা হিগোনবা মীমেন কনা কনা য়াওবিবগে?’’ হি মনুংদা তোংলিবশিংগী মবক্তগী পাউখুম অমন্তা পীবকখিদে। ব্রাইস কৌবা মীমেন অমা দেক অথক্তা লেপ্লগা লৈ। মহাক কবিগুম্বা অমদা নেৎলুবদা খোঙফম শোয়বদগী খঙহৌদনা তুথবকখি। অহাংবদা তুথবকপনিনা হিদা তাশিল্লি। ব্রাইস খ্বাইদগী লাইবক ফবা মী ওইম্লে। হি অদুদা হিবোই যাওদ্রে খল্লম্বদু ব্রাইস যাওববনিনা শিল-লাংইবশিংদুগী দশা কোকম্লে। হি নং ১১দা মী ৭০গী মথক্তা তোংখি। খ্বায়দগী মী য়াম্লা তোংবা হি ওইখি। হি অসিদা মপা মমা কাযনববা ট্রেভব অমদি মমাগী সেবা তৌবী নর্স এলিস ক্লীভবগা লোয়ননা তোংলক্লি। মিকুপ খবগী মমাংদা মিস্ট্রেস হদসন এল্লিসন্না মপুবোইবা এল্লিসনগী খুদাংদা কোম্লগা লৈখি। মবমদি মপুবোইবা থাদোক্লগা চৎপা মহাক যানিংদে। মখোয পুন্না বোটদেক্কী স্টার্বোদসাইদতা লেপ্লা লৈ। মচানুপী লোবাইন অঙাংবা খঙবা ওইনা মমাগী স্কর্ট মচি পায়বগা মশাদু লুম্নবা হোৎনবি। হদসন মচানিপা ট্রেভবগা মতৌ কবম্না কাযর্নখবনো মহাক খঙহৌদে। এলিস য়াম্না থাজগন্দবা মীনি। টাইটানিক লুপখিবা যাবগী ফিবমদা লেবে হাযনা ওফিসাব বোক্স হেলনা অহানবা অঙৌবা বোকেং কাপখৎলকপা উবদা মহাক কযা থৌশাদবগী মঙংদা মোমোন নোক্লগা লৈ মাগী নুপীনা ফি শেৎপদা মতম য়াম্না চংহনবদু মহাক কবি অমঙা হায়বকখিদে। অমবোমদা ট্রেভব মবাইনক ফবা ওইববনি মসিদা যাম্না রাজবিবসি এলিস ক্লীভবনি। মহাক নীংবা কায়ববীনি। চহী অহমগী মমাংদা মাগী মখুত্তা মচা অমা শিখি। ঙসিদি কনা খঙহনদনা এল্লিসগী ইমুংদা সেবা তৌবী নর্স অমা ওইবগা লৈবক্লিবনি। অনৌবা পুন্সি অমা হৌবকপতা ঙাইবিবনি। এল্লিসগী ইমুং মনুং কাযনহনবা হায়বসি মহাক পামদে। হি অসিদা পুন্না তোংমিন্নবম্লবদি মাগী পেঞ্জবা হাযবদু ওইবমগনি।

মতম অসিমক্তা বোট নং ১২সু মখাদা থাদবকখি। হিসিদা তোংলকখিবদু মী ৫৫বোম্লি। হি অদুদা মী ৬৫ তোংগদবনি। হিদু থাদবা হৌবমদাযদা লৈশাবী অমা তফিং-তফিং চেল্লকই। হিদা কাখৎনবা কন্না হোৎনবকই। মতমদুদা মথক্তগী লাউবকই, ‘‘মখাদা হি থাদবা যাবগদবা?’’

‘‘যাবনি,’’ ক্রিউমেন অমনা খুম্লকখি। অসি হাযবম্লগা ক্রিউমেন অদুনা লৈশাবী অদুগী পাম্বোম পাযবগা হিনুংদা চিংশিল্লি। লৈশাবী অদু অতৈ অমা নত্তে ইমিলি বুগ হাযবীদুনি। হিনুং যৌববা মতমদা বুগনা খাল্লকইঃ ‘‘ঐ খুবাগা উন্নবা শোযদনা ফংলগনি। খজিক্তদা শোয়বমগনিদা।’’

## টাইটানিক লুপখিবা

মহাক্না খুরা হায়রিবসি আই, দবলউ, কুয়েরেপেল হায়বা নিউ য়োর্কগী অচা অথক্কী দুকান ফম্বা নিপাদুনি। রুগনা উন্নবা লাক্লিবসি মহাক অমদি মাগী মরী-মতাশিংনি। মসিগী মমাঙদা বেয়ট্রাম কৌবা নিপা অমনা মচা নিপা চহি ২দা ঙায়রিবা বট কৌবা অঙাংদু কোল্লগা লাকখি। মাগী নুপী জিওরজেটানা থা অনীখক্তা ঙায়রিবা মচানুপী দিন কোল্লগা হিথক্তা কাখৎলকখি। মহাক্না হিনুংদা হেক য়ৌবগা মপুরোইবনা মচা নিপা বট শিন্নরকই। অখাঙকনবী জিওরজেটানি মচা পিশক অনিদু কোল্লগা মপুরোইবদা মুন্না য়েংজে। মমিত্তগী শিন্থরক্লিবা পিদু মপুরোইবসু উরমগনি। মপুরোইবনা হায়রম্লি, "অঙাং অনিসি চেকশিন্না কোনশিনবীয়ু। য়াম্না ঈংই।" দিন হায়রিবী অঙাং অসি টাইটানিক লুপগিবদা হিংহৌবশিংগী মনুংদা খ্বাইদগী চহী নৌবিবীনি।

পুং ১.২৭ তাবদা বোট নং ১৩ থাদারকখি। "ঐবু হিদা ইথন্না থম্বীগনু," অনোয়বী নুপী অমনা হায়রকই। "ঐ হিদা চৎপা পামদে। পুল্লিদা মথক কুপ্পবা হি তোংখিদ্রি।" রে কৌবা স্টৈরার্দনা নুপী অদুনা ঙাঙলিবদু তানিংদুনা হায়রকই, "হিসিদা চৎপা নত্তনা করিদা চৎকনি? রা য়াম্না ঙাঙগনু তানিংদে।" নুপী অদু রা মখা তারকখিদ্রে। খঙহৌদনা অঙাং অমা ফি অথাবা ব্লাংকেটনা যোমশিল্লগা নংশিল্লকই, রেনা ওক্রুমদ্রবদি অঙাংদু শাথীনা শোক্রুমগনি। "অঙাং অসি কনাগীনো?" পাউখুমদি লাকখিদে। রেনা কাচিন্দ ফম্লিবী নহা ওইবিবী নুপী অদুদা অঙাংদু পীশিল্লি। নুপী অদুসু ইঙক ঙক্লা লৌশিনখি। অঙাং অদু মমৈথঙদা খঙলকই। থা ১০ খক্তা ঙাইরিবা মমিংনা এলদেন কালদরেল কৌই হায়বা।

মমানা হায়বম্বা মতুং ইন্না রুদ বেকর চংশিল্লক্লগা ওফিসাবদা হায়রকই, "ঐ হি অসিদা তোংজগে।" "য়াগনি," ওফিসারদুনা খুম্লকই। রুথ য়াম্না হরাওনা হিদুদা তোংখৎলি। মহাক্কী মমাদি বোট নং ১১দা য়াওখ্রবনি।

মেবী গ্রাইন কৌবী নুপী অমা করম্বা হিদা তোংগদৌরিবনো হায়বা মফম খঙদনা মমিৎ মনা চোয়রগা লৈরম্বদগী পুকচেল চাউববা মার্টিন গল্লাঘব খেংনবদগী হি নং ১৩দা তোংহল্লি।

"নুপী কনা কনা লৈরিবগে?" পাউখুম লাকখিদে। সীদ খর হাংলগা লৈবা উবদা নিপা খর হি মথক্তা কাখৎলকখি। মখোয়শিংদুগী মনুংদা লোরেন্স বীজলে কৌবা স্কুল ওজাদু য়াওরকখি। ওফিসারনসু অথীংবা পীরকখিদে। মতম অসিদা টাইটানিক ফুট ৩গী চাংদা চেপথবা হৌরক্লবনি।

পুং ১.৩০ তারকপদা বোট নং ১৪ থাদরকখি। স্কুলগী থাক ফাওবা তম্বা লোইরবা অঙাং মাল্লি। কা হেন্না চাউদ্রিবা নিপামচানি। নিপামচা অদুনা রেল মথক্তা লাকপদা খঙহৌদনা বোট নং ১৪গী মনুংদা তাশিল্লকখি। মহাক

খুদোংচাবা লৌরগে খল্লে। হি মনুংদা যন শারগা পাকথরগা লৈরকই। মাগী মতৌদু অদু উবদা মনাক্তা ফল্লিবা নুপীশিংদুনা মখোয়গী শেংলিবা স্কর্টনা কুপশিল্লগা লোৎহল্লি। মহাক্না তৌরিবদু ওফিসার লোয়েনা উরদুনা ফারগা হিদগী তাম্মোকখিনবা কন্না হোৎনরকই। লোয়েনা ফনা হোৎনদুনসু অঙাং অদু চৎলু হায়বা য়াখিদে। মমৈথঙদা লোয়ে মাগী রিভোলভর লৌথোক্লগা অঙাং অদুগী মকোক্তা মুরগা হায়রকই, ''ঐ নঙোন্দা সেকেন্দ ১০গী মতম পীগনি। মদুগী মনুংদা নহাক মফম অসি থাদোক্লগা চৎখিগদবনি। নত্রবদি নহাক্কী খোপ অদু চায়খায়হনগনি।'' নিপা মচাদু লোয়েগী রিভোলভরদা অকিবা পোকখিদে। খোঙফম অমা ফাওবা লেঙহনবা ঙমখিদে। লোয়ে অঙাং অদুনা খল্লিবা ৱখলদু খঙইঃ রিভোলভরনা কাপ্লগা শিবসু টাইটানিক্কা লুপখিবদা ঈশিংদা ঈরাক্লরগা শিবসু চপ মান্নে। শিগদবা লৈরবনি।

নুপীমচা অমা চংশিল্লক্লগা ওফিসার লোয়েগী ফুরিৎ খুদাং পায়রগা চিংলকই। কপ্লি কপ্লি তৌরগা হায়রকই, ''মরাইবক থীরবা মহাকপু কাপ্পীগনু।'' লোয়ে মকোক নোল্লগা হায়রকই, ''ঐখোয় নুপী অঙাংশিংবু কনবা পাম্মী।'' নুপীমচাদু মেজোরী কোপ্পীয়রনি। মতমসিদা ইটালি মচা অমসু হি মনুংদা চোংশিল্লকখি। লোয়েনা মাবুসু তাম্মোকখিনবা কন্না হোৎরকখি। নিপাশিংনা তৌরিবসি পাংদবগী মতৌনি হায়না মহাক খল্লি।

মঙাশুবা ওফিসার লোয়েদু য়াম্না শিংবদৌনা উই অদুবু চহী ১৮ শুরবা দেনিয়েল বকলেনা নুপীগী শালনা মকোক খুম্নগা লোৎলিবদুদি খক উদে।

সেকেন্দ ক্লাস যাত্রিকশিংগী মরক্তা থোকখিবা থৌদোক অসিনা অরোইবা ওইখি। শিনীংবদি য়াওদবনিনা অখিংবা থুগায়নবা মী খরনা কন্না হোৎনরকখি। ওফিসারশিংসু মাদু ঙাকথোক্লবা হোৎনবদা খুৎ থোক্লরকখি। লোয়েগী মনাতোন অমসুং ময়াদা ঈ তারকখিবদু কনানো অমনা মমায়দা খুবাক্লা থারকখিবগী ওইরিগনি। অথীংবদু থুগায়নবা কন্না হোৎনরকখিবশিংদু ইটালিয়ান ঙাক্তনি। সীমেন স্কারোট লৈরমদ্রবদি য়াম্না শাথীনা শোক্লরমগনি। ময়াম্না লাউনবিঙৈ চৈরক্তা আলেকজেন্দর কোমতোন কৌবা নিপা অমনা মমা পুরগা লাকই। সারাসু লোয়নরকখি। নিপা অমত্তা হিদা তোংবা য়ারোই হায়বদুদা মচা কায়নরগনি খনবদা মমাদু য়াম্না ৱাজখি। মমানা মাগীদমক ৱাজরিবদু উবদা কোমতোন্না হায়রকই, ''ইমা, পঙগনু, নহাক্না সারাগা হি অসিদা চৎপ্রো। ঐ শোয়দনা যেসা উপায় তৌরগা লাক্কে।''

পুং ১.৩৫ তাবদা বোট নং ১৫ থাদরকখি। হি অনী জহাজগী মনীংথংবা শরুক্তা লৈ। হায়রিবসি সেকেন্দ ক্লাস কমপানিয়নৱেজদনি। মতমসিদা হম্ববা থাক্তা ভরা পীরগা তোংলকপা স্টীয়ার যত্রিকশিংদু মথক্তা, কাখৎলকপদা

লম্বী খঙদবদগী লমাংনরি। খরনা হঙ্গাৎ হন্দা চৎলি অদুগা খরনা থার্দ ক্লাস স্মোকিং রুমদা ফম্লি। মফম অদু মখোয়গী চুরুট থকফম, জুবার শান্নফম, ফাগী তৌনরগা মতম লেনফম্নি। খরনা কৈরাক্তা কাখৎলুরি, খরনা ইলেট্রিক ক্রেনশিংদা কাখৎলগা বোট দেক য়ৌনা চৎলুরি। মখোয়না থীরিবসি হি লৈফম্নি। সেকেন্দ ক্লাসগী দেক সিদা হি লৈ হায়বসি মখোয় খঙদে। অখঙবা খরদি মফমদুদা হি তোংগদবগী থৌরাং হৌখ্রবনি। হার্ট কৌবা স্টেবার্দ অদুনা স্টীয়ার জাত্রিক ময়াম বোট নং ১৫দা লৈবা উরকই। বোট নং ১৫ অমদি বোট নং ১৬সু থার্দ ক্লাসগী নুপী অঙাংশিং তোংদুনা লৈরবনি। মতমদুদা আগস্ট রেন্নস্ট্রোন কৌবা নিপা অমনা স্মোকিং রুমদগী স্বেদীস লৈশাবী অনী লমাংনদুনা লৈরম্বদগী হি নং ১৫দা তোংহনগদবগী পুরক্লি।

হি অনীদু দেক এদা থাদরক্রে। হি অনীমক্তা মী ৬০গী মথক্তা তোংলি। হি অনীদু ঈশিং মথক্তা থাদখিবা মতমদা আগস্ট রেন্নস্ট্রোন চুরুট চমখৎলি। মহাক পুকচেল চাউরবা নিপানি। হিনা মখাদা তাউদ্রিবা ফাওবা চুরুট হাওনা চিংলগা মদু য়েংলগা লৈ। মহাক্তা খল্লিঃ ঐখোয় উনবা মিং পাল্লি। মিং পাল্লিবনিনা কনানা কবি তৌরিবগে হায়বা লোইনা উবা ফংই। মসি উবদা অকিবা অমদি অরাবা অমক্তা পোক্নে মবমদি ঐখোয় অঙকপনা থল্লবা লিলাগী কুম্মৈ য়েংলিবা ভাবোক্লি।

পুং ১.৪০ তাবদা স্টাববোর্ট কোলাপসিবল-সি থাদরকখি। মুর্দোগনা মাগী পিস্টোলদু অহাংবা অতিয়াদা কাপ্লগা লাউরকই, "হন্দোকউ, মফমসিদা নিপা অমত্তা লৈবা যাবোই।" মুর্দোগনা তৌরিবদু ইস্মে য়েংলগা লৈ। ইটালি মচা খরনে অত্তোপ্পা মীবৈবাক মচা খবনা কোলাপসিবল-সিদা নমদুনা তোংগদবগী হোৎনরকখি। মাদু ঙাকথোক্লবা হোৎনবদা নোংমৈ কাপ্পা নত্তনা অতৈ উপায় লৈখিদে। হৌজিক্তি নুপী অঙাং নত্তনা নিপাশিংদু হন্দোকখ্রে। কোলাপসিবল সি থাদবমদাইদা অচৌবা থৌদাং লৌখিবা মীশক অমা হায়বা তাববদি টাইটানিক্কী হিসাপ শুবা পবসব মেক ইলবোইনি। নিপা ময়াম অমনা হিদা তোংদবগী হোৎনরক্লবদা অহানবা ওফিসাব মুর্দোগনা ঙাকথোক্লবা হোৎনবদা য়াম্না রানা থোকখি। মতমসিদা মেক ইলরোইনা মাগী রিভোলভর লৌথোক্লগা অহাংবা অতিয়াদা অনীরক্ক কাপ্লকখি। হক বুলনর অমদি লেফটেনেন্ট স্টেফেন্সনসু চংশিলক্তনা তিনুংদগী মবাল লৈরবা মীশিংদু চিংথোকপা ঙমখি। মরু ওইনা মসি থোকখিবসিগী মরমদি থার্দ ক্লাসতা তোংলকখিবা যাত্রিক ময়াম অমা খঙহৌদনা ফুজিল্লকখি।

মরাইবক থীববা থার্দ ক্লাসতা তোংলকখিবা যাত্রিকশিংদু অয়াম্বনা অশিবগী খয়াক্তা তারবশিংনি। মখোয় হি তোংবা ফংনবনি হায়দুনা বোট

দেক তানা চেন্নরকখি। বি দেক্তা চেনশিল্লবদা লখী লমাংনখি। অমরোমদা চেনশিল্লুবদা থোঙ লোল্লগা লৈরম্মী। মতমদুদা সীমেন অমনা লমজিংলগা নুপী লৈশাবী অহম পুরগা লাকখি। মখোয়শিং অদুদি কেটে মর্ফী, কেটে মুল্লিন্স অমদি কেথী গিলনাগনি। মখোয়না লাক্লিবা মফম অদুদসু থোঙ লোনখ্রবনি। মতম অসিদা লৈশাবীশিংদুগী খঙন চান্নবা মফম অমত্তদগী লামিন্নখিবা মশা মউ ফরবা বাশি খোংবা জি ফারেলগা থেংনৈ। আইরিশনি। মহাক্লা লোল্লিবা থোঙদু হাংখোকউ হায়না লাউবদা হাংদোরকখি। মদুমক তৌরমদ্রবদি লৈশাবী অহমদগী পুক্সি করি ওইরমগনি। মফম খরদদি থোঙ থুগায়রগা চেম্বোক্লরকখি। মদুগী মনুংদা দেনিয়েল বক্লী অমনি।

দেক এ দা অঙাংবা মৈঙাল কাপথোকপা হৌরকই। অঙাংবা মৈঙাল অসিনা তাক্লিবদি জহাজ শোযদনা লুখ্রগনি হায়বসিনি, ইস্মেনা মদু উরকপদা লাউরকই, "নুপী অঙাং কনা কনা লৈরিবগে? হৌজিক কোলাপসিবল-সি থাদবা হৌরগনি।" মসি হায়রম্লগা ইস্মে মশামক হি অদুদা অতোপ্পা জেন্টলমেন অমগা লোয়ননা চোংশিল্লকখি। কোলাপসিবল-সি মখাদা থাদরক্লবসু জহাজগী য়োং মপাক্তা ফুবা য়োংপী অমদা পনবদগী মখাদা তারকপা ঙমদনা লৈখি। মনুংদা তোংলিবশিংদুনা হিদু জহজদগী ইম্বোক্লবা কন্না হোংনৈ। মদুদা মতম খর চংখি। মখা হেক য়ৌবগা হিদু খুংলৈ থুনা হোন্দোরকখি। মদু নংলমদ্রবদি জহাজনা লুপথরকপদা য়াওরম্বা য়ারিবনি।

পুং ১.৪৫ তাবদা বোট নং ২ ঈশিংদা থাদরকখি। জহাজ অদু সমুদ্রগী ঈরোম্নুংদা লুপখ্রগে হায়বগী মতাগুম মখল কয়াগী ইঙ্গিং পীরকই। রোকেংশিং কাপখায়রক্লি। সিগ্নেল মথং মথং পীরক্লি। মরিশুবা ওফিসার বোক্সহোলনা রোকেট ৮ মথং-মথং কাপথোরক্লি। মদু কাপ্পা লোইরকপদা কেপ্টেন্না মঙোন্দা বোট নং ২ শিন্নরকখি। হিথক্তা তোংলিবশিং অদুদি অয়াম্বনা নিপা ঙাক্তুনি। মদু উবদা লাইটোল্লরগা মরৈ য়েংনখি। নিপাশিংদু হনবা কৌবা লৈতে। উপায় লৈরক্তবদা মাগী রিভোলভরদু লৌথোক্লগা হন্ন হন্ন লাউরকই, "মীকিথীশা। নখোয় মফমসিদগী খুদক্তা হন্দোকখো।"

চৈরক্সিদা নুপী অমা মপুরোইবগা লোয়নরগা য়াম্না থুনা লাকই। নিপা ময়াম হি মনুংদা ফম্বা উরকপদগী নুপী অদুনা মাগী মপুরোইবসু ফমহনগদবগী হায়রকখি। লাইটোল্লরগী পাউখুম লাক্লিঙৈদা নুপী অদুগী মপুরোইবদুনা হায়রকই, "হি অসিদা তোংবা য়ারোই, তোংগে হায়নসু খন্দে। ঐ পুকচেল চাউবা মী অমা ওইনা হিংবা পামই। শিবা তাৎবসু নিপা অমা ওইনা শিগনি।"

## টাইটানিক লুপখিবা

বোক্সেলনা ক্রিউমেন ৩ অমদি জহাজগী সেবা তৌবা মী অমগা লোয়ননা নুপী ২৫ পুন্না মী ৩০ হাপ্লগা হিদু থাদরকখি।

পুং১.৫৫ তাবকপদা বোট নং ৪ ঈশিং মথক্তা থাদরকখি। টাইটানিক লুপক্লগনি হায়বসি যাত্রিক অয়াম্বা খঙনরবনি। অদুবু লাইবক থীরিবদি যাত্রিকশিংদু মায়কৈ শনাই খঙদমখে চেন্নরি। মখোয অয়াম্বা হি লৈরিবা মফমদু খঙদে।ময়ামদু দেক এ দা হি লৈরমগনি হাযদুনা লাকই। মফমদু যৌবকপদা মসিদা নত্তে বোট দেক্তনি হায়রক্কনি। মফমদুদা চৎলুবদা দেক এ দনি অমুক হায়রকই। মসিদা ঙাওরোইদবা কনা লৈরমগনি। মখোয়গী মতৌদুদ ফাস্ট ক্লাস যাত্রিক অমনা শাউনা হায়রকই, "নখোয়না মীয়াম অসিবু ঙাওহল্লিবা করিগীনো? ঐখোয়না চৎকদৌরিবসি কদোমদনো?"

মিস্ট্রেস থয়াবদু ঙসাইমখৈ ব্রা ঙাংদনা লৈরম্বনি। মখোয়গী মতৌ উবদা শাউনিংব পোক্লদুনা হায়রকই, "ঐখোয়না চংকদৌরিবা অশেংবা লম্বীদু তাকপীউ। হৌজিক ফাগী তৌবগী মতমদু নত্তে।"

বোট নং ৪ হায়বসি উনা শাবা জহাজসিদা লৈহৌরিবা অমত্তা ঙাযরবা হিনি। মসিদা তোংহৌদবা তাববদি জহাজ লুপখিবদা য়াওখ্রগনি। যাত্রিকশিংগী মরক্তা হৌজিকসু এন্না থাজবি মদুদি খুনিমপিক অমসুং বালটিক শাক্লগা যাত্রিকশিংসি তোংহনগনি। অমবোমদা টাইটানিক লুপ্পা হৌরক্লবা ফাওবদা নুপ্পা ঙম্লরোইদবা জহাজনি হায়বসিদা থাজবা মীসু ময়াওবি। মদুগী ব্রাখলদা নুপী অমা হৌজিক্লু নীংঙাইবা লৈতনা বেন্দ পার্টিগী ঈশৈ তারি। মহাক্কী মতৌদু উবদা নিপা অমনা হায়রকই, "হৌজিক ঈশৈ তারগা লৈবগী মতম নত্তে।"

পুকচেল চাউরবা কয়ানা কায়নবা নত্তগা শিবা হাযবসে নোংমা শোয়দনা থোক্লরগদবা মীওইবনি হায়না খল্লি। মাসিদা পুকচেন পীকশিল্লুবগী কান্নবা লৈত্তে। মখোয়শিংদুগী মনুংদা দা. দবলউ, টি, মিনাহান অমনি। মিনাহানগী লোয়নবীনা মহাক্কা কায়নরগনি খনবদা ব্রাজখি। মপুরোইবনা হি মনুংদা ফম্লবা কন্না তকশিল্লখি। মতমদুদা মিনাহান্না হায়রকই, "থৌনা লৈয়ু। মবম অমদা ওইরবসু, থৌনা লৈয়ু।" অসি হায়রম্লগা মাগী নুপীবু অরোইবা ওইনা নুংশিনা চুপ্পলম্লগা চংখি। মীয়াম মবক্তা চংখিবদগী মিনাহান উখিদ্রে।

বোট নং ৪ অসিদা পৈশা পায়বদা মমিং চৎলবা এস্টোরগী লোয়নবী মাদেলাইন তোংলি। চহী ১৯ দা ঙাইবিবী মীরোল্লবীনি। মহাক ঙসি অয়ুক্তগী মশা ঙমদুনা লৈরিবনি। এস্টোরনা লাইটোল্লরদা মাগী নুপীগা লোয়নরগা চংপা য়াগদ্রা হায়না হংলুবদা য়ারোই হায়রকপদগী অরোইবা বীদায় পীরকখি। মহাক্লা খঞ্জরিবা হায়ববু অঙাং অসি পোক্লপদা মপানা উবা ফংলরোই হায়বসিনি। এস্টোরনা মেদেলাইনগী অব্বাব মতৌদু উরদুনা

মাগী থম্মোই ফাজিনবা ওইনা হায়রকখি, ''সমুদ্রসি য়াম্না ঈংনা তপ্না লৈ। মসি নঙোন্দা য়াম্না ফরবনি। নহাক্তি ব্লাখল খম্বা ঙম্বগী পুকচেল চেনবীনি। অয়ুক্তা নহাক্কা উন্নসি।'' অসি হায়রম্লগা তপ্ন তপ্ন খোংফম অমা অনি হন্দোক্লগা দেক তাবা লম্বীদা চৎখি। মসিনা মখোয় অনিগী অবোইবা উন্নবা হায়বদু ওইখি।

এস্টোরগী মমাঙমক্তুদা নুপী অমনা চহী ১৩ শুরবা মচা অমগা হি মথক্তা কাখৎকদবগী হোৎনরকই। লাইটোল্লরনা নিপা মচা হিদা কাখৎপা য়ারোই হায়না কন্না খিংখি। নিপামচাদু অতৈ অমা নত্তে, জেক রেয়ারসন্নি। মাবু পোকপা মপা আর্থর রেয়াবসন্না মাগী নুপী অমদি মীনাইনুবী ভিক্তোরিন হিদা তোংহন্নবা কন্না হোৎনরি। জেক বেয়ারসন্না হিদা তোংখৎকদবগী তৌরিঙৈদা লাইটোল্লবনা লাউবকখি. ''নিপামচাদু তোংবা যারোই।''

আর্থর বেয়ারসন শাউনা খুম্নকই, ''চহী ১৩দা ঙাইবিবা নিপামচা অসিনা মমাগী মতুং ইনখিবদা করি তৌই হায়বগে?'' জেক মমাগী মনাক্তা চংশিন্দুনা ফমখি। লাইটোল্লবদু মচীন্দা মৃবৃম মৃবৃম শোল্লম্লগা লাউরকই ''নিপামচা অতৈ লৈবিববা?'' মতমসিদ চহী ১০দা ঙাযরিবা বিল্লী কার্টব জুনিযাবনা নুপীগী টুপী অমা উপ্লগা মমা মিস্ট্রেস কার্টবগী মতুং ইল্লগা হিদা কাখৎলগা ফমখিবদু লাইটোল্লব কবি অমত্তা হাযবকখিদ্রে।

হিগী মনাক্তা লৈবগা নুপীশিংগী মতেং পাংলিবা গ্রেসিনা নগা ওইবিবী নুপী অমনা পিক্রিবা মচা অমা পম্লগা হিদা কাখৎপা ঙমদনা লৈবিবদু উবকপদগী চংশিল্লগা নুপীদুগী মচাদু লৌবগা হি কাখৎপা মতেং পাংই। নুপীদু হি মনুং য়ৌখিবগা লাউরকই, ''ইচাদি কদাইদা লৈখ্রবগে? ইচ'দু পীবকউ''

গ্রেসিনা ঈংনা তপ্ন হাযবকখি, ''নচাদু 'সিদা লৈবে।'' অসি হাযবগা পীখি। থৌদোক অসি কবিগুম্বদা নীংশিলুবগা গ্রেসি অকিবা পোক্লকইঃ অঙাংদু মমাদা শিন্নদ্রিঙৈদা সিদু থাদখিবা থোক্লবদি মদু পম্লগা ঈশিংদা লৈবা তাবনি।

মথক্তগী হংলকই. ''নুপী কয়া যাউববগে?'' পাউখুম পীখি, ''২৪।''

''অদুদি চপ চাবে। মখাদা হিদু থাদখিবা য়াবগনি।'' যাথং লাকপগা অবোইবা হি বোট নং ৪ তপ্না তপ্না থাদবকখি।

হিনা দেক মথক্তা লৈরিঙৈদা তোংহনখিবদবা লেমপ ট্রিমব সাম হেমিং কৌবা নিপা অমা মখাদা কুমথরগা ঈরোইবা হৌরকখি। ঈংবদগী উন ওল্লবা ঈপাক অদুদা শিবা কিদনা ঈরোইরিবগী মবমদি হৌজিক্তা থাখিবা হি নং ৪ ফংবা ঙম্নবনি।

পুং ২.৫ তাবদা পোর্ট কোলাপসিবল-দি মথাদা থাদরকখি। গোলস্মিথগী ইমুং-মনুং, মাগী মরুপ অমা, আলফ্রেদ রুশ মখোয় অহম লাক্লি। গোলস্মিথনা মাগী নুপীদা মখুৎ নাম্মনা কোক্লি অদুগা মখুৎ নাম্মনা মচা নিপাগী লেংবান্দা পায়রি। চহী ৯দা ওায়রিবা মচা নিপাদা গোলস্মিথনা হায়রকই, "ফ্রেঙ্কি, ঐ নংগা শোয়দনা উন্নরখিনি।"

হি মনাক য়োঁশিল্লরুবদা মখোয়বু হিদা কাখৎহন্নগা বীদায় পীরকই। গোলস্মিথগী মরুপ অদুসু মাগী লুহোংবা নুমিৎতা মাগী নুপীনা শিবীরকখিবা খুদোপ অদু লৌথোক্লগা মিস্ট্রেস গোলস্মিথদা শিন্নরকই অদুগা হায়রকই, "ঐখোয়সু হি অমদা লাক্লবা হোৎগে। নিউ য়োর্কতা করিগুম্বা ঐগা নহাক্না উন্নদবা থোক্লবদি ঐগী নুপীদা খুদোপ অসি পীবিয়ু।"

অঙকপা হায়বদুনি! রিন্নি ট্রাউট কৌবীদু হি ময়াম থাদখিবদু য়েংলগা লৈরক্লি। হি অমদা চংশিল্লগা ঙসাইনা তোংখিবা য়ারবনি। মহাক্না কুম্মৈদৌনা য়েংলিবসি মপুরোইবগা মাগী নুপীগা কায়নবা ঙমদনা লৈরিবা, কপ্প-কপ্প বীদায় পীনরিবা, কপ্প-লাউনবগী অৱাবা মতৌশিংদুনি। মঙোন্দা থোক্লম্লবদি করি ওইবা য়াবা? মসিগী ৱাখলদনি মহাক্না নুংনাংবা পোক্লিবা। হৌজিক্সু হিদা তোংগে হায়বগী ৱাখল ঙৌদ্রি। অরাকপা মী খুদিংদা য়েংদুনা লৈ।

মতমসিদা নিপা অমনা অঙাংমচা অমা পুরক্লগা রিন্নিদা পীরম্মী। অসিমসু হায়রম্মী, "ঐ অঙাং অসি কনবা পাম্মী অদুবু ঐঙোন্দা কনবা ঙম্বগী শক্তি লৈতে। নহাক য়ারগদি অঙাং অসিগী থৱায় কনবীউ।"

রিন্নি ইঙক ঙক্না অঙাং অদু লৌশিল্লি। নিপা অদুদি অঙাং অদু শিন্নরম্লগা চৎখ্রে। অঙাংদু হেক লৌশিনবগা রিন্নি খল্লকইঃ অঙাং অসিগা অসুম লৈবদি ফররোই। হি অমদা তোংহৌবনা ফরগনি। মহাক্না তোংবা তারবদি মমাঙদা লৈরিবা হি অসিদনি। অঙাং অদু পম্লগা নিপা ময়াম লৈরিবদুগী মরক্তা ফাউরগা লাক্লি। মহাক্না তৌরিবা মতৌদু নুপী অমনা মুন্না য়েংলগা লৈ হায়বসি রিন্নি খঙদে।

নুপী অদুনা লাউররকই, "অপংবী! জহাজ অসি লুপখিগদৌরবনি! হিদা তোংহৌদ্রবদি নহাক অঙাং অদুগা লৈহৌবা তাবনি।"

"ঐবু অপংবী তাহনগনু। ঐনা লাক্লিবসি হি লৈরিবা মফম অসিদনি," রিন্নি শাউনা খুম্মী।

রিন্নি অঙাংদু পম্লগা হি লৈরিবদু তানা চংশিল্লি অদুগা ক্রিউমেন অমদা ওনশিল্লগা হংই, "হি অসিদা তোংবা য়ারোইদ্রা?"

"মেদাম, করিগী ৱারিবনো? হৱাইট স্টার লাইন্না পান্নিবসি নখোয়বু কনবনি। হি অসিদা কাখৎপীরকউ। মথাদা থাদগবদগী ঙাইরগা লৈরবনি।"

## টাইটানিক লুপথিবা

ৱাহৈশিংদু তাবদা ৱিল্লি নুংঙাইবা পোকচে। ৱাখল নুংঙাইনা কোলাপসিবল-দিদা কাখৎখি।

স্টেৱার্দ অমনা ফ্রেঞ্জি অমসুং মমা মখোয় অনীসু হি তানা পুশিনবীরগা ফমহনখি। নুপী অমসু মচাশিং পুরগা চেল্লক্লি। ফ্রেঞ্চ নিপা অমসু মচা নিপা অনী পুরগা য়াম্না থুনা লাকই। পিক্লিবা মচা ঙাক্তুনি। মচা অনীদু হি মনুংদা চংহল্লকখি। নিপা অদু অতৈ কনাসু নত্তে ময়াম্না হোফমেন হায়রগা খঙনবা নিপাদুনি। মহাক্লা মচা অনীদু হিদা কাখৎখিনবা হোৎনরিঙৈদা স্টেৱার্দ অদুনা করি খল্লুবনো অথীংবা পীরকখি। হোফমেন্না হায়রকই, ''ঐ তোংবা য়ারোই হায়বা খঙই। অঙাং অনী অসিদি তোংহন্দবা য়ারোই।'' হিদা কাখৎলমদাইদা হোফমেন্না মচা নিপাদা কোল্লগা হায়রকই, '' ঐ নংগী নমাবুদি য়াম্না নুংশিবনি। ঐনা য়াম্না নুংশি হায়বসি নমাদা তমউ।''

যাত্রিক ২৫ লোয়নরগা কোলাপসিবল-দি ঈশিং ঈপাক য়ৌরকখি। মহাক্লা ঈশিংদা তাউরগা হোনবা হৌরকপদা বোটগী দেক্কগী চোংথরকপা নিপা অমখক ময়াম চংদুনা ঈশিংদগী চিংখৎলগা কোলাপসিবল মনুংদা য়ৌহল্লি। মহাক শিবা কিদনা হোৎনরক্লবসি কোলাপসিবল-দি দা মাগী নুপী তোংলি। মপুবোইবা কায়রগনি ৱাজবম্বদু মহাক উবদা কযাগী মতিক নুংঙাইজখিবা।

পুং ২:১০ তারকপা অদুৱাইদা ফার্স্ট ক্লাস স্মোকিং রুমগী মমাংদা থবাক্তা মখুৎ অনীদু থম্লগা এন্দ্রিউ তুমিন্না ৱা অমত্তা ঙাংদনা লেপ্লগা লৈরিবদু স্টেৱার্দ জোন স্টেৱার্টনা উরকই। মহাক ৱাখলনা ফুম্বংনরবা মীনি হায়বসি মাইথোংনা উৎলি। করিগুম্বা অমদা মুন্না য়েংলি। মমিৎ কুপ্তে। স্টেৱার্টনা হংই, ''মিস্টর এন্দ্রিউ, নহাক করি খল্লিবগে?''

পাউখুম লাকখিদে। মঙোন্দা য়েংথোরকপসু তৌদে। মিৎয়েংসু হোংদে। লাইফবেল্ট ফারিবদু হিগোম হিগোম লাউনা উই। পাজাল য়াওদ্রবা হকচাংগুম মশাদু লেকথরকপগী মওং মাল্লি। ঈশিংনা মখোঙ ফাউবা থুমজিল্লক্লবা ফাউবদা খোঙফম লেংদনা লৈখি। মিৎকুপ অসিদা উখিবসিনা অরোইবা হায়বদু ওইখি।

# টাইটানিক লুপ্পা হৌরক্লবা মতম

মী কন্নবা হি থাদবা লোইগ্রে। চাউরবা জহাজ অদু লুপথবা হৌরক্লে। মিৎকুপ খরগী মনুংদা অমুক হন্না উবা ফংলরোই। বোট দেক পুন্নমক ঈশিং থুমজিলক্লবনি। বোট মথক্তা লেপ্লগা লৈরিবা জোন কোলিনস কৌবা এসিস্টেন্ট কুক অমদি মাগী মমান্নবা অতৈশিংদুসু মখোঙদা ঈশিং থুমজিল্লকখি। মসিগী মমাঙদা মহাক অঙাং অমগা, অঙাংদুগী মমাগা, অতৈ অঙাং খরগা লোয়নরগা চেনমীন্নরকখি। ফায়ারমেন অমসু য়াওরকখি। কোলনল গ্রেসিসু মহাক্লা লোয়নবা মী খরগা জহাজগী মনিংথংবা শরুক্তগী লাকই। মিৎকুপ খরগী মতুংদা হন্না য়েংখোরকপদা মমান্নবা অমদি অতৈশিংদু উবা ফংখিদ্রে। ওফিসার মুর্দোক বোর্দ মথক্তা তারগা লৈরি। মহাক মথন্তা মশাগী রিভোলভরনা মকোক্তা কাপ্লগা শিখিবনি হায়নৈ। অমরোমদা মখাদা থাদখিবা কোলাপসিবল-বি মখা য়ৌবা য়াদদুনা মথক মখা ওথোক্লগা হারবর ব্রিজদা য়াল্লগা লৈরি। সীমেন হাগান কৌবদু জহাজগী যুম্বীরেল ওইরিবদুগী অরোইবা শরুক্তা লৈরিবা মমৈগুম্বা পোৎ অমদা য়াল্লগা লৈ। মতমসিদা কোলাপসিবল-এ ঈশিং ঈমায়দা য়ৌবা ঙমখিদুনা হোনবা হৌগ্রে। দেক এ অমসুং বি, ফার্স্ট ক্লাস কার্টার্স, মী তিনফমশিং অমদি চাফম থকফম পুন্নমক ঈশিং থুম্বা হৌরক্লবনি। জহাজগী মতুংথংবদা ফাদর থোমাস বাইলেস অমদি জর্মন প্রিস্ট অমনা মরাইবক থীরবা শিরমরদায়গী পুংফম ঙায়দুনা লৈরবা মীয়ামদুগী পুক্লিং ফাথনবা লাউরক্লি, "ঐখোয় ঈশ্বরদা চংজবা তাবনি!" মফমদুদা লৈরিবশিংদু ময়ুম লমদম থাদোক্লগা আমেরিকাদা খুন্দারগা লৈরগনি হায়বগী আশাদা লাকখিবা মীনা অয়াম্বনি। মীশিংদু ঈশ্বরগী মফমদা লাইশোল ঈশৈগা লোয়ননা খুরুম্বা হৌরকই। মী খরদি লাই খুরুম্বগী মহক্তা কাম্পানিয়নরেজ তানা চেনশিনখি অদুগা কৈরাক্তা কাখৎলি। মখোয়না থীরিবসি হিংনবগী লম্বীনি।

জহাজ অদুগী শরুক অয়াম্বা ঈশিং থুমজিল্লক্লবদা কপ্প-লাওনবগী খোঞ্জেন্না পিক থল্লকখি। মতমসিদা খ্বাইদগী ঙক্লিবদি এ দেক্তা লৈরিবা অচৌ-অশাংশিংগী মীয়াম তিনফম কা অচৌবদুনি। জহাজ লুপ্পা হৌরক্লে

## টাইটানিক লুপখিবা

হায়বা করি অমত্তা খঙদবমখৈ মী খর হৌজিক্সু হইক্কি থক্লগা নুংঙাইনা নিশা শান্নরি। মখোয় মখুৎতা জুব্বারগী চে পাযরি। শেৎলিবা ফিরোলশিংদু নুমিদাংব্বাইরমগী মতমদা শেৎখিবা নিংথীরবা ফিজোল ঙাক্তুনি। মখোয়শিংদুগী মনুংদা পেদি খিলোন অমদি জোনী বেন্নোন কৌবা ফায়ারমেনশিংদু য়াওবি। পেদি হৌজিক্সু ব্রেন্দি লিক্লি অমা জাকেত্তা হাপচিল্লগা চৎলি। জহাজনা মমাঙলোমদা পৈথরক্লবা মতম্মি। মদু পৈথরকপদা মহাক খঙহৌদনা তুশিল্লি। মহাক্ল। খল্লি মদুদি মহাক্লা তুশিল্লিবসি য়ুগী নিশাননি।

গ্রেসি জহাজগী মনিংথংবা শরুক্কী দেক্তা লেপ্লগা লৈ। মীয়াম অমা খোয মহমদগী খোয় মযাম পাযথোরকপগা মান্না চেম্থোরকপদু উরকই। মদুদা নুপী মযাম য়াওরকপা উবদা মহাক ঙকখি। মহাক্লা খল্লুই মদুদি নুপী পুম্নমক হিদা চৎখ্রে হায়বসিনি। শিগা নত্তনা মখোয়গী অতৈ লম্বী লৈত্রবনি। মযামদুগী ওইবিবা ফিবমদু হি নং ৭ তা তোংলিবা হেলেন বিশোপনা মথকলোমদা যেংখৎখিবদা উবকই। মখোয়গী মতৌদু অকিবা পোকই মখোযনা লাউবক্লিদু তাবদা ভূ চুংই। মতেং পাংবীযু, কনবীযু হায়বগী খোল্লাও ঙাক্তুনি।

মতমসিদা নিপা অমা ওফিসাবশিংগী ক্বার্টস মথক্তা কাখৎলুবদগী নাম্বক্তুনা য়াম্না ফিবম চাদনা লৈবি। মখুৎনা পায়ফম অমা ফংবদগী থাল্লগা লৈ। মখোঙ অনীদু অহাংবদা হাইরি। মহাক্কী ওইবিবা ফিবমদু গ্রেসি অমদি মাগী মরুপ অমনা উবকই' মখোয় অনীনা নিপা অদুবু কন্দবা যাদে হাযবগী ব্বাখলদা যুমথক অদু যৌনবা চোংথখি। লাইবক থীবদি গ্রেসি যুমথক যৌবা ঙমখিদে। ঈশিংনা থুমজিল্লক্লবা মবমনা ঈশিং মথক্তা তাশিল্লি। মহাক পাম্থৎপা তৌদনা খল্লকই মদুদি মহাক সমুদ্রগী ঈপাক যৌববনি। মহাক জ্ঞান মাঙখিবা নত্তবনিনা সমুদ্রগী ঈপাক নত্তে হাযবা অমুক খঙলকই। মফমদুদগী ঈশিং য়ৌদ্রিবা মফম অমদা কাখৎলক্লবা কন্না হোৎনরখি। মদুদা মহাক ঙমহৌদবা তারবদি অনকপদা লৈবিবা চাউরবা ঈরৈ অদুদা লুপখিবা তাবনি। মহাকপু মতেং পাংবীনবা কনাগুম্বা অমত্তা লৈবা উদে। খঙহৌদনা চাউববা ঈথক অমা লাকখি। হায়রিবা ঈথক অসিমক্তি গ্রেসি খক্তা নওনা মাগী মরুপ অমদি মখোঙ য়াম্বরগা লৈবিবা মখোয় অহমগী থব্বায় কনবীরগে হায়বগী মতাগুম লাকখিবা ওইরমাল্লে। মফম চাবা অমদা ঈথক অদুনা থম্বীরম্লে।

# টাইটানিক লুপখিবা

মরাইবক থীরবা মীয়ামদুগী মরক্তা আগস্ট রেন্নস্ট্রোম য়াওরি। মিংকুপ খরগী মমাঙদা রেন্নস্ট্রোম সুইদেন্দগী লাকমিন্নবা মরুপ-মপাংশিংগা যু থক্কদবগী থার্দ ক্লাস স্মোকিং রুমদা লাকখি। মতমদুদা মহৌশাগা মান্নদনা বার খোঙ লোল্লগা লৈরম্মী। মখোয় জহাজনা ওইরিবা ফিবম অসি করিগুম্বা অমত্তা খঙদ্রি। মতমসিদা ময়ুম হোংগদবগী লাকখিবা ইটালিয়ান মচা ৫০ রোম লাইফ-বেলট ফারগা মখোয়গী বেগেজশিং পুরগা লাকপা উরকই। মদু উবদগী মহাক জহাজ লুপখিবা য়াবগী খুদোংথীবা ফিবমদা লৈরে হায়বা খঙলকখিবনি। মহাক ইংলিশ ঙাঙবা কয়া হৈতে। মাগী মরুপ জোন লুন্দাহল কৌবা অমা লোয়নরকখি। মহাক পোক্লফম লমদম নুংশিবকপদগী কোয়বা চংলুবনি। মখোয় খোঙবু ওইবগা থার্দ ক্লাসগী টিকেৎ কক্লগা আমেরিকাদা লাক্লি। হৌজিক টাইটানিক্কী ওইরক্লিবা ফিবম অসি উরকপদা লুন্দাহলনা রেন্নস্ট্রোমদা হায়, " মরুপ, কায়নবশি, ঐ আটলান্টিক লম্বা তৌবা ঙম্বগী চহী মক্তাংদু হেন্দোকখ্রে।" অসি হায়বম্লগা মহাক স্মোকিং রুমদা চংখি অদুগা চৌকি অমদা ফম্লগা লৈখি। ইংলিশ লেদী অমনা তৌবগুম মহাক পিয়ানো মনাক্তা ফম্লগা অবোইবা পুংফম শায়রগা লৈখি মহাক্কী অপাম্বা অদুদা যেংলুবা তৌদনা হৌজিক রেন্নস্ট্রোম মাগী মরুপ ইদওার্দ লিন্দেল অমদি মাগী নুপী মিস্ট্রেস লিন্দেল, চহী ১৭ শুনবা জেক খায়ারগা লোয়ননা লৈমিন্নরি। মরুপ অমসু ময়ামদুগী মরক্তা য়াওরি। লিন্দেল চহী ৩৬ শুরবনি। মখোয়না হৌজিক লৈরিবসি অশিবগী হোক্তংদনি। পুকচেল চাউখোকপগী মতৌ উংপা নওনা মখোয়গী অতে লম্বী লৈত্রবনি। থায়াবনা হায়রকই, "এখোয় হিংনবগী লম্বী লৈত্রবা ঙাক্তনি। শিবা হায়বসি শোয়দ্রবনি মপুনা শিল্লকপা লিলানি অদুবু অরোইবা মিংকুপ ফাওবদি উপায় থীবা তাবনি।"

সমুদ্রগী ঈশিংদু অশুম-অশুম ঋাংখৎলকপগুম নীংই। মরমদি জহাজ অদু দিগ্রী ১৫গী চাংদা লুপথবক্লবনি। মতমসিদা অঙকপা খোঞ্জেল অমা তাবকখি। থায়ারনা হায়বা মতুং ইন্না খোঞ্জেল অদু জহাজ পোকখায়বা হৌবক্লবা মাল্লি। স্টীল রেলরে ব্রীজ অমদা ট্রেন অমনা ফাওবগা চেল্লকপগী খোঞ্জেলগা মান্নে। ট্রেন অদুনা স্টীল ফেক্তরী অমা লান্না লাক্লগা চিনা ক্রে ময়াম তকখায়রকপগী হৌরবা মখোন্নি হায়না অতাবশিংনা শোয়দনা হায়গনি।

## টাইটানিক লুপথিবা

মতমসিদা রেন্নন্ষ্ট্রোম অমদি লিন্দেল মতৈ-মনাও মখোয় অহম করি তৌশিগে খন্নরিঙেদা খঙহৌদনা নাম্বখিরম্মী। মখোয় ঈশিং ঈপাক য়োখিদুনা ঈরোইরগা চৎখি। কোলাপসিবল-এ না হোল্লিবা মায়কৈ অদোমদা চংশিনখি। লাইবক ফরবদি হিদুগী মনাক য়োনা ঈরোইবা ঙম্নবদি মখোয় হিংগদৌরিবনি।

থায়ারসু মাগী লোয়নরিবা মরুপ অদুগা ঈশিংনা থুম্নবা স্টার্বোদ তানা লাক্লি। মখোঙ থাংলিবদু খোঙফম অমা শোয়হনবা য়াদবনি। ঈশিংনা অরেপ্পা লৈতনা থুমজিল্লকপনিনা থায়ারগী মরুপ অদু খঙহৌদনা নাম্বখি। মরুপ অদুনা মাবু কনবীনবা হায়জরকখি। মহাক্সু কনগে খনবনি। অদুবু মহাক মশাগী খন্দবা য়াদবা মতাং অমা য়োশিল্লকই। মহাক রেল মথক্তা ফম্নগা লৈরিদি হায়ববু মফমদুদা কয়া কুয়না লৈখিগদৌরি? থায়ার পাম্ববা তৌদনা ঈরোইবা হৌরকখি। মশা মথন্তা অঙকপা পোকচৈঃ মতৌ করম্না ঐ ঈরোইরকখিবনো?

হৌজিক মীয়ামগী কপ্ল-লাওনবগী খোঞ্জেল তাখিদ্রে। মদুগী মহৎতা বেন্দ পার্টি অমগী মিউজিক অমনা মহৎ শিনখি। ঈশৈ অদুদি ''অটম'' নি।

# টাইটানিক লুপখিবা

টাইটানিক্লা উনগী চীংদা খেংজিনবা মতমদু পুং ১১.৪০ তাবদনি। নোট ২০গী চাংদা চেল্লকই। সেকেন্দ ১০দগী তাদনা উনগী চীংদুদা য়েশিল্লগা চেনবনিনা ফুট ৩০০ শাংনা শোকখি। য়াম্না শাথীনা শোকখিবসি ফোরপীক হোলদ নং ১, হোলদ নং ২, হোলদ নং ৩, বোইলর নং ৬, বোইলর নং ৫নি। মখাদগী ফুট ১০ রাংবা মফমদনি। মথকথংবা শরুক্তা করি অমত্তা শোকখিদে।

উনগী চীংদা খেংজিনখ্রবা মতুং মিনিট ১০ লৈরগা জহাজগী অকায়বা মফমশিংদা ঈশিং চঙবা হৌরকখি। হোল নং ১দা ফুট ৭ রাংনা ঈশিং চঙলকখি। হোল নং ২দা মিনিট ৫গী মনুংদা ফুট ৩ মখায় য়ৌনা ঈশিং চঙলকখি। মেল রুম ওইরিবা হোল নং৩ ঈশিংনা পিক থনখি। লৈমায়দগী ফুট ২৪ রাংবা কানি। বোইলর রুম নং ৬তা ফুট ২গী মথক্তা ঈশিং চঙলকখি। বোইলর রুম নং৫দা ফুট ৮ রাংনা মিমিট ১০গী মনুংদা ঈশিং চঙলকখি। হৌজিক ফাওবদি বোইলর নং ৪ শোকখিদবা মরম্না ঈশিং চঙলকপা ঙমদ্রি। অদুবু মিনিট ৪০গী মনুংদদি ঈশিং চঙবা হৌরকখি। ঈশিং থুমজিল্লক্লবদা টাইটানিক অরোইবা ওইনা পুং ২ মিনিট ২০ তারকপদা ঈরোন্নুংদা লুপথখি।

হার্টলেনা লুচিংবা বেন্দ পার্টিগী "নিয়ারর, মাই গোদ, টু দী" হায়বা ঈশৈ অদুনা মাবু লানবীরবনি খন্দুনা অরোইবা ওইনা শরুকখি। টাইটানিক্মু অরোইবা খোঙাও কাওরম্লগা লাইরমলেন্দা চংশ্রে। ঈশ্বরগী মীংখৈ শোল্লিবা মখোয় নিপালমক অরোইবা মিংকুপ ফাওবদা খোঙফম অমত্তা হোংদনা মখৌ মঙম পাংথোকপদা লোয়নখি। থৌনা ফবা উৎলপ্রি।

হে! টাইটানিক, নহাক্লা লুপথখিবদা থরায় ১৫০০ লোয়নখি। মখোয়শিংদু নহাক্কী সেবা তৌহনগে খনবগীরা? নহাক্লা লোয়নখিবা এলে বিরায় লিক্লি ১৫,০০০দু চেম্পাগী মহত্তা থক্লগা অরাম খৌরাংবা কোক্লগনি খনবগীরা? চাউরবা পিয়ানো ৫ লোয়নখিবদু হার্টলেবু খোংহল্লগা ঈশৈ তাগে খনবগীরা? চাউরবা এঙ্কোর অমমম্না পাউন্দ ১৭৫ লূপ্লিবনি। নহাক্লা এঙ্কোর ময়াম লোয়নখিবদু করিদা শিজিন্নগনি? কয়লা টোন ময়ামদুনা কয়া কুয়না শিজিন্নগনি? য়েল্লুম ৩০,০০০দু কয়া কুয়না চানগনি? নহাক্লা লোয়নখিবদা রুবিয়াৎগী মনিনা লৈতেংলবা কোপীসু য়াওখি। মেজর পেউচেনগী টিন বোক্স, ...বি-৩৮গী মনুংদা য়াওবা পীক্লবা মেন্টল ক্লোক, ...সিলভর দক ময়াম, ...ইলেনর রাইদনরগী লুহোংবগী কৈন্যানা শেৎনবা ফিরোল ময়াম, ... বিলি

কারটরগী ইংলিশনা শাবা অনৌবা কার, ... কেফ পারিসিয়ানগী লীনা শাবা চৌকি ময়াম, ... আর. এফ. দোনী এন্দ কো:গী টেনিস বোল দজন ৮, ... স্পালদিংগী গোলফ ক্লব অমদি টেনিস রেকেট দজন ৩০, ... জি দেক্তা লৈহৌবা নীংশিংনিঙায় ওইরবা উনগী মিথায় শুংনবা মেছিন, ... কয়াদি য়ামখ্রে নহাক্কা লোয়নখিবশিংদু!

টাইটানিক লুপখিবদা মাঙখিবসি চাউরাক্লা দোল্লার মিলিয়ন ১২ রোম্নি। দাইমন্দ ওইনা দোল্লার মিলিয়ন ৫ রোমনি: যাত্রিকশিংগী মনুংদা পীর্লসগী পোলিসী দোল্লার ৭৫০,০০০ যাওবা মী য়াওরম্লি। মহাক অদুদি আমেরিকাগী জর্জ রাইদেনরগী নুপীনি। মপুরোইবা রাইদেনর টাইটানিক লুপ্পদা যাওখ্রবা মীশক্লি।

বোট নং ১৪দা তোংলিবা কোলীয়ার কৌবী নুপী অদুনা হায়ঃ টাইটানিক মপুং ফানা লুপথখিবদা অহৌবা মখোলগা লোয়ননা পোকথায়রকখি। মেবিক মিলিয়ন এমা হেন্না অত্তিয়াদা কাপখৎলখি। মৈবিকশিং অদু সগর হোলিদেগী অহিং অমদা বোকেট মশাং খঙদনা কাপংকপগা মান্নখি। অঙাংবা মৈরিক মযামদুনা চাউববা মৈগী ঈকুং অমগুম কাপখৎলক্লখি। মায়কৈ শুদিংদা চায়খাযবগা গ্রাংকখি। মাম্না হৌনা অনীরক পোকখাযরম্রলগা জহাজ অদু ঈবোল্পুংগা লপথখি। মহাক্ক লপথখিবগা লোয়ননা মিকুপ খরগী মতুংদা মৈরিবশিংদু উবা ফংখিদে।

ইস্টব হার্ট কৌবী নুপীদু টাইটানিক্লা হোরবা মখোলগা লোয়নরগ পোকখায়রকপা মতমদা হায়ফেৎ যেংলম্লগা চট্টা তরেৎতা ঙাইহরিবা মচা নুপী ইভান্‌ চেৎনা মথাদা কোনশিংগো মথুক্লিংদা খল্লিং নহাক্তি নংগী অপোকপনা শিবদু উবা ফংদ্রেদো।

বোট নং ৬তা তোংলিবা মী খুদিংমক্ল: হৌনা পোকখায়বকপগী হৌবা মখোল মথং মথং তাবকই, মী খরদি নাকোং মেনাশল্লগা লৈখি।

বোট নং৫দা তোংলিবা মীশিংনদি অচৌবা নোংমৈ কাপলকপনি হায়না খল্লখি। মী খুদিংমক ঙান মাঙলকই। হিদু খর লাপ্পা হোন্দোকপা পাম্নখি। মহাক্লা লুপথখিবা মতমদা অহুমশুবা ওফিসার পিটমেন মাগী ঘড়ী য়েংলগা হায়রকই, ''পুং ২:২০ তারে।''

বোট নং ৯দা তোংলিবা মী খুদিংমক্লা হি অসি লাপ্পা হোন্দোকপা পামই মরমাদ মখোয় পুম্নমক শিখিব, য়াই।

বোট নং ৪দা তোংলিবশিংসু টাইটানিক পোকখায়বগী মখোন্দু তাবদা ঙান মাংখিদুনা হি অদু মফম মরাং খঙদনা হোল্লকখি। মদুদা মী অহুম হিদগী ঈশিংদ তাখি। মখোয় অহুমদু হিথক্তা চিংখৎলবা মতুংদা নিপা অমনা লাউবকই, ''পাখৎকনু, পাখৎলবদি লোইনমক শিরনি।''

## টাইটানিক লুপখিবা

বোট নং ২দা হি হোল্লিবা নিপা অমনা ঈশিং মনীল কাখৎলক্লিবা অমদি মুশিন মুনা লৈরিবা মৈখু মপৈ অদুদা মুন্না য়েংলি। মাগী য়াখলদা কয়লাগী চাউরবা মতুম অমদৌনা উরকই। অমম্বা মরক্তুদা উরক্লিবা মৈখু মপৈদু টাইটানিক্কী মৈখু উত্তোংশিংদগী কামথোরকখিবনি।

বোদ নং ৮দা ত্তোংলিবশিংনা নুংঙাইতবা ফোংদোক্লুরকইঃ ই জেগী অরোইবা খোঙচৎ ওইদুনা অঙকপনা থল্লবা ঈশ্বরগী মফমদা কথোকপগা লোয়ন্না চংজখিবা জহাজ ওইরেদো!

কোলাপসিবল-দি দা ত্তোংলিবা মিস্ট্রেস গোলদস্মীথনা ফ্রেঙ্কিবু মাগী থবাক্তা ঙাথহল্লগা মপাগী মরাইবক করি ওইবমগদগে খল্লকই। মপুবোইবগী য়াখলদা মহাক লুপ্লগা লৈরিঃ মহাক শোয়দনমক্কী শিরম্লগদ্রা?

বোট নং১দা ত্তোংলিবা ফার্সট ক্লাস যাত্রিক অমনা টাইটানিক্কা লুপখিবদু য়েংবা ঙমদ্রদুনা মমায় লৈথোক্লগা হায়রকই, "ঐ য়েংবা ঙম্লক্রে। ও, মহাক লুপখ্রেদো।" মহাক অসিসু অতৈ অমা নত্তে। সি, ই, স্টেঙেলনি। কোলাপসিবল-সিদা মখুত্তা নৌ পায়রগা মমায় নোম্বরগা য়া মচেৎ অমত্তা ঙাঙদনা তুমিন্না নীংবা কায়রবা নিপা অমা ফম্লি। মহাক টাইটানিক্কা লুপথখিবা মতমদা মমায় লৈথোক্লগা লৈখি। মদু য়েংনীংদবগী মতৌনি। মহাক অদু অতৈ অমা নত্তে। জহাজগী মপু ব্রুস ইস্মেনি। মহাক টাইটানিক্কী মতৌদু য়েংবা ঙমদদুনা লৈবিবনি। মহাক্কী মতৌদু উবদা হি মথক্তা লৈরিবশিংদু য়া কয়া ঙাঙনদে। মহাক্কী অৱাবদা শরুক য়ারম্মী।

মথক মখা ওন্ন-তৈননা তাউরগা লৈরিবা কোলাপসিবল-বিগী মখাথংবা শবুক্তা জেক থায়াবনা লেপ্লগা য়েংখিবদা উবকইঃ মখোয়গী মায়কৈরোমদা ঙমথবক্লিবা টাইটানিক্কী মথক্তা মী ১৫০০ বোম লৈরি। মখোয়শিংদু খোয় মহমদগী ময়াম অমা পাযথোবকপগা মান্নবকখি। কপ্ল-লাউনবগী খোঞ্জেন্না অতিয়া শিন-থুংখি। অদুবু খঙহৌদনা পোকখায়রকপগী হৌরবা মখোলনা মীয়ামগী লাউ-খোংলম্বদু অমুক হন্না তাবা ফংহনখিদ্রে।

কোলাপসিবল -বি মতমদুদা টাইটানিক্তগী গজ ৫০মুক্তং লাপ্পা লৈ। সেকেন্দ ওফিসার লাইটোল্লর হিদুগী মথক্তা লৈ। টাইটানিক্কী ফম্বাক্তা কপ্ল-লাউনরিবদু মহাক তারকইঃ মতৈ-মনাও, মচল-মবুং, ইমুং-মনুং অমদি অঙাং কয়ানা অমগা অমগা কোন্নরগা হায়নরি, "ঐ নংবু নুংশি। ঐ নহাকপু থাদোক্রোয়। ঐখোয়বু কনবীগদবা সংসাবসিদা কনা লৈবিবগে? হা ঈশ্বব ঐখোয়বু কনবীউ .. ।"

লাইটোল্লর মাগী লেমহৌরিবা পুন্সিদা মতম পুম্বদা খোঞ্জেলশিংদুনা মিংক্রুপ অমা ফাওবা পোত্থাবা ফংহনগনি থাজদে।

# মতুং তাবা থৌদোক

টাইটানিক লুপখ্রে। লুপথগ্নবা মতুংদা হি ২০দা লৈহৌবা মীশিংবু অৱাবা খুদোংথীবা কয়া মায়োক্লরকখি। নুংশিং কন্না শিত্রবসু উন পুবা নুংশিং ওইবনা হায়নীঙায় লৈতনা ঈংই। থৱায় হিংনবা হোংনবদা ফি-রোলগী ৱাখল খন্নখিদে। সমুদ্রগী পাক্লবা ঈপাক্তা হিশিংদু পলেপফম খঙদনা মানা মানা থোকপা মায়কৈদা হোল্লি। তোংলিবা যাত্রিকশিংদু মম্বনা মবম ওইদুনা কনানা করি তৌরি হায়বা খঙনদে। অদুবু মরক মবক্তা তেংথা নাওইনা কপ্পকপগী থোঞ্জেল কবিগুম্বদা তাবকই। নৌ পায়রগা কন্না হি হোল্লম্বা মীশিংদু মখা তানা হোল্লুবগী কান্নবা লৈবোই খনবদগী অযাম্বনা হোনব' লেপখ্রে। টাইটানিক লুপ্পমদাই মতমদা যাম্না কন্না হোন্দোক্লবা হোংনখি মরমদি চাউববা জহাজ অদুনা কবিগুম্বা তুথবকপদা ননশিখিবা থোক্লবদি লোইনা শিবা ত'বনি।

টাইটানিক ঈবোন্নুংদা লুপথবা হৌবক্লবদা মাগী মথক্তা তোংলম্বা যাত্রিকশিংদু মফম মরাং খঙদনা চেন্নখি। খবনা ঈশিংদা চোংথরগা মফম খঙদনা ঈরোইরি। মনাক নকপদা হোল্লিবা হিশিংদা কাখৎনবা হোংনবক্লি। মখোয় হৌজিক শিবা নত্তগা চংবা অনীগী মবক্তা কন্না লাম্বেংনবক্লি।

ওলাউস অবেলসেথ কৌবা নীপা অমা ঈরোইবগা য়াম্না ৱানা লাক্লগা কোলাপসিবল -এ গী মথক্তা কাখৎকদবগী কন্না হোংনরকখি। অদুবু হিদুদা তোংলিবা কনাগুম্বা অমত্তনা মহাক্কী মতেং পাংবীগে হায়রকখিদে। মহাক্না খঞ্জরম্বদি মহাক্কী মখুৎ পায়রগা কনাগুম্বা অমনা শোযদনা চিংখৎপিবক্কনি হায়বসিনি। মহাক্না হি মপান্দা পায়রুবদা মথক্তা তোংলিবা নিপা অমনা শোম্বাংননা হায়রকই, ''হি অসি মথক মখা ওম্বোক্লগা লুপখিবা য়াই।''

য়াম্না ৱানা হিথক্তা কাখৎলকপা মতমদা অবেলসেথ ভাব তারকইঃ মখোয়না তোংলিবা হি অসি মথক্তগী থাদরকপা মতমদা মথক মখা ওন্ননা ঈশিংদা তাবকখি। পোংগী মওংদা মী য়াম্না তোংবা য়াদদুনা লৈবিবনি। অদুমকপু অবেলসেথ মরাইবক ফরবা মী হায়বদু ওইরে।

কোলাপসিবল-এ দা অরোইবা ওইনা ঈরোইরগা যৌরকখিবসি আগস্ট ৱেন্নস্ট্রোমনি। হি মনাক য়ৌনা লাকমিন্নখিবসি মাগী মরুপ ইদভার্ট লিন্দেলনি। ৱেন্নস্ট্রোমনা মফমসিদা য়ৌরকপা মতমদা লিনদেনগী নুপী মফমসি য়ৌনা ঈরোইরগা লাকপা ঙমদ্রে হায়বা খঙই। টাইটানিক্কী চোংথরগা মখোয় অহম উন ঙাক্তা ঙায়ববা ঈশিংদা ঈরোইরগা লাক্লিবনি।

## টাইটানিক লুপখিবা

ব্রেন্নরস্ট্রোম হি মপান্দা মখুৎনা পায়বা ঙগ্রেদি হায়ববু মথক য়ৌনা কাখৎপা ঙমদ্রি। তুংলোমদা মী অমা ঈরোইরগা লাকপগী মখোল তাবদা য়েংখোরকখি। মহাক লিন্দেসগী নুপীনি হায়বা খঙলকই। মহাক্না মরুপকী নুপীদুগী মখুৎ পায়রগা চিংখৎনবা কন্না হোৎনৈ। মহাক মশামক ফিবম চাদনা লৈরিবনি। কনাগুম্বা অমনা মতেং পাংবীরক্লবদি মখোয় অনীমক হি মথক য়ৌবা য়ারবনি। পায়রিবা খুত্তগী খঙহৌদনা মহাক নাম্বোকখি। লিনদেন্দা পাউ পীগে তৌই। অদুবু লিন্দেন খুন্নকখিদে। লিন্দেন অঈংবা অদুনা উন ওলহনদুনা থৱায় য়াওদ্রবা হকচাং ওইনা শিনা তাউরগা লৈরম্লে।

অমরোমদা কোলাপসিবল -বি দা তোংলিবা মীশিংদুগী ফিবমদু উবদা য়াম্না পুক্লিং নুংশিনীঙাইনি। যাত্রিকশিংদু মসিগী ফিবমদা ওইরক্কনি খল্লুদবনা ফি অথাবা ইনগনি হায়বগী ৱাখল তৌনরকখিদে। হৌজিক্তি ফি অথাবা পাম্নরক্লি। করি উপায়দি লৈরি। মখোয়না পুজরকপা ফিশিংদু সমুদ্রগী ঈরোম্নুংদা টাইটানিক্কা লোয়ননা লুপমিন্নখ্রবনি।

ঈংবনা মহানি। উন য়াওনা শিংপা নুংশিং থুংলরি। য়াম্না কন্না শিংপা নুংশিংমক্তি নত্তে। মীপুম খুদিংমক উপায় লৈতবদগী তাশিন্নগা খাঙলি। মযাম অসিগী মনুংদা য়াম্না কা হেন্না ঈংবা পোক্লিবসি কোলনল গ্রেস ওইরম্বা য়ায়। মহাক খাঙবা ঙমদবগী থাক য়ৌরক্লবদা মনাক্তা লৈরিবা শামতুগী তুপী উপ্পা নিপাদুদা হংল্লুবি, "নহাক্কী তুপীদু ঐ ঙাইহাক্তা ওইরবসু উপকেবা। ঐগী কোক অসি ঈংবনা লোইরে।"

নিপাদুনা খুন্নকই, "নহাক্না মসি লৌখ্রবদি ঐনা করি তৌবা তাবা?"

গ্রেসগী মতৌদু য়েংবা ঙমদ্রদুনা হি হোনবা অমনা মহাক্কী ফ্লাক্সদগী অশাবা মহি খর হৈরগা পীরকই। গ্রেস মদু থক্লে খল্লুদে। মহাক্কী মনাক্তা থক থক নিক্লগা লৈরিবা গ্রীজর হর্স্ট কৌবা নিপাদুদা থকহনবা পাম্বদগী মঙোন্দা পীখি। হর্স্ট হরাওনা লৌখি। মহাক্না অহানবদা খল্লুবদি হইস্কি ওইরমগনি হায়বসিনি। অমবু ওইরবসু অমবু ওইরবসু অশাবা মহীদু য়াম্না হাউনা থকখি।

বোট নং ৫দা তোংলিবা দোজ কৌবী নুপীদু মশা থক থক নিক্লগা খাঙলি। খোঙউপ অমা তোংলম্লবদি অশুক্তি ঈংলম্লোই। খোঙউপ্পু তোংলম্বা য়ারম্বনি অদুবু তোংলকখিদে। মহাক্না দেক্তা লৈরঙৈ মতমদুদা খনখিঃ হিদা তোংবা হায়বসি ঈথক ঈপোম লাকপদা হি মনুংদা ঈশিং শোয়দনা চংলকপা য়াই। ঈশিং চংলকপা থোক্লবদি খোঙউপ তোংবনা হেন্না অৱাবা তাহনগনি। মসি খনবদগী খোঙউপ অদু দেক মথক্তা লৈহৌই। হৌজিক্তি সমুদ্রগী ঈরোম্নুংদা লৈম্লে। মহাক্না মখোঙদু ঈংবদগী খাঙবা ঙমদদুনা লৈরিবদু উরকপদা মনাক্তা ফল্লিবা ওলিভর কৌবা নিপা অদুনা মাগী

মখোঙদা তোংবা খোঙ মোজাদু লৌখোক্লগা দোজদা পীরকই, "মেদাম, ঐগী খোঙ মোজাসে উপশিনবীউ। করি অমত্তা হজোইবীগনু। ঙসিখক্তা শিজিন্নরকপনি।"

অশুক ঈংলবা মতমসিদা হৌজিকপু হজোয়বগী মতম নত্তে খন্দুনা দোজ হরাওনা লৌখি।

বোট নং ৪ দা তোংলিবা এস্টোরগী চহী ১৯দা ঙাইরিবা মাগী লোয়নবী মাদেলাইন হী মনুংদা তুমিন্না ফম্লি। মহাক নীংবা কায়রবীনি। মতমদুদা নুপী মচা অমা ঈংবদগী খাঙবা ঙমদ্রদুনা কপ্লকই। মাদেলাইন তুমিন্না ফম্লগা ৱাখল তৌরগা লৈরম্বনি। মানা ইম্লিবা শাল অদু লৌখোক্লগা নুপী মচাদুদা ইনশীনবীরকই। নুপী মচাদু হৌজিক্তি কপ্পা তোকখ্রে।

মাদেলাইন নীংবা থুংজদ্রবীনি। মপুরোইবা অমুক হন্না উন্নবা ফংলরোই হায়বা মহাক খঙই। মহাক মরোল্লবীনি। অঙাং অসিনা পোক্লকপদা মপা মশক খঙলরোই খল্লুবদা মহাক য়াম্না ৱাজে।

হি অদুদা তোংলিবা মপুরোইবা কায়নরবী হায়বদু ওইরগদবা নুপী খরসু য়াওরি। মখোয় খোঞ্জেল থোক্লা করিগুম্বদা কপ্লকই। পুম্নমক অসি করি অমত্তা খন্দনা ট্রিম্মার থোমাস দিল্লোন কৌবা য়ু য়াম্না পামজবা নিপা অমা অঈংবা খাঙবা ঙমদবদগী ব্রান্দি লিক্লি অমা পুথোরক্লগা থক্কদবগী তৌবকই। মহাক্না মী অতৈশিংসু পীথকপা পাম্বদগী হংলকই, "কনা কনা থক্লিংবগে?"

মহাক্না তৌরিবদু ক্বাটর মস্টর বালটর পের্কিঞ্জ কৌবা নিপাদুনা দিল্লোনগী মখুত্তগী লিক্লিদু মুল্লগা লংথোকখি। দিল্লোন জ্ঞান তারক্লবা মাল্লে। তুমিন্না ফম্লগা লৈখি।

বোট নং ১১দা তোংলিবা ঈদিথ রুসেল কৌবীদু মশাদা অৱাবা কয়া পোক্তবগুম তৌই। হন্দক্কী খোঙচৎ অসিদা মহাক্কী ওইনদি কায়নবা হায়বদু লৈখিদে। মহাক্না লোয়নরকপা পোৎ হাপ্পা ৱেগেজ খরা মাঙখ্রবসু মহাক্না থৱায়মক্লি খঞ্জরিবা "টোয় পিগ" অদুদি লোয়নরকখি। জৌজিক মহাক মদু কোল্লগা লৈবি। মহাক্না য়াম্না চেকশিন্না হোংনরিবদু উবদা নুপী মচা অমনা করিনো হংলকখি। রুসেলনা য়োম্লিবদু হাংদোক্লগা য়েংহল্লি। অদুগা মমৈদু চিংবদা খোঙলকইঃ মেক্সি।

মতমসিদা নুপী অমনা ঘড়ীগী অলার্ম খিংহল্লকই। মখোয়না তৌরিবা মতৌদুদা নুপী অমনা শাওরকপদগী চৈবকইঃ তুমিন্না লৈশিবা কৈদৌবগে। বোট নং ১২দা তোংলিবা মীশিংদুগী মরক্তা লিলিয়ান বেনথাম কৌবী অমনা হুইশল অমা হৌনা হৌনা খোঙলকখি। মহাক্কী হুইশল মখোন্দু তাবদা অহানবদা হিদা তোংলিবশিংদু শাওনিংবা পোক্লম্মী। মমৈথঙদদি য়াম্না কান্নরকখি। অমম্বা অদুদা পাক্লবা ঈপাক্তা মখোয়না তোংলিবা হিদু

হোল্লকপদা লিলিয়ানগী হুইশল মখোন্দু তাবদা অতে হি হোল্লিবশিংদুনা মখোয়সু লৈরি হায়বগী ইঙ্গিৎ পীরকখি। নায়তোম তারগদ্রা খন্দুনা মীপায়বা পোক্লরম্বদু ফহনখি। মমৈথঙদদি মদু য়াম্না তোয়না খোঙহনবা পাম্নরকই। মদু খোঙবগী নুংঙায়বদুনা ঈংবগী ৱাখলসু খরমখৈ কোকহনখি। তশেংবমক্তি হুইশল অদু মানা পুরকখিবা নত্তে। হিদুদা তোংলকখিবা নিপা অমা ঈংমনবদগী শিখি। মহাক্কী ফুরিৎখাওদা য়াওরম্বনি। অশিবা হকচাংদু ঈশিংদা লংথরমদায়দা স্টেৱার্দ অমনা নিপাদুগী ফুরিৎখাওদগী লৌথোরক্লগা লিলিয়ানদা পীরকখিবনি।

হেজ কৌবী বোট নং ৩দা তোংলিবী মহাক অদু তশেংনা ৱাখলনা ঙাওহল্লবা মাল্লি। অমম্বা অহিংদুদা মী পুরিবা হিশিংদু মফম মরাঙ-খঙনদনা হোল্লি। হি অমগী মনাক্তা অতোপ্পা হি হোনখি। করিগুম্বদা অতোপ্পা হি অমসু হোঙ্ল্লিলকই। হি অমবু হেক হোল্লকপা মখোল তারকপদা হেজনা কৌরক্কনিঃ "চার্লেজ হেজ, নহাক হিদুদা তোংলিবরা? ঐনা কৌরিবসি নহাক তাদবরা?" পাউখুমদি লাকখিদে। পাউখুম লাকখিদ্রবদা হেজ তুমিন্না লৈখিগনি।

হেজনা তুমিন লৈখিবগা মহাক্কী তুংদা ফম্লিবী মিস্ট্রেস ভের দিক কৌবী নুপীদুনা তেংথারকইঃ "অপোকপা ইপা, নহাক লাইবক থীখ্রবা মীনিকো! নহাক্কা ঐবু হিংহন্নিংবদগী হিদা তোংহনবীরকখি। নহাক নশাগীদমক্তদি করি অমত্তা খনখিদে। ঐনা শিবা ঙমদ্রিবসিবু করগীনো? ঐ হোজিক্সু মীকিথী ওইরগা লৈরি।"

নীংবা কায়রবী নৌনা লুখ্রাবীশিংদা চল্লবী সিগনোরা কৌবীদু চয়োল খরগী মমাঙদা লুহোংখিবনি। সেলিক্সি য়াসবেক নুমিৎ ৫০নি শুরে লুহোংখিবা। মখোয় মপান থোক্লা কপত্রবসু থম্মোইনুংদদি য়াম্না নীংবা কায়না অৱাবা খাঙলিবনি। পুকচেল চাউরবী কয়া অমসু হি তোংলিবশিংগী মরক্তা য়াওরম্লি। অৱাবা তাব্নবদা ম্নতেং পাংবা হায়বসে অচৌবা ধর্ম্মনি হায়নৈ। বোট নং ৮দা তোংলিবী রোটসগী ফম্লাইবীদুনা হি মনুংদা তোংলিবশিংগী সেবা তৌবা হৌরকই। মহাক কুচু মুই, য়েংবদা নুংশিবা পোকই। হৈ-শিংই। হি মনুংদা তোংলিবা খুদিং ঈংবনা তৌফম খঙদনা লৈনরক্লি। অঙাং ওইবশিংদি তুম্লিংবনা লোইরবনি। ঈংবদগী তুমশিনবা য়াদবনি। ফম্লাইবীদু মহাক্কী মনাওশিং থোকপা গ্রেদিজ চেরী অমদি মহাক্কী মনাক্তা ফম্লিবী মপুরোইবা কায়নরবী নীংবা কায়রবী পেনাস্কোবু মিংকুপ

অমতং ওইরবসু পোশ্খাহন্নিংদুনা ফি ইনশিনবী। হি হোন্লিবা জোন্স পোশ্খাহন্নিংদুনা মখুত্তগী নৌ লৌরগা হায়বক্কনিঃ নহাক পোশ্খাখো য়াথন্নগনি। ঐ অমুক হোনগে।

ঈংলবা অহিংদুদা লৈজবা পাজাল ফুদোক্লগা তৌরকখিবা ফম্নাইবীগী মতৌদু উবদা জোন্স ঙকখি। অহানবদা মহাক্না খল্লুবদি ইচম-চম্বী নুপী অমনি হায়বসিনি। মমৈথঙদদি জোন্সনা মহাক "সফিয়ার"নি হায়না খল্লকই। মখোয় নিউ যোর্ক্তা থুংলবা মতুংদা অচেৎপা মরুপ অমদৌনা তিন্নরকখি। খৃস্টমাস লাকপা খুদিংগী ফমনাইবীনা জোন্সবু কাউদনা নীংশিংলকখি।

বোট নং ৮দা তোংলিবশিংদা মৈঙাল অমগী মতেংনা কনানা কনানো হায়বা খঙবা ঙমই। মসি হুরাইট কৌবী নুপী অমা মযামদুগী মবক্তা য়াওবকপদগীনি। মহাক বেটরি য়াওবা মৈখেৎ অমা লোয়নবকই। মদু ঙাইহাক লৈতনা ঙালহল্লি। নোংঙাদ্রিবা ফাওবদি মাগী মৈখেৎতু য়াম্না কান্নখি।

কোলাপসিবল সিদা টাইটিনিক্কী মপু স্মিমে তুমিন্না মবু লুকথবগা তুমিন্না ফম্লি। হিদুদা লেবানোন্দগী লাকখিবা সানিয়ানেহ কৌবী অমসু য়াওবক্লি। মাগা হেক থংননা ফম্লিবদু লেবানোনগীনি হায়বা খঙলুদে। নুপী অদু মাগী চহী মঙাদা ঙাইরিবা মচানিপা অমা কায়নখিবগী মৈচাক পুবা ঙমদদুনা কপ্লকইঃ "রইনাক টুমা, য়া হাবিবি?" মরোন তিন্নবী অমনা "ঐগী নুংশিরবা টোমী, নহাকপু কদায়দা লৈবগে" হায়না তংথাদুনা কপ্লকপদা সানিয়ানেহনা নুংশিনা কোনশিনবীরগা কপ্তনবা থেমজিনবীরকখি। মহাক ঈংবনসু লোইরম্লে। ব্লাঙ্কেট অমনা মশাদু কোনশিনবী। লোন খঙদবা হায়সিনা অচৌবা মরম অমা ওইরম্লি। ফনা কুইরবগী মতুংদা নর্স অমনা ব্লাঙ্কেটনা য়োমশিনবা অঙাং অমা পুরক্লগা মঙোন্দা পীশিল্লরি। মচাদু ফংবদা মমাদুনা হরাউনা অমুক নোক্লকখি।

লাইটোল্লরনা জেক ফিলিপস কোলাপসিবল-এ দা তোংলম্বদা নুংঙাইজখি। মহাক্না খল্লুবদি ফিলিপস শিরম্লগনি হায়বসিনি। লাইটোল্লরনা হংলকই, "করম করম্বা জহাজ লাক্কনি হায়বগী পাউ ফংলবা নত্রা?" ওপরেটর রুমদা থবক তৌরম্বনিনা মহাক লোইনা খঙই। মহাক্না হায়রকই, "কারপাথিয়া, মাউন্ট টেম্পল, ওলিমপিক অমদি বালটিক থুংলবা য়াই।"

লাইটোল্লরনা হায়রকই, ''মদুদি নুংঙাইবা পাউনি।''

মখোয় অনীনা শান্নরিবা খারী অসিনা তাক্লিবদি হি মথক্তা লৈরিবা মীয়াম অসি কন্নবা জহাজ লাক্লগনি হায়বসিনি।

নোং ঙাম্মোরক্লে। চাউরবা সমুদ্রগী ঈপাক্তা তাউবিবা হিশিংদুদা তোংলিবা মী ময়ামদু অরাপ্পদা য়েংনরক্লি। মখোয়না ইখৌ লাংনা ঙাইরিবসি মখোয়বু কনবা ঙম্বা জহাজ লাকপা অদুনি। মখোয় পিক্লবা হি মচা অসিদা কয়াম কুইনা লৈবা ঙমগনি। ঈথক খর চাউবা অমা লাকপদা মখোয়গী পুন্সি লোইগদৌরিবনি। অদুবু হৌজিক ফাওবদি ঈথক কারকখিবা লৈত্রি।

বোট নং ৬ত্তা তোংলিবা মিস নোরটোন্না য়াম্না ঙক্না হায়রকই, ''য়েংউ। য়েংউ। পিক্লবা মৈঙাল অমা উরক্লিবসি।'' অসি হায়রগা মমিৎ কুপ্পনা য়েংলগা লৈখি। হিটচন্না হায়রকই, ''মৈঙাল ওইরম্লোই। থরানমিচাক মথী তাবা ওইরিনি।''

বোট নং ৬ত্তা ঈংবদগী জ্ঞান মাঙলগা লৈরিবা ফ্রেদ বারেট কৌবদু খঙহৌদনা হৌগৎলক্লগা লাওরকইঃ নোংমৈ কেম্লোন্নি।

বোট নং ৯দা পেদি মেগভনা লাউরকই, ''অরাপ্পা সোবারেল খেংবদা লাক্লিবসি জহাজ ওইরমসনু। হে। ঈশ্বর, ঐখোয়বু কনবীবা লাকপা ওইহনবীউ।'' অসি হায়বগা মহাক হন্না হন্না ঈশ্বর খুরুম্লকই।

বোট নং ৩দা তোংলিবা দেবিদসন কৌবা নিপাদু মাগী উপ্পম্বা টুপী লৌথোক্লগা হাইরকই। মখোয় লৈ হায়বা খঙহল্লিবনি।

অরাং মেরুদা ঙাংলৈনবা অঙাংবা মচু শন্দোকপা হৌবক্লে। নোং ঙাম্মোরক্লে। মৈঙান অদু থরানমিচাক মথী নত্তে হায়বা খঙনরকই।

অতোপ্পা হিশিংদা তোংলিবা মীশিং অদুসু মৈঙান অদু উরক্লদুনা লাউনরকই, ''মৈঙাল অসি অশুম-অশুম নকশিল্লক্লে।'' ময়ামদুনা মখা তানা হায়নরকই, ''মসি জহাজনি। ঐখোয়বু কনবা লাকপা শোয়দনা ওইগনি।''

লাইটোল্লরনা খল্লিঃ মসি কারপাথিয়া ওইরম্বা য়াই। পুং৩:৩০ তাবদা খা নোংপোক থংবদা মৈঙাল কাপখোরকখিবা মহাক উখি।

ফিলিপনা হায়রকই, ''শোয়দনা ওইগনি। মহাক থুংলবগী মতম য়ৌরক্লে।''

থাজোশেংবমক্কু লাক্লিবা জহাজ অসি কারপাথিয়ানি। টন ১৩,০০০গী ওইবা কুনার লাইনগী জহাজ অমনি। টাইটানিক লুপখিবগী পাউ হেক

ফংবগা মী কনগদবগী লাক্লিবনি। নোট ১৭গী চাংদা থৌরকখি। মদুদগী হেন্না কন্না থৌবা তারবদি মখোয়সু লাইবক থীদুনা টাইটনিক্কী দশাদু তাবা য়ারিবনি। মহাক হেক য়ৌশিল্লকপগা হিশিংদা তোংলিবা মী ৭০৩ মাগী ফম্বাক্তা থমদুনা কনবা ঙমখি। মহাক্লা লৌখিবা মী কনবগী থৌদাং অদুদা পেল্লদুনা জহাজদুগী কেপ্টেন রোস্ট্রোন কোংগ্রেসনেল মেদল ওফ ওনার পীখি।

কারপাথিয়া লাকপা উরকপদা বোট নং ১৩ দা তোংলকপশিংদু হরাউদুনা ঈশৈ শক্লখিঃ "হোনজিল্লু হিহোনবা তোর্বান য়ৌনা।"

হিদা তোংলিবশিংদু কারপাথিয়াগী ফম্বাক য়ৌরক্লবদা হরাউনরি। মপুরোইবা কায়নবুরবশিংসু অমুক হন্না উন্নবা ফংবদা হায়নঙাই লৈতনা নুংঙাইনরি। মখোয়শিংদুগী মনুংদা স্টেঙেল মতৈ-মনাওসু অমনি। মখোয় তোঙান-তোঙানবা হিদা লাকখিবনি।

সিয়ামগী বেঙ্কোক্তা লৈবা সাইলভিয়া কৌবী নুপীদু শিরম্লগনি খন্দুনা লৈরম্লবা মপুরোইবা পাউল ঐইচ, ফাব্রিসিয়সগা মচাগা অমুক হন্না উন্নজবা ফংবদা কয়াগী মতিক হরাউজখি। কোলনল আর্চিবালদ কৌবা ইউ, এসতা লৈবা নিপাদুনা অরোইবা ওইনা কনবীরকখিবনি।

কোলাপসিবল -সি দা লাকখিবা বিলি কারটরনা মাগী নুপীগা মচা নুপীগা বোট নং ৪দা তোংলগা চৎখিবদু অমুক হন্না উবদা কয়াগী মতিক হরাউজখি। অদুবু মচানিপা উদবদা শকফম হঞ্জিল্লগা হায়রকই, "নিপামচাদি কদায়দা লৈখ্রবগে?" নুপীগী টুপী উপ্লগা তুমিন্না ফন্সিবা ৱিলিয়ম জুনিয়ারনা মপাগী খোঞ্জেল তাবদা খুম্লকই, "ফাদর, ঐ অসিদা লৈ।"

থয়ার কৌবী নুপীদুনা মচা নিপা জেক উবদা অহানবদা য়াম্না হরাউজখি। অদুবু মপুরোইবা উবা ফংদ্রে খনবদা থম্মোই শোক্লা কপচখি।

টাইটানিক্কী শম ককপা জি, হৱাইটমেন কৌবা নিপাদুনা দেক- এ দা হিশিংদু মখাদা থাদগদবগী হোৎনবদা লৌখিবা থৌদাংদু অঙকপনি। মহাক্লা থবক অদু কন্না তৌরিঙৈদা বোইলর অনীরক পোকখায়রকখি। অনীরকশুবা পোকখায়রকপদা শফু কল্লবা ঈশিং ঈথক অমনা ফুবদা মহাক তাওথরকখি। মদুদা মাগী য়াংলেন শরূ শোকখি। পুং ২ ঈশিংদা তাওরগা লৈরম্বদগী পোং

অমদা মহাক লৌখৎলগা কনবীখি। কারপাথিয়াগী ফমপাক্তা য়ৌরক্লবদা ডাক্তরশিংনা মাগী অশোকপদু লায়েংখি। মদুদা মহাক য়াম্না পেঞ্জখি।

কারপাথিয়াগী মথক্তা ইহান হান্না কাখৎলকখিবশিংগী মনুংদা পাউল স্কাবর কৌবা নুপী অমা য়াওই। মহাক দেরবীগী কোন কৌবা মফমদগীনি। মহাক্কী তৌবা ঙম্বা শক্তিনা মাগা পোকমিন্নবা ফিলিপ হিদা পুরকখি। হৌজিক্তি কারপাথীয়াগী ফমপাক্তা ফম্নগা মচিন-মপুরা অনীদু মোমোন নোকমিন্নরকই। মখোয়না নুংঙাইরিঙৈ মতমসিদা নুপী অমা হৌনা কপ্লকখি। মহাক ইটালিয়া মচানি। মচা উবা ফংদবগীনি। মহাক্লা হৌনা কৌরক্লি, "বেমিখিনো!" মহাক্লা কপ্লগা কৌরপদু তাবদগী মী অমনা অঙাং অমা পুরক্লগা মঙোন্দা পী। অদুবু মহাক মচা অদু পম্নগা কপ্লদি তোকখিদে! মখুৎনা অঙাং অমা ৱাৎলি হায়বগী ইজিৎ পীরকই। মচা অমদুসু চা-থক্তুনা লৈরিবা মীয়াম মবক্তা লেবম্মী।

অয়ুক্কী পুং ৯ তাবদা অরোইবা হি নং ১২ কারপাথিয়াগী নাক্তা লাইটোল্লর য়াওবা হিদা যাত্রিক ৭২ পুরগা লাকখি। হি অসি মী ৬৫ খক তোংগদবনি। মী যাম্না তোংবনিনা কন্না হোনবা য়াখিদে।

পুং ৯.১৫ তাবদা মাউন্ট টেম্পল অমদি কালিফোর্নিয়া থুংলখি। মখোয়না থুংলবা মতমদা মী কনবগী থবক লোইবল্লে।

কারপাথিয়া শিহৌদ্রবা যাত্রিকশিংদু পুরগা নিউ য়োর্ক পাংখ্রে। মহাক এপ্রিল ১৮দা নিউ য়োর্কী পিয়ার ৩৪দা নুমিৎ তারমদাইদা থুংই। মহাক থুংলবদা মী ৪০,০০০ না সমুদ্র মপান্দা খৌরাংনা ঙায়রম্লি। নোং কন্না চুরিবনি অদুবু মীয়ামদু নোং মবক্তা লেপ্লগা ঙায়নরক্লিবনি। মহাক্কী ফম্বাক্তা তোংলক্লিবা যাত্রিকশিংগী মনুংদা নুপী ৩০দি মপুরোইবা কায়নববীনি। মপুরোইবশিংনা মখোয়গী থৱায় কল্লবা মতুংদা হেরো হাযবা মিংচৎ থমলম্লি।

এপ্রিল ২০দা টাইটানিক্লা লুপখিবা মফম অদুমক্তা জর্মনগী লাইনব ব্রেমেন লাকখি। জহাজ অদুদা তোংলকখিবা যাত্রিকশিংনা মী অশিবা ১০০গী মথক্তা তাউরগা লৈহৌবা উরকখি। মখোয়না থেংনরকপশিংদু নিউ য়োর্ক য়ৌরবা মতমদা পাউ তম্লখি। ফার্স্ট ক্লাস কেবিন পেসেঞ্জর জোহান্না স্টুকে কৌবী নুপী অদুনা মহাক্লা উরকখিবা খরগী মরমদা থম্মোই শোক্লা হায়রকই, "থৱায় য়াওদ্রবা নুপী অমনা থৱায় য়াওদ্রবা মচা অমা চেৎনা

কোল্লগা ভাউরগা লৈমিন্নহোই। হৌজিক্সু অঙাং অদুনা মমাগী খোম থক্লিবোই নীংই। মদুগী মনাক্তা নুপী অমসু মতু পোনবা হুই অমা চেংনা কোল্লগা ভাউরগা লৈহোই। নুপী কয়ানা নুমিদাংবাইরমগী ফিজোল শেংলি। য়েংহৈদবা ফিবমদা লৈহৌবসু য়াওই। থবায় য়াওদ্রবা নিপা অহুম চৌকি অমদা চেংনা কোল্লগা য়ায়া নকশিন্ননা তাওরগা লৈহৌই।''

শিহৌদ্রবা যাত্রিকশিংদি কারপাথিয়ানা নিউ য়োর্ক য়ৌনবা পুশ্লবনি। থবায় য়াওদ্রবা শিরবা হকচাং ময়াম খোমজিবগী থবক্তা মেকী-বেনেটনা অটৌবা খৌদাং লৌরি। অশিবা হকচাং ৩২৮ ফংবগী মনুংদা ২০৯ কংফাল য়ৌনা পুরকখি। ১১৯না পুরকপদা খুদোংচাদবা লৈবদগী সমুদ্রদা লৈরোন চনখি। ১১৯ গী মনুংদা ৫৭ মশক খঙদোকপা ঙমখি। এপ্রিল ৩০দা নোভা স্কোটিয়াগী হেলিফেক্সদা থবায় য়াওদ্রবা হকচাংশিংদু মেকী-বেনেটনা পুবকখি। হকচাং ময়ামদু মফমচানা লৈরোন চনখি। খ্বাইদগী ঙকপা পাউ অমা ওইনা মে৪, ১৯১২দা লৈরোন চনবদা য়াওখ্রবা থা ১৯ শুরবা নিপামচা অমা মতমদুদা মহাক অসি কনানো খঙনখিদে। শোক ২০০৭তা সিদনে লেসলি গুদহিন্নি হায়বা খঙনরকখি।

হেম্পশিয়ার ক্রোনিকলনা এপ্রিল ২০, ১৯১২দা পীবা বিপোর্ট মতুং ইন্না টাইটানিক লুপখিবদা য়ায়া শাথীনা অশি-অনা নংহনখিবা মফমদি সাউথামটোন্নি। ইমুং ১০০০ দা অশি-অনা অমদি অরা-অনা তাহনখি। সহব অদুগী চাপেল দিস্ট্রিক্টী স্ট্রিট খুদিংদা লৈবা য়ুম অমা নত্তগা অমদগী হেনবদা লৈবা ইমুংগী মী অমমম মাঙবদা য়াওখি অদুগা ইমুং ৫০০ গী মী অমমম থীবা ফংখিদে।

টাইটানিক্তা পুল্লা যাত্রিক ২,২২৪ তোংলগা লাকখিবদা ৭১০দগী তাদনা কনবা ঙম্লগা ১,৫১৪না শিখিবগী চাউরবা মবমদি হায়পোথেরমিয়া হায়রিবা ঈংমনবদগী শিখিবনি। ঈশিং ঈপাক অদু -২ সি (২০ এফ) দগী তাদনা ঈংই। ঈরাক্রববা মীশিংদু মিনিট ১৫রোম লৈরম্লগা অঈংবদুনা খাঙবা ঙমদবদগী শিখি।

# টাইটানিক্কী খৌনা ফারবা ফরবী কয়া

টাইটানিক লুপশিবদা মরাইবক ফবা মী ৭১১গী পুন্সি কনবা ঙমহৌরগা মরাইবক থীরবা মী ১৫৯০গী পুন্সি মাঙখি। নুপী ৩০না মপুরোইবা কায়নবদগী লুপ্লাবী শিংদা চনখি। নৌনা লুহোংলকপা হোনীমুন চৎলুবা বর কৈন্যা ১৩গী মনুংদা ৬ হিংলকখি। ৪না কৈন্যা হিংহৌরগা বর শিখি। ৩না বর কৈনা অনিমক পুন্না শিমিন্নখি। চয়োল ২/৩গী মমাংদা লুহোংলগা কৈন্য য়াওদনা তোংলকখিবা যাত্রিক ৫ অদুগা ক্রিউশিংগী মনুংদা ৩ পুন্না ৮ য়াওরকখি। মখোয় অমত্তা হিংখিদে। ময়ুম পাল্লবা ইমুং ১০৭ খোঙচৎ অসিদা য়াওরকখি। মখোয়শিংদুগী মনুংদা মতৈ-মনাও পুন্না ২২ হিংখি। মপুরোইবা ৬৫ শিখি। মসিগী মনুংদা মতৈ-মনাও ২০ শিখি। অমরোমদা টাইটানিক্তা তোংলকখিবা ইমু-মনুং মমা, মপা, মচাশিং য়াওনা লোয়নমক শিখিবা ইমুং ১১ য়াওখি।

১। **সেজগী ইমুং**। জোন জর্জ সেজ চহী ৪৪শুরবা ইংলেন্দগী পেটের্বোরোগ কেম্ব্রিজ সিয়ারদা লৈবন্বা মীনি। পোকফম্না হেকরীনি। মাগী লোয়নবীগী মমিংনা এন্নি ইলিজাবেট কেজলি কৌই। মহাক্সু চহী ৪৪শুরে। য়াম্না ৱানা হিংলকখিবা ইমুংনি। চয়াম পোকপা ইমুংনি। মচা ১১ পোকই। অঙাং অনী অমদি ঙন্তানা শিখি। মখোয় হিংনবগী লম্বী থীরকপদা ফৌ অমদি মরু মরাং তকপগী থবক তৌই. লিলা শান্নফমগী খোঙ শেন্নৈ, য়ু পুবগী থবক তৌই, তল হৌরগা য়োল্লি। মচানুপীনা অহলনি। শোক ১৮৮৭তা পোকখি। শোক ১৮৯০দা পোকখিবা জর্জনা নিপাদা অহলনি। দৌগলাস বুল্লেন শোক ১৮৯৪দা পোকই। শোক ১৮৯৪দা ফ্রেদরিক, শোক ১৮৯৭দা দোরোথী ফ্রোরেন্স, শোক ১৮৯৯দা এম্ভোনী ৱিলিয়ম, শোক ১৯০১দা ইলিজাৱেট অদা, শোক ১৯০৪দা কোনস্টান্স গ্রেদী অদুগা অতোম্বা থোমাস হেনরীনা শোক ১৯০৭তা পোকখি।

শোক ১৯০০দা পেটের্বোরোগতা লাক্লগা ২৩৭, গ্রেদ স্টোন স্ট্রিটদা দুকান মচা অমা ফম্লগা তল হৌই। মদুনসু হিংবা ঙমগনি থাজদবদগী শোক ১৯১১দা মচা অহল জর্জগা লোয়ননা কনাদাদা চৎলগা কনাদিয়া পেসিফিক রেলৱেগী দাইন্নিং কারদা এটেন্দেন্ট ওই। লাইবক ফবদগী জেক্সনভাইল ফ্রোরিদাদা লম খর ফংই। ময়ুমদা চিঠি ইখিঃ ঐখোয়গী

হিংনবগী লম্বী লৈরে। ঐ নখোয়বু লৌবা লাক্লগনি। ইংলেন্দা মখোয় লৌবা লাকপদা মচা অহল জর্জ লোয়নরকখিদে। মদুগী মরম লৈ। মহাক ফ্লোরিদাগী লৈশাবী অমগা থেংনরুবদগী লুহোংগে খনখি। লুহোংবগী অয়াবা ফংলবা মতুংদা মহাক ইংলেন্দদা লাকখি।

মখোয়না য়ুম হোংবসিদা মাগী নুপী এন্নি কয়া য়ানিংখিদে। ইংলেন্দ থাদোক্লগা চৎনিংদে মরমদি মহাক ঈশিং য়াম্না কি। মহাক্লা ঈশিং কিবগী মরম লৈ। মচানুপী দোথী কৌবীদু গুহাদা তাশিন্দুনা ঈরাক্লবগী থৌদোক অমা লৈখি। শিবা য়াবা থৌদোক্লি। মদুগী মতুংদা ঈশিং হায়বসি পংকিদা কিখি। আমেরিকাদা চৎপা হায়বসি চাউরবা সমুদ্রদনি। মাগী নুপীগী অকিবদু কোক্লবা পৈশা ময়াম অমা মমিন্তা উহনখি। মতম অমগী লায়রবা জোন নত্রে হায়বা খঙহল্লি। পিযানো অমদি উপু কাংখোল লৈনবা পাউন্দ লিশিং অমা হন্না থাখি। নুংঙাইনা হিংলুরগনি হায়বগী ৱাখল পোকহনখি। মখোয থার্দ ক্লাসকী টিকেট নং ২৩৪৩ কক্লগা টাইটানিক তোংলগা লাকখিবনি। এন্নিনা ঈশিং য়াম্না কিজবদু হৌজিক্তি মমাঙমক্তদা থোক্লবে। সমুদ্রগী পাক্লবা ঈপাক্তুদা মখোয় ১১মক টাইটানিক্লা লুপখিবদা লোয়নখি।

২। **এন্দর্সনগী ইমুং**। মী ৭মক শিখিবা এন্দর্সনগী ইমুং হায়না খঙনবদু সুইদেন্দগী কানাদাগী ৱিন্নিপেগদা লাকখিবনি। মখোযগী টিকেট নং ৩৪৭০৮২নি। ইমুং অদুগী অহল ওইরিবা এন্দর্স জোন এন্দর্সনগী চহী ৩৯নি। মাগী লোয়নবী আলফ্রিন্দা কোনস্টানটিয়া ব্রোগ্রন এন্দর্সনসু মপুরোইবগা চহী চপ মান্নে। ৩৯নি। মচা অহল শাবী সিগ্রিদ ইলিজাবেথ চহী ১১দা মঙাযরি। অনিশুবা মচা ইঙ্গেবোর্গ কোনস্টানজিয়া চহী ৯ মপুং ফারক্লে। অহমশুবা মচা ইবা আইরিশ আলফ্রিদাগী চহী ৬ অদুগা মরিশুবা মচা সিগভার্দ হেরালদ ইলিয়াসকী চহী ৪নি। অতোপ্পী ইল্লিজ অন্না মেরিয়াদি চহী ২ থা ১খক্তা মঙাইরি। মখোয় ৭ হিংনবগী উপায় লৈখিদে। সমুদ্রগী ঈরোন্নুংদা লুপশিন্দুনা শিখি।

৩। **গুদৱিনগী ইমুং**। গুদৱিনগী ইমুংসু মী ৭নি। ইমুং অদুগী মীশিং সমুদ্রগী ঈরোন্নুংদা লুপ্পগা লোয়নমক শিখি। ইমুংগী অহল ওইরিবা ফ্রেদেরিক গুদৱিনগী চহী ৪২নি। মহাক ইলেক্ট্রিকেল ইঞ্জিনিয়ারনি। ইংলেন্দগীনি। মহাক্কী ময়াম্বা অহল থোমাস নিউ য়োর্ক্কী নাইগ্রা ফোলসদা হান্না মযুম হোংলগা লৈখ্রবনি। মহাক্তু ময়াম্বগী মতৌগুম্না মাগী নুপী অমদি মচাশিং পুরগা লাকখিবনি। থার্দ ক্লাসতা তোংলকখি। মহাক্কী লোয়নবী টাইটানিক লুপখিবা ৮৭ আগস্টা চহী ৪২ শুরবীনি। মচাশিংগী মমিংদিঃ লিল্লিয়ান (চহী

১৬), চার্লস (চহী ১৪), ৱিলিয়ম (চহী ১১), জেসি (চহী ১০), হেরোলদ (চহী ৯) থা ১৯দা ঙাইরিবা অঙাং অমা অসিনি।

৪। **রাইসগী ইমুং।** আইরলেন্দগী লাকখিবা রাইসগী ইমুং হায়রগা খঙনবা মাগারেট মপুরোইবা লৈত্রবী লুখ্রবীনি। চহী ৩৯ শুরবা নুপী অদুনা মচা মঙা পুরগা টাইটানিক তোংলগা লাকপদা মখোয় ৬মক শিখি। মচাশিংদু চহী ২দগী ১০ ফাওবগী মনুংদা লৈবা ঙাক্তনি।

৫। **পাউলসন ইমুং।** আলমা পাউলসন কৌবা চহী ২৯শুরবা নুপী অমনা মচা মরি পুরগা টাইটানিক তোংলগা স্বেদেন্দগী লাকখি। মখোয়গী লৈফমদি বিজুব স্কানেনি। মপুরোইবগী মমিং পাউল কৌই। আমেরিকাগী চিকাগোদা লৈ। মহাক্কী মনাক্তা লাকইবনি। আলমা পাউলগী অশেংবা মমিংদি আলমা কোমেলিয়া পালসন কৌই। মচাশিংগী মমিংদিঃ টোর্বর্গ (চহী ৮), পাউল (৬), স্টিনা (৪), অমদি কোস্টা (২) মখোয়গী টিকেট নং ৩৪৯৯০৯নি। আলমা অশিবা হকচাং ২০৬শুবা ওইনা ফংখি। মখোয় স্বেদেনগী গুভান্দগী মালমোদা লাকখি।ময়মদদগী দেনমার্ক্কী কোপেহাগেন অদুদগী সাউথমটোন্দা লাক্লগা টাইটানিক তোংলকখিবনি। মখোয় হি তোংবা ফংলমবদি শিরমদবা যাবম্বনি। জহাজ লুখিগদৌরে হায়বগী পাউ য়াম্না থেংনা ফংই। পাউ হেক সংবগা থৌরাং তৌই। মচা মরিগী মফি-মরোল শেংলিঙৈদা হি তোংবা ফংখিদবনি।

টাইটানিক লুপখিবগী পাউ হেক তাবগা মপুরোইবা নিলস পাউলসন চত্তুনা চিফ ক্লার্ক ইভার হোমস্ট্রোমদা হিংলকখিবশিংগী লিস্ট যেংই। আলমা অমদি মচাশিংগী মমিং য়াওবা উদে। মহাক্না খল্লুইঃ মখোয় টাইটানিক্তা তোংলমদবা য়াই। ইভারনা মখা তানা যাত্রিকশিংগী লিস্ট য়েংবদা মমা মচাগী মমিং থেংরকখি। নিলস জ্ঞান মাঙখি। মহাক্না জ্ঞান ঙাল্লকপদা মাগী মরুপ জোনসন্না সেবা তৌরগা লৈরম্মী।

৬। **ফোর্দকী ইমুং।** ফোর্দগী ইমুং হায়রগা খঙনরিবসি ইদৱার্দ ফোর্দ কৌবী চহী ৪৮শুরবী নুপী অদুবুনি। মহাক্কী অশেংবা মমিংদি মর্গারেট ৱাটসন কৌই। সুসেক্সগী হেদলো দাউন্দা লৈবা ইদৱাদ ফোর্দদা ময়ুম পানখি। মচা মঙা পোকই। মখোয়শিং অদুদি ফ্রান্সেস, দোল্লিন, ইদৱার্দ, ৱিল্লিয়ম অমদি মেগিনি। পোলটরী ফারম অমা তৌবা পাম্বদগী মার্গরেটনা মচা মরি পুরগা রোথরফিলদ থাদোক্লগা লাকখিবনি। ফ্রন্সেস মপাগী নাক্তা লৈখ্রবনি। মহাক দোমেস্টিক সার্ভেন্টগী থবক তৌরিবনি। মমা মচা মখোয় মঙা পুন্না টাইটানিক্লা লুপখিবদা য়াওখি। নীংবা

কায়রবা ফোর্দনা মখোয় মঙা শিখিবগীদমক চয়োল অমদা শিলিং ৫ পীবিউ হায়না ৱাকৎখি।

৭। **লেফেবভরগী ইমুং।** লেফেবভর ইমুং ফ্রান্সগী লৈভিনদা লৈবা নৌভেলদগী আমেরিকাদা লাকখিবনি। মেরি লোফেবভরনা মচা মরি পুরগা মপুরোইবা ফ্রেঙ্ককী মনাক্তা লাকপদা টাইটানিক্তা লুপখিবদা য়াওখি। মখোয় লাক্লগনি হায়না খৌরাংনা ঙাইরিবা ফ্রেঙ্ক টাইটানিক্কী শিহৌদবশিংগী লিস্টা মাগী নুপী অমদি মচা মরিগী মিং য়াওরমদবদা অঙাওবগা মান্নখি।

জহজদা তোংলিঙৈদনি। মেরিনা এপ্রিল ১৪ লাকপদা মপুরোইববু নিংশিংলকখিঃ নুমিৎ অসি ফ্রেঙ্ককী ৪১শুবা বার্থদেনি। লমদম তান্না লৈরবনিনা বার্থদে য়াওবা ফংদ্রেদো। চৎনবী হায়বসি অঙকপনি। মেরি অমদি ফ্রেঙ্ক পৈশা লৈতদুনা মতম শাংনা লুহোংখিদে। লুহোংদ্রবসু য়ুম পানবগী লম্বীদা চংশিন্নকখি। মেরিনা লোয়নরক্লিবসি মখোয়না লুহোংবা মতুংদা পোকখিবা মচাশিংনি। মখোয়শিংদুদিঃ মখিলদে (মে ৪, ১৮৯৯দা পোকখি), এনসলমে (মে, ২২, ১৯০১দা পোকখি। মিং অসি মপুবোক্কী মমিং লৌরগা থোনখিবনি), জীন্নে (ওক্তোবর ১৪, ১৯০৩), হেনরি (জুলাই ১৪, ১৯০৬দা পোকখি), ইদা (দিসেম্বর ২৬, ১৯০৮দা পোকখি)নি। মচানুপী অহল মরি মে ১১, ১৮৮৯দা পোকখি। মতমদু মমা মেরি চহী ১৮ অদুগা মপা ফ্রেঙ্ককী চহী ১৯দা মঙাইরি। মচানিপা ফ্রেঙ্ক ওক্তোবর ২০, ১৮৯০ অদুনা সেলেনা জুন ৩০, ১৮৯২দা পোকখি। মখোয়না চৎনবীগী মতুং ইন্না লুহোংখিবসি জনুয়ারী ২৫, ১৮৯৬দনি। মচা অহমদি খোঙচৎ অসিদা য়াওরকখিদে। থার্দ ক্লাসতা তোংলকখি। মেরিনা পাউন্দ ১৬০ (দোল্লর ৮০০) অমদি পাউন্দ ৬০ (দোল্লর ৩০০) গী ফি লৈরগা পুরকখি অদুবু জহাজনা লুপখিবদা লোয়নখি।

৮। **স্কুগকী ইমুং।** স্কুগ ইমুং হায়রগা খঙনরিবসি মিচিগানগী আইরন মাউনটেন্দা লৈবা ৱিলিয়ম স্কুগকী নুপী অমদি মচা মরিবুনি। ৱিলিয়মগী নুপীগী মমিং এল্লা বেমহার্দিনা স্কুগ কৌই। মখোয়গী মচাগী মমিংনা কার্ল থোস্টেন, মাবেল, হারাল অমসুং মার্গেট ইলিজাবেথনি। মখোয় থার্দ ক্লাসতা সাউথমটোনদগী মিচিগান তানা লাক্লিবনি। টিকেট নং ৩৪৭০৮৮নি। মখোয় ৬ টাইটানিক্তা লুপখিবা য়াওখি।

৯। **পেনুলাগী ইমুং।** পেনুলা মেরিয়া ইমিলিয়া পেনসীলভানাদা লৈবনি। মচা মঙাগা লোয়ননা টাইটানিক তোংলগা লাকপদা মখোয় ৬

শিখি। থার্দ ক্লাসতা তোংলখিবনি। পেনুলাগী অঙাং ওইরিঙৈগী মমিংদি ওজালা কৌরম্মী। চহী ৪১ শুরবীনি। মচা অহলগী মমিংদি অর্নেস্টি আর্বিদ কৌই। চহী ১৬নি। অনীশুবনা আর্নোলদ পেনুলা কৌই। চহী ১৪নি। মথংদা জহা নিলো কোই, চহী ৭নি। মরিশুবদুনা চহী ২খক্তা ঙাইরিবা উরহো অব্রাহাম কৌই। ইনো ভিলজাম চহী ১মপুং ফাবতা ঙাইরিবনি। মচা ৫ পুরগা আমেরিকাদা ময়ুম হোংবা লাকখিবনি।

মেরিয়া দিসেম্বর ১, ১৮৭০দা ফিনলেন্দদা পোকখি। মেচিগান্দা লৈবা জুহা পেনুলাদা লুহোংখি। জুহাগী অতোপ্পা মমিং জোন হায়রগসু খঙনৈ। মখোয় মতম খর মিচিগান্দা লৈরম্লগা নোংচুপথংবা ফিনলেন্দদা অমুক লাক্লগা লৈ। হৌজিক অমুক আমেরিকাদা লৈগদবগী লাক্লিবনি। মেরিয়ানা মচাশিংগা লাকপসিদা য়ুমলোম্নবগী মচানুপী সোম্নি কুহিভোন লোয়নরকখি। টাইটানিক্তা তোংলকপসিদা মচানিপা অহল শাবা অনীদুনা তোঙানবা নিপাশিংগী বার্থতা তোংহল্লি। অপিকপা মচাশিংগা মহাক্লা লৈমিন্নৈ। মখোয়গী কেবিন্দুদা আন্না টুর্জা কৌবীদুসু তোংই। লাইবক ফবী হায়বদুনি টুর্জাদি খোঙচত্তুদা শিহৌদে। জহাজ অদুনা লুপখিগদবা মতম খজিক্তা ঙাইরক্লবদা টুর্জাগা মেরিয়াগা অরোইবা ওইনা দেক মথক্তা উন্নরম্মী। উপায় লৈজদ্রবী মেরিয়া মচাশিংদু কোল্লগা কপখিবদু মহাক পুক্সিগী কাউবা ঙমখিদে। কপ্ল-কপ্ল হায়রমই, 'ইচা অমা ফিনলেন্দা ঈরাক্লদুনা শিখি। মহাক্লী খল্লুবদা ঐ য়াম্না নীংঙখিদে। অদুবু ঙসিদি ইচা ময়াম অসিগা লোয়নরগা ঈরাক্লবা তারি।"

টুর্জা হিংহৌরবীনি। মহাক্লা লৈরিবা ওহিওগী আস্টেবুলাদা লৈবা য়ুমদা মেরিয়াগী মপুরোইবা জুহা লাক্লুনা মাগী নুপী অমদি মচাশিং কায়নখিবগী অৱাবা ৱারী শাবনা মাগী পোম্থাফম ওইখি। পুম্নমক লৈখিদবগী ক্ষেতিপুরোন পাউন্দ ২০০খক ফংই। অদুবু জুহাগী পুক্সিদি পম্লেপফম খঙদবা হায়বদু ওইখি।

১০। বৌলোজগী ইমুং। লেবানোনদগী লাকখিবা ইমুং অসিগী মী ৪ তোংলকপদা টাইটানিক্লা লুপ্পদা লোয়নখি।

# ১। বেন্দ পার্টি

টাইটানিক লুপখ্রে। অদুবু থৌনা ফরবা থৌনা ফববী কয়াগী ৱারীদি তুংদা হৌরক্লিবা মীরোল কয়ানা ৱারীনদুনা লৈহৌরগনি। থৌনা ফরবা ময়ামদুগী মরক্তা ৱালেস হার্টলেনা লুচীংবা বেন্দ পার্টিদা য়াওবা মখোয় পুন্না মী নিপাল অদুসু অমনি। টাইটানিক্তা তোংলিবা যাত্রিকশিংগী পেন্নবা হোৎনবনা মখোয়গী মথৌনি। এপ্রিল ১২, ১৯১২দগী টাইটানিক্না অহানবা সমুদ্রগী খোঙচৎ হৌরকপদগী মহাক্না লুপখিবা নুমিৎ এপ্রিল ১৫ হৌরকপা অয়ুক পুং ২ ২০ ফাওবদা বেন পার্টি অসিনা পেন্নবা হোৎনদুনা লাকখি। জহাজদু শোযদনা লুপ্পগনি খঙলবনি। যাত্রিক কয়ানা থৱায় হিংনবা হোৎনরকখি। হিদা তোংহৌবশিংদি হিংলগনি। নুপী অঙাং হান্না হিদা তোংগদবনি হায়বা কন্নবা নিয়মগী চৈবাক মখাদা মপুরোইবা অমদি মচানিপা কযা কায়নবগী মিকপ হীবাওখোলনা পিক থনখি। অদুবু ময়ামগী কপ্প-লাউনবদু তাদনা হার্টলেনা লুচিংবা বেন্দ পার্টিনা ঈশৈ শক্রগা অৱাবা ৱাখল মিকুপ অমত্তং ওইববসু কাউথোক্কবা হোৎনবকখি। ঈশিংনা থুমজিল্লক্লবদা অবোইবা ঈশৈ 'নিয়ারর, মাই গোদ, টু দী' হায়বদু শক্রকখি। মীওইবনা শিনমদায়গী অবাইবা মতম যেঁবক্লনদা ঈশ্বরগী মীংশৈ শোল্লগা তাহনবগুম টাইটানিক্লু ঈশৈ অদু অবোইবা ওইনা তাহনখি। ঈশৈদু তানা তানা মহাক্সু অরোইবা খোজাও স্কাউরন্দ' অবাইবা যাজহিপ তানখি ঈশ্বরগী মীংশৈ শোল্লগা মখোয় নিপালসু অরোইবা যাহিপ তানবদুদা য়াওখি। সমুদ্রগী ঈরোল্লুংদা লুপখি ঈবোল্লুংদা মখোয় লুপখ্রাসু থৌনা ফবা উংলম্মী।

মখোয়শিং অদুদিঃ

| | |
|---|---|
| ১। ৱালেস হার্টলে | বেন্দ মস্টর |
| ২ বোজন মেরি ব্রিকোক্স | সেলো |
| ৩। থীওদর বোনালদ ব্রাইলে | পিযানো |
| ৪। জোন রেসলে ব্রুদৱার্দ | সেলো |
| ৫। জোন ফ্রেদেরিক প্রিস্টন ক্লাক স্ট্রিংৱাস অমদি ভাইওলা | |
| ৬। জোন লো হিউম | ভাইওলিন |
| ৭। পরসি কোর্নালিউজ টাইলর | পিয়ানো |
| ৮ জর্জ আলেকজেন্দর ক্রিন্স | ভাইওলিন |

মখোয় নিপাল পুন্না সেকেন্দ ক্লাস টিকেট নম্বর ২৫০৬৫৪ দা তোংলকখিবনি। মখোয়গী কেবিন নম্বর ই নি।

## ৱালেস হার্টলেঃ

ৱালেস হার্টলে জুন ২, ১৮৭৮দা ইংলেন্দগী লানকাশিয়ারদা লৈবা কোলনেদা পোকখি। মপাগী মমীংনা এলবিওন হার্টলে কৌই। বেথেল ইন্দিপেন্দেন্ট মেথোদিস্ট চাপেলগী সন্দে স্কুল সুপরিন্টেন্দেন্ট অমসুং কোইরমস্টরনি। হার্টলে মমৈথঙদা ৱেস্ট য়োর্কশিয়ারগী দেউসুরীদা লাকখি। শোক ১৯০৯ দা কুরনাদ লাইন্দা থবক চংই। মদুগী মমাঙদা আর, এম, এস, মাউয়েটানিয়াদা য়াওরমই। শোক ১৯১২দা কুরনাদ অমদি হৱাইট স্টার লাইনগী মিউজিক্কী মপোৎ-মচে সপ্লাই তৌবগী থবক তৌখি। মতুংদা টাইটানিক্কী খোঙচৎ চৎলমদাইদা বেন্দ মস্টর ওইনা য়াওরকখিবনি। এপ্রিল ১৫গী অঙনবা অয়ুক্তা টাইটানিক উনগী চীংদা থেংজিল্লবা মতুংদা য়াম্না খুদোং থীবগী ফিবমদা লৈরে হায়বগী ঈজিং পীরকপদগী ফার্স্ট ক্লাসগী চাক চাফম হোলদা মাগী পার্টি মখোয় নিপাল ঈশৈ শকপা হৌরকখি: মখোয়গী মখৌদি অৱাবা তারবা যাত্রিকশিংগী থম্মোই ফাজিনবনি। মিৎকুপ অমত্তা ওইরবসু ঈশৈ তাহল্লগা নুংঙাইবা পোকহনবনি। মদুনা অৱা-অনা কাউহনবদুনি। ঈশিং অশুম-অশুম থুমজিল্লক্লবা মতম, টাইটানিক লুপথখিগদবগী চেপ্থবা হৌরক্লবা, মখোযনা লৈরিবা মফমদুদা ঈশিং চংলক্লবা মতমদা খোঙফম অমত্তা লেঙদনা "নিয়ারর, মাই গোদ, টু দী" শকপা হৌরকই। ঈশৈ অদুনা লোইশিল্লকপগা লোয়ননা টাইটানিক্সু তপ্না তপ্না সমুদ্রগী ঈরোম্নুংদা লুপখি। মদুদা মখোয নিপালসু জহাজদুগী মতুং ইনখি।

ৱালেস হার্টলেগা লুনা তিন্নজরম্বা মাগী মরুপ ইলৱেন মূদী কৌবা লীদসগী মিউজিকসিয়ান অদুনা মহাক লৈখিদ্রবা মতুংদা থম্মোই শোক্লা তেংথারকখি। টাইটানিক্কী খোঙচৎতা মহাক্সু যাওনবা কন্না হায়রম্মী। মূদীনা য়াখিদবনি। মখোয় অনী মমাঙথক্তা মাউবেটানিয়া জহাজদা পুন্না ঈশৈ শকমিন্নবকখি। আটলান্টিক মহাসাগব কুনমাথোইরক লাল্লগা চৎখ্রবনি। নুংশিনা তিন্নজরকপা মরুপ অমনিনা খোঙবু ওইবা য়াম্না পামখি। নুমিৎ খরনিগী মমাঙদা মূদিনা অঙকপা ৱাতং অমা হার্টলেদা হংখি, "নহাক্লা তোংলিবা জহাজ অমা খঙহৌদনা লুপখিবা তারবদি নহাক করি তৌগনি?" হার্টলেনা খুম্নকখি, "ঐগী হায়ববু 'O God, Our Help In Ages Past' নত্রগা 'Nearer My God, To Thee' শক্লগা লৈবা তাবনি।"

মহাক্লা হায়রম্বদুমক টাইটানিক্লা লুপখিবা মতমদা পাংথোকখি হায়বা মূদী থাজে। মহাক খঙই মদুদি মাগী মরুপ হার্টলেনা ওইদবা ঙাঙবা পামদে।

নোং ঙাল্লকপদা হার্টলেগী হকচাং থৱায় য়াওদ্রবা হকচাংদু তাউরগা লৈবা কোলাপসিবল-এ দা তোংলকখিবা যাত্রিকশিংনা উরকই। মখোয়না হায়ঃ ভাইওলিন অদু মখুৎনা চেৎনা কোল্লগা লৈরম্মী। অশিবা হকচাং খোমগৎলিবা মেকে-বেনেলনা মাগী মশাদু ফংবা মতমদা থৱায়মক্কি খঞ্জবা ভাইওলিন অদুদি

য়াওরকখিদে। ভাইওলিন অদু মাগী নুংশিজরবী মেরিয়া রোবিনন্না খুদোন ওইনা মঙোন্দা পীখিবনি।

লাইবক থীহৌরবী মেরিয়ানি। টাইটানিক্কী খোঙচৎ হেক লোইরকপদা লুহোংলগনি খন্দুনা নুংঙাইনা ঙাইজরিবনি। মহাক লৈতবগী পাউ তাবদা মেরিয়া অঙাওবীগা পাংখক ওইরকই। থরায়মক্তি খন্না খুদোল তমজখিবা ভাইওলিন ফংদ্রে তাবদা মেরিয়া রা অমত্তা ঙাওলমদনা মুমদা হনখি। মহাক্না হায়জে, "পুকচেল চাউরবা কনাগুম্বনা ভাইওলিন অদু পুবীরক্লবদি নুংঙাইজগনি। ঐ মদু থরায়মক্তি খন্না লাৎচগে।" টাইটানিক্কী খোঙচৎ চংলমদাইদা মহাক্না হার্টলেদা হায়জখি, "লুহোংবা লোইরগা চৎপীয়ু।" হার্টলেনা হায়রকই, "টাইটানিক্কী খোঙচৎ য়াওবা হায়বসি ঐ লাইবক য়াম্না ফরবনি। মসিনা ঐগী পুন্সিগী নুংঙাইবা অমা ফংহনগনি।" নুংশিনা বীদায় পীরম্লগা চৎখিবনি। নীংবা কায়রবী মেরিয়া পুন্সিদা ময়ুম পানখিদে।

মহাক্কী অশিবা হকচাং অদু টাইটানিক লুপথ্রবা মতুং চয়োল অনীগী মতুংদা ফংখি। মহাক্না খোয়দাজবা বেন্দ পার্টিগী য়ুনিফোর্ম শেৎলগা অদুমক লৈরম্লি। মে ১২দা মহাক্কী অশিবা হকচাংদু আর্বিক জহাজনা লিভরপূল তানা পুরকখি। মফম অদুদগী অমুক মাইল ৬০ লাপ্না লৈবা কোলনেদা শগোল অমনা মাগী কুদু চিংলগা পুরকই। মে ১৮ দা মাগী অরোইবা মথৌ মঙম পাংথোক্কই। মদুদ। মী ৩০,০০০ হেন্না তিনখি। লৈরোন চনবদা ভাইওলিন অমা হাপখি। মখুৎমক্লা পায়জরম্বা ভাইওলিন অদু ওইরবদি মহক্কী থরায়না কয়াদা পেঙ্গরমগদবা!

লৈরোন চানবা হৌগৎলকপদগী "নিয়ারর, মাই গোদ, টু দী" শকপা হৌরকখি। ঈশৈ অদুনা লোইরকপদা লৈরোন চনবগী থবক্সু লোইশিল্লি।

## থীওদর রোনালদ ব্রাইলেঃ

থীওদর রোনালদ ব্রাইলে ওক্তোবর ২৫, ১৮৮৭ দা ইসেক্সগী মনুং চনবা ব্রালথামস্টোদা পোকখি। মপাগী মমিং ব্রিলিয়ম রোনালদ ব্রাইলে কৌই। মহাক্কী মপাদু মীয়াম্না শকঙনবা মীনি। লাই-তিন কা হেন্না থাজে। অশিবা মীগী থরায় কৌরগা ব্রারী শান্নবা য়াই হায়বসিদা কন্না থাজবা মীনি। মপাগী ব্রাখল অদুদা ব্রাইলে খোইংজদে। পিয়ানো খোংলগা মতম লেপ্লি। মপ্নায়না পামজবনিনা স্কুল নায়না তমই। মহাক্কী হৈ শিংবা মতৌদুদা মনাক নকপা হোটেল অমদা য়াওহনখি।

শোক ১৯০২ দা রোয়েল লানকাশিয়ার ফুজিলিয়ার্স রেজিমেন্টদা য়াওই। মহাক চহী ১২ মিউজিকসিয়ান ওইনা ঈশৈ শক্লকখি। শোক ১৯১১দা সেক্সোনি কৌবা জহাজদা ঈশৈ শকপা য়াওরম্লগা টাইটানিক্তা য়াওরকখিবনি।

## জোন ৱেসলে বুদরার্দঃ

জোন ৱেসলে বুদরার্দ সেপ্তেম্বর ১১, ১৮৭৯দা স্টাফোর্দশিয়াগী মনুং চনবা ৱেস্ট ব্রোমৱিচদা পোকই। জোসেফ অমসুং মার্থা ই, বুদরার্দ অনীগী মচা অতোম্বনি।

ময়াম্বা ৬নি অদুগা মচে অনীনি। জোসেফ, থোমাস, ফ্রেদেরিক, হবার্ট, সমুয়েন অমসুং রোলেন্দ মাগী ময়াম্বশিংনি। মেরী ই, অমসুং মার্থা ই,না মচেশিংনি। শোক ১৯১২দা মখোয়গী ইমুং ওক্সফোর্টদা য়ুম হোংলকখি। হেদিংটোনগী নম্বর ২, ফির্স, খিন্দমিল রোদতা লৈখি। বুদৱার্দ সেলো খোংবা হায়রগা খঙনৈ। শোক ১৯০৯দা মহাক্না হৱাইট স্টার লাইন্দা য়াওরখি। অহানবা ওইনা সমুদ্রগী খোঙচত্তা জামিয়াকা চংলুরে। আটলান্টিক ফাওরগা কয়ারক হন্না চংলবনি। মেদিটরনিয়ান সীদা অহমলক চংখ্রে। মহাক্না ওলিমপিক তোংলগা চংলিঙৈদনি হোগ কৌবা জহাজগা খেংজিন্নখিবদু। জহাজ অনীদু খেংজিন্নবা মতমদা মরুপ অহমগা কেবিন্দা ৱারী শান্নরগা লৈ। মহাক শাথীনা শোক্রুমগদবনি অদুবু লাইবক ফবদগী শোকহৌদবনি। মহাক সেলো খোংবা মী অমা ওইনা টাইটানিক্তা য়াওবকখি। খোঙচৎ অসিগী হল্লকপদা ওক্সফোর্দতা লৈবা মেগদালেন কলেজগী মে দিনর পাংথোক্লনি তৌরিবা চাউরবা থৌরমদুদা য়াওগনি হায়না লৈরিবনি। মতমদুদা মহাক্কী চাহি ৩২ শুরে।

## রোজর মেরী ব্রিকোক্সঃ

রোজব মেবী ব্রিকোক্স জুন ১, ১৮৯১দা ফ্রান্সগী ফোসন-সু-লোইয়রগী মনুং চনবা বোযে দি দোঞ্জিদা পোকখি। মহাক্কী মপাদু মিউজিকসিয়ান অমনি। মহাক্না পিক্রিঙৈদা মখোয মোনাকোদা য়ুম হোংলকখি। মহাক ইটালিগী কেথোলিক ইন্সটিটুসর্নাশিংদা লাইরিক তম্লকখি। মহাক্না ছাত্র ওইরিঙৈদা মহাক্কী অহানবা ওচেস্ট্রা বোলোখনগী কনজারভেটোরিদা ঈশৈ-নোংমাইগী থৌরম পাংথোকখিবদা শরুক য়াখি। ফার্স্ট প্রাইজ ফংখি। পেরিস কনজারভেটোবিদা লাইরিক তম্বা লোইরবা মতুংদা শোক ১৯১০দা ইংলেন্দা লাকখি। মহাক্না মফমদুদা লাকখিবগী মবমদি লৈদসগী গ্রান্দ সেন্ত্রেল হোটেলদা ওর্চেস্ট্রা য়াওবা পাম্বগীনি। শোক ১৯১১ লোইশিল্লকপদা ফ্রান্সগী লিল্লেদা অমুক লাকখি।

মহাক মমাঙদা থীওদর রোনালদ ব্রাইলেগা লোয়ননা কুরনাদ লাইনগী কারপাথিয়া জহাজদা য়াওরম্মী। মতুংদা হৱাইট স্টার লাইনদা চংবদগী এপ্রিল ১০, ১৯১২ য়ুমশাকৈশা নুমিৎতা সাউথামটোন্দগী টাইটানিক্কী অহানবা সমুদ্রগী খোঙচৎসিদা য়াওরকখিবনি। মতমদুদা মহাক্কী চহী ২০ থক্তা ঙাইরি।

## জর্জ আলেকজেন্দর ক্রিনসঃ

জর্জ আলেকজেন্দব ক্রিন্স মার্চ ১৮, ১৮৮৯দা ফ্রান্সগী পেরিসদা পোকখি। টাইটানিক লুপখিবদা য়াওখিবা ভাঈওলিন খোংবা বেলজিয়ম মচা মথন্তনি। মহাক্কী ইমুং-মনুং বেলজিয়মদগীনি। মহাক পোক্লবা মতুংদা স্পা টাউন্দা লৈখি। মহাক একাদেমিক দি মিউজিক দি স্পাদা তমখি। মথংদা বেলজিয়মগী লিজদা লৈবা কনজাভার্টিমর রোয়েল দি মিউজিকদা তম্মী। মহাক ওক্তোবর ৩০, ১৯০২ দগী ১৯০৮ ফাওবা মফমদুদা লৈখি। ক্লাইদগী ৱাংবা দিস্টিংসনদা পাস তৌবদগী

ফাস্ট প্রাইজ মনা লৌই। মহাক্না পামজবদি সিফাই চংবনি। ইমুং-মনুংনা য়াদবদগী তোকখিবনি। পামজবা শিনফমদা চংবা ফংদ্রবনিনা মপানা ফম্রিবা দুকানদা য়াওশিল্লি। দুকান ফম্বা য়াওনা য়াওনা লা গ্রান্দে সিমফোনিয়েদা ঈশৈ তৌবা য়াওবা হৌরকখি। শোক ১৯১০দা মহাক পেরিসদা লাক্লগা লা ত্রিয়ানোন লায়ারিকাদা ভাইওলিন খোংবা অহানবা ওইনা চংই। মহাক অমুক লন্দন্দা লাক্লগা শোক ১৯১২ গী ফেব্রুয়ারি থা ফাওবা রিটজ হোটেলদা ঈশৈ শকপা য়াওই। মতমদুদা মহাক লন্দনগী ব্রিক্সটোনগী মনুং চনবা ১০, ভিল্লা রোদতা লৈ। ট্রিয়ো স্ট্রিং ওর্চেস্ট্রাদা বেন্দ মস্টর ওই। মতুংদা টাইটানিক মিউজিক কাংবুদা য়াওবকখিবনি।

## জোন লো হিউমঃ

জোন লো হিউম আগস্ট ৯, ১৮৯০দা স্কোটলেন্দগী দমফ্রিজদা পোকখি। মখোয় অহানবদা ৪২, জর্জ দমফ্রিজদা লৈরমই। মহাক্না টাইটানিক্কী বেন পার্টিদা য়াওদ্রিঙৈ মমাঙদা তোঙান-তোঙানবা জহাজ মঙাদা ঈশৈ শকপা য়াওরকখি। ভাইওলিন খোংবদা মপা লৈতনা হৈ। মহাক্কী হৈ-শিংবদু উবদা টাইটানিক্তা য়াওনবা পুশিল্লকখিবনি। ঈশৈ শক্লা শক্লা টাইটানিক লুপখিবদা মহাক্সু য়াওখি। অরোইবা পুক্নি ওইখি। মতমদুদা মহাক্কী চহী ২১ খক্তা ঙাইরি। মহাক শিরমদবা তারবদি য়ুমদা হেক থুংবগা মেরী কোর্স্টেন কৌবী নুপী অমাগা লুহোংবগী মতম লেপ্লরবনি। মখোয় অনী পাখং লৈশাবী ওইনা লৈরগসু মেরী কোর্স্টে মীরোল্লবীনি। মেরীগী নীংবা কায়বা মতৌ উবদা মীপুম খুদিংমক পেল্লখিদে। মাগী থরায় য়াওদ্রবা হকচাংদু মকে-বেনেটনা ফংবদগী পুরক্লগা ইমুং মনুংদা শিন্নখি। মে ৮, ১৯১২দা লৈরোন চনখি।

মহাক অহানবদা কুরনাদ লাইনদা য়াওরমই। খোঙচৎ অসি চৎলমদায়দা মমানা য়াম্না খামজবনি। মমাগী মমঙ য়াম্না নুংঙাইখিদে। খোঙচৎ অসিনা মমা মচা কায়নরগনি হায়বা থাজবদগী মচাবু চত্তনবা খাম্মী। হিউমনা মমাগী মঙদু অফবা খুদম্নি হায়। টাইটানিক হায়বসে মাগী মতিক মগুন থাবদা লোইবা নাইররোইদবা অঙকপা জহাজনি। মসিদা তোংলগা ঈশৈ শকচবা ফংবা হায়বসি পোকপগী মহৈ য়াল্লবনি হায়দুনা মমাগী পুক্কিং ফাজিনখি। মহাক্না হুন্দক নিউ য়োর্কদা য়াম্না চৎনিংবগী মরম য়ামই। নিউ য়োর্ক্তা মহাক্না খঙন-চান্নবা মরুপ ময়াম অমা লৈ। মখোয়শিংদু য়াম্না উন্নিংই। মরুপশিংদু হৌখিবা নিংথমথাদা জমাইকাগী কিংস্টোন্দা লৈবা কোন্সটেন্ট স্প্রিংস হোটেলদা লৈরিঙৈদা খঙনখিবনি। ময়াম্না হিউমবু নুংশিরিবসি মাগী শাওগন্দবা, মোমন নোকপা, ফাগি তৌরগা নুংঙাইজবা মতৌ অদুদনি। মরুপ ময়ামদুনা মহাক লাক্কদৌরি হায়বা তাবদা খৌরাংনা ঙায়রিবনি।

## জোন ফ্রেদেরিক প্রেস্টোন ক্লার্কঃ

জোন ফ্রেদেরিক প্রেস্টোন ক্লার্ক হায়বা ভাইওলা খোংবা নিপাদু শোক ১৮৭৪দা পোকখি। মমা লুখ্রবীনি। মহাক ময়ুম পানখিদে। মহাক্লা টাইটানিক তোংবা হৌরকপদা হায়জেঃ "পুন্সি হায়বসে তম্বা ঙমদে। ঐখোয়না নুংঙাইনা তোংলিবা জহাজসিনা কায়রগা ঈশিংদা লুপখিবা তারবদি ঐখোয়গী খোঙচৎসু অবোইবা ওইগদৌরিবনি।" মহাক্লা খাহে খরশি করি খল্লুবদগী হায়রকখিবনো? মাগী ব্রাদু তারগা ময়ামদু নোকখি। ময়ামদুনা মতমদুদা খন্নখিঃ টাইটানিক লুপ্পা নাইররোইদবা চাউরবা হোটেল অমনি। আটলানটিক লাম্লগা চৎপা হৃন্দক্কী অসিনা অহানবনি। পৈশা মতিক চানা পীগনি অমদি নিংথমথাগী প্রোগ্রাম লোইশিনখ্রবনিনা অবেম্বদা লৈগদবগী শরুক টাইটানিক্কী বেন্দ পার্টিদা গাউরকখিবনি। মশম মুবা, য়ায়মবপ ঋংবা, কুচু কয়া পান্দবা, মবাইবক তোংবা ক্লার্ক মতমদুদা মশাগী চহী ৩৪ শুরে। মহাক্লা ফাগী তৌদুনা ঙাঙখিবদু মমৈথঙদা অচুম্বা ওইনা থোকখি।

## পেরসি কোর্নেলিউজ টাইলরঃ

পেরস কোর্নেলিউজ টাইলব শোক ১৮৭৬ তা লন্দনদা পোকখি। মহাক্লা শিদ্রিঙৈ ফাওবদা ৯, ফেন্টিমেন বোদ, ক্লেফাম, লন্দনদা লৈরমই। মহাক পিয়ানো খোংবা মীনি। মহাক মযুম পাল্লম্মী। মহাক অহানবদা লীজদা লৈরম্মী। মাগী অশিংবা হকচাংনি হায়না থাজবা অমা পুবকখি। মহাক ওইরম্লোইদ্রা হায়বগী ইমুং-মনুংদা চিংনবা অমদি লৈখি। অদুবু চিংনবা কয়া লৈরবসু মশামক্লি খন্দুনা লৈবোন চনখি।

## মখোয় নিপাললনা শকখিবা অরোইবা ঈশৈ

"নিয়ারর, মাই গোদ, টু দী" জেনেসিস ২৮: ১১-১২ গী মতুং ইন্না অর্থ হন্নিঃ "অসুম্না মহাক চিংনীঙাই লৈত্রবা মফম অমদা লাকই অদুগা অহিং চুপ্পা মফমদুদা লৈ, মরমদি নুমিৎ তাগ্রে। মরম অদুনা মহাক নুং ময়াম মরক্তগী অমা লৌরগা মকোক্তা থমই, অদুদগী তুমগদবগী হিপথে, অদুগা মঙগী ঈপাক্তা তাওই, অদুগা য়েংলকই, কৈরাক অমা মালেম ইমাগী তম্পাকথক্তা থায়, অদুগা মদুগী মতোনদু সর্গ য়ৌহনখি; মদুদা লাইগী দুৎশিংনা কাখৎকনি অদুগা কুমথরক্কনি ...।"

ঈশৈ অসি ১৯শুবা শতাব্দীদা লৈবম্বা ইংলিশ কবি অমদি লাইশোল ঈশৈ ইবা সরা ফ্লাৱার অদাম কৌবী নুপী অদুনা শোক ১৮৪১দা ইংলেন্দগী মনুংদা লৈবা ইসেক্সগী সনী বেক্কদা লৈবা য়ুমদা ইখিবনি। জেনেসিস ২৮: ১১-১৯ দা য়াওবা "জেকোবগী মং" হায়বদুদা য়ুমফম ওইরগা ইখিবনি। অহানবা ওইনা মিউজিক সেট তৌখিবসি মহাক্কা পোকমিন্নবী মনাও ইলিজা ফ্লাৱারনি। সরা ফ্লাৱাব শোক ১৮০৫দা পোকখি অদুগা শোক ১৮৪৮ দা লৈখিদে। ঈশৈ অসি শোক ১৮৪৮দা লোয়েল মাশোন্না "বেথানী" সুবদা পানখি। অতোপ্পা "হোরবুরী" সুরদা জোন ব্যাকল দায়েক্সনা শোক ১৮৬১দা পানখি। শোক ১৯৯৭ তা জেমস কামেরোন্না পুথোকখিবা ফিলম "টাইটানিক"তা শকখিবদু বেথানী সুরদা শকপা ঈশৈনি।

শোক ১৯০৬তা কানাদিয়ান সমুদ্রা তোর্বান্দা এস, এস, ভালেসিয়া কৌবা জহাজ অমনা লুপখিবা মতমদা "নিয়ারর, মাই গোদ, টু দী" হায়রিবা ঈশৈ অসি জহাজ অদুদা তোংলিবা যাত্রিকশিং অমদি ক্রিউশিংনা শকখি।

আমেরিকাগী প্রসিদেন্ট ওইরম্বা ৱিলিয়ম মেকিনলেনা সেপ্তেমবর ১৪, ১৯০১দা লৈখিদবদা ঈশৈ অসিগী মকোক্কী ৱাহে খর শৈরেং খীরগা ইকায় খুম্নবা উৎখি। আমেরিকাগী প্রসিদেন্ট জেমস গারফিলদ হাৎখিবদসু ঈশৈ অসি শকখি।

টাইটানিক লুপখিবা মতমদা বেন্দ পার্টি মখোয় নিপাললনা শকখিবা ঈশৈদু 'নিয়ারর মাই গোদ, টু দী' নি হায়নৈ। অদুবু মার্কোনি ওপরেটর হেরোল ব্রাইদনদি 'আটম' নি হায়না মঠ কন্না পী।

টাইটানিক্তা শকখিবা ঈশৈ "Nearer, My God, to Thee"।

Nearer, my God, to thee, nearer to Thee!
E'en though it be a cross that raiseth me
Still all my song shall be nearer, my God, to Thee
Chorus Nearer, my my God, to Thee, nearer to Thee!
Though like the wanderer, the sun gone dwon
Darkness be over me, my rest a stone
Yet in my dreams I'd be nearer, my God, to Thee
Chorus
There let the way appear steps unto heav'n

All that Thou sendest me in mercy giv'n
Angels to beckon me nearer my God to Thee
Chorus
Then with my waking thoughts bright with Thy praise
Out of my stony griefs Bethel I'll raise,
So by my woes to be nearer, my God, to Thee
Chorus
Or if on joyful wing, cleaving the sky
Sun, moon and stars forgot upwards I fly
Still all my song shall be, nearer my God, to Thee
ওহুকপুবা ৮র্স অসিদি Edward H Bickersteth, Jr না হাপচিনর্নখিবনিঃ
There in my Father's home safe and at rest
There in my Savior's love, perfectly blest
Age after age to be, nearer my God to Thee

## ২। কায়নব্রুরবা মমা মচা উন্নবা

টাইটানিক্কী সমুদ্রগী ঈবোনুংদা লুপখ্রবদা হিংলগ হন্নকখিবা কয়াগী মনুংদা পিক্লিবা নিপামচা অনী মাইকেল অমসুং মোমোন ইদমোন অমনি। মখোয় অনীগী মাবী পৃথীগী খববশিংদা হাপ্নকপদা অপাবশিংদা অঙকপা অমদি নুংশিবা পোকহনখি। মাইকেল চহী ৪খক্তা ওইরি অদুগা ইদমোন্না চহী ২ মপুং ফারক্রে।

কোলাপসিবল-দি দা নুপী অঙাং হাপ্নগা ঈশিংদা থাদগদবগী জোরিডেদা ফ্রেঞ্চ নিপা অমনা পিক্লিবা মচা অনী পুবগা হাথু-হাথু লাকখি। মচা অনীদুগা হি মনাক নকশিল্লকপা মতমদা তি অদু শেন্নরিবা স্টেরার্দ অমনা হায়রকই, "নহাক হি অসিদা তোংবা যারোই।" নিপা অদুনা খুম্নকই, 'ঐ খঙই, অদুবু অঙাং অনী অসিদি তোংহন্দবা য়াবোই। মখোয়গী পুক্কিদি কনবা পামই।" নীংবা কাযরবা নিপা অদুনা নুংশিনা মচানিপা অহল মাইকেলদা হায়রকই, "ঐ নংগী নমাদু য়াম্না নুংশিবনি। মঙোন্দা ঐনা নুংশি হায়বসে তমউ। নখোয় অনী চংলোকো। লাইবক ফরবদি ঐগা অমুক উন্নবসু য়ায়।" অসি হায়রগা মচা অনীবু অবোইবা ওইনা কোল্লগা হিথক্তা থাজাংপিরমই। অদুদগী মহাক অঙাওবদোনা ফৈরেং-তুবেং চংখি।

কারপাথিয়াগী ফম্বাক্তা অঙাং অনীসি মমা-মপা য়াওদনা লৈরিবদু উবদা মারগরেট হেজ কৌবী লৈশাবী অমনা কৌশিনদুনা মনাক্তা ফমহল্লি। হেজ নিউ য়োর্কী ৩০৪ রেস্ট ৮৩শুবা স্ট্রীটদা লৈবনি। মাগী অশেংবা মমিংদি মার্গারেট বেঞ্জাটিন হেজ কৌই। দিসেম্বর ৬, ১৮৮৭তা পোকখি। মশাগী চহী ২৪ শুরকপদা ফার্স্ট ক্লাস টিকেট কক্লগা কেবিন নং সি ৫৪ দা তোংলকখিবনি।

## টাইটানিক লুপখিবা

টিকেট নং ১১৭৬৭নি। মমান্নবী অনী লোয়নরকখি। অমনা ওলিভ আর্নসো কৌই। নিউ যোর্কী ব্রিয়ারক্লিফতা লৈবা অঙাং ওইরিঙৈদগী স্কুল তম্মীন্নরকখিবনি। অতোপ্পা অমদুনা লিলী পোটর কৌই। টাইটানিক লুপখিবা য়াবগী অকিবা লৈরক্লবদা মহাক হি নং ৭তা তোংলকখি। মহাক্না হিদা তোংলকপদা মহাক্না য়াম্না নুংশিজবা পোমরানিয়ান হায়রিবা হুই মচাগী জাত্তা পোক্লবা লেদী কৌবদু লোয়নরকখি। কনা অমনা বেবী হায়নসু কৌই। হি শেন্নরিবশিংনা খঙদনবা ফি অমনা য়োমশিল্লি। মাগী মতৌদু উবদা জেমস ক্লিনস ইমি কৌবা নিপা অমনা ফাগী তৌরগা হায়বকই, "দোগীসু লাইফ প্রেজাভর অমা শেৎপীরে, নত্তনে?" টাইটানিক্লা লুপখিবদা হিংহৌবা হুই অনীগী মনুংদা বেবী অমনি। ফ্রান্সতগী য়াম্না পামজনা লৈরকখিবনি। হেজে, লিলী, ওলিভ অমদি হুইদু পুবগা লাকপদা জিববট টকব থেংনদুনা হি তোংবদা মতেং পাংবীরম্মী।

হেজ ফ্রেঞ্চ লোন ফজনা খঙই। অঙাং অহল শাবদুনা ফ্রেঞ্চ ঙাংলকপদুদা কৌশিন্দুনা বারী শান্নবদগী খঙনখিবনি। অঙাং অনীদু থেংনখিবা মিংকুপ্তগী থাদোকনীংখিদে। নিউ য়োর্ক যৌরক্লবা মতমদা হেজনা অঙাং অনী অসিগী মমা-মপা কনানো হায়না খববদা হাপ্পগা থীবম্মীঃ "টাইটানিক্কী মমা মপা লৈজদ্রবা অঙাংশিং", "টাইটানিক্তা লোযনরকখিবা পীক্লিবা অঙাং মচাশিং" অদুবু মপা-মমানি হাযবা কনা অমত্তা চোংথোবকখিদে। মমা-মপা লৈত্রবা অঙাং ওইরবনিনা মাবগাবেটনা মচা শক্লা য়োক্লগে খনখি। মিস হেজনা হাযবদা অঙাং অনীসি ফ্রেঞ্চ লোন ঙাঙই অদুবু অঙাং ওইবনিনা ঙাঙলিবা লোন্দু ময়েক শেংফাত্তে। মথোয অনীগী মমিং হংবদা শেংফাৎতবা লোন্দা খুন্নকপদু অহল অদুনা লুইজ হায়বা মাল্লি। অপিকপা অমদুনা লমপ হায়বগুম তৌই।

হেজনা নিউ য়োর্ক্তা লৈবা যাত্রিকশিংগী কমিটিদা অঙাং অনীসি মহাক্না য়োকচবগে হায়বুবদা হরাউনা য়াবীরকখি। সোসাইটিদা শিন্নখ্রবদি অঙাং অনিসি লৈফম তোঙানখ্রগনি। চাউবক্লগা মশক খঙনখিদবা য়াই। হেজনা মখোয় অনী অসি ফ্রেঞ্চ মচা ওইরমগনি খল্লবসু স্বিজ, ফ্রেঞ্চ নত্রগা আলশাশিযান ওইবমগদ্রা খন্দুনা ইটালিয়ান, জর্মনি নত্রগা ইংলিশ খঙবা ঙম্বরা য়েংই। অমত্তা খঙদে।

অহল শাবদুগী মমিং অদু কোনা মচু চংই। শমসু কোনা মচুনি অদুবু খবদি থোয়। মহাক্কী ময়াশিংদু তরু-তরু লংই। মশাদা কবিগুম্না দাকফম অমত্তা লৈতে। পিক্লিবা মনাও অসিসু লৈবা উদে। মশক য়াম্না মান্নে। মখোয় অনীগী মীৎকী পা অনীমক কোয়রপ শাংই। অচৌ-অশাং ইমুংদা পোক্লকখিবা মাল্লি। অঙাং ওইজরবসু হৌনা লোনচৎ য়াম্না খঙই। নোং ঙাল্লকপদা হেক য়াহৌবগা ঈরূজগে হায়রকই। ব্রেক ফাস্ট চাবদা ঙক্শম্রদা নেপকিন শিজিন্নৈ। নেপকিন্দা অমোংপা

তাদনবা তৌই। লুইজ অয়াম্বা মতমদা হিহোনবনা পীরকখিবা কম্বলদু ইল্লগা লৈ। অঙাং অমদুদি মহাক্না লিংলকখিবা অঙৌবনা কোলার পানবা ব্লু মচুগী কোট লিংলগা লৈগনি। মখোয় অনীগী তোপ-তোপ্পা মগুন হায়ববু কনাগুম্বনা করিনোমা হংলুবদা শেংফাত্তবা মরোল অদুনা হেক্তা খুম্নক্কনি। মখোয় অনীগী মতৌ উবদা নুংশিবা পোক্রোয়দবা মী লৈরম্লোই। হেক্তনা খবরদা হাপ্পিবসি লৈমিন্নবা পামদবগী নত্তে। মমা মপা লৈবম্নগদি মখোয়না ৱাজরমগদবা অদুগী খনবগীনি। লোরেন্স বীজলে কৌবা সেকেন্দ ক্লাসতা তোংলকখিবা হিংহৌবশিংগী মনুংদা য়াওবা ওজা অদু হেক্তগী ময়ুমদা লাক্লগা হায়রকই, "অঙাং অনীসি হোফমেন হায়বা সেকেন্দ ক্লাসতা তোংলকখিবা নিপাদুগী মচা শোয়দনা ওইগনি।" মহাক নীংশিংলিঃ মহাক্না লাইব্রেরীদা লাইবিক পারিঙৈদা অঙাং অনীসি মপান্দা য়াম্না তোয়না শান্নবা উখি।

সমুদ্রদা তাউরগা লৈরম্বা অঁশিবা হকচাং ময়াম মেকে-বেনেটনা হেলফিক্স য়ৌনা পুরক্লি। অশিবা হকচাংশিংদু মরী-মতাশিংনা মখৌ মঙম পাংখোক্লরি। অশিবা হকচাং অমদি ঙসি ফাওবা মবী-মতা অমত্তা লাকখিদে। কনা অমনা হায়ঃ হোফমেন শোয়দনা ওইগনি। য'ত্রিকশিংগী লিস্টতা হোফমেনগী মমিং য়াউবম্দ্রী। মহাক ফ্রান্সতগীনি। কনা অমনা হায়রকইঃ হোফমেন অঙাং অনী পুরগা ফ্রান্সতগী তোংলকখিদে। হোফমেন্না ফম্মীন্নবা যাত্রিকশিংদা ৱাবী শারম্মী মদুদি অঙাং অনীগী মমাদু লৈখিদ্রে। কনা অমনা হোফমেনগী মবমদা ৱারী লীরকইঃ হোফমেন্না পোত্থাবা ওইনা জুৱার শান্নরিঙৈদা মচা অনীদু চহী ১৭ শুববী বেবথা লেহমান কৌবী সুইজ লৈশাবী অমগা লোয়নরগা লৈমীন্নগনি। মহাক মার্চ ৩১, ১৮৯৫দা সুইজর্লেন্দী লোটসন্নিল. কেন্টোন বেমদা পোকখিবনি। সেকেন্দ ক্লাসদা লাক্লবসি ৱাইটেজ অমা ওইননি। অঙাং অনীসি মহাক্না লোয়নবা নুংঙাইজরিবগী মরমদি বেরথা ফ্রেঞ্চ লোন নীংথীজনা খঙই। জর্মন লোনসু খঙই অদুবু ইংলিশতি খঙদে। ইদমোন্না ঙাঙবা ফ্রেঞ্চদু তাবদা মহাক নুংঙাইজখি। টাইটানিক লুপ্পমদাইদা বেরথা মশাগী খনবদা হোফমেন অমদি অঙাং অনীগী ৱা নীংশিংবা ঙমখিদে। বেরথা হিংলকখিবশিংগী মনুংদা অমনি। অঙাং অনীদুগী খোজুল লীবকখিবা তারবসু হোপমেনগী মচানি হায়বসিদনি মহাক্না খঙলিবা। অঙাং অনীসিগী মরম থীগৎলকপদা হগ ৱুলনর কৌবা ফার্স্ট ক্লাসতা তোংলকখিবা হিংহৌবশিংগী মনুংদা য়াওরকখিবা নিপা অদুনা এপ্রিল ২৯, ১৯১২ দা ইউ. এসগী ইনক্কাবী তৌরিবদুদা হায়ঃ মহাক্না অঙাং অনী অসি মমা মপা য়াওদনা লৈবা উবদা নুংশিবা পোকখি। অপীকপা অঙাংমচাদু তুম্নুবদগী মিৎকপ থোরকপদা মবুক লামদুনা কপ্লক্কনি। মহাক্না অঙাংনা চাবা য়াবা অচাপোৎ পুথোক্তুনা পীজে। হীহোনবা অমনসু

বিস্কুট খব পীশিল্লক্কনি। খ্বাইদগী ওক্রিবদি অহল শাবদুনা মনাও অদু কপ্পকপদা অহলদা অহলদৌন' কপ্পা খেম্মীগনি।

পাউ ময়াম লৈরবনিনা ফ্রান্সদা মেসেজ পীখি। অঙাং অনিগী ফোটোসু য়াওখি। পাউ পীখ্রবা মতুং মে ১৬, ১৯১২ দা নাভেবটিল কৌবী চহী ২৪ শুববী নুপী অমা ফ্রান্সতগী নিউ য়োর্কতা লাকখি। মহাক মশক ফজে। ইটালি নিংঙোম্বী। মহাক হেক খুংলবগা হিথাংফম মচিদা লেপ্পগা লৈবিবা হেজগী মনাক্তা চেনশিল্লকই। হেজ মপাগা লোয়নরগা লৈবিবনি। হেজনা মপাগা লোয়ননা নুপী অদুগা গাড়ী অমদা তোংলগা' চিলড্রেন্স সোসাইটিদা লাকখি। অঙাং অনীদু মমা উবদা চেনশিল্লকখি। মমা মচা মিংকুপ খবদি কপ্পমিন্নখি। থা ২গী মতুংদনি মমা মচা উন্নবিবনি।

হৌজিক্তি অঙাং অনীদু কনানো হায়বা খঙলে, হোফমেনগী অশেংবা মচানি হায়বা। মহাক্কী অশেংবা মমিংদি মাইকেল নাভেবটিল কৌই। মহাক শেংক ১৮৮০দা জেবেদ নাইট্রা স্লোভাকিযাদা পোকখি মহাক অহানবদা হঙোরীদা লৈবম্মী। মফমদুদা মাগী ইমুং-মনুং লৈ। শোক ১৯০২দা ফ্রান্সগী নাইসদা লাক্লগা লৈখিবনি। মহাক্কী শিনফর্মদি ফুকিং তুবনি। মহাক মে ২৬ ১৯০৭তা মার্সেল্লে কেবেটো কৌবী ইটালিদগী লাক্লগা লন্দনগী ৱেস্টমিন্স্টবদা লৈবা মশক যাম্না ফজবী নুপীদুগা লুহোংই। মচানিপা অনী পোকই। মাইকেল এম জুন ১২, ১৯০৮দা পোকখি অদুগা ইদমোন্দ বোজব মার্চ ৫ ১৯১০দা পোকই। শোক ১৯১২ চংলকপদা মাইকেলগী ইমুংদা খঙহৌদনা দশা তাবকখি। কববাব তৌবদা শেল মাংবদগী ইমুং-মনুং মহী লাংই। লুহোংবদা শেল য়াম্না চংখিবগী ৱাফম পুথোক্লবকখি। নুংশিনবম্ব মতৈ-মনাও কাপ্পনবা হায়বদু ওইখি। নাভেবটিলনা গাজে মদুদি মখোয় কাযননবগী খুজিল থোঁবাং পুন্নমক মার্সেল্লেবু পোকপী মাগী মনেম্বোক্লা খোকহনবা ঙাক্তনি। মনেম্বোক্তসু ফুরিং তুবীনি। মচা অনীদু মমাগী মনাক্তা লৈহনখি। মনেম্বোক্ত নুংশিদবদগী মচা অনীদু যেশা উপায তৌবগা মনাক্তা থমগে খনখি। নুংশিববা মচা অনীদু এপ্রিল ৬-৭ তা পাংথোকখিবা ইস্টব মনুংদা নাভেবটিলনা মনাক্তা পুবক্লগা লৈহনখি। ইস্টব লোইববদা মমানা মচা অনীদু লৌবা চংলুবদা য়ুমদুদা কনা অমত্তা লৈবমদে। মপানা মচা অনীদু পুবগা লোংখ্রে হাযবা খঙলকখি। থাজৌশেংবমক্তু মাইকেল মচা অনীদু পুবগা ফ্রান্স থাদোক্লগা ইংলেন্দ তানা মমিং লোংলগা চেনখ্রবনি। মাগী মমিংনা লুইজ এম হোফমেন অদুগা অঙাং অনী অদুনা লোটো অমসুং লুইজ হায়না খোনখি। লুইজ হোফমেন হায়বসি মহাক্লা মচা অনী পুরগা চেনবদা মতেং পাংখিবা মরুপ অমগী মমিংনি। মহাক্লা টাইটানিক্তা তোংলকখিবসি সাথমটোন্নগীনি। সেকেন্দ ক্লাসতা তোংলকখি। টিকেট নং ২৩০০৪০নি অদুগা কেবিন নং এফ-২নি। মফম অসিদা লৈববদি মমানা অমুক হন্না ফংখিবা যাই খনবদগী আমেরিকাদা

# টাইটানিক লুপখিবা

টাইটানিক তোংলগা চেপ্পকখিবনি। মহাক্কা খল্লি মদুদি আমেরিকাদা লৈরবদি মমা নাভেরটিলনা খীবা ফংলরোই। টাইটানিক তোংদুনা চৎলিঙদা হোফমেন্না হঙেরীদা লৈবা মমাদা চীঠি ইরম্লিঃ ঐনা আমেরিকাদা চৎলিবসি করিগুম্বা শোযবা তারবদি ঐগী ইচন অমদি মাগী মপুরোইবনা অঙাং অনীসি য়েংশিনীবা তার্বনি।

নাঙেরটিলগা তোংমিন্নবা জুলিয়ান পেদ্রো হায়বা নিপাদুনা মাগী মরমদা হায়ঃ হোফমেন চহী ৩২দা ঙায়রিবনি অদুবু য়েংবদা ৪০শুরবা মী মাল্লি। ফুট মঙা ইঞ্চি তরুক রাংই। নাতোন শমাংগী কোয় অমদি শম মুই। য়েংবদা ইংলিশসু মাল্লি ফ্রেঞ্চসু মাল্লি।

আমেরিকাদা চৎখ্রে হায়বসি নাভেরটিল খঙদে। করম্বা মফমদা লৈবনো খঙদ্বনা য়াম্না রানা খীরিঙৈদা ফ্রান্সগী খবরদা মচা অনীগী ফোটোগা হোফমেনগী পাউগা য়াওরকপদা নাভেরটিল ঙকখি। পাউদুগী হেদিংদা ইরিঃ "টাইটানিক্কী মমা মপা লৈজদ্রবা অঙাংশিং"। পাউদু হেক ফংবগা নিউ য়োর্ক্তা হৱাইট স্টার লাইনগী ওসীনিক তোংলগা মে ১৬তা চেরবোর্গ থাদোরকখি।

মরী বেনেটনা অশিবা হকচাং মশক খংদোকপগী মনুংদা মহাক্কা ১৫শুবনি। হোফমেন ফ্রান্স মচানি হায়বসি অশেংবা খঙলকখিবসি মাগী ফুরিংখাওদা য়াওরম্বা পোৎ চৈ. চে-চাং ময়াম অদুদগীনি। পোকেট বুক, সনাগী ঘড়ী অমা, চেন, লুপানা শাবা খুদোন পোৎ অমা, পাউন ৬, ফ্রান্সগী পৈশা ফ্রাঙ্ক খর, মরু হানবা রিভোলভর অমা, শো অমদি চারিং ক্রোস হোটেলগী রুম নং ১২৬তা এপ্রিল থা মনুংদা লৈরম্বগী বিল য়াওরম্বদগীনি। চাবিং ক্রোস হোটেলগী রুম নং ১২৬দা অরোইবা ওইনা লৈরম্মী হায়বা তাবদা থম্মোই শোকহনখি। নুংশিনীঙাই মচাক ওইহনখি। নাভরটিল মশামক হোটেলগী নম্বরদু উবদা থম্মোই কায়হনখি। মরমদি হায়রিবা হোটেল অসিগী কা অসিমক্তনি। মহাক্কা মার্সেল্লেগা মে ২৬, ১৯০৭ তা লুহোংখিবদু।

হোফমেনগী অশিবা হকচাং পোৎলোইখ্রে অদুবু মতুংদা য়াম্না ঙকপা থৌদোক অমা ওইরকখি। হোফমেনগী অশিবা হকচাংদু মতম কুইনা থম্বা য়াদবনিনা লৈরোল চনখি। মহাক জিউ ওইরম্বা য়াই খনবদগী জিউগী হৌনবা মতুং ইন্না মখোয়গী মোংফম বেরোন দি হিরস্কদা লৈরোন চনখি। মাগী নুপী নাভেরটিল লাক্লবা মতুংদা মহাক জিউ নত্তে রোমান কথোলিকনি হায়বা খঙলকখি। মসিদা চয়েৎনবা অমা লাকখি। করি উপায় লৈরিবগে? য়ানবা অমা পুরকখ্রে। জিউনি হায়বা খঙনবগী খুদম অদু লৌথোকখ্রে। ঈংনা চিক্লা শান্তি লৈনা সিমিত্রি অদুদা লৈবা য়াহনখি।

নেভেটিলসু মচা অনীদু পুরগা ওসীনিক তোংলগা ময়ুম পাংখি। অঙাং অনীদুগীদমক য়াম্না রাজখিবা অমদি মমা মপা লৈত্রবদি য়োকচরগে খনখিবা হেক্ত

রোদ আইলেন্দদা লৈবা দাক্তর চার্লস শোক ১৯১৩দা লুহোংই। মচা অনী পোকখি। জোন দবলউ, স্টারবগ অমদি মিস্ট্রেস থোর্টোন দেভিদসন্নি। হেজ আগস্ট ২১, ১৯৫৬তা থন্মোইগী লায়নানা লৈখিদে।

নেভেটিল শোক ১৯৭৪দা লৈখিদে। ইদমোন্দ আর্কিটেকনি। ফ্রেঞ্চ আর্মীদা চংদুনা অনীশুবা পৃথ্বী লঞ্জাওদা জর্মনগী লান্ফা ওইখি। মদুদগী চেল্লকপদা খুদোংথীবা মায়োক্পি। মদুনা পুন্সি তেনশিন্নবগী মরম ওইদুনা মশাগী চহী ৪৩ শুরকপা শোক ১৯৫৩দা লৈখিদে। মাইকেল মার্সেল পিএইচ দি ফংদুনা সাইকোলোজিগী প্রোফেসার ওইখি। ফিলোজোফিসু তমশিনখি। শোক ১৯৮৭ দা মাইকেল ইউ এস এদা টাইটানিক লুপখিবগী ৭৫শুবা নীংশিং কুমওন পাংথোকপদা য়াওবা লাকখি। শোক ১৯৯৬তা অমুক হন্না লাকখি। মপাগী মোঙফমদা চৎলগা ইকায়খুম্নবা উংখি। মশাগী চহী ৯২ শুবকপা জনুয়ারী ৩১, ২০০১দা লৈখিদে। টাইটানিক্তা হিংহৌবা নিপাশিংগী মরক্তা মহাক্তা অরোইবা ওইনা শিখিবা মীদু ওইখি।

## ৩। এস্টোর অমদি মাদেলাইন অনীগী ৱারী

টাইটানিক্কা লুপখিবদা লুহোংবা নৌবিবা থা ৫/৬ খক্তা ঙাইরিবা নুপী ১৫ খক মপুরোইবা কায়নদুনা নৌনা লুখ্রাবী ওইহনখি। মদুগী মনুংদা মাদেলাইন ফোর্স এস্টোর অমনি। মপুরোইবা জোন জেকোব এস্টোর আমেরিকাগী ইনাক খুনবা মিলিনর অমনি। এস্টোর মরিশুবা হায়রগসু খঙনৈ। এস্টোর নিউ য়োর্ক্কী রাইনবেকদা জুলাই ১৩, ১৮৬৪ দা পোকখি। ৱিলিয়ম এস্টোরগী মচানি। মপানা শারম্বা ৱালদোফ হোটেলগী হেক থংনবদা এস্টোরিয়া হোটেল শোক ১৮৯৪দা শারগা শেন তানবগী লম্বীদা মায় পাক্পা চংশিল্লকখি। এস্টোইস্টোন্দা রিয়া হোটেল পৃথ্বীগী মনুংদা খ্বায়দগী লকজরিয়স ওইবা হোটেলনি। মমৈথঙদা মপানা শাবা দেনিয়েলরম্বা হোটেলগা পুল্লগা ৱালদোফ-এস্টোরিয়া হায়রগা খঙনরকখি। মহাক শেন্দান লম্বীদা মায় পাক্লবনি অদুবু অতোপ্পা মায়কৈ অমদসু মায় পাক্পা মিংচৎ থম্লবা হোৎনরকখি। সান্টিফিক নোভেল "এ জর্নি ইন অদর ৱার্লদ" কৌবা অমা ফোংখি। পোৎ অনৌবা পুথোকপা মী অমা ওইনা সাইকল ব্রেক পুথোকখি। শিনফমদি শেন তানবনিনা শোক ১৯০৫দা হোটেল রেজিস অদুগা শোক ১৯০৬তা ক্রিকরবোকর হোটেল শাখি।

শোক ১৮৯৮ গী স্পেনিস আমেরিকান ৱারদা জেনেরেল লেভি পি, মোরটোনগী মখাদা কোলনল-স্টাফ ওইনা য়াওখি। শোক ১৮৯৭ তা ইদৱার্দ শিপন ৱিলিং কৌবা ফিলাদেল্ফিয়াদা লৈবা নিপা অমগী মচা নুপী আভা লাওলে

ৱিলিংগা লুহোংই। শোক ১৮৯১ দা মচানিপা অহল ভিন্সেন্ট পোকই অদুগা শোক ১৯০২ দা মচানুপী আভা এলিস মুরিয়েল পোকই। চহী ১৯ লৈমিন্নরবা মতুংদা আভা খায়নখি। এস্টোরনা মচা ভিন্সেন্টগা লৈমিন্নহৌই অদুগা আভা এলিসনা মমাগী মতুং ইল্লগা ইংলেন্দদা চৎখি। মফমদু য়ৌরগা আভা থোমাস লিস্টরগী অতোম্বী ওইখি।

এস্টোর মশাগী চহী ৪৭ শুরকপদা চহী ১৮ খক্তা ওাইরিবা মাদেলাইন টালমেজ ফোর্স কৌবী অমগা সেপ্তেম্বর ৯, ১৯১১দা রোদে আইলেনগী এস্টোর ইমুং মনুংগী লৈফম ওইরিবা বীচবুদ য়ুমদা লুহোংখি। মাদেলাইন জুন ১৯, ১৮৯৩ দা নিউ য়োর্কী ব্রুক লাইনদা পোকখি। মপাগী মমিংনা ৱিলয়ম হর্লবট ফোর্স কৌই।

এস্টোরগা মাদেলাইনগা শকখঙনখিবসি মহাক্না মিস স্পেন্সর স্কুল লোইরকপা মতুংদনি। মখোয় অনী লুহোংবদা ময়াম্না ঙাঙনখি। কনা অমনা হায়ঃ আলভা কায়নখিবদু মাদেলাইন লুহোংবা য়ানবনি। মখোয় অনীগী লুহোংখিবা পুংফমদু ফগে। অহল অসিদা লুহোংলিবসি মরল মথুম য়েংবগীনি।

পাঙ্গোশেংবমক্ত মাদেলাই চহী নৌরি। মপুরোইবনা মহাকপু নুংশিনা নুপী মচা অমদা কৌনবা মিঙ্গৌদু কৌবী। এস্টোরগী মচা নিপা অহল ভিন্সেন্টনা চহী অমা হল্লি। ময়াম্না ঙ'ঙনরিবশিংদু তানিংদবদগী এস্টোর মাদেলাইন পুরগা ইজিপ্তা কোয়বা চৎখি। মফমদুদগী হল্লক্লগা ফ্রান্সতসু কোয়রুই। ঙাঙনবদি লেপ্পা লৈতে। মখোয়না কোয়বা চৎলিবসি কনা অমনা হায়ঃ হোনী মুন পাংথোকপা চৎলিবনি।

মাদেলাইন মতমদুদা মীরোল্লবীনি। মখোয় অনীবু ময়াম্না ফত্তনা ঙাঙনরবসু মীয়াম্না "লুপ্পা নাইররোইদবী মোল্লী ব্রাউন" হায়না খঙনবা মার্গারেট ব্রাউন্নদি য়াম্না থাগৎলি। মখোয়না ইজিপ চৎপা মতমদা ব্রাউনগা খোঙবু ওইমিন্নখি। ফ্রান্সতা লাকপা মতমদসু অদুগা টাইটানিক তোংলকপদসু মখোয় খোঙবু অদুম ওইমিন্নদুনা লাকখি। ব্রাউন্না মাদেলাইনবু নুংশিনা তৌবী। মহাক্না মীরোল্লিবসি থা তরুক মপুং ফাররুবনিনা অঙাং অদু ময়ুম লমদমদা পোক্লিংবদগী আমেরিকাদা লাকখিবনি। লুহোংলবা মতুংদা মপুরোইবগা লৈমিন্নরিবসি থা ৭ খক্তা মঙাইরি।

মখোয়না চৎলিবা খোঙচৎ অসিদা লোয়নরিবসি এস্টোরগী মীনাই ভিক্তর রোবিন্স, মাদেলাইনগী সেবা তৌবী মিস রোসালী বিদোইস অদুগা নর্স মিস কেরোলিন লৌজি ইন্দরনি। অতোপ্পা অমনা হই মচাগী জাৎতা পোক্লবা আইয়ারদেল কিটানি। এস্টোর হইবু য়াম্না নুংশিনা তৌই। মপু নীংবা হই শিংগী মনুংদা কিটী অমনি। অরোইবা মতম লাক্লবা ফাওবদা মপুগী মতুং ইনখি।

টাইটানিক তোংবগী টিকেট পুন্না ককই। টিকেট নম্বর পিসি ১৭৭৫৭ নি। মমলনা পাউন্দ ২২৪ শিলিং ১০ পেনি ৬নি। কেবিন সি-৬২ দগী ৬৪ ফাওবনি।

মিৎকুপ খরগী মনুংদা টাইটানিক শোয়দনা লুপখ্রগনি। "নুপী অমসুং অঙাং হিদা কাখৎলো" হায়না অকনবা য়াথং পীরকপদগী এস্টোরনা মাগী লোয়নবী

পুরগা বোট নং ৪ দা কাখংহনখি। মতম পুন্নমক্তা মোমোনতা নোকচরগ্তা লৈবা এস্টোরনি। কায়নরমদায় মিংকুপ্তা মহাক য়াম্না নুংশিনা মাগী লোয়নবীগ পৈশা খর শিন্নরকই, "সে, পৈশা খরসি লৌশিল্লু। কান্নবা লাক্কনি।" ঈশিং থৌরাংলকপদা থক্কবা ব্রান্দি ফ্লাক্স অমা পীরকই, "মসিনা থৌরাংবা পোক্লকপদা থকউ। শাল অসিনা হেন্না ঈংশিল্লক্কবা মতমদা ইল্লু ...।" য়াম্না নুংশিনা মাগী নুপীদা এস্টোরনা পুকমেন পাউমেন্নরকই। মাদেলাইন মপুরোইববু মিংকুপ অমা ফাওবা থাদোকপা পামখিদে। এস্টোরসু মদু মতায় মহাকপু থাদোক্লিংদবনি মরমদি মহাক মীরোল্লবীনি। ঙসি অয়ুক্তগী মশা ঙমদুনা লৈরক্লিবনি। মসি খল্লুবদগী এস্টোর ওফিসার লাইটোল্লরগী মনাক্তা চংশিল্লগা হায়, "মহাক মশা ঙমদবনি। অমবোমদা মীরোল্লবীনি। ঐ মাগা লোয়নরগা চৎপা য়ারোইদ্রা?"

লাইটোল্লরনা খুন্নকই, "যাবোই, নুপী অঙাং হান্না থাদোকখিগনি।"

সিফাই ওইনা হৌরকখিবনি। মশাগী ইজ্জৎ ঙাক্লা চৎপা পাম্বা মীনি। অনীরক শুনা রা মখা তারকখিদে। মাদেলাইন্না য়াম্না রাজবদু উরগা হায়বকই, "ঐ ত্তঙ্গা অমা য়েংলগা লাক্কবা তৌগে। নহাক নুংঙাইতবা তৌগনু।"

হিদু থাদবা হৌরকই। এস্টোর চংশিন্দুনা হংই, "হি নম্বর কয়ানো?"

"মরিনি।"

মাদেলাইন্না মপুরোইববু হন্না হন্না কৌজে অদুবু পাউখুমদি লাকখিদে।

হৌজিক মাদেলাইন নিউ য়োর্ক্তা থুংলরে। ময়ুমদা হল্লকপগী লম্বীদা মাবু পোকপা মপা উবদা ঙাইহাক লেপই। মপাদু মখোঙ শোকপদগী চৎপা ঙমদদুনা লৈরিবনি। মহাক লাক্কনি হায়বগী পাউ তাবদা কোম্থোংদা ঙায়রগা লৈরম্লি মপাগা রারী কয়া শান্নখিদে। রাহে অসিমদি হায়রম্মী, "মহাক্লা ঐবুদি নুংশিনা তৌবীখি।" মসি হায়রম্লগা মপাদা হায়ফেৎ য়েংলন্নগা ময়ুম পাংখি।

মাদেলাইন্না লুনা তৌজবা মখোয়গী মীনায় দবলিউ, ঐইচ. দোবিনগী মফমদা এস্টোরনা মাগীদমক রাজখিবদু রারী শীরগা তাহল্লিঃ

নুমিৎ অদুগী নুমিদাংরাইরমদগী হৌনা মাদেলাইন মশা ঙমদদুনা ফমুংদা পোত্থারগা লৈ। অয়ুক্তগী হৌনা নুংঙাইতনা লৈরক্লিবনি। টাইটানিক্লা উনগী চীংদা থেংজিনবা মতমদা মহাক করিশু খনখিদে। এস্টোরসু করিমত্তা খন্দনা লৈখি। খঙহৌদনা ইঞ্জিন অদুনা মুংশ্লবদা মপুরোইবদা করি তৌরবনো হংজে। এস্টোরনা করিসু তৌরম্লোই। চুম্নগী মুত্থংপা ওইরিগনি হায়না খুন্নকখি।

এস্টোর খঙনিংবা অমা য়াওনা থোঙনাও হাংদোক্লগা য়েংই। খঙহৌদনা উরকইঃ উনগী চীং অমা। এস্ট্রোর চিংনবা পোক্লপদগী ফি শেংলগা মপান থোরকই। ব্রিজদা লৈরিবা কেপ্টেন উন্নবা চংখি। কেপ্টেন অদুনা মঙোন্দা হায়রকই, "য়াম্না শাথীল্লবা থৌদোক অমনি।"

# টাইটানিক লুপখিবা

এস্টোর থুনা মাগী কাদা লাকই। মহাক লাইফ বেলট ফাজিল্লি। মাদেলাইন চংশিল্লকুনা মহাক্না বেলট ফারিবদু মতেং পাংই। মহাক্সু "ফ- রোল হেংদোক্কবা হায়রকপদা মথং মথং শেংচিনবা হৌরকই। লৈতেং ময়াম অমা শিজিল্লি। ঙক্তা দাইমন্দগী লীক মরী অচৌবদু শিজিল্লি। কনাগম্বশিংনা মাগী মতৌসি উবদা শোয়দনা হায়রক্লারিঃ মহাক নুমিদাংবাইবমগী কৈথেল কাবা চংকদৌরিববা? নুমিদাংবাইবমদা লন্দন সহবদা কৈথেল কানমদায়দা শেংনবা ফিজোলশিংগী করি অমত্তা তাদনা শেংলকই মাগী মতৌদুদা এস্টোর করি অমত্তা হায়বকখিবা লৈতে। মহাক থাজোংশেংবর্মাক্তি টাইটানিক্কী ওইরিবা ফিবম অসি করিমত্তা খঙবা লৈতে। মহাক ফি শেংপা লোইববদা মপুরোইবনা চৌকি অমদা ফমহল্লি অথাবা শাল অমা পীরগা হায়রকই. ' নহাক ঈংবা যাদবনি। লুম্নবা ফিসি ইনশিল্লু।" মতমসিদা ওফিসার অমা লাক্লগা মাদেলাইন হিদা তোংলনবা হায়বকই। গৌজিক মাদেলাইন ভাব তারক্লে। মপুরোইবন মাবু কোল্লগা হি লৈদবা মফমদ্ ঙানা পুবক্লি। লার্ডাবদু মায়ক শেংনা তারকইঃ জেন্টলমেন্শিং, ভুংদা চন্দোকপীধু, নিপা অমত্তা 'হদ কাখৎপ' য়াবোইং নুপী অঙাং খক্লো তোংগবদনি।

মখোয় অনীনা চৎমিন্নরিঙেদা য়াশিংটন্দা লৈবা স্মেদিস ইস্মাসীগী কেপ্টেন ব্রাইচ, দি স্টেফাসন্না মখোয় অনিগা মনাক্তা চংশিল্লক্লগা হায়নকইঃ মিস্ট্রেস এস্টোব হীদা কাখৎহনখিবনা ফরনি। এস্টোরনসু হায়বকই "অচুম্বনি। নহাক হিদা কাখৎপনা ফরগনি। ঐগীদমক থোয়না খল্লুরগনু। নুপী ময়াম চৎনবা লোইনস্লবা মতুংদা অতোপ্পা হি অমদা লাক্লবা তৌগে।"

জি, এ, ব্রেটোন কৌবা লোসএঞ্জেলিস অমনা মখোয় অনীনা য়াবী শান্নবদু তাহৌই। এস্টোবনা নুংশিনা মাগী নুপীদা চুপচরগা হায়বকখি, "ঐগী লাইবক্তা তম্নকপা খুদিংমক ইশানা যানা লৌজবা তাবনি।"

মাদেলাইন মপুরোইবা থাদোক্লগা মথন্তা চৎপা তারি। মহাক্না অহানবদা মপুরোইবগা পুন্না চৎমিন্নগনি খল্লুবনি। মতমসিদা মহাক মপুরোইবা থাদোকপা পামদবদগী চেৎনা কোল্লগা লৈরকই। ওফিসার অদুনদি অমুক্সু হন্না লাউরক্লিঃ থেংথবা য়াবা মতম নত্রে। হিদা তোংগদবা নুপী কনা কনা লৈরিবগে? অঙাং লৈরগদি থিল্লবা তৌরগনু। হি হোনগদবা মী লৈরবা নত্রা?

ফুট্রেল কৌবী নুপী অদুনা হায়বদা মাদেলাইনগী ফিবম অমা তৌরকখি। জ্ঞান মাংখিবা মাল্লি। মদু উবদা এস্ট্রোল হি মনুংদা মরিরক চোংথরকখি অদুগা হায়রকখি, "নহাক করি অমত্তা য়ারুগনু ঐ শোযদনা লাক্কনি।"

মখোয় অনীগী মতৌ য়েংবা ঙমদবদগী ওফিসারনা ফমফম অমা হাংলগা লৈবিবদুদা ফমহনগে খল্লুরবনি। মতমসিদা নুপী অমা লাক্লগা সীট অদুদা ফমখি।

হি মথাদা থাদবা হৌরক্লে। মহাক্না মঙোন্দা হন্ন হন্ন কৌবদু মহাক শোয়দনমক্কী তারমগনি নীংই। অহিং অদু য়াখলনা অঙীংবা পোকহনবা ঙমখিদে।

## টাইটানিক লুপখিবা

কারপাথিয়াগী মথক্তা লৈরবা মতমদা মহাক য়াম্না তোয়না রাম্বরকখি। মাদেলাইন্না হায়জেঃ ঐবু লায়কম্নরিবা দা. মেকঘীনা রাজখিবদু পুন্সিগী ওইনা কাউবা থক ঙম্রোই। ঐ মরক-মরক্তা জ্ঞান মাঙলকই। ভাব তারকপা মতমদা দাক্তরনা সেবা তৌবগা লৈরম্মী। মহাক অহানবদা সেবা তৌবীবিবা মী অদু কনানো খঙদে। কাবপাথিয়াগী সরজন্নি হায়বসি মমৈথঙদা খঙলকখিবনি।

দেনিয়েল কৌবা নিপা অমনা হায়বদা এস্টোব মীগী মতেং পাংবা য়াবা পাংলম্রগা টাইটানিক্কী অরোইবা পুংফম য়ৌরক্রবদা মহাক্সু অরোইবা ওইনা ঈশিংদা চোংথবকখি। দেনিয়েল হিংহৌবদা য়াওবা মী অমা ওইনা কাবপাথিয়াগী ফম্পাক্তা লৈববা মতুংদা মদেলাইন এস্টোব লাযকন্নবগা লৈরিবদু উবকই। মহাক অঙাওবীদৌনা মবক মবক্তা মপুবোইববু কৌবকই। অদুবু পাউথুমদি লাকখিদে। দেনিযেল মহাক্কী মতৌদু য়েংবা ঙমদুনা মমায লুকথবগা লৈখি।

মাদেলাইন হৌজিক যুমদা থুংলবে। অরাবগী মথক্তা পোৎলুম অমনা অমুক নম্থবকখি। মীগী মচিন থীংবা ঙমদে। ঙাংনবকইঃ মহাক্না যুম অসিগী মবেম্মা

ওইনা লাকখিবা নুমিত্তগী দশা মথং মথং .. মহাক্সু লুখ্রাবীশিংদা চল্লে। মসি থোক্তনবা হাযদুনা লুহোংবদু থীংনবা কন্না হোৎখির্বনি অদুবু মহাক্না ।''

এপ্রিল ২০দা এস্টোবগী মচা নিপা অহল ভিন্সেন্টনা মপাগী অশিবা হকচাং অদুতা ফংলগদি হাযদুনা থৌবাংনা ঙার্যবিঙৈদা পাউ লাকখি, ''অশিবা মযাম থেংনবগী মনুংদা ইহান হান্না মশক খঙবা ঙমখিবা হকচাং এস্টোবনা ওইবে। মহাকপু মশক খঙবা ঙমখিবসি মহাক্না শিখিবা দাইমন্দ অনী যাওবা খুদোপ, সনাগী কোচি পানবা পেটি, ... ফুবিংখাওদা দোল্লর ৩,০০০ সু যাওবম্মী। অশিবগী সার্টিফিকেৎ পীখিবা মহাকনা অহানবনি।

এস্ট্রোবগী হকচাং রাইন কেক্তা লৈবা ভিলেজ চর্চদা লৈবোন চনখি। থৌবম অদুদা চাপেলগী গিজা ঈশৈ শকপা ২৭ না মহাক্না যাম্না পামজবম্বা ''পীচ, পাবফেক পীচ'' যাওনা ঈশৈ অহম শক্লগা লোইশিনখি।

এস্টোব লৈখিদ্রবা মতুং থা মরি লৈবগা আগস্ট ১৪, ১৯১২ দা মচানিপা অমা পোকখি। মহাক্কী মমিং মপা মপুগী মিং লৌবগা জোন জেকোব এস্টোব তবুকশুবা কোই। পুন্সিগী নুংঙাইবা শরুক তমদ্রবী মাদেলাইন্নি। নৌনা লুখ্রাবী ওইববীনি। মচা পিশক অদুগা চহী মরি লৈমিন্নবম্লগা তুংগী পুন্সিগী যেংদুনা মহাক নৌহৌনা জুন ২২, ১৯১৬তা লুহোংখি। এস্টোরনা হিংলিঙৈদা লন-থুমগী মতাংদা যানখিবা অমা লৈ। মাদেলাইন্না নৌনা অতোপ্পা নিপা অমদা যুম পান্দনা ইমুং অসিগী নুপী অমা ওইনা লৈবা তারবদি দোল্লার মিল্লিয়ন মঙা ফংগনি। অদুবু মহাক নহানি। নৌনা লুখ্রাবী ওইদুনা লৈবা পামদবদগী লুহোংখিবনি। নিপা অদু মহাক্কী অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা শকখংনবক্রবা রিলিয়ম কার্ল দিকনি। মহাক হৌজিক অঙাং অনীগী মমা অমুক ওইরক্রে। অনীমক নিপানি। অহলনা রিলিয়ম

কার্ল দিক জুনিয়ার অদুগা অতোম্বদুনা জোন হেনরী দিক কৌই। করম্বা পেন্নদবা লৈবগীনো? নুংশিনা লুহোংখিবা মচা অনীশু ফংলবা মতুংদা জুলাই ২১, ১৯৩৩দা খায়নরকখি। খায়নববা মতুং থা ৪ লৈরগা নোভেম্বর ২৭, ১৯৩৩দা মশাগী চহী ২৬ শুরবা ইটালিয়ান বোক্সর ইনজো ফিরমোন্টেদা অহমলক শুবা ওইনা লুহোংই। মদুসু চহী মঙা লৈরগা অমুক জুন ১১, ১৯৩৮দা খায়নরকখি। পুন্সিগী নুংঙাইবা মপুং ইফা ফাদবগুম তৌই। থম্মোইগী লায়না অমদি অদুম চেন্নরগা লাকখি। লায়না অদুনা মরম ওইদুনা মশাগী চহী ৪৬ শুরকপা মহাক্কী অহানবা মপুরোইবা এস্টোরনা শিখিবা চহী মতাং যৌশিল্লকপা মতম মার্চ ২৭, ১৯৪০দা অরোইবা য়াহিপ তানখি।

## ৪। আইশিদোর অমসুং আইদা স্ট্রাওস অনীগী ৱারী

আইশিদোব স্ট্রাওস ফেব্রুযারী ৬, ১৮৪৫দা জর্মনীগী ওটর্সবর্গদা পোকখিবা লৌমী অমগী মচানি। মপাগী মমিং লাজারুস স্ট্রাওস কৌই। মচা মঙ পোকপগী মনুংদা আইশিদোবনা অহলনি। আইশিদোবনা অঙাং ওইরিঙৈ শোক ১৮৫৪ দা আমেবিকাদা যুম হোংলকখিবনি। জিওবজিয়াগী টালবোটাওনদা দুকান অমা হংনগা লৈবকখি। অমেবিকান সিভিল ৱাবদা কোনফেদবেট স্টেটস আমীদা যাওদুনা অচৌবা থৌদাং লৌখি। লান মতুংদা মখোয় নিউ য়োর্ক সিটিদা হোংলকখি। মহাক ইউনাইটেদ স্টেটস হাউস ওফ বিপ্রজেন্টেটিভগী মেম্বর ওইবমী। মহাক্না কংগ্রেসমেন ওইবকখিবসি জনুয়ারী ৩০, ১৮৯৪ দগী মার্চ ৩০, ১৮৯৫ ফাওবনি। মহাক দেমোক্রেট অমনি। মেসিজ দিপার্টমেন্ট স্টোবগী মপুনি। লল্লোনবা অমনি।

আইশিদোব মচিন-মনাওনা আব, এইচ, মেসী এন্দ কোংগী মপু ওইবা ওমখিবসি শোক ১৮৯৬দগীনি। আইশিদোরগী মনাও নিপা নাথাম লল্লোনবদা য়াম্না হৈ শিংই। ক্রোকেবী অমদি গ্লাসৱায়ার লল্লোনবনি। জর্মন জিউস আমেরিকান্নি।

মহাক রোসালি আইদা ব্লুন কৌবী অমগা শোক ১৮৭২ দা লুহোংখি। আইদা ফেব্রুয়ারী ৬, ১৮৪৯দা জমনীগী ৱোর্মসদা পোকখি। মপাগী মমিংনা নাথাম ব্লুন কৌই। মখোযগী ইমুং-মনুংসু আমেবিকাদা যুম হোংলকখিবনি। আইশিদোব অমসুং আইদা ময়ুম পাম্লবা মতুংদা মচা ৭ পোকখি। অমদি অঙাং ওরিঙৈদা লৈখিদে। চহী অহল ওইশিল্লক্লবা ফাওবদা মিংকুপ অমত্তা লাপ্থোক্লবা পাম্লখিদে। ঙাইহাক্তং উন্নদবদা চিঠি ইনগনি। কদাইদা লৈবনো হংনগনি।

আইশিদোর অমসুং আইদা মশুনুপী চহী ১৫ শুরবী বীট্রিস স্টাওস পুরগা শোক ১৯১২গী অঙনবদা য়ুবোপ কোয়বা লাকখি। অহানবা লাকপা মতমদা হাপাগী

লাইনর আমেরিকা তোংলগা লাকই। মখোয়গী মশু অহলদি জর্মনদা লৈরোরে। মশু স্কাওট স্কেপ্টেল লোক থুংলকপদগী নর্স অমগা ইংলেন্দদা থম্বীরম্লগা মখোয় টাইটানিক তোংলগা আমেরিকাদা হল্লকখি। আইশিদোবদি মহৌশানা য়ুরোপ চৎপা তাবগদি জর্মনগী জহাজ খক্তা তোংগনি। টাইটানিক অনৌবা মখলগী জহাজনি হায়বদুদা য়েংনিংদুনা টিকেৎ কক্লগা লাকখিবনি। মযাম্না টাইটানিক্কী অঙকপশিংদু ঙাঙনবা মখোয়সু তায়। মখোয়না টাইটানিক তোংলগা লাকপসিদা আইশিদোরগী চহী ৬৭নি অদুগা আইদাগীনা চহী ৬৩নি। মখোয়না লাকপসিদা আইশিদোবগী সেবা তৌবা জোন ফার্টলিং অদুগা আইদাগী সেবা তৌবী ইলেন বার্দ লোয়নবকখি।

টাইটানিক লুপখ্রগনি খঙনবকপদগী য়াত্রিক পুম্নমক হিদা তোংগদবগী হোৎনবকখি। হি মশিং য়ামদবনা নুপী অঙাং খক্ত তোংহনগবগী কল্লবা য়াথং অমা তৌবকখি। আইশিদোব আইদা বোট নং ৮গী মনাক্তা লেপ্লগা লৈ। ওফিসারনা নিপা হিদা কাবা যাগোই হায়বদুদা আইশিদোবনা মাগী নুপীদা হি মনুংদা কাখৎখিনবা হায়বকখি। মতমদুদা আইদা য়াবকখিদে। মহাক্না হায়বকই, "এম্খোয় চহী কয়া চুপ্পা লৈমিন্নবক্রবনি। নহাক্না চৎপা মফমদা এ চৎকনি" ওফিসারনা আইদাবু হি মথক্তা কাখৎনবা কন্না হোৎনবকখি অদুবু মহাক্না য়াবা ঙমখিদে। হি মনুংদা মহাক নমদুনা চংহনখি অদুবু আইশিদোবগী পাম্মোম পাম্বগা অমুক মথক্তা কাখৎলকখি। মহাক্না হন্ন হন্ন হায়বকই, 'নগাক য়াওদনা এ ইথক্তা খক চৎপা ঙম্রোই।"

মখোয় অনীনা ইলেন বার্দ কৌবী আইদাগী মতেং পাংবীদু হিদা কমহল্লগা দেক্কী ফম্পাক্তা লৈরিবা চৌকিদা নীঙায়দনা ফম্লগা লৈখি। আইদানা বার্দদ হায়বকখিবদু মহাক পুক্নিংগী কাউবা ঙমখিদেঃ "এ ইপুবেইববু থাদোক্লগা খক চৎপা ঙম্রোই। হিংলবসু পুন্না হিংমিন্নগনি অদুগা শিবা তাববসু পুন শিমিন্নগনি।"

ঈশিংনা থুমজিল্লক্রবা ফাওবদা অহল অনীদু থাদোক্লখিদে। ক্লাবগী বৌবী শিহৌদ্রবী নুপীদুনা হায়ঃ ঈশিং থুমজিল্লক্রে। মখোয় অনী মায়খোংদা অরাবা অমত্তা য়াওদনা পাম্মোম পাম্মোম কোম্নবগা লৈখি। আইদাদি মোমোন নোকপগুম তৌই।

আইশিদোব অমদি আইদা সমুদ্রগী ঈরোম্নুংদা টাইটানিক্লা লুপ্পদ য়াওরে। আইদাগী মতেং পাংবী ইলেন বার্দ হিংহোই, মহাক্না কাবপাথিয়া তোংলগা নিউ য়োর্ক্তা থুংলবদা খববগী রিপোর্টরশিংনা মঙোন্দগী পাউ লৌগদবগী ওয়শিল্লকখি। মহাক্না খবরগী পাউমীশিংদুগী মমাঙদা অহল অনীদুগী মবমদা থম্মোই শেংনা পাওদমখি। ইলেন বার্দ তশেংনা খঙইঃ আইদা মপুরোইবা নীংবীনি। মপুরোইবা নীংবগী অশেংবা মশক উৎপীখি। মহাক্কী অশেংবা থম্মোইদু আইশিদোবনসু খঙখি।

## টাইটানিক লুপখিবা

ইলেন বার্দ য়ুমদা থুংলবগা শা মতুগী জোম-জোম লাওবা কোট অমা আইদাগী মচানুপী অহল সরাদা পীশিল্লি। সরানা মদু লৌখিদে, হায়রকই, "ইমানা নঙোন্দা পীবল্লবনি, নহাক্কীনি।" কোট অসি আইদানা য়াম্না পাম্না শিজিন্নবম্বনি। টাইটানিক্কী ফম্বাক্তা লৈরিঙৈদা কাযনরমদায়দা আইদানা এলেন্দা হায়রকই, "কোট অসি ঐঙোন্দা লৈহৌবগী কান্নবা লৈররোই। সিদা নত্তে সনা লুপা অসিসু।" অসি হায়বগা ইলেন্দা কোটতু লিংহল্লি। সনা মযামদু শিজিনবী। আইদাগী মতৌদুদা ইলেন অঙকখি। মতুংদা আইদা কবি খল্লুববনো সনাশিংদু অমুক লৌশিনখি। কোট অদুদি অবোইবা ওইনা পীবকখি। আইদাগা মহাক্কা খঙনবক্লিবসি কুইদ্রি। য়ুমদা হল্লকপগী খোঙচত্তা ইংলিশ খঙবী অমা থীরকপদা এলেন থেংনবুবনি। লন্দনদগী লোয়নকখিবনি। চহী ৩০বোম শুরবা লৈশাবীনি। তেল্লবা মতম খব লৈমিন্নরকপদা আইদনা এলেনবু য়াম্না নুংশিখি। মচাশিংদা ইবা চিঠিদা এলেনগী সেবাদা পেঞ্জবগী য়াফোং ফোংদোক্লকখি। সবা মদু খঙবনিনা মমানা এলেন্দা পীবম্বশিংদু মাগী ওইহনখি।

পৃথীগী খবরশিংদা অহল অনীসিগী নুংশি রাবীনা অঙকপা পোকহনখি।

ওসিদি জিব্রুজ কমিউর্নটিনা মখোয় অনীগী নুংশি রাবীবু এব্রাংবা থাক্তা থমদুনা ইকায খুম্নবাক্লি। মরু ওইনা আইদাবু নুপী মবক্তা অথোইবীনি হায়না চাউথোকাবি। মযাম্না হায়নরকইঃ নুংশি-নুংঙোনগী রাবী কয়া তাব্রে। মখোয়শিংদু রাবীনি। আইদানা মপুরোইবা আইশিদোববু নুংশিজবসি শেমজিন শাজিনবা নুংঙায়নবা লীবা রাবীদু নত্তে, অশেংবা থৌদোক্লা উংথ্রবনি, অশেংবা নুংশিবদুনি।

রাহে অসিমক আমেরিকান দিজাইনর মিস্ট্রেস হেলেন চর্চিল কেন্দীনা হায়, "আইদা এমদি আইশিদোব অনীগী নুংশিবদি অশেংবা নুংশিবনি। টাইটানিক ওফিসার এমনা আইদাবু হিদা কাখৎনবা হায়বদা মহাক্না য়াখিদে। মপুরোইবা আইশিদোববু থাদোকপা ওল্লোই হাযদুনা কোল্লগা লৈখিবদু ঐ তশেংনা উহৌই। মহাক্না মমৈথঙদা জয় ওইখি। হি অদু থাদখিবা মতমদা আইদা মোমোন লোক্লগা মাগী রুমাল হাইরগা ময়ামদা বীদায় পীরকখি।"

রিলিয়ম জেন্নিংস ব্রায়ান্না হায়, "আইদাগী কথোকপা মতৌ অসিদি ওলদ টেস্টামেন্টদা য়াওবা অঙকপনা খল্লবা বুথগী রারীদুনি।"

স্টুদেবেকর কোরপোরেসনগী প্রসিদেন্ট ওইবিবা চার্লেস কার্লিশলেনা আমেরিকাগী প্রসিদেন্ট টাফদা চিঠি ইরগা হাযজখিঃ নুংশিবগী অশেংবা মশক উৎখিবী আইদাগী মূর্তি অমা য়াওনা টাইটানিক্কী থৌদোক্তা মথৌনা লৈনা শিল্লবশিংগী মূর্তিশিং রাশিংটোন ডি,সিদা শাবীয়ু। মরু ওইনা আইদা এস্টোরবু নীংশিংবনা ঐখোয় পুম্নমক্কী ইজ্জৎ হেনগৎহনগনি।

বৃটিশ কারগো সীপ মেকে-বেনেটনা অশিবা হকচাং ময়াম পুরগা লাকখি। আইশিদোরগী হকচাংবুদি থীবা ফংখি অদুগা আইদাগী হকচাংবুদি ঈশ্বরনা লোৎলগা থম্বীখ্রে। অশিবা হকচাং ইহান হান্না মশক খঙবা ঙমখিবসি এস্টোরনি। অনীশুবদা আইশিদোরনি। খবরদা ইনরকখিবা আইদাগী নুংশি ৱারী তানরকপদগী মীয়াম্না মাগী অশিবা হকচাং অদু য়েংগদবগী ঙায়নবকখি অদুবু উবদি ফংখিদ্রে। উবা ফংখিদবা অদুমক্তা আইদাগী মগুন হেনগৎলকখি। মহাক্কী মশক উবা ফংখিদ্রবসু চহী অদুমক্তা ফোংখিবা "দ টাইটানিক দিসএস্টর" হায়বা আইদাগী নুংশি ৱারীবু ঈশৈ ওইনা শক্তুনা জিউরিস আমেরিকানশিংগী থম্মোইদা চাওখোকচবা পোকহনখি।

আইশোদরগী হকচাং ব্রোঙ্কদা লৈবা ৱুদলাউন সেমিত্রিদা লৈরোন চনখি। লৈরোন চনবদুদা মী ৪০,০০০না শরুক য়াখি। মানহাটানগী অপব ৱেস্ট সাইদদা মখোয় অনীবু নীংশিংনবগী মেমোবিয়েল অমা শাখি। মানহাটান হায়বসি মখোয়গী দুকান মেসীজ দিপার্টমেন্ট স্টোর লৈরিবা মফমদুনি। স্টাওস পার্ক হায়বসি মখোয় অনীনা লৈরম্বা য়ুমগী শরুক অমনি। মদুদা ইবিঃ "হিংলিঙৈদা নুংশিনা অমদি নুংঙাইনা লৈমিন্নখি, অদুগা শিবা মতমদসু মখোয় অনী থাদোক্লখিদে।"

## ৫। নীংবা কায়রবী এসপ্লুন্দ মমা মচাগী ৱারী

টাইটানিক কায়দুনা সমুদ্রগী ঈরোন্নুংদা লুপখিবা মতমদা হিংহৌববসু কায়নখ্রবা মপুরোইবা অমদি মচাশিংগী খনবদা মিৎকুপ অমত্তা নুংঙায়ফম খঙদনা পুন্সি লেনখিবা অমগী মরমদা হায়বা তাবগদি সেলমা এসপ্লুন্দনি। মমাখক্তা নত্তনা মচানুপী লিল্লিয়ান গেট্রুদ হায়বীদুসু পুন্সিগী নুংঙাইবা কবিনো খঙদনা লেনখি।

সেলমা আগস্টা ইমিলিয়া জোহানসন ময়াম্না সেলমা এসপ্লুন্দ হায়রগা খঙনবা নুপী অদু ওক্টোবর ১০, ১৮৭৩ দা সুইদেনগী সমালান্দ কৌবা মফমদা পোকখি। মমৈথঙদা আমেরিকাদা ময়ুম হোংলকখিবনি। সুইদেন্দগী লাকখিবা কার্ল ও, এসপ্লুন্দ কৌবা নিপা অমগা শোক ১৮৯৮দা লুহোংখি। কার্ল ৱোরসেস্টব লেবররনি। মখোয় লুহোংলবা মতুংদা মাসাচুসেটগী মনুংদা লৈবা ৱোরচেস্টরদা লৈখি। শোক ১৮৯৬দা ফিলিপ ওস্কার পোকখি। ক্লারেন্স গুস্টাফনা শোক ১৯০২ দা পোকখি। শোক ১৯০২ ফায়বোক ওইনা লিলিয়ান গেরট্রুদ অমদি কার্ল ইদগর পোকখি। অতোম্বা ওইনা ইদভিন রোজ ফেলিক্স শোক ১৯০৭ দা পোকখি। শোক ১৯১২দা মপুরোইবগা লোয়ননা অঙাংশিং পুরগা বৃটেন্দা কোয়রুবনি। আমেরকাদা হল্লকপা

# টাইটানিক লুপখিবা

মতমদা টাইটানিক্কী থার্দ ক্লাসদা তোংলগা লাকখি। মখোয়না অহানবদা লাকখিবসি স্বেদেনদগী দেনমার্ক্তা লাক্লগা ইংলেন্দ য়োরকখিবনি। থার্দ ক্লাসকী টিকেট কক্লগা টাইটানিক তোংলকখি। মখোয়গী টিকেট নং ৩৪৭০৭৭নি। মতমদুদা সেলমাগী চহী ৩৮খক্তা ঙাইরি।

অহানবা খোঙচৎ হৌরকপদা কয়াদা নুংঙাইজখিবা। সেলমা জগোই শাগনি, থন্নায় তানা ঈশৈ শক্কনি, য়ু থক্লগা নুংঙাইখোক্কনি, জুবার শান্নগনি। মহাক্না তৌরিবসি মপুরোইবা কার্ল য়ানিংদে। নুংঙাইবা হেনমল্লবসু ফত্তে হায়বসি মহাক্কী থাজবনি। মখোয়না লাক্লবসি আটলান্টিক্কি। মহাক্কী অপাম্বদি সমুদ্র খোংবাল য়োরবা মতমদা নুংঙাইগদবনি। থাজোশেংবমক্তু মখা তানা তৌবক্তনবা কার্লনা সেলমাবু থেমজিল্লি। মখা তানা নুংঙাইজবগী মতমসু লৈখিদে। টাইটানক্কী অকিবা ফংলবা থৌদোক্তুনা পুম্নমক মঙগী মশক ওইহন্খি। অহিং অদুদা টাইটানিক্না উনগী চীংদা থেংজিনবা মতমদা মাগী পুক্লিংদা চিংনবা অমা কন্না পোকখি। নুংঙাইনা তুম্লিবা মপুরোইবা হৌদোক্লগা হায়রকই, "কবিগুম্বা থৌদোক অমা শোয়দনা থোক্লম্বা য়াই।"

এসপ্লুন্দ তুম্লম্বদগী হৌগৎলগা পাউ লৌবা চৎখি। হৌজিক খঙলে টাইটানিক উনগী চীংদা থেংজিনবদগী য়াম্না শাথীববা ফিবম অমদা লৈরে। মী খুদিংমক লাইফ বেলট ফাদুনা চেকশিন থৌবাং তৌনবে হায়বগী পাউ সেলমাদা তম্লরি। পাউদু তাবদা তুম্লিবা মচাশিংদু হৈদোকপীবগা মফি-মরোল শেৎচিনবী। মখোয় ৭নি। লাইফবেলট অমা য়াৎপদগী স্টৈয়ার্দদগী অমা লৌবগা শেৎচিল্লি। মখোয মযাম্না তৌনবিবদুগী হরাং যেংবা ওইনা মপান্দা থোরকই। মচানিপা অহল শাবা অহম কার্লনা শেন্নবগা সেলমানা মচা ফেলিক্স মখুৎনা পম্লগা মচানুপী লিলিয়ান অতোপ্পা মখুৎনা শম্লগ হি লৈবিবা দেক তানা লাকই। স্টৈয়ার্দ অমা থেংনে। মহাক্না হায়রমই, "থোইনা য়াবুগনু। জহাজ অসি অমুক হন্না চৎলগনি।" মহাক্কী য়াদু তাবদা মখোয় নীংশাথীরম্বদু ফখি। মতম অসিদা পাউ অমমুক লাক্লিঃ নুপী অঙাং হিদা চৎনবা শেম শাদুনা লৈবে। হি লৈরিবা মফমদু তানা মখোয় লাকমিন্নখি। লৈরম্লিবা হিদু নম্বর ১৫নি। হিদু শেন্নরিবা ওফিসার অদুনা মচাশিংদুগা লোয়ননা হিদা কাখৎকে তৌবদা থীংলকখি। মচা নিপা অহম ওস্কার, হগো, ঈদগর মপাগা লৈহৌবা তাখি। মমাগী মনাক্তা লৈরিবনা লিলিয়ান অমদি ফেলিক্সনি।

হিদা তোংলমদাইদা থোকখিবা থৌদোক অদু সেলমা পুন্সিগী কাউবা ঙমখিদে। হি শেন্নরিবা ওফিসার অদুনা নত্রগা মপুরোইবনা লিলিয়ানদু মখুৎ পায়রগা হিনুংদা লংশিনখি। মখুৎনা পল্লিবা ফেলিক্স মুল্লগা মাবুসু হিনুংদা লংশিনখি। মদুদা সেলমা মীপাইবা অমগা লোয়ননা কার্লদা হায়রকখি, "নহাক্না তৌরিবসি করি মতৌনো?" মদুগী পাউখুম পীরকপগী মহক্তা সেলমা

হিদা তোংহনগদবগী কন্না হোৎনরকখি। মপুবোইবনা তৌরিবদু মতৌদুদা মহাক কন্না য়ানিংদে মরমদি মহাক মপুরোইবা থাদোক্লগা চৎপা খক পামদে। ওফিসার অদুনদি সেলমাবু হিদা কাখৎহনগদবগী কন্না তকশিল্লক্লি। মরমদি হিদু মখাদা থাদগদবগী ঙাইদুনা লৈববনি। চৈবকসিদা হিনুংদা লৈবিবা লিলিয়ান অমদি ফেলিক্স কন্ন কপ্লকই। ওফিসাবদুনা লাউরকই, "মমাদু করি তৌরিবগে? অঙাংশিংসি য়াম্না কপ্লে। খিম্বা য়'বা মতম নত্রে।" অসি হারগা ওফিসার অদুনা সেলমাগী মখুৎ পায়বগা হিনুংদা চিংখৎলি। মদুদা কার্লনা মতেং পাংশিন্দুনা নমদুনা সেলমা হিদা কাৎখহনখি। সেলমানদি হায়জে, "কার্ল য়াওদ্রবসু মচাশিংগা পুন্না চৎমিন্নজগে।"

মমা-মচা মখোয় পুন্না চৎনবা কযারক হন্না হায়জবদা শীল-লাংলিবা ওফিসারশিংদুনা কবি অমত্তা তাবিখিদে। মপাদু নীংবা কাযনা বোদ মথক্তা লেপ্লগা নুংশুক-নুংজাননা মমা মচাদা য়েংলগা লৈরি। মচা অহম অদুদি অঙাং ঙাক্তা ওইবনিনা হৌজিক ওইবিবা ফিবম অসি কবি অমত্তা খঙদবগুম তৌবি' হিদা' তোংলিবা মমাদা মুন্না য়েংলম্লগা মখোয় অহমদু পংলাপ লাপ্তনা চেন-চোংদুনা শান্নবি। খব লাম্না চেম্লুরগা অমুক হন্নকই। মমানা মচাশিংদুদা কৌই। অহল শাবা ওস্কারদি খুম্লকখিবা মাল্লি। অদুবু মীয়ামগী নিল-খোংবদুনা তাবা ফংখিদে।

মতমদুদা হি থাদবা হৌরক্লে। এসপ্লন্দ বোদ মথক্তা লেপ্লগা লৈ। মচা অহমদু মপাগী মনাক্তা চেনশিল্লক্লগা মমাদা য়েংলক্লি। লিলিয়ান মবুংশিং অমদি মপানা মথক্তা লেপ্লগা লৈহৌবদু মুন্না য়েংজৈ। য়াম্না জ্ঞান তানা অমদি খঙনা য়েংবদি ওইরম্লোই। মরমদি মহাক্সু পিক্লিবনি।

কারপাথিয়াগী ফম্বাক য়ৌরকপা মতমদা সেলেমা মপুক্লিংদা য়াম্না ব্রারৌবা পোকখিবা মাল্লি। মফমদুদা মচাশিংদগী হেন্না চাউববা অঙাং খব লৈবা উবকই। মখোয়বুনা হিদা তোংহনবগী অয়াবা পীরগা মচাশিংবুনা অয়াবা পীবকখিদবা হায়বসি অরানবা খৌইনশিন্নি হায়না খল্লি। মঙোন্দা টাইটানিক্কী মবমদা হংলকপদা ব্রা ঙাঙদনা তুমিন্না লৈগনি। করিগুম্বা ব্রা ঙাঙখোরকপা তারবদি য়াম্না ব্রাবৌনা ব্রাহৈ অসিমদি হায়রক্লনি, "ঐ মখোয়না তৌখিবদু য়ানিংদে। য়াম্না পেন্দে।"

ব্রাহৈ খরসিনা টাইটানিক্কী ব্রারী ওইবগা পুল্সি লেনখি। খৌদোক অদুগী মতুংদা অমুবা ফিজোল নত্তনা অতৈ অমা শেংখিদে। অশিবা হকচাং ময়াম ফংবদা কার্ল য়াওরকখি। অদুবু নুংশিরবা মচা অহম অদুদি ফংবা ঙমখিদে।

অমরোমদা লিলিয়ান চাউরক্লবা মতমদা মমানা নীংবা কায়না হিংলবসিগী মরম মহাক মুন্না খঙই। মহাক্সু মদু মঙায় মাগা ক্লায়বোক পোকমিন্নখিবা কার্ল ইদগর লৈরম্লবদি মাগুম্না চাউরম্লগনি হায়না খনখিবা মীৎকুপ্তা সংসারদা লৈরিবা পুন্নমক কাউখোকখিগনি। মহাক্সু মমাদৌনা কন্নাগুম্বনা টাইটানিক্কী মরমদা

হংলকপদা ব্রা ঙাঙদনা তুঁমন্না লৈখিগনি। মমিন্তা উরক্কনি মপানা কার্লগী মখুৎ পায়বগা দেক মথক্তা লেপ্লগা লৈহৌবদু। মিংকুপ অদুদা মমিত্তা পিরাং শিম্বরক্কনি। পাউমী কযানা টাইটানিক্কী মবমদা ব্রারী লীড পৈশা পীগে হায়। মহাক পৈশা পামখিদে। ব্রারী লীউ হায়বা খক য়াখিদে।

মহাক রোর্চেস্টরদা লৈবা স্টেট মিউচুয়েল লাইফ ইন্সুরেন্সগী ক্লাক অমা ওইনা থবক তৌরমই। কারি করম্বা রাখল লৈপ্দগীনো খঙদে। মহাক পুন্সিগী য়ুম পানবগী রাখল লৈখিদে। মখোয়গী ইংখোল্লুংদা মখুৎনা থাজবা হৈ-লৈ থরদু ঈশিং চায়রগা সেবা তৌবনা মাগী পেঞ্জবা হন্দবদু ওইখি। মে ৬, ২০০২ মশাগী চহী ৯১ শুবদা মহাক শিখি। টাইটানিক লুপখিবদা শিদনা হল্লকখিবা আমেরিকা মচাশিংগী মনুংদা অরোইবা ওইনা শিখিবা মীশক্তু মহাক্লা ওইখি। মমানা শোক ১৯৬৪ অদুগা ফেলিক্সনা শোক ১৯৪৩ দা লৈখিদে।

## ৬। মার্গারেট "লুপ্পা নাইররোইদবী মোলী ব্রাউন"

টাইটানিক্কা সমুদ্রগী ঈবোল্লুংদা লুপখিবদা মরাইমক ফবা হিংহৌরিবা ময়ামদুগী মরক্তা মার্গারেট ব্রাউন অমনি। ময়াম্না মাবু লুপ্প নাইররোইদবী মোলী ব্রাউন হায়রগা খঙনৈ। মাগী মবুপশিংনদি 'মেগী' হায়নসু কৌই।

মহাক জুলাই ১৮, ১৮৬৭দা মিশৌবিগী হানিবালদা পোকখি। জোন অমদি জোহানাগী মচা নুপীনি। মখোয়গী তৌরকফমদি আইয়ারলেন্দনি। আইরিশনি। মশাগী চহি ১৯ শুরকপদা মাগা পোকমিন্নবা মবুং মথা অমগা কোলোরদোগী মনুংদা লৈবা লীদভাইলদা লৈণদবগী লাকখি। শোক ১৮৮৬ কালেনথা মনুংদা জেমস জোসেফ কৌবা নিপা অমগা থেংনখি। ময়াম্না মাবু জে,জে, হায়রগা খঙনৈ। কনাগুম্বনা জিম হায়নসু কৌই। চহী অদুমক্কী সেপ্তেম্বর ১দা মখোয় অনী লুহোংখি। মহাক্লা লুহোংবা মতমদা মশাগী চহী ১৯দা ঙাইরি। মতমদুদা জে,জেগী চহী ৩১ শুরে।

মহাক অহানবদা ইনাক খুনবা নিপাদা ময়ুম পানবা পামখি। জিম য়াম্না লায়রবা মীনি অদুবু মারগারেটনা মাবুদি য়াম্না নুংশি। অহিং কয়া তুমদনা খনখিঃ ইনাক খুম্বদা য়ুম পানবনা ফবরা? নত্রগা লাইরবা জিমদা লুহোংবনা ফবরা? নুংশিবনা মমৈথঙদা জয় ওইখি। মোলী ব্রাউন অচম্বী নুপী নত্তে। মহাক লাইরিক ই, দ্রমা কুমই, রাজনিটি য়াওই, মীওইবগী য়াইফনবতা খনবা, মীনুংশি লৈনা থবক তৌবা, নুপীনা ভোট পীবা য়াহনগদবনি হায়বা অন্দোলনগী লুচীংবীনি। মহাক্কী মপুরোইবা মাইনদা থবক তৌরম্মী। ব্রাউন্না মাইনদা থবক তৌরিবশিংগী চান-থক্লবা শেমদুনা সেবা তৌরম্বদগী নুপীশিংগী হক তানবদা পুক্নিং লুপখি। মপুরোইবনা তৌরিবা লিটল জোন্নী মাইন্দা সনাগী খনি অমা থেংনবদগী লনগী

## টাইটানিক লুপখিবা

মপু ওইরকখি। জে,জে, মাইনিং ইঞ্জিনিয়ার ওইরম্বদগী মমৈথংদা সুপরিন্টেন্দেন্ট ওইরকখি। মাইন অদুগী মপুনা মঙোন্দা চাউরবা রিৱার্দ অমা পীরকপদগী লায়রবা জে,জে সনা লুপা দোল্লর ২০,০০০,০০০গী মপু ওইরকই। মতম অমগী লায়রবা জে, জে, ঙসিদি মিলিনিয়র ওইরবনি। শোক ১৮৯৪দা মখোয় দেনভরদা লাক্লগা লৈখি। মফমদুদা লাকপদগী মারগারেট দেভনর রিমেন্স প্রেস ক্লবকী এসোসিয়েট মেম্বর ওই। রাজনিটি তৌবা খ্বায়দগী পামজে। শোক ১৯০৯দা য়ু, এস, সেনেটগী লমজেল য়াওই। মপুরোইবনা মহাক্লা পাল্লিবা লম্বীদা মতেং পাংদে। পুক্লিং থৌগৎপীদে। মেগিনা তৌবিবা থবকসিদা মপুরোইবনা থৌশাবীদে হায়বা মীয়াম্না খঙনবকই। ঈংকায়বদগী হায়গদরা মখোয় অনী চহী ২৩ চুপ্লা য়ুম পাল্লক্লবা মতুং শোক ১৯০৯দা মখোয খায়দোক্লব্দা সহি তৌনখি। মরী তংনবদি নত্তে। শেন থুমগী অরাৎপা লৈহনদে। থাদা দোল্লর ৭০০ পীরকই। হৌজিক্কী ভেলু হায়রগদি দোল্লার ১৭,০৫৪ নি।

টাইটানিক্কী খোঙচৎ হৌদ্রিঙৈদা মহাক ইজিপ, ইটালি অমদি ফ্রান্স কোয়রুরে। খোঙচৎ অসিদা মচানুপী হেলেন লোয়নরকখি। মশু নাবগী পাউ লাকপদগী খোঙচৎ তেনশিল্লর্কখি। মহাকপুময়াম্না 'লুপ্পা নাইরবোইদবী মোলী ব্রাউন' হায়রগা খঙনবকখিবসি টাইটানিক লুপখিবগী থৌদোক্তুগীনি। জহাজদু লুপখ্রগনি খঙলকপদগী হি নং ৬ দা তোংলকখি। মদুদা তোংলিবশিংদু নুপীনা অয়াম্বনি। নুপী ২১, নিপা ২ অদুগা চহী ১২গী নিপামচা অমনি। সমুদ্রগী ঈপাক্তা হিহোনবদু কিরকখি ময়াম অদু হিহোনবগী মতৌদুদা মীপায়নরকখি। হিহোনবা হৈত্রবনিনা লুপখিগদ্রা হায়বগী চীংনবা পোক্লকখি। মারগারেটনা অকিবা অমত্তা পোক্তনা নৌ পায়রগা ঈংলবা অহিংদুদা হিদু হোনবা হৌরকই। অহানবদা ময়ামদু মহাক্কী মতৌদুদা থোনা লৈবীনি খল্লুদে। মহাক লেপ্তনা পুং ৭ চুপ্লা হিদু হোল্লকখি। মহাক্কী মগুন খঙনরকপগা লোয়ননা মমিং মোলী ব্রাউন কৌই হায়বা খঙনরকই।

কায়নবগী মৈশা লাংবা য়াওদবনিনা অৱাবা তারবশিংগী মতেং পাংবা হৌরকখি। মখোয়বু কনবা লাকখিবা কারপাথিয়া জহাজগী মথক্তা লৈববা মতমদা ফার্স্ট ক্লাসদা তোংলকপা যত্রিকশিংদগী দোনেসন দোল্লর ১০,০০০ খোমগত্তুনা অৱাবা তারবশিংগী মতেং পাংবা হৌরকখি। যাত্রিকশিংদু মফি-মরোল শেংনইন্নবা লৈতবদগী ৱানরিবনি। ময়ামদুগী মতেং পাংখি। মহাক্লা তৌরিবা থবকশিংদু পাউ তান্নরম্লে। নিউ য়োর্ক য়ৌরকপদা খবরদা শিংথাদুনা ইরম্লিঃ মারগরেট ''লুপ্পা নাইররোইদবী মোলী ব্রাউন''। খবরগী রিপোর্টরশিংনা হংলকপদা মহাক্লা খুমখি, ''ব্রাউনগী লাইবক ফবা হায়বদুনি ঐখোয়বু লুপহনবা ঙমখিদে।''

মহাকপু মপুরোইবনা য়াম্না হরাওনা ঙায়রম্লি। লাপথোক্লা লৈনরিবনি হায়বা কনানা থাজগনি। থোনা ফরবী মহাক্লা কারপাথিয়াগী থৌজানবু শিংথারদুনা হায়ঃ

মহাক লাকপা উবদা সমুদ্রগী ঈপাক্লি হায়বসি লোইনা কাউহনখি। ফম্বাক য়োৎরক্লবদা মখোয়না তৌবীখিবা সেবাদুনা অম্বা-অনা তারবশিংদু মিৎকুপ অমত্তা ওইরবসু পোস্থাবা ফংহনখি। মপুবোইবা অমদি মচা কায়নগী মৈচাক খরমখৈদি কাওহনবা ঙমখি। মসিমক্তনা জহাজ অদুগী কেপ্টেন আর্থর হেনরী রোস্ট্রোনদা চাউরবা খুদোন অমা তমখি। মীয়ামগী সেবাদা থৱায় কৎখিবী মোলী মশাগী চহী ৬৫ শুবকপা ওক্তোবর ২৬, ১৯৩২দা সংসার থাদোকখি। মহাক্লা লৈখিদ্রে তাবদা য়াম্না নুংঙাইনখিদে অমদি পেন্নখিদে। মদুগী মরম হায়ববু কনাগুম্বা অমত্তা খঙদনা নুপীশিংগী হোটেলনি হায়না খঙনবা ই, ৬৩ শুবা স্ট্রীট্তা লৈবা মমিং চৎলবা বার্বিজোন হোটেলগী ফমুং অমদা শিরগা লৈরম্মী। মহাক্কী মপুরোইবা ব্রাউন চহী ১০গী মমাঙ শোক ১৮৯৪দা লৈখিদে। মচানিপা লরী অমসুং মচানুপী হেলেননা পেঞ্জখিদবসি কায়নবমদাই মতমদা মমাগা ৱাহৈ অমত্তা ওইরবসু ঙাঙনবগী তঞ্জা ফংখিদবা অদুনি।

# ৭। ব্রেস্ট মখৌনা লৈনা শিখি

শিরগনি হায়বা খঙলবনি অদুবু অবোইবা মিৎকুপ ফাওবদা নীংহন্নবা লৈতনা মাগী নুপী অমদি মচাশিংগী খন্দুনা নুংশিনা হোৎনজখিবা ব্রেস্টগী খৌনা লিংজেল নীংশিংদবা ঙমদে। ব্রেস্ট মাগী নুপীগা মচানুপী অনীগা পুরগা ময়ুম হোংবা পাম্বদগী টাইটানিক তোংলগা আমেরিকাদা লাকখিবনি। টাইটানিক শাগ্নীরবা ফিবমদা লৈরক্লবা মতম্মি। মহাক শোয়দনা লুপখ্রগনি খঙনরকপদগী যাত্রিকশিংদু হিদা তোংহৈনবা কন্না হোৎনবকখি। অদুবু অশিল-অবাং তৌরিবশিংনা নুপী অঙাং নত্তনা হিদা নিপা অমত্তা তোংবা য়াবোই হায়রকপদগী নুপীশিংনা মপুরোইবশিংগা কায়নবা তারকখি। ব্রেস্টসু উপায লৈতবনিনা মচাশিংগা মাগী নুপীগা হিদা কাখৎহনখি। মহাক খঙই মদুদি মহাক য়াওদ্রবদা মখোয় অহন্না ওইবুগদবা ফিবমদু। খঙন-খঙন অরোইবা বীদায় পীরকখি।

ব্রেস্ট সাউথবোর্নগী পাইসলে বোদদা লৈবনি। মশাগী চহী ৩৬ শুরে। মাগী নুপীগী মমিংনা আদা কৌই। মাগী অশেংবা মমিংদি আদা মেরী হায়বনি। মতমদুদা মাগী চহী ৩৩শুরে। মখোয় শোক ১৯০৫দা লুহোংখিবনি। মচানুপী অনীনি। অহলগী মমিংনা কোনস্টেন্স কৌই। চহী ৫ খক্তা ঙাইরি। মচা অতোপ্পাদি থা ১০ মপুং ফারকপদা ঙাইরি। আমেবিকাগী ফ্লোরিদাদা ময়ুম হোংগদবগী লাক্লিবনি। লৈজরম্বা সমপত্তি য়োম্বোক্লম্লগা আমেরিকা লৈরবদি নুংঙাইরগনি খন্দুনা লাক্লগা টাইটানিক কায়বদা ব্রেস্ট অমদি আদা নুংশি-নুংশিনা কায়নবা তাখি।

# টাইটানিক লুপখিবা

অহিং অদু মখোয় নুংঙাইনা তুম্লুরবনি। জহাজ অদু উনগী চীংদা থেংজিল্লুবে হাযবা খঙখিদে। ময়াম লাংনরকপগী মখোল তাবদা মিংকপ থোরকখিবনি। আদানা মপুরোইবদা হংই, "ময়াম লাংলিবসি করি তৌবগীনো? ইঞ্জিন্দু মুৎখ্রবা মাল্লি।"

রেস্ট হৌগৎলগা মপান থোকখি। লাইফ-বেল্ট পূরগা চংলকই। মহৌশাগা মান্নদবা শকফমদা হায়রকই, "নহাক অঙাংশিং অসিগা হিদা চংনবা শেম শাবো। টাইটানিক উনগী চীংদা থেংজিনবদগী য়াম্না শাথীবা ফিকম অমদা লৈবে।"

তুম্লিবা মচা অনীদু অমনা রেস্টনা কোনশিনবীরকই অদুগা অমনা আদানা কোল্লগা হি লৈরিবা মফমদু তানা লাকখি। হি নম্বর ১০নি। লাইর্ক্লিনদ তানকইঃ নুপী অঙাং খক্তা তোংগদবনি। নিপা তোংবা য়াবোই.

আদানা মপুবোইবদা হাযবকই, ".হাক য়াওদনা ঐনা অঙাং অনী অমিগ করম্না চংকদৌবিবনো?"

রেস্টনা খুম্লকই, "থৌনা লৈবা তম্মু। ঐ নিপানি থৌনা লৈনা থেংরক্লান।" আদা অঙাং অনীদুগা লোয়নরগা হি মনুংদা চংলগা ফর্মাখি.

মথক্তগী মপুবোইবনা হংলকই, "অঙাংশিংদু মবুক নাম্লকপদা পাংলনা শজোম য়াওরবরা?"

আদানা খুম্লকই, "ঐদি কাওরম্রে। দেক্তা লৈহৌরে।"

রেস্ট শজোম লৌবা চেনখি। মহাক্না শজোম পুবগা মফমদুদা খুংলবা মতমদা হিদু মখাদা থাদবা হৌরম্রে। মনাক্তা লৈরিবা থৌবী অমনা থরমোস অদু কিশিল্লগা মখাদা থাদরকই। আদানা থরমোসদু লৌরগা মপুবোইবদা যেংজে। হিদুনা ঈশিংদা তাউরকপা মতমদি মপুবোইবদু মীয়াম মবক্তা চংখিদুনা উবা ফংখিদ্রে। অদুবু আদা মমিত্তা শিম্বরক্লিবা পিদু তৈথোক্লগা মথক্তা হন্না হন্না য়েংখৎলক্লি।

হি শেন্নরিবা মীশিংদু য়াম্না চেকশিনবদি মাল্লি। মহাক্কী মপুরোইবনা মচা কোনস্টেন্স কোল্লগা হি মনুংদা থমগদগী চংলকপদা নিপা তোংবা য়ারোই হায়না খিংখি। রেস্টনা মতমদুদা হায়খি, "ঐ খঙই। অঙাং অসি মমাদা শিন্নগে তৌবনি।"

চহী ৪১ শুরবা মাসাবুমি হোসোনো কৌবা নিপা অমগা চহী ২৫ শুরবা নেশান ক্রেকোরিয়ান কৌবা নিপা অনীদুনা উপ্রাক্লা শিংল-শিংলদুনা লাক্লগা হি মথক্তা কাখৎলকখিবদু ওফিসারশিংদুনা উহৌদে। আদানা অসিমসু হায় মদুদি নিপা খর নুপীগী স্কর্ট শেৎলগা হিদা তোংলকখি। মখোয়শিংদু উরগা আদানা খল্লকইঃ ঐগী নুংশিরবা রেস্টদি মদুম্না তৌবা খক পামখিদে। মহাক নিপা ওইবগী থৌনা উংখি।

মহাক্লা কারপাথিয়াগী মথক্তা য়ৌরক্লবদা মপুরোইবা য়াওরমগদ্রা হায়না য়েংজে। কনাগুম্বা খরনা মপুরোইবগা অমুক হন্না উন্নবা ফংবদা নুংঙাইজবদু উবদা

মহাক্কু লাক্লমগদ্রা খন্দুনা য়েংলিবনি। অদুবু অমুক হন্না উবা ফংখিদে। অশিবা হকচাং ওইনসু উবা ফংখিদে। মপুরোইবগা কায়নবা মতমদুদা আদা মীরোল্লবীনি। চহী অদুগী লোইশিল্লকপদা মচানুপী অমা পোকই। মপুরোইবনা পীবিবম্বা থৌনা অদুনা আদা মচা অনীগা হিংবা ঙম্নবা কল্লা হোৎনরকখি। মখোয় অমুক হন্না ইংলেন্দা লাক্লগা মপুরোইবগা পোমিন্নবা মনাওনিপা ট্রুরোদা লৈবদুগী মনাকত্তা লাক্লগা লৈখি। মপুরোইবা কায়নখ্রবসু মীয়াম্না ঙাংনরকখিবশিংদু তারগা আদা য়াম্না পেঞ্জখিঃ রেস্ট থৌনা লৈবা মীশক্লি। মহাক টাইটানিক্কী হেবো অমনি।

মহাক মশাগী চহী ৭৪ শুরকপা শোক ১৯৫৩দা শিখি। কোনস্টেন্সনা শোক ১৯৮৩ মশাগী চহী ৫৬ শুরকপদা লৈখিদে। বারবরা দাইতোন রেস্ট শোক ২০০৭ মশাগী চহী ৭৬ শুরকপদা শিখি। মহাক্লা টাইটানিক লুপখিবদা হিংতৌবা বৃটিশ মচাশিংগী মবক্তা অরোইবা ওইনা শিখিবা মী হায়বদু ওইখি।

# ৮। টাইটানিক্কী খোঙচৎ য়াওরুবদগী লুহোংবনি

টাইটানিক কায়বদা শিহৌদ্রবা বেহব অমসুং হেলেন মখোয় মযুমদা থুংলরবা মতুং ইকুই কুইদনা লুহোংখি। টাইটানিক্কী খোঙচত্তা মচানুপী হেলেন য়াওরুনবগীদমক মমানা বেহববু রাবৌনা লৈরম্লিবনি। থাজোশেংবমক্তি বেহরনা নমদুনা হেলেনবু টাইটানিক্তা তোংহনখিবা নত্তে। বেহরগী মপুং ফাবা মমিংদি ক্রুল ঐইচ, বেহব কৌই। হর্মেন বেহর অমসুং গ্রেস হোরেলগী মচানি মতমদুদা মহাক্কী চহী ২৬ শুরে। মে ৩০, ১৮৮৫দা নিউ য়োর্কতা পোকখি। মহাক শোক ১৯০৬ তা য়ালগী গ্রেজুয়েদ লোইবকখি। মহাক মীয়াম্না শকখঙনরবা রেকেট স্পোর্টসদা মমিং লৈবা শান্নরোইনি। শোক ১৯০৭ দা রিম্বলদন্দা শান্নখিবা মেন্স দবলদা রন্নর অপ ওখি। মহাক্কী পার্টনরগী মমিং বীলস সি, রাইট কৌই। মহাক শোক ১৯১০দা আমেরিকান টিম অমগা লোয়ননা অস্ট্রেলিয়া চৎলুই।

মহাক্লা টাইটানিক তোংলকখিবসি ফ্রান্সগী ফার্স ক্লাসতা চেরবোর্গদগীনি। টিকেট নং ১১১৩৬৯নি। কেবিন নং সি ১৪৮নি। হেলেন অমদি বেকরিট মতৈ-মনাও অদুগা কিমবোল মতৈ-মনাও পুন্না মখোয় ইংলেন্দগী তোংলকখিবনি। হেলেনগী মপুং ফাবা মমিংদি হেলেন দবলউ, নিউসোম কৌই। লোগান অমসুং সারা সাম্প্রি নিউসমগী মচানুপীনি। বেকরিট মতৈ-মনাও হায়রিবসি হেলেনবু পোকপা মমা অমদি মমানা নৌনা মযুম পানখিবা পোক্তবা মপাবু খঙনৈ। মখোয়গী অশেংবা মমিংদি মিস্টর অমদি মিস্ট্রেস রিচার্দ লেউনার্দ বেকরিট হায়রগা খঙনৈ। মহাক দিসেম্বর ৩০, ১৮৯২দা ওহিওগী কোলম্বসদা পোকখিবনি।

# টাইটানিক লুপখিবা

মহাক্কী টাকেট নং ১১৭৫২ নি অদুগা কেবিন নংনা দি ৪৭নি। ফার্স ক্লাসতা তোংলকখিবনি। হেলেনগী চহী ১৯নি। মখোয় থা ২গী মমাঙদা মেদিটরনিয়ান সীদা কেদরিক তোংলগা চৎলুরবা মতুংদা টাইটানিক তোংদুনা লাক্লিবনি। হেলেন বেহরগী মচল নুপীগা ক্লাস অমত্তদা তম্নিন্নরকখিবা লুনা তিন্নবা মমান্নবনি। খোঙচৎ হৌরকপদা টাইটানিক্কী ফম্পাক্তা বেহরগা হেলেনগা ফম্মিন্নদুনা নুংঙাইনা ৱারী শামীন্নখি। কনানা খঙগনি মখোয় অনীনা নুংঙাইনা লৈমিন্নরবসি তাং ১৪দগী খুদোংথীবা মায়োক্লুরগনি হায়বা। করি থোক্লগদগে খঙদবনা মখোয় কোম্পতোন কৌবা অমগা পার্টি তৌমিন্নখি। কোম্পতোন ঙসি উন্নরির্বসিনা অরোইবনি। পার্টিদু লোইরগা বেহর মাগী কেবিন্দা লাকখি। মহাক্কা লৈরিবসি দেক দি নি। পোত্থারগে খল্লিঙেদা অহৌবা মখোলগা লোয়ননা জহাজদুদা করিগুম্বা অমনা ফুগ্ধরকপগুম তৌরকখি। জহাজ অদু নিকখি। মতমদুদা বেহর য়াম্না লুনা খল্লুদে। মরমদি মসিগুম্বা থৌদোক কয়া অমা মমাঙদা থেংনম্রে। পোর্টো রিকোগী খোঙচৎ লোইরগা হল্লকপদা মখোয়না তোংলিবা জহাজগা অতোপ্পা জহাজ অমা থেংজিন্নবগী থৌদোক অমা লৈখি। অদুবু হৌজিক তাখিবা মখোন্দু মহাক্কা খল্লিঃ অচৌবা পোৎ অমা শোয়দনা তেক্লুন্নগনি। অশুম্না খল্লিঙেদা ঙংলম্বা ইঞ্জিন খঙহৌদনা মুংখি। বেহব ৱাখল অমা তৌরগা মাগী কেবিন্দগী থোবকই অদুগা হেলেনগী মনাক্তা লাকখি। হেলেন্না লৈরিবা কেবিন্দু ই দেক্লি। মহাক্কা মফমদুদা থুংবা মতমদা মখোয় পুম্নমক হেলেনগী মনাক্তা লৈরম্মী। হেলেনগী মপা থোকপা দিক বেকরিথগা ৱারী খরা শান্নরবা মতুংদা থৌদোক্কুগী অশেংবা খঙনিংদুনা বেহর মথকথংবা দেক মথক্তা কাখৎলি। হেলেন্সু মাগী কোট অশ্নাবদু লিংলগা মতুং ইন্নরক্লি। থৌদোক অমা থোকখিবগী খুদম অমত্তা ফংদবদগী ই দেক্তা অমুক হল্লকখি। মতমদুদা দিক বেকরিথ স্কাউস কোর্টদা ঈশিং চংলকপগী পাউ পুরগা লাকই। কেপ্টেন অমা থেংনৈ অদুবু জহাজ অসি য়াম্না শাথীনা শোক্লে হায়বগী পাউ পীরমদে। উনগী চীংগা থেংজিন্নবগী পাউ ময়াম্না ঙাওনরিবদু খরমখৈদ্দি ত্তারকই। য়াম্না শাথীনা শোকপমক নত্তবসু মফম খরদা শোক্লে হায়বসিমদি খঙলে। মিনিট ১০রোমগী মতুংদা ওফিসার খরনা লাইফ বোটশিংগী মথক্তা কুপ্লম্বা দম্বুরশিংদু চিংথোকপা হৌরকই। হিশিংদু মখাদা থাদগদবগী থৌরাংনি। হৌজিক্তি মখোয় খঙলেঃ টাইটানিক খুদোংথীবা থোক্লে। লুপখিবা য়ানা লৈরে।

নুপী অঙাং ময়াম হিদা কাখৎহন্দুনা মখাদা থাদবা হৌখ্রে। হেলেন মীপায়বা পোক্লক্তুনা বেহরদা হংলকই, "ঐখোয় করি তৌগনি? নিপা তোংবা য়ারোই হায়রিবসি অচুম্রা?"

মতম অসিদা সিভিলগী ফি শেংপা মরেপ অৱাংবা নিপা অমা লাকই। বেহর লাক্লিবা নিপা অসি কনানো হায়বা খঙদে। মমৈথঙদা খঙলকইঃ জহাজ অসিগী মপু ইস্মেনি হায়বা।

# টাইটানিক লুপখিবা

ইস্মেগী মনাক্তা চংশিল্লগা বেহরনা বেকরিথগী নুপীদা হায়হল্লি, "ঐখোয়গী পার্টি অসি পুন্না হি অমদা চংমিন্নগে, য়াগদ্রা?"

ইস্মেনা খুল্লকই, "থাজোশেংবমক্কি, মেদাম, নখোয় খুদিংমক্কি।"

খুদোংচাবা ফংলবদা মখোয় থিম্বা তৌদনা হি মথক্তা কাখৎলকখি। হিদু থাদবা হৌরল্লগা মিনিট ৫ রোমদি মখাদা থাদরকপা য়াদনা লেপ্লগা লৈরকখি। মখোয়না তোংলক্লখিবদু হি নং ৫নি। মদুগী মরম হায়ববু ইস্মেনা মী খর হেন্না তোংহনবা পাবগীনি। নৌনা লাকপা মী মঙা হাপ্লবা মতুংদা ঈশিং ঈপাক্তা য়ৌরকখি। ঈশিংদা হেক য়ৌবগা হিদু হোনবা হৌরকই। দিক বেকরিথ অমদি বেহর মখোয় অনীমক হি হোনবা য়াওশিল্লি। মখোয়না কল্লা হোল্লিঙেদা টাইটানিক লুপথবা হৌরক্লে। পোকখায়বা হৌরক্লে। পোকখায়রকপগী মখোন্দু তাবদা হিদুদা তোংলিবা খুদিংমক নাকোং মেনশিল্লগা লৈখি। হি কল্লা হোল্লিবা বেহরগী মনাক্তা ফল্লিবা হেলেন্না হায়রকই, "হি অসি য়ুরবা মাল্লি ঈশিং চংলে। ঐগী খোঙদা লৈরিবসি ঈশিংনি।"

ঈশিং মরক্তা লৈরবনিনা হেলেন য়াম্না ৱানা খাংলম্লি। বেহর নৌ থল্লগা হেলেনগী খোঙ মোজাদু লৌখোকপীরগা শাগৎনবা হন্ন হন্ন নোয়বীরকই। মরমদি মাগী মখোঙদু ঈংবনা লোয়রম্লে। মহাক্না হেলেনগী সেবা তৌরিবদু উবদা মনাক্তা ফম্লিবা নিপা অমনা করি খল্লুরবনো খঙদে নিকেল প্লেটেদ ওইবা রিভোলভর অমা লৌখোরক্লগা বেহরগী নাকোংদা লোন্না হায়রকই, "খুদোংথীবা অসিদগী হের্নজিল্লকপা তারবদি নংগী নুপীদা রিভোলভর অসি শিজিন্নবা য়াগনি। মতুংদা ঐগী নুপীদা, অদুগা অরোইবদা ঐসু মসিনা কাপ্লগা শিগনি।"

মগাক্না খল্লিবা ৱাখল অসিমক্তি অফবা নত্তে। বেহরনা মঙোন্দা থাগৎলগা য়াম্না হৈ-শিংনা খুমই, "মতম্না পুরক্কনি।"

মহাক্না ফম্মিন্নরগা মখা তানা ৱারী শান্নবদু বেহর য়াম্না পামদে। অদুবু করি উপায় লৈরি। কারপাথিয়া জহাজ য়ৌরক্লিবা ফাওবদি বেহর য়াম্না ৱানা অহিংদু খাঙখি। নিপা অদুগী মমিং কবি কৌবগে হায়না হংনিংবগী ৱাখল পোকখিদে। মহাক মীয়াই চল্লবা চিং লেম্বা নিপা অমনি হায়বদি খঙহৌই। মখোয়না কারপাথিয়া য়ৌরকপদা নিপা দুগী মনাক্তগী লাপ্থোকপা ফংলবদা কয়াগী মতিক নুংঙাইজখিবা!

নিউ য়োর্ক য়ৌরকপা মতমদা হারমন, মারগারেট অমদি গেরট্রুদ উন্নে। মখোয়না মহাকপু চৌকিদা কম্পোর ইল্লগা তুমিন্না মরু লুকথরগা ফল্লিবা মপাগী মনাক্তা পুশিল্লি। পীরাংনা থুমহৎলবা মমিং অনীদু তৈথোক্লগা মচাবু চেংনা কোজ্জে। মহাক্কী ৱাখলদা টাইটানিক লুপ্লদা বেহরসু য়াওখ্রবনি খল্লুরবনি।

হেলেন মমাদু করি খনবগীনো হায়বা খঙদে। টাইটানিক্কী থৌদোক্তা মচা নুপী য়াওরুবদা শাওনীংবা পোকপগুম তৌই। মরম করিগীনো হায়বদু কনা অমত্তদা

হায়দোকখিদে। হেলেনদি টাইটানিক কায়খিবগী ৱারী শান্নবগা নুংঙাইজে। বেহব উনীংবগী খোয়রাংবা পোকই। মথং চহী লাকপদা মখোয় অনী লুহোংই। হেলেন্না খঞ্জেঃ টাইটানিক্কী থৌদোক্কা মহাক্কা লুহোংনবগী খুদোংচাবা ফংহন্নখিবনি।

## ৯। থরায় কনবীরকখিবা মহাক অদু কনানো?

শিবগদবা মীবু থরায় কনবীবা হায়বসে খ্বাযদগী চাউববা থওয়নি হায়নৈ। মিনি কাউটস কৌবীদু নিপা অমনা মাগী মচা অনীগা মখোয অহম টাইটানিক্কী থৌদোক্তা কনবীবকখি।নিপা অদু পুন্সিগী কাউব ঙমখিদে।

মিলি কাউটস অশেংবা মমিংদি ৱিনি কাউটস হাযবনি। ৱিনি ট্রিনোব কাউটস হাযবগসু খঙনৈ। আযাবলেন্দদ পোকখিবনি। মহমদুদা মাগী চহী ৩৬ শুবে। মপুবোইবা ৱিলিযম কাউটস নিউযোর্ক্তা লৈ, নুং অমদি উদা হকপগী থবব তৌই। মিনি কাউটস মচা অনী পুবগা নিউ যোর্ক্তা টাইটানিক তোংলগা লাকখি। মহৈ-মনাও পুন্না লৈমিন্নবা পাম্বদগী লাকখিবনি। মখোয লাকপদা থব হেন্না নুংঙাইবা সেকেন্দ ক্লাসতা তোংলক্লবা ৱিলিযম্না শেল মতিক চানা থাবকখি। অদুবু ৱিনি যাম্না চেকশিনবা পামই। থর্দ ক্লাসকী টিকেট কক্লগা লাকখি। টিকেট নং ৩৭৬৭১নি। মচা ৱিলিযম চহী ১১ মপুং ফাবে অদুগা লেসলীনা চহী ৮ হায়বক্রে লেসলীগী অতোপ্পা মমিং অমন নেভিল্লা হাযবগসু খঙনৈ।

নুমিৎ অদু নুমিদাংগী চাক চাবা তোক্লবা মতুংদা তুমগদবগী মহাক শেম শাবিঙেদা থোকখিবনি। মচা অনীদি হান্না তুমখ্রবনি। ঈংবনিনা ফি অথাবনা তুম্লিবা মচা অনীদা শুপ্পীববা মতুংদা মহাক ফমুংদা চংলকই। হেক তুমথগে তৌবগা ইঞ্জিন মখোন্দু নত্তব প্রমা তাবকখি। যাম্না হৈবা মখোন্নি। অদুবু মহাক খোযদোক্কা খন্থবুবা তৌদে ঙাইহাক্কী মতুংদা ঙংলম্বা ইঞ্জিন্দু মুৎখি। অবেপ্পা লৈতনা নুমিৎ নীনি-হুম্নি থৌবকপগী ইঞ্জিন্দু পোত্থাহল্লিবনি খল্লি। ফনা কুযনা লৈববা মতুংদা মপান্দা মী মযাম লাঙবগী মখোল তাবকই। সেলুন্দা ঈশৈ শক্কদবগী লাঙনরিবা ওইবমগনি খল্লুই। মহাক ঈশৈ তৌববসু তানিংথা পোক্তে। অহিং ওইবক্লবনিনা তুমহৌবনা হেন্না ফৈ খল্লিঙেদা থোঙ থিল্লকই। হৌগৎলগা হংই, "কনানো? করি হায়বগে?"

পাউখুমগী মহৎতা ৱাহং ওইনা হংলকখি, "লাইফ-বেলট ফংলববা?"

মিনি হংলক্লিবা ৱাহংদুদা অঙকপা পোকই। চিংনবা পোক্লকপদগী মপান্দা খোরক্লগা পাউ লৌই। হৌজিক্তি খঙলেঃ টাইটানিক যাম্না শাথীরবা ফিবম অমদা লৈরে। মী কয়া হিদা হোন্দোকপা হৌখ্রবনি। মহাক পাউদু তাবদা লাইফ-বেলট

ফংনবা হোংনবর্কখি। লাইবক থীবদি বেলট অনীদগী তেন্না কংবা ওমখিদে। মিলি লাইফ বেলট অহুম ফংদবা য়াদবনি মবমদি মখোয় অহন্নি। মী অরাকপা খুদিংগী বেলট অমা লৌবা পাম্বদগী অহেনবা লৈববা তংই। কনা অমত্তনা লৈ হায়বকখিদে। উনবা মী খুদিংদা মদুগী বাহংদু হংদুনতা লৈবকখি।

মী অমা লাক্লগা হায়বম্লি, "হি তোংহৌদবা তাববদি পুম্নমক অবেম্বনি।" মিলি বেলট মখা তানা হণ্ডখিদ্রে অদুগা হংনবা মীসু লৈবা উদে। তুম্লিবা মচা অনিদু হৌদোক্লগা হি লৌথিবা মফমদু তানা চেল্লকই হি লৌথিবা মফমদু মিলি খণ্ডদবনি, মচা অনীদুনা মাগী মতুং ইল্লি কনা অমত্তা লৈবা উদে। মফম খুদিং ইচিক চিকই। অমবোমদা ওইবমগনি খন্দুনা চংলুই। মী অমত্রা লৈতে। মিলি মচা অনিদুগা চাউববা জহাজদুগী মনুংদা লমাংনবে ঈংলব। মতমদুদা মিলি লাইবক্তা হমাং শিল্পবকই। মিলিযম্না হংলকই, ইমা, ঐখোযনা চংলিবসি কদাযদনো?"

লেংলীন হযবকই মী এমত্তা লৈত্রিবসি কাবগীনো?"

মচা অনীনা হংলিবদ খুম্বগা মহত্তা হায়বকই "যাম্না থুনা লাকউ।"

মতমদুদা ক্রিউমেন মানবা নিপা অমা খংহীননা উবকই। মহাক যদোমদগী লাকখদনা হয়হৌ দ। মিলি চংশিন্দুনা তংই, হি কদাযদা লৈবনো?"

নিপা অদুনা খুম্নকই ' ঐগী হযু ইল্লকউ

মতি মচা অনাদুগা নিপা অদুগী মতুং ইন্নবগা লাকই। ফার্স্ট ক্লাস ফাওবগা ক্রিউাশংগী কার্টস লৈবিবা অদুদা লাকই। মিলিনা মখোয় অহমগী বেলট অমা লৈভবগী থবী শাবুবদা নিপা অদুনা কবিগুম্বা চাংনবা অমত্তা লৈতনা মাগী বেলট অদু লৌথোক্লগা পীবকই। মিলি অণ্ডকপা পোকই।

' নহাক্কীদি কবি শিজিন্নগনি? '

' ঐগীদমক্তা থবীবুগনু।"

হৌজিক উবক্রে হি এমদা মী মযাম ওমশিল্লগা লৈবি। নিপা অদুনা হি মনুংদ মমা মচাদু ফমহল্লি। মখোযনা তোংলিবদু বোট নং ২নি। নিপা অদুনা হাযবম্লি, "মঙ্গল ওইবীউ। ' মিলিনা নিপাদুদ' থাগৎ বাহৈ পীগদবগী যেংথোবকপদা মহাক লৈবমদ্রে। কদোমদা চংশিবনো খণ্ডহোদে। মিংকুপ অমগী মনুংদা থোকখিবা থৌদোক্তি মিলি মমৈথণ্ডদা যাম্না নীংঙ্লকখিদে মবমদি মহাক্কী মমিং কবি কৌবনো খণ্ডহৌদবসি। তি শেন্নবিবশিংদুনা ঝিলিযম অহল ওইনা উরুববা মাল্লি। মহাক তোংবা যাবোই হাযনা অথীংবা পীবকই। মিলিনা হায "মহাক অঙাংনি " অসি হাযবগা মহাক্কা উপ্লিব টুপীদু লৌথোক্লগা যেংহল্লি। মহাক্কী টুপীদু শম্বী চেনা শাবনি। টুপী লৌথোক্লবা মতুংদদি থা মখা তাবকখিদ্রে।

কাবপাথিযগী ফম্বাক্তা লৈববা মতমদা নিপা অদু য়াওববা যেংলুই। মহাক্কা অদুগা মান্নবা অমত্তা উবা ফংখিদে।

মিলি মচা অনীদুগা মপুরোইবগী মনাক্তা নুংঙাইনা লৈবা ফংলবসু করিগুম্বা মতমদা মখোয়গী থবায় কনবীরকখিবা মহাক অদু নীংশিংলকখি। নিপা অদু থেংনরমদ্রবদি টাইটানিক লুপখিবদা মমা-মচা সমুদ্রগী ঈরোম্নুংদা লুপ্পমগনি।

ঝিনি চহী ৮৪ পুন্সিরম্লগা ফেব্রুয়ারী ২৯, ১৯৬০দা লৈখিদে।

## ১০। মঙলা তাইবংলা খল্লুবা

মপুরোইবা শিরম্লগনি খল্লুবা মিস্টেস কারটরনা কারপাথিয়াগী ফম্বাক্তা মপুরোইবগা অহানবা থেংনবদা মঙলা তাবংলা খনখি। মহাক্না মদু খল্লুরিবদু অঙকপা নত্তে। মখোয় হিদা তোংলগ লাকখিবদা মপুরোইবা য়াওরকখিদে। মপুরোইবনা মচা অনীগা লোয়নবা হিথক্তা ফমহল্লমই অদুগা নুংশিনা পাউমেল্লকখি, "অঙাং অনী অসিগা হান্না চৎলমউ। ঐসু মথংগী হি অমদা লাক্কবা তৌগে।"

মিস্ট্রেস কারটর খঙই। মপুরোইবনা হায়রিবসি মহাক অমদি মচানুপী অনীগী পুক্লিং থৌগৎনবা হায়রিবনি। নিপা অমত্তা হিদা তোংবা য়ারোই হায়না অকনবা চৈরাক লৈরিবনি। নিপা হন্দোকখিনবা হোৎনবদা নোংমৈ কাপখ্রবনি। হি মশিং য়ামদবনিনা নিপা খুদিংমক লৈহৌবা তাবনি। লৈরিবা হি খরসিদা নুপী পুম্নমক তোংলবসু কোন্নরোই খঙলবনিনা মহাক মচাশিংগা হিদা কাখৎলকখি অদুগা য়াম্না নুংশিনা মপুরোইবদা চুপচখি। মসিনা পুন্সিগী অরোইবনি খল্লগা চুপখিবনি। হি মনুংদা নুপী ৩০ খক্তু লৈরম্লি। মখোয়সু মপুরোইবা থ'দোক্লম্লগা হিনুংদা ফম্লি।

টাইটানিক অরোইবা ওইনা চাউরবা মৈবুলগা লোয়নবা পোকখায়রকপদা জহাজগী দেক মথক্তা লৈরিবা মীশিংদু মফম মবাং খঙদনা ঈশিংদা চোংথনরকখি। মখোয় অমত্তা হিংলমগনি থাজদে। ময়ামদুগী মবক্তা মপুরোইবসু য়াওখ্রবনি খনবদা থম্মোই শোক্লা কপচখি। মচা অনীদু চেংনা কোনশিল্লগা মপুক্লিংদা খল্লি, "নখোয় অনীসি ঙসিদগী মপা লৈত্রবা মচা হায়বদু ওইরবনিকো!" মিৎকুপ খরগী মমাঙদা ওইখিবা থৌদোকশিংদু ঙম্না নীংশিংলকখিঃ মপুরোইবনা টাইটানিক লুপখিবা য়াবগী অকিবা ফংলবা অঙকপা পাউদু পুরগা লাকই। পাউদু হেক তাবদা মহাক অমদি মচা নুপীনা হাথু-হাথু মফি শেৎচিল্লি। মচানিপাসু কনা অমতগী মত্তেং লৌদনা মথন্তা ফি শেৎচিল্লি। মচানিপাগী মতৌদুদা মপানা হায়, "ইচাদনি। থৌনা ফবা নিপামচা অমা ওইগদবনি।" ফি শেৎপা লোইরগা মপুরোইবগা লোয়নবা মথক্কী দেক্তা লাকখি। মপুরোইবনা মখোয়বু হি নম্বর ৪দা থম্বীরম্মী। অহিংদু মিৎকি পী কংখিদে। তুংগী ওইবকপা য়াবা পুন্সিগী মঙলান অমদা তাউরগা লৈখি।

# টাইটানিক লুপখিবা

মিস্ট্রেস কারটর মতম অমগী মিস লুসিলে পোলক হায়না খঙনখিবী নুপী অমনি। বালটিমোরদা লৈরকখিবনি। মপুরোইবগী অশেংবা মমিংদি রিলিয়ম ই, কারটর কৌই। ফিলাদেলফিয়াদগীনি। মচা অনীদু অমনা নুপীনি। মমিংনা লুসিলে পোর্ক কারটর কৌই। অদুগা অমদুনা নিপানি। মমিংনা রিলিয়ম প্রোন্টোন কারটর অনীশুবা কৌই। "বিল্লী" কারটর হায়রগা খঙনৈ। মতমদুদা মাগী চহী ১০ হায়রক্রে। মখোয় ফার্স্ট ক্লাসদা তোংলকখিবনি। খ্বায়দগী ঙক্লিবদি লুসিলেনা তোংলিবা হিদুদা হিহোনবা য়াওদে। মহাক মখোয় নুংঙাইতনা মপুরোইবা কায়নবগী রাখলদা লৈরম্মী। হিং হোনবীনবা লৈত্তে খঙলকপদগী নৌ পায়গা হোনবা হৌরকখি। মমাগী মতৌ উরগা বিল্লী ঙকখি।

নোংঙাল্লক্রবা মতমদা কারপাথিয়া লাকপা উবদা মীপুম খুদিংমক হরাউনরকই। লুসিলে মচা অনীদুগা কারপাথিয়াগী মথক্তা কাখৎলকখি। বিল্লীগী মশাদু কা হেন্না ঈংখিবদগী ফি অথাবনা কুপশিল্লগা লুম্লবা কন্না হোৎনরকই। অচা-অথক খর চাহৌনবা হোৎনরঙৈদা তুংলোমদগী কৌরকই, "লুসিলে!" তারক্লিবসি মপুরোইবগী খোঞ্জেলনি অদুবু খল্লকইঃ ওন্থোকপনি! ঐ রাখল অমা তৌরেদনা!

অমুক্তা কৌরকখি, "লুসিলে!"

হন্দক্তি লুসিলে করি খল্লুরবনো য়েংখোরকই। উরকইঃ মখুৎ থাজাৎলগা হরাওনা মোমোন নোক্লগা ময়াম মরক্তগী মপুরোইবনা চেম্থোরক্লিবদু।

"ঐসু অতোপ্পা হি অমা হোল্লগা লাক্লিবনি।"

মঙ ওইরবোই খল্লুবনি। মঙ ওইরমদ্রে। মপুরোইবনা নুংশিনা কোনবীরকপদা লুসিসে কয়াগী মতিক নুংঙাইজখিবা!

মপুরোইবনা মহাক্লা মতৌ করম্না লাকখিবনো হায়বদুগী রারী লিরকইঃ মখোয়না তোংখিবা হিদু চৎখ্রবা মতুংদা কারটর হেরী রাদনরগা মহাক্লা থেংনৈ। মখোয় অনীমক লাইফ-বেলট ফাজিল্লি। মহাক্কী রাখলদি হি তোংবা ফংদ্রবসু যেশা উপায় তৌরগা ঈরোইরগা চৎপা হায়বসিনি। মখাদা লৈরিবা হি অমা ফংনবা হোৎনদবা য়াদে। মহাক্লা রাইদেনরদা হায়, "হেরী, লাকউ। খুদোংচাবা করি লৈরিবগে য়েংলুশি।" মহাক্লা খুম্লকই, "বিল্লী, ঐদি চাউরবা জহাজ অসিগা লোয়নখ্রগে খল্লি।" মহাক্কী রাখল অদুদা অয়েৎপা পীরুবা তৌদনা মহাক স্টার্বোটগী নাকলদা লৈরিবা এ দেক্তা লাকই। মফমদু য়ৌরকপদা মহাক্লা উরকইঃ ইস্মে অমদি ওফিসার খরগা লোয়নরগা হিদা নুপীশিং হাম্লবা হোৎনরি। মহাক্সু চংশিন্দুনা মতেং পাংই। হিদুদা নুপী অঙাং পুন্না ৪০ রোম্লি। ইস্মেনা লাউরকই, "মফমসিদা নুপী কনা কনা তোংগদবা লৈরিবগে?" হন্না হন্না লাউই। পাউখুমদি লাকখিদে। হি অদুদা অহাংবা সীট খর লৈবদগী ওফিসার অমনা হায়রকই মদুদি নুপী অঙাং লৈত্রবদি নিপা খর তোংবা য়াখিগনি। নিপা খরদুগী মনুংদা ফার্স্ট ক্লাস যাত্রিক্তা খুদোংচাবা পীরকই। মহাক্লা খুদোংচাবদু ফংলকখিবনি।

ইমুং মনুং পুন্না উন্নবগী নুংঙাইবদু মযুম হেক য়োরকপদা তোকঙা শন্দোকপশিংগী লাংদা থুখি। হায়নরকইঃ কার্টর নুপীগী ফি শেংলপা নুপী শারগা হিংলকখিবনি। ইকায়বা নংলবা বিন্নী নুংশিনা লুহোংজখিবা নুপী কায়নবা তাখি। অদুবু মহাক হিরম অমদা নীংবা কায়রবসু শান্নবদা থবায় লুপখি। পোলো প্রেয়ার অমদি ক্লবমেন ওইরকখি। শোক ১৯৪০দা পালম বীচদা লৈখিদে।

## ১১। স্টেঙেল মতৈ-মনাও উন্নবগী নুংঙায়বা

টাইটানিক লুপখিবদা মতৈ-মনাও কয়া কায়নখ্রবনি খন্দুনা লৈরিঙৈদা অমুক হন্না উন্নবা ফংখিবশিংগী মনুংদা হেনরী ই, স্টেঙেল মতৈ-মনাওসু অমনি। স্টেঙেল নেৱার্ক এ, জে,গী ১০৭৫ বোর্দ স্ট্রীটদা লৈবনি। স্টেঙেলগী মপুংবা মমিংদি চার্লস ইমিল হেনরী স্টেঙেল কৌই। নোভেম্বর ১৯, ১৮৫৭তা পোকখি। মহাক্কী মপা মপুগী হৌরকফমদি জর্মনিনি। মাগী নুপীগী অশেংবা মমিংদি এন্নি মে মোমিজ কৌই। মখোয়না টাইটানিক তোংলগা লাকপা মতমদা স্টেঙেলগী চহী ৫৪ শুরে। অদুগা মিস্ট্রেস স্টেঙেলগী চহী ৪৪নি। ফার্স্ট ক্লাসতা তোংলকখিবনি। মখোয়গী টিকেট নম্বর ১১৭৭৮নি। কবিন নম্বরনা সি-১১৬নি।

উনগী চীংগা থেংজিন্নবা মতমদা মখোয় তুমগদবগী শেম শারি। চিংনবদগী মখোয় মপান থোরকই। মখোয় টাইটানিক্কী ওইরিবা ফিবম খঙলকপদগী হিদা চংহৌনবা শেম শায়। মিস্ট্রেস স্টেঙেলনা মপুরোইবদা হায়জে, "ঐ নহাক য়াওদনা করম্না চংকনি?" স্টেঙেলনা মোমোন নোক্লগা খুন্নকখি, "হিদা লৈগদৌরিবসি মতম থরগীনি। ঐসু অতোপ্পা হি অমদা লাক্লবা হোৎনগে। নহাক হান্না তোংহৌদবা য়াদবনি।" অসি হায়রগা মাগী নুপীবু নুংশিনা চুপ্লগা হিদা কাখৎহনখি। হি নং ৫দনি। মিস্ট্রেস স্টেঙেল হিদদা চৎপা ফংলবসু ওম্বোকপা দশা অমদি লোয়নবা তারকখি। হিদা ফমথবদা মঙায়রি। দা হেনরী দবলইউ ফ্রেউএনটাল কৌবদু হিনুংদা চোংথরকপদা স্টেঙেলগী মথক্তা তাশিন্নি। য়াম্না শাথীনা শোকপমক্তি শোকখিদে। ফ্রেউএনটাল পাউন্দ ২৫০ লুম্না চাউখ্রবা মীনি।

থাজোশেংবমক্তু স্টেঙেল মহাক্কী নুপীনা অহানবা হিদা চংহনখ্রগা মহাক্না খুদোংচাবা অমা ফংবদগী ইমর্জেন্সি হি নং ১দা য়াওরকখিবনি। হি অদুদা মহাক হায়জরগা তোংলকখিবা নত্তে। হি অদুদা মী তোংহনবগী থবক চঙ্খরিঙদা মথক্তগী ওম্বথরক্লুনা হি মনুংদা তাশিনখিবনি। মাগী মতৌদু উববদা অহানবা ওফিসার মুর্দোগনা হায়রকখি, "অহিংসিদা থোক্লিবা

খৌদোক ময়ামসিংগী মনুংদা মসিনা খ্বায়দগী লাইবক ফবা হায়বদু ওইরবনি।"

মহাক্না তোংলিবা হি অসিদা সার কোসমো দফ গোর্দোন অমদি মাগী লোয়নবী লেদি লুসিলে দফ গোর্দোন তোংলকই। মখোয়না হি অসিদা তোংলকখিবগী মরমদা তোকঙা ময়াম শন্দোরকখিঃ স্টেঙেল হিদা ওষ্বরকখিবা নত্তে গোর্দোন্না হিহোনবশিংদা পৈশা পীদুনা হি অসিদা অতোপ্পা মী ঈশিংদগী কাখৎলক্তনবা লাপ্পা হোন্দোখো হায় "। মীগী মচিন হায়বসি মেনবা ঙম্বা নত্তে। স্টেঙেলনা খোকখিবা খৌদোক অদুগী মরমদা অশেংবদু পাউদম্মীঃ হিহোনবশিংদু হি হোনবা কয়া হৈত্তে। মখোয়গী মতৌদু উবদা গোর্দোন্না ফাগি তৌরগা হায়রকখি মদুদি হি ফজনা হোল্লবদি খুদোলপোৎ অমা পীগনি। অসি হায়রগা হিহোনবা অমদা চুরুট মচৈ অমা লানখি। মমৈথংদা লেদি দফনা পৈশা হিহোনবশিংদা পীখি।

মিস্ট্রেস স্টেঙেলনা হায়বদা মহাক্না তোংলিবা হি অদুদা থক্লবা ঈশিং অমত্তা য়াওদে। ময়ামদুগী মরক্তা মহাক্না খর হেন্না ঈশিং খৌরাংলকখি। মী কল্লবা জহাজ কারপাথিয়া লাক্লমদ্রবদি মখোয় লোয়নমক অরাম-খৌরাংবনা শিরমগনি। অতৈ হিশিংদদি চানবা-থক্লবা য়াওরমদুনা ময়াম য়েন্নরগা চাম্মিন্নৈ হায়। মখোয়গী হি অসিদদি অদুগুম্বা চানা-থক্লবা পুরকপা মী অমত্তা য়াওদে।

মিস্ট্রেস স্টেঙেল মপুরোইবগা অমুক হন্না উন্নবা ফংবগী নুঙায়জরবসু খোকখিবা খৌদোক অদু নীংশিংলুবদা মহাক খঙহৌদনা তু চুংলক্লনি। মহাক্না তোয়না হায়জেঃ অকিবগী মশক ওইরবা খৌদোক্নি। মসিগী অকিবা খৌদোকশিং অসিনা ঐবু পুক্নিংগী ওইনা তুমহনবা য়াগনি থাজদে। মসিবু অশুম নীংশিংদুনা লৈবা তারবদি ঐগী ওইনদি শিখিবনা হেন্না ফৈ।

মখোয়না তোংলিবা হিদুগা টাইটানিক্না লৈরিবদুগা গজ চনীখক্তনি লাপ্পরিবা। থাজৈশেংবমক মহাক্না কপখায়রকপগী মখোন্দুনা তোংলিবা হিদু নিকহনখি। উনা অমা তাউরগা লৈবগুম নীংই। নিকপদা হি অদুসু ঈশিং মনুংদা লুপল্লগনি খল্লি। মরক অদুদা নুপী অঙাং কয়ানা অকিবা পোক্লদুনা কপ্পকখি। মরু ওইনা নুপী ময়াম অসিবু হেন্না অকিবা পোকহনখিবসি চিনামেন অমদি নোংপোক্রোমগী ওরেন্টেল মচা অনীদুননি। মখোয় অনীদু নিপা ওইবগী মগুন অমত্তা চেন্দে। নৌ পায়রগা হি হোনগনি হায়বগী রাখল অমত্তা লৈতনা হৌনা কপ্পকই। নুপীনা তৌগদবা মতৌদু মখোয়না তৌরক্লবদা মখোয়গী মরক্তগী চৈরকপা য়াওরকই। অদুবু মখোয় অনীদু তশেংনা কিবা হায়বদু ওইরমাল্লে। অহিংদু য়াম্না রানা খাঙখি। নুপীনা খৌনা ফুদোক্লগা নৌ পায়রগা হি হোনবদু মখোয় মিংচিনা ফাওবা য়েংলকখিদে।

মিস্ট্রেস স্টেঙেল অহিং অদু রাখলনা পোম্থাহনখিদে। মপুরোইবা কায়নবা হায়বদু ওইরবনি খল্লুবদা মখোল খোক্তনা কপখি। ঙায়হাক্সু পুকচেল চাউখোকপগী

# টাইটানিক লুপখিবা

মওংদা পাক্লবা ঈপাক অদুদা য়েংলুরি। থা থোরক্লবসু থাশিরমদায় ওইবনা মঙাল মপুং ফাদে। অমম্বগী শরুক্লা হেল্লি। অমম্বা ওইবনিনা ঈপাক অদু পাক চাউনা উদে। মহাক্কী রাখলদা কোম্নেক্তিকুটদা লৈবা পাংতু ওইরবোই খল্লুরি। হায়রিবা পাং অদু পংচাউ চাউদে। অদুবু পিকচরবসু য়াম্নদি নিংথীজবা পাংনি। মহৌশাগী মতৌগুম্না নুংঙাইরবা রাখলগা লোয়ননা পাং অদুগী মপান্দা হৌজিকমক মপুরোইবগা লৈমিন্নরিবগুম খল্লুরি। মঙলান অদু তশেংনা মঙফাওনরকখি। কারপাথিয়াগী ফম্বাক য়ৌরক্লবদা মপুরোইবগা অমুক হন্না উন্নবা ফংবদা কয়াগী মতিক নুংঙাইজখিবা। মপুরোইবনা লাকখিবদু য়াম্না হন্থবা থাক্তা লাকখিবা নত্তে হায়বা খঙলকই। ক্রিউ খরগী মতেংনা হি মচা অমা তোংলগা লাকখিবনি।

মখোয়না কারপাথীয়াগী ফম্বাক য়ৌরক্লবা মতমদা হান্নদগী খঙনরক্লবা জুরার শান্নবদা মমিং চংলবা জর্জ বোরাদলী একা "ব্রেরেটোন" কৌবা নিপাদু থেংনৈ। মহাক যেসা উপায় তৌরগা হি নং ৯দা তোংলখিবনি। নিপা অদুগা য়াম্না নকশিন্না তিন্নবা কয়া পান্নুদ্রবসু নিউ য়োর্ক্তা থুংলা মতুংদা জের্সিদা লৈবা য়ুমদা দিন্নর অমা চামিন্নবা পাম্বদগী বার্ত্তন তৌরুবদা বেরেটোন মাগী মশেন নিপাগা লোয়ননা লাকখি। মতুং তারকপদা নোংমা মখোয় অহম হোটেল সেভাইলদা অমুক উন্নে। বোরাদলী মশেল নিপাদু শগোল লমজেল তান্নবদা য়াম্না পামজবা মীশক্লি। লমজেল অদুগীদমক দোল্লর ১০০০ দরকার লৈবগী রারী শান্নরিঙৈদা পুলিস লাকই। মখোয় অনিদু পুলিস লাকই হায়বা করিদগী খঙখিবনো খঙহৌদে। মিকুপ অমগী মনুংদা মাঙখি। স্টেঙেল ঙক্লা য়েংলগা লৈহৌই। মরাইবক ফবা হায়বদুনি। পুলিসনা মখোয়বুদি ফাবা ঙমখিদে। নুমিং অদুদগী স্টেঙেল বোরাদলী অমুক হন্না উন্নগে খনখিদ্রে। মখোয়দগী লাপথোকখিনবগী লম্বী থীরকখি। লাইবক ফবা হায়বদুনি। মমৈথঙদা তারকইঃ চহি ৬৭শুরবা ব্রেরেটোন মথন্তা নোংমৈনা কাপ্প্রগা জুলাই ১৬, ১৯৪২দা শিগ্রে। পাউ অদুনা স্টেঙেল পুক্লিং লৈতানা লৈজবা ফংহনখি।

স্টেঙেল পুক্সি শাংখিদে। এপ্রিল ১৮, ১৯১৪ দা লৈখিদে। টাইটানিক লুপখিবদা হিংহৌবা মী ৭ ইকুই কুইদনা শিখি। মখোয়শিং অদুদি মেরিএ নেকিদ, ইউগেনি বেকলিনি, আর্চিবেল গ্রেসি, মেরি স্পেন্সর, মেক্সমিল্লিয়ন ফ্রোলিকর, কোমেল্লা এনদ্রউজ অমসুং ইলিজাবেথ হোকিংনি। স্টেঙেলনা নিপালশুবা মীশক ওইখি। মিস্ট্রেস স্টেঙেল জনুয়ারী ২২, ১৯৫৬তা লৈখিদে।

## ১২। মীনা নীংবনা অমা লাইনা তম্বনা অমা

মপুরোইবা কায়নবগী ৱারী লীরগা পুল্সি লেনখিবা অমগী মমিং পনবা তারবদি মিস্ট্রেস কোল্লিয়রনি হায়গনি। মাগী অশেংবা মমিং চার্লোটি কৌই।

সেকেন্দ ক্লাসগী কেবিন্নি। মখোয় নুংঙাইনা তুম্লুরবনি। টাইটানিক খুদোংথীবা নঙলে হায়বসি মখোয় করি অমত্তা খঙদে। মপান্দা মী লাংবগী মখোল তারকপদগী মাগী মপুরোইবা কোল্লিয়র হার্ভে হৌগৎলকই। মচা নুপী মার্জোরি "লোটি"' অমদি মাগী লোয়নবী চার্লোটি তুম্বা কায়হনবা পামদবদগী তুমিন্না মপানগী দেক্তা থোরকই। যাত্রিক অমনা হায়রকইঃ হৌজিক টাইটানিক্কী ফিবম য়াম্না লুনা লৈরবনি। লাইফ-বেলট ফাজিল্লু। নুপী অঙাং য়াওরবদি থিম্বদনা হিদা তোংহনগদবনি। মহাক পাউদ্দ হেক তাবগা থুনা য়াংনা লাক্লগা মমা-মচা হৌদোকই। ফিরোল শেংচিল্লি। পম্বা তৌদনা হি লৈরিবা মফমদু তানা মখোয় অহুম লাকই। বোট নং ৩ মখাদা থাদগদবগী থৌরাং তৌরগা লৈরিবদু উরকই। লাউরকইঃ নুপী অঙাং খর তোংবা য়াখিনি। কনা কনা লৈরিবগে?

হিদা নুপী অঙাংখক্তা তোংগদবনি নিপা য়াওবা য়ারোই হায়বা খঙলকপা মতমদা চার্লোটি ৱাখলনা ফুম্বংনরকইঃ ইপুবোইবা য়াওদনা ইচানুপীগা করম্না চংকনি। অদুগা মহাক্তা ওইহৌগদৌবিবা ফিবম্না করি? ৱাখল অসি খল্লুরগা খোঙ থাংবা ঙম্লক্তে। মপুরোইবদা হায়জে, "নহাক লৈহৌবা তাবিবরা?"

"ঈশ্বরনা শিল্লকপা লীলানি। করি অমত্তা খল্লুরগনু।"

মহাক্তা মদু হায়জরবসু চার্লোটি মমিত্তা অরেপ্পা লৈতনা পি শিম্বরক্লি। মপুরোইবনা অমুক্সু হায়রকই, "অঙাংদু ঈংহনগনু। ফি অথাবদুনা কোনশিনবীয়ু।"

লেপ্তনা লাকপনিনা হি মনাক য়ৌশিল্লকই। মখোয় লাকপা উবদা হিহোনবদুনা ঙাইঙমদবগী মওংদা চার্লোটিনা কোল্লগা পুরক্লিবা মচানুপী লোটিবু মখুত্তগী মুল্লগা হিনুংদা লংশিনখি। মাগী মতৌদুদা চার্লোটি য়াম্না পেনজখিদে। মহাক্তা পেঙ্গদবগী মরমদি মপাদা 'কায়নবশিকো' হায়নবগী তঙ্গা ফংহনখিদে হায়বগীনি। হিহোনবা নিপাদুনা অমুক্সু লাউরকই, "নহাক্সু য়াম্না থুনা চংলক্লগা ফমফমদা ফম্লরো। থিম্বা য়াদ্রবনি। হিসি থাদগদবগী থৌরাং লোইরবনি।"

থাজোশেংবমক্সু চাউরবা জহাজদু লুপথবা হৌরক্লবনি। দেক চেপথরক্লে। হার্ভেন' চার্লোটিবু মখুৎ পায়রগা হিনুংদা কাখৎনবা কন্না হোৎনরক্লি। অদুবু মহাক মাগী মপুরোইবগী খুদাং পায়রগা কন্না য়াল্লি। মহাক্কী থম্মোইনা হায়রিঃ ঐ নহাকপু থাদোক্লগা চংপা ঙম্রোই।

## টাইটানিক লুপখিবা

মহাক্না নীংজরিবদু মপুরোইবা খঙলদুনা হায়রকই, "ঐ অতোপ্পা হি অমদা লাক্লবা হোংনগে।"

পায়শিল্লিবা খুত্তু থাদোক্তুনা লৈরিবদু হিহোনবদুনা উরকই। মহাক চংশিল্লক্লগা শেন্তোক্লবা কন্না হোংনরকখি। মমৈথঙদা হিহোনবনা ঙমখি। মাগী মখুত্তু পায়রগা কন্না চিংবদা চার্লোটি হিনুংদা তাশিল্লি। ফিবম চাদনা মী অমগী মথক্তা তাশিনবদগী মী অদু শাথীনা শোকখি। হিনুং য়ৌরক্লবদা জ্ঞান মাঙখি। চার্লোটিনা জ্ঞান তারকপদা মপুরোইবনা বীদায় পীরকখিবদু মাগী নাকোংদা তারকইঃ "চংলো, লোটি। ঈশ্বরনা নখোয়বু অনৌবা থৌনা পীবীবা ওইসনু! চংলোকো।"

মহাক্না মমিং পাংথোরকপদা মপুরোইবনা মমায় লৈখোক্লগা চংখিবদু উই। মহাক্না হন্না হন্না কৌখি। অদুবু মহাক তুংলোমদা অমুক হন্না য়েংলকখিদে। মীয়াম মরক্তা চংখি। মতমদুদা হি অদু মথাদা থাদবা হৌরকখি। মদুনা মপুরোইবা উজবগী অরোইবা ওইখি। টাইটানিক্না ঈরোম্নুংদা লুপথখিবদা মচানুপীবু চেংনা কোল্লগা কপচখি। খল্লকইঃ লোটি, নহাক মপা লৈত্রবা মচা ঙসিদগী ওইরবনিকো।

করিগুম্বা মতমদা মপুরোইবা নীংশিংলগা মহাক্না খনজেঃ ঐগী থমোয়না নহাকপু থাদোকপা পামখিদে। ঐনা নংবু য়াম্না নুংশিজে হায়বসি নহাক খঙখিবনি।

চার্লোটি অমদি মপুরোইবা হার্ভে মখোয় অনীনা মচা নুপী চহী তরেংতা ঙাইরিবী মার্জোরি পুরগা আমেরিকাদা লাকখিবনি। চার্লোটিগী অশেংবা মমিংদি এল্লি টাটে কৌই। ওক্তোবর ১, ১৮৮০দা পোকখি। খোঙচং অসিদা লাক্লিবসি মশাগী চহী ৩১ মপুং ফারে। মচানুপী মার্জোরি জনুয়ারী ২৮, ১৯০৪দা পোকখিবনি। হার্ভে লণ্ডোনবগী থবক তৌরম্বনি। দুকান অদু বিসোস্টোক্তা লৈবা কয়া চাওদবা অচা-অথক য়োনবনি অদুবু হেন্না নুংঙাইবা পাম্বদগী অনৌবা আশাগা লোয়নরগা ইদাহোদা লৈবা পায়েটিদা উহৈ-ব্রাহৈগী ফার্ম অমা শেম্বা পাম্বদগী লাক্লিবনি। ফার্ম অদু হার্ভেগী মরুপ ই, ব্রাই, হোর্দর কৌবা চিকাগোগী লাসাল্লে স্ট্রীটতা স্টেসনরীগী দুকান ফম্বা অমগী মরী-মতাগীনি। এক্কর ১০ চাওবা লম্নি। সেকেন্দ ক্লাসগী টিকেট কক্লগা মখোয় অহম লাকখিবনি। মখোয়গী টিকেট নং ৩১৯২১নি। পোক্লফম লমদম থাদোক্লমদায়দা মহাক্কী বেঙ্কদা লৈবা পৈশা পুম্নমক লৌথোকই। বেঙ্কগী ক্লার্ক অদুনদি হায়জবনি মদুদি ড্রাফ অমা ওইনা পুবনা হেন্না ফগনি। হার্ভে হায়রিবদু থওইনা তানিংখিদে। পৈশাশিংদু ফুরিংখাওদা হাপচিল্লি। আমেরিকাদা চংপদা পাউন্দ য়াম্না পুরগা চংপশি য়াম্না কান্নে। মরমদি মতমদুদা পাউন্দগী ভেলু য়াম্না ব্রাংই। দোল্লরদা ওম্বোকপদা য়াম্না কান্নে। মরম অদুনা হার্ভেনা মাগী বেঙ্কদা লৈরিবা পৈশা পুম্নমক লৌথোক্লগা লাক্লিবনি।

খোঙচং অসি চংলমদায়দা মমান্নবশিংনা মঙোন্দা হংই, "সমুদ্রদা চংপা মতমদা অকিবা অমত্তা পোক্তবরা?"

## টাইটানিক লুপখিবা

"জহাজ তোংলগা চৎপবু করি ত্তোই হায়বগে?," হার্ভেনা মখা তারকখি, "ঐখোয়না হন্দক তোংগদৌরিবা টাইটানিক হায়বসি ইচম চম্বা জহাজ নত্তে। শাখীরবা নোংলৈ-নুংশিৎনা মঙোন্দা অকি-অখং অমত্তা পোকহনবা ঙম্লোই।" জহাজদা চৎপা মতমদা যাত্রিকশিংনা কিনরিবসি নোংলৈ-নুংশিৎনি।

টাইটানিক্কী খোঙচৎ হৌরক্লবা মতমদা মাগী মমা মপাদা হার্ভেনা চিঠি ইরম্লি। হায়রিবসি এপ্রিল ১১ সাউথমটোন্দদগী ক্বিন্সটাউন চৎপগী লম্বীদনিঃ টাইটানিক তাউরগা চৎপা সহর অমনি ... ঐখোয় পয়েটাদবু থুংলবদি নিউ য়োর্ক্তা অমুক লৈনবা থৌরাং তৌগে।" খোঙচৎ হৌরকপদা মখোয় কয়াদা নুংঙাইনা লাকখিবা! মখোয়না তোংলক্লিবা সেকেন্দ ক্লাস কম্পার্টমেন্ট অদুদা চহী ১২ শুরবী বার্থা কৌবী অমগা মের্জোরিগা নৌনা শকখঙনখি। মখোয় অনীনা নুংঙাইনা ব্রারী শান্নমিন্নবদু উবদা চার্লোটি পেঙ্গে। বার্থা হায়রিবী নুপীমচা অসিসু মমাগা লোয়নরগা মপাগী মনাক্তা লাকপনি। মমাগী মমিং বেসি ব্রাট কৌই। মখোয় স্কোটলেন্দগীনি। ওরেগোনগী মনুংদা লৈবা পোর্টলেন্দদা মপাদু লৈ। মফমদুদা মখোয়সু মপাগা লৈমিন্নবা ফংলগনি হায়বগী আশাদা নুংঙাইনা লাকখিবনি। মচাগা তিন্নরবনি হায়দুনা চার্লোটিনা মখোয় অনীবু নুংশিনা তৌবী। মফি-মরোল শেৎপীগনি। তুম্বা মতমদা লুম্নবা ফি অথাবা শুম্লীগনি। চার্লোটিসু মেরিওন রাইট কৌবী লৈশাবী অমগা ব্রারী শান্নবা ফংবদগী খোঙচৎ অদু নুংঙাইনা লাকখি। তেল্লবা মতম খরদুগী মনুংদা মখোয় পুমম্নক ইমুং-মনুং অমগা চপ মান্নরকই। মেরিওনগী মঙলান্দু ওরেগোনগী মনুংচনবা কটন গ্রোভগী মনাক্তা লৈবা ব্রিল্লামেটর ভেলীদা উহৈ-ব্রাহৈ থাবা নিপা অমগা লুহোংবনি। অনৌবা পুন্সি অমা শেমগদবগী নুংঙাইনা লাক্লিবনি।

মখোয়না আমেরিকাদা য়াম্না লৈনিংবগী মরম অমসু লৈ। চার্লোটি টিবিনা নারিবনি। মশা ফত্তে। আমেরিকাগী হব্রা-নুংশিত্তা লৈরবদি মহাক্কী অনাবদু ফরগনি হায়বসিনি। খোঙচৎকী নুংঙাইবনা অনাবদু কাওহনখি। কনানা খঙবা ঙমগনি। মীনা নীংবনা অমা লাইনা তম্বনা অমা হায়বদুনি। মখোয়গী নুংঙাইরম্বদু এপ্রিল ১৪ অমদি ১৫গী লোন্নবা অহিংদা লোয়না মাঙহনখি। মপুরোইবগা কায়নবা হায়বদু ওইখি। মচানুপীগা মহাক্কা হি মথক্তা থম্বীরম্লগা হার্ভে চৎখ্রে। মহাক্কা চৎখ্রবা মতুংদা মখোয়না তোংলিবা হি অদুদা থৌদোক কয়া থোকখি। থৌদোকশিং অসিনা চার্লোটিদা য়াম্না কান্নবা পীরক্কনি হায়বসি কনানা খঙগনি। মহাক্কী ফিবম য়াম্না শোকচিল্লক্লবা মতমদা থৌদোকশিংদুগী ব্রারী লীবদা শেল ফংনবগী লম্বী ওইখি। ব্রারী ময়ামদুগী মনুংদা মপুং ওইবা অমা হায়বা তারবদি মঙাশুবা ওফিসার লোয়েগা অঙাং অমগা মখোয়না তোংলিবা হি মনুংদা তৌনখিবা থৌদোক অদুনি।

অঙাং অদু কনাগা লাকমিন্নখিবনো খঙদে। দেক মথক্কী রেলদা চৎলম্বদগী খঙহৌদনা নাম্বরকখি অদুগা হিদা তাশিল্লকখি। অঙাং অদু তারকপদা পাখৎপা

অমা য়াওনা লাউরকই। হি মনুংনি খঙলকপদগী মহাক তুমিন লৈখি। মতুংদা খুদোংচাবা লৌবা পাম্লকখি। চার্লোটি অমদি মহাক্না ফম্মীন্নররিবা নুপী অমনা অঙাংদুবু সীট মখাদা লোৎহল্লি। মখোয়গী স্কটনা উদনবা কুশিল্লি। মখোয়না তৌরিবদু ৫শুবা ওফিসার লোরেনা উখিবদগী অঙাংদুগী মনাক্তা চংশিল্লরুগা হায়রকই, "নহাক হিদগী থুনা চৎখ্রো। ঐ নঙোন্দা সেকেন্দ ১০গী মতম পীগনি। মদুগী মনুংদা নহাক মফম অসি থাদোক্লগা চৎখিগদবনি নত্তবদি নহাক্কী থোপ অদু কাপখায়হল্লগনি।" অসি হায়রগা ওফিসারদুনা মাগী রিভোলভরদু অঙাংদুগী মকোক্তা মুরগা লৈরকই।

মতমসিদা হি মনুংদা ফল্লিবা নুপীশিং মরু ওইনা চার্লোটিনা লুচিংদুনা হায়রকই, "অঙাং অসিগী থরায়দদি কনবীয়ু।" খ্বায়দগী ঙক্লিবদি পিক্লিবা মার্জোরিনা চংশিনখিদুনা ওফিসার লোরেগী খুদাং পায়রগা খাম্লুরি। মহাক্না কপ্লি কপ্লি তৌরগা হায়রকই, "মরাইবক থীরবা মহাকপু কাম্বীগনু।" ময়াম পুন্নমক মার্জোরিগী মতৌদুদা অঙকপা পোকখি। মমা ওইবী চার্লোটি মচাবু মপুক্লিংদা হুন্ন হুন্ন থাগৎলি। লোয়েদু করি খল্লুরবনো মকোক নোল্লগা মোমোন নোক্লকই অদুগা হায়রকই, "ঐখোয়না তৌবিবসি নুপী অঙাংশিংবু কনবা পাম্বগীনি।"

নিপামচাদু করি খল্লক্লবনো ৱা অমত্তা হায়বমদনা রেল মথক্তা অমুক কাখৎখিরম্মী। মহাক্কী মরাইবক মতুংদা করি ওইখ্রবনো চার্লোটি খঙবা ঙমখিদ্রে।

হৌজিক চার্লোটি মচা মার্জোরিগা কারপাথিয়াগী মতেংনা আমেরিকাদা থুংলরে। করি উপায় লৈরি? মপুরোইবা কায়নরবী অমা ওইনা মানা তৌগদৌরিবসি করিনো? মখোয়না ইংলেন্দদগী লাকপদা লোয়নরকখিবসি দোল্লর ৫,০০০নি। মপুরোইবা কায়নবদা মদু পুন্নমক লোইনা মাঙখ্রবনি। হৌজিক মহাক পেনি অমগী মপু ওইদ্রে। মহাক্কী হায়ববু লুহোংবা নুনিত্তা মপুরোইবনা শিবীখিবা খুদোপ অদুমদি লোয়নরি। অদুবু মপুরোইবনা পামজরম্বা থবক অদুমদি পাংথোক্কে হায়বগী আশা মাঙখিদ্রি। মপুরোইববু নুংশিজবগী ৱাথলদি হৌজিক্সু লেংদনা লৈরি। তায়বংপান অসিদা মহাক কায়নখ্রবসু লাইরৈবাক্তা শোয়দনা উন্নরকখিনি হায়বসিনি। খুদোংথীরবা অহিংদুদা মাগী মনাবদু হৌরকখি। নিউ য়োর্ক্তা থুংলবদা দাক্তর অমনা লয়েংবীবদগী অনাবদু ফরকখি। মখোয়না লৈগনি তৌরম্বা ফার্ম অদুগী মপু হাল্লেটসগী মনাও নিপানা মখোয়না নিউ য়োর্ক্তা থুংলবা মতমদা হোটেল অমদা পুশিন্দুনা পোত্থাহল্লি। হার্ভেগী মরুপ হোর্দসু চিকাগোদগী নিউ য়োর্ক্তা লাক্লগা চার্লোটিবু থীরকই। মহাক চার্লোটি তশেংনা মশক খঙদে মরম অদুনা প্রেকার্দ অচৌবা অমা থল্লগা মহাকপু থীরকই। প্রেকার্দ অদুদা চাউনা ইরিঃ "মিস্ট্রেস কোল্লীয়র কনানো?" লাইবক ফবা হায়গদ্রা? মিনিট মঙাগী মনুংদা উন্নবা ফংখি। উপায় অমদি লাকপা হৌরকই। মখোয় অনীদা খুদক্কী দরকার ওইবা দোল্লর ২০০ কমিত্তিনা পীরকখি। দোল্লর ৪৫০ আমেরিকান

ফন্দগী মতেং অমমুক পাংলকখি। মথৌনা লৈবী চার্লোটিনি। টাইটানিক্কী খোঙচত্তা থেংনরকখিবা অৱা-নুংঙাই কয়াগী ৱারী ইরগা মে থাদা সেম্নি মম্বলি কৌবা মেগাজিন অমদা ফোংই। মদু ইবগীদমক দোল্লর ৩০০ ফংবা ঙমই। মঙলম্বা মঙলান অদুদি কায়রকখি। লৈরিবা শেল খরসিনা চাউরবা থবক অমা পাংথোকপা হায়বসি মঙগা চপ মান্নরকখি। ইংলেন্দদা হনবনা ফরগনি অমুক খল্লকই। মহাক হৌজিক ময়ুমদা হন্নবগী শেনফম ফাওবদি লৈরবনিনা ইংলেন্দদা চৎলগে খল্লে। মরক অসিদা নিউ য়োর্ক্তা লৈবা মরুপ মপাংশিংনা হোৎনবিবদগী দোল্লর ২,০০০গী ফন্দ অমা ফংই। মসি লৈরবনিনা মহাক জুন থাদা ইংলেন্দদা হল্লকই। ময়ুম য়ৌরকপদা ইংলিশ কমিটিনা পাউন্দ ৫০ পীরকই। চয়োলগী পেন্সন শিলিং ২৩ ফংই। হায়রিবসি দোল্লর ২০০গা মান্নে।

নৌনা লুখ্রাবী ওইরবীনি। মার্জোরি পিক্লি। হিংনবা উপায় থীরকপদা অমুক লুহোংবা তাখি। অদুবু নুংঙাইবা শরুক তমখিদ্রে। মশাগী লায়থুংনা মরম ওইদুনা শোক ১৯১৪দা মহাক্কী পুন্সি হল্লগা পুখি।

টাইটানিক্কী তেল্লবা খোঙচত্তা লোয়নরকখিবা মেরিওন রাইট মহাক্কী বর ওইগদৌরিবা আর্থর বূলকোট নিউ য়োর্ক্তা থেংন্দুনা লুহোংলগা আমেরিকাদা লৈখি। মচা অহম পোকখি। চহী ৮০ পুন্সিখি। শোক ১৯৬৫দা লৈখিদে। মার্জোরিবু লুনা মমান্নবী অমগুম্না তেল্লবা মতম খরদুদা লোয়নখিবা বর্থা কৌবীদু ভানকৌভরদী দাক্তর লেসলি মার্শেলগা শোক ১৯২৩দা লুহোংখি। বৃটিশ কলম্বিয়াদা লৈখি। শোক ১৯৯৩দা লৈখিদে। মার্জোরি মমা লৈখিদ্রবদা মখুৱা ৱালটরগা সুরেগী মনুংচনবা লীথর্হেদগী মনাক্তা লৈবা ইস্ট হোর্সলেগী ফার্মদা লৈখি। রোই দট্টোন কৌবা মেকানিক অমদা দিসেম্বর ২৫, ১৯২৭তা লুহোংই। লাইবক থীবদগী ঙন্না মপুরোইবা কায়নখি। মহাক্সু চহী ৬১ শুরকপা ফেব্রুয়ারী ২৬, ১৯৬৫দা লৈখিদে।

## ১৩। আরচিবালদ বট

মেজর আরচিবালদ ৱিলিংহাম বট হায়বসি অকিবা ফংলবা অহিংদুদা টাইটানিক্কা সমুদ্রগী ঈরোন্নুংদা লুপখিবদা য়াওখ্রবা মীশক অমনি। সেপ্তেম্বর ১৫, ১৮৬৫দা জিওরজিয়াগী আগস্টাদা পোকখি। মপাগী মমিংনা জোশুৱা ৱিলিংহাম কৌই। মমাগী মমিংনা পামেলা রোবর্টসন বোগস কৌই। য়ু, এস, প্রেসিদেন্ট থিওদর রূজভেলট অমদি ৱিলিয়ম হোৱার্দ টাফগী মিলিটরি আইদনি। মহাক জনুয়ারী ২, ১৯০০ দা য়ুনাইটেদ স্টেটস আর্মীদা কেপ্টেন ওইরকখি। শোক ১৯০০ দগী ১৯০৪ ফাওবা ফিলিপিন্সদা লৈরম্মী। শোক ১৯০৪ দা ৱাশিংটোন দি,সি, গী

দিপোট ক্বাটরমস্টর ওইনা লৈরকই। শোক ১৯০৬ দা কিউবাদা পেসিফিকেসন ফোর্স ওইনা চংখি। শোক ১৯০৮দা প্রেসিদেন্ট রুজভেলটনা চিফ মিলিটরী আইদ ওইহনখি। বিলিয়ম হোবার্দ টাফনা প্রেসিদেন্ট ওইরক্রবদা শোক ১৯১১ দা মেজর ওইরকই।

শোক ১৯১২ বসন্ত হৌরকপদা হকচাং ফত্তবগা মবী লৈননা প্রেসিদেন্ট টাফনা চয়োল ৬ কী ছুটি পীদুনা য়ুরোপ কোয়বা লাকখিবনি। ছুটি মতম লোইরদুনা সাউথমটোন্দগী এপ্রিল ১০, ১৯১২ দা টাইটানিক তোংলগা আমেরিকাদা হল্লকখি। টাইটানিক্কা উনগী চীংদা থেংজিনবা মতম এপ্রিল ১৪গী অহিং অদুদা মহাক জুরার শান্নরগা লৈ। টাইটানিক লুপখ্রগনি হায়বদগী মশীং য়ামদবা হি খবদা নুপী অঙাং তোংহন্নবা হোৎনবদা মহাক মিলিটরী অমা ওইবগী মথৌ নীংশ্বীজনা পাংথোকখি।

মহাক্কী খোঙচত্তা লোয়নরকখিবা মিস মেরী য়ং কৌবী নুপী অদু থিওদর রুজভেলটগী মচাশিং ঈশৈ তম্বীবা ওজানি। মহাক্কা নুপী অসি বোট নং ৮দা ফমহল্লি। মানা উপলম্বা তুপীদু লৌথোক্লগা য়ংদা শিন্নরকই অদুগা মাগী ইমুং মনুংদা তম্নুনবা পাউ কয়া চেল্লকখি। মমৈথঙদা হায়রকই, "মিস য়ং, কায়নরশিকো! মাঙ্গল ওইয়ু। নংনা য়ুমদা হনখিবদা মযামদা পাউ তম্বা কাউগনু।"

হি অদুদা থৌজান হৈবী রোদসগী ফম্নাইবী য়াওবি। মঙোন্দা য়ংবু য়েংশিনবীনবা শিন্নরকখি। ফম্নাইবী অদুনা চেকশিন্না অতোপ্পা চহী ১৭ শুরবা লুহোংবা নৌরিবী নুপী অমসু য়েংশিল্লিবনি। মপুরোইবা নহা ওইরিবা ভিক্টর দি সাটোদ পেনাসকোনা হি অদুদা পুরক্লগা ফম্নাইবীদা শিন্নরম্বনি।

বট সিফায় অমা ওইবগী থৌনা মতিক চানা লৈ। নুপীশিংনা মপুরোইবা কায়নরগা হিদা তোংখৎলু হায়বসি অযাম্বনা য়ানিংদে। অমরোমদা চাউববা সমুদ্র ঈপাক্তা হি মচা অমগী মথক্তা তোংলগা লৈবসি অয়াম্বনা কিন্নে। মখোযগী অকিবদু উবদা মহাক্কা হায়, "নখোয় ওফিসারশিং অমদি ঐখোয়না তৌবিবা থবকসিদা নত্তবা রাখল খল্লোইদবনি। নখোয়গী ফনবগীদমক্তি ঐখোয়না শিল্লিবসি।" নিপা অমা লোন্না চেনশিল্লক্লগা নুপীশিংনা হিদা কাখৎনবা হোনরিবদুগী মরক্তা য়াওগবদগী তৌরকখি। মদু উবদা বটনা চংশিল্লক্লগা নিপাদুগী ভকশমদা পায়রগা চিংথোকখি। মপাঙ্গল কনবা মীনি। মোন অমা পায়বগা মান্নখি। মহাক্কা য়াম্না লাইনা নিপা অদু মফম অদুদগী চিংথোকখ্রগা মাগী মকোক্তু রেলদা য়ৈশিলহল্লি অদুগা ফুবগা হায়রকই, "অহানবদা নুপীদা খুদোংচাবা পীরিবা অসিদা য়ানিংদ্রবদি নহাক্কী শরুশিংদু থুদেকপা তাবনি।" নিপা মচা অমসু হি মনুংদা চংগদবগী মবৈ য়েংলকখি। মহাক অদুসু চাউরবা পড়া অমা তম্বীখি।

মহাক লৈখিদবগী পাউ হেক তাবদা প্রসিদেন্ট টাফ থম্মোই শোক্লা কপখি। মহাক লৈখিদ্রবা মতুংদা মে ২, ১৯১২দা বটকী ইমুং-মনুংনা শিনবা মাবু

নিংশিংবগী থৌরম অমা পাংথোকখি। প্রসিদেন্ট টাফ শরুক য়াবা থৌরম অদুদা মশক নাইরবা মী ১৫০০ তিন্দুনা মাগী মতিক মগুন শিংথাদুনা ইকায়খুম্নবা উৎখি। টাফনা হায়খি, "ঈশ্বরনা মঙোন্দা পীবা থৌদা কায়দনবা মহাক শিবা ওইরমগনি। মহাক্কী পুন্সিদি কথোকপতনা শরুক ওইহ্লবনি। মীগী য়াইফনবা খনবনা মাগী মথৌনি। মাবু মশক খঙবা মী খুদিংমক্না আর্চি হায়না কৌই। মহাক্না হায়রম্বশিংদু থবক ওইনা পাংথোকপা ঙমদ্রি। পাংথোক্কে হায়নদি খল্লি। মহাক ঐগা য়াম্না নকশিন্ননা লৈমিন্নখি। মহাক রুজভেলটপুসু য়াম্না ইকায় খুম্নখিবনি। মদুমক্না মহাক্না মাগী মিলিটরী আইদ ওইহনখিবনি। ঐঙোন্দদি বট হায়বসি করিগুম্বদা ইচামক্লি খল্লি। কবিগুম্বদনা ইনাউ অমনি হায়নসু খনখি।"

শোক ১৯১৩দা হবাইট হাউসগী মনাক্তা লৈবা ইল্লিপসতা মিল্লেট-বট মেমোরিয়েল ফাউন্দেসন অমা লিংখৎখি। মিল্লেট বটকী নুংশিনা তিন্নজবা মবুপনি। মিংকুপ অমত্তা থাদোক্লখিদে। টাইটানিকনা লুপখিবদা মথোয় অনীমক লোয়নখি।

# ১৪। জেক ফুট্রেল

জেক ঈথ্র ফুট্রেল হায়বসি আমেরিকান জবনেলিস্ট অমনি। অঙকপনা থল্লবা মখল মথেলগী রাবী ইবগীদমক ফাওই। দিটেক্টিভ রারী ইবদা মমিং য়াম্না চৎখি। মহাক এপ্রিল ৯, ১৮৭৫ দা জিওরজিয়াগী পাইক কাউন্টিদা পোকখি। মহাক শোক ১৮৯৫দা লিলী মে পেসিগা লুহোংখি। মচা অনী পোকখি। মচা অহলগী মমিংনা ভিবজিনা অদুগা অতোম্বনা জেক "জোন" জুনিয়ার কৌই। মহাক্কী লোয়নবীসু অফাউবা অইবীনি। ফুট্রেল শোক ১৯০৬ দা বোস্টোনগীদমক আমেবিকা থাদোকখি অদুগা মাসাচুসেটসদা লৈবা স্কিচুয়েটদা য়ুম অমা শাবগা লৈখি। য়ুমদু "স্টেপিং স্টোন্স" হায়না মহাক্না কৌজে। টাইটানিক্কী অকিবা ফংলবা থৌদোক অদু থোক্লিঙৈগী মমাঙ ফাওবা য়ুম অদুদা লৈরম্মী। মহাক্না মফম অদুদা লৈরগা রারী ইগে খনখি। য়ুরোপ্তগী হল্লকপা খোঙচত্তা ফার্স্ট ক্লাস কেবিনগী যাত্রিক ওইনা মাগী লোয়নবীগা লোয়নরগা লাকখিবনি। হিদা মাগী লোয়নবী ফমহল্লগা মহাক থৌনা লৈনা বীদায পীরকখি। মহাক্কী লোয়নবীনা মতম পুম্নমক্তা নীংশিংলিবা হায়ববু মহাক্না তোংলিবা হি অদুনা মখাদা থাদরকপা মতমদা এস্টোরগা লেপমিন্নরগা চুরুট অমা হাউনা চিংলগা মঙোন্দা য়েংলকখিবদুনি।

মহাক নোভেল ৮ ইরম্মী। রারী মচা ৯ অমদি রাবী ময়াম অমসু ইরম্বা ফুট্রেল টাইটানিক্লা ঈরোম্লুংদা লুখিবদা য়াওখি। মাবু নীংশিংবা ওইনা চহী অদুমক্তা মাগী অরোইবা ওইনা ইরম্বা "মায় লেদিজ গার্টর" ফোংখি।

## টাইটানিক লুপখিবা

জেক টাইটানিক্তা সমুদ্রগী লুপখিবদা বলিদান ওইখ্রবনি। লাইবক থীহৌরবী মপুরোইবা কায়নরবী মে জেক কারপাথিয়না নিউ য়োর্ক তানা পুরক্রে। মচানুপী ভিরজিনা বালটিমোরদা লৈবা নোটর দেমগী কোনভেন্টদগী নিউ য়োর্ক তানা লাক্লগা মমাবু ওক্লরি। মে জেক্তা মচানুপীগা অহানবা উন্নবদা মপাগী অশেংবা পাউ খঙহনবা পামখিদে। অৱাবা মায়থোঙ লোৎশিল্লগা মচানুপীদা হায়রকই, "নহাক্কী ফাদরদি অতোপ্পা স্টিমর অমদা য়াওরক্কনি।"

মমাগী ৱা তাবদা ভিরজিনা হরাউনা লাউরকই, "ফাদর শিহৌদ্রে হিংলি হায়বা! নুংঙাইরেদা!" অসি হায়রগা মমাবু চেৎনা কোনশিল্লি।

মে জেক ওকপা লাকপদা জেক্তা পোকমিন্নবা মচলনুপী মিস্ট্রেস চার্লস কোপলেন্দ য়াওরক্লি। মহাক খঙইঃ মে জেক্কী মায়থোংদা তারিবা মমিদু। হংলকই, "জেক্তি কদায়?"

মেনা হৌজিক্সু খুম্লকই, "মহাক অতোপ্পা জহাজ অমদা লাক্কনি।"

"করম্বা জহাজদা?"

মে জেক হৌজিক লোৎপা য়ারক্রে। মমিত্তগী থীংবা ঙমদ্রবা পীরাং শিন্থরক্রে। চিনবান অনীদু থক খা চিংলগা হায়রকই, "অরোইবা মিৎকুপ ফাওবা ঐ জেকপু থাদোকপা পামখিদবনি। অদুবু মহাক হেরো অমা ওইনা শিখি।"

মিৎকুপ খরগী মমাংদা মপা হিংলি হায়বগী ৱাখলদা নোকচরম্বা ভিরজিনা জ্ঞান তাদনা লৈরকখি। মিস্ট্রেস চার্লস কোপলেন্দ হিক্ল-হিক্ল কপ্লকই।

শিখ্রবনিনা করি উপায় লৈরি। মেনা অরোইবা মিৎকুপ্তা থোকখিবশিংদু ৱারী পীরকইঃ ঐ তুম্লগে খন্দুনা ফমুংদা চংলবনি। খঙহৌদনা তারকখিবা মখোল, অকিবা ফংনা কল্লা নিক্লপদা ঐগী খোঙলোমদগী হৌনা মখারোম লংথরকপগুম তৌরকখি। ঐনা জ্ঞান মাঙলগা লৈরিঙৈদা জেক য়াম্না থুনা স্টেটরুমদা চংশিল্লকখি। মসিগী মমাঙদা জহাজনা উনগী চীংদা থেংজিনবা মতমদা মহাক স্মোকিং রুমদা লৈরুবনি। মহাক্লা লাউরকই, "ফি য়াম্না থুনা শেৎচিল্লু, হি মখাদা থাদবা হৌরগনি।"

মনাক্তা লৈরম্বা ফি খর শেৎগা দেক তানা লাকখি। মফমদু লৈরম্লিবা মী পুম্নমক জ্ঞান মাঙলগা লৈরি। মপুরোইবশিং অমদি নিপা ওইবশিংনা অশিবগী খয়াক্তা লংশিল্লম্লগা নুপী অঙাংশিংনা হিদা তোংলগা চৎখিগদবনি হায়বা ওফিসারশিংগী কল্লবা য়াথং অদুদা জ্ঞান মাঙলোইদবা কনাবু লৈরমগনি। থৌনা ফবা নিপা কয়ানা য়াথং অদু ঙাক্তুনা নুংশি নুংশিনা মাগী মাগী নুপীবু বীদায় পীরগা হিদা কাখৎহনখি। মখোয়শিংদুগী মনুংদা জেক অমনি।

"মে, থীম্বা য়াদ্রবনি। ময়াম্না ঙায়রিবসি নহাক্লা হিদা কাখৎলকপদুনি। চৎলোকো।" অসি হায়রগা নুংশিনা চুপ্লগা হি মথক্তা কাহল্লকখি। মসিগী ৱাহৈ খরসিনা পুক্লিগী অরোইবা হায়বদু ওইখি। মেনা মখা তানা হায়রকই, "হি অদুদা

তোংবা ফংলমদ্রবদি জেক্কা মান্ননা ঐসু নখোয়গা অমুক হন্না সংসারসিদা উন্নবা ফংলম্নরোই মরমদি হি অদুনা অরোইবনি। হিনা ঈশিংদা থাদরকপা মতমদা জেক মখুৎ হাইরগা ঐঙোন্দা হন্ন হন্ন বীদায় পীরকখি। মিৎকুপ খরগী মতুংদা জহাজ অদুসু হৌরবা মখোলগা লোয়ননা পোকখায়রম্নগা সমুদ্রগী ঈরোম্নুংদা লুপথখি। মদুগী মমাঙ ফাওবদি জেক দেক্তা লেপ্লগা লৈবদু উরম্মী। অহৌবা মখোন্দুনা খঙহৌদনা ঐগী মিৎসি মিকুপ খরদি উইশিল্লগা লৈখি। ঐনা মিৎ পাংখোরপা মতমদদি জেক দেক মথক্তা লেপ্লম্বদু উবা ফংখিদ্রে। জহাজসু তপ্ন তপ্ন লুপথখিদুনা উবা ফংখিদে। লাউ খোঙলম্বা মিকপ মীরাউখোল তাখিদ্রে। পুম্নমক পুমচিক চিকখিরম্মী।"

মেনা অসিমদি হায়, "লুহোংবা নৌরিবা মতৌ-মনাও খরদি থব্রায় হিংনবা হোৎনবদা ইকায়-ইকি ৱাংমা লানখি। অদুবু ঐগী জেক্তি মদুম্না খক তৌগে খনখিদে। নিপা অমা ওইবগী থৌনা উৎখি।"

## ১৫। বেঞ্জামিন গুগেনহেম

বেঞ্জামিন গুগেনহেম হায়বসি লৈবাক্কা শকখঙনরবা ইনাকখুনবা মাইনিং মেগনেট হায়রগসু খঙনবা মেয়ের গুগেনহেমগী মচা তরেৎ পোকপগী মনুংদা মঙাশুবনি। মহাক ওক্তোবর ২৬, ১৮৬৫ দা পোকখি। শোক ১৮৯৪দা ফ্লোরেটা সেলিগমান কৌবী অমাগা লুহোংই। মখোয় মচানুপী অহুম পোকই। মখোয়দুদিঃ বেনিটা রোসালিন গুগেনহেম, মারগুয়েরাইট 'পেগী' গুগেনহেম অমদি বারবারা হাজেল গুগেনহেম অসিনি।

ইনাকখুনবা লল্লোনবা গুগেনহেমনা মাগী লোয়নবী, ফ্রান্সগী ঈশৈ শকপী মেদাম লিওটাইন আউবর্ট, মাগী মীনায় গিগলিও, মাগী কার ড্রাইভর রেনে পেরনোট, মেদাম আউবর্টগী সেবা তৌবী ইম্মা সাগেসের লোয়নরগা লাকখি। মহাক্কী টিকেট নম্বর ১৭৫৯৩ নি মমলনা পাউন্দ ৭৯ শিলিং ৭৯নি (অতোপ্পা সোর্স অমদা পাউন্দ ৫৬ শিলিং ১৮ পেনি ৭নি হায়)। মহাক অমসুং গিগলিওনা লৈরিবসি কেবিন বি ৮২নি। অদুগা আউবর্ট অমসুং সাগেসেরনা কেবিন বি ৩৫ দনি। পেরনোট সেকেন্দ ক্লাসদা তোংলকই। টাইটানিক্কা উনগী চীংদা থেংজিন্দ্রিঙৈ মমাঙদা মখোয় নুংঙাইনা তুম্নুরবনি। উনদা থেংজিনবগী নিক্রকপা মখোল অদুনা মিৎকপ থোকহনখি। জহাজগা উনগা থেংনরে হায়বা খঙলবদা মখোয় অকিবা অমত্তা পোকখিদে। গিগলিওনা হায়, "উনগী চীং হায়বা! করি অমত্তা খল্লুনু। উনগী চীং হায়ববু করিনো? কৈশু লৈতবা পোৎনি। মদুদা ঐখোয়না কিগদবা নত্তে।"

করিশু খল্লুগনু হায়রম্বদু হৌজিক্তি খণ্ডলেঃ টাইটানিক লুপখ্রগনি। নুপী অঙাং হিদা তোংলগা চৎখিবা তাবনি।

গুগেনহেমনা নুপীশিংদুবু ঈংবা ফনবা অথাবা ফি ইনশিন্নবা হায়রগা বোট নং ৯দা আউবার্ট অমদি সাগেসার তোংহল্লি। গুগেনহেম্না সেবা তৌবী অদুদা জর্মন লোন্দা হায়রকই, "ঐখোয় হয়েং অমুক হন্না উন্নসি। জহাজগী অকায়বা মফমশিংদু শেমজিনবগী থবক কন্না তৌরি। হয়েংদগী টাইটানিক অমুক হন্না চংনবা হোৎনরি।"

গুগেনহেম জহাজগী ওইরিবা ফিবম মুন্না খণ্ডলবনি। মাগী নুপীদা অশেংবদু হায়দোকপা পামখিদে। অশেংবদু হায়বম্বা তারবদি মাগী নুপীনা মাবু থাদোক্লগা চৎখ্রো হায়বসি য়ারক্লোই। মখোয় হিদা তোংহল্লবা মতুংদা গুগেনহেমনা গিগলিওগা লোয়নরগা মহাক্লা লৈবিবা কেবিনদা লাকই। ফি শেৎচিল্লি অদুগা হায়রকই, "ঐ নুপীগী মতুং ইল্লগা পাংদবা তাবদু পামদে। নিপা অমা ওইনা শিববসু শিগনি। ঐখোয ঈশিংদা চোংথবগা কারি ঙম্বগে হায়বদু চাংযেং তৌবা তাবনি।" থাজৈশেংবমক্তু টাইটানিক্লা লুপথবা হৌবক্রবদা গুগেনহেম সমুদ্রগী ঈরোন্নুংদা চোংথখি। মাগী দ্রাইভর বেনে পেবনোট মপুগী মতুং ইনখি।

অরোইবা পুংফমদা মাগী নুপীদা পাউ তম্বীনবা স্টেবার্দ জোনসনদা হায়রম্লি, "ঐনা খনবদা নিপাশিংদি অশিবগী খয়াত্তগী নাম্থোকপা যারবোই। নুপী অঙাংশিংদগী হেন্না তোংনবা হি লৈতবা তারবদি নিপা অমা ওইনা থেংগে খল্লি। ঐ শা-ঙাগুম্না শিবদি পামদে। জোনসন, ঐগী নুপীদা হায়বীউ মদুদি নখোয় কনবা হায়বসি ঐগী সেক্রেটরী অমদী ঐগী অপাম্বনি। অসিমসু মঙোন্দা হায়বীউ মদুদি ঐ অরোইবা ফাউবা ঐগী অনীংবা অমদি অপাম্বা লম্বীদা চৎলবনি। নুপী অমত্তা জহাজসিদা লৈহন্দবা ঙমদবসি বেন গুগেনহেমনা পাঙদবা অমা ওইবদগীনি।" অওইবমক গুগেনহেম মরাইবক থীরবী নুপীশিংবু কনবা পাম্বদগী হিদা তোংহন্নবদা ওফিসারশিংগী মতেং পাংলদুনা হৌনা লাউরক্কনি, "নুপীশিংনা হান্না।"

হিংহৌবা যাত্রিকশিং নিউ য়োর্কা থুংলরবা মতুংদা নোংমা গুগেনহেমগী অরোইবা পাউজেলদু পুরগা জেমস ইটচেস কৌবা এসিস্টেন্ট স্টেবার্দ সেন্ট রেজিজ হোটেলদা মিস্ট্রেস গুগেনহেম উন্নবা লাকখি। হোটেল অসিদা দেনিয়েল গুগেনহেমনা মাবু পোত্থাহল্লিবনি। দেনিয়েল হায়বসি গুগেনহেমগী মনাউনিপানি। মপুরোইবগী পাউ পুরগা ইদচেস লাকই হায়বা খণ্ডলবসু উন্নবগী তঙ্গা ফংহনখিদে। মহাক য়াম্না থম্মোই শোক্লা অরাবা খাঙলিবনি। কনা অমত্তগা উন্নবা পামখিদে। স্টেবার্দনা মাগী মনাওনিপাদা হায়, "ঐনা লাক্লিবসি ঐ ইশামক হিংহৌরে অদুগা মহাক্তি শিগ্রে হায়বগী পাউ পীবা লাকপা নত্তে, পাউজেল য়াওবা চিঠি অমা পীবা লাকপনি।" অসি হায়রগা ফুরিংখাওদগী চে অম্না লৌথোরকই অদুগা পীরকই।

মনাওনিপাগী খুখ্থাংদা চে অদু মতৈমগী মফমদা য়োৎহনখি। চিঠি অদু পীবা মতমদা স্টেৱার্দ অদুনা হায়রম্লি, "ঐ জহাজগী খোঙচৎ মনুংদা গুগেনহেমবু শেন্নবগা লৈখিবা মীনি। মহাক অমদি মাগী সেক্রেটরি গিগলিওগা থাদোক্লখিদে। গিগলিও আর্মেনিয়ান অমনি। চহী কুনথরি শুরে হায়। মখোয় অনী নিপা ওইবগী থৌনা উৎহগা শিখি।" মহাক্না মখা তানা হায়বকই, "উনগী চীংশা থেংজিন্নরে হায়না গুগেনহেমদা অহানবা পাউ পীখিবা মীশক্তু ঐনি। জহাজগী ওইরকপা য়াবা ফিবমদু খঙলকপদগী ঐনা মখোয়দা ফি শেৎচিন্নবা হায়। মতমদুদা মখোয় নুমিদাংৱাইরগী ফিজেল শেৎলি। লিৎলম্বা সুইটব লৌখোকখি। ঐনা মঙোন্দা লাইফ প্রেজাভর অমা শেৎনবা পীশিল্লি। লাইফ প্রেজাভরদু শেৎচিনবদা ঐনা মতেং পাংই। মদু অহানবা শেৎচিনবদা মাগী নমপন্দা য়াম্না নুংঙাতে হায়বদগী অমুক লৌখোকই। অমুক হন্না শেৎপা মতমদদি নুংঙাইতবা তৌখিদ্রে। মদু শেৎলবা মতুংদা মহাক দেক তান চৎখিগদবগী তৌই অদুবু শেৎলিবা ফিদু য়ামদে হায়দুনা ঐনা সুইটব অমগা লিৎহল্লি। মহাক্না দেক্তা চৎপা পামখিবদু নুপী অঙাংশিংবু হিদা কাখৎহনবদা মতেং পাংগদবগীনি' কায়নরমদাইদা মহাক্না পাউজেল ইবা চে অসি ঐঙোন্দা পীবগা হায়রকই, 'ঐগী নুপীদা মসি পীবীউ' "

দে নবেলনা মথাঙ্গ গুগেনহেমন লৈখিদ্রে হায়বগী সাখী মসিনা ওইখি।

## ১৬। অঙকপা ৱারীনা অচুম্বা ওইরকপা

টাইটানিক্কী খোঙচত্তা অঙকপনা থল্লবা মী ময়াম অমসু য়াওবল্লি। মদুগী মনুংদা ৱিলিয়ম টি, স্টীদ অমনি। মহাক জুলাই ৫, ১৮৪৯দা পোকখি। ইম্মা লুসী ৱিলসনগা লুহোংখি। মচা ৬ পোকখি। মশাগী চহী ২২ শুবকপদা "দ নোর্থন ইকো"গী ইদিটর ওই। মতমদুগী খ্বায়দগী নহা ওইবা ইদিটরনি। মমৈথঙদা 'দ পাউল মেল' গী ইদিটরসু ওইখি। মহাক অসি অশিবা মীগী থৱায়গা অহিংবশিংদা পাউ ফাওনৈ হায়না থাজবা মীনি। লাই থাজবগী ৱাখল কন্না পোক্লকখিবসি শোক ১৮৯০ দনি। লাই থাজবশিংগী ওইবা থা অহুম অহমগী চেফোং অমা শোক ১৮৯৩দা পুখোবকখি। মমিংনা "বোর্দর লেনমদ" কৌই। মহাক্না "ফিউটিলিটী" কৌবা ৱারী অদুগা মান্নবা "হাউ দ মেল ৱেন্ট দাউন ইন দ মিদ আটলান্টিক, বাই এ সবভাইভর" কৌবা ৱারী অমা শোক ১৮৮৬ গী মার্চ থাদা ইখি। ৱারী অসি মহাক্না ইদিটর ওইবা পালি মেল গেজেটদা ফোংলকখি। "ফিউটিলিটি নত্ত্রগা দ রেক ওফ দ টাইটান" হায়বসি টাইটানিক লুপত্রিঙৈ চহী ১৪গী মমাঙ হায়বদি শোক ১৮৯৮দা মোরগান বোবার্টসন কৌবা নিপা অমনা ইবম্বা ৱারীনি। হায়রিবা

# টাইটানিক লুপখিবা

লাইরিক অদুগী মপুং ওইবা ৱারীদি ঈংলবা এপ্রিল থাগী অহিং অমদা থ্বায়দগী চাউরবা জহাজ অমা আটলান্টিক মহাসাগরদা উনগী চীং অমাগা থেংজিন্নবদগী লুপখি। জহাজ অদুগী মমিং টাইটান কৌই। হায়রিবা টাইটান কৌবদু লুপ্পা নাইররোইদবনি হায়না খন্নখিবা জহাজনি।

স্টীদনা ইরিবা ৱারীদা জহাজ অদুদা মী কন্নবা হি মতিক চানা য়াওদবগী অৱা-অনা তারবশিংবু কনবা ঙমখিদবনি হায়না শিংথারি।

স্টীদ অমসুং মোরগান মখোয় অনীনা মাঙজৌননা করি খঙবা লৈদুনা ৱারী অসি ইখিবনো? টাইটানিক লুপব্রবা মতুংদা ময়াম্মা হংনরকখিবা ৱাহংনি। ময়ামদা য়াম্মা ঙক্না খোক্লিবদি ৱারী অসিবু ইরম্লিবা স্টীদ টাইটানিক্কী অহানবা সমুদ্রগী খোঙচং অসিদা য়াওরকখি। মহাক্কী জহাজ অদুদসু মী কন্নবা হি মশীং ৱাংপদগী তাখিবা দশানী। টাইটানিক্সু মী কন্নবা হি মতিক চানা য়াওদবনা মরাইবক থীরবা যাত্রিক ১৪৯০গী পুন্সি মাংখি। মী ৭১১গী পুন্সি কনবা ঙমখি। স্টীদ মশামক্সু লাইবক থীরবশিংগী মরক্তা য়াওখ্রবনি। মহাক্না আমেরিকাদা লাক্লিবগী মরমদি আমেরিকাগী প্রেসিদেন্ট টাফনা বার্তন তৌবকপগীনি। এপ্রিল ২০, ১৯১২ নুমিৎ অসিদা কারনেগি হোলদা শান্তিগী কনফরেন্স অমা পাংথোক্লদৌরি। মদুদা মহাক ৱা ঙাঙগদৌরিবনি। স্টীদ মশামক্না হায়রিবা মাগী ৱাবীদা য়াওবিবা জহাজ অদু অশেংবমক টাইটানিক ওইরম্রে। উনগী চীংগা থেংজিন্নবা মতম অদুদা মহাক জহাজগী মনুংদুদা লৈরিবা লাইব্রেরীদা লাইরিক কন্না পাবি। মহাক তুমিন্না খক লৈখিদে। যাত্রিকশিংগী মরক্তা ফম্লগা 'মমী ক্রস' গী ৱারী লীরগা তাহনখি। মহাক্না ৱারী লীরগা তাহনখিবা নুমিৎ অদু ইরাইনি। যাত্রিকশিংদু মাগী ৱারী তাবদা অঙকপা ফংনা অকিবা পোকহনখি। ময়ামনা কিনরকখিবগী মরমদি ৱারী লীরিবা মহাক্সু অদুগা ৱারী তারীবা মীসু মমৈথঙদা অফবা ফল কয়া লাক্রোই হায়না মহাক্না হায়রুবদগীনি। মহাক লাইরিক ইবা মীনি অদুবু 'মমী' গী ৱারীদি খক ইরোয়। মসিগী মরমদসু মঠ পীনিংদে। ৱারী তারম্বশিংদু নুমিদাং ওইশিল্লবদা য়াম্মা কিরকপদগী লৈফম চাফম খঙনখিদে। অশেংবমক নোংমাইজিংগী অহিংদা মখোয়গী মাঙদা তাররেঃ টাইটানিক উনগী চীংদা থেংজিনবদগী য়াম্মা শাথীববা ফিবম অমদা লৈরবনি।

ফিলিপ মোক কৌবা টাইটানিক লুপখিবদা হিংহৌবা নিপা অমনা হায়ঃ টাইটানিক লুপথবা হৌরক্লবদা স্টীদ এস্টোরগা পোং অমদা চেংনা কোল্লগা লৈহৌই। মদুগী মমাঙদা হি পুম্নমক মখাদা লোইনা থাদগ্লবা মতমদা ফার্স্ট ক্লাসগী স্মোকিং রুমদা চংখি। শউনগী চৌকি অমদা ফম্লগা লাইরিক পাবগা লৈখি। মহাক মতমদুদা নোবেল প্রাইজ ফংলবা য়াই হায়না পানরিবা মীশক্নি। মশামক্না লাইফাওদৌনা ইরম্লিবা ৱারীদা য়ুমফম ওইরগা মহাক সমুদ্রগী ঈরোম্নুংদা শান্তি লৈনা পোত্থাখি।

## টাইটানিক লুপখিবা

মোরগান রোবার্টসননা টাইটানিক লুপখিদ্রিঙৈ চহী ১৪গী মমাংদা ইরম্লিবা রারীদা য়াউরিবা জহাজ টাইটান হায়বসিগা হৱাইট স্টার লাইনগী টাইটানিক হায়বসিগা মান্নবা কয়া লৈ। মান্নবা ময়াম অসিদনি অঙকপা পোক্লরিবা।

১। টাইটান অমদি টাইটানিক লুপ্লা নাইররোইদবা জহাজনি হায়নখি।

২। টাইটান অমদি টাইটানিক সাউথমটোন্দগী নিউ য়োর্ক চৎকদবনি।

৩।টাইটানগী অশাংবা মিটর ২৪৮ নি। টাইটানিক্কী মিটর ২৫২ নি।

৪। টাইটানগী টোন ৭০,০০০ নি অদুগা টাইটানিক্কী টোন ৬৬,০০০ নি।

৫। টাইটান অমসুং টাইটানিক অনীমক্তা ফেন ৩ পাল্লি।

৬। টাইটানদা হি ২৪ য়াওই অদুগা টাইটানিক্তা হি ২০নি।

৭। টাইটান্দা যাত্রিক ১৫০০ শিখি অদুগা টাইটানিক্তা যাত্রিক ১৫১৩ শিখি।

৮। জহাজ অনীমক উনগী চীংদা থেংজিনবদগী তাখিবা দশানি।

৯। জহাজ অনিমক নিউ ফাউন্দলেনগী মনাক্তা লুপখিবা ঙাক্তনি।

১০। থৌদোক অনীমক এপ্রিল থাদা থোকখিবনি।

১১। জহাজ অনীমক্তা পৃথ্বীগী ইনাক খুনবা ময়াম তোংলকখি।

টাইটানগী রারী ইরম্লিবা রোবার্টসন টাইটানিক লুপখ্রবা মতুং চহী ৩ লৈরগা মার্চ ১৯১৫দা শিখি।

# ১৭। ইদৱার্দ স্মিথ

ইদৱার্দ স্মিথ ময়াম্না কেপ্টেন ইদৱার্দ জোন স্মিথ হায়রগা খঙনবা টাইটানিক্কী অহানবা সমুদ্রগী খোঙচত্তা কেপ্টেন ওইনা থবক পুরকখিবা নিপা অমনি। মহাক জনুয়ারী ২৭, ১৮৫০ দা ইংলেন্দগী স্টোক-ওন-ট্রেন্টগী মনুংদা লৈবা হানলে কৌবা মফমদা পোকখি। মপাদু চফু শাবা মীনি। মমিংনা ইদৱার্দ স্মিথ কৌই। অহানবদা মহাক ইট্রুরিয়া বৃটিশ স্কুলদা তম্লম্মী। মশাগী চহী ১৩ শুরকপদা সমুদ্রদা খোঙদারকখি। মহাক্না লৈরিবা য়ুমদু 'বুদহেদ' হায়রগা খঙনৈ। মহাক্ক য়াম্না পামজনা অঙাংবা চেক্লা ত্রিভুজ মওংদা অনী লোঙলগা শাবা য়ুম্নি।

মহাক্না হৱাইট স্টার লাইনদা চংলকখিবসি মার্চ, ১৮৮০ দনি। শোক ১৮৮৭ তা হৱাইট স্টার লাইনগী রিপাব্লিক্তা অহানবা কমান্দ ওই। থবক তৌরগা সার্টিফিকেৎ কয়াসু তানশিল্লি। হৱাইট স্টার লাইনগী জহাজ অয়াম্বদা মহাক থবক পুরকখি। টাইটানিক্কী কেপ্টেন ওইনা পুদ্রিঙৈদা ওলিমপিক্তা লৈরম্মী। ওলিমপিক্কা হোক্কা থেংজিন্নখিবদু হৱাইট স্টার লাইনগী য়াম্না মাঙজবনি। এপ্রিল ৯, ১৯১২দা স্মিথ টাইটানিক্কী কেপ্টেন ওইনা থবক পুবা হৌই। এপ্রিল ১০, ১৯১২ দা স্মিথ অমুবা তুপী উপ্লগা টেক্সি তোংলগা ময়ুমদগী সাউথামটোন দোক তানা লাকখি।

অয়ুক্কী পুং ৭ তাবদা টাইটানিক্কী ফম্বাক্তা থুংলখি অদুগা পুং ৮ তাবদা শেম শাবা হৌই। খুদক্তা মহাক্কী কেবিন্দা চংলি অদুগা চিফ ওফিসার হেনরী ৱাইদেদগী সেলিং রিপোর্ট লৌই। পুং ১২গী মতুংদা খোঙচৎ হৌই।

মহাক্কী মরাইবক্তা অশুম খোকউ তমখিবনা ওইরম্বসু য়ায়। মহাক য়াম্না চেশিনবা মীনি। হন্দক্কী খোঙচৎ অসিনা অরোইবা ওইদুনা পোথ্যাগবদগী মতম ঙাইরিবনি। মাগী মতিক মগুন লৈবাক শিনবা থুংনা খঙনৈ। হায়নখিবা লৈঃ স্মীথনা কেপ্টেন ওইনা টাইটানিক্কী সমুদ্রগী অহানবা খোঙচৎ চংলগনি হায়বগী পাউ তাবদা যাত্রিক অযাম্বা হরাউনখি। অতে জহাজদা চংকে খল্লম্বা যাত্রিক কয়া টাইটানিক্কী টিকেৎ কল্লখি। টাইটানিক লুপখ্রগনি খন্নরক্লবা মতমনি। যাত্রিকশিংগী মরক্তা তোকঙা শন্দোবকইঃ "কেপ্তেনগী হৈশিংবা ৱাংপদগীনি ... চেনফম খোকপা চাংদগী হেন্না য়াংনা থৌবগীনি... উন মপাক লৈবে হায়বগী পাউ লৈরবনি অদুবু... টাইটানিক্কী ওফিসারশিং মশা মশাগী নোংমৈ পুখোক্লগা মবাল য়াজদুনা কাপ্লগা শিখ্রে।" মীয়াম্না কন্না ঙাওনরিবদুগী মবম লৈ। টাইটিনিক য়াম্না শাথীনা শোক্লে হায়বসি যাত্রিকশিং খঙনরবা মতমনি। ওফিসাবশিংনা শোক্লিবা মফমশিংদু যেংশিনবগী থবক কন্না চংশিল্লিঙৈদা মযাম্না মখোয়বু উবা ফংদবদগী ঙাওনবিবনি।

নুমিৎ অদুদা য়েংহৈদ্রবা থৌদোক কয়া জহাজগী ফম্বাক্তা উবকখি। নুপী কয়ানা মপুবোইবগা কায়নবগনি খন্দুনা কপ্পরকখি। খবনা মচা কায়নবগনি খনবদা চেংনা কোনশিন্নদুনা লৈনরকই। কায়নবমদায়গী ওইবিবা দৃশ্যশিংদু কেপ্তেন স্মিট মপুং ফানা উবা ফংখি। নিপা কয়ানা নুপী শারগা হিদা তোংনবা হোৎনবকই। খরনা পাজাল ফুদোক্লগা খৎনবা হৌরকই। পুম্নমক অসি ঙাকথোক্লবা হোৎনবদা মহাক্কী থৌনা অরোইবা মিৎকুপ ফাওবদা শিজিন্নখি। জহাজ অদুদা ত্তোংলকখিবা মীরৈবাক্কী যাত্রিক ময়াম অমা যাওরিবনি। শিবা পাম্বদি য়াওদবনিনা হিংনবা উপায় থীনবকখিবা অরানবদি নত্তে। মহাক্কী ক্রিউশিংনা তৌবিবশিংদু উবকপদা মহাক্না লাউরকইঃ "নিপা মচাশা, বৃটিশ মচা ওইবা তমউ।"

স্মিথ মতৌ করম্না শিখিবগে হায়বসি অশেংবা কয়া খঙনদবগুম তৌই। কনা অমনা হায়ঃ ঈশিংদা ঈরাক্লদুনা শিবগদবা অঙাং অমা মহাক্না কোল্লগা হি মথক্তা থাজাংলম্মী। মহাক্তি হি মথক্তা কাখৎলু হায়বদা য়াখিদে। "ঐ জহাজগী মতুং ইল্লগা চৎলবনি," ৱাহৈশিংসি হায়রল্লগা মহাক ঈরোইরগা চৎখি।

মহাক শিখ্রবা মতুংদা মহাক্না তৌখিবা মী কনবগী থবক্তু শিংথারদুনা জেমস মেকগান কৌবা মৈ শেন্নবা নিপা অদুনা হায়ঃ টাইটানিক লুপথবা হৌরকপদগী মাগী ফম্বাক মথক্তা ঈশিং চেনবা হৌবকখি। স্মিথনা মাগী মনাক্তা কপ্লগা লৈরিবা নুপী মচা অমা কোল্লগা ঈশিংদা চোংথখি। মনাক নকপদা হোল্লিবা হি অমদা ঈরোইরগা চংশিল্লি অদুগা নুপী মচাদু হিদুদা হাপকৎখি। মহাক্কী মতৌ উবদা ঐসু

অনৌবা থৌনা অমা লাকখি। ঐগী নাক্তা কপ্পগা লৈরিবা অঙাং অমা চেংনা কোল্লগা চোংথরকখি। ঙায়হাক্তি ঈংলবা ঈশিংদুদা লৈবদা জ্ঞান মাঙগে তৌরকই। অদুবু জ্ঞান তারকপদগী স্মিথনা তৌখিবদুগা মান্ননা হিদা অঙাংদু হাপ্পা ঙমখি। ব্রিজ মথক্তা অমুক হন্নকপা মতমদা স্মিথ অতোপ্পা অঙাং অমমুক কোল্লগা চোংথখি। মদুনা ঐনা উহৌবা অরোইবা ওইখি। মতুংদা অমুক হন্না উবা ফংখিদ্রে।

মেল্লোর্স কৌবা নিপা অমনা হায়ঃ কেপ্টেন মথন্তা সুইসাইদ তৌখিবা নত্তে। মী কয়াগী থৱায় কনবীরবা মতুংদা মহাক্কী ওফিসারশিং অমদি ক্রিউশিংদা অরোইবা ওইনা হায়রম্মী, "নখোয় তৌফম থোকপা নখৌ ফজনা পাংথোক্লে। হৌজিক্তি মী অমনা মশা-মশাগী মখৌ পাংথোকপা তারবনি।"

মেল্লর অমসুং বার্করোর্থনা হায়ঃ টাইটানিক্লা অহমলক পোকখায়রকপদা শরুক অনী থোক্লা কায়খি। বো সেক্সনা অহানবা ওইনা অদুগা সস্টের্ননা অরোইবা ওইনা ঈরোন্নুংদা লুপথখি। মদুদা স্মিথসু শোয়দনা য়াওরম্লগনি।

## ১৮। টাইটানিকগী মপু ব্রুস ইস্মে অঙাওবগা মান্নরকই

মরেপ্পা ঙম্বা নাতোন শুমাঙগী কোই খাকপা, চিং লেম্লবা হৱাইট স্টার লাইনগী মেনেজিং দাইরক্তর ব্রুস ইস্মেগী মঙলান খঙহৌদনা নীংখায়রক্লবদা ঙাওরোইদবগী মরম করি লৈ। হৌখিবা শোক ১৯০৭ গী নুমিদাংৱাইবমদা মহাক্লা লোর্দ পিরীগা চাউববা চাক্লেন অমা চামিন্নরগা হভানা চুরুট হাউনা থকমিন্নদুনা নেপোলিয়ন ব্রান্দি থক্লগা শাগৎখিবা মঙলান অদু মঙফাওনরবনি খন্না লৈরক্লিবনি। মহাক্কী মঙলান্দি পাক্লবা আটলান্টিক মহাসাগর অসি নুমিৎ তরুক্লিদা জয় তৌবনি। ব্লু রিববন ফংদুনা চাউরবা মীঙচৎ অমা ফংবা পাম্বদগী জহাজ অসিগী খোঙজেল হেন্না য়াংহনবা পামখি। মহাক্কী অপাম্বদু কেপ্টেন স্মিথদা যাথং তৌরগা লাকখি। চাউরবা উনগী চীং লৈরে, থারবা উন মপাক কয়া পাক শন্না শন্দোক্লগা লৈরে হায়বগী চেকশিন্নবা পাউ কয়া অতোপ্পা জহাজদগী লাকখি। পুম্নমক মঙোন্দা অরেম্বা তাহনখি। মহাক পাউশিংদু থাজদবগীরা' মহাক্লা খল্লিবদু য়াম্না চিংননীঙাইনি।

টাইটানিক লুপথ্রগনি খঙলবনিনা মহাক মথৱায় হিংনবগীদমক কোলাপসিবল-সি তোংলগা লাকখি। মখোয়না হিদু হোনবা হৌরক্লবা মতমদা জহাজ অদু লুপথবা হৌরকখি। হৌরবা মখোলগা লোয়ননা পোকখায়রকখি। জহাজদা ঙাল্লম্বা মৈ মুৎথ্রে অদুবু জহাজদগী কামখোরক্লিবা চাউরবা মৈবুল অদুনা মহৎ শিল্লকখি। মতমদুদা হিথক্তা ফম্লিবা ইস্মে মমায় লৈথোক্লগা মমিৎ উইশিল্লগা লৈখি। ব্রুজা লিশিং অমা মাগী কোকথক্তা তারকপগুম খনখি। জহাজ অদুনা

লুপশিনখিবগা মৈবুল অদুসু মুংখি। নোং ঙাম্মোরকপা হৌরক্লবা মতম কারপাথিয়া লাকপা উরকপদা মীয়াম পুম্নমক নুংঙাইনরকই। অদুবু ইস্মেদি মশা থক-থক নিক্লগা লৈখি।

কারপাথিয়াগী মনাক্তা পুং ৬.৩০ তাবদা কোলাপসিবল-সি চংশিল্লকখি। হিং অদুদগী জহাজ মথক্তা ইহান হান্না কাখৎলকখিবসি ইস্মেনি। মহাক মথক য়ৌরক্লবদা অঙাওবগুম হায়রকখি, "ঐ ইস্মেনি... ঐ ইস্মেনি ...।"

কারপাথিয়াগী দা: মেকঘী চংশিন্দুনা ইস্মেবু ওকই। মহাক্লা দাইনিং সেলুনদা ফোং-ফোং শাবা সুপ খর পীথকপা পাম্বদগী মনুংদা চংলসি হায়রকখি।

"ঐ করি অমত্তা থকপা পামদে।"

"করিগুম্বা খরদি চাবা ফৈ," দাক্তরনা ঈংনা তপ্না হায়রকখি।

"নহাক্লা চানবীরবদি ঐবু অচিকপা মফমদা লৈহনবীয়ু।"

"ঐনা ফনবা পুম্নমক শিনগনি। অদুবু করিগুম্বা খরদি চাশিনশি।"

"ঐনা চানিংদে হায়খ্রবদুনি।"

দাক্তবদু কান্নররোই খঙলদুনা মাগী কেবিনদা পুরকখি। কারপাথিয়ানা নিউ য়োর্ক য়ৌদ্রিবা ফাওবদি মীয়ামগী নিল-খোঙবা তাহনদনা মফমদুদা লৈহনখি।

হেনরী সিয়েপেলগী মচানুপী মিস্ট্রে টুরেল কেভেন্দিশনা হায়ঃ ইস্মেনা বোর্দ মথক্তা কাখৎলকপদু ঐ উহৌই। মহাক মশাদু থক থক নিকই অদুগা মুরুম মুরুম শোল্লি, "ঐ ইস্মেনি, ঐ ইস্মেনি।"

হৌজিক্তি ইস্মে য়াম্না তোল্লবা মী অমা হায়বদু ওইরে। কনাগুম্বনদি মহাক য়াম্না পাংদবনি হায়নবা য়াওই। অকিবগী মশক ফংলবা থৌদোক অদুগী মবাল মঙোন্দা লোইনা শীবা তাববসু বিলিয়ম ই, কারটর কৌবা ফিলদেলফিয়াদা লৈবা নিপাদুনা হায়, "ইস্মে টাইটানিক কায়রগনি হায়বা খঙলদুনা মী কনবগী থবক তৌরকপদা পুকচেল শেংনা তৌখি। নুপী অঙাং হিদা কাখৎপদা চংশিন্দুনা মতেং পাংই। কনাগুম্বশিংনা মাবু পাংদবনি হায়না চৈরকপা য়াওরগদি ঐ য়ানিংদে।"

ফ্লোরেন্স ইস্মেগী লোয়নবীনি। টাইটানিক লুপখিবগী পাউ তাবদা য়াম্না রানা খাঙজখি। মচা জেম্মী লোক লায়হৌ তৌদুনা কন্না নারিবনি। পাউ অসি নঙোন্দা খঙহন্দনা নর্স অনী অমদি মিস্টর রিকনা অনাবা শেন্নরগা লৈরিবনি। মপুরোইবনা অরাবা তারবা মতমদা ফ্লোরেন্সনা অরাপ্পগী চিঠি ইরকখি। মহাক অখাঙ কনবীনি। মপুরোইবনা ওইরমগদবা ফিবমদু মহাক খঙই। চিঠিদুদা ইরক্লিবসি মাগী থম্মোই ফাজিনবা পাম্বগীনি। মাগী চিঠি পারগা অরাবা খরমখৈদা কোক্লনি নীংই মরমদি ইস্মে মাগী নুপীবুদি য়াম্না নুংশিজে। চিঠি অদুদা ইরি, "থম্মোই ফাজিনবীউ।"

নুংঙাইরবা রাখলগী মঙলান অমদা তাওরম্বা ইস্মে মীয়াম মরক্তগী লাপ্না লৈবা পাম্লকখি। অচিকপদা লৈরগা নুংঙাইবগুম তৌই। মপুরোইবা অমদি মচা কায়নরবী কয়ানা শেলগী মতেং পাম্বদগী চিঠি কয়া ইরকখি। মহাক্সু অঙম্বা মতেং

পীনবা হোৎনরকখি অদুবু মীয়ামগী থাজবা অদুমদি মাঙহ্রে। হিংলুবগী কান্নবা লৈত্রে খল্লকখি। য়াম্না থাজদনা দাএবেটেসনা নারকখি। চানিং থকনিংবগী ৱাখল পোক্লকখিদে। মীওইবগী দশা হায়বসি অঙকপনি! মখল মখেলগী লায়নানা নারকই। য়েং থংবা খোঙ ককপা তারকখি। ৱাখল কয়ানা পুন্সি তেনশিন্নবগী মরম ওইরকখি। স্ট্রোক তৌরকপদগী শোক ১৯৩৭ সংসারদগী বীদায় লৌখি। মাগী ওইনদি শান্তি ফংলবনি। নুংশিজরবা মপুরোইবা লৈখিদ্রবদা ফ্লোরেন্সনা হায়ঃ ''ঐখোয়গী নুংঙাইনা হিংলম্বা য়াবা পুন্সি টাইটানিক্তা মাঙহনবীগ্রে।''

## হোনীমুন লাকখিবা খরগী ৱারী

## ১৯। হার্দর মতৈ-মনাও

মিস্টর অমদি মিস্ট্রেস হার্দর হায়বা লুহোংবা নৌরিবা মতৈ-মনাও অনী অসি হোনীমুন লাকখিবদা তেক্তা কায়দনা অকিবা ফংলবা টাইটাইনিক্তা লুপখিবদা য়াউখিদবা হিংনা হন্নকখিবশিংগী মনুংদা অমনি।

হার্দরগী মপুং ফাবা মমিংদি জর্জ অকিল্লাস হার্দর কৌই। ভিক্টর অকিল্লাস হার্দর অমদি মিনী মেহলগী মচানি। ওক্তোবর ২২, ১৮৮৬তা পোকখিবা চহী ২৫দা ঙাইরিবা নহানি। মহাক্তা লুহোংদুনা লৌরিবা নুপীদুগী অশেংবা মমিংদি দোরোথী অন্নান হার্দর কৌই। নিউ য়োর্ক্তা লৈবা ইদৱার্দ অন্নান, জুনিয়ার অমদি মাউদ ইয়ারী অনীগী মচানুপীনি। জুলাই ৪, ১৮৮৯দা পোকখিবনি।

মখোয় লুহোংলবা মতুংদা য়ুরোপ্তা হোনীমুন চলুবদগী টাইটইনিক তোংলগা ময়ুমদা হন্নক্লিবনি। ফার্স্ট ক্লাসতা তোংলকখি। মখোয়গী টিকেট নং ১১৭৬৫নি। কেবিন নং ই ৫০নি। লাইবক ফবদগী মখোয় অনীমক হিংলকখিবদা পুন্নমক্তা হরাউনখি। ময়ুমদা হন্নক্লগা তুমিন্না লৈখিদে। টাইটানিক্তা হিংলকখিৱা মরু ওইবা মীওই খরগা মান্নরগা কমিটী অমা শেমখি। কমিটি অদুনা পান্নিবসি টাইটানিক লুপথ্রবা মতুংদা হিংবা ঙমহৌবা যাত্রিকশিংবু কনবীরগা নিউ য়োর্ক য়ৌনা পুরকখিবা কারপাখিয়া জহাজগী থৌনা ফরবা কেপ্টেন রোস্ট্রোন অমদি মাগী ক্রিউ মেম্বর ৩২০দা লুপাগী কপ অমগা মেদলশিং পীনবগীদমক্নি। কমিটি অদুদা য়াউরিবশিংদিঃ ফ্রেদরিক সেৱার্দ, চিয়ার্মেন, কার্ল ঐইচ, বেহর, মোল্লী ব্রাউন, মাউইথ বজোর্নস্টোন স্টেফানসন, ফ্রেদরিক ওক্রে স্পেদন অমসুং ইজাক ফ্রাউয়েনথেল অসিনচিংবনি।

দোরোথী য়াম্না কুইনা পুন্সিখিদে। কিদনী য়ারক্তবদগী দিসেম্বর ১, ১৯২৬তা লৈখিদে। মহাক লৈখিদ্রবা মতুংদা হার্দর মহাক্না চহী ১৫রোম হনবা ইলিজাবেথ কৌবী অমা লুহোংখি। হার্দর মে ২৬, ১৯৫৯ দা শিখি।

মখোয় পুন্নমক শিপ্পবসু মখোয়গী লৈহৌরিবা মচা মশুশিংনা দোরোথীনা টাইটানিক তোংবদা শিজিন্নরম্বা ব্রান্দী লিক্লি, মহাক্না তোংলম্বা খোঙউপকী বটন হক চেকশিন্না থুমদুনা ঈকাই খুম্নবা উৎলি।

## ২০। স্টুর্গিজ মতৈ-মনাও

স্টুগিজগী মতৈ-মনাও হায়বগা খঙনবিবসি দিকিন্সন মতৈ মনাওর্নি। ময়াম্না অহানবদা দিকিন্সনগী মরমদা হায়নখিঃ লুহোংবা হাক্তক্তগী মহাক নুংঙাইখিবনি। হায়নবিবদু অচুম্বা খর লৈদুনা ঙাঙনবিবনি। দোরাজিযেক্তা লৈবা বোদ ওক স্টোভ কোগী মচানুপী লুহোংই। মহাক লুহোংবা মতমদা অউনপোৎ ওইনা উল্লকখিবা স্টোভকী মবু ওইবা সিয়ার মাগী ওইখি। লাইবক থীবা হাযদুনি নুপী অদু লুহোংলবা মতুং ইকুই কুইদনা লৈখিদে।

নুপী অদু শিখিবদগী দিকিন্সন শোক ১৯১১ নোভেম্ববদা হেলেন রাপ্টোন কৌবী মশক ফজবী অমগা অনীরকশুবা ওইনা লুহোংই। হেলেন্সু নুংঙাই য়াইফবা ইমুংগী মচানি। স্টুর্গিজদা লৈবা রোয়েলইজী চেয়াব কোগী মপু ওইরিবদুগী মচানি। তশেংনা হায়ববদা মীয়াম্না ঙাংনরিবদু অচুম্বনি। মহক হৌজিক অউনপোৎখক্তনা লন-থুম কয়াগী মপু ওইরবনি।

লুহোংলবা মতুংদা হেলেনগা দিকিন্সনগা হোনীমুন চৎলুরি। ইজিপ, ইটালি, ফ্রান্স অমদি আলজের্স কোইরুরগা ময়ুম লমদম আমেরিকাদা টাইটানিক তোংলগা লাক্লিবনি। মতমসিদা দিকিন্সনগী চহী ২৪ অদুগা হেলেনগীনা ১৯নি। ময়ুমদা হল্লকপসিদা হেলেন মীরোল্লকখি। মখোয়গী পোৎথাম ওইনবা হায়দুনা ফ্রেউ ফ্রেউ কৌবা হুই অমসু খোঙচৎসিদা লোয়রক্লি।

অকিবা ফংলবা এপ্রিল ১৪/১৫গী অহিংদুদা লাইবক ফবদগী মখোয় অনীমক হি নং ৭তা তোংবা ফংলকখি। হিংনবা পাম্বৈ থীরকপদা নুংশিনা লোয়নরকখিবা ফ্রেউ ফ্রেউ স্টেটরুমদা কুল্লগা লৈহৌবদু নীংশিংবা ঙমখিদে। দোল্লর ১১,০০০গী সনাগী লিক-কোল লৈহৌরবনি। থরায়না মবু ওই খনবনিনা খঙন-খঙন মখোয়গী কেবিন্দা লৈহৌরিবশিংদু লৌরুবগী তঞ্জা ফংলবসু লৌবা চৎখিদে। মরমদি মদু লৌবা চৎলিঙৈদা হি তোংবগী খুদোংচাবা ফংলরোই। অমরোমদা হেলেন কায়নখিবা তাবনি।

## টাইটানিক লুপখিবা

হি তোংখিন্নবিবশিংদা হেলেন্না য়াবী লীরকইঃ ইজিপ্তা লৈবিঙেদা পাঞ্জি অমনা মাগী লাইবক্তা তমখ্রবা খুদোংথীবা থেংনবক্কদবা কয়া মথেক শেংনা ফাউবকখি। জহাজ কাযবগী খুদোংথীবা নংগনি। শিবমক্তি শিবোই। যুহাব হাবা অমসু থেংগনি। মদুদসু মহাক শিবোই হায়বকখি। অদুবু পারীগী এক্সিদেন্ট অমদা নহাক যাওগনি। মদুনি মহাক্না চেকশিনগদবা। পাঞ্জিনা হাযবকখিবদু মথেক শেংনা পাউ ওইনা তম্লগা মতুংদা হেলেন্না হায়বকখি, 'কপাদা চুমখ্রবনো। হি তোংবা যংলবনিনা ঐখোয় শিবমক্তি শিববোই।''

দিকিন্সন অমদি হেলেন হেক্তা কাযদনা য়ুমদা থুংলবদা কযাগী মতিক নংঙাইজখিবা। থা নিপাল লৈবগা মচানিপা অমা পোকই। অঙাং অদু হেক পোকপগা বান্দালে থোক্লি। অদুবু নুমিৎ নীনি লৈবম্লগা অঙাংদু শিখি।

মদুগী মতুং ইকুই কুইদনা কালিফোর্নিযাগী থোঙচং অমা চংখি। অকিবা ফংলবা য়ুহাবহাবগী থৌদোক অমা থেংনখি। পাঞ্জিনা হাযবদুক চুনখি। মদুগী অকিবদুনা হেলেনবু শিকনবা ঙমখিদে। হেলেনগী পুক্কিংদা চিংনবিবসি গাবী এক্সিদেন্ট হাযবদুনি। পাঞ্জিনা হাযবকখিবা শাথীববা থৌদক অনী মথং মথং থোকখ্র পারীগী এক্সিদেন্ট অদুমদি য়াপনি। মসিনা মবম ওইদুনা মহাক গাবী তোংলসি হায়বা কি।

নুমিৎ অদু নোভেম্বর ১৫ ১৯১৩নি কলাঙজুপা পার্টি অমা চংলুবগী যুমদা হল্লকপগী লম্বীদা থৌদোক অদুমক থোক্লবে। দিকিন্সনগা হেলেনগা কাব তোংদুনা লাকপদা উ অমদা য়ৈশিনবদগী এক্সিদেন্ট থোকখিবনি। হেলেন স্টীল প্লেট অমদা যৌশিন্দুনা কোক্কী শবুক শাথীনা শোকখি। মদুনা মবম ওইদুনা পুক্সি তেনশিন্নবগী মবম অমা ওইখি।

চৈরককসিদা নিংফুং নিংফুং ঙাংনবকপা তোকঙা অমা কন্না শন্দোবক্লিঃ দিকিন্সন টাইটানিক্কা অকিবা ফংলবা থৌদোক অদুদা থৌনা লৈনা নিপা ওইবগী মগুন ঙক্লগা হিংলকখিব নত্তে। নুপীগী ফি শেংলগা নুপী শাবগা হি তোংলখিবনি ''

ঈকাইবা নঙলবা দিকিন্সন্নি। মতম খবদি ঈকাইবা খাঙলম্মী অদুবু উপায লৈতে। শোক ১৯১৬তা ইকাযবা ফনবগীদমক হেলেন কাযনবা তাখি। দিকিন্সনগা কায়নববা মতুং থা অনী লৈবগা হেলেন মবুপ অমগী মযুমদা কোইবা চংপদা তুশিল্লি শোক্লগা লৈবিবা কোক্কী শবুক্তা অমুক হন্না যৈশিনবদা হেলেন কনবা ঙমখিদে। পুক্সি তেনশিনখি। পাঞ্জিগী লাইফাউদু চুমখি।

লমদমদুদা ফোংবা খবব দোৱাজিয়েক দের্লীনা পাউ অনীথক মমাংথংবা লমাযদা ইবক্লিঃ হেলেন লৈখিদ্রে। পাউদুগী হেক থংননা ইবক্লিঃ দেক বিসোপ চিকাগো পর্বালিসিং মেগনেট অমগি মচানুপী সীদনী বোইস কৌবী অমগা লুপোংখ্রে। পাউ অনীদু পাবদা মীযাম ঙক্লখি। ময়াম্না পাউ অদু পাবুবদগী

ঙাঙনরকখিঃ হেলেন শিবা নুমিৎনা মার্চ ১৬, ১৯১৬ অদুগা দিকিন্সন অতোপ্পা অহমশুবা নুপী অমা মার্চ ১৪, ১৯১৬তা লুহোংল্লবা!

টাইটানিক্কী অকিবা ফংলবা থৌদোক্তা শিহনবা ঙমিদ্রবসু হিংবগী মহাউ খঙহনখিদে।ময়াম্মা বিসোপ হায়গা খঙনবা দিকিন্সন শোক ১৯৬১দা স্ট্রোক তৌরকপদগী পুন্সি লোইশিনখি।

## ২১। মেক নেমী মতৈ-মনাও

নৌনা লুহোংলকপদা ঙায়রিবা মেক নেমী মতৈ মনাও অনিমক টাইটানিক্তা সমুদ্রগী ঈরোল্লুংদা লুপখিবদা মখোয় অনীবুসু লোয়নখি। ঈংলবা উনগী মরক্তা তাউমিল্লখি।

মেক নেমী হায়না খঙনরিবসি নীল মেক নেমী অমদি ইলীন মেক নেমী মখোয় অনীবুনি। নীল চহী ২৭নি অদুগা ইলীনগীনা চহী ১৯নি। মখোয় অনী শকখঙনখিবসি সিলিসবুরীদা লৈবা লিপটোন্স গ্রোসর্স এন্দ মার্চেন্টদা খঙনখিবনি। মখোয় অনী দুকান অদুদা থবক তৌবা ঙাক্তনি। নুমিৎ খুদিংগী লৈমিন্নবনিনা মখোয় অনী নুংশিনরকখি। লুহোংবদসু অঙকপা কুম্মৈ অমা ওইখি। নীলনা কেঠোলিক্নি অদুগা ইলীন্না প্রোটেস্টেন্টনি। লুহোংলবা মতংদা মখোয় সাউথমটোন্দগী থার্দ ক্লাসতা তোংলকখিবনি। নীল লিপটোনগী ব্রাঞ্চ মেনেজর ওইরম্বনি। নিউ যোর্কতা খর হেন্না ফবা থবক তৌবা পাম্বদগী নীলনা লুহোংবা নৌরিবী মাগী নুপী ইলীন পুরগা টাইটানিক তোংলগা লাক্লিবনি।

আমেরিকা চৎলগনি খনবদগী ফি-রোল অনৌ অনৌবা ময়াম অমা লৈশিল্লিঃ সেলর ব্লাজগা লোয়নবা ব্লু এঙ্কোব, ব্লু স্কর্ট অমসুং পেটিকোট। মহাক্কা য়াম্না পামজরিবসি ব্লু মচুনি। কোর্সেট হায়না খঙনবা তপ নপ্পা অন্দরবেয়ার অদু ফাউবা ব্লু মচু লৈরুরি। লুহোংবা নৌরিবনি অমরোমদা মখোয়না তোংগদরিবসি অঙকপনা থল্লবা পৃথীদা খ্বাইদগী চাউরবা জহাজনি। খোঙচৎ অসিদা ময়ামগা মান্নদবা ফি যেৎপদুনি মহাকনা খঞ্জরিবসি।

ট্রঙ্কদা মখোয়গী পুগদবা ফি-রোলশিংদু হাপচিনবদা মহাক মখৌ য়াম্না চিনখি। পুন্নমক অসিদগী য়াম্না চেকশিন্না হোৎনরিবসি মহাক্কী লুহোংবগী খুদোপ অদুনি। লৈমিন্নরম্বা খুদিংমক কায়থ্রগনি খনবদগী মরুপ মপাংশিং ব্বারী শান্নবদা ঙাইহাক্তা পোত্থাবা শংখিদে। মাগী মতৌসিদা মীপুম খুদিংমক্তা নুংশি। টাইটানিক তোংলমদাইগী মতমদা ময়ামদুনা নুংশিনা বীদায় পীরকখি।

টাইটানিক্কী অকিবনা থল্লবা থৌদোক অদু থোক্রমদাইগী মমাং নুমিদাংৱাইরমদগী হৌনা থার্দ ক্লাসগী স্টীয়েজ জেনেরেল রুমদা পার্টি তৌদুনা

মী অয়াম্বা জগোয় শাখি। নীল অমসুং ইলীনসু জগোয় শাবদুদা য়াওখি। ময়ামদুনা নুংঙাইনা জগোয় শারিঙৈদনি জহাজনা উনগী চীংদা থেংজিনখিবদু। জগোয়গী নুংঙাইবদুনা উনগী চীংদা থেংজিনবগী মখোল তাখিদে। উন খর দেক মথকতা তাবা উরকপদগী খঙনরকখিঃ জহাজ উনগী চীংদা থেংজিল্লে।

মথং মথং অরেপ্পা লৈতনা পাউ পুরক্লিঃ জহাজ লুপখিবা য়াবগী ফিবমদা লৈরে। পাউ অদুনা যাত্রিকশিংদা চরাংনবা ময়াম অমা থোকহনখি।

মমা মপাশিংনা ফি শেংলিঙৈদা অঙাংশিং কপখৎলকই। ময়ামদুগী চরাংনবদুনা ইলী মীপাইহনখি। নীলনদি হায়, "ব্রাবুগনু, থোকঅবা অমা শোয়দনা লাক্কনি। অদুবু পোৎ খরদি লোয়নখিবা ফে।" মপুরোইবনা হায়রিবদু তাবদা পর্জদা শো, টিকেট, কার্ড, কোসমেটিক, অতৈ খরগা হাপচিল্লি। করি ব্রাৎলিবগে য়েংই। কোট লিংশিল্লি। মদুগী মথক্তা মপুরোইবনা লাইফবেলট ফাজিনবী। মখোয় অনীদু ময়ামগী মতুং ইন্দুনা হি লৈরিবা মফমদু তানা চেল্লকই। ইলীননা কন্না শেন্নরিবসি মাগী পর্জ অদুনি। তাহৌদনবা হায়দুনা খুদাংদা য়েংশিল্লি। মাংদা লৈরিবা হি অদুদা তোংবা লাক্লিবা নুপী অমনা ইলীনদা হায়বকই, "হি অসিদা তোংহৌদবা তারবদি ঐখোয়গী উপায় লৈত্রবনি। লাকও হিদা তোংলুরসি।"

"নহাক তোংলুরো, ঐদি নীল থাদোক্লগা ইথন্তা চৎপা ঙম্লোই," ইলীননা পাউখুম পীরগা মপুরোইবগী মখুত্তা চেংনা কোনশিল্লি। হিদু মখাদা থাদখিবদা নীল অমদি ইলীন য়েংলগা লৈহৌই। মখোয় অনী অহানবদা হিদুদা তোংগদবগী তৌবুরবনি। ওফিসারদুনা নিপা তোংবা য়ারোই হায়রকপদগী লৈহৌবনি।

জহাজ অদু অহৌবা মখোলগা লোয়ননা লুপথবা হৌরক্লবনি। জহাজগী দেক ঈশিংনা অকনবা শফুগা লোয়ননা চেল্লক্লবদা নীল অমদি ইলীন সমুদ্রগী ঈরোম্নুংদা চোংথরকখি। মদুনা মখোয় অনীগী অরোইবা মীৎকুপ হায়বদু ওইখি। ইলীনগী থব্রায় য়াওদ্রবা হকচাং ফংবা ঙমখি। মহাক্কী হকচাং ফংবা মতমদা মাগী খুদাংদা য়েংশিল্লবা পর্জ অদুসু মতুং ইন্দুনা সমুদ্রগী ঈথক ঈপোমদা তাউরগা লৈরম্মী। নীলগী থব্রায় য়াওদ্রবা হকচাংদি করম্বা ঈথক ঈপোম্না পুদুনা করম্বা মফমদা চৎখ্রবনো নত্রগা ঈরোম্নুংগী করম্বা মফমদা লৈখ্রবনো খীবা ফংখিদে।

## ২২। স্মীথ মতৈ-মনাও

স্মীথ মতৈ-মনাও হায়রগা খঙনরিবসি লুসিয়েন ফিলিপ স্মীথ অমদি মাগী লোয়নবী মেরী ইলোইজ স্মীথ মখোয় অনীবুনি। লুহোংবা কইদ্রিবা বর কৈন্যানি। ফিলিপ চহী ২৪দা ঙাইরি অদুগা মেরীগীনা চহী ১৮ মপুং ফারকপদা মঙাইরি। মহাক্কী অঙাং ওইরিঙৈগী অশেংবা মমিংদি মেরী ইলোইজ হগজ কৌই। মখোয়গী লৈফমদি ইংলেন্দগী হনটেংটোনদা লৈবনি। ফার্স্ট ক্লাসকী টিকেট নং ১৩৬৯৫ কক্লগা কেবিন সি ৩১দা তোংলগা আমেরিকাদা টাইটানিক তোংলগা লাক্লিবনি। লুহোংবা নৌবিবনিনা নুংঙাইরবা মঙলান কয়াগা লোয়নরকখি। খঙহৌদনা খোরকখিবা তমথীববা টাইটানিক লুপখিবগী থৌদোক্লা নুংশিববা মপুরোইবা কায়নহনখি। লুসিয়েন্না পুন্সিগী কাউথোকপা ঙমদনা নীংশিংদুনা লৈবিবসি নুমিত্তুদা থোকখিবা থৌদোকময়ামদুনি। মহাকপু লুহোংবা নৌরিবগী হৌনবী মিৎকুপ অমা ফাওবা মপুরোইবনা থাদোকখিদে। মপুরোইবদু পোত্থাবা ওইনা মাগী মবুপশিংগা জুব্বার শান্নমিন্নগনি। নুমিৎ অদুগী নুমিদাংবাইবমদা কে পারিসিয়ানদা জুব্বার শান্নৈ। মদুদা য়াওবিবশিংদু আলফ্রেদ ফর্নান্দ ওমোন্ট, পাউল, চেভর অমদি পিবে মারেচালনি। মখোযনা জুব্বাব শান্নবিঙৈদা টাইটানিক উনগী চীংদা থেংজিনখ্রবনি। মখোয় শান্নরিবা জুব্বাব অদুদা পুক্লিং লুপখিবনা জহাজ অদু কবি থোকখ্রবগে খঙহৌদে।

মদুগী মমাং পুং ৭.৩০ তাবদা লুসিয়েন অমদি ইলোইজ কেফতা দিনর চামিন্নৈ মতমদুদা মিস্টর ইস্মেনা শিনবা দিনর অমসু পাংথোক্লি। মদুদা য়াওরিবশিংদু মশক নায়রবা মীওই ঙাক্তা ওইরিগনি। মখোয় কনা কনানো খঙদে। দিনর য়াউরিবশিংদুগী মরক্তা খরদি য়ু কা কেন্না থকপদগী নেসানা জ্ঞান মাঙহনখিবগুম তৌই। কেফ অদুগী মপান্দা কোফি থকফম কা লৈ। মী খর দিনর চাবা লোইরবা মতুংদা ঈশে তাবগা কোফি থক্লি। মতমদা লুসিয়েন মমান্নশিংগা ফস্মীন্নরি। পুং ১০.৩০ তারক্লবদা ইলোইজ তুম্নিংদুনা কেবিন্দা লাকখি। মপুরোইবদসু তুম্নুরশি হায়রম্মী। মহাক্লা কেফতগী লাকপা মতমদা ইস্মে মাগী পার্টিশিংগা লৈমিন্নহৌই। ইলোইজ জহাজনা উন্দা থেংজিনবদু মাগী কাদা লৈরবনিনা তাহৌই। মদুদা মহাক য়াম্না লুনা খঙ্খবুদে। তুমগদবগী কন্না হোৎনরিঙৈদা ইঞ্জিন মুৎখি। মতমসিদা মপুরোইবা হল্লকই। ইলোইজনা খল্লুবদি মহাক্সু তুম্বা লাক্লিবনি হায়বসিনি। ইলাইজনা হংই, "ইঞ্জিন মুৎখ্রিবা করিগীনো?" মপুরোইবনা খুম্লকই, "জহাজ অসি উনগী চীংদা থেংজিল্লুরে অদুনা ইঞ্জিন মুত্থৎলিবনি। অদুবু কিনিঙাইদি ওইদে। নিউ য়োর্ক্তা খর

থেংথনা থুংলরগনি।" মখোয়না ৱারী শান্নরিঙৈদা পাউ অমা লাকই। মদু কেপ্টেনগী য়াখংনিঃ নুপী খুদিংমক দেক্তা লাকউ।

লাক্লিবা পাউদু য়াম্না লুনা খল্লুদবনা ইলাইজ মফি শেৎপদা মতম য়াম্না চংখিঃ ফুরিৎ অথাবা লিংশিল্লি, খোঙউপ অৱাংবা তোংশিল্লি, কোক্তা কোকখুমফি কুপশিল্লি। মহাক্না তৌরিবা মতৌদুদা মপুরোইবসু ৱা ঙাঙদনা অদুম য়েংলগা লৈ। ইলাইজ মাগী অপাম্বশিংদু শেংলবা মতুংদা দেক তানা চংখি। দেক য়ৌদ্রিঙৈদা স্টেৱার্দ অমা থেংনৈ। মহাক্না হায়রম্লিঃ লাইফ প্রেজাভর লিত্রবদি কান্নরোই। ইলাইজ মাগী ৱাদু তাবদা অমুক হন্নকই। লাইফ প্রেজাভর লিংশিল্লি। লিক-কোল খরসু লোয়নগদবগী থৌরাং তৌই। মাগী মতৌদু উবদা ঙসাইমখে তুমিন্না মঙোন্দা য়েংলগা লৈরম্বা মপুরোইবদু ৱা ঙাঙলকই, "নহাক কান্নদবদা মতম য়াম্না মাঙহল্লে।"

মপুরোইবনা হায়রিবদু থওইনা তারুবা তৌদনা খুদোপ অনী পায়রগা চংখি। মপুরোইবসু মাগী মতুং ইন্নরক্লি। মথক থংবা দেক য়ৌরকপদা হায়রকইঃ নিপা য়াওদনা দেক এ দা চংকদবনি। মখোয়গা লাক্মিন্নরিবা নুপী খরদুসু মপুরোইবা থাদোক্লবা য়ারোই হায়না মরৈ কন্না য়েৎনরকখি। মমৈথংদা হি মনাক ফাউবদি নিপাশিংগা লোয়ননা লাকম্মীন্নবা য়ারকখি। ঙাঙনরিঙৈদা অহানবা হিদু থাদবনা হানখি। অকোনবগী হি থাদ্রিবা ফাউবা জীম্নাসিয়মদা ফম্লগা ঙাইরম্মী। হি অমা থাদগদগী হোৎনরকপদা মীশিংদু কাখৎনরকখি। ইলাইজনা মপুরোইবা য়াওদ্রবদি হিদা তোংখৎলু য়াখিদে। মপুরোইবনা হন্ন হন্ন হায়রবসু য়াবা কৌবা লৈতে। মমৈথংদা লুসিয়েন্না হায়রকই, "ঐ নঙোন্দা ঐনা হায়বা ইনগদবনি খক হায়রোই, নহাক্না লৌজবা ফিরেপ্পা অরোইবনি।"

উপায় লৈত্রবী ইলাইজ হিদা কাখৎপা তাখি। অরোইবা ওইনা মপুরোইববু নুংশিনা চুপ্লগা হিদা কাখৎখি। হি থাদরক্লবা মতমদা লুসিয়েন্না হায়রকখি, "য়াম্না ঈংই। ঈংবা ফনবা ফুরিৎখাওদা খুৎশিংদু হমজিল্লু।"

মহাক্কী অরোইবা ৱাহৈ অসিনি ইলাইজনা নীংশিংদুনা লৈখিবা। মহাক্না তোংলকখিবা হিদু নং ৬নি। উন মরক্তা অশিবা হকচাং ময়াম তাউরগা লৈরিবশিংদুগী মরক্তা মপুরোইবা লুসিয়েন য়াওরমগনি খল্লুবদা মহাক কপখি। মহাক্কী অৱাবা মতৌদুদা চহী ২৭খক্তা ঙাইরিবা রোবার্ট ৱিলিয়ম দেনিয়েলনা থেমজিল্লি। খোঙথাং খুদিং মহাক্না শেন্নবী। মহাক থেংনরমদ্রবদি ইলোইজ অঙাওবী ওইরম্বসু য়াই। দেনিয়েলনা মাবু শোক ১৯১৪দা নুংশিনা মাগী লোয়নবী ওইনা লৌশিনবীখি। লুখ্রাবী হায়বা মিংথোন লৈহনখিদে। মহাক কুইনা পুন্সিখিদে। মশাগী চহী ৪৬ শুরকপদা মে ৩, ১৯৪০দা লৈখিদে। মহাক্না হায়জেঃ ঐগী ইপুরোইবা লুসিয়েন নিপা থোক্লা অশিবগা লাম্ন্থেংনখি।

## ২৩। চেপমেন মতৈ-মনাও

টাইটানিক্কী অহানবা সমুদ্রগী খোঙচৎ অসিদা লুহোংবা নৌরিবা মতৈ-মনাও ১৩ য়াউরকখিবশিংগী মনুংদা চেপমেন মতৈ-মনাওসু অমনি। লাইবক থীবা মতৈ-মনাওনি। মখোয় অনীমক টাইটানিক্কী অকিবা ফংলবা থৌদোক অদুদা অশিবগা লাম্বেংনখি। অশুম্না শিরগনি খঙদবনা টাইটানিক্কী অহানবা খোঙচৎ অসিদা নুংঙাইরবা মঙলান কয়াগা লোয়নরগা লাকখিবনি।

ময়াম্না চেপমেন মতৈ-মনাও হায়রগা খঙনরিবসি জোন হেনরী চেপমেন অমদি মাগী লোয়নবী সরা ইলিজাবেথ চেপমেন হায়বসিনি। হেনরী চেপমেন ইংলেন্দগী লিস্কীর্দ কোর্নরেলদা লৈবনি। সরাগী অঙাং ওইরিঙৈগী মমিংদি লাউরী কৌই। লুহোংবা নৌরিবনি। মখোয় দিসেম্বর ২৬, ১৯১১দা লুহোংখিবনি। চেপমেন কোর্নরেগী মনুংদা লৈবা সেন্ট নেওটগী পার্সোন্স পার্ক ফার্মদা শোক ১৮৭৬তা পোকখিবনি। শিনফম্না লৌমী ওইবা জেমস চেপমেনগী মচানি। মপাগা লৌ উদুনা লৈরম্বদগী শোক ১৯০৬তা কনাদাদা য়ুম হোংখিবনি। মফমদুদা লৈরম্বদগী অমুক শোক ১৯১০দা বাসিংটনগী স্পোকেন্দা লাকখি। মহাক্কী শানফমদি সেমেটরি বার্কবনি। শোক ১৯১১ লোইশিল্লমদাইদা কোর্নরেলদা হল্লকই। লাইবক ফবা হায়বদুনি সরা ইলিজাবেথ লাউরী খেংনবুবদগী লুহোংখিবনি। মতমদুদা চেপেলগী চহী ৩৭ হায়রক্লে। লিওকীর্দকী চাপেলদা কয়াদা মপুং ফানা নুংঙাইনা লুহোংখিবা। নুংঙাইরবা মঙলান্না পিক থনখি। সরা বিলিষম হেনরী লাউরী অমদি সরা ইম্মা লাউরীগী মচা নুপীনি। সরাগী মপাসু লৌমীনি। মখোয় মরিনি মচিন-মনাও। সরানা লুহোংবা মতমদা চহী ২৮ হায়রক্লে। মহাক্কী পোকমিন্নবা মবুং বিল্লিয়ম জোসেফ ইদবার আমেরিকাদা থবক তৌরি। শিনফমদি উশ্নবনি। লুহোংবা কুইদ্রিবা চেপমেন মতৈ-মনাওসু মফমদু থবক তৌবা পাম্বগী মবুংনা লৈরিবা ফিটজবর্নদা লৈগদবগী টাইটানিক তোংলগা লাকখিবনি। নিউ য়োর্ক্তা থুংলবা মতুংদা চিকাগো ফাউরগা ফিটজবর্ন য়ৌগদৌরিনি। শাংলবা খোঙচৎনি। লিকীর্দদা লৈবা হুয়াইট স্টার লাইনরগী এজেন্ট জিওর্গ এন্দ কো:দা টাইটানিক্ তোংগদবগী টিকেট ককপা মতমদা সরা কয়াদা হরাওজখি মরমদি মহাক ময়াম্না ঙাঙনবা তাখিঃ টাইটানিক অঙকপনা থল্লবা জহাজনি।

মখোয়না টাইটানিক তোংলক্লিবসি সেকেন্দ ক্লাসতনি টিকেট নং ২৯০৩৭নি। মখোয়না তোংলকপসিদা জেমস হোকিং মতৈ-মনাও খেংবদগী নুংঙাইরবা খোঙচৎ হায়বদু ওইরক্লি। খঙহৌদনা তারকখিবা অকিবা ফংলবা

# টাইটানিক লুপখিবা

টাইটানিক্লা উনগী চীংদা থেংজিনবগী পাউ অদুনা নুংঙাইরম্বা মঙলান পুম্নমক মাঙহনখি। অহিং অদু মীৎকুপ খরদি নুংঙাইনা তুম্নুরবনি। মীয়ামগী নিল খোংলকপা তাবদগী হৌগৎলকখি। মঙলাক্লবগা মান্নখি। মতমদুদা মী পুম্নমক মাগী মাগী থবায় হিংনবা চেন্নরম্রি। কপ্ন-লাউনবগী খোঞ্জেল তাবদা অমুক্কা হেন্না মিপায়রকখি। ময়ামদুগী মরক্তা চেপমেন মতৈ-মনাওসু হি লৈরিবা মফমদু তানা চেনবদা য়াওরক্লি। থাদগবগী থৌরাং লোইরবা হি অমগী মনাক্তা লেপ্পরি। নিপা তোংবা য়ারোই হায়রকপা তাবদা মতৈ-মনাও অনীদু মুন্না য়েংনৈ। জোন্না হায়রকখি, "লাউরী, নহাক হি অসিদা তোংহৌদবা য়াদবনি।" লাউরীনা খুম্নকখি, "ঐ নহাক থাদোক্লগা চৎপা ঙম্লোই।"

টাইটানিক লুপথরক্লবা মতমনি। চেপমেন্না লাউরীবু হিদা তোংহৌনবা ফনা য়াম্না হায়জে অদুবু য়াবা কৌবা লৈখিদে। মদুমক্লা মরম ওইদুনা মখোয় অনী শিমিন্নখিবগী চাউববা মরম্নি। মপুরোইবনা হায়বা য়াম্লবদি লাউরী শোয়দনা হিংলমগনি। হি নং ৪দা তোংলকখিবা ইমিলী রিচার্দসনা হায়ঃ হিদা মহাক্লা কাৎখলমদাইদা মহাক্কী মনাক্তা সরা লেপ্পগা লৈ' ইমিলীনা মঙোন্দা হিদুদা তোংমিন্নখ্রসি কন্না হায়জবনি। মহাক য়ারকখিদে। মপুবোইবগী মখুত্তা চেৎনা কোপ্পগা লৈখি। মাগী নুপীগী অপাম্বা মতুং ইন্না জোন অমুক হন্না হিদা তোংখৎখিনবা মখা তানা হায়রকখিদ্রে। হিদু থাদবা হৌরক্লবদা সরানা হায়রকখি, "গুদবায় মিস্ট্রেস বিচার্দ, জোন চৎপা য়াদ্রবদি ঐ চৎলুবগী করি কান্নগনি।"

থাজোশংবমক্সু চেপমেন মতৈ-মনাও অরোইবা মিৎকুপ ফাউবা থাদোক্লদনা সমুদ্রগী ঈরোম্নুংদা লুপমিন্নখি।

# ২৪। বীনে মতৈ-মনাও

ইদৱার্দ বীনে য়ায়বসি হোনীমূন লাকখিবশিংগী মনুংদা তেক্তা কায়দনা মতৈ-মনাও হিংলকখিবশিংগী মনুংদা অমনি। মহাক্তি বিল্লী কারটর নত্তগা দিক্সন বিশোপনা তোকঙা শন্দোকপশিংগী লাংদা থুম্রবসু মহাক্তি মদুগুম্বা কয়াদগী লাইনা নাম্বোকপা ঙমখি। মহাক নোভেম্বর ১৯, ১৮৭৯দা ইংলেন্দদা পোকখি। জর্জ বীনে অমদি মেরি এ, কোক্সগী মচানি। চেক শুবা রাজমিস্ত্রি ওইনা নিউ য়োর্কতা লৈরকখিবনি। মাগী পোক্লফম লমদম নোরৱিচদা ইথেল ক্লার্ক কৌবী অমগা লুহোংলবা মতুংদা হোনীমূন ওইনা নিউ য়োর্কতা লাকখিবনি। পাউন্দ ২৬ পীবা টিকেৎ নম্বর ২৯০৮ দা তোংলগা সেকেন্দ ক্লাসদা নুংঙাইনা লাকখি।

বীনেনা মাগী পুক্সিদা খায়দগী রাজখিবা নুমিৎ অমা হায়বা তারবদি এপ্রিল ১১/১৩ অহিংদুনি। অহিং অদু অকনবা নোং-নুংশিৎ কন্না তৌখি। অতিয়াসু হায়নঙাই লৈতনা মমখি। শুক্লা মম্লবা অহিং ওইবনা করি থোক্লদবনো কন্না চিংনখি। নোংলৈ নংশিংনা জহাজ অসি লুপহনখিবা তারবদি হায়বগী রাখলদা অহিং অদু তুমহনখিদে। মরমদি মহাক মাগী নৌনা লুহোংলকখিবা মেরীগীদমক য়াম্না খঞ্জে। করিগুমবা মখলগী খুদোংথীবা অমত্তা থোকহন্নীংদে। অহিং অদুমদি চিংন চিংন হৌখি। খঙহৌদনা অমুক মখংগী নুমিৎ এপ্রিল ১৪/১৫গী লোন্নবা অহিংদা অকিবা ফংলবা থৌদোক অদুনা বীনেগী থম্মোইদা মেরী কায়নখিগদ্রা হায়বগী চিংনবা য়াম্না পোকখি। তুমগদবগী থৌরাং তৌদ্রিঙে মমাংদা বীনে অতিয়াগী নিংথীজবদু য়েংলমই। য়েংখিবা খুদিংমক ইচিক্তা চিকই। ঙরাংদৌনা নুশিৎ শিত্তবনিনা রাখলদা নুঙাইবা পোকই। মখোয় নুংঙাইনা অহিংদু পোত্থারুরবনি। মখোয়গা থংনবা স্টেটরুমদা লৈবা নুপী অদুনা অনীরক মখোয়দা টাইটানিক লুপখিবা য়াবগী অকিবা পাউদু পীরকখি। হি তোংবা নংহৌনবা চেনবদা লুহোংবদা শিজিন্নখিবা অকে-অমৌগী ফিশিংদু লোয়না কাউরম্লে। নুপী অঙাংখক্তা তোংগদবনি হায়বা নিয়ম অদু খুগায়রগা মখোয় অনী হিদা কাখৎলগা তোংলকখি। মখোয়না তোংলকখিবদু বোট নং ১৩ নি।

ময়াম্না মখোয় অনী তেক্তা কায়দনা লাকখিবদুদা ঙক্লখি। মতৌ করম্না লাকখিবনো হায়বদু মখোয় কনা অমত্তদা হায়দোকখিদে। উহৌবশিংনদি হায়ঃ ইদৱার্দ হিদু থাদরকপা মতমদা মহাক তোংলকখিদে। নিপা থোক্লা ঈরোইরগা লাকখিবনি। হি অদুগী মনাক য়ৌনা ঈরোইরগা লাকপদা ময়াম চংদুনা চিংখৎলগা তোংহনখিবনি। য়াম্না মরাইবক ফবশিংগী মনুংদা ইদৱার্দ অমনি। অদুবু মী খরনা হায়ঃ বীনে নিপা থোক্লা থেংনরবা মতুংদা হিদা তোংলকখিবা নত্তে।

## ২৫। সনাইদর মতৈ-মনাও

হোনীমুন চৎলুরগা য়াম্না নুংঙাইনা হল্লকখিবশিংগী মনুংদা খ্বাইদগী নুংঙাইজখিবা অমা হায়বা তারবদি সনাইদর মতৈ-মনাওনি। মখোয়গী অশেংবা মমিংদি জোন পিলোবুরী সনাইদর অমদি নেল্লে সনাইদর কৌই। আমেরিকাগী মিন্নীপোলিজদা লৈবনি। গেরেজ অমদি গ্রীনমিলগী মপুনি।

সনাইদর ফ্রেদ বি সনাইদর অমদি সুসান পেল্লসবুরী মচানি। অদুগা নেল্লেগী মপুং ফাবা মমিংদি নেল্লে স্টেভেন্সন কৌই। সেন্ট ক্রোইস্ক ফোলসদা লৈবনি।

লুহোংলবা মতুংদা থা ২গী ওইনা য়ুরোপ্তা কোয়রুবনি। ফার্স্ট ক্লাসকী টিকেট নং ২১২২৪ কল্লগা কেবিন বি ৪৫দা তোংলকখি। মতমদুদা জোনগী চহী ২৪ অদুগা নেল্লেগী চহী ২৩নি। অহিং জোন তুম্নুরবনি। নেল্লেনা হৌদোরকখি অদুগা হায়, ''জহাজ অসি করিগুম্বা খুদোংথীবা অমা শোয়দনা মায়োক্নরম্বা য়াই।''

জোন দেক্তা চৎলুরগা পাউ পুরগা লাকই, ''জহাজ অসি য়াম্না খুদোংথীবা ফিবমদা লৈরে।''

মখোয় হি লৈরিবা মফমদু তানা লাকই। নেল্লে পাক্রবা ঈপাক্তুদা হি তোংলগা লৈবসি য়াম্না কিজখি। নিপা তোংবা য়ারোই হায়বদুদা নেল্লে হিদা কাখৎপা ঙমখিদে। ওফিসার অমনা লাউরকই, ''বর কৈন্য অনিদি তোংবা য়াগনি।'' মদুগী খুদোংচাবদু লৌরগা মখোয় অনী হিদুদা কাখৎলকখি। মখোয়গুম্না লুহোংবা নৌরিবা বর কৈন্য অহমসু হিদুদা কাখৎলকখি। মখোয়না তোংলক্লিবা হিদু নং ৭নি।

মখোয়না ময়ুমদা হল্লক্লবা মতুংদা মচানিপা জোন, জুনিয়ার অমদি থোমাস সনাইদর পোকখি। মচানুপী রোলী মেল্লর কৌবী অমসু লৈ। মিন্নেটোনকা পাৎকী মপান্দা য়ুম শারগা নুংঙাইনা পুন্সি লেনখি।

সনাদর গোলফর অমনি অদুবু হকচাংগী ফিবম ফল্লক্তবদগী শান্নবা তৌকখি। মহাক জুলাই ২২, ১৯৫৯দা লৈখিদে।

সনাইদর মতৈ-মনাও টাইটানিক লুপখ্রবা মতুংদা য়াম্না মরু ওইরকখি। হায়নবা লৈ সনাইদর মতৈ-মনাওনা করিগুম্বা টাইটানিক্তা তোলমদবা থোক্লবদি যাত্রিকশিং হিদা তোংহন্দুনা কনবগী ফোটোশিং উবা ফংলম্লোই। মখোয়না টাইটানিক তোংলিঙৈদা নমখিবা ফোটোশিংদু মমৈথংদা য়াম্না কান্নরকখি। থাঙোশেংবমক্সু মখোয়না পুরকখিবা কেমেরানা ফোটো ময়াম অমা নম্লকখি। হায়রিবা ফোটোশিংদু মমৈথংদা ফিলিপ ব্রিসনা নিলাম লাউবদা দোল্লার ১০০,৫৭০ ফংবা ঙমখি।

## ২৬। নীংবা কায়রবী মার্ভিন

হোনীমূন লাকখিবদা মপুরোইবা নৌনা কায়নরবী নীংবা কায়রবীশিংগী মনুংদা মিস্ট্রেস দি, দবলউ, মার্ভিন অমনি। মহাক্কী ৱাখলদা মপুরোইবদু অতোপ্পা হি অমদা য়াওরকপা য়াই হায়না কন্না থাজবুই মরমদি নিপা কয়া অতোপ্পা হিদা লাক্লখি। কায়নরমদায়দা মপুরোইবনা মহাক অতোপ্পা হি অমদা লাক্লবা তৌগে হায়রম্মী। মপুরোইবগা অমুক হন্না উন্নবা ফংদ্রবদা মহাক য়াম্না নীংবা কায়খি। কনাগুম্বশিংনা টাইটানিক্কী মরমদা হংলকপদা মহাক শাউনা খুম্লক্লনি, "ঐঙোন্দা ৱা পংহং হংলক্কনু। নখোয়না ইপুরোইবা দেনগী মরমদা করি পাউ পুবকপা ঙম্বগে?"

মার্ভিনগী অশেংবা মমিংদি মেরী গ্রাহাম কার্মিকেল কৌই। হৌখিবা জনুয়ারী ১২, ১৯১২দা দেনিয়েল ৱার্নর মার্ভিনগা লুহোংই। হেক লুহোংবগা ইকুই কুইদনা য়ুবোপ্তা হোনীমুন চৎলুবনি। টাইটানিক তোংলগা নিউ য়োর্ক্তা হল্লক্লিবনি। ফার্স্ট ক্লাসকী দি-৩০দা তোংলকই। মেরী মশা ৱাইশংদ্রবীনি। থা খরগী মনুংদা মচা অমা উবা ফংলগনি হায়বগী আশাদা নুংঙাইনা লাক্লিবনি। কনানা খঙগনি মীওইবগী দশা? অহিং অদু ঙাইহাক পোত্থাদ্নুরবনি। টাইটানিক যাম্না অবুবা ফিবমদা লৈবে হায়বা খঙলকপদগী ফি বোল শেৎলগা হি লৈরিবা মফমদু তানা লাকই। নিপা তোংবা যাবোই হায়বা খঙলকপদা মেবী মপুবোইবা থাদোক্লগা চৎপা পাম্মখিদে। অদুবু কবি উপায লৈরি। নুংশি নুংশিনা কায়নবা তাবকই। হিদুদা মী ময়াম ওমশিল্লগা লৈরম্লি। নিপানা অয়াম্বনি। মার্ভিলনা মযামদু ইম্থোক্লগা মেরীবু হিদা কাখৎহল্লি। ফমফম অমা ফংলবা মতুংদা মার্ভিলনা হায়রকই, "নহাক্লা হিদা তোংবা ফংবসি য়াম্না ফবে, ঐসু খুদোংচাবা অমা হেক ফংবগা লাক্লবা তৌগে। চৎলোকো মেরী।" অসি হায়বগা নুংশিনা চুপই। অবোইবা বীদায় পীরম্লগা মহাক মীয়াম মবক্তা চংখিবদগী অমুক হন্না উবা ফংখিদে। মসিনা পুন্সিগী অবোইবা ওইখি। মতাক্লা তোংলিবা হি ১০নি। ময়ুমদা য়ৌবক্লবা মতুংদা মেরী থা খরদি লৈফম চাফম খঙখিদে। ওক্তোবব ২১, ১৯১২দা মচানুপী অমা পোকখি। মচা য়েংলগা অৱাবা খরদি কোকখিগুম তৌই। পিক্লবা অঙাংদু মেরী মার্গারেট হায়না মমিং থোল্লি। মচা পিশক্লগা হিংনবগী উপায় থীরকপদা নৌনা য়ুম পানবা নত্তনা অতৈ লম্বী লৈতে। মথঙ চহী হাযবদি শোক ১৯১৩গী বসন্ত ঋতু লাকপদা হোরাস দিকেমপ কৌবা নিপা অমা থেংখি। পুন্সিগী ওইয়ু হায়না তমখিবনা শোক ১৯১৬তা হোরাসতা লুহোংই। পিক্লবা মার্গরেট হোরাসনা য়োকচখি। মমৈথংদা শোক ১৯১৮দা

মচানুপী অমা পোকই। শোক ১৯২০ মচানিপা অমা ফংজে। হোরাস চহী ৬৭তা অদুগা মেরীসু ওক্তোবর ১৬, ১৯৭৫দা লৈখিদে।

## ২৭। সেলিনে ডেকর

লুহোংখিবা নুমিৎ ৫০নিদা ঙাইরিবী নীংবা কায়রবী সেলিনে দেকরনা মাগী অৱাবা ৱারীদু মমা মপাদা নুংশিনা পাউ তমজখি। লুহোংবা নুমিত্তা হরাও তয়াম্না মচানুপীবু বর ওইরিবা এন্টোনিগী মফমদা নুংঙাইরবা পুন্সি অমগীদমক আর্শিবাদ পীরগা শিন্নরকখিবনি। থা অমগী মতুংদা পিরাংগা লোয়ননা ময়ুমদা হল্লক্লবদা থম্মোই কায়রোইদবা সংসারসিদা মমা মপা ওইবা কনাবু লৈরমখিগনি।

লুহোংলবা মতুংদা আমেরিকাদা লৈবা পাম্বদগী মপুরোইবগা লোয়ননা লাকমিন্নখি। মহাক্কী মপুরোইবা মফমদুদা করবার তৌরগা হান্নদগী লৈরক্লবনি। মফমদুদা লৈরবদি শেল য়াম্না থোকপনিনা য়ুমগী নুংঙায়বা পামখিদে। আমেরিকাদা পুন্সি চুপ্পা লৈরগে খল্লি।

সেলিনে দাগহোর কনানো?

টাইটানিক্কী সমুদ্রগী অহানবা খোঙচৎ অসিদা লেবানোন্দগী যাত্রিক ৮১ তোংলকখি। ২০না নুপীনি। নিপা ৪৬নি। নহা অঙাং ওইরিবশিংনা ১৫ নি। অহলনি হায়না খঙনরিবসি চহী ৪৫ খক্তা ঙাইরিবা ঙাক্তনি। নহা অঙাং হায়রবশিং অসি থা অহমখক্তা ঙাইরিবদগী হৌরগা চহী ১৫ ফাওবগী মনুংদা লৈবনি। লেবানোনগী বাট্রোন কজা চীংগী লমদম ওইনা তৌবা মফমদা হার্দিন কৌবা টাউন অমা লৈ। টাউন অদুদগী মী ১৯ তোংলকখি। মরাইবক ফবা মী ৭ হিংবা ঙমখি। হিংলকখিবশিংদুগী মনুংদা নিপা অমা, পুমকক চাউরবা অঙাং অমা, য়াম্না পিক্লবা অঙাং অমা, নুপী অহুম্নি। হার্দিন্দগী লাকখিবা যাত্রিকশিংদুগী মরক্তা নৌনা লুহোংলকখিবা বর কৈনা খরসু য়াওরকখি। মদুগী মনুংদা সিলেনে দাগহোর অমদি এন্টোন য়াসবেক অমনি। সেলিনে মতমদুদা চহী ১৫ খক্তা ঙাইরি। জুলাই ১৫, ১৮৯৬ তা পোকখি। জর্জ আলেকজেন্দরগী মচানি। থার্দ ক্লাসকী টিকেট নং ২৬৫৯ কক্লগা টাইটানিক তোংলকখিবনি।

এপ্রিল ১৪গী অহিংদু মখোয় নুংঙায়না তুম্লুরবনি। পুং ১১ তাম্লবা মতম্নি। মিৎকপ খোরকপা মতমদা করিগুম্বা থৌদোক খর থোকখ্রে হায়বসি খঙলকখি। উনগী চীংদুদা খঙহৌদনা জহাজদুনা থেংজিনবদুদা হৌরবা মখোল অমা তারকখি। জহাজদুসু নিকখি। নিক্লকপদুদা মহাক ফমুংগী মখাদা ওম্বরকখি। ইঞ্জিন অদুসু খঙহৌদনা মুৎখি। মপুরোইবগা মখোয় অনী য়াম্না ফিংনা করি তৌরবনো হায়বা খঙনিংবদগী মপান্দা চেম্থোরকখি। লাপ্পা চৎলগা পাউ লৌগদবসু অকিবা পোকই। মখোয়না কিরিবসি হরানবনি। মখোয়গী মরক্তা পোৎ-চৈ মাংবগী থৌদোক তত্তনা

থোকই। ইঞ্জিন লৈরিবা কাদা চেনশিল্লুবদা ক্রিউ অমনা জহাজগী মফম খরদা শেমজিনগদবগী তৌরিবদু উরকই। মখোয়না লাক্লিবসিদা মশাদা করিগুম্বা অমত্তা লোয়নরকপা নত্তি। য়াম্না থুনা মখোয়না লৈবিবা মফমদুদা চৎলগা ফি, সনা, অমদি পৈশা লৌবুরি। মতমসিদা মখোয় নাইটক্রোটশিং শেৎলি। মখোয়না লৈরিবা কাদু ঈশিং চংলম্লে। মদু হেক উরকপদা মখোয় অনী হিংগনি হায়বগী আশা মাঙশিল্লকখি। ঈশ্বর খুরুম্বা নত্তনা মখোয়গী অতে উপায় লৈত্রবনি হায়না খল্লকই। লাইফ প্রেজার্ভরশিং শেৎচিল্লি। ঈশিং থুমজিনবা হৌরক্লবদা পোৎ-চৈ হরানখিগনি হায়বগী কিরম্বদু কিখিদ্রে। থরায় হিংহৌরগা লোইবে হায়বগী ৱাখলদা হি লৈরিবা মফমদু য়ৌনবা সিলেনে দাহোর মপুরোইবা এন্টোনগা লোয়ননা লাক্লি।

মখোয়না বোর্দ য়ৌরকপা মতমদা হি অযাম্বা মখাদা থাদখিরম্লে। মদুদা লৈরিবা হায়ববু হি নম্বর ১৪ নি। হিদা নিপা তোংবা য়ারোই হায়না অর্থাংবা থম্লবসু সিলেনেনা মপুরোইবা থাদোকপা পামদবগী মখোয় অনীমক হিদা কাখৎনবা হোৎনরকখি। এটোন হি মনুংদা য়ৌরবনি অদুবু ওফিসার অমনা মাগী রিভোলভরদু লৌথোক্লগা মহাক্কী মকোক্তা থম্লগা কাপকদবগী তৌরকখি। উপায লৈত্রবা এটোন হিদগী অমুক হন্না কুমথবা তাখি। মতমদুদা সিলেনেনা পাঙাল থোক্লা ওফিসার অদু থেংনবা ঙমখিদে। মপুরোইবগা কায়নবা তাখি। মদুদা সেলিনেনা মপুরোইববু থাদোকপা পামদবদগী কপ্লকই। মপুরোইবগী মনাক্তা লৈহৌগদবগী কন্না হোৎনজে। মদুনা মঙোন্দা য়াম্না নীংঙমদবা অমা পোকহনখি। হি থারকপা মতমদা মপুরোইবনা মঙোন্দা য়েংলকখিবদু মাগী পুক্সিদা কাউবা ঙমখিদে। মহাক্লা য়াম্না নিংহৌদিবসি ওফিসার অদুনা য়াম্না তমথীনা মপুরোইবদা চৎখিবা শাজৎ অদুনি।

হি থাদবা হৌরক্লবা ফাওবদা হিদগী মপুরোইবনা লৈরিবদু তানা চোংগদবগী তৌই। উপায় লৈখিদে। কপ্ল কপ্ল হিদগী মপুরোইবদা বীদায় পীখি। অহিংদু য়াম্না ৱানা খাঙজখি। হিদুদা তোংলিবদু মী ১৪ নি। মখোয়শিংদুনা মাগী অৱাবদা শরুক য়াবীখি। কনা অমনা ঈশ্বরগী মীংদা থেমজিনবীরকখি।

নোংঙাল্লক্লবদা কারপাথিয়া লাকপা উবদা মী পুম্নমক নুংঙাইনরকই। থৌরী অমগী মতেংনা জহাজদুগী ফম্বাক মথক্তা য়ৌরকখি। হি অমদা তোংখিবা মহাক্কী মচেগা অমুক হন্না উন্নবা ফংলেদি হায়ববু নুংঙায়ফম লৈতে। মখোয়না থক্লবা চা পীরকখি। অদুবু থক্লিংবা পোকখিদে। মহাক্লা নিকপদু উবদা ব্লাঙ্কেৎ অমদি ফি ময়াম পীশিল্লকখি। নুমিৎ মরিনিগী মতুংদা হিংহৌবশিংদুনা নিউ য়োর্ক্তা থুংলবা মতমদা মহাক জ্ঞান মাঙখি। ময়াম্না মহাকপু হোসপিটাল তানা পুখি। চয়োল অমগী মতুংদা মাগী অনাবসু ফরকই।

মপুরোইবা কায়নরবী সিলেনে করি উপায় লৈরি নৌনা য়ুম পানবা নত্তনা। মতম খরদি নীংবা কায়না লৈরমবনি অদুবু নৌনা লুহোংবা তাখি। লুহোংলবা

মতুংদা মাগী মমিং সেলাইন হায়রগা খঙনরকখি। মচা ৯গী মমা হায়বদু ওইখি। মশাগী চহী ৬৯ শুরকপা মার্চ ১০, ১৯৬৬তা লৈখিদে।

## ২৮। আলবর্ট মতৈ-মনাও

কনাদাগী কালগেরী আলবর্টাদা লৈবা হোনীমুন চৎলুবা আলবর্ক এড্রিয়ান অমদি ভেরা মতৈ-মনাওদি তেক্তা কায়দনা হল্লকখি। মখোয় ফার্স্ট ক্লাসকী কেবিন নং বি ২০দা তোংলকিবনি। টিকেৎ নম্বর ১৭৪৭৪নি। আলবর্টগী মপুং ফাবা মমিংদি আলবর্ট এড্রিয়ান "বর্ট" দিক হায়না কৌই। অশম্বা মমিং হায়রগনা বর্ট হায়না খঙনৈ। জুলাই ২৯, ১৮৮০দা মোনিতোবাগী মনুং চনবা ব্রিনিপেগদা পোকখি। অঙাং ওইরিঙৈদগী হোৎনবা কনবা মী ওইরকই। মনাও অমগা পোনোকাদা উ খায়বগী মিল অমা লিংখৎলি। শোক ১৯০৪দা করবার মমায় চুম্বদগী য়াম্না কান্নখি। বর্ট মনাওনিপাগা তান্নরগা ৯শুবা এভেনিউ এস ই দা হোটেল আলেকজেন্দর শাখি। মতমদুদা বার্টকী চহী ২৪ মপুং ফারক্রে।

টাইটানিক্কা সমুদ্রদা থাদবা নুমিৎ মে ৩১, ১৯১১ দা বর্ট ভেরা গিল্লেসপি কৌবী নহা ওইরিবী অমগা লুহোংই। ভেরা মতমদুদা চহী ১৭তা মঙাইরি। বর্টনা ভেরাদগী চহী ১৪ হল্লি। ভেবাগী মতৌদা মীয়াম্না অঙকপা পোক্লরকখি। য়ুম পানবগী মতৌ মঙোন্দা লৈতবগুম তৌই। মোত্তাই-শুদাইনৈ। মরিং-মরাংবা শাজৎ হাযদুনি। মদুমক্তনা বর্টনা ভেরা অকে-অমৌগী রাখল পোক্লক্লবা হাযদুনা হোলী লেন্দা হোনীমুন লাকখিবনি। চুম্না লাকপতা নত্তনা লৌশিং জ্ঞান্সু তম্বী। য়ুরোপকী মফম কয়া কোয়রুবা মতুংদা লন্দনদা লাকখি। নৌনা শাগে খল্লিবা য়ুগী লৈতেং ওইগদবা কয়াসু য়েংশিল্লকখি। অনৌবা মখলগী টুদোর স্টাইলডা মাউন্ট রোয়েল দিস্ট্রিক্কী কালগেরীদা শাগদবা য়ুম্নি।

টাইটানিক লুপখ্রগদৌবা নুমিৎকী নুংখিলগী শাংলবা মতমদু বর্ট পোত্থাফম খঙদবা রাখলনা নুংঙাইহনখিদে। মদু জোন কৌবা স্টেৱার্দ অমনা থোকহনখিবনি। জোনগী রাখলদু করিনো? মহাক্কা ভেরাবু করি ওইনা খল্লুগীনো? ভেবানা করি হায়রুবগীনো নত্রগা করি করম্বা মিৎয়েং য়েংলুবগীনো? ভেরা অমদি জোন মখোয় অনীগী মতৌ উবদা বর্ট পোত্থাফম খঙখিদবনি। নুমিদাংগী দিনরদু থোমাস এন্দ্রিউনা শিনবদগী মখোয় পুন্না চামিন্নখি। ভেরানা অতিয়া মকোয়দা য়েংলগা হায়রকখি, "ঙসিগী অহিং অসিদগী হেন্না নীংথীজবা অমুক্তা কানাদাদা লৈরিঙৈদা উবা ফংখিদ্রি। অতিয়া অসিনা কয়াদা শেংলিবা। থৱান্মিচাকশিং অসিনা কয়াদা লংনা ঙাল্লিবা। ঐগী

পুন্সিদা কাউবা ঙমদনা নীংশিংদুনা লৈরগনি।" ভেরানা ৱাহে খরসি করি খল্লুবদগী হায়রক্লিবনো? মসিদনি বর্টনা ঙক্লিবসু।

দিনর চারবা মতুংদা মখোয় ভুম্গদবগী থৌরাং লোয়রবনি। খঙহৌদনা থোঙ থীল্লকই। স্টেৱার্দ অদুনা থীল্লকপা ওইরব্রে। মহাক উবদা বর্ট অহানবদা হায়নীংঙাই লৈতনা শাউনীংলুরে। উশিত্তদুনা তৌরিবনি খল্লুই। শাউনা হংই, "করি পাম্বগীনো?"

মহাক্না হায়রম্লি, "টাইটানিক উনগী চীংদা থেংজিনবদগী য়াম্না শাথীরবা ফিবম অমদা লৈরবনি। ঐ নখোয়বু কনবা পাম্মী। লাইফবেলট ফাজিল্লু। হি থাদগদবগী থৌরাং তৌরবনি।" অসি হাযরম্লগা স্টেৱার্দ অদু চংখি।

ৱাদু তাবদা বর্ট অঙকপা পোকই। অশেংবা খঙনীংবদগী মপান্দা থোরক্লগা পাউ লৌই। অচুম্বা পাউ খঙলবদা বর্ট ইমিলী ফি শেংলগা হি লৈরিবা মফম তানা লাকখি। নিপা তোংবা য়ারোই হায়বগী অথিংবা কয়া লৈরবসু মতৈ-মনাও অনিমক হি নং ৩দা তোংবা ফংখি।

ৱাখল নুংঙাইনা মতৈ-মনাওদু য়ুমদা থংলরবা মতুং ইকুই কুইদনা তোকঙা অমা শন্দোরকখিঃ "বর্ট নুপী শাবগা হি তোংলকখিবনি। নিপা থোক্লা হিংলকখিবা নত্তে।"

কল্লবা তোকঙানি। মচিন মেনবা ঙমখিদে। হায়নরক্লিবা ময়ামদু তাবদা বর্ট ঈকাইবনা মপান থোকপা ঙমখিদে। চাউরবা হোটেলদু থোঙ লোনবগী ফিবম য়ৌরকখি। মরমদি তোকঙা অদুনা মরম ওইদুনা হোটেলদা মী চংলকখিদ্রে। কনা অমত্তনা মখোয়গা শম্নবা পামখিদে। সমাজনা ইম্মোক্লবা মী ওইরকখি। করবাব পুন্নমক লেপ্পা তারকখি। উপায় লৈত্রবনিনা ঈশৈ শক্লগা পুন্সি লেনখি। মশানা পামজবা শাগে খনখিবা য়ুম অদুদি শাখি। য়ুরোপ কোয়রিঙৈদা মদুগী দিজাইন পুরগা লাকখ্রবনি। য়ুমদু উবদা মীশিংনা অঙকপা মখলনি হায়নখি। কনা অমনা হায়ঃ বর্টকী য়ুম অসি টাইটানিক্কী ফজবদু লৌরগা শাবনি। য়ুমসিগী স্টেয়ার কেসকা টাইটাইনিক্কী স্টেয়ার কেসকা করি খেন্নবা লৈবগে। মহাক্নদি হায়জৈঃ নখোয়না টাইটানিক্কী ফজবদু য়েংলগা শাবনি খল্লবসু অকায়বা লৈতে। ঐগী য়ুম অসি ঐনা পামজদুনা শাবনি।

মীয়াম্না ইম্মোকপীববসু ভেরাবু পুন্সিগী ওইনা কায়নগে হায়না বর্ট খনখিদে। ভেরানসু বর্টপু থাদোক্লগা চংখ্রগে খনখিদে। থাজৌশেংবমক তোকঙানা মখোয় অনীবু কায়নহনবা ঙমখিদে। য়াম্না তাংনা মচানুপী অমখক পোকখি। জুন ২, ১৯৭০দা মহাক লৈখিদে।

## ২৯। টাইটানিক্কী থৌদোক্তা পুন্সিদা হিংবগী মহাও খঙহন্দবা

টাইটানিক্কী থৌদোক্তা ইমুং-মনুং লোয়না তেক্তা কায়দনা হল্লকখিবা খরা খক্তনি। বুথ বেকরগী ইমুংদি তেক্তা কায়দনা হল্লকখি। অদুবু মখোয়গী তুংদা লাকখিবা শাংলবা পুন্সি নুংঙাইফম খঙখিদে। মহাক্কী ইমুং-মনুং হায়ববু মমা এল্লেন বেকর, চহী মরীখক্তা ঙাইরিবা মেরিয়ন, থা ২০ মপুং ফাবতা ঙায়রিবা রিচার্দনি। বুথগী চহী ১২ খক্তা ঙায়রি। এল্লেন বেকরগী মপুরোইবদু লুথরান মিসিনারীনি। মমিং রেভেরেন বেকর কৌই। এল্লেন বেকরগী ময়াম্না খঙনবা মমিংদি নেল্লী বেকর নত্তগা এল্লেন ও, বেকর হায়বসিনি। ইন্দিয়াদা লৈবনি। মচা মরি পোকপগী মনুংদা অহম্না ইন্দিয়াদা পোকখি। রিচার্দ ফিবম চাদনা পোক্লকখি। ইন্দিয়' য়াম্না শাবা লম্নি। মফমদুদা লৈবদা রিচার্দগী অফবা ওইরোই হায়বা দাক্তরগী পাউতাক মতুং ইন্না আমেবিকাদা লৈগদবগী লাকখিবনি। মিচিগানগী বেনটোন হারবরদা লৈগদবনি। মফমদুদা লাকপদা বুথগী মপা য়াওরকখিদে। মহাক্না খর ত্থপ্পা লাকখি। মখোয় টাইটানিক্কী সেকেন্দ ক্লাসদা তোংলকখি। নুংঙাইরবা খোঙচৎ অমা ওইনা লাকখিবনি। খোঙচৎ অসি হৌদ্রিঙৈদা মচানিপা লুথর টেটানসনা নাদুনা শিখি। মপুরোইবসু মিশি চারুবদগী হ কাদুনা লায়কন্নখি। পুন্নমক অদু টাইটানিক্কী নুমিৎ খরনিগী খোঙচৎনা খরমখৈ অৱাবা কাউহনখি।

বুথ ইন্দিয়াগী গুন্টুবদা শোক ১৮৯৯দা পোকখি। মহাক্কী মপুং ফাবা মমিংদি বুথ বেকর ব্লানচার্দ কৌই। মহাক অঙাং ওইজরবসু য়াম্না হৈ-শিংই।

অহিং অদু মখোয় তুম্নুরবনি। মখোয়না তোংলিবা কা অসি এফ দেক্কী মনিংথংবা শরুক্তনি। মীয়াম লাংবগী মখোল তাবদা মিংকপ থোরকখি। মতমসিদা ইঞ্জিন মুৎখ্রে। মহাক মপান থোরক্লগা সেবা তৌবিবা নিপা অমদা হংই, "করি তৌবা য়াওববগে? ইঞ্জিন মুৎখ্রিবসি করি তৌবগীনো?"

"কবিশু থোয়দোকপা খুদোংথীনিঙায় ওইদে, ঙায়হাক লৈরগা অমুক চৎলগনি," নিপা অদুনা খুন্নকই।

মহাক মাগী তুম্ফমদা অমুক হল্লকই। চিংনরদুনা অমুক মপান থোরক্লগা কেবিন শেন্নরিবা নিপাদুদা হংলুবদগী জহাজগী ওইরিবা ফিবমদু খঙবা ঙমখি। মহাক্না হায়রম্মী, "হৌজিকমক লাইফ-বেলট ফারগা হিদা তোংহৌনবা হোৎনৌ।"

"কি শেৎপগী মতম লৈররোইদ্রা?"

"মেদাম, মতম লৈত্রবনি।"

এল্লেন বেকর মচাশিংদু পুরগা হি লৈরিবা মফমদু তানা লাকপদা মহাক ইপা-পাখৎখি। রাখল লৈতাফম খঙখিদে। টাইটানিক লুপখ্রগনি হায়বা খঙনরকপদগী নুপী অঙাং পুন্নমক হিদা তোংখৎনবা হোৎনরম্নি। এল্লেন বেকরসু মচা অহমদুগা লোয়ননা বোট নং ১১দা তোংহৌনবা হোৎনরকখি। মচা অনীবুনা হিদা থল্লগা বুথ

অমুক তোংহনগদবগী হোৎনরকখি। লাইবক থীরিবদি হি অদু মখাদা থাদবনা হানখি। বুথ দেক মথক্তা লেপ্লগা লৈহৌরে। মহাক বুথদা য়েংলগা হায়রম্মী, "বুথ, মথংগী হিদা লাকউকো।" মহাক্না হায়রিবদু বুথ তাবমগদ্রা তারম্লেইদ্রা মদুগী খল্লুবদা এল্লেন মচা কায়নবগী রাখলনা পোম্থাফম খঙহনখিদে। অহিংদু কপ্লগা লেনখি। হায়নীঙায় লৈত্তনা ঈংলবা অহিংদু রাখলনা অঈংবা পোকহনখিদে। বুথ নীংশিংলগা লৈবকখি। অমরোমদা বুথ মমানা হায়ৱদু তাহৌই। মথংদা থাদগদৌবিবা হিদুগী মনাক্তা চংশিল্লি অদুগা ওফিসারদুদা হংলকই, "ঐ হি অসিদা তোংবা য়াগদ্রা?"

"য়াগনি," ওফিসারদুনা খম্লকখি।

বুথনা ঙাঙবা ইংলিশতু ময়ামদুনা তাবদা য়াম্না ঙক্লা থোকই। মহাক ইন্দিয়াগী টামিল লোন লোনবা মফমদা পোকখিবনি। মফমদুদা চাউরকপনি। টামিল লোন ফজনা খঙই। ইংলিশক্না টামিলগা যানশিন্নরগা হেক্তা ঙাঙলকই। মসিদনি ময়ামদুনা মানা ঙাঙলকপদু তাবদা ঙক্লিবা। বুথ মমা উন্নবা ফংলগনি খনবদা যাম্না নুংঙাইজখি। বোট নং ১৩দনি মহাক্না তোংলকখিবসি। মহাক্না তোংলিবা হিদুদা নহা ওইরিবা পোলিস নুপী অমনা মচা মাঙখিবগীদমক অহিং চুপ্পা কপ্লগা লৈখি। মহাক্কী মতৌ উবদা বুথ মমাবু হন্ন-হন্ন নীংশিংলকখি। মহাক্না হি ১৩দা তোংলগা লাক্লি হায়বসি খঙদবনা মমানা মাগীদমক রাজবমগদবা কযাদু খল্লুবদা বুথ রাখলনা লৈফম-চাফম খঙখিদে। ঈংলবা অহিংদু রাখলনা ঈংহনবা ঙমখিদে। নোংঙানবা ঙাইবদা কয়াগী মতিক রাজখি। অহিং অসি মাগী পুন্সিদা কাউবা ঙমখিদে।

নোংঙাল্লক্রে। কারপাথিয়া লাক্লবদা হিদা তোংলিববশিংদু মাগী ফম্বাক্তা কাখৎনবকখি। বুথ মমাগা উন্নবা ফংবদা কয়াদা নুংঙাইজখিবা। পোলিস নুপী অদুসু মচাদু অমুক হন্না ফংবা ঙমখি। পুম্নমক হরাওমিন্নখি। বুথ মমা কবি করম্বা ফিবমদা লৈবিবগে হায়বসি খঙবা ঙমদ্রি।

মখোয় নিউ যোর্ক্তা থুংলরবা মতুংদনি। খববগী পাউমীশিংনা এল্লেন্দা অকিবা ফংলবা টাইটানিক্কী থৌদোক অদুগী মরমদা রাহং কয়া হংলকই। মতমদুদা এল্লেন য়াম্না হৈনিংদনা খুম্লকই, "ঐঙোন্দা হংবগী মহুত্তা বুথদা হংউ।" ওহিও চংকদবনিনা অহিং অমা হোটেলদা লৈবা তায। হোটেলদা লৈববা মতমদা এল্লেন রা কয়া ঙাঙদে। পিক্লিবা রিচার্ড পল্লগা তুমিন্না ফমগনি। মী চংলক্কনি হায়বগীরা খঙদে থোঙ চেৎনা লোনশিনগনি। মতমদুদা খবরগী পাউ লৌবা কাঙবুনা টাইটানিক্তা তোংলকপা শিদনা হল্লকখিবা যাত্রিকশিং উন্নগদবগী কোয়না চৎলগা থীনরিবা মতম্নি। মখোয়না পাম্লিবসি টাইটানিক্কী অশেংবা রাবীদু খঙবা পাম্বগীনি।

# টাইটানিক লুপখিবা

ট্রেন তোংগদবগী ঙাইরিঙেদা মমানা চহী অনী মপুং ফাদ্রিবা মচা অশোনবদু চেৎনা কোল্লগা রুথদা তুমিন্না হায়বকই, "কনাগুম্বা মী, মরু ওইনা খবরগী মী লাক্লবদি ঐখোয় টাইটানিক তোংলগা লাকপনি খক হায়রুগনু।"

মমাগী অনীংবা অপাম্বসি করিনো হায়বসি মহাক অঙাং ওইবনরা খঙবা ঙমখিদে। মমানা হায়বা ইল্লি। খববগী পাউমীশিংনা হংলকপদা খুমখিদে। মতম খরগী মতুংদা খঙলকইঃ মমা এল্লেন ময়ামগা মীমান্নদ্রবা রাখল চোয়রবীনি। টাইটানিক পনবদা থরায় তানা কপ্লক্কনি। মপুরোইবা মনাক্তা লৈবরে। অদুবু নুংঙায়ফম খঙদবা পুক্নি হায়বদু ওইরকখি। মসিনা মবম ওইদুনা রুথগী পুক্নিসু মহাও য়াওদ্রবা অমগুম থিংলকখি। টাইটানিক লুপখিবগী নীংশিং কুমওন লাকপদা কনাগুম্বশিংনা টাইটানিক্কী মবমদা হংলকপদা মহাক পুক্লিং চংনা খক তাবুদে। পৈশা পীগে রারী লীবীউ হাযবকখিবা য়াওই, মহাক মদুদা শাখিদে। মতম কুইনা থৌদোক অদুগী বাবী লাব পামখিদে। মমা লৈখিদ্রবা মতুংদা মীশিংনা হংলকপদা খরদি খুল্লকখি। মদুসু মপুং ফাদবা মতেক মতেক পাউখুম খর পীরগা লোইশিনখিগনি। মহাক্কী মমা শোক ১৯৬২দা লৈখিদে। মেরিওন টিবিনা নাবকপদগী মশাগী চহী ৩৬ শুবকপা শোক ১৯৪৪দা লৈখিদে। বিচার্দগী পুক্নিদি মহাও খঙনা হি বা ঙমখি ঈশৈ শকপা অফাউবা অমা ওইবা ঙমখি। লৈবাক্কী সেবা তৌবা পাম্মী। বিচাদগী পুক্নি নুংঙাইনা লেল্লবসু য়ুম্বানবগী লম্বীদদি মপুং কয়া ফাখিদে। নুপী অনীরক লুহোংই অদুবু মতম চাদনা লোয়নমক শিখি। মহাক মশাগী চহী ৬৫ শুরকপা শোক ১৯৭৫দা লৈখিদে।

রুথ স্কুল, কলেজ তম্লবা মতুংদা ইলিমেন্টবি স্কুলদা চহী ১৮ ওজা অমা ওইরগা পুক্নি লেল্লকখি। থবক্তগী পোথ্থারবা মতুংদা কালিফোর্নিয়াদা লৈখি। মহাক য়ুম পাল্লুরে অদুবু খায়নবকখি। মমাগুম্মা মহাক্সু টাইটানিক্কী মরমদা রাবী শান্নবা পামখিদে। অদুবু নোংমদি টাইটানিক হিস্টোরিকেল সোসাইটিনা শিনবা কনভেন্সন অমদা রা ঙাঙহনগদবগী কৌথোরক্লবদা রাহে খরদি ঙাঙখি। মদুসু মতাংনা য়াদদুনা ঙাঙখিবনি। পুক্নিগী জহাজ তোংলরোই থল্লুরবনি অদুবু শোক ১৯৯০গী মার্চ থাদা মেক্সিকোগী খোঙচৎ অমা অরোইবা ওইনা চৎলুই। য়াম্না নুংশিবা খোঙচৎ ওইখি। নৌহৌনা টাইটানিক্কী খোঙচৎতু নীংশিংহনখি। পুক্নিগী অরোইবা খোঙচৎ ওইখিবগা লোইননা চহী অদুমক্তা মশাগী চহী ৯০ শুরকপদা মহাক নোঙাখি।

## ৩০। ওফিসার মুর্দোক্না শিবা পাম্লিবা করিগীনো?

মী কয়া চাউদবা, মশা পাবা, ফাগী তৌরগা নুংঙাইজবা, মতম চুপ্পদা মোমোন্তা নোক্লগা লৈজবা অহানবা ওফিসার বিলিয়ম এম, মুর্দোক মী কনবগী থবক তৌরম্লবা মতুংদা মথন্তা নোংমৈনা কাপ্লগা শিখি। করি করম্বা পেন্দবা লৈবদগী শিখিবনো? হংবা য়াবা ৱাহংনি। ৱাহংদুগী অচুম্বা পাউখুম পীবিনবা লৈখিদে।

মুর্দোক গেলোৱেগী মনুংচনবা দালবীটাদগী লাকখিবা স্কোট অমনি। সমুদ্রদা লৈরগা নুংঙাইজবা ইমুংদগী হৌরকখিবনি। মপা অমদি মবুধৌসু কেপ্টেন ওইরকখি। মহাক্সু স্মিথ, ৱাইলদ অমদি লাইটোল্লরগুম্বা মতিক চারবা সার্টিফিকেট পায়রগা থবক তৌরকখিবনি। মহাক্না হ্বাইট স্টার লাইন্দা চংলকখিবসি শোক ১৯০০দনি। চহী অদুদা চংমিন্নরকখিবসি আস্ট্রিয়ান ট্রেদদা অহানবা থবক তৌরম্বা চিফ ওফিসার ৱাইলদেগা মখোয় অনীনি। থবক হেক চংখিবগা হ্বাইট স্টার লাইনগী জহাজ বুনিক, আরাবিক, ওসীনিক, কেদ্রিক অমদি এড্রিয়াদিকদা য়াওরম্মী। মতুংদা কেপ্টেন স্মিথগী মখাদা লৈরকখি। শোক ১৯০৩ আরাবিক জহাজদা চৎলিঙৈদা চহী ২৯ শুরবী ওঙ্গা ওইবী আদা ফ্লোরেন্স বেঙ্কস কৌবী অমাগা থেংনখি। অদুবু মখোয় চহী মবিগী মতুংদা য়ুম্বানবগী লম্বীদা খোঙদারকখি' আদা নিউ জীলেন্দগীনি।

মুর্দোক কেপ্টেন স্মিথগী মখাদা অহানবা ওফিসার ওইনা থা অনী ওলিমপিকদা লৈরম্মী। টাইটানিক খোঙশাল্লমদায় মিৎকুপ খরগী মনুংদা ট্রান্সফার তৌরকপশিংগী মনুংদা মহাক অমনি।

টাইটানিক্কী অহানবা সমুদ্রগী খোঙচৎ অসিদা কেপ্টেন স্মিথগী মখাদা লাকখিবা ওফিসার ৬গী মনুংদা মরি অশিবদগী নাম্বোক্লগা হল্লকপা ঙমখি। মখোযশিং অদুদিঃ লাইটোল্লর, পিটমেন, বোক্সহোল অমদি লোয়েনি। কেপ্টেন স্মিথগী মতুং ইল্লগা শিখিবনা মুর্দোক অমদি মূদিনি।

মুর্দোক মশাগী নোংমৈনা কাপচরগা শিখি। কনা অমনা হায়ঃ মহাক মশানা মশাগী মরাল য়াজরগা শিখিবনি। টাইটাইনিক্না উনগী চীংদা থেংজিনবা মতমদা মহাক মাগী মখৌ পাংথোকপা ওইনা ব্রিজদা লৈ। নুমিদাংগী পুং ১০দগী মখৌ তৌরক্লিবনি। মাগী মনাক্তা মরিশুবা ওফিসার বোক্সহোল অমদি তরুকশুবা ওফিসার মূদি লৈরিবনি। মম্লবা অহিংদুদা মহাক উন লৈরে হায়বা খঙখিদে। ক্রোসনেস্টদা মখৌ তৌরিবা ফ্লিটনা পুং ১১.৪০ তারকপদা গোংশিংদু অহম্লক য়ৈরকপদা মুর্দোক খুদোংথীবা থোক্রে হায়বা খঙলকখি। মহাক্না মদু খঙলকপদগী ইঞ্জিন মুখ্থৎখি অদুগা ৱাটর-টাইট থোঙশিংদু থিংজিনখি। মহাক ওফিসার অমা

## টাইটানিক লুপখিবা

ওইনা তৌফম থোকপা মখৌ ফজনা পাংথোক্লবসু মশানা মশাগী চেকশিনবা ৱাৎপগীনি হায়বসি মশানা য়াজখি। অকিবা ফংলবা থৌদোক অদুনা মরম ওইদুনা মীয়াম অমা অশিবগী খয়াংতা তারক্লিবদু উবদা মহাক হিংবা পাম্লগনি থাজদে। মশাগী পিস্টোল লৌথোরক্লগা কাপ্লগা শিজখিবনি। মহাক্কা লৌখিবা ফিরেপ অদু থোমাস হার্দি কৌবা টাইটানিক্কী স্টেৱার্ট চিফ অদু মুন্না উহৌই। মতম অদুদা মিকপ - মীরোওথোন্না থন্না য়াওরবা জহাজ অদু লুপথখিবা হৌরক্লবা মতমনি। "ঐবু কনবীয়ু, ঐবু কনবীয়ু ..." হায়বা খোঞ্জেলশিংদু মহাক তাবদা খাঙবা ঙম্লমগনি থাজদে। হিংলুবগী অর্থ লৈতে খল্লমগনি।

অশিবগী খয়াঙ্তা তারবা মীয়াম অমনা কপ্ল-লাউনরিঙৈ মতমদুদা তোকঙা অমা শন্দোরকখি। নোংমৈনা কাপ্লগা ওফিসার অনী শিখ্রে হায়না ঙাঙনরকখি। ওফিসার অনি অদুদি কেপ্টেন স্মিথ অমদি মুর্দোকনি। অদুবু ৱিলিয়মস কৌবা সীমেন অদুর্নদি য়াখিদে। নোংমৈ কাপ্লগা শিখিবদু মুর্দোক মথন্তনি। মতমদুদা স্মিথ মী কনবগী থবক কন্না চথ্থরি। ময়াম্না হায়নরিবদু মরম খর লৈবদগীনি। মুর্দোক্কা শিদ্রিঙৈগী মমাঙদা নোংমৈ কাপ্লগী মখোল খর তাখি। মী খরনা হায়নরকখি মদুদি ওফিসারশিংদু মশা মশাগী নোংমৈ লৌথোক্লগা কাপ্লগা শিজখ্রে। অদুবু মদু তোকঙানি হায়বা অশেংবদু খঙনরকখিঃ হিদা নুপী অঙাং খক্তা তোংগদবনি হায়বা অকনবা য়াথং অদুবু কিদবা যাত্রিক খরনা হিদা কাখৎনবা হোৎনরকখি। পাংদবগী থবক অদু মখোয় তরুক্কা তৌরকখিবনি। মখোয়গী মনুংদা অহম্না হিদা কাখৎকগবগী কন্না হোৎনরকখি। মদুবু কন্ট্রোল তৌনবগীদমক নোংমৈ মরু তরারোম কাপখি। মদুগীদগী শন্দোরকখিবা তোকঙা ওইরম্লে। কাপখিবা নোংমৈ মরুশিংদু অতম্না মীদা কাপখিবা নত্তে অহাংবা অতিয়াদা কাপ্লনি হায়বা খঙনরকই।

মুর্দোক শিরমদায় ফাওবদা ফজনা মখৌ পাংথোক্লম্বা ওফিসারনি। মহাক শিবা ৱিখিদে। মহাক্সু যেশা উপায় তৌরগা হিংলম্বা য়ারম্মী। স্মিথনা হায়খিবা লৈঃ মুর্দোক মখৌ মশক খঙবা ওফিসারনি। থাজোশেংবমক টাইটানিক্কী খোঙচত্তা মুর্দোক য়াওরগনি খনবদা সীথ য়াম্না নুংঙাইজখি। মহাক্কা য়াম্না থাজবা মীনি। টাইটানিক্কী ওইরিবা ফিবমদু কনবা পাম্বদগী উনগা থেংজিন্নবদা কায়রিবা মফমদু শেমজিনবা য়াগদ্রা হায়দুনা মহাক্কা উ শুবা মী থাখি। অদুবু উপায় লৈখিদে। মখোয়না থাখিবা উ শুবদু অমুক হন্নকখিদে। ময়াম্না হায়নরকখিঃ টাইটানিক কায়বদা ইহান হান্না শিখিবসি উশুবা নিপাদুনি। টাইটানিক্কী খোঙচত্তা য়াওরকখিবসি উশুবা নিপা জোন হোল হটচিনসন অমদি জোন মেক্সরেল মখোয় অনীনি। মখোয় অনিমক শিখি। করম্বনা হান্না শিখিবনো হায়বদুদি খঙবা ঙমখিদে। মহাক শিখ্রবসু মীয়াম অমনা শোন্নরকখিঃ মখৌ মশক খঙনা নিপা থোক্কা শিখিবনি।

# ৩১। ৱাখোক চাউরবা হি নং ১

টাইটানিক লুপল্লগনি খঙনরকপদগী নুপী অঙাংশিং হাপ্লগা হি কুন থাদরকখিবগী মনুংদা হি নং ১ হায়বসি ৱাখোক চাউরবা হি ওইখি। ময়াম্না হি অসিবু "পৈশা মন্ত্রিক্রগা শিজিন্নখিবা হি" হায়রগা খঙনৈ। পুং ১.১২দা হি নং ১ দেক্তগী থারকখি। হি অদু মী ৪০ তোংবা য়াবনি অদুবু মী ১২ তোংলকখি। হি ময়াম থাদরকপদা মসিনা মরিশুবনি। ফার্স্ট ক্লাস যাত্রিক মঙা তোংলকখি। সার কোসমমো দফ গোর্দোন, মাগী লোয়নবী লেদী লুসিলে দফ গোর্দোন, মখোয়গী সেক্রেটরী মিস লাউবা ফ্রানকাটেল্লি, মিস্টর আব্রাহম এল, সালোমোন অমদি চার্লস ই, ঐচ স্টেঙেলনি।

মী ৭ অদুদি ক্রিউ ওঙাক্তনি। মখোয়শিং অদুদিঃ ফযার্মেন সামুএল কোলিন্স, লীদিং ফয়ার্মেন চার্লস হেন্দ্রিক্সন, সীমেন আলবর্ট ই, জে. হোর্সৱিল, ফয়ার্মেন রোবার্ট দবলউ, পুজী, ময়াম্না 'সী' হায়রগা খঙনবা ট্রিম্মর ফ্রেদরিক সীথ, লুকআউট জর্জ টি, এম, সাইমোন অমদি ফযাবমেন জেমস টাইলরনি। আলবর্ট হার্লদ জেমস হোদরিল অমদি জর্জ থোমাস মেক্রেনেল সাইমোন মখোয় অনিগী লমজিং মখাদা লাকখিবনি। হিবোইশিংদু অয়াম্বনা নহা ঙাক্তনি। হিরোইশিংদুগী মনুংদা খ্বায়দগী চহী যাম্বা হায়রবদি কোল্লিন্সনি। ৩৫ শুরে। মথংদা চহী ৩৩ শুবা হোর্সৱিলনি। হেন্দ্রিসন, সাইমোন, রোবার্ট সাইমোন মখোয অহমদি চহী চপ মান্নে। ২৪ ঙাক্তনি। খ্বাইদগী নহা হায়বা তারবদ সীথনি। চহী ২০ খক্তা মঙাইরি। হি অদুদা তোংলকখিবা খ্বায়দগী অহল হায়বা তারবদি চহী ৫৪ শুরবা স্টেঙেলনি। মথংদা চহী ৪৩ শুরবা আব্রাহমনি। গোর্দোনগী সেক্রেটরী মিস লুবা চহী ৩১ হায়রক্রে।

হি অসিনা চাউরবা ৱাখোক ওইহনখিবসি মসিদা তোংলকখিবা স্টেঙেল অমদি গোর্দোন মতৈ-মনাওননি। ময়াম্না হায়নরকখিঃ স্টেঙেল হি অসিদা তোংবা ফংলকখিবসি য়াম্না হন্থবা থাক্তনি। থাজোশেংবমক্তি মহাক মথক্কী দেক্তগী ওম্বরক্তুনা হিনুংদা তাশিনখিবনি। হিনুং য়োৌরকপদা থরো থরো ওনখি। হি শেন্নরিবা ওফিসার মুর্দোক মাগী মতৌদুদা থৱায় তানা নোকখি। স্টেঙেল চহী ৫৪ শুরবা মীয়ায় চল্লবা মীনি। মাগী লোয়নবী মিস্ট্রেস স্টেঙল অতোপ্পা হি নং ৫দা তোংলগা ঈপাক্তা লৈশ্রবনি। মীয়াম্না ঙাঙনরকখিবা তোকঙাদুনা স্টেঙেল য়াম্না ৱানা খাঙখি। মমৈদা খর শাফরকখি। অমরোমদা গোর্গোন্দা শিরকখিবা মরাল অদুগীদমক ৰীচার লোইশং য়ৌনখি। গোর্গোন্দা শিরিবা মরালদু স্টেঙেল তশেংনা য়্যানিংদে। মীয়াম্না হায়ঃ হি অদুনা ঈশিংগী ঈপাক্তা লৈরবা মতমদা গোর্দোন্না হিহোনবশিংদা অতোপ্পা যাত্রিক

অমত্তা হিথক্তা তোংহনগনু হায়খি। মদুগীদমক নখোয়দা পৈশা পীগে হায়বসিনি। মতমদুদা টাইটানিক লুপখ্রবা হৌরক্লবনি মরাইবক থীরবা হিদা তোংবা ফংহৌদ্রবা কয়া ঈশিং ঈপাক্তা চোংথনরকখি। মনাক্তা লৈবা হি তানা ঈরোইরগা লাক্লখি। হিথক্তা চিংখত্তুনা কান্নবা হোৎনরকখি। হি নং ১দা তোংলিবসি অতে হিশিংগা য়েংনরুবদা খ্বায়দগী যাত্রিক মশিং য়ামদনা তোংলকখি। অতে হিশিংদা ঈরোইরগা লাকখিবা মী ১২গী পুন্সি কনবা ঙমখি। হি নং ১ দা কনাগুম্বা মী অমত্তা কনখিদে।

থাজৌশেংবমক্তি হি অদুবু হোল্লিবা হিহোনবশিংদু য়াম্না মিংনা শিংদবা ঙাক্তনি। মখোয়গী মতৌদু উরকপদা গোর্দোন মীপায়বা পোক্লকখি। মখোয়গী থৌনা হাপ্পা ওইনা ফাগী ওইনা হায়রকখিঃ "নখোয় হি ফজনা হোল্লু মনা পীগনি।" অসি হায়রগা হিহোনবদা চুরুট মচৈ অমা পীথকখি।

টাইটানিক ঈরোনুংদা লুপখ্রবা মতুংদা লীদিং ফয়ারমেন চার্লস হেন্দ্রিক্সন্না হায়, "হি অসি হোঞ্জিল্লগা ঈরোইদুনা লাকপা মী কল্লুবা ফরোইদ্রা?

লেদী দফনা হায়রকই, "মদু য়াম্না ফৈ অদুবু মীয়াম অদু হি অসিদা লোয়নমক কাখৎলকপা তারবদি হেন্না খুদোংথীহনগনি।" লেদী দফ ঙসাইমখে হিরায় হৌদুনা ৱানা খাংলিবনি। ওনীং ওনীং তৌরগা ওথোকপদি য়াদনা লৈরিবনি।

হেনরী স্টেঙেলনা হায়রকই, "মৈঙাল অমা য়াওদ্রবদি মম্বনিনা করিমত্তা উবা ফংলোই।"

খঙহৌদনা অরাপ্পদা মৈঙাল অমা উরকই। অতোপ্পা হি অমদগী লাকপা মৈঙাল ওইরমগনি খনবদগী হিদু হোনজিল্লি। মতমদুদা স্টেঙেলনা হন্ন-হন্ন লাউই। মখোয় লৈ হায়বা খঙহল্লিবনি। পাউখুমদি লাকখিদে। মহাক্না লাউরিবদু দফ গোর্দোন্না খামজিল্লি, "লাউরুরগনু, মখোয় তারল্লোই।"

অঙাংবা নুংশিংনা ফুবদা হিহোনবদু খাঙবদা ৱারে খঙবদগী মিস্ট্রেস গোর্দোন মাগী মনাক্তা য়াম্না ৱানা চংশিল্লি। তশেংমক্তি মিস্ট্রেস গোর্দোনসু ঈংবগী মথক্তা ওনীংদুনা লৈরিবনি। মহাক্না হিহোনবদুদা হায়রকই, "নহাক্কী অঙাংবা খুৎ অদু শাগৎনবা ঐগী খুজেংদা হন্ন-হন্ন নাপ্লকউ।" অমরোমদা মাগী সেবা তৌবী ফ্রানকটেল্লিদা ওনশিল্লগা হায়রকই, "নহাক নাইটড্রেশ অদু শেৎপা ফংদ্রবনিকো। য়াম্না ইংলম্লগনি।"

রোবর্ট পুসিদু ৱারী শান্নবদুদা য়াউশিল্লখি। মহাক্না হায়রকই, "মদুদি কৈশু লৈতবনি হায়বা য়াই। থৱায়মখৈদি হিংলেদনা। ঐখোয়দি ইচা কায়নখ্রবনি।"

অহিং অদুদা হি হোনবা ফয়ারমেন রোবর্ট পুসিনা দফ গোর্দোন্দা হায়রকই, "ঐখোয়গী অঙাংশিং শিবদা লোয়না য়াওখ্রবনি। জহাজ অসিসু লুপখ্রবনিনা ঐখোয়গী ফংলম্বা পৈশাসু ফংলরোই। পুকচেল চাউরবা ইনাক

খুনবা যাত্রিকশিংনা মতেং পাংবিদ্রবদি ঐখোয় অৱাবগী মথক্তা অৱাবা পোৎলুম অমমুক লৈরগনি।" হিহোনবগী ৱাদু তাবদা গোর্দোন নোকফেৎ তৌরম্লগা তুম্মীন্না লৈখি। করি খল্লুরবনো গোর্দোনদু ঙাইহাক লৈরগা হায়রকই, "নখোয়না পাম্লিবদু ঐনা শোয়দনা পীগনি।"

নোংঙাল্লকপদা মখোয়বু কনবা জহাজ কারপাথিয়া লাকপা উবদা হিদা তোংলিৰা মখোয় পুম্নমক হরাউজখি। জহাজদুগী ফম্বাক য়ৌরক্লবা মতমদা হিহোনবশিংদু দফ গোর্দোন্না কৌশিল্লগা হায়রকই, "নখোয়না ঐখোয়গী থৱায় কনবীরবনিনা ঐনা নখোয় খুদিংদা পাউন্দ মঙা মঙা মনা পীরগনি।" অসি হায়রগা মাগী সেক্রেটরী মিস লাউরা ফ্রানকটেল্লিদা পাউন্দ মঙাগী চেক অমমম ইরগা পীখি। পাউন্দ ৫ হায়বসি দোল্লর চহমগা মান্নরবনি।

নিউ য়োর্ক্তা থুংলববা মতমদা খববদা ইরিবদু উরকইঃ "পৈশা মন্ত্রিক্লরগা শিজিন্নখিবা হি নং ১"। তোকঙা শন্দোকপশিংদগী পাউ লৌরগা খবরদা ইরম্লিঃ দফ গোর্দোন্না হিহোনবশিংদা পৈশা পীবগা মখোয়না তোংলিবা হি অদুদা অতোপ্পা যাত্রিক তোংদনবা ৱানোমখি। হি নং ১দা তোংলকখিবা যাত্রিক পুম্নমক বৃটিশগী ইনক্বাবী কমিটিগী মমাঙদা কাখি। মখোয়দা শীবিবা মরালশিংদু অশেংবা নত্তে হায়না মিস লাউবা ফ্রানকটেল্লিনা সাখি পীবদগী ৱাখোক অদু লোয়শিল্লগনি অমদি ইজৎ কল্লগনি খল্লুবনি অদুবু পাব্লিক ওপিনিওন কোর্টনা মখোয়গী মবাল ঙাকপীখিদে। পুস্নিদা নীঙবা কাযবা ওইহনখি।

সার দফ গোর্দোন কৌটুর ফার্মগী দিরেক্তৰনি অদুগা মাগী লোয়নবী মিস্ট্রেস গোর্দোন্না ফার্মদুগী দিজাইন্নরনি। মাগী অশেংবা মমিংদি লুশিলে কৌই। শোক ১৮৯০দা গোর্দোনগা ফেসনগী লমদা মমিং চৎলবী লুসী ৱাল্লেসগা শকখঙনখি। লুসীগী কম্পানী অদুবু মেবিওন লুসিলে হায়না খঙনৈ। দফনা মাগী কম্পানীদা পৈশা থাদবগী কান্নবা য়াম্না ফংখি। হেন্না নকশিন্নবুবদগী হায়গদ্রা দফ অমদি লুসিলে নুংশিনবকখি। মখোয অনী শোক ১৯০০দা লুহোংখি। মখোয়না টাইটানিক তোংলকপা মতমদা গোর্দোনগী চহী ৩৪শুরে। ফার্স্ট ক্লাস যাত্রিক্কি। টিকেট নং ১১৭৫৫নি অদুবু কেবিন পুন্দে। সার গোর্দোন্না কেবিন এ-১৬ অদুগা লেদি গোর্দোন্না কেবিন এ-২০ লৈ। য়াম্না ঙক্লিবদি মখোয়না টাইটানিক তোংলকপসিদা যাত্রিকশিংগী মিং লিস্টদা মখোয়গী মিং য়াওরক্তে। মিস্টর অমদি মিসট্রে মোর্গান হায়না খঙনরকখি। গোর্দোন্না হিদা তোংবগী অয়াবা পীখিবদু অহানবা ওফিসার মুর্দোক্কি। হিং নং ১গী ৱাখোক্লা হিংবগী মহাউ খঙহনখিদে। এপ্রিল ২০, ১৯৩১দা সংসার থাদোকখি।

# ৩২। মপুরোইবা কায়নরবী ইমিলী

টাইটানিক্কী থৌদোক্তা মপুরোইবা কায়নখ্রবী ইমিলী মচা ফ্রেঙ্কীগা য়াম্না ৱানা পুন্সি লেনখি। মপুরোইবা ফ্রেঙ্ক জোন গোলস্মিথগা লোয়নরগা কেন্টকী স্প্রাউটতা লৈবা য়ুম থাদোক্লগা আমেরিকাগী দেট্রোইটতা লৈগদবগী লাকখি। মাবু পোকপা হেনরী ব্রাউন্না মখোয়গা লৈমিন্নবা পাম্বদগী কৌরকখিবনি। নুংঙাইরবা আশা কয়াগা লোয়নরগা লাকখিবনি অদুবু এপ্রিল ১৪/১৫গী লোন্নবা অহিংদা পুম্নমক মাঙখি। পৈশা য়াম্না থোকপা পান্নুবদগী মপুরোইবা কায়নরবনি খল্লবদা যাম্না নিঙমখিদে। কেন্টতা লৈরিঙৈদা পৈশা য়াম্না থোক্কে। দেট্রোইটতা লৈরবদি পৈশা থোকপনিনা নুংঙাইরবা ইমুং ওইরগনি খনখি। গোলদস্মিথ ফুন্দ্রে খেৎলগা টুল শাবনি। মদুদগী ফংলকপা পৈশানা হিংবা ঙমগনি থাজখিদে। মযুম হেংলকপদা মহাক্কা টুল শাবদা শিজিন্নবা খুৎলায়শিংদু চেকশিন্না খাও অমদা হাপ্লগা পুরকখি।

মখোয়না টাইটানিক তোংলগা লাকপদা গোলস্মিথগী মমান্নবা থোমাস থিওবোলদ অমদি মরুপ অমগী মচানিপা ব্রুস লোযনরকখি। টাইটানিক্কা উনগী চীংদা খেংজিনগদবা নুমিৎ এপ্রিল ১৪দা ব্রুসগী ১৬ শ্যবা বার্থদে পাংথোকখি। মদুদা ফ্রেঙ্কীনা কয়াদা হরাউজখিবা। জহাজদা খঙনরকখিবা মাগী মমান্নবশিংদু কৌবুরি। কযাদি য়ামখ্রে ফ্রেঙ্কনা তিন্নবিবসিঃ ৱিল্লিয়ম জোন্সন, ৱিল্লি কাউটস, হেবোলদ গুদৱিন, জেমস, ৱালটর ভান বেল্লিয়ার্দ, আলবর্ট অমদি জর্জ রাইস। মাগী চহী লেঙ্গা ঙক্তনি। ইংলিশ লোনবা ঙাক্তনি। ইংলিশ খঙদবশিংদি মহাক কয়া তিন্নদে। অঙাং ঙাক্তনিনা বেগেজ থম্লিবদুগী মথক্তা কাখৎলুগনি, ইঞ্জিন লৈফম থীবুগনি। মখোয়না য়ৌদবা মফম লৈতে। মচাশিংদুনা শান্নবা উবদা গোলস্মিথ মতৈ-মনাওনা কয়াদা নুংঙাইজখিবা।

টাইটানিক্কা লুপখিবদা মমান্নবশিংদু অযাম্বনা শিখি। হিংহৌরিবা হায়ববু ফ্রেঙ্ক অমদি ৱিল্লি কাউটস মখোয় অনীদনি। ময়াম্বা অমগুম্না লোয়নরকখিবা বুশ, থোমাস মপাগা লোয়ননা সমুদ্রগী ঈরোন্নুংদা লুপমিন্নখি। মরাইবক থীখ্রবা বুশনি। চহীগী য়েংলুরবদি হিদা তোংবা য়ারম্বনি মরেপ ৱাংবনিনা অহল ওইনা উখিবদগী ওফিসারনা ইম্বোরকখি। অঙাং ওইজরবসু ব্রুস নিপা থোক্লা খুম্লকই, "ঐ হিদা তোংগে খন্দে। মখোযগী মতেং পাংবা নিপা অসিগা লাকমিন্নবনি।" মহাক্কা নিপা হায়রিবসি গোলস্মিথনি।

গোলস্মিথগী চহী ৩৩দা ঙাইরি। ইমিলীগীনা ৩১নি। মচা ফ্রঙ্কীগীনা ৯নি। মচানিপা অতোম্বা বেট্রিক থা খরগী মমাং শোক ১৯১১গী লোইশিল্লকপদা থৌরীগী লায়নানা নাবদগী শিখি। মদুগী মৈচাক কাউদ্রিঙৈদা

## টাইটানিক লুপথিবা

টাইটানিক্লা অনৌবা মৈচাক অমমুক হাপচিনবীরকখি। টাইটানিক লুপ্পা হৌরক্লবদা মপুরোইবনা ইমিলী অমদি মচা ফ্রেঙ্কীবু কোলাপসিবল-সিদা তোংহনবীরকখি। মপুরোইবনা অরোইবা ওইনা নুংশিনা চুপ্পগা বীদায় পীরকখি। ফ্রেঙ্কীগী মকোক্তা নানবীরগা হায়রকই, "ফ্রেঙ্কী, ঐ শোয়দনা অতোপ্পা হি অমদা লাকনবা তৌগে।"

কায়নরমদাই মিংকুপ অদুদা গোলস্মিথগী মমান্নবা থোমাস খেওবোলদনা ইমিলীগী মনাক্তা চংলক্লগা লুহোংবা নুমিত্তা মাগী নুপীনা নুংশিনা শীবীখিবা খুদোপ অদু শিন্নরকই, "করিগুম্বা নহাক্কা ঐখোয়গা নিউ য়োর্ক্তা উন্নদবা তারবদি খুদোপ অসি ঐগী নুপীদা পীবিউ।"

নোংঙাল্লকপদা কারপাথিয়গী ফম্বাক্তা লৈরবা মতমদা ফ্রেঙ্কী মপাগী মশক উরক্লবদা হিক-হিক কপ্লকই। মতমদুদা সান কোল্লিন্স কৌবা নিপা অমনা হায়রকই, "ফ্রেঙ্কী কপক্লু। নংগী দাদ শোয়দনা জহাজ অমদা চংখিদুনা নিউ য়োর্ক্তা নঙোন্দগী হান্না থুংলম্লগনি।" সান কোল্লিন্স হায়বসি ইমিলী অমদি ফ্রেঙ্কনা অরাবা দশা তারিঙৈদা মতেং য়াম্না পাংবীখিবা মী অমনি।

ইমিলী মচাগা লোয়ননা দেট্রোইটতা লৈররে। নীঙবা কায়রবী ইমিলী রাখলগী ইপাক্তা তাউরুবিঃ মহাক হি অমদা শোয়দনা লাক্কনি হায়নম্মী। মহাক লাক্লগা খোঙনাওদগী শোয়দনা কৌরক্কনি, "হেল্লো ফ্রেঙ্ক, ঐ লাক্লে।"

মপানা মচাবু নুংশিনা কৌরগা শান্নমিন্নবদু অমুক হন্না উবা ফংখিদ্রে।

মখোয়না লৈরিবা য়ুমদু টাইগর স্টিদিয়মময়াদনি। মফমদুদা লৈবদু ফ্রেঙ্কী লৈফম চাফম খঙদে। স্টিদিয়মদগী তারকপা নিল খোঙবগী খোজেন্দুনা ফ্রেঙ্কীগী রাখলদা টাইটানিক লুপথবা হৌরক্লবদা জহাজগী দেক্তা অশিবগী খয়াত্তা তারগদবশিংদুনা কপ্ল-লাউনরকখিবদুগী খোঞ্জেন্দু ওইরবোই খল্লি। খঙহৌদনা তু চুংলক্কনি। মখুৎনা নাকোং মেনশিল্লগা লৈগনি। মদুমক্তনা মাগী তুংগী পুন্সিদা মানা পোকখিবা মচা অমত্তা বেজবোল শান্নবা য়াওহনখিদে।

হিংনবগী লম্বী থীরকপদা ইমিলী ইলিমা কৌবা নিপা অমদা নৌনা লুহোংখি। পৃথ্বীগী অনীশুবা লাঙ্গাওদা ভোলুন্টিয়ার অমা ওইনা আমেরিকান রেদ ক্রোসতা থবক তৌই। মহাক সেপ্তম্বর ২২, ১৯৫৫দা ট্রেন তোংদুনা মহাক্কী ইমুং মনুংগী লৈফমদা চংলিঙৈদা আশলেন্দ ওহিওদা লৈখিদে।

টাইটানিক্কী খুদোংথীবদা য়াওরুবগীদমক দোল্লর ১৫গী শেনফম অমা ফংই। মদুনদি হিংবা ঙমদবনিনা অঙাং ওইনা ফ্রেঙ্কী শঙোম য়োনবগী গাড়ী থৌই। ভিক্টোরিয়া কৌবী অমগা শোক ১৯২৬তা লুহোংই। ইউ এস

এয়ার ফোর্সদা সিভিলিয়ান ইমপ্লোয়ী ওইনা অনীশুবা পুন্নী লাঞ্জাওদা ফোটোগ্রাফিক দিভিজনদা য়াওই। মহাক জনুয়ারী ২৭, ১৯৮২দা লৈখিদে।

## ৩৩। লারৌচে ইমুংগী দশা

টাইটানিক্কী অহানবা সমুদ্রগী খোঙচৎ অসিদা অমুবা জাত্তা পোক্লবা লারৌচেগী ইমুং য়াওরক্লি। লারৌচে নেগ্রোনি। টাইটানিক্তা তোংলকখিবা লারৌচে নত্তনা অতৈ নেগ্রো অমত্তা তোংলকখিদে। চহী নৌরিবা মতৈ-মনাওনি। জোসেফ লারোচে চহী ২৫দা ঙায়রিবনি। মাগী নুপী জুলেটদি চহী ২০খক্তা ঙায়রি। পীক্লিবা মচাশিং লোয়নবকখি। সেকেন্দ ক্লাসতা তোংলখিবনি। টিকেট নং ২১২৩নি।

মতমদুদা অমুবা জাতিশিংবু য়াম্না হন্থবা থাক্তা থম্মী। জোসেফ নেগ্রো ওইজরবসু মাগী নুপী জুলেটী অঙৌবা জাতিনি। ফ্রেঞ্চ নীংঙোল্লি, মখোয়না টাইটানিক্তা তোংলকপসিদা জোসেফ অমুবা জাতিনি হায়বগী ৱাখলদা অঙৌবশিংদুনা কথা লোয়নিংদে। জুলেটীবুসু মথামদুনা অমুবদা ময়ুম পাল্লি হায়বগীদমক তিন্ননিংদে। দাইনিং টেবলদা চাক চাবদা ময়ামদুনা মখোয়গা চান্নিবা পাখিদে। মরু ওইনা ক্রিউ মেনশিংদু মখোয়দা য়েংখিবা মীৎয়েং অদুনি। মখোয়না তৌখিবা থৌদৌদু লারৌচে মতৈ-মনাওনা য়াম্না পেঞ্জখিদে। টাইটানিক লুপখ্রবা মতুংদা হৱাইট স্টাব লাইন্না মীয়ামদা হায়জরকখিঃ যাত্রিকশিং অমদি ক্রিউশিংনা লারৌচেদা য়েংখিবা মীয়েংদু লাল্লবনি।

জাতি বীজাতি খন্নবগী ৱাখল লৈরোয়দবনি হায়না হৱাইট স্টার লাইন্না শেংদোরকখিবদু জোসেফ মশামক্তি তাজবা ফংখিদ্রে। মহাক্তি সমুদ্রগী ঈরোল্লুংদা টাইটানিক্লা লুপ্লদা যাওখ্রবা মবাইবক থীরবা মীশক্লি। শেংদোরক্লিবা ৱাফম অসি মহাক্লা তাজবা ফংলম্রবদি কয়াগী মতিক পেঞ্জরমগনি।

জোসেফ নুংঙাই য়াইফবা ইমুংদা হাইটিদা শো ১৮৮৬তা পোকখি। লাইরিক্তা মথৱায় য়াওবা ছাত্রনি। মহাক্লা লৈরিবা সহরদা ইঞ্জিনিয়াবিং তমফম লৈতবদগী চহী ১৫ শুরকপদা শোক ১৯০১দা ফ্রান্সতা লাকখি। হাইটিগী বিসোপসু ওইবা ওজা মোন্সৈনর কের্সুজানগা লোয়নরগা লাকমিন্নখিবনি। ইঞ্জিনিয়াবিং স্কুল লৈরিবসি বীউভাইজদনি। ওজা মোন্সৈনরগা লোয়ননা ক্বার্টরদা লৈমিন্নে। নোংমা মোন্সৈনরনা মোন্সিয়র লফ্রাগ কৌবা অমগা শকখঙনহনখি। লফ্রাগ যু য়োনবা শেন-থুম পায়বা মীনি। মচানুপী জুলিয়েট কৌবী অমা লৈ। মমা লৈখিদ্রে। চহী ৪০ শুরকপদা লৈখিদবনি।

মমা লৈত্রবনিনা লক্লাগনা জুলিয়েটপু লুনা তৌজে। মচাগী অপাম্বদা মপানা য়াদবা লৈতে।

জোসেফকা মাগা শকখঙনখিবসি মশাগী চহী ১৫ শুবকপদনি। জুলিযেটনা মপাদা জোসেফকা লুহোংলগে হাযজবুবদা মপানা হায়বকখি, "নহাক্লা জোসেফকা লুহোংগে হায়ববদি মহাক্লা তম্লিবা ইঞ্জিনিয়াবিংগী সার্টিফিকেট পাযবকপা মতমদা য়াগনি।' মপানা হাযবগী মতুং ইন্না পবিক্ষা হায়দোবকপা শুাইবগা লৈখি। শোক ১৯০৮গী মার্চ থাদা মখোয লুহোংই। কুচু মুবদা মচা থাজবসি মীযাম্মা যানিংদ্রবসু মপানদি য়াখি। মশামক্কী যুমদা চাউনা লুহোংই।

ফেব্রুযাব ১৯ ১৯০৯দা অহানবা মচানুপী সাইমোন্নে পোকই। জুলাই ২ ১৯১০দা অনীশুবা মচানুপী লৌসে পোকই। পোকপদা মশা কযা ফত্তনা পোক্লখি। দাক্তবগী মতেং লৌবা তাখি। অমবোমদা মহাক ইঞ্জিনিযাবিংগী সার্টিফিকেট পাযববনি অদুবু থবক মওং তাবা অমত্তা ফংদে। থাজোশেংবমক্তি মহাক্লা থবক ফংদ্রিবসি অমুবা জাত্তা পোক্লুবগীনি। অমুবা জাত্তা পোক্লুবগীদমক জোসেফ নীংথা কাযবল্লোয হাযনীঙাই লৈতে। অদুবু জুলেটীদি মথন্ত চাউথোকচৈঃ পেবিসকী অহানবা মেট্রো শাগৎলকপদা মপুবোইবা ইঞ্জিনিযাব অমা ওইনা থৌদাং চাউনা লৌখি। মাগী হৈশিংবদু মীযাম্মা খঙবীখি।

থবক ফংদ্রবনিনা জোসেফ পেক্লফম লমদম হাইটিদা লৈবুবগে খল্লকই অহানবদা জুলিযেট যানিংখিদে। মতমসিদা মহাক মিবোল্লিবনি অমবোমদা পুন্সিগী অমুক্তা চৎলুদ্রিবা মফমনি। যাম্না মুন্না খন্নববা মতুংদা জুলিযেট য়াবকখি। মবমদি হাইটিদা জোসেফকী লন থুম যবাং কাযনা লৈ

মখোযনা টাইটনিক্তা সেকেন্দ ক্লাসকী টিকেট কক্লগা লাকখিবনি টিকেট কক্লবা পৈশা হাইটিদগী জোসেফকী মমানা পীবকখি যাত্রিক অতৈনা অমদি ক্রিউশিংনা জোসেফ মতৈ মনাওবু অমুবা জাতিনি খল্লবসু কেটে বুসনদি জুলেটীগী মচা অনীদু উবদা যাম্না নুংশিঙ্কখি।

টাইটানিক লুপথ্রগনি খঙলক্লবা মতমদা জোসেফনা হি নং ১৪দা মচানুপী পিক্লিবা অনীদুগা জুলেটগা ফমতল্লগা হাযববইঃ পৈসাসে চেকশিন্না পাযশিল্লু। কান্নবা লাক্লনি। ঐ তঙ্গা চাবা 'হ অমদা লাক্লবা তৌগে। নিউ যোর্ক্তা উন্নশি।' ব্রাতে খবসিনা অবোইবা হাংবদু ওইখি।

নিউ যোক্তা থুংলবা মতমদা জুলেটী মশা ঙম্লক্তবদগী ভিন্সেন্ট হোসপিটালদা লায়কন্নখি। মপুবোইবা কায়নবনীনি। কবি উপায লৈবি? ফ্রান্সতা অমুক হল্লকপা তাখি। চহীদগী দিসেম্বব ১৭, ১৯১২দা মচানিপা অতোম্বা লাউচে পোকখি। মপুবোইবা নৌনা কায়নববসু জুলেটী অমুক হন্না মযুম পানখিদে। জোসেফ পোকপী মমাদু মচা লৈখিদ্রবা মতুংদা মশুশিং

উনিংবদগী ফ্রান্সতা শোক ১৯২০দা লাক্লম্মী। ইমুংদুদা অহানবা ওইনা লাকপদা নুংঙাইফম খঙখিদে। মহাক মীতোপ অমগুম মতম খর লৈরম্লগা হাইটিদা হনখি। মদুনা মহাক্কী মশু উজবা অমদি পুন্সিগী অরোইবা উন্নবা হায়বদু ওইখি। জুলেটি জনয়ারী ১০, ১৯৮০দা পেরিসতা লৈখিদে।

## ৩৪। কথ্থোকপম্না মশক্লুক ওইখ্রবী ইদিথ

টাইটানিক্কী খোঙচত্তা থৱায় কথ্থোকপা ঙম্বী যাত্রিকশিংগী মরক্তা লাইবক চাউবী অমা য়াওরকখি। মহাক কনা অমত্তা নত্তে ইদিথ কোর্স ইভান্স হায়বীদুনি। টাইটানিক্কী ইতিহাস নৈনরকপদা ইভান্সগী মমিংদি সনাগী কালিনা ইদুনা লৈরিবনি। মহাক্কী থৌনা-লিংজেল তাবদা পৃথ্বীগী মীয়াম্না ঙক্লখি। স্কুলগী অঙাংশিংনা তম্নবা লাইরিকশিংদা মহাক্কী কথ্থোকপগী মগুন ইদুনা হৌরক্লিবা মীবোলশিংদা তমজনফম ওইবা পরা অমা ওইনা তমহল্লি। মহাক অচম্বী নুপী নত্তে। কোলোনিয়েল দেমস ওফ আমেরিকা অমদি দেসেন্দেন্ট ওফ এন্দিউগী মেম্বরনি। ইভান্স ময়ুম পান্দ্রিবী চহী কুন্থ্রতবুক শুববী মশক মতৌ চংখোনবী লৈশাবীনি। নিউ য়োর্ক্তা লৈবনি। সেপ্তম্বর ২১, ১৮৭৫দা পোকখি। লোয়ার কেদ্বালাদর ইভাম অমদি বুমিল্স রাইট এক্তিভিস্ট এঞ্জেলাইন বরকোর্সগী অনীশুবা মচানুপীনি। নিংঙোল অনী পোকপনি। মচেগী মমিংনা লেনা কেদ্বালাদর ইভান্স কৌই। অফাউবী পেন্টরনি। মপা মমা ঙন্না কায়নখি। মপাদু কিদনী য়ারক্তবদগী মশাগী চহী ৩৩ শিখি। মপানা শিবা মতমদা লেনা চহী ৬ হায়রক্লে অদুগা ইদিথনা চহী ৩ মপুং ফাবকপদনি। মহাক্লা শিবা নুমিৎ অদুদা মখোয় পুন্না ফমুং অমত্তদা নুংঙাইনা তুম্লিবনি। নৌনা মমা-মপানা নাউকোল্লক্তবা মরম্না খাঙবা কল্লি। পাঞ্জিনা ইদিথকী পুন্সিগী অফ-ফত্তা য়েংবদা হায়রকখিঃ নহাক্লা চেকশিনগদসি ঈশিংনি। পাঞ্জিনা হায়রবসু ঈশিংগী লম্বীদা কিদুনা চত্তবা মীদি নত্তে। ইদিথ মদুদা থোইনা শম্লুবা তৌদনা আমেবিকাদগী ফ্রান্স তানা লাকখি। পেরিসতা লৈবা মচিন-মনাউশিং উন্নগদবগীনি। মহাক্লা য়াম্না খোইদজরিবসি ফ্রান্সগী ফি-রোলশিংনি। কনাগুম্বনদি ফিশিংদু কয়া পাম্নদে।

ইদিথ কোয়বগী মতম লোইরদুনা চের্বোগতগী টাইটানিক্তা ফার্স্ট ক্লাসকী টিকেট কক্লগা কেবিন এ ২৯দা তোংলকখি। টিকেট নং ১৭৫৩১নি। খোঙচৎ অসিদা ময়ুম পাল্লবী নুপী অহম থেংনদুনা খোঙবু ওইমিন্নরকখি। নুপীশিংদু পোকমিন্নবা মচিল মনাউনি। মখোয়গী নিংঙোল অমা ইংলেন্দদা লৈ। মহাক শিবগী সংঙ্কার য়াওবা চৎলুবনি। মিস্ট্রেস ই. দি. এপলটোন, মিস্ট্রেস জোন মুরে ব্রাউন অমদি আর. সি. কোর্নেল মশক নায়রবী ঙাক্তনি। লাইবক

ফবদগী মখোয় মরিগা কোলনল আর্চিবালদ গ্রেসিগা খঙনবগী তঙ্গা ফংখি। মহাক্লা ঙাকপী শেনবীদুনা নুংঙাইরবা খোঙচং অমা ওইরকখি। নুপী ঙাক্তনি হায়বগী অরাবা কোকহনখি। অদুবু তম্বা ঙমদবা শাথীরবা খুদোংথীবা অমা টাইটানিক্তা থোক্লরবদা নুপী মরি অদুসু নুংঙাইরম্বা পুম্নমক খঙহৌবনা মাঙখি।

গ্রেসি আর্মী ওইদগী থৌনা উৎপা হৌরকখি। নুপী অঙাং হিদা তোংহন্নবা হোৎনবদা মাইগৈ শলাই খঙদনা চেল্লি। মহাক্লা নুংশিনা শেন্নরগা লাকখিবা নুপী মরিমক হিদা হাপ্পবা হোৎনরকখি। ওফিসার লাইটোল্লরনা মী তোংহনবগী থবক কন্না চথ্থরিবা কোলাপসিবল দি দা নুপীশিংদু পুরক্লি। হি অদুদা সিট অমখক হাংদুনা লৈরি। হিদা তোংদনা লৈরিবসি মিস্ট্রেস ব্রাউন অমদি ইদিথনি। ওফিসারনা হায়রকই, "নুপী অমখক তোংবা য়াখিগনি।" অসি হায়রগা ইদিথপু হিদা তোংলকউ হায়না কৌশিল্লকখি। মদু তাবদা ইদিথ তোংগদবগী খোঙ থাংজিনবা হৌরুরবনি। অদুবু মহাক হন্দোরকখি অদুগা হায়রকই, "মহাক ময়ুমদা মচাশিং লৈহৌবনি। মচাশিংদুনা মহাক হল্লকপা ঙাইরমগনি। মহাক তোংহনসি।" মহাক্লা ব্রাউনদা ওনশিল্লগা মখা তানা হায়রকই, "নহাক হান্না চৎখ্রো। নহাক্তি নচা ময়াম লৈবনি। ঐগীদমক থোইনা খল্লুগনু, অতোপ্পা হি অমদা লাক্লবা তৌগে।' অসি হায়বগা মিস্ট্রেস ব্রাউনবু হিদা নমদুনা তোংহনখি। হিদু মখাদা থাদরকপা মতমদা ইদিথ দেক্তা লেপ্লগা মখুৎ হাইরগা বীদায় পীবকখি।

অমরোমদা অতোপ্পা হি অমসু থাদগদবগী থৌরাং লোইরবনি। মীয়াম অমা হিদুদা তৌংহৌগদবগী ইন্নরি। ইদিথ মদু য়েংলগা লৈ। সীমেন ৱিল্লিয়ম লুকাস কৌবদুনা ইদিথ হিদুদা তোংলনবা কন্না হায়জৈ। মহাক য়ারকখিদে।

মতম অসিদা এ দেক্কী মথক্তা ঈশিং চেনবা হৌরক্লবনি। মিংকুপ খবগী মতুংদা হৌরবা মখোলগা লোয়ননা চাউরবা জহাজ অদু শরুক অনী থোক্লা তেক্লগা সুমুদ্রগী ঈরোন্নুংদা লুপখি। অশিবগা লাম্থেংনরমবশিংদু জহাজনা ঈরোন্নুংদা লুপশিনখিবদা লোয়নখি। অদুবু ইদিথগী পুক্নিনা করি ওইখ্রবা? মীয়াম্না খঙনরকইঃ ফার্স্টতা তোংলকখিবা নুপী মরিগী থব্রায় টাইটানিক্লা পুবীখ্রে। লাইবক চাউবী মরি অদুদি মিস্ট্রেস হদসন জে, এল্লিসন, মিস এন ইলিজাবেথ ইসাম, মিস্ট্রেস আইসিদোর স্ট্রাস অমদি ইদিথনি। ইদিথ মহাক্লা লাইরমলেন্দা চংখিবদা দোল্লার ৬,০০০ সনাগী লিক-কোল লোয়নখি।

গ্রেসিনা মতম পুম্নমক্তা নীংশিংদুনা লৈখিঃ টাইটানিক লুপথখিগদবা মিনট ১৫দা ঙাইরক্লবা মতমদা ইদিথ দেক মথক্তা চৎপা উখি। মাগী খোঙথাং অদু মোং হাদে, কপসু কপ্তে, কিবগী মতৌসু উদে, নোকশু

নোক্তে। অসিমসু গ্রেসিনা নীংশিংলকখিঃ ময়াম পুন্না ফম্মীন্নরগা ৱারী শান্নরিঙৈদা ইদিথনা হায়রকখি, "পাঞ্জিনা ঐবু ঈশিংদা য়াম্না চেকশিন্নু হায়।"

চহী ৫৯ শুরবী মিস্ট্রেস কেরোলিন ব্রাউন্না মহাক্কী মরমদা শিংথারদুনা হায়, "ইদিথ কথোকপতনা মশন্নুক ওইন্নবীনি। ঐগী মহুৎ শিন্দুনা মহাক্না থৌনা লৈনা শিখিবনি। ঐনা হিংলিবথেদি মহাক অশুম নীংশিংদুনা লৈরগনি।"

## ৩৫। কাউণ্ডম্নরোইদবা হি নং ৮

টাইটানিক্কা সমুদ্রগী ঈরোম্নুংদা লুপখ্রবদা হি কুনখক্কা যাত্রিকশিং কনবগী থবক তৌখি। হিশিংদুগী মরক্তা হি নং ৮গী ৱারীনা অতৈ হিশিংদগী তোঙানখি। খ্বাইদগী ইনাক খুনবা ইমুংদগী লাকখিবা নুপী অমগা খ্বাইদগী লায়রবা হিহোনবা অমগা মীওইবগী মরক্তা খেন্নবা লৈতে হায়না উৎখিবা হিনি। হি নং ৮ হায়বসি যাত্রিক ৬৫ তোংবা য়াবা হিনি অদুবু যাত্রিক ২৭ তোংলগা লাকখি। মখোয়শিংদুগী মনুংদা নুপী ২৩নি। নিপা মরি অদুগী মনুংদা ক্রিউ অনীনি। থোমাস জোন অমদি আলফ্রেদ ক্রোফোর্দনি। থোমাসনা ইন চার্জনি। চহী ৩২ শুরবা ৱেলসতগী লাকখিবনি।

হি অসিদা তোংলক্লিবা শক্লাইরবী মহাক অদুদি লুসি নোরেল মার্থা কৌবী রোথসগী কাউন্টেসনি। চহী ৩৩শুরবী মিলিন্নরনি। মহাক দিসেম্বর ৫, ১৮৭৮দা লন্দনগী কেন্সিংটন্দা পোকখি। এপ্রিল ১৯, ১৯০০দা ১৯শুবা আর্ল ওফ রোথস নোর্মান ইভেলাইন লেসিলেগা লুহোংই। শোক ১৯০২দা মচানিপা মাকোলম অদুগা ১৯০৯দা অনীশুবা মচা জোন পোকখি। মহাক্না টাইটানিক তোংলগা লাক্লিবসি কনাদাগী ভানৌভরদনি। মপুরোইবা মফমদুদা লৈ। খোঙচৎ অসিদা মহাক্কী কজিন গ্লেদাজ চেরী অমদি মাগী সেবা তৌবী মাইওনি লোয়নরকখি। ফার্স্ট ক্লাসকী টিকেট নং ১১০১৫২ কক্লগা কেবিন বি ৭৭ তা তোংলকখি। কাউন্টেসগী চৎনবী ফজোল শেংলি।

হি নং ৮দা তোংলিবশিংগী মনুংদা নীংবা কায়রবী চহী ২২খক্তা ঙাইরিবী ভিক্টর দি সাটোদ পেনাস্কো য়াউরি। লুহোংবা কুইদ্রিবনি। নিপা হিদা তোংবা য়ারোয় হায়বদগী নুংশিরবা মপুরোইবা ভিক্টরনা কাউন্টেসদা শিন্নরম্বনি। মহাক্কী অৱাবদু য়েংবা ঙমদুনা কাউন্টেসনা সেবা তৌরগা লৈরকখি। ঈংলবা অহিংদুদা হিহোনবা অমখক্কা য়াম্না ৱানা মথন্তা হিদু হোম্লিবদু কাউন্টেসনা উরকই। পেনাস্কোবু

গ্রেদীজদা শিন্নরন্নগা থোমাসকী মনাক্তা চংশিল্লি। জোনগী মমিংসি থোমাস হায়রগা লোইরে।

"হি মমায় চুম্নবা নৌদু ঐঙোন্দা পীরকপা য়াগদ্রা? ঐ নহাক্কী মতেং পাংগে," কাউন্টেসনা হায়রকখি।

চীংলেম্নবী নুপী অমনা অশুম্না হায়রক্কনি হায়বসি থোমাস খক খল্লুদে। নিপা অহম হিদুদা ভোংলিবনি। মখোয়না হায়রম্বা থোক্লবদি থোমাস পেঞ্জরমগনি। মখোয়দি কিবদগী রা ঙাঙদনা ভুমিন্না নুপীদৌনা ফম্লি। থোমাস কাউন্টেসনা হায়রিবদু তারবসু তাশিন্নদনা লৈখি। হন্ন হন্ন হায়রক্লবদা থোমাসনা কাউন্টেসদা নৌদু পিখি। থোমাস কাউন্টেস কনানো খঙদ্রি। হৌজিক্তি খঙলেঃ রোথসগী কাউন্টেসনি। শক্লাইরবী অসিনা মতৌ করম্না হি মমায় চুম্বা ঙম্লিবনো? অশোযবা য়াউদনা মহাক হি মমায়দু চুম্লকই। মহাক্না হি মমায় ফজনা চুম্বা ঙম্লিবদুগী মরম হায়রকই, "ঐখোয়গী য়ুমদা শান্ননবা হি লৈ। ইপুরোইবনা ঐঙোন্দা হি হোনবা তম্বীবনি।"

পুং ৮ চুপ্পা হিদু হোনমীন্নবকখি। মঙোন্দা চাউথোকচবা অমত্তা লৈতনা তৌরকখিবা কাউন্টেসকী মতৌদুদা স্টেৱার্দ অমনা হায়রকখি, "নহাক্তি লৈজবা পাঙ্গল ফুদোকচরগা তৌবা ঙম্বা শক্তি উত্তুনা হি হোল্লক্লি।"

কাউন্টেসনা হায়রকই, "ঐদি করিশু খন্দে. অসিদি কৈশু লৈত্তবা থবক্নি।"

টাইটানিক লুপখ্রবগা থোমাসনা হায়জে. "মবাইবক থীরবা কয়া সমুদ্র ঈপাক্তা তাউবগা লৈরমগনি। হিসি মফমদু তানা হোজ্জিল্লগা যাত্রিক খর কল্লুসি।"

মহাক্কী রাফম অসিদা যানিংবা উংখিবসি কাউন্টেস, গ্রেদী অমদি মাইওনি মখোয় অহমখক্তনি। মী অয়াম্বনা য়াদ্রবনিনা হিদু মফমদু তানা হোজ্জিনখিদে।

নুমিৎ অদু নোং থিংলি থিংলি চুরি। কারপাথিয়ানা শিহৌদ্রবা যাত্রিকশিং পুরক্লগা নিউ য়োর্ক্তা থুংলখি। পুন্সিগী অরোইবা ওইনা কায়নরগদবা মিকুপ অদুদা কাউন্টেসনা ফুরিটখাওদা হাপ্লগা পুনবা ফজরবা মমল য়াম্লবা লুপানা শাবা ঘড়ী অমা থোমাসগী মখুৎতা পীরকখি অদুগা হায়রকই, "নহাক্না ঐগী থৱায় কনবীরকপগীদমক ঘড়ী অসি খুদোল ওইনা পীরবনি।"

"ঐগীদি খুদোলপোৎ পীনবা লৈত্তবনিনা হি নং ৮বু পুন্সিগী কাউদনা নীংশিংদুনা লৈনবগীমক প্লেট অসি পীরবনি," অসি হায়রগা থোমাসনা হিদা নপ্লম্বা ৮ থাবা প্লেট অদু পীখি। কাউন্টেস হরাউনা লৌশিনখি। করম্বা মতমদা থোমাসনা প্লেট অদু হিদগী ফক্লকখিবনো? মহাক্না নুংশিনা থমজগে খন্দুনা ফক্লকখিবা ওইরমগনি অদুবু কাউন্টেসগী মফমদা খুদোলপোৎ ওইহনখি। লাইবক ফবা প্লেট হায়বদু ওইখি।লাম্না লৈনরবসু তত্তনা পাউ ফাউনৈ। চহী খুদিংগী বোর্দিন লাকপদা কাউন্টেসনা থোমাসকীদমক খুদোল তম্লকই। মদুদা পাউন্দ অমা হাপ্লক্কনি। খৃস্টমাসকী পাউন্দ হায়রগা খঙনখি। কাউন্টেসনা হিংলিবমখৈদি খুদোল তম্লকখি।

থোমাস মতম খর লৈরগা মচানুপী নেললা লৈরিবা লিভরপূলদা লাকখি। মপানা কাউন্টেসনা পীরম্বা ঘড়ীদু য়ায়া চেকশিন্না থমজরম্মী। মপা লৈখিদ্রবা মতুংদা মহাক্কা ঘড়ী অদু নিলাম লাউবদা য়াউহনখি। কাউন্টেজসু লৈখিদ্রবা মতুংদনি। নোংমা অঙেলা য়ং কৌবী অমা থোমাসনা পোক্লম্বা মেসিস জোন উন্নবা লাকখি। অঙেলা কাউন্টেসকী মশুনুপীনি। মহাক্কা লুপাগী ঘড়ী অদুগা মশীং ৮ থাবা প্লেট অদুগা মপানা থারকখিবা চিঠি ময়াম অমা পুরক্লগা মেসিস জোন্দা য়েংহল্লি। মেসিস জোন ঙকখি। নিলাম লাউবদা য়াউখ্রবা পোৎ অদু মতৌ করম্না ফংলকখিবনো? কাউন্টেসকী মচা মশুনদি পোৎশিং অসি লৈখিদ্রবা অহলশিংদু নীংশিংদুনা লৈনবা চেকশিন্না থম্বা পামজে হায়বা লাক্লিবনি। অঙেলা য়ংগী মতৌ উবদা মেসিস জোন মমিত্তা অরেপ্পা লৈত্রবা পি শিম্বরকখি। মথন্তা খঞ্জেঃ ঐসে তোল্লবী হৌন খঙদবীনি।

# ৩৬। টাইটানিক্কা মাবু ঙাওহনখিবরা?

"টাইটানিক্কী শাথীরবা থৌদোক্কা মহাক অঙাওবী ওইহনখিবরা?" হি নম্বর ১৩দা তোংলকখিবা ইমিলী রিচার্দ কৌবী অমনা মখোয়না তোংলিবা হিদুদা য়াওরকখিবী অমগী মতৌ উবদা য়েংবা ঙমদুনা হায়রকখিবনি।

নুপী অদু হি থাদবা হৌবকপা মতমদগী তোংলকখিবা নত্তে। হি অদুনা ঈপাক্তা হোনবা হৌরক্লবা মতমদা ঈশিংদা তাউরগা লৈরম্বা মী খব কনবা ঙমখি। মদুগী মনুংদা মহাক্সু অমনি। মী খর অদুগী মনুংদা মী তবেৎখক্তি য়াখল চোয়রবা মাল্লি। মরী-মখোং শম্নদবা য়া ঙাক্তনি মখোয়না ঙাঙলিবশিংদু। তাবদা করি হায়রিবনো অমত্তা খঙবা ঙমদে। ইমিলীনা খল্লিঃ টাইটানিক্কী তমথীরবা থৌদোক্কানা ওইহনখিবা শোয়দনা ওইগনি। মীশিং অসি জহাজ অদুনা লুপথরক্লবা মতমদা শফু কল্লবা ঈশিংগী মপৈ মপৈনা লংথরকপদা য়াওরকখিবনি। হিংগনি হায়বগী আশা লৈত্রবা ঙাক্তনি। লাইবক ফবদগী হি অসি থেংনরকপদগী কনবীরকপনি। ভাব তানা হিদা কাখৎলকখিবা অমত্তা নত্তে। জ্ঞান মাঙলগা লৈরম্বা ঙাক্তনি। ময়াম চংদুনা চিংখৎখি। মখোয়গী মশাশিংদু উন য়াওরবা ঈশিং ঈপাক অদুদা তাউদুনা লৈরম্বা মরম্না ঈংবদগী মখোয় পুম্নমক ফনা কুইনা হিথক্তা লৈরবা ফাওবদা জ্ঞান তারকখিদে। মখোয়না জ্ঞান তারকপা মতমদা ময়েক শেংদবা য়া ঙাক্তা ঙাঙলকখি। মখোয়শিংদুগী মরক্তা মী অনীদি কারপাথিয়া লাক্লিঙৈগী মমাঙদা শিখি।

মখোয়গী অঙাওবা মতৌদুদা হিদা তোংলিবা যাত্রিকশিংদু নীংশা থীবা পোক্লরকই। নিপা খর মখোয়গী মরক্তা চংশিল্লগা ফমই। মখোয়না য়া ঙাঙলকপদা অথীংবা পীনবা কন্না হোৎনৈ। মরমদি হিদুদা তোংলিবদু মী ৬৪নি। নুপীনা

অয়াম্বনি। নুপী থরদি মখোয়গী মতৌ অদুদা পাঙ্খৎপা পোক্লবনি। হি নং ১৩নি। লাই কা হেন্না থাজবা মীসু য়াওরম্লি। থাশিরমদায় ওইবনিনা ঙসাইমখে খোক্লমদবা থা মচেৎ ওইনা খোরকপা উরকই। হি হোল্লিবা হিরোই অমনা থা খোরকপা উবদা লাউরকই, "অনৌবা থা খোরক্লে! নখোয় নখোয়গী ফুরিৎখাওদা য়াওরিবা পৈশা লৌখোক্লগা লোংখোক্লগা থমউ।" মহাক্লা হায়রিব্দুগী অর্থ করিনো? অতোপ্পা অমনা অমুক হায়রকই, "ঐখোয়না তোংলিবা হিসি ফত্তবা নম্বরনি। ১৩ হায়বা মশীংদুনি।"

অমম্বা মরক্তা হিনুংদা শান্নরিবা ব্বারী ভাবদা অমুক্কা হেন্ন হেন্ন মীপায়বা পোক্লরকখি। করি নুংগী হি অসিদা তোংলকখিবনো হায়না মবুক্লিংদা খল্লবা য়াওরকখি। ময়ামগী মরক্তা য়াম্না লাইরিক হৈবা অমদি জ্ঞান তাবা লোরেন্স বীজলে য়াওরি। মহাক্লা চৈরকই, "ঐখোয় ওইরোইদবদা কা হেন্না থাজবা ফত্তে। ঐখোয়গী থব্বায় কনবীরিবা হি নম্বর ১৩ অসিবু করম্না ফত্তে হায়গদৌরিবনো? হিসিদা তোংবা ফংলমদ্রবদি ঐখোয় টাইটানিক্লা লুপখিবদা য়াউরমগনি।"

ময়ামদুগী মরক্তা মচা অনী পুরগা মমাগা লোয়নরগা লাকখিবী অমগী মতৌ উবদা ইমিলী রিচার্দ কৌবী নুপী অমা নীংশা থীবা পোক্লকখি। মখোয় কোর্নরেলগী পেঞ্চেন্সদগী লাকখিবনি। মপুরোইবা এক্রোন, ও, আমেরিকাদা লৈ। মপুরোইবগী মনাক্তা লৈগদবগী লাকইবনি। মচা নিপা অনীদুগী মমিং ব্বিলিয়ম রোব্রে বিচার্দস অদুগা জর্জ সিদনে রিচার্দস কৌই।

নুপীদু পোলিসনি হায়। মচা অনি কায়নখিবগী মৈচাক পুবা ঙমদদুনা তৌরিবনি হায়না অহানবদা খল্লমই। মহাক মবৈ লোম্বা মাল্লি। সমুদ্রগী ঈপাক্তা কুয়না তিংদুনা লৈব্রুবদুদা মরৈদু চিংশিনখিবা ওইরমগনি। অহিং চুপ্পা কপ্পগা লৈবদুদা নীংশা থীবা পোক্লখি। মরৈ লোম্বানিনা মহাক্লা ঙাঙলকপদু কনা অমত্তনা খঙদে।

মহাক তশেংনা ঙাওরমাল্লে খল্লকখিবসি কারপাথিয়াগী মথক্তা লৈববা মতমদনি। ইমিলীনা হায়ঃ নুপী অদু ফম্লগা মচা কৌরগা লৈরিঙৈদা মী থরনা অঙাং অমা পুরক্লগা মঙোন্দা হংই, " মসি নংগী নচা মানবরা?" অঙাং অদু উবদা নুপীদু মচানি হায়দুনা লৌশিনখি। ঙক্লিবদি মহাক মচা ফংলে হায়দুনা হৌনা হৌনা লাউরকখি। ঙাইহাক লৈরগা মহাক তুমিন্না অমুক লৈখি। ব্বাখল য়াম্না খনবগী মওংনি। ইকুই কুইদনা মী থরনা অমুক হন্না অঙাং অমা পুরক্লগা মঙোন্দা পী। মতমদুদা মহাক্লা মচা অনীদু কোল্লগা লৈমায়দা তুথরকখি। হরাউবা অমদি নুংঙাইবা ফোংদোক্লিবনি। মচা অনীদুদি মমানা কোনশিল্লগা লৈমাইদা লৈবদুদা স্বর হোনবা ঙমদনা ব্বানা খাঙলি। মচা অনীগী মতৌদুদা ময়ামদুনা শিরগদ্রা খল্লরকই। মমাদু ময়াম চংদুনা চিংখোকখিনবা কন্না হোংনৈ। চিংখোক্লমদবা তারবদি মচা অনীদু স্বর ফুনগৎতুনা শিরম্বা য়ারিবনি।

ইমিলীনা মাগী মতৌদু উরগা খঞ্জে, "ঐসু ঐগী ইচা রোবেগা সিদনেগা কায়নরম্নগদি মহাক্তৌনা ৱাখল চোয়রবী অমা ওইরম্বসু য়াই।"

# ৩৭। থৌনা ফবা আর্চিবালদ গ্রেসি মরিশুবা

টাইটানিক লুপখিবদা হিংহৌবশিংগী মনুংদা আর্চিবালদ গ্রেসি মরিশুবা অমনি। ময়াম্না কোলনল গ্রেসি হায়রগা খঙনবা আমেরিকান আর্মী ওফিসারনি। মহাক জানুয়ারী ১৫, ১৮৫৮দা আলবামাগী মোবাইল কাউন্টিগী মনুংদা লৈবা মোবাইলদা পোকখি। মাবু পোকপা মপাদু আর্মীগী অচৌবা ওফিসার ওইরম্মী। কনফেদেরেট আর্মীগী ব্রিগেদিয়ার জেনেরেলনি। শোক ১৮৬৫দা ভির্জিনাগী পেটর্সবর্গ লানফমদা শিখি। মপাগী অশেংবা মচা হায়বদুনি। আর্মী ওইবা পাম্বদগী অঙাং ওইনা নিউ হেম্পশিয়ারগী কোনকোর্দ কৌবা মফমদুগী সেন্ট পাউল একাদমীদা তম্নম্বদগী শোক ১৮৮১দা ইউ এস মিলিটরী একাদমীদা চংই। লাইবক থীবা হায়গদ্রা একাদমী অদুদগী গ্রেজুয়েট লোইশিনবা ঙমখিদে। অদুম্নদি ওইরগা মসিদগী ফংলকখিবা ট্রেনীং অদুনা আর্মী চংবদা মতেং য়াম্না ফংখি। মথং মথং হোংনবদগী কোলনলগী থাক য়ৌরকখিবনি। মহাক মিলিটরী ইতিহাসকাব অমসুনি। শোক ১৯১২দা ফোংবা "দ ট্রুট অবাউট চিকামাউগা" কৌবা লাইরিক ফোংগদবগী চহী তরেৎ চুম্না থীগৎপগী থবক চথ্থরক্লি। ৱদি সিভিল ৱার লানফমদুগী মরমদা ইবা লাইরিক্লি। অপোকপা মপা লানফমদগী তেক্তা কায়দনা হন্নকখি। মপা য়াওনা শোক্লখিবা লানফম ওইবনা হেন্না মপুংফাবা লাইরিক ওইহন্নিংবদগী য়ুরোপ চৎলগা থীগৎলুরি। ছুটি ফংবদগী য়ুমদা হন্নকপদা টাইটানিক তোংলগা লাকখি।

টাইটানিক্কী খোঙচৎ য়াওরুবদগী মহাক্কী মিংচৎ হেনগৎলকখি। মথৌনা ফুদোক্লগা হিংনা হন্নকপা ঙমখিবা অথৌবনি। মহাক মশামক মতৌ করম্না হিংবা ঙম্নকখিবনো খল্লুবদা অঙকপা পোকই। মহাক টাইটানিক্লা উনগী চীংদা থেংজিনবা মতমদা করি অমত্তা খঙহৌদে। অচাপোৎ খর চারিঙৈদা থোকখিবা থৌদোক্লি। করিগুম্বা খর থোকখ্রে হায়বা চিংনরকপদগী দেক্তা চেম্থোরক্লগা য়েংই। ফুট ৮০রোম ৱাংবা উনগী চীং অমা লৈরম্বা উরকই। উনগী চীংদু মচেৎ খর কায়খিবা মাম্লি। মদু টাইটানিক্কা থেংজিন্নবদগী শোয়দনা ওইগনি খল্লি। মী অয়াম্বদি করি থোকখ্রবনো হায়বসি খঙনদ্রি। হিদা কাখৎনবা পাউতাক পীরকপা মতমদা খঙনরকখিবনি।

টাইটানিক্লা লুপথবা হৌরক্লবা মতমদা নুপী অঙাং হিদা কাখৎনবা হোৎনবদা আর্মী ওইবগী মথৌ পাংথোকখি। হি মখাদা থাদবা লোইখ্রে। চাউরবা জহাজদু ফুট

কুনগী মথক্তা লুপথবা হৌরক্রবনি। পুরা লুপখিগদবা মিনিট অহমদা ঙায়রক্লবা মতম্নি। গেসি ফুট ৫০ ৱাংবা মফমদগী সমুদ্রদা চোংথরকখি। ঈরোইবা হৈরবসু করি উপায় লৈরি। হি অমত্তা মনাক্তা হোন্দুনা চৎপা উদে। খঙহৌদনা গ্রেসি সমুদ্র ঈপাক্তুদা ঈশিং অশাবা ফংলকই। মহাক অহানবদা অঙকপা পোক্লুই। মসিবু ৱাখলদগী পোক্লিবরা? মমৈথঙদা ভাব তারকই। বোইলরশিংদগী পাথোরকপা অশাবা ঈশিংনি। মিৎকুপ

টাইটানিক লুপখিবা ১৭৯

খরদি ঈশিং অশাবা মরক্তা লৈবগী নুংঙাইবদু ফংলম্মী। পাক্লবা ঈপাক অদুদা কয়া কুয়না শারগা লৈগনি। উন য়াওবা ঈশিংদুনা মহৎ শিনখি। অমম্বা মরক্তা মফম খঙদনা ঈরোইরগা লাকপদা জহাজগী অকায়বা মচেৎ অমা থেংনরকই। মদু কোম্লগা অহিং চুপ্পা লৈরকখি। পোংগুম্বা অমগী মথক্তা অহিং অমা লৈরক্লবনি খল্লুবদা মহাক মথন্তা অঙকচৈ। উনগা মান্ননা ঈংলনা চোংলবা ফি শেংলিবনি। অদুবু নোংঙাম্বোরকপদা মী কুন্থ্রাখক পোংগুম্বদুগী মথক্তা লৈরম্বা থেংনরকখি। মখোয় খরদি পোংদুগী মথক্তা লৈরবসু অশিবগা পাংখক ওইবম্রে। কারপাথিয়া খর থেংথনা লাক্লম্লবদি মখোয় লোইনমক শিরমগনি। অহিংদুদা মহাক্ল অৱাবা খাঙবগুম্ন মখোয়সু খাঙলম্লিবনি খল্লুবদা পুকচেল চাউথোরকখি। জহাজগী ফম্বাক্তগী চোংথরকখিবা মী য়ামই। মদুগী মনুংদা ফিলাদেলফিয়াদগী ই, জে টায়লরসু য়াওই। মহাক্স লাইবক ফাবদগী হিংবা ঙমখি। অদুবু অয়াম্বদি শিখি।

ময়াম্নদি হায়নে মদুদি টাইটানিক্কী ওফিসারশিংনা যান্ত্রিকশিংদা নোংমৈ কাপখি। ঙাঙনরিবদু গ্রেসিনা য়াখিদে। কনাগুম্বা মী অমদা অতম্বনা নোংমৈ কাপখিবা লৈতে। যান্ত্রিকশিংগী চরাংনবদু ফাজিনবা ঙম্বা অহাংবা অতিয়াদা কাপ্পনি।

থৌনা ফরবা গ্রেসি শাথীববা অহিংদুদা উন ঙাক্তা ঙায়রবা আটালান্টিক্কী ঈপাক্তা পুং তরেৎ চুপ্পা অৱাবা খাঙলকখিবগী ফলনা হকচাং য়াম্না শাথীনা শোকহনখি। অদুবু হকচাং ঙমদ-ঙমদনা টাইটানিক্কী মরমদা লাইরিক অমা ইবা হৌরকখি। পাজ্জল য়াওদ্রবা হকচাং ওইবনা লাইরিক্ত ইবা যাম্না ৱানা লোয়শিল্লি। লাইরিক্ত ইনা ইনা খল্লিঃ লাইরিক অসি ফোংবা ফাওবদদি হিংবা পাম্মী।

মহাক্লা নীংজরিবদু তাইবং মপুনদি থৌজানবীগে খনবীদবা ওইরমাম্লে। দিসেম্বর ৪, ১৯১২দা পুক্সিগী অরোইবা মিৎকুপ হায়বদু ওইখি। মহাক্কী লৈবোন চনবদা টাইটানিক লুখিবদা হিংনা হল্লকখিবা মীয়াম অমা লাক্লগা য়াওররি। ৭শুবা ইনফেন্টরী রেজিমেন্টনা অরোইবা সেলুট পীদুনা থৌনা ফরবা মহাক্কী মফমদা ইকায় খুম্নবা উৎখি। মহাক লৈখিদ্রবা চয়োল অহম লৈরগা মখুৎমক্লা ইরম্বা লাইরিক "দ ট্রুথ অবাউট দ টাইটানিক" পুথোরকখি। মতুংদা লাইরিক অসি "টাইটানিক, এ সরভায়ভর্স স্টোরী" হায়না মমিং থোল্লগা অমুক হন্না ফোংখি।

## ৩৮। জেমস কেমেরোনগী টাইটানিক ফিলম

ফিলম অসিগী মপুং ওইবা ৱারীদি শোক ১৯১২দা রোজ কৌবী চহী ১৭তা ঙাইরিবা নুপীমচা অমা মমা বুখ দিৱিন বুকাটরগা লোয়ননা সাউথমোন্দগী টাইটানিক তোংলগা ফাস্ট ক্লাসতা লাকখি। খোঙচৎ অসিদা রোজগা লুহোংগদবগী হায়ন-শিংনরিবা কাল কৌবদু য়াউরকখি। কাল পিটসবর্গতা লৈবা য়োংকী কারবার তৌবা পৈশা পায়বা মহাজন অমগী মচানি। বুখনা খল্লি মদুদি মচানুপী রোজ কালদা থাজরবদি মখোয়গী ইমুংদা শেল-থুমগী ফিবম ফত্তনা লৈরিবসি খরমখৈদি কোকপা য়াই। মমাগী খল্লিবা ৱাখল অসি উবদা রোজ য়াম্না নিংবা কায়খি। কালদা লুহোংগদবগী শরুক জহাজগী মমাঙথংবা স্টর্ন্দগী চোংথরগা শিরগে খল্লকখি। শিগদবগী থৌরাং তৌরিঙৈদা ঈল খোনবগী থবক তৌবা লাইয়েকপসু হৈবা জেক দাউসন কৌবা নিপা অমা থেংনবদগী রোজ শিগে তৌরম্বদগী কনখি। মহাক্লা লুহোংজগে খল্লিবা রোজবু শিরমগদবদগী কনবীখি হায়বগীদমক কালনা নুমিদাংগী চাক্রেন্দা জেক বার্ত্তন তৌই। চাক্রেন অদুদা জেক লাকখিদে মবমদি রোজ কালনা শিল্লিবা চাক্রেন চাবগী মহুত্তা জেক্লা লৈরিবা থার্দ ক্লাসগী চাক্রেন চাম্মিন্নখি। মসিদনি কাল অমদি বুখনা রোজ অর্মদি জেক্তা শাউরিবা। রোজগা জেক্কা হেন্ন হেন্ন নকশিন্নখিবগী মতৌ উরকপদা কালনা মী থাদোক্লগা য়েংশিনবা হৌরকখি। বোজনা কালদা ইকায়বা পীনবা ফি খোংদবা লাই হার্দ ওফ দি ওসীন হায়বদু জেক য়েকহল্লি। কালনা লাই অদুগা কবেম্নবগী চিঠি অমগা রোজগী কাদগী ফংই। লিক মরী অদুসু লৈরম্মী। মদু উবদা কাল ঙমখৈ লৈতনা শাউহনখি। লিক মরীদু জেক্কী ফুরিৎখাওদা লোম্না হাপচিন্দুনা হুরানবগী মরাল শিখি। মাস্টর-ইন-আর্মসকী ওফিসতা হেন্দকফ চন্দুনা ফমখি। মতম অদুদা জহাজদু ঈশিং থুমজিল্লক্লনি। রোজনা মমা অর্মদি কালগী মনাক্তগী চেনখ্রগা জেক কনখি। কাল হৌজিক্সু মাগী ফত্তবা লৌশিং তৌদুনা রোজবু হি অমদা তোংহল্লগা জেক অমদি কাল অতোপ্পা হি অমদা লাক্লে হায়রগা থাদোক্লবা হোৎনরকখি। লৌশিং চাউরবা রোজনি হিদগী চোংথরগা জেককী মনাক য়ৌরকখি। কাল পিস্টোল পায়রগা হাৎনবা হোৎনরকখি। অদুবু রোজগী লিক নীংশিংলকপদগী মদু লৌবা দেক তানা চৎখি। অমরোমদা জেক অমদি রোজ মথকথংবা দেক্তা য়ৌরকখি। মতমসিদা হি পুম্নমক মখাদা থাবখ্রবা মতম্লি। জহাজসু শরুক অনী খোক্লা তেক্লগা লুপথরকখি। উপায় লৈত্রবা মখোয় অনীসু সমুদ্রগী ঈপাক য়ৌরকখি। ফক্লাংগী উ মতেক খর ফংবদগী রোজ মদুগী মথক্তা তোংহন্দুনা কন্নবা হোৎনরকখি। জেক্লা মদু লুপখিদনবা উন মরক্তুদা শেন্নরগা লৈখি। লাইবক

ফবা হায়বদুনি। ওফিসার লোয়েনা অশিবগা পাংখক ওইরবা রোজবু মাগী হিদা হাপ্পুনা কনবা ঙমখি। জেক ঈংলবা উন মরক্তা থরায় য়াওদ্রবা হকচাং ওইরগা লৈরম্রে। কারপাথিয়াগী ফম্বাক য়ৌরক্লবা মতমদা কাললা রোজ য়াওরিবরা হায়না খীরকখি। রোজদি মমিং ওঙ্খোক্লগা লোংলগা নিউ য়োর্ক য়ৌরকখি। মমৈথংদা রোজনা তাখিঃ কাল সুইসাইদ তৌরগা শিখি।

ফিল্‌ম অসি পুথোক্লবা মতুংদা মীয়াম্না হংনরকখিঃ জেমস কেমেরোনগী ফিলমদা য়াওরিবা রোজ অমদি জেক হায়বসি টাইটানিক্কী খৌদোক্তা য়াওখিবা কনা কনাগী পুন্সিগা মরী লৈনবগে? কনা অমনা হায়ঃ ইদৱার্দনা হেলেনগী পুন্সি কনবীরম্লগা ঈংলবা উন ঙাক্তা ঙাইরবা ঈপাক্তা তাউরগা লৈখি। রোজ হায়বীদু হেলেন কেন্দীগী পুন্সিদগী শাগৎলখিবনি। জেক হায়বসিনা ইদৱার্দকী পুন্সি য়েংলগা শেমগৎলকখিবনি। কনা অমনা হায়রকখিঃ অরোনবা নুংশিবগী লীপুন অমনা কীশি কিরগা লাকমিন্নখিবা বোক্সটরনা মেনেগী পুন্সি কনবীবম্লগা টাইটানিক্কা লুখিবদা লোয়নখি। মরম অদুনা বোজ হায়বিবসি মেনে হায়বী অদুনি অদুগা জেকনা বোক্সটরনি। রোজগী ঙকশমদা শীবা দাইমন্দগী লীক মরীদু টাইটানিক্কী ফম্বাক্তা মিস কাটেগী ঙকশমদা মোবলীনা থরায়না পামজনা শিবীখিবা দাইমন্দগী লীক মরীদুগা খেন্নবা করি লৈবগে? কনা অমনা হায়ঃ জেক দাউসন হায়বসি জোসেফ দাউসন হায়বা টাইটানিক্তা য়াউরকখিবা উশুবদুনি। বোজনা জোসেফকী নুংশিজবী নেল্লিনি। ফিবম চাদনা হৌবকখিবা অৱা অনা খল্লবা জোসেফকী পুন্সিনি। টাইটানিক্কা লুপখিবদা মহাক্কী পুন্সিসু লোইশিনখি। নোল্লিগা কায়নখি। মখোয় অনীগী নুংশি ৱারীদা য়ুমফম ওইরগা শাগৎখিবনি। অমবু ওইরবসু অমবু ওইরবসু জেমস কেমেরোন্না হায়জেঃ ঐগী টাইটানিক্তা য়াউরিবা জেক অমদা রোজ কনাগুম্বা অমত্তগা মরি লৈনদে। মহাক্কা মদু হায়জবসু ঙাঙনবদি লোইবা নাইখিদে।

## ৩৯। ইদৱার্দ অমদি হেলেন

টাইটানিক ফিলম পুম্নী শিঙ্খুনা উৎলকপদগী হংনরকখি। কেমেরোনগী ফিলমদা য়াওরিবা রোজ অমদি জেক হায়বসি কনাদা য়ুমফম ওইরগা শাগৎখিবনো? হায়নরকইঃ রোজ হায়বসি হেলেন চর্চিল কেন্দী হায়বীদুনি। জেক্লা কনানো? পাউখুম পীনরকই। ইদৱার্দ কেন্ট নত্তনা কনা ওইগনি।

অওইবমক্সু টাইটানিক্কা উনগী চীংদা খেংজিনবগী শোয়দনা লুপগ্রগনি খঙনরবা মতম্নি। ইদৱার্দ কেন্দীগী কেবিন তানা চেল্লকখি মরমদি মহাক

কেন্দীগী পুন্সি কনবা পামই। মহাক্কী মনাক য়ৌরকপা মতমদা হায়রকই, "মিস্ট্রেস কেন্দী, হিদা তোংহৌনবা চংলসি নত্তবদি খুদোংথীবা শোয়দনা নংলগনি।"

ইদৱার্দকী ৱাদু তাবদা কেন্দী থৌরাং লোইশিল্লি। কায়নরমদাই মতমদা মহাক্না হায়রকই, "মিস্টর ইদৱার্দ, ঐগী পোৎ খরসি নঙোন্দা শিন্নরবনি। চেকশিন্না থম্বীউ।" অসি হায়রগা মখুৎনা পাইরিবা লুপাগী হিপ-ফ্লাস্ক অমগা মমাগী লাই য়েকপা লিক মরী অমগা ইদৱার্দতা শিন্নরকই। ফ্লাস্ক অদু ব্রান্দী হাপনবনি। কেন্দীনা য়াম্না পামজনা চেকশিন্না মতম পুম্নমক্তা লোয়নজবা ফ্লাস্কনি।

শোয়দনা শিরগনি খঙলবা ইদৱার্দনি। মঙোন্দা হায়রিবশিং অসি শিন্নরম্বা তারবদি মহাক্না সমুদ্রগী ঈরোম্নুংদা লুপখিবদা লোয়নম্নগনি খনবদগী হেলেন্না পীরকপদা অহানবা লৌশিল্লু হায়বা য়াখিদে। ইদৱার্দকী মতৌদু উবদা হেলেন্না হায়রকই, "মখোয়শিং অসি হাপনবা ঐগী কোটতা ফুৎরিখাও অমত্তা য়াওদে। চেকশিন্না পায়শিনবীউ।" কেন্দীনা খঙবা নৈ। ইদৱার্দ নিপানিনা হিংনবা উপায় অমা শোয়দনা হোৎনরক্কনি। ইদৱার্দ পোৎশিংদু মাগী কোটকী ফুরিংখাওদা হাপচিনখি। হেলেনবু তেক্ত-কায়দনা চৎখিনবা হি নং ৬তা তোংহল্লি। মতমসিদা মখোয়গী মরুপ কোলনল আর্চিবালদ গ্রেসি মখোয়গী মতেং পাংবা চেল্লকই। গ্রেসিনা ইদৱার্দতা হংলকই, "হেলেনদি?"

"হিদা তোংহনম্রে।"

হি মখাদা থাদখিবা মতমদা ইদৱার্দনা মখুৎ হাইরগা বীদায় পীখিবদু হেলেন উখিবনি। হেলেন ওম্বোকপা দশা হায়বদুনি। হিদা চোংথরকপদা খোঙ খুজেংদা য়াম্না শাথীনা শোকখি। মদু ফনবা হোৎনবদা মতম য়াম্না কুইনা চংখি।

অনীমক অহল ঙাক্তনি। ইদৱারদ চহী ৬০ শুরবনি। হেলেনসু চহী ৫২নি। মহাক তেক্তা কায়দনা য়ুমদা য়ৌরকপা ঙমখি। অদুগা ইদৱার্দ ঈংলবা উন ঙাক্তা ঙাইরবা ঈপাক্তা তাউরগা লৈরম্বদগী মেকি-বেনেটনা নোভা স্কোটিয়গী হেলিফেক্সদা পুরকখি। ইদৱার্দকী ইমুং-মনুংদা শিন্নবা মতমদা মাগী জেকেটকী ফুৎরিখাওদা য়াওরম্লিঃ হেলেননা পীরম্বা ফ্লাস্ক অমদি লিক মরীদু। হায়রিবা খুদোলশিংদুগী মরী মখোঙ থীগৎলকপদা হেলেনগীনি হায়বা খঙনরকখি। খুবফেলোদা লৈবা ইদৱার্দগী মচল চার্লোটেনা চিঠি ইদুনা হেলেনগী মফমদা খুদোলশিংদু অমুক হন্না পীরকখি।

ইদৱার্দ কেন্ট হায়বসি হেনরী কেন্টকী মচানি। মপুন্সিগী ময়ুম পানখিদবা নিপানি। আমেরিকান ইনস্টিটুট ওফ আর্কিটেক্টী মেম্বরনি। মহাক্না টাইটানিক তোংলখিবা মতমদা মশাগী চহী ৬০রোম শুরে। চিং-লেমই, মশা পাই, নহা ওইনা উই। থা অনী চুপ্পা ফ্রান্স অমদি ইজিপ কোইরুরগা টাইটানিক তোংলগা আমেরিকাদা হল্লক্লিবনি। মহাক ফার্স্টকী টিকেট নং ১১৭৭১ কক্লগা কেবিন নং বি ৩৭তা তোংলগা লাকখি। হেলেন্সু ফার্স্ট ক্লাসকী টিকেট নং

## টাইটানিক লুপখিবা

১৭৬০৬ কক্লগা ময়ুম লমদম ৱাসিংটন পাংলকখিবনি। অফাউবা অইবীনি। চহী ৫২ শুরবনি। চহী য়াম্লবসু মশক য়াম্না ফজে। ময়ুম পাল্লবীনি অদুবু শিনফম্না য়াদদুনা মপুরোইবগা লৈমিন্নদে। লাপথোক্লরগা লৈরিবনি। লাইবক ফবা হায়গদ্রা ফার্স্ট ক্লাস যাত্রিক খরগা টাইটানিক ভোংলগা লাকপদা তিন্নবগী খুদোংচাবা ফংখি। ইদৱার্দ কেন্ট, আর্চিবালদ গ্রেস অমদি হ্যগ ৱুলনরনি। ময়ামসিগী মরক্তা খ্বাইদগী নহা ওইবা হায়রগদি ৱুলনরনি। হেলেন্না মঙোন্দগী চহী ১৩ হল্লি। মহাক্সু মচে শক্লবী হেলনগীদমক ৱাম্না ৱাজখি। জহাজগী পালম রুম হায়বসি মখোয়গী ৱারী শান্নফম্নি। মখোয় খরসি "ঔৱার কোর্টেরি" গ্রুপ হায়রগা খঙনৈ। তেল্লবা মতম খরগী খোঙচৎ অসিদা মখোয় কনানা কনানো হায়বা খঙনরকপদগী নুংশিনবগী মরী অমা লাকপা হৌখি। হেলেননা ইদৱার্দপু য়াম্না ঈকায় খুম্ননা লোয়নরকখি। করি ৱাখলদগী হেলেননা ইদৱার্দকী মফমদা ফ্লাস্ক অমদি লীক মরীদু খুদোন তমখিবনো হায়বদু মমৈথংদা হংনরকখিবা ৱাহংনি। শিরগনি খঙলবা ইদৱার্দনি। মহাক শিখ্রবসু হেলেনগী পুন্সিবুদি কনবা পামখি। মখোয় মরিগী মনুংদা উন মরক্তা তাউরগা লৈখিবসি ইদৱার্দনি। ইদৱার্দগী থৱায় য়াউদ্রবা হকচাং ওইনা ফংলে হায়বসি হেলেন পাউ তারবনি। মহাক্না পীখিবা খুদোনশিংদু চার্লোটেনা অমুক হন্না মাগী মফমদা শিন্নরকপা মতমদা মহাক করি থল্লমগনি। মমৈথংদা মসিমসু হংনরকখিবা ৱাহংনি। মীয়াম্না খঙজবা অমা হায়বা তারগদি হেলেন চর্চিল কেন্দিগী পুন্সিগা টাইটানিক্কী থৌদোক্তা হিংলকখিবা অতৈগী পুন্সিগা মান্নখিদে। টাইটানিক্কী থৌদোক্না অনৌবা থৌনা কয়া হাপকৎলকখি। তমথীরবা থৌদোক অদুদা শিহৌদ্রবা হায়বসি অনৌবা মপোক অমা পোক্লবনি খনখি। লাইরিক ইবা অফাওবী অমা ওইরকখি। মহাকনা শিদ্রিবা ফাওবা মানা পামজবা লম্বীদা চংখি। মাইনগী মনুংচনবা য়োর্ক হারবরগী য়ুমদা মশাগী চহী ৯০ শুরকপদা হেলেন কেন্দী আগস্ট ২৩, ১৯৪৯দা লৈখিদে।

## ৪০। বোক্সটর অমদি মেনে

জেমস কেমরোনগী ফিলম "টাইটানিক"কী হেরো হেরোইন জেক অমদি রোজ কনাদা য়ুমফম ওইরগা শাগৎখিবনো লেপ্তনা মখা তানা হংনরিবা ৱাহংনি। মঠ কয়া পীনরকখিবশিংদুগী মনুংদা বোক্সটর অমদি মেনেগী নুংশি ৱারীসু অমনি।

ক্লিগ ইদমোন্দ বোক্সটর হায়বসি জুলাই ১৩, ১৮৮৭তা কনাদাগী মোনট্রীল ক্বেবেক্তা পোকখিবনি। বেঙ্কর জেমস বোক্সটর অমদি হেলেন দিলানৌদিরে চাপুট অনীগী মচানি। মোনট্রীলদা লৈবা নিপামচাশিংগী ওইবা

## টাইটানিক লুপখিবা

স্কুল লোয়োলা কলেজদা জেসুইটসনা মহে তম্বীরকখি। শান্নবদা মথৱায় য়াওজবনিনা মশাগী চহী ১৭ শুরকদা মোনট্রীল অমাটুর এথ্লেটিক এসোসিয়েসন্দা য়াওশিল্লি। বোল অমদি হোকি শান্নবা য়াম্না পামজে। হোকি শান্নবদনা হেন্না পুক্লিং লুপশিনখিবগুম তৌই। পেরিসতা হোকি টোর্নামেন্ট পাংথোকখিবদা মহাক অচৌবা থৌদাং লৌখি।

শোক ১৯১১দা মেক গিল য়ুনিভরসিটিদা এপ্লাইড সাইন্সেসগী অহানবা পরিক্ষা শীগদবনি অদুবু মমাগা মচলনুপী হেলেরা দোগলাসগা লোয়নরগা য়ুরোপ্তা কোয়বা লাকখি। মতমদুদা মহাকী চহী ২৪ হায়রক্নে। মখোয়না ব্রুসেলসদা লৈবা মতমদা মহাক্না চহী লেপ্পা ওইবা কেব্রেট সিঙ্গর বর্থে মাইনে খেংনখি। মহাক্না অহানবা উন্নখিবা নুমিত্তু মাইলে ব্রুসেলসগী কেফ অমদা বর্থেনা ঈশৈ শক্লিঙৈদনি। মহাক্কী ঈশৈ তাবদা ক্বিগ শুমহৎখি। শকখঙনবা নুমিত্তুদগী মখোয় অনীগী অরোনবা নুংশিনবগী মরী থম্বা হৌখি।

বর্থে এন্টোনাইন মাইনে জুলাই ২১, ১৮৮৭তা পোকখিবনি। বেলজিয়মগী ব্রুসেলসতা লৈবনি। মহাক্না ঈশৈ তৌরিবসি বেল্লা ভিল্লীগী মখাদনি। বেলজিয়মগী খবব "হেট লাটস্টে নিউজ" না মাইনেগী মরমদা শিংথারদুনা ইরকখি, "মহাক্কী ঈশৈ হেক তাবদা পুন্সিগী নুংঙাইবা কারিনো হায়বদু মশক খঙগনি। মাগী ঈশৈদি শুমহৎ য়াই পুবনি।"

অওইবক্সু ক্বিগনা মাগী ঈশৈ তাবদা শুমহৎখিদুনা মিৎকুপ অমা ফাউবা মনাক্তগী লাপথোকপা পামখিদে। তেনখ্রবা মতম খবদুগী মনুংদা মখোয অনীগী নুংশিবগী অয়োবী থাক অমদা লাকখি। ক্বিগ মফমদুদ লমকোয়বা লাকখিবনি। মমাগা মচলগনা মযুমদা হনগদবগী থৌরাং তৌরক্লবদা ক্বিগ লৈফম চাফম খঙখিদে। ময়ুম লমদম মোনট্রীলদা হনখিবদা চৎমিন্নখ্রসি হায়বুরি। নুংশিবা হায়বসি অঙকপনি। মখোয় অনীগী অবোনবা নুংশিনবদু কনা অমত্তনা খঙনখিদে। মাইনে হবাউনা য়াবকখি মবমদি মহাক খঙইঃ ক্বিগ মাগী নুংশিবদা ঙাওরে হায়বা।

হৌজিক মখোয় টাইটানিক তোংলগা লাক্লি। ফার্স্ট ক্লাসতা তোঙান

তোঙানবা টিকেট কক্লগা লাক্লিবনি। ক্বিগনা মমা অমদি মচলগী টিকেট নং ১৭৫৫৮নি। কেবিন বি ৫৮/৬০দা লাকখি। মাইনে অবোনবা মমিং শিজিন্নরগা তোঙান্না লাকখি। অবোনবা মিংদু "মিস্ট্রেস দি ভিল্লিয়রস" হায়রগা খঙনরকখি। টিকেট নং ১৭৪৮২নি অদুগা কেবিন নম্বরনা সি ৯০নি। মহাক্কী খোঙচৎ অসি ময়ামদা পৃথ্বী টুর তৌরিবনি হায়না খঙহনখি।

জহাজগী দেক্তা ক্বিগ অমদি মাইনেগী মতৌ উবদা যাত্রিকশিংনা হায়নরকখিঃ হোনীমুন লাকপা ওইবিগনি। থাজৈশেংবমক মখোয় মোন্ট্রীলদা হেক থুংবগা হৌনবী মতুং ইন্না লুহোংলগনি।

## টাইটানিক লুপখিবা

তম্মা ঙমদবা মীওইবগী লাইবক হায়বদুনি। নুংঙাইরবা আশাগা লোয়ননা শাগৎলকখিবা মঙলান এপ্রিল ১৪/১৫গী লোন্নবা অহিংদা লোইনমক মাঙহনখি। মিকুপ খরগী মমাংদা মখোয় অনী দেক মথক্তা নুংঙাইনা ৱারী শান্নরম্বতা মঙাইরি। কায়নবা কুইখিদ্রি। ক্লিগ তুমথরুরে। মমানা হৌদোরকই অদুগা হায়রকই, "জহাজ অসি করিনোমা শোয়দনা তৌরম্লগনি। সমুদ্রগী ঈয়াইসিদা লেপ্পগা লৈগ্রে।"

ক্লিগকী মমা মশা ঙমদদুনা লৈরিবনি। হিন্নায় হৌরিবা হায়বদুনি। ওবগা ফাইবগা কন্না তৌরম্বগী পোক্খাদুনা লৈরিবনি। মমানা হায়রিবদু অশেংবা খঙনিংদুনা মপান থোরকখি। কেপ্টেন স্মিথ অমদি ব্রুস স্মে ৱারী শান্নরম্লি। স্মীথ চংশ্রবা মতুংদা ক্লিগ চংশিন্দুনা হংই। স্মেনা হায়রকই, "নহাক্কী ইমা অমদি ইচল হি লৈরিবা মফমদুদা হৌজিকমক হি তোংহন্নবা হোংনৌ।"

থিম্বদনা ক্লিগ মমাগা মচলগা পুবক্লগা হি নং ৬তা তোংহল্লি। মাইনে অমুক লৌরুরি। ক্লিগনা মমাদা হায়রকই, "ইমা, মহাকপু লুনা তৌবীউ।"

মমা অমদি মচলনা মাইনে উবদা অঙকপা পোকখি। মাইনে তশেংনা হায়রবদা ক্লিগ থাদোক্লগা চৎপা পামখিদে। মাগী মতৌ উবদা মনাক্তা ফম্লিবা মেগি ব্রাউন ভাব তাবক্লনা থেমজিল্লি। অমরোমদা মাগী তুমফমদা সনাগী লিক পুরপা কাউরম্লবনি। মহাক্না শেংলিবসিসু নাইটড্রেসনি। মাইনে হিদা হেক তোংখৎখিবগা ক্লিগ ব্রান্দি যাওবা ফ্লাস্ক পুখোরক্লগা ময়ামদুগী মমাংদা পেন্না থকপা হৌরকই। মাগী মতৌদুদা মমানা খামজিল্লি। মহাক করি তৌবগী যু থক্লিবনো হায়বদু খঙখিদে। মাইনেদি খঙই ক্লিগনা যু পেন্না থক্লিবদু। মহাক্সু খামজিনবা পামখি, 'ক্লিগ, থম্মোয় কায়রিবসি নহাক্তা নত্তে ঐসুনি। উপায় অমা লৈরম্বা তারবদি ঐসু নহাক্কী নতুং ইনবা পাম্বনি।" মাবু মুন্না য়েংজবা নত্তনা উপায় লৈখিদে। হিদু মখাদা থাদবা হৌরকপদা ক্লিগনা হায়রকই, "ইটেজ ভেরেজ বিএন মামান?" মহাক্না মখা তারকই, "আউ বেভোয়র, বান ইস্পোয়র ভোউস-আউট্রেস" মহাক্না মসি হায়রক্লিবগী অর্থদি "কায়নরসিকো, পুম্নমক নহাক্কী থৌজান্না নুংঙাইবা ওইহনবীউ।"

মহাক্কী মচলনা হায়জেঃ মহাক যুগী নেসানা ঙাওরবসু বোক্সটব মথৌনা লৈনা ময়াম্বু বীদায় পীরকখি। মহাক্কী থৌনা অঙকপনি।

ক্লিগনা মমাদা লুনা তৌবীউ হায়না শিন্নরম্বগী মতুং ইন্না মাইনেবু মোন্ট্রীল তানা মচা কায়নরবী নীংবা কায়ববী মমানা মচামক্তি থন্দুনা নুংশিনা পুবগা চৎখি। মাইনেসু লম কোয়রিবনি হায়বগী মমিংদা থৱায় য়াওদ্রবা হকচাংগুম মোন্ট্রীলদা থা খর লৈরুই। মহাক্কী ৱাখলদা মফমদুদা লৈবদু যুমদুগী মৌ অমনি খঞ্জখি। নোংমতা নীংবা কায়বগী মতৌ উৎখিদে। মফমদুগী ফজবা কয়া য়েংহনখি

অদুবু ক্লিগ য়াওদবা পুন্সি ওইবনা মঙগা চপ মান্নখি। মপান্থোংদা হরাউ মিনোক নোকপগী মতৌ উহল্লবসু থম্মোইনুংদা কপ্লিবদুদি কনা অমত্তনা খঙবীখিদে।

মাইনে য়ুরোপ্তা অমুক হন্নক্তুনা পুক্লিং পেন্না ক্লিগপু নীংশিং নীংশিং নুংশিরবা ঈশে কয়া শক্তুনা পুন্সি লেনখি। ময়ুম পানগে হায়বগী আশা লৈখিদে। ময়াম্নদি হায়নখিঃ মহাক্না য়ুম পানবগী রাখল লৈত্রিবসি করি মরমগীনো? কনাগুম্বা অমগী মফমদা মীয়াম্না ঙাঙনরিবশিংদুগী পাউখুম মাইনেনা পীখিবা লৈতে।

মাইনে ওক্তোবর ১১, ১৯৬২দা অরোইবা য়াহিপ তানখি। মহাক হিংলিঙৈ মতমদা য়াম্না চেকশিন্না কনা খঙহন্দনা উপু অমা থল্লি হায়বসি খঙনখিদে। মহাক্না লৈখিদ্রবা মতুংদা মহাক্না চেকশিন্না থমজবা উপু অমা লৈ হায়বা খঙনরকখি। ময়াম্না উপু অদু হাংদোক্লগা য়েংলুবদা উরকইঃ মাইনেগী থবায় ওইরিবা ক্লিগকী ফোটো, নুংশিনা ইজখিবা চিঠি।

মীপুম খুদিংমক মতমসিদা খঙনরকই অমদি থম্মোই শোক্লা নুংশিনা শোন্নবকইঃ ক্লিগ অমদি মাইনে মখোয় অনীগী নুংশিনবদি খংউথক্কী নুংশি মঙলান্নি। থবায় অনীদুগী নুংশি পম্বুং তাইবংপান্দা মপুং ফাখিদ্রবসু লাইবক্লেন্দদি শোয়দনা মপুং ফারমগনি।

## ৪১। মিস কাটে অমদি মোর্লী

টাইটানিক লুপখিবা থৌদোক্তা মহাক্কা নুংশিনজবা নিপা কায়নখিবদা মিস কাটে কৌবী অমা মপুন্সিদা নুংঙাইফম খঙদনা লেনখি। মশা মথন্তা ওম্বোকপা লাইবক হায়বদুনি খন্দুনা পেম্বোক্লবা হোৎনখি। করিগীদি নীংবা কায়দনি। মহাক্কা নুংশিনজবা মোর্লীগা লাপ্পবা লমদম আমেরিকাদা নুংশি পম্বুং য়ৌনবগীদমক চেপ্লকখিবনি। মখোয় অনীগী অরোনবা নুংশি মরীদু কনাগুম্বনা খঙখিবা তাববদি পুম্নমক অরেম্বা তারগনি খন্দুনা টাইটানিক তোংলগা লোন্না চেপ্লকপদা কাযনবা হাযবদু ওইহনখি।

মিস কাটে ময়াম্না মিস্ট্রেস কাটে লুইজ ফিলিপস মার্সেল হায়রগসু খঙনৈ। জনুয়ারী ১, ১৮৯৩দা ইংলেন্দগী বির্মিংহাম রেন্ট মিদলেন্দদা পোকখিবনি। অমরোমদা মহাক্কা নুংশিনজবা মোর্লী পৈশা পায়বা রোর্সস্টরদা দুকান ফম্বা নিপানি। মাগী অশেংবা মমিংদি হেনরী সামুএল মোর্লী কৌই। ময়ুমদা নুপী লৈরবনি। মচানুপী চহী ১২ শুরবী অমা লৈরিবনি।

মিস কাটে মতমদুদা চহী ১৯খক্তা ঙাইরি। মোর্লীনা কাটেদগী চহী ১৮ হল্লি। চহী ৪০ শুরবা মীনি। মোর্লীগী রোর্সস্টরদা লৈবা দুকান্দা এসিস্টেন্ট ওইনা থবক তৌবা য়াউবনি। কাটে মশক ফজে। মাগী মশক মতৌ ফজবদুদা

## টাইটানিক লুপখিবা

মোর্লী ঙাওখিবা ওইরমগনি। মচা লৈরে হায়বা কাউখিদুনা কাটেগা অরোনবা নুংশি মরী থন্নকখি। কুইরবদি মখোয় অনীগী নুংশিনবদু খঙখ্রগনি। মদু খঙখ্রবদি তারবদি অকায়বা শোয়দনা লাক্লগনি খন্দুনা আমেরিকা চেনবা তাখি। অশেংবদু হায়দোকপা য়াদবনিনা মুর্লীনা মাগী মনাওনিপাদা লায়েংবা চৎলিবনি হায়রম্মী। টাইটানিক তোংলকপদা মখোয় অনীগী মমিং মিস্টর অমদি মিস্ট্রেস হেনরী মার্সেল হায়না খঙনরকখি। মখোয়গী অপাম্বদি সানফ্রান্সিস্কোদা লৈবনি।

মখোয়না তোংলক্লিসি সেকেন্দ ক্লাসকী টিকেট নং ২৫০৬৫৫নি। মখোয়না চেল্লমদাইদা দুকান অনী য়োনখোকই। পৈশাশিংদু মাগী নুপী অমদি মচানুপীদা পীরম্মী। কনানা খঙগনি এপ্রিল ১৪/১৫গী লোন্নবা অহিংদা কাটে অমদি মোর্লীগী অরোইবা কায়নবগী পুংফম ওইরগনি হায়বা। হিদা তোংলমদাইদা মোর্লীনা কাটেগী ঙকশমদা দাইমন্দ লিক মরি অমা শিবীরকখি। লিক মরি অসি মমৈথংদা "হার্ট ওফ দি ওসীন" হায়রগা খঙনরকখি। কেটেবু হি নং ১১দা তোংহল্লি। কাটে মোর্লীবু থাদোকপা পামখিদে অদুবু হি শেন্নরিবা হিরোইশিংনা নমদুনা কায়নহনখি। মোর্লী উপায় লৈখিদে. দেক্তা লেপ্পগা অরোইবা বীদায় পীরকখি। মোর্লী ঈবোইবা হৈত্তে। মহাক খঙইঃ মহাক্লা লৈরিবসি অশিবগী থোঙজিন্দনি হায়বা। টাইটানিক্তু অহৌবা মখোলগা লোয়ননা সমুদ্রগী ঈরোন্নুংদা লুপখি। মদুদা মোর্লীসু যাওখ্রবনি। অমরোমদা অহিং অদু কাটে য়াম্লা ব্লানা খাংখি। ঈংবনা লৈফম খঙহনখিদে। মহাক্লা শেৎলিবসি নাইট গাউন অচোনবা অদুতনি। মাগী মত্তৌ য়েংবা ঙমদ্রদুনা হিহোনবা অমনা মাগী জাকেট লৌথোক্লগা লিংহল্লি। নুমিত্তুগী থৌদোকশিংদুনা মরম ওইদুনা কেটেগী ব্লাখল চোয়হনখিবগুম তৌখি। পুক্নিগী কোকপা ঙমদ্রবা লায়না ওইহনখি।

নীংবা কায়রবী কাটে য়েংশিনবীনবা কনা অমত্তা য়াওদনা মতম খর আমেরিকাদা লৈবা তাখি। মফমদুদা য়ৌরকপা মতমদা খঙলকইঃ কাটে মীরোল্লবীনি হায়বা। ফেব্রুয়ারী ১৩, ১৯১৩দা মচানুপী অমা ফংজবদগী মোর্লী কায়বগী অব্লানা ব্লাখল খর মখৈদি ফাজিনবা ঙমখি। অঙাং অদুগী মমিং ইল্লেন মেরী হায়রগা খঙনৈ। অঙাং অদু পোক্লবা মতুংদা উপায় লৈরক্তবদগী মমা মপাগী মনাক্তা লাকখি। নৌনা লুখ্রাবী ওইনা লৈহনবা পামদবদগী মমা মপানা নিপা অমদা লুহোংবীখি।

ইল্লেন্না চাউরক্লবা মতমদা হায়ঃ "ইমাদু নোংমতা ঐবু পোকপা ইপা মোর্লীগী মরমদা ব্লারী শাখিবা লৈত্তে। মতম অয়াম্বদা নুংশুক নুংজাননা লৈগনি। পোক্তবা ইপাগী করম্বা শাজৎ লৈবগীনো নত্রগা কবম্বা পেন্দবা লৈবগীনো কনা খঙহন্দনা এসিদ থক্লুরবা মাল্লি। শিবমক্তি ঙমখিদে অদুবু মতম অয়াম্বদা চকখাউদা বেরা কাদুনা অনাবগী চৈনা খাংবগুম তৌই। অপোকপা ইপানা

টাইটানিককী ফম্বাক্তা শীবীরকখিবা দাইমন্দগী লিক মরীদুদি শিরমদাই য়ৌরক্কবা ফাউবদা থাদোকখিদে। মহাক্কা শিরগনি খঙলবা মতমদা ঐঙোন্দা শিন্নরম্মী।"

শোক ১৯৮৯দা ইম্লেনগী মমান্নবা খরনা টাইটানিককী ফোটো ময়াম পুরক্কগা মঙোন্দা য়েংহল্লি। ময়ামদুগী মরক্তা মাবু পোকপা মোর্লীগী ফোটো য়াওরম্বা উবদা ইম্লেন থম্মোই শোক্কা কপখি।

লিক মরীদু ঙসিদি য়াম্না মরু ওইরক্লি। মমানা চেকশিন্না শিন্নরম্বগী মতুংইন্না ইম্লেন্না মানা পোকচবা মচানুপী বভরলী ফার্মরদা অমুক শিন্নখি। বভরলীনা তেক্ত-কায়দনা মবোক কাটেবু নীংশিংবা ওইনা চেকশিন্না থম্লি। অদুবু কনা অমনদি হায়ঃ ইম্লেনগী শেল-থুম ফিবম চারক্তবদগী শোক ১৯৯০দা ফ্লোরিদা লেদী অমদা য়োম্মোকখি।

খ্বাইদগী ঙক্লিবদি শোক ১৯৯৭তা জেমস কেমরোন্না পুশ্থোরকখিবা পৃথী ফাওরবা ফিলম "টাইটানিক"তা রোজনা শিরিবা দাইমন্দ লিক মরীদুগা মোর্লীনা অরোইবা খুদোল ওইনা কাটেগী ঙকশমদা শীবীখিবা দাইমন্দ লিক মরীদুগা খেন্নবা করিনো হায়বসিনি। মীয়াম অমনা অরোই-অখম নাইদনা হংনরকইঃ রোজ গায়বসি কাটে ওইরববা? জেক হায়বসিনা মোর্লী ওইরিবরা?

## ৪২। আর্থরগী মরাইবক

চহী ৮খক্তা ঙাযরিবা আর্থরগী মরাইবক টাইটানিককী অকিবা ফংলবা থৌদোক অদুদগী তম্বা ঙমদবা ফিবমদা লৈরকখি। মমা মপা কনা অমত্তা য়াউদনা কারপাথিয়ানা নিউয়োর্ক তানা পুরকখি। কনাগুম্বা খরনদি হায়নরকইঃ মহাকপু পোকপা মপা চার্লি ওসলেনগা লোয়ননা আমেরিকাদা লাকখিবনি। মপানা মহাকপু হি অমদা হাপকৎপিরম্লগা চৎখি। মহাক্কী মশক অমুক হন্না উবা ফংখিদ্রে। টাইটইনিক্কা ঈরোম্নুংদা লুপথখিবদা মপাদু লোয়নখ্রবনি।

আর্থরবু অহানবা ওইনা হি মনুংদা চেকশিন্না য়েংশিনবীরকখিবা মী অদু ফ্রিটজোফ মেদসেন কৌই। আর্থর মাগীনি হায়বা কনা অমত্তা লৈত্রবনিনা নুংশিদুনা মনাক্তা ফমহনখি। অঙাংদুগী মতৌদু উবদা মিস জীন চেম্পেল কৌবী নুপী অমনা মনাক্তা কৌশিল্লগা কোফি অশাবা পীথকই। তলসু পীজে। মাগী মশাদু ঈংবনা লোইরবনি। অঈংবদু লুম্নবনি হায়দুনা চেম্পেলনা ফিনচিংবা ইনশিনবী। হৌজিক্তি আর্থর চেম্পেলগা য়াম্না নকশিন্নবা হায়বদু ওইরক্রে। মখোয় ব্রাদি কয়া ঙাঙনদে। চেম্পেল অহানবদা ব্রা খর ঙাঙলম্মী। মহাক্কা ঙাঙলিবদু আর্থরনা খঙদবগুম তৌবদুদা চম্পেলদু মখা তানা ঙাঙলকখিবদনি। মহাক্কা ব্রারী শারুবদা আর্থরনা ব্রাহে খর পাউখুম ওইনা খুম্নকখিবদু চেম্পেল খঙবা ঙমদে।

# টাইটানিক লুপখিবা

কারপাথিয়ানা মখোয় পুম্নমক নিউ য়োর্ক তানা পুরক্লবদা আর্থরগী মরাইবক করিদা ওইগদৌরি খল্লুবদা চেম্পেল অঙকপা পোকই। নিউ য়োর্কা হেক থুংবগা মিস্ট্রেস বিলিয়ম কে, ভেন্দরবিলট, জুনিয়ারনা নর্স অনী অমদি নোয় চাউরবা নিপা অনীগা লোয়নরগা লাকই। মখোয়না টেক্সি অমদা আর্থর অমদি চেম্পেল পুরগা চংখি। মখোয়না পুরগা চংলিবসি নিউ য়োর্কী ৪৫৮, ৱেস্ট টুয়েন্টিথ স্ট্রিটদা লৈবা লিজা দে নর্জরীদনি। অঙাংশিংগী লৈফমনি। মফমসিদা পুবক্লিবগী মবমদি মমা মপা লৈজদ্রবশিংবু লৈফম পীরিবনি। মফমদু য়ৌরকপগা আর্থববু ঈশিং অশাবনা ফজনা ঈরূজবীরগা নুংঙাইনা ভুমহনখি। মথংগী নোংঙানবদা মিশ ফ্লোরেন্স হায়দেননা আর্থরবু মহাক্কী ক্লাসদা পুশিল্লগা কিন্দর্গাটনগী ঈশৈ শকপা অমদি জগোয় শাবা য়াওহল্লি। আর্থরসু মখোয়না হাযরকপা খুদিং ঙম্নবা হোৎনৈ।

আর্থর কনানো হায়বসি খঙনদ্রি। কমিটিনা মাগী অশেংবা মরী-মখোঙ থীরকই। মহাক্কী মরী-মখোঙ থীবদা ৱারিবগী চাউরবা মরম লৈ মদুদি মহাক ইংলিশ হৈতে। মহাক্না ঙাঙলিবসি নোর্ৱেজিয়ান্নি। খবর কয়াদা আর্থরগী ৱারীনা পীক থনখি। নুমিৎ খরনি লৈরগা মিস্ট্রেস ওলসেন কৌবী নুপী অমা লাক্লগা মহাক্কী মচানি হায়না ক্লেম তৌরকখি। খ্বায়দগী ঙক্লিবদি মমানি হায়রিবা নুপী অদুদা আর্থরনা ঈমা হায়না কৌবা ঙমখিদে। মমানি হায়রিবা ওলসেন্নসু অঙাং অসি মহাক্কী মচা ওইরবসু ঙসি উন্নবিবসিনা অহানবনি হায়বকখি। মদুদনি মীয়াম্না অঙকপা পোক্লিবসি।

ওলসেনগী মপুংফাবা মমিংদি ইসথর ওলসেন কৌই। ব্রুকলাইনগী ১৭৮ হার্ট স্ট্রিটদা লৈবনি। ওলসেন্না ৱারীদু লিরকপদগী খঙনরকখিঃ আর্থরগী মপাগী মমিং চার্লি ওলসেন কৌই। মখোয় নোর্ৱেদগীনি। ট্রোন্দজমদা লৈর্বনি। আর্থরবু পোকপা মমাদু মতম খরগী মমাঙদা মফমদুদা শিখি। মহাক শিখ্রবা মতুংদা ইসথবনা অনীশুবা নুপী ওইনা ওলসেন লুহোংলগা লৌখিবনি। আর্থব অঙাং ওইববসু মশাদু মরৈ মরৈ তাশিল্লি। মমায়দু মচেং মচেং খোক্লা পিক্লা চেকখায়বা মাল্লি। মশমদু ঙাংই। হৌজিক্তি মহাক্কী অশেংবা খঙলর্বনিনা আর্থরনা নোর্ৱেজিয়ান্দা ঙাঙলকপশিংদু ওলসেন্না অর্থ হল্লগা ময়ামদা খঙহল্লিঃ মপা মচা মখোয় টিকেৎ মমল হন্থবা টাইটানিক্কী স্টীরেজদা তোংলকখিবনি। মহাক মাগী মপাগা হিদা পুম্না লৈমিন্নরম্মী। মপানা মঙোন্দা হায়রম্মীঃ নহাক করি অমত্তা কিগনু। অফবা অঙাং অমা ওইনবা হোৎনগদবনি। ঐ য়াম্না থুনা লাক্কে। ঐখোয়না লৈবা টাউন অদুদগী লাকমিন্নরকপা ফ্রিটজোফ মেদসেনগা চংমিন্নসি হায়নখি। মহাক কৌবা চংলুখিগে হায়রম্লগা মপাদু চংখিবনি। মদুগী মতুংদা মপাগী মশক অমুক হন্না উবা ফংখিদে।

হিদা মখোয়না তোংলগা লাকপদা মী ময়াম অমা ঈশিংদা তাউরগা লৈবা উরকখি। মখোয়গী মরক্তা ঈরোইরগা লাকপসু য়াওরি। মদুগী মনুংদা মেদসেন অমনি। মহাক্তি মখোয়না তোংলিবা হিদুদা কাখৎলকখি। মহাক য়াম্না ফবা মীনি।

মহাক্না আর্থরবু চেকশিন্না শেন্নবীরকখি। হিদুদা তোংলিবা অয়াম্বা কিবদগী কপ্পরকই। মখোয়গী ৱাখলদা হি অদু পাক্লবা ঈপাক্তা লুপখিগনি হায়বসিনি। মী অমখক অঙাং মচাদৌনা হৌনা কপ্পকখি। মহাক অঙাওরবা মাপ্পি। নিপা অমদি ঈশিংদা অমুক হন্না চোংথরগা চংখি। মখোয়শিংদুগী মতৌদু উরগা মেদসেন্না মঙোন্দা হায়, "নহাক করি অমত্তা কিগনু।" মহাক্না হায়বগী মতুং ইন্না অকিবা পোকখিদে। মহাক ঈরোইরগা লাকখিবনিনা মাগী ফিশিংদু চোংলবসু শেংনবা অতোপ্পা ফি লৈতবনা অহিং অদু য়াম্না ৱানা খাঙখি। হি মনুংদা লৈরিবা মীশিংদুনা ঙাঙনরিবা লোনদু মহাক করি অমত্তা খঙদে। মহাক্না খঙবা হায়ববু মেদসেন্না ঙাঙবখক্তনি।

কমিটিনা আর্থরগী খনবদা ৱানবম্বদু অশেংবা খঙলবনিনা ওলসেনগী মফমদা শিন্নখি। অমরোমদা চেস্পেলনা আর্থরগী ওইরকপা য়াবা তুংগী পুস্সিগী খল্লুবদা য়াম্না ৱাজখি অদুবু মমা অতোম্বীগী মনাক্তা লৈরে হায়বগী পাউ তাবদা থোইদোক্লা নুংঙায়জখি।

## ৪৩। 'সিবু ঙক্তে করম্না হায়গনি।

টাইটানিক্লা অহানবা সমুদ্রগী খোঙচৎ হৌরপদগী অঙকপা থৌদোক মচা খর অদুম লোয়নরগা লাকখি। সাউথামটোন হিগ্বাংফমদা টাইটানিক্লা নিউ য়োর্ক্লা থেংজিন্নগে তৌবা মতমদা যাত্রিক পুম্নমক মীপায়বা পোক্লখি। ময়ামগী মনুংদা বেন্স হেবেজ কৌবী আমেরিকান থীয়েটরগী প্রোদুসর অমগী নুপীসু অমনি। মীপাযবা পোক্তুনা লৈরিঙৈদা যাত্রিক অমা মাগী মনাক্তা লেপ্পরি। যাত্রিক অদুনা হেবেজদা থৌদোক অসি যাম্না থাজদনা থোকপা থৌদোক্লি হায়না অঙকপা ফোংদোবকখি। হেবেজনা মনাক্তা লৈরিবা নিপাদুগা মখা তানা ৱারী শান্নগে খন্দুনা য়েংথোকখিবা লৈবমদে। মহাক অদু কদোমদা চংখিবনো হায়বসু খঙহৌদে। মিকুপ খবগী মনুংদা তৌনখিবা থবক্লি। মসিদনি হেরেজনা ঙক্লিবা। মহাক্লা মসিমসু হাযরম্লিঃ থোক্লিবা থৌদোক অসি অফবা খুদম নত্তে। ... ঐ মতুংদা করি তৌসিগে খল্লিবনি।

যাত্রিকশিংদা য়াম্না ঙক্লা থোকখিবা থৌদোক অমসু ক্বিন্সটাউন হিগ্বাংফম থাদোক্লমদায়দা থোকখি। ফায়ারমেন অমা মরিশুবা ফনেলগী মনাক্তা চংশিনখ্রগা মকোক্লা ৱায়শিল্লুরি। মমায়দা লকাং মুশিন মুনা তৈশিল্লি অদুগা ময়া হিগৎলগা ময়ামদা নোক্লকখি। মাগী মতৌদু উবদা অঙাওবা মী ওইবমাল্লে খন্নখি। মহাক্লা তৌবিবদু অফবা খুদম নত্তে হায়নখি। কনা অমনা হায়ঃ জহাজগী মখাদা থাদরিবা কৈরাক অসিদগী কাখৎলকখিবনি অদুবু কুমথখিবদি উদে। মিত্রংগুম্না খুদক্তা নিপা অদু উবা ফংখিদে। মসিসু যাত্রিকশিংনা অঙকপনি হায়না খন্নখি।

## টাইটানিক লুপখিবা

টাইটানিক লুপথখিগদবা মিংকুপ থরদা ঙায়রক্লবা মতমদা মিনি কাউটসনা মচা অনীগা জহাজগী মনুংদা লমাংনরগা লৈরিঙৈদো মতেং পাংলকখিবা নিপাদু মহাক্কী মফমদদি অঙকপা ওইনা থোকখি। কয়ারক হুন্না মহাক্লা চৎফম থীরকপদা মফম খঙদনা লৈরিবনি। নিপা অদু কদায়দগী লাকখিবনো হায়বসিনি। মহাক্লা মখোয়বু হিদা তোংহনখি। মতেং পাংবীরিবা মঙোন্দা থাগৎ ৱাহৈ অমত্তং পীগে হায়দুনা য়েংথোরকপদা মহাক লৈরমদে। মসিদনি মিনিনা ঙক্লিবা!

পুন্নমক অসিদগী থ্বায়দগী হেন্না ঙকপা অমা হায়ববা তারগদি ভাইওলেট কোনস্টেন্স জেসোপ কৌবী নুপী অমদা থোকখিবা থৌদোক অদুনি হায়বা তায়। মহাক টাইটানিক কায়রগা ঈরোন্নুংদা লুপখিবদা শিহৌদনা হিংলগা লাকখিবশিংগী মনুংদা অমনি। মহাক জহাজগী সেবা তৌবীনি। মহাক্কী পুন্সিদি অঙকপা ঙাক্তা থেংনরকখি হায়বা য়াই। টাইটানিক্কী থৌদোক থোকখ্রবা মতুং শোক ১৯১৬ দা ব্রিটানিক লুপখিবা মতমদসু মহাক হিংহৌই। থৌদোক অনীসিগী মমাঙদা থোকখিবা ওলিমপিক্কা হোক্কা থেংজিন্নবা মতমদুদা মহাক সেবা তৌবী ওইনা য়াওরকখি। মহাক্লা চৎপা থোঙচৎ খুদিংমক খুদোংথীবা হেক্তা থেংনগনি। মীশিংনা হায়নবা লৈঃ

ভাইওলেটনা তোংবা জহাজদু শোয়দনমক্কী খুদোংথীবা নংগনি। অদুবু মহাক্তি খুদোংথীবদগী হেক্তা নাম্বোকহৌগনি। মহাক মশানসু খঙ্জৈঃ ঐগী লাইবক্তা করি তম্বগীনো খঙদে। খুদোংথীবা অমনা ঐগী ইতুং ঈন্নরিবসি।

টাইটানিক শোয়দনা লুপখ্রগনি থনবদগী নুপী অঙাং পুন্নমক হিদা তোংথৎনরকখি। ভাইওলেটসু বোট নং ১৬ দা তোংলকখি। হিথক্তা লৈরবা মতমদা ওফিসারনা অঙাং অমখক মঙোন্দা শিন্নরকখি। ওফিসার অদু লাইটোল্লরনি। মহাক্লা হায়রকখি, "মিস ভাইওলেট, অঙাং অসি চেকশিন্না তৌবীউ।" মহাক্সু অঙাং অদু কনাগীনো খঙদনা নুংশিনা কোনবীরগা ঈংলবা অহিংদু য়াম্না ৱানা খাঙখি। হি মনুংদা তোংলিবশিংদুনা অঙাং অদু কনাগী মচানো হায়বা খঙদে। কারপাথিয়াগী মথক্তা লৈরবা মতমনি। ভাইওলেটনা অঙাংদু পম্লগা লৈরিঙৈদা খঙহৌদনা নুপী অমা লাক্লগা ৱা অমত্তা হায়রমদন' মুল্লগা থুনা য়াংনা চেনখি। মহাক ইঙক ঙক্লা য়েংলগা লৈহৌই। ৱাখলদা নুংঙাইতবা অমা পোক্লকপদগী কারপাথিয়াগী ফম্বাক্তা লৈরিবা ময়ামদুগী মরক্তা কোয়না চৎলগা য়েংই। মহাক্লা খল্লিঃ নুপী অদু অঙাংদুগী মমা শোয়দনা ওইরমগনি। অদুবু ৱাহৈ অমত্তা হায়রমদনা মহাক্লা তৌখিবা মতৌদু নুংঙাইজদবগী খল্লুবনি। নুপীগা অঙাংদুগা জহাজগী করম্বা মফমদা লৈরিবনো উবা ফংখিদে। থৌদোক অদু থোকখ্রবা মতুংদা মহাক কনাদসু মদুগী মরমদা ৱারী শাখিদে।

ভাইওলেট মে৫,১৮৮৭তা পোকখি। মখোয়গী ইমুং মনুং আইরিসদগী ময়ুম হোংলখিবনি। ৱিলিয়ম অমসুং কেথারিন জেসোপগী মচানুপীনি।

আরজেন্টিনাগী বাহিয়া ব্লাঙ্কাগী মনাক্তা লৈবনি। মহাক্কী মচিন-মনাও মাপল পোকপদা মহাক্লা অহলনি। অহম অমদি শিন্রে। মহাক মশামক্সু টিবিনা নারকপদগী শিরমগদবদা দাক্তরনা কনবীরকখিবনি। মপা লৈখিদ্রবা মতুংদা মখোয় গ্রেদ বৃটেন্দা লাক্লগা কোভেন্ট স্কুলদা চংই। মমা কন্না নারকপদগী মহাক স্কুল থাদোক্লগা ওলীমপিক জহাজদা সেবা তৌবী অমা ওইনা থবক চংই। মতমদুদা মশাগী চহী ২৩ শুরে। ওলীমপিক্তা চংখিবা নুমিৎ অদু জুন ১৪, ১৯১১নি। অমরোমদা মহাক্লা টাইটানিক্তা সেবা তৌবী ওইনা য়াওরকখিবসি এপ্রিল ১০, ১৯১২দনি। খোঙচৎ হৌরবা মতুং নুমিৎ মরীগী লৈরগা অকিবা ফংলবা অঙকপা থৌদোক থোকখিবসি। মমাংথক্তা খুদোংথীবা খর নংখ্রবনিনা য়াম্না চেকশিন্নি। হিদা তোংহৌগদবগী কন্না হোৎনৈ। হি মথক্তা তোংবা ফংহৌদ্রবা মরায়বক থীরবা নিপা নুপী অঙাং কয়ানা অকিবা ফংলবা অহিংদুদা কপ্প-লাউনরকখিবগী খোজ্ঞেলদু মহাক মতম চুপ্পদা কাউবা ঙমখিদে।

পৃথ্বীগী অনীশুবা লাঙ্গাও লাক্লবদা মহাক বৃটিশ রেদ ক্রোসদা নর্স ওইনা থবক তৌই। শোক ১৯১৬ দা মহাক হিজ মেজেস্টিজ হোসপিটাল সীপ ব্রিটানিকদা চৎপদা মাইন অমদা থেংজিনবদগী ঈগীন সমুদ্রদা লুপখি। জহাজ অদুনা লুপথবা হৌরক্লবদা মহাক হি অমদা চোংথোকহৌবদগী হিংবা ঙম্লকখিবনি। মদুগী মতুং তাবকপদা মহাক বেলগেনলেন্দ কৌবা অচৌবা জহাজদা য়াওরকখি। শোক ১৯৫০ দা সফোলকদা লৈবা গ্রেদ আশফিলদা থবক তৌরম্বদগী পোত্থ্রায়। থবক্তগী পোত্থ্রাববা মতুংদনি। নোংমা অঙকপা টেলেফোন অমা মঙোন্দা তৌরকখি। টেলেফোন তৌরকখিবা মতম অদুদা অঙকপা ফংনা কল্লবা অখাক অরাউ য়াওবা নোং নুংশিৎ শিংলকখি। মশক খঙদবা মী অদুনা হংলকই, "নহাক টাইটানিক কায়দুনা সমুদ্রগী ঈরোন্নুংদা লুপখিবা নুমিৎতা অঙাং অমগী থল্লায় কনখিবরা?" খোজ্ঞেল অদু নুপী অমগীনি।

ভাইওলেটনা খুমই, "হোয়, কনবীখি।"

খোজ্ঞেল অদুনা মখা তাবকখি, "য়াম্না নুংঙাই, মদু অফবা থবক্নি। নহাক্লা কনবীখিবা অঙাং অদু ঐনি।" অসি হায়রম্লগা কন্না নোক্লকখি অদুগা টেলেফোন্দু থমখি। মহাক্লা অমুক হন্না টেলেফোন তৌখিবদা পায়খৎলকখিদে। টেলেফোন নম্বরদু থীগৎলুবদা খঙবা ঙমদবা অঙকপা নম্বর ওইরম্মী। মসিদনি ভাইওলেটনা অঙকপা পোক্লিবসি।

পাউ অসি মাগী মরুপ পুন্সি রারী ইবদা মমিং চৎলবা জোন মেক্সটর্টোন্দা তম্নুবদা হায়রকখি, "অঙাংশিংনা নঙোন্দা লক্লগে খন্দুনা তৌরকপা ওইরিগনি। মসি য়াম্না ফত্তবা থবক অমনি।" মহাক্লা অসি হায়দুনসু ভাইওলেট নুংঙাইথোকপদি ঙমখিদে। মরমদি মহাক্কী মতম্বাক্তগী অঙাং অমা নুপী অমনা পুরগা চেনখি হায়বসি মহাক মমাঙথক্তা কনাগুম্বা অমত্তদা রারী শাখিবা লৈতে।

চীংনরিবদু কোক্লবগীদমক মখা তানা টাইটানিক্কী রেকোর্দ বুক্তা থীগৎলুই। মহাক্লা থীগৎলুবদা খঙলকখিবা হায়ববু মখোয়বু থবায় কল্লকখিবা হি নং ১৬তা অসাট থোমাস কৌবা অঙাং অমগী মমিং য়াওরম্মী। অসাট হায়বিবদু ইদক্লিন্দা ট্রাউটদা শিন্নখি। কারপাথিয়াগী ফম্বাক য়ৌরক্লবা মতমদা মমা যেংবদগী খুৎশিন্নখি। মঙোন্দা শিন্নরকখিবা অঙাংদুগী মরম রেকোর্দতা য়াওরমদে। মসিদনি ভাইওলেটনা অমুক্লা হেন্না ঙক্লিবসি। মসিমক্তনা নুমিৎ খবনিদি ভাইওলেট লৈফম চাফম খঙহনখিদে।

মহাক ময়ুম পানখিদে। মশাগী চহী ৮৩ শুবকপা মে ৫, ১৯৭১বা লৈখিদে।

## ৪৪। য়ু থকপগীসু কান্নবা লৈ

করিগুম্বা মতমদসু য়ু থকপগী কান্নবা য়াম্না লৈ হায়বসি চার্লস জোঘিন কৌবা নিপা অমনা টাইটানিক কায়বগা সমুদ্রগী ঈরোন্নুংদা লুপথখ্রবা মতমদা মথৌনা লৈনা উৎখি। নুমিৎ চুপ্পা য়ু থক্লগা লৈবা জোঘিন্নি। টাইটানিক্লা মাগী খোঙচত্তা লোয়নবক্লিবসি য়ু লিক্লি ১৫০০ অদুগা চেম্পেইন গ্লাস ১৫,০০০, বিয়াব লিক্লি ২০,০০০, হুইস্কি লিক্লি ৮৫০ নি। মসিগী মথক্তা ফ্রান্সগী য়ু হাপ্পা উপু কন ১৭, অশুংবা য়ু হাপ্পা উপু ১৯১ অমদি অজ্ঞুবনা শুংবা য়ু উপু ৭০ অহেনবা বিজার্ভ ওইনা থম্লিবনি। মসি পুম্নমক য়াওরকখিবগী মরমদি টাইটানিক্তা তোংলকখিবা যাত্রিকশিংগী অপাম্বা পুম্নমক পেলহনবা ঙম্নবগী চাউববা থৌবাং অমনি। জোঘিন মাগী পামজবা পুম্নমক লৈববনিনা জহাজগী খোঙচৎ হৌবকখিবা নুমিত্তগী ঙসি ফাওবা পোম্থাবা লৈতনা য়ু থক্লগা লাক্লি।

টাইটানিক উনগী চীংদা থেংজিনবদগী শাথীরবা ফিবম অমদা লৈবে হায়বসি য়ু ঙাওববসু জোঘিন খঙই। হিদা মী তোংহনবদা মহাক মতেং পাংবা য়াওশিল্লি। চান-থক্লবা পুবক্লগা হিদা তোংলিবা যাত্রিকশিংদা যেল্লি। ময়াম্নদি য়ু ঙাওরবা মীনি হায়না খন্নখি। হি পুম্নমক মখাদা থাদবা লোইখ্রে। জোঘিন মনাক্তা লৈরম্বা চৌকি পায়রগা মপান্দা লংখোকপা হৌরকই। মহাক্লা তৌবিবদু অউবশিংনা ভুমিন্না যেংলগা লৈ। চৌকিশিংদু লংখোকপা লোইববা মতুংদা মপান থোবকই। মহাক দেক অমগী মথক্তা লেপ্পগা লৈরি। মতমদুদা টাইটানিক ঈরোন্নুংদা লুপথবা হৌরক্লবনি। মহাক অকিবা পোক্তি। ঈরোইবগা চৎকনি হাযবগী আশাদা লৈরি। মতৌ করম্না ঈরোইবা হৌরকখিবনো হাযবা মহাক্লা জ্ঞান তারকপদা অকিবা পোক্লকখি। মহাক্লা খঙজবা হায়ববু উনগা লোয়নববা ঈংলবা ঈশিংদুদা পুং ৩ চুপ্না লৈবদা অঈংবা পোকখিদে। থকখিবা য়ুগী নিশা অদুনা পুম্নমক কাওহনখি। কারপাথিয়াগী ফম্বাক য়ৌরক্লবা মতমদা মহাকপু মশক খঙবশিংনা মহাক শিবমদবা উবদা ঙকখি। মঙোন্দা অশাবা পোক্লক্লবা মখোযনা

হোৎনখিবদু মহাক কাউদ্রিঃ লৈবং অমগী মথক্তা থাজাৎলগা শা য়াইবদৌনা মৈজাউ থারগা মৈনাক্তা থমখি।

মহাক যু ঙাওজরবসু যাত্রিক অতৈশিংদা অকায়বা থবক তৌখিবা লৈখিদে। মহাক্না টাইটানিকগী শিল-লাংলিবশিংদা পেঞ্জদবা অমদি য়াম্না তোয়না হায়জৈঃ হি মশিং যামদবনা মমল য়াম্লবা মী কয়াগী পুক্নি কনবা ঙমখিদবনি।

মহাক্কী মবমদা কনাগুম্বনা অশেংবদু খঙনিংদুনা হংলকপা য়াওখি। 'এ নাইট টু রিমেম্বর' হৌবা বালটর লোর্দদা অশেংবদু ফোংদোপীনবা চিঠি অমা ইবপ্নি। মহাক্কী তেল্লবা চিঠি অদুনা জোঘিন কনানো হৌজিক্তি খঙবা ঙম্মে হন্দুদি মহাক যু থকপা য়াম্না পামজববসু কনাগুম্বশিংদা অয়েৎপা পীবদি পামখিদে। মহাক্না মতম শাংনা লোয়নবকখিবা কেপ্টেন জে, এইচ, এন্দবসন হায়ঃ মহাক যু য়াম্না থকপা পামই। যু য়াম্না থক্লবসু চৎমিন্নবিবশিংদা নুংঙাইবোইদবা থবক অমত্তা তৌখিবা

টাইটানিক ১৯৫

লুপখিবা লৈতে। মহাক্না জোঘিন মশক খঙহনবিবসি মহাক্কী অহানবা থোঙচৎ শোক ১৮৯৬দা মেলবোর্ন জংজনা খা আমেরিকা চৎপদা মহাক কেখিন বোয় ওইনা লৈকখি মতম অদুদা মাগী চহী ১১দা মঙাহবি। মহাক্না থবক হেক যাউংকপদগী হৌনা লোয়নবকখিবনি মহাক্না টাইটানিক্তা লাক্লিবসি চিফ বেকর ওইননি। মহাক্কী মখাদা মী ১৩না শাবা বেকর স্টাফ অমা লৈ। টাইটানিক্না লুপখিবা য়াবগী অকিবা লৈবক্লবা মতমদা মহাক্না মাগী মখাদা লৈবা বেকরশিংদু হিদা তোংহন্নবা হোৎনখি। মহাক্না মখোয় খুদিংমক্তা ব্রেদ লোফ মরি মরিগা পাউন্দ নিফু নিফুগা পীখি হায়নৈ। মাসিনা তাকপদি জোঘিন যু ঙাউজববসু হৌন-লোনচৎ য়াম্না খঙবা মীনি হায়বসিনি। মশামক্কী ওইনদি হিদা তোংগনি হায়বগী বাখল লৈখিদে। হি নং ১০দা তোংবা যাবগী খুদোংচাবা ফংলবনি অদুবু মদুদা তোংবগী মহক্তা হিদুবু শেন্নবিবা চিফ ওফিসার হেনরী রেলদেগী মতেং পাংলগা লৈখি।

জোঘিনগী মপুং ফাবা মিংদি চার্লেস জোঘিন হায়বনি। ইংলেন্দগী বির্কেনহেদতা লৈবা ব্রেন্ট ক্রোট কৌবা মফমদুগী হেক থংনবদা লৈবা পেটেন স্ট্রীটতা আগস্ট ৩, ১৮৭৮দা পোকখি। মহাক্না টাইটানিক্কী চিফ বেকর ওইনা লাক্লিবসি থাগী তলব পাউন্দ ১২ নি। হৌজিক্কী মতমগী ভেলুদা পাথোক্লবদি পাউন্দ ৮৮০ নি।

মহাক যু ঙাউজববসু টাইটানিক লুপখিবা যাবগী ফিবম খঙলকপদগী বোট দেক্তা লাকখিবসি চাওবাক্না পুং ০০ ৩০ তাবকপা অদুরাইদনি। হি লৈবিবদুদা চংশিল্লক্লগা নুপী অঙাংশিংগী মতেং পাংবা হৌবকখি। টাইটানিক লুপথবা হৌবক্লবা মতমদা যাত্রিকশিংনা সমুদ্র ঈপাক্তা চোংথবগা ঈবোইবা হৌনবকপা উবদা মহাক্সু মখোযগী মতুং ইনখি। জ্ঞান তানা ঈবোইবদি ওইখিদে। মরমদি মহাক মতমদুদা যুগী নেসাদা তাউবিবনি। মহাক্কী লাইবক ফবা হায়বদুনি। মহাক্না

ঈরোইরগা লাকপদা কোলাপসিবল বি থেংনখি। মহকপু হান্না মশক খঙথিবসি কুক ইজাক মেনার্দনি। মদুদা তোংলকখিবশিংদুনা চিংখৎলগা মাগী থন্নাই কনখিবনি।

জোঘিন শোক ১৯২০দা ইংলেন্দগী আমেরিকাদা লাক্লগা নিউ জেসেরীগী পেটর্সনদা লৈখি। অহানবা লুহোংবা নুপীদু এগেজ কৌবী অমা পোক্লবা মতুংদা খায়নখি। এন্নি কৌবী অমা অমুক লুহোংলগা রোজ পোকখি। এন্নি শোক ১৪৪৩দা শিখি। মহাক শিখিবদা জোঘিন নীংবা য়াম্না কায়খি। অনাবা পোকহনখি। পুক্নি তেলহন্নবগী মরম ওইখি। মশাগী চহী ৭৮ শুরকপা দিসেম্বর ৯, ১৯৫৬ তা সংসারদগী বীদায় লৌখি।

## ৪৫। বর্থেগী মরাইবক

বর্থেগী পুন্সিদা থেংনকখিবশিংদু নীংশিংলুবদা মথন্তা খঙ্জেঃ ঐসিবু লাইবক ফবী হায়গরা নত্রগা লাইবক থীবী কৌগদরা? টাইটানিক তোংলকখিবা মতমদুদা বর্থে চহী ১৯ হায়বক্রে। আগস্ট ১০, ১৮৮৪দা পোকখিবনি। পেরিসতা থবক মচা অমা ফংদুনা চন্নবা পুন্সি অমদা হিংলকখি। নোংমা লমকোয়বা দোগলাস মতৈ-মনাও মহাক্কা থেংনৈ। মখোয় আমেরিকাদগীনি। বার্থেগী মতৌ উবদা মতৈ-মনাও অনীদু য়াম্না পেঞ্জখি। মহাক্কী রাঙাং রাতা নুংশিবা, মীগী মবুক পেহনবা ঙম্বা গুন ময়ামদু উবদা দোগলাস মতৈ-মনাওনা খঙ্জেঃ বর্থে মখোয়গী কববাবদা য়াওহল্লবদি কান্নবা য়াম্না ফংগনি। মখোয়না বর্থেদা হায়রুবদা হন্নাউনা য়ারকখি। অমরোমদা দোগলাসকী চহী ৫২ শুরকপগী বার্থদে ময়ুমদা পাংথোকপা পাম্বদগী আমেরিকদা হল্লগে খন্দুনা লৈরিঙৈদা বর্থেনা হরাউ হরাউ য়ারকপসিদা নুংঙাইমনখ্রদুনা টাইটনিক্কী টিকেট কক্লগা লাকখিবনি। টিকেট নং ১৭৭০১নি। সি দেক্কী সি ৮৬তা দোগলাস মতৈ-মনাও তোংলকখি অদুগা সি ১৩৮দা বর্থে তোংলকখি। মিস্ট্রস দোগলাসকী অশেংবা মমিং মহালা কৌই। চহী ৪৮ শুরবীনি। দোগলাসনা মাগী নুপী অহল লুলু শিখিবদগী অনীশুবা নুপী ওইনা লুহোংখিবনি।

চের্বোর্গকী হিথাংফমদা টাইটানিক লাকপা ঙাইরিঙৈদা অঙকপা নিপা অমা থেংনখি। নিপাদু ইংলিশ কয়া হৈত্তে। শেংফাত্তবা ইংলিসতা মিস্ট্রেস দোগলাসকী মনাক্তা চংশিল্লক্লগা হায়কই, "নখোয়না তোংগদৌরিবা টাইটানিক হায়বসি সাপ লৈরবা জহাজনি। মসিদা তোংদবগী শরুক আইয়ারলেন্দা নুংঙাইনা লৈথোকউ।" মহাক্লা হায়রম্লিবসি তাবদা মিস্ট্রেস দোগলাস জ্ঞান মন্নগা লৈহৌই। মতমদুদা বর্থসু মিস্টর দোগলাসসু লৈত্তে।

নিপা অদুদি বাহে খরদু হায়রল্লগা মীয়াম মরক্তা চংখি। বর্থে লাক্লবা মতমদা পাউদু তমই। বর্থে মীয়াম মরক্তা চংদুনা নিপা অদু থীরুবদা ফংখিদে। মপুরোইবা লাকপা মতমদসু পাউ অদু তমই। মপুরোইবনা মাগী বাদু তারগা মোমোন নোক্লগা হায়রকই, "মীনা ঙাঙবদা কা হেন্না থাজরুগনু। টাইটানিক হায়বসে লুপ্পা নাইররোইদবা জহাজনি।"

মিস্ট্রেস দোগলাসত্তু মপুরোইবনা ফনা হায়রগসু টাইটানিক তোংলগা লাকপসি মবুক্লিংদা চিংনবা অমদি অদুম লোয়নররকখি। খংহৌদনা উনগী চীংদা জহাজ অসিগা থেংজিন্নরে হায়বগী পাউ তারকপদা কা হেন্না মীপায়বা পোকখি। মীয়ামদুগী চরাংনবা মরক্তা মখোয় অনী হি তোংগদবগী লাকখি।

মীয়াম ওমশিল্লগা লৈরিবদু হি নং ২নি। নিপা তোংবা য়ারোই হায়রক্লবদা দোগলাসনা মাগী নুপীদু হিদুদা তোংখৎহল্লি। "বালটর, নহাকসু হিসিদা তোংলকউ। নহাক য়াউদনা ঐ করম্না চৎকনি," মাগী নুপীনা হন্ন হন্ন হায়জে। দোগলাস থৌনা লৈনা খুন্নখি, "ঐ নিপানি। থৌনা লৈনা থেংনবা পামই।"

বর্থা জহাজগী ওইরিবা ফিবমসি খঙদ্রি। মহাক নুংঙাইনা তুন্নুরবনি। মহাক্কী থোঙদা থীল্লকপদু মহাক তারুদ্রে। মহাক্না মিংকপ থোক্লকপদা থোঙদা কনাগুম্বা অনা থীল্লক্লি হায়বা খঙলকই। মহাক ফনা কুইনা হাংদোক্তে মরমদি নহাপাখঙনা লক্লবা ওইরগনি খল্লি। মমৈথংদা থোঙদু হাংদোক্লুবদা খঙলকইঃ টাইটানিক্কী অরোইবা পুংফম য়ৌরক্রে হায়বা। নাইথ গাউন অম্না শেৎলগা চেম্বোরকই। মথক থংবা দেক্তা চেনখৎলুই। মহাক্কী বাখলদা দোগলাস মতৈ-মনাও মফমদুদা শোয়দনা লৈরমগনি হায়বসিনি। মফমদু কনা অমত্তা লৈবা উদ্রবদা মহাক মখাদা অমুক কুমথরকই। নিপা অমা থেংনবদগী হি লৈফম তাকপীরম্মী। লৈরিবা হি অদু মখাদা থাদগদবগী থৌরাং লোইরম্লে। মহাক্না অরোইবা ওইনা হিদুদা কাখৎলকখি। অহিং চুপ্পা হিদুদা তোংলকপদা মম্বনিনা যাত্রিকশিংদু কনানা কনানো হায়বা খঙলুদে। নোং ঙাম্বোরকপা মতমদসু হিদা তোংলিবশিংদু য়েংনিংবগী বাখল কয়া পোক্লুদে মরমদি নীংবা কায়রবীনা অয়াম্বনি। মখোয় মাইথোং লুক্লা লৈ। চিন্তা তৌবা মাল্লি। মহাক্সু অঙাংবা মরক্তা অহিং চুপ্পা খল্লুরিঃ অহল অনীদু হিংলমখিগদ্রা? লাইবক ফরবদি মহালাদি হিংলম্বসু য়াই। কনানা খঙগনি মখোয় অনীমক হিংলম্বা য়ারিবনি। করিগুম্বা হিংলম্বা তারবদি অফবনি। অহল অনিদু শিখিবা তারবদি কমদৌবা? করি তৌরগা হিংবা তাবা? ফ্রান্সতা অমুক হনবা তারিবরা? বাখল ময়াম অসি খল্লুবদা উন য়াওনা শিংলকপা নুংশিত্তুনা অঙাংবা পোকহনবা ঙমখিদে।

কারপাথিয়াগী ফম্বাক্তা কাখৎকদবগী থৌরাং তৌরকপা মতমদা উরকই: মমা শক্রবী মহালা। মহাক্তা তোংলকপা হি অদুদা মহালাসু তোংলম্লি। মগা শক্রবা দোগলাস উবা ফংখিদে। মখোয় অনী উন্নবদা কপমিন্নখি।

মপুরোইবা কায়নবগী অরাবদু কারপাথিয়াগী ফম্বাক য়ৌরক্রবা মতমদা বর্থেনা কম্না থেজিল্লি। ময়ুম য়ৌরক্রবা মতমদা মিস্ট্রেস দোগলসনা বর্থেদা হায়, "নহাক ঐবু থাদোক্কনুকো।" বর্থেসু মবুক্লিংদা খন্দুনা লৈরম্বা ৱাফমনি। মহাক্তা শিথ্রিবা ফাউবদি মহাক্কী সেবা তৌগে খনখি। থাজৈশেংবমক্সু মহালা চহী ৮১ পুন্সিবম্লগা শিখিবা মতম ফাউবা বর্থে সেবা তৌখি। অহলদু শিন্নবা শোক ১৯২৮দা লুহোংখিবা মপুরোইবা গেস্টোন বৌরিদ হায়বদুগা কালিফোর্নিয়াদা চৎখি। মফমদুদা মপুরোইবগা ইনৌ নৌবা পুন্সি অমদা লেনখি।

## ৪৬। নহা ওইরিবা থৌনা ফবা মেকগফ

টাইটানিক মপুং ফানা ঈরোম্নুংদা লুপখরক্রবা মতমদা থৌনা ফনা ঈশিংদা চোংথরগা ঈরোইদুনা থরায় হিংনবা হোৎনরকখিবা নক্তবসু মখোয়না তোংলিবা হিদা থৌনা ফনা মতেং পাংখিবা নিপামচা অমখক্তী মমিং হায়বা তারগদি মেকগফনি। মেকগফনা ঈরোইদুনা লাকখিবা কয়াগী থরায় কনবা ঙম্নবা হোৎনখি। মশাগী চহী ৩৬ শুরবা নহানি ময়ুম পানবা কুয়দ্রিবনি। খোঙচৎ অদুদা মহাক্কী লোয়নবী য়াওরকখিদে। মহাক ফিলাদেলফিয়াগী ২৫২ সাউথ সেভেন্ট স্ট্রীটদা লৈবনি। চয়োল খরগী মমাঙদা মহাক্কী ফার্মগী চৎতবা য়াদবা থবক লৈবদগী মপান লমদা চৎলুবনি। খোঙচৎ অসিদা লোয়নরক্লিবা মীশক অনীনি। অমনা জে, দি, ফ্লাইন কৌই। মহৌশা ফিলাদেলফিয়াদা লৈরম্বনি। হৌজিক্তা নিউ য়োর্ক্তা লৈরি। অতোপ্পা নিপা অমনা এন, পি, কেলদর্হেদ কৌই। মহাক্সু মমাঙৈদা মফমদুদা লৈরম্বা ফিলাদেলফিয়ান অমনি। ফার্স্ট ক্লাস যাত্রিক ওইনা টাইটানিক তোংলকখিবনি। মাগী টিকেট নম্বর পিসি ১৭৪৭৩নি। কেবিন নম্বর ই-২৫দা তোংলকখিবনি।

মহাক্তা ফ্লাইনগা কা অমত্তদা লৈমিন্নৈ। অদুগা কেলদর্হেদগী ফমুংনা স্টেটরুমগী তায়নফমদা লৈ। টাইটানিক্তা উনগী চীংদা থেংজিনবা মতমদা মখোয় তুমগদবগী ফমুংদা চংলবনি। থৌদোক অমা থোক্লম্বা য়াই চিংনবা পোক্লকপদগী জহাজগী নাকলদা ফাংলিবা মখুন অহোবা অমদা চংশিল্লগা য়েংই। চাউরবা উন অমগা জহাজগা য়াম্না নকশিন্না লৈবা উরকই। খোঙনাউ ময়াদা চাউরবা উন মচেং অমা তাবগা লৈ। মদু পুং অমরোম হেন্না মফমদুদা লৈরক্রবা মাল্লি। মদু হেক উবদা য়াম্না শাথীনা শোক্লম্লগনি হায়না মহাক চিংনরকখি। খুদক্তা ফি শেৎচিল্লি। খুদাংদা ঘড়ী শিজিল্লি। ফুরিৎখাওদা পৈশা হাপচিল্লি। মতমদুদা ফ্লাইনসু তুম্লম্বদগী

হৌগৎলকই অদুগা কেলদর্হেদগী মনাক্তা চেনশিনগ্রগা তুম্বা হৌদোক্লুই। ফি শেৎলবনিনা মেকগফ মপান্দা চেঙ্ঘোরকই। মহাক্লা লেপ্লিবা মফমদুদগী য়েংখিবদা উন অদু ফুট ৫০দগী তাদনা ৱাংনা উই। ঈশিং লৈমায়দগী ওইরবদি ফুট ১৪০ নত্রগা ১৫০ ওইরমগনি। মহাক্লা দেক্তা থোরকপা মতমদা দোদ কৌবা স্টৈৱার্দ অদু থেংনৈ। মহাক্লা হায়রম্মী, "করিসু খুদোংথীনঙাই ওইদে। তুম্লুরো।" মহাক্লা হায়বগী মতুং ইন্না নুপী অয়াম্বা খুদোংথীবা থোক্লে হায়বসি খঙনদবগুম তৌই। মখোয়না লৈরিবা কাদগী মপান থোরকপা উদে। মতমসিদা কেপ্টেন স্মীথনা লুচিংবা কাঙবুনা জহাজ অদু কয়া শাথীনা শোক্লবনো হায়না য়েংশিনবা হৌখ্রবনি। য়েংশিনবা লোইরবদা হিদা মী হাপ্লগা মখাদা থাদবা হৌরকখি। নুপী অয়াম্বা হি মথক্তা তোংনিংদে। হি মচাদা তোংলগা পাক্লবা সমুদ্রগী ঈপাক্তা লৈবদু পাম্নদে। অকিবা পোক্লে। মমৈথঙদা খঙনরকখিঃ হিদা তোংহৌবা ফংলবদি হিংগনি।

মহাক্লা তোংলিবা হি নং ৭নি। মী ২৩ তোংহল্লগা মখাদা থাদরকখি। মহাক টাইটানিক্কী দিজাইন্নর এন্দ্রিউগী চান্নরবা মরপনি। মদু খঙবনিনা মহাক্লা হি মনাক্তা চংলকপা মতমদা হি শেন্নরিবশিংনা য়াম্না অর্থ লৈনা হায়রকখি, "নহাক্তি অচৌবা মীনি, হি হোনবা হৈরমগনি। হি মনুংদা চোংথবিরকউ।" মদুগী খুদোংচাবা লৌরগা হিদা চোংথরকখি।

তোংলিবদু নুপীনা অয়াম্বনি। হিদু থাদরক্লবা মতমদা হিথক্তা কাখৎপা নংহৌদ্রবা নুপী খর হিগী মনিংথংবা শবুক্কী হিবান পায়রগা য়াল্লক্লি। মখোয়গী ফিবমদু অকিবগী মশক্লি। পায়রিবা খুত্তু খঙহৌদনা নাম্বোকখিবা তারবদি সমুদ্রগী ঈরোম্নুংদা তাশিনখিদুনা ঈরাক্লগদৌরিবনি। মখোয়গী মরক্তগী হায়রক্লিঃ উপায় অমা তৌবগা ঐখোয় হি মনুংদা চিংখৎপীউ। মহাক্লা মখোয়শিংদু কাখৎলক্লবা থৌরিগুম্বনা শেম্বা কৈরাক অমা থাদখি। মদুদা অমমম হিনুংদা কাখৎহন্দুনা মপুং ফানা কনবা ঙমখি। শিরগদ্রা খল্লম্বশিংদুনা মেকগফগী থৌনাদুদা থাগৎলকখি। হি অদুদা হিহোনবা মশিং য়ামদে। মহাক নৌ পায়দুনা হি হোল্লি। টাইটানিক্লা লুপথখিবা মতমদা চাউরবা ঈথক কয়া কারকখি। মদুনা হিদা থেংবদা লুপখিগদ্রা হায়বগী য়াম্না মীপায়নখি। মরু ওইনা নুপীশিংগী মরক্তা মীপায়রদুনা কপ্পরকখি। মতমদুদা মাগী থৌনা ফুদোক্লগা হিদু হোন্দোক্তুনা অকিবদগী কনখি।

নুপীশিংদুগী মরক্তা ফি অথাবা শেৎপা মশীং য়ামদে। মখোয় খরদি নাইট গাউন শেৎলি, খরনা লাইট রেপর নত্রগা কিমোনো শেৎলি। হায়নীঙাই লৈতনা ঈংলবা অহিংদুদা মখোয়না অৱাবা থাঙখিবদু উবদা মেকগফ থম্মোই শোকখি। মাগা লাকমিন্নবা ফ্লাইন অমদি কেলদর্হেদ অতোপ্পা হি অমদা তোংবা ফংবদগী মরাইবক ফবশিংগী মরক্তা য়াওখ্রবনি।

মহাক্না নিউ য়োর্কতা হেক থুংবগা মীয়াম মরক্তগী চেঘোরক্নগা মাবু ঙায়রগা লৈরিবা মাগী নুপী মেরী মেকগফগী মনাক তানা চেনশিনখি। মহাক্কী মতৌদুদা তিল্লিবা মীয়ামদু ঙক্নখি। ময়াম মরক্তগী হয়াউবা ফোংদোকপগী খুবাক খুরকখি। হায়রিবসি পুলিসনা য়াম্না কন্না ঙাক শেল্লিবনি। পুন্নমক অদুবু নমথেক্নগা মাগী নুপী মনাক্তা চেনশিনখ্রিবা হায়বসি অঙকপনি। লাক্লিবা যাত্রিকশিংগী মনুংদা মাগী ইমুং-মনুং মরী-মতাশিংগা উনবা অহানবা মীশক অদু মহাক্না ওইখি। মহকপু ওকপা লাকপদা মনাও নিপা অহম ফিলিপ এ, থোমাস অমসুং এণ্ড্রিউ মেকগফ য়াওরক্লি। মমা য়াওরকখিদে। ইম্পারিয়েল হোটেল তানা চৎলগা খুদক্তা মেশেজ থাব্রুরিঃ ইমা, ঐ অশোয় অঙাম লৈতনা হল্লক্তে।

নিউ য়োর্কতা থুংলরবা মতুংদা ক্রিউশিংগী মরমদা তোকঙা শন্দোরকখিঃ মথোয়না যাত্রিকশিংদা অচান মীরাই নাইনা থবক তৌখি। মহাক্না ইনবারী মমাঙদা হায়খিঃ ঐনা খঙজবদি মথোয় পুকচেল শেংনা মী কনবগী থবক তৌখি।

## ৪৭। থৌনা ফবা জর্জ রেমস

নিপানা হিদা তোংবা য়াদ্রবনিনা ঈশিংদা ঈরোইরগা লাকখিবা মমৈথঙদা পোং অমগী মতেংনা হিংবা ঙমখিবশিংগী মনুংদা জর্জ রেমস অমনি। মহাক ফার্স্ট ক্লাসদা তোংলকখিবা চহী ৩৮-শুরবা যাত্রিক অমনি। টিকেট নং ১৭৬০৭ নি।

নোংমাইজিং নুমিৎকী অহিংদু মাগী মশেল থোকপা জোগা রেস্টোরেন্টদা দিনর চামিন্নৈ। জোগী অশেংবা মমিংদি লোরিং জোসেফ হোলেন্দ কৌই। মহাক্সু ফার্স্ট ক্লাসদা তোংলকখিবনি। চাক চাবা তোক্নগা তুম্বা চংই। মতমদু পুং ১১ তারন্নগনি। খঙহৌদনা অকিবা ফংলবা খোঞ্জেল অমা তারকখি। রেমসগী ব্রাখলদা থৌদোক অমা থোক্নন্নগনি চিংনরকখি। পুংখায় অমা লৈরগা খঙলকইঃ টাইটানিক উনগী চীং অমদা থেংজিনবদগী খুদোংথীবা তারে। মসিগী মমাঙদা পাউ খরদি তাখি। মতমদুদা জহাজ অসি য়াম্না শাথীনা শোক্তে হায়রকখিদে। তুন্নুবনা হেন্না ফরগনি হায়রকখি। হৌজিক অশেংবা খঙলবনিনা রেমস অমদি জো করি তৌশিগে খন্নরকই। পুং ১১.৩০ তারকপদা যাত্রিক অয়াম্বা মপান্দা থোক্নরকই। ওফিসার অমনা মী খুদিংমক লাইফ-বেলট ফাজিন্নবা হায়রকখি। মদু তাবদা রেমস মাগী কেবিন্দা চৎল্লগা লাইফ-বেলট ফাজিল্লুরি। ঈংবা ফনবা ফি অথাবা শেৎলুরি। জোসু মফি শেৎটিল্লি। মীয়াম অদুবু কনবা য়াবা হি ২০খক্তনি তাবদা ময়ামদু ঙক্নম্মী। মী তংখায় অমা খর হেন্না কনবা য়ারোয় হায়বসি খঙনরক্নবদা পাংদবা মী খরদি হি মথক্তা কাৎনবা কন্না হোৎনরকখি। ওফিসার অমনা মাগী রিভোলভর লৌথোক্নগা নিপা অমদা কাপ্না হৌরকই। মহাক মশামকসু মশাগী

মখুৎনা পায়রিবা রিভোলভর অদুনা কাপশিল্লগা শিজখি। সিফাই অমা ওইবগী মখৌ পাংথোকখি। মহাক্লা হায়রম্মী, "জেটলমেনশিং, কায়নরশি।" রেমসনা মমিংমক্লা উহৌরবসু ওফিসার অদুগী মমিং তাকথোকউ য়াখিদে।

হি পুম্নমক থাদবা লোইম্লবা মতমনি। যাত্রিক ১৫০০ রোমদি বোর্দ মথক্তা লৈহৌরি। মখোয় অশিবগী খয়াক্তা ভারবা ঙাক্তনি। মতমসিদা লাওনরকইঃ "মরুপ মপাং পুম্নমক, শিবা নক্লগা চংবা হায়বসি মাঙদা তারবনি। ঐখোয় অঙম্বা শক্তি পুথোক্লরশি। কায়নরশি!" অসি হায়রম্লগা পাক্লবা ঈপাক্তা চোংথবা হৌনরকখি। মতমসিদা জোনা রেমসগী মখুৎ পায়রগা হায়রকই, "জর্জ, নহাক্লা হিংবা থোক্লবদি ঐগী ইচাশিংদু খর য়েংশিনবীরকউ। ঐনা হিংবা তারবদি মেরিগীদমক নহাক্লা বারিবদু করি অমত্তা খল্লুগনু!" অসি হায়রগা মখোয় অনী মিৎকুপ খরগী ওইনা কায়নখি। রেমস ফুক হৌগৎলগা য়াম্না থুনা মাগী কেবিন্দা চংখি অদুগা মাগী নুপীগী ফোটো লৌরুরি। মহাক জোগী নাক্তা অমুক লাকই। মতমসিদা ঈশিংনা বোর্দগী মথক্তা চেনবা হৌরক্লবনি। জো তশেংবদি ঈরোইবা হৈতে। জর্জনদি হায়জে. "জো, ঐগী ইতুং ইল্লকউ।" অসি হায়রম্লগা রেমস ঈপাক্তা চোংথরকখি। মহাক্লা ঈরোম্নুংদগী ঈপাক্তা ফাওগৎলকপা মতমদা টাইটানিক অহৌবা মখোলগা লোয়নরগা লুপথরকখি। মথক্তা লৈরম্বা মীয়াম অদু ঈপাক্তা ঈরাক্লরগা লৈনরকই। ঙাইহাক্কী মতুংদদি মীয়াম অদু অয়াম্বনা থরায় য়াওদ্রবা হকচাং ওইনা তাউরগা লৈরকই। মহাক লাইবক ফাবদগী পোং অমা থেংনরকখি। পোং অদুদা মী খরসু তোংলি। মহাকপু অহানবদা মখোয়না মতেং পাংবীরকখিদে। পিক্লবা পোংনি। মদুদা নিপা নুপী পুন্না মী কুন তোংলম্লি। মহাক ঈংবনা লোইরবনি। মহাক্লা মদুগী মথক্তা কাখৎলকপদা পোং অদু লুপকদবগী তৌরকখি। ময়াম অদু য়াম্না কিনা পোংদুগী মথক্তা লৈরম্লি। জর্জ ঈংবদুনা অকিবা পোকখিদে। পোং অদুগী কমান্দ তৌবা হৌরকখি। মী ১০গী মথক্তা পোংদুদা তোংগদবগী হোৎনরকখি। ঈংবদগী খাঙবা ঙমদবদগী মী নিপাল শিখি। জর্জনা য়াম্না নুংঙাইজখিবা অমখক হায়বা তারবদিঃ মচা মাপল পোকপা অহল অমা মহাক্লা কনবীখি। অহল অদুনা মাবু কনবীবগীদমক জর্জবু য়াম্না থাগৎলকখি। মহাক নুংঙাইমনখিদুনা জর্জদা মহাক্কী ফোটো য়াওরিবরা হংলকখি। মহাক্লা করিগুম্বা ইংলেন্দগী নিংথৌ ওইরম্লবদি মতিক চাবা মনা পীগনি হায়রকখি। থোকখিবা থৌদোক পুম্নমক মহাক্লা ময়ুমদা হল্লক্লগা মাগী নুপীদা তমখি। মাগী বারীদু তারগা মেরিনা হায়রকখি, "নহাক থৌনা লৈনা হিংলকখিবনি!"

জর্জ রেমসগী মপুং ফাবা মমিংদি জর্জ আলেকজেন্দর লুসিয়েন রেমস কৌই। জনুয়ারী ৬, ১৮৭৯ দা পোকখি। লীওন রেমস অমদি জীনেটে কীর্ণগী মচানি। মখোয়গী হৌরকফমদি ফ্রান্সতগীনি। শোক ১৮৫০ দা আমেরিকাদা য়ুম হোংলকখিবনি। শোক ১৮৮৩ অমদি ১৮৮৭দা ফ্রান্সতা অমুক লাক্লগা লৈখি। শোক

## টাইটানিক লুপখিবা

১৯০৫/১৯০৬ তা আমেরিকা অমুক লাকখি। লল্লোন ইভিক তৌবনা মখোয়গী শিনফম্নি। লাইবক থীবা হায়বদুনি। দুকান মৈ চাকপদা দোল্লার ২৫০,০০০ রোমগী মাল চাং মাগুখি। সেপ্তেম্বর ২১, ১৮৮০ দা চিকাগোদা পোকখিবা ফ্রান্সিস এল লোরিং অমদি ৱিল্লিমনা হোলেন্দগী মচানুপী মেরি লোমোইন লোরিংগা শোক ১৯১১ গী চহী লোইশিল্লপদা লুহোংখি। জর্জ জিউরিজ অমনি। মসিনা মরম ওইদুনা লুহোংবদা চয়েংনবা অমা লৈখি। টাইটানিক্কী থৌদোক থোকপা মতসিদা মেরী মশা ৱাই শংদবী ওইদুনা লৈরিবনি। টাইটানিক লুপখিবগী পাউ অহানবা তাবদা মহাক য়াম্না ৱাজখি। জর্জনা ইরকপা চিঠি ফংবদা অৱাবা কোকখি। জর্জনা নিউ য়োর্ক্তা থুংলরবা মতুংদা ইনক্বারী কমিটিনা হংলকপা পাউখুম ওইনা অয়েকপা লাই অমা পীশিনখি। লাই অদুদি টাইটানিক্তা থেংজিনখিবা উনগী চীং অদুনি।

## ৪৮। অন্না কিন্সিয়েদগী পেঞ্জদবা

টাইটানিক্কী থৌদোক্তা শিখিবা মশীং থার্দ ক্লাসকী যাত্রিকশিংনা অয়াম্বনি। ক্রিউশিংনা মখোয়গীমতেং কয়া পাংবীখিদে হায়বগী ৱাকৎ কয়া হিংহৌরিবশিংগী মরক্তগী য়াম্না লাকখি। মখোয়শিংদুগী মনুংদা অন্না কিন্সিয়েদ অমনি।

মতম অদুদা দেক মথক্তা লৈরম্বা হি অয়াম্বা থাদবা লোইখ্রবনি। মখাদা থাদখ্রবা হিশিং অদুদা থার্দ ক্লাসগী যাত্রিকশিংদি অয়াম্বা তোংবা ফংহনখিদে। মসিগী মরম হায়ববু হি লৈরিবা মফমদু খঙনদে। মহাক্না লৈরিবা থার্দ ক্লাসগী কম্পার্টমেন্টদুদা নহা ওইরিবা দেনিশ পাখঙ অমা লাকই। মহাক্না লাক্লিবসি অন্নাগী মনাক্তা লৈরিবা লৈশাবী অমখক য়েংশিনবগীনি। মখোয় অনী অসি নুংশিনরিবা হায়বদু ওইরবা জাৎনি। পাখং অদু লৈশাবীগী নাক্তা চংশিল্লক্লগা লাইফ-বেলট অমা পীরকই। অন্নাদসু অমা পীরকখি। পীরক্লিবা লাইফ-বেলট অদু মঙোন্দা দরকার ওই হায়বসি মতমদুদা মহাক খঙবা ঙমদ্রি। মখোয় অনীনা অন্নাদা হায়রকই মদুদি মখোয়গা লোয়নরগা হি লৈরিবা মফমদু থৌনবা চৎমিল্লগ্রসি। অন্না হৌজিক ফাওবা জহাজ অদু য়াম্না শাথীরবা ফিবমদা লৈরে হায়বসি খঙদ্রি। মহাক্না থাজরিবদি টাইটানিক হায়বসি অঙকপা অমনি। করিগুম্বা মখলগী পোৎশক অমত্তনা মঙোন্দা খুদোংথীবা থোকহনবা ঙম্লোয় হায়বসিনি। অমরোমদা মহাক সমুদ্রগী খোঙচৎ হায়বসি য়াম্না খুদোংথীনঙায়নি হায়বসি খনবা ঙমদ্রি। ৱাখল অমদা তাউরগা লৈরি।

পাখং লৈশাবী অনীদু অন্নাগী থৌশাদবা মতৌদুদা ৱা মখা তারমদনা হি তোংগদবগী চৎখি। অন্না মমৈথঙদা খল্লকই মদুদি মখোয়গী মমিংদুদি খঙহৌবা ফবনি। মিংকুপ খরগী মতুংদা জহাজ অদু পৈথবা হৌরক্লবদা মহাক জ্ঞান

তারকখি। মহাক থিম্বা তৌদনা হি লৈরিবা মফমদুদা লাকখি। মহাক্না লাক্লিবসি লম্বী খণ্ডদুনা লাকপা নত্তে। লাইবক ফবা হায়গদ্রা মহাক্না পিক্লিণ্ডেদগী স্কুল তমিন্নরকখিবা, মফম অমত্তদগী লাকমিন্নখিবা আলফ্রেদ ব্রিকুন্দ কৌবা অমা থেংনৈ। মহাক্না লাইফ-বেলট শেৎচিনবদা মতেং পাংবীরম্মী। অদুবু মহাক্না হায়রম্লি, "ঐ শিবা তারবসু ফমুংদা নুংঙাইনা হিপ্লগা শিগনি।" মসি হায়রম্ত্রগা মহাক চংখি। মিকুপ অদুদা উন্নখিবা অদুনা মখোয় অনীগী অরোইবা ওইখি।

থার্দ ক্লাসদা তোংলকখিবা যাত্রিকশিংগী খায়দগী লাইবক থীরিবসি স্টায়ার থোঙ লোনশিনখিবা অসিনি। মদু লোনশিনখিবা মরম্না শিনবগী চাউরবা মরম অমা ওইহনখি। হি লৈরিবা মফমদু থীবদা মীয়ামদু অঙাওবা তাহনখি। আলফ্রেদ শোয়দনা হি লৈরিবা মফমদু খণ্ডলমগনি অদুবু মঙোন্দা হংহৌদ্রে। মঙোন্দা হংলম্লবদি খরসু ফরমগদবনি। অদুবু মহাক চংগ্লবা মতুংদা লাইবক ফবদগী নহা ওইরিবী স্বিদিশ লৈশাবী অমগা মহাক্কী মরুপ্নি হায়বা অনীখক্না লাকপা উরকই। মখোয় ময়ুম চংলুবদগী আমেরিকাদা হল্লক্লিবনি। মখোয়দি ইমরজেন্সি স্টায়ারবে লৈরিবা মফমশিংদু লোইনা খণ্ডই। লৈশাবী অদুগা অন্নাগা লোয়ননা মখোয় অনীনা লমজিংলগা লাইফ বোট লৈরিবদু তানা পুরকখি। হায়রিবা লম্বী অসি থার্দ ক্লাসদা তোংলকপা যাত্রিক অয়াম্বনা খণ্ডদে। খণ্ডনবসু জহাজগী অশিল-অরাং তৌরিবশিংনা তাকপীদে। মাসিনি থার্দ ক্লাসদা তোংলকখিবা যাত্রিকশিংদা তারিবা দশা। অন্না মশামক মখোয় থেংনবমদ্রবদি অশিবগী খয়াংতা শোয়দনা তাবমগনি.

মথংগী নোংঙানবদা কারপাথিয়াগী ফম্বাক্তা লৈরক্লবা মতমদা মঙোন্দা লাইফ-বেলট পীবথা দেনিশ পাখণ্ডদুগী নুংশিনবা লৈশাবী অদু থেংনৈ। লৈশাবীদু মাগী নুংশিজরবা পাখংদু কায়নখিবগী মৈচাক খাঙলগা য়াম্না বানা লৈরম্লি। নীংথা কায়রবী মহাক অদু মথক্তা দেনমার্কদা হনখি হায়নৈ। অন্নানা উহৌবা অমা হায়বা তারবদি স্বিদিশ মতৈ-মনাও অমা মচা মঙা পুরগা হিদা তোংগদবগী লাকখি। মখোয় নুংশিনা বীদায় পীনরকপা মতুংদা খণ্ডহৌদনা মখোয় লোইনমক হিনুংদা চোংশিনখি। কনা অমত্তনা থীংবা নংহৌদে। মতমসিদা মহাক হিদা কাখৎত্রি। মহাক হিদা তোংবা ফংলবসু মহাক্না য়াম্না পেনজদ্রিবসি ওফিসারশিংনা থার্দ ক্লাস যাত্রিকশিংদা য়েংখিবা মীৎয়েং অদুনি।

অন্নানা কক্লকখিবা টাইটানক টিকেটকী বাথোকঃ

অন্না কিল্সিয়েদগী মপুং ফাবা মমিংদি অন্না সজোব্রোন কৌই। ফিনলেন্দগী লাকখিবনি। মহাক্না নিউ য়োর্ক্তা থুংলরবা মতুংদা টাকোমদা লৈবা এন্দ্রিউ অমদি মলিলদা নেলসন কৌবা মখুরা অমদি মন্দোমচাগী মনাক্তা মতম খর লৈখি। মতমদুদা মহাক্কী চহী ১৮ হায়রক্লে। অন্না কিল্সিয়েদতা ময়ুম পানবদগী ওলীম্পিক্তা লৈখি। মহাক্না মখুরাগী ময়ুমদা লৈরিঙৈদা মহাক্না টাইটানিক তোংবদা শিজিন্নরকখিবা পোৎ অয়াম্বা মফমদুদা থম্মী। লুহোংলবা মতুংদা মহাক্না য়ুম

হোংখিবদা পোৎশিংদু অমত্তা লোয়নখিদে। পোৎশিংদুগী মনুংদা মহাক্না কক্লকখিবা টাইটানিক্কী থার্দ ক্লাসগী টিকেৎসু য়াউই। নেলসন্না অম্না লৈত্রবসু মাগী পোৎশিংদু উপু অমদা হাপ্লগা চেকশিন্না থম্মী। নেলসন মচা পোক্তে। মাগী ময়ুমদা মমা লৈজদ্রবা অঙাং নুপী মচা অমা লাক্লগা লৈখি। নুপী মচাদুগী মমিং বেটী দিক্রোদ কৌই। ব্রেটি য়ুমদুদা লৈরবসু নেলসন্না মানা য়োকচরবনি হায়না ময়াম মমাঙদা লাউথোকখিবা লৈতে। ইমুং-মনুংগী মতেং পাংবী ওইনা লৈবনি হায়বসি ময়াম্নসু খঙই। অদুবু নেলসনগী ইমুংদা মতম শাংনা লৈরক্লবনিনা বেটীনা অপোকপা মমা মপাগুম খঙখি। মহাক্কী মমিংগী অরোইবদা নেলসন হায়বসি হাপচিন্দুনা ইমুংগী মী ওইনা উহনখি।

নেলসন মতৈ-মনাও লৈখিদ্রবা মতুংদা ইমুং অদুগী লৈরম্বা সম্পতি পুম্নমক বেটীগী মখুত্তা তাখি। মতমদুদা বেটী বেল ব্রেন্টবাই কৌবা নিপা অমদা ময়ুম পান্নবনি। ব্রেন্টবাই টাকোমাদা লৈবা জে দি ইংলিশ স্টীল কো:দা থবক তৌবা মীনি। অহল অনীদুনা লৈখিদ্রবা মতুংদা ইমুংদুদা লৈরিবা অরিবা পোৎ ময়াম ব্রেন্টবাইনা য়েক্লোকপা হৌরকখি। মন্নবা উপু অমা লৈরিবদু য়েক্লোকখিনবগী থৌরাং তৌরকপদা বেটীনা য়াখিদে। মরমদি নেলসন লৈরিঙৈদা য়াম্না চেকশিন্না থমজরম্মী হায়বা বেটী খঙবনিনা অশুম লৈজসনু হায়দুনা য়াখিদে। উপু মনুংদা করি য়াওরিবগে হায়বসি মহাক খঙদে। মসিদনি ব্রেন্টবাইনা য়াম্না খোইরাংলিবসি। মহাক্কী ব্রাখলদা মমল য়াম্বা পোৎ খর য়াউরমগনি হায়বসিনি। উপু অসি য়োন্দ্রবা ফাউবদা সো থুগায়রগা য়েংনিংখি। অদুবু বেটীনা য়াদবনিনা মাগী অনীংবদু পাংথোকপা ঙমদনা লৈরকখি।

শোক ১৯৯৭তা বেটী লৈখিদ্রে। মহাক লৈখিদ্রবা মতুংদা ব্রেন্টবাইনা নেলসনগী লন-থুম পুম্নমক মাগী ওইখি। বেটী লৈখিদ্রবনিনা মহাক নুপী অমগা লুহোংগদবগী থৌরাং তৌরকখি। অমরোমদা বেটী লৈরিঙৈদা অমনবা উপুদু হাংদোক্লগা য়েংশি হায়বা য়াখিদবনি। মহাক লৈখিদ্রবনিনা উপু অদু হাংদোক্লগা য়েংই। মদুদা অম্নাগী মমিংদা ককখিবা টাইটানিক্কী থার্দ ক্লাসকী টিকেট অমনে অম্নাগী ফোটো এলবম অমগা য়াম্না চেকশিন্না য়োম্লগা লৈরম্মী।

মসিগী ব্বারী অসি গোর্সচ কৌবা নিপা অমদা ব্বারী তৌরুবদা দোল্লার ১০০০দা লৈজরগে হায়রকখি। ব্রেন্টবাই মদু তাবদা য়াম্না হরাউখি। গোর্সচসু য়াম্না হরাউনা মমল পীরম্লগা টিকেট অমদি এলবম অদু পুরগা চৎখি।

নুমিৎ খরনিগী মতুংদা মতুংদা ব্রেন্টবাইনা টেলিভিজন য়েংবদা অঙকপা পাউ অমা য়াউরকপা খেংনখি। মঙোন্দগী গোর্সচনা দোল্লর ১০০০দা লৈখিবা টিকেট অদু দোল্লর ১০০,০০০দা নিলাম লাউবগী পাউনি। পাউ অদু তাবদগী মহাক গোর্সচগী মনাক্তা চৎলগা পার্সেন্টেজ খর পীগদবনি হায়না ব্বাকৎলুরি। অরেম্বা ব্বাকৎ হায়বদুনি। গোর্সচনা মাগী নিলাম লাউনবা হোৎনবদা চংখিবা হিসাব অমা

পুখোরক্লগা য়েংহনখি। মখোয় অনীনা কন্না পার্সেন্টেজগী মরৈ য়েংনরিঙৈদা খঙহৌদনা মখোয় অনীমক কোর্ট কাবা তারকখি। কেস অদু হেন্দ্রিক্সন কৌবা নিপা অমনা তৌরকখিবনি। মখোয় অনী হেন্দ্রিক্সন কনানো হায়বা অহানবদা খঙখিদে। মমৈথংদা খঙলকইঃ অন্না কিন্সিয়েদগী মশুনি। কেস অদুদা পল্লিবসি অন্নাগী টিকেট অদু ব্রেস্টবাইনা মপু শারগা য়োনবগী হক লৈতে। অন্নাগী ইমুং-মনুংদা অন্নাগী লৈজরম্বা খুদিংমক শিন্নগদবনি। গোর্সচনা নিলাম লাউবা তারবসু অন্নাগী ইমুং-মনুংগী অয়াবা লৌগদবনি। হন্দ্রিক্সন্না য়াম্না তুক্কচরিবসি ব্রেস্টবাইগী মীহৌচাউবদুনি।

## ৪৯। মেরিয়নাগী থম্মোই শোক্লবা পাউদম

টাইটানিক লুপখিবদা ওটাৱাদা লৈবা সীরিয়ানশিংগী কাংবু অমা লাকমিন্নবদা মী অমখক নত্তনা অতৈদি লোইনমক শিখি। হিংহৌরিবা মহাক অদু চহী ৪৫ শুরবী নুপীনি। মমিংনা মেরিনা অসাফ কৌই। ময়াম্না জাব অসাফ হায়রগসু খঙনৈ। থম্মোই শোক্লবী মহাক্না এপ্রিল ২৩, ১৯১২দা গ্রান্দ ট্রঙ্ক রেলবে ট্রেন্না ওটাৱগী নিউ সেন্ট্রেল স্টেসন্দা থুংলবদা মহাকপু ওক্কদবগী মচেশিংনা পোকপা মচা দেভিদ সাহিনগী নুপীদু ঙাইদুনা লৈরম্মী। মহাক্কীদি মমৌনি। মমৌদু কোল্লগা থম্মোই শোক্লা কপখি। মরমদি মাগা লাকমিন্নখিবা মরী-মতাশিংদুগী মরমদা মমৌনা হংলকখি। পাউখুম পীবা ঙমদদুনা কপ্লিবনি।

অসাফ শোক ১৯০৭কী অদুরায়দা কনাদাগী ওটাৱা সহরদা অহানবা ওইনা হৌজিক্কী লেবানোন হায়রগা খঙনরিবা মতম অদুদনা সীরিয়াগী মনুং চনবা মফমদগী লাকখিবনি। ওটাৱাদা চানা-থক্লবা মনা-মশিং য়োল্লগা লৈবনি। মনা-মশিং য়োনবগী করবার য়াম্না কান্নে। মদুদগী ফংলকপা শেলনা মাগী পোক্লফম কাফর মিস্কিগী বেক্না ভেল্লী খুঙাংদা অমুক শোক ১৯১২দা লাকখি। মফমদুদা মপুরোইবা অমদি মচানিপা অনী লৈ। মচাশিংদু উন্নরম্লগা অমুক ওটাৱাদা অমুক হল্লক্লিবনি। মহাক্না লাকপদা কাফর মিস্কিদগী মাগী মরী মতাশিং থোকপা মী ১৪ লোয়নরকখি। মহাক নত্তনা মী ১৩ টাইটানিক্কী অকিবা ফংলবা থৌদোক্তুদা শিখি। মহাক্কী টিকেট নম্বর নং ২৬৯৬নি। কাফর মিস্কি খুঙাংদা লৈবা সীরিয়ান ১২৫ থক্সু টাইটানিক্কী মমল হম্বৰা টিকেট কক্লগা লাকখিবদা ১০২গী পুল্সি মাঙখি। লৈত-লায়রা ঙাক্তনিনা অৱাংবা থাক্কী টিকেট কক্লগা লাক্লখিদে। অৱাংবা থাক্কী টিকেট হায়বদি ফার্স্ট ক্লাস অমদি সেকেন্দ ক্লাসতা কক্লম্বা তারবদি শিবগী চাং হম্বরমগনি।

## টাইটানিক লুপখিবা

কাফর মিস্কি খুজাংদগী কনাদাগী ওটাৱাদা য়ুম হোংলগা লৈরিবসি মী ৬০০০ হেল্লবনি। খুজাং অদুদগী মী ১১,০০০ রোম্না পৃস্লীগী অতে মফম কয়াদা ময়ুম হোংলগা লৈল্লবনি।

ভমথীরবা থৌদোক অদু উহৌবা মেরিয়নানা য়াম্না থম্মোই শোক্লিবসি টাইটানিক্কী কেপ্টেন স্মিথ অমদি মাগী ওফিসারশিং অদুনা টিকেট মমল হম্বনা ভোংলখিবা যাত্রিকশিংদা য়েংখিবা মিৎয়েং অদুনি। শিংনিংদবা মীয়ামদুনা হিদা ভোংহৌনবা হোৎনরকপদা রিভোলভর উস্তুনা কিহনখি। কিহবত্তা নত্তনা মরাইবক থীরবা যাত্রিকশিংদা রিভোলভরশিংদু কাপ্পকখি। কয়া অমা শিখি। মখোয়শিংদুগী মনুংদা মহাক্কী পোক্লফমদগী লাকমিন্নখিবা চহী ২২রোম শুরবা ইলিয়জ টান্নোজসু অমনি। মহাক রিভোলভর মরুনা থবাক্তা পানবদগী খুদক্তা শিখি। মহাক ফার্স্ট ক্লাস যাত্রিকশিংদা খুদোংচাবা পীরিবদুগী মরক্তা য়াওহৌনবা হোৎনরুবগীবদক অশিবগা খয়াত্তা তাখিবনি। নোংমৈ মরুনা পান্নমন্নবসু সমুদ্রগী ঈরোমুংদা লুপ্পগা শিবা হায়বসিমদি শোয়দ্রবনি। মরাইবক থীরবা ইলিয়াজনি। লুহোংবা নৌরিবনি। মহাক শিবগী পাউ তাবদা নীংবা কায়রবী ইলিয়াজগী নুপী নাসরাল্লাহ হায়বীদো লুখ্রবী শিংদা চনখি। অদুবু লুখ্রাবী ওইনা হিংবা য়ারক্তবদগী নৌনা অমুক লুহোংখি।

অসাফনা য়ম্না থম্মোই শোকখিবসি লুহোংবা নৌরিবা মতৈ-মনাও হোনীমুন লাকখিবা মেরিয়া ইলাইজ করাম অমদি জোসেফ করাম অনীদুগী মতৌ উস্নুবদনি। জোসেফ করাম চহী ২৮ শুরবা বরনি অদুগা মেরিয়া ইলাইজনা চহী ১৮দা মঙাইরি। লুহোংলবা মতুদা ওটাৱাদা লৈগদবগী লাক্লিবনি। জোসেফ কৌবা লল্লোনবা অমগী মচানি। খোঙচৎ অসিদা মেরিয়াবু পোকপা জোসেফ ইলাইজ অমদি মাগী পিক্লিবা মচানিপা অনী টান্নোজ অমসুং জোসেফ জুনিয়ার লোয়নরক্লি। কাফর মিস্কিগী মখোয়না লৈরম্বা য়ুম ইংখোলদু দোল্লার ১৫০০দা য়োম্বোক্লম্নগা লাকখিবনি। ময়াম অমা মফমদুদা য়ুম হোংখিবদা য়াম্না নুংঙাইনা লৈ হায়বা তাবদগী হেন্না নুংঙাইবা পাম্বদগী লাক্লিবনি।

হি অয়াম্বা মখাদা থাদবা হৌম্নবনি। অসাফ লাইবক ফবা হায়বদুনি। মহাক্তি হি নং ৩দা ভোংবগী খুদোংচাবা ফংলকখি। মহাক্না কারপাথিয়াগী ফম্বাক য়ৌরকপা মতমদা থম্মোই শোক্লবা পাউ কয়া তারকইঃ করাম মতৈ-মনাও অনীদু অমনা অমবু থাদোকপা পামদবগী ঈশিং থুমজিল্লক্লবা মতমদা বোটকী ফম্বাক্তা হজাৎ-হন্দা চেল্লগা লৈহৌই। কাফর মিস্কিদগী লাকখিবা মী অয়াম্বা শিল্লে হায়বা খঙলকই।

নীংবা কায়রবী মেরিয়নানা মতম খর দেভিদ সাহিনগী মনাক্তা লৈরম্নগা ময়ুমদা লাকখি। য়ুমদা থুংলবা মতুংদা মচাশিং লাক্লগা লৈরম্রে। মচাশিংদু

অহানবদা মহাক্কা চৎমিন্নগদবগী তৌরম্বনি। মচাশিংদু উবদা খল্লকইঃ ঐনা পামজবা মতুং ইন্না ইচাশিংগা পুন্না টাইটানিক তোংমিন্নরম্বা তান্নবদি ঙসি উন্নরিবসি অমুক হন্না উন্নবা ফংলন্নরোই। মেরিয়নানা খঙ্ববা অমসু লৈ মদুদি সীথিয়ান মচা অয়াম্বা শিখিবগী মরমদি মখোয় ইংলিশ লোন খঙদে। ইংলিশ লোন খঙদবনা মরম ওইদুনা হিদা তোংবগী খুদোংচাবা লৈ হায়বসি খঙবা ঙমখিদে। স্টেন্নার্দশিংদুনা ঙাংলকখিবদু ইংলিশতনি। অমরোমদা চাউরবা জহাজ অদু লুপখবা হৌরক্কবা ফাউবদা মদুগী মনুংদা লয়ী চৎফম খঙদবদগী লমাঙনদুনা লৈখি। মদুমক্তনা মশীং হেন্না শিনবগী মরম ওইখি।

## ৫০। থৌনা ফরবী জিবসন

আমেরিকান ফিলম কুম্বী ঈশৈসু শকপী দোরোথী জিবসন কৌবী লৈশাবীদু মমা মিস্ট্রেস লীওনার্দ পাউলিন জিবসনগা লোয়নরগা য়ুরোপ্তগী টাইটানিক তোংলগা ময়ুম লমদম পাংলকখি। হি নং ৭তা তোংলগা কারপাথিয়াগী ফম্বাক য়ৌরকখি। মদুদগী অমুক নিউ য়োর্ক য়ৌরকপা মতমদা মমিৎনা উরকখিবা শাথীরবা থৌদোকশিংদু মীয়ামদা খঙহনবা পাম্বদগী "সেভ ফ্রোম দ টাইটানিক" কৌবা সাইলেন্ট ফিলম অমা চয়োল মন্নিগী মনুংদা পুথোরকখি। মসিনা টাইটানিক্কী অহানবা ফিলম হায়বদু ওইখি। মশামক ফিলম অদুদা কুমই। টাইটানিক লুপখখিবা মতমদা শেংখিবা ফি অদুমক ফিলম অদু নম্বদা শেংখি। মিনিট ১০ রোম উৎপা ফিলম অদু টাইটানিক লুপখিবা মতুং থা অমা লৈরগা মীয়ামদা য়েংহনখি। লাইবক থীবা হায়বদুনী শোক ১৯১৪দা ইক্লায়র স্টুদিও মৈ চাকপদা য়াওখিবদগী ফিলম অদু মখা তানা উবা ফংখিদে।

দোরোথী বিনিফ্রেদ জিবসন নিউ জের্সেরীগী হোবোকেন্দা মে ১৭, ১৮৮৯দা পোকখি। জোন এ অমদি পাউলিন বোয়েসেম ব্রাউনগী মচানুপীনি। দোরোথীনা পিক্লিঙৈ চহী ৩দা ঙাইরিঙৈদা অপোকপা জোন ব্রাউন লৈখিদে। মৌনা লুহ্রাবী ওইরবী পাউলিন বোয়েসেন তুংগী লাক্কদবা পুক্সিগী খন্দুনা জোন লিওনার্দ জিবসনগা লুহোংখি। মতুংদা জিবসনগী ইমুং হায়রগা খঙনখি। দোরোথী অঙাং ওইরিঙৈদগী জগোই ঈশৈ য়াম্না পামজবী ওইরকখি। শোক ১৯০৭ তগী ১৯১১ ফাওবগী মনুংদা চার্লস ফ্রোমেন অমদি শুবর্ট ব্রদর্সনা পৈশা পুথোক্তুনা জগোই ঈশৈগী থৌরম কয়া উৎপদগী মীয়ম্না শকখংনরকখি। শোক ১৯০৯দা মেগাজিনগী মখুমদা, পোস্টকার্দদা অমদি মখল মথেলগী শেন্দান লয়ীদা হেরিজন ফিসর হায়বা নিপাদুনা জিবসনগি ফোটো হাম্বদগী অমুক্কা হেন্না মীয়াম্না খঙনরকখি। মহাক্কা ফিলম কুম্বদা খোঙদারকখিবসি শোক ১৯১১ জুলাই থাদগীনি। ফ্রান্স কমপানী ইক্লেয়ার গী

## টাইটানিক লুপখিবা

আমেরিকান ব্রাঞ্চনা ফিলমদা খোংদাবা হৌহনখি। শোক ১৯১১দা "হেন্দস এক্রোস দ সী" মার্চ ১৭, ১৯১২দা "দি ইস্টর বোন্নেট" নচিংবা নম্বা লোইশিল্লি।

টাইটানিককী খোঙচত্তা য়াওরকখিবসি মমাগা লোয়ননা তুটিগী ওইনা য়ুরোপ কোয়রুল্লগী হল্লকপনি। নুংঙাইনা কোইরিঙৈ মতমসিদা ইক্রেয়ারগী এদভাইজরসু ওইবা প্রোদুসর জুলেস ব্রুলেটরগা খঙনয়কখি। ব্রুলেটর জিবসন উবদা ঙাওখি। মহাক ময়ুম পাল্লবননি। মখোয়না টাইটানিক তোংলক্লিবসি ফার্স্ট ক্লাসকী টিকেট নং ১১২৩৩৭৮নি।

টাইটানিক সমুদ্রগী ঈরোম্নুংদা লুপখিবা তারক্লবদা মমাগা লোয়ননা হি নং ৭তা তোংলকখি। ঈংলবা অহিংদুদা মশামক য়াওনা হিদুদা অরাবা খাঙখি। হিদা তোংবা ফংহৌদ্রবা অশিবগী খয়াত্তা তারবা মরাইবক থীরবা নিপা নুপী অঙাং কয়ানা কপ্প-লাউনরকখিবদু তারুবা অমদি উরুবদা অকিবনা শিক থনখি। জিবসনগী মমাদু থোকখিবা তমথীরবা থৌদোক অদু য়াম্না পেঞ্জদবা মাল্লি। নিউ য়োর্ক্তা থুংলরবা মতুংদা ৱাইট স্টার লাইন্দা ক্ষতিপুরোন তাল্লকখি। মাংখিবা পোৎ অমত্তা চিঙ্থদনা মদুগী মমল ইরগা পিশিল্লকখি।

অমরোমদা জিবসন ময়ুমদা হল্লক্লদা তুমিন্না লৈথোকপা পামখিদে। টাইটানিককী অকিবা ফংলবা থৌদোক্তু মীয়ামদা খঙহনবা পাম্বদগী ফুট ১০০০ শাংবা রীল অমা ফিলম ওইনা নমই। রা ঙাওদবা ফিলম্নি। মশামক্লা ৱারী ইরগা স্ক্রীন প্লেসু তৌই। ইক্রেয়ার মোভিং পিকচরগী মাদা হেরী রোভর অমসুং জুলেস ব্রুলেটরনা প্রোদুস তৌবনি। জিবসন মশামক জিবসনগী রোল লৌদুনা মহাক্লা টানটানিক লুপখিবগী অহিংদুদা শেংখিবা ফি অদুমক শেত্তুনা অশেংবা মশক উংখি। ফিলম অসি মে ১৬, ১৯১২দা রিলীজ তৌখি। পৃথ্বীগী মফম কয়াদা মীয়াম্না য়াম্না নুংশিনা য়েংখি। অঙকপা পোকহনখি।

শোক ১৯১৩দা নোংমা ব্রুলেটরগী কারদা জিবসন্না থৌবদা মী অমা তকপদগী শিখি। মদুগী ৱাথোক্তা মখোয় অনী তত্তনা উন্নখি। নুংশিনবগী লম্বীদা খোঙদবগী খুদোংচাবা ফংখি। ব্রুলেটর ময়ুমদা লৈরিবা নুপীদু খায়নখি। জিবসনসু মহাক্লা লুহোংবদা হরাউনা য়াখি। শোক ১৯১৭তা লুহোংবনি অদুবু য়ুম পাম্মীন্নবগী নুংঙাইবদু কুইনা ফংখিদে শোক ১৯১৯ খায়দোক্লখি। মদুগী মতুংদা জিবসন অমুক হন্না ময়ুম পানখিদে।

অঙকপনা থল্লবা পুন্সিনি। জিবসন মমাগা ফ্রান্সতা শোক ১৯২৮দা লাকখি। ফেসিস্টগী হায়নঙাই লৈত্তনা মরাই হাইগৎলকপা মতম্নি। মহাক এন্টি ফেসিস্টগী ইরাং হৌবদা য়াউই অমদি হায়বগীদমক গেস্টাপোনা ইটালিদা ফাজিনখি। গন্টাপো হায়রিবসি নাজিশিংগী অরোনবা থবক তৌবা কাংবুনি। মিলনগী সান ভিটোরদা বন্দি ওইখি অদুবু শোক ১৯৪৪দা বন্দী অনীগা

লোয়ননা নাম্বোক্লগা চেল্লকপা ঙমখি। বন্দী অনী অদুদি জর্নেলিস্ট ইন্দ্রো মোন্টানেল্লি অমসুং জেনেরেল বার্টদোজোবোন কৌই। মহাক্লা রাজনিতিদা য়াম্না থাজদনা খোংদারপদা উবদা অঙকপা পোক্লখি।

ফেব্রুয়ারী ১৭, ১৯৪৬তা পেরিসদা লৈবা হোটেল রিটজদা লৈখিদে।

## ৫১। মাইবী খরগী লাইফাউ

টাইটানিক্কী খোঙচৎ অসিদা মাইবী চংবী ৱালটর বি, স্টেফেন্সন কৌবী অমা য়াউরকখি। মহাক লাইবক ফবী অমনি হায়বা য়াই। খুদোংথীবা কয়া মায়োক্লরগা হিংল্লকখিবশিংগী মনুংদা অমনি। মহাক্কী মরমদাময়াম্না হায়নৈঃ স্টেফেন্সন খুদোংথীবা থৌদোক অমা থোক্লমদাইদা মহাক খঙহৌদনা হৌগৎলগা চেনগনি। মহাক্লবু চেল্লবদি শাথীরবা থৌদোক অমদি শোয়দনা থোক্লগনি। মহাক শোক ১৮৬০দা বোসটোনদা পোকখিবনি। মহাক্কী অশেংবা মমিংদি মার্থা ইউস্টিজ কৌই। মপুরোইবগী মমিং ৱালটর বেরট্রান স্টেফেন্সন কৌই। মহাক্কী ময়ুম হেভবফোর্দদা লৈ। টাইটানিক্কী খোঙচৎ অসিদা মাগী পোকমিল্লবা মনাউনুপী মিস ইলিজাবেট য়াওরকই। মতমসিদা মশাগী চহী ৫২ শুরবনি। মখোয় ফার্স্ট টিকেট কক্লগা কেবি দ-২০ দা তোংলকখি। মহাক্লা তেক্তা কায়দনা য়ুমদা থুংলবদা মীয়াম্না হরাউ তয়াম্না ওকখি৷ হেভরফোরদ তানা স্পিসিয়েল ট্রেন অমদা নিউ য়োর্কগী পুরকখি৷ ট্রেন অদুদা মিস্ট্রেস জোন বি থায়ারসু তোংলকখি।

ময়ামদা মহাক্লা থোকখিবা শাথীরবা অকীবা ফংলবা থৌদোক অদুগী ৱারী পীঃ নুমিৎ অদু পুং ১২ তারম্বা য়ারে। মহাক তুমথগে তৌবুরবনি। খঙহৌদনা কন্না নীক্লকপদুদা মহাক হৌগৎলগা দেক তানা জ্ঞান তাদনা চেল্লি। মহাক্কী সেবা তৌবীনা খাম্মী: মহাক্লা হায় মদুদি হৌজিমক খুদোংথীবা য়াবা অমত্তা লৈতে। শেংলিবা ফিদু অতোপ্পা অমা হোংদোকখিসি। মহাক্লা মদু হায়রকপদগী ফি শেংচিল্লি অদুগা চিগোম চিগোম লাওবা ফিজোল অমা লেংবান্দা য়ানশিল্লগা দেক য়োনবা চৎলি। মতমদুদা থোক্লিবা থৌদোক্তু য়াম্না শাথীবা অমনি হায়না মহাক খনখিদে। হৌখিবা শোক ১৯০৬তা সান ফ্রান্সিস্কোদা য়ুহার হাখিবা অদুনা নিকপগী চাং হেল্লি। য়ুহার হাবা নুমিৎ অদুদা মহাক জ্ঞান তাদনা চেনখি। সহরদুগী সেন্ট ফ্রান্সিস হোটেলদা লৈরিঙৈদনি। নিক্ল নিক্ল দলানশিং কিম্বরকখি। টাইটানিক্লা নিক্লকপা মতমদা খুদক্তা অকিবদু উবা ফংখিদে। মহাক্লা মখা তানা হায়রকইঃ মহাক শিরুবদগী হিংলকপনি। পাক্লবা ঈপাক অমগী মথক্তা পীক্লবা হি অমা তোংলগা অঈংবা খাঙদুনা অহিং চুপ্পা লৈবা হায়বসি অশিবগী থোংজিন্দা লৈবগা

অমহানি। কারপাথিয়াগী ক্যাপ্তেন য়ৌরকপা মতমদা হিংবা ঙম্লগনি হায়না খন্নরকখিবা ঙাক্তনি। কারপাথিয়া খর য়েংথনা লাক্লম্বা তারিদি হিদা লাইকন্নবা ঙমদনা মী খরদি শিরমগনি। মরমদি অশোক অপন নংলবা কয়া হিদা তোংলিবনি।

মহাক ময়ুমদা হল্লক্লগা টাইটানিক্লা লুপখিবদা মহাক্কী দোল্লর ১৩৯.৭৫ মাঙখি হায়দুনা ওখোরিটিদা ক্লেম তৌরকখি।

টাইটনিক্তা তোংলকখিবা মাইবী চংবী অসি স্টেফেন্সন মথন্তা নত্তে। ইস্মা ইলিজা বকনেল কৌবী চহী ৫৯ শুরবী অমসু য়াওরকখি। ৱিল্লিয়ম ৱোবার্ট বকনেলগী লোয়নবীনি। বকনেল অচম্বা নিপা নত্তে। ফিলাদেলফিয়াদা লৈবা বকনেল কলেজ লিংখৎখিবা নিপানি। কলেজ অদু মমৈথংদা য়ুনিভর্সিটি থাক য়ৌখি। মহাক ফার্স্ট ক্লাসতা তোংলখিবা যাত্রিক্নি।

চের্বোগতা টাইটানিক তোংগদবগী ঙাইদুনা লৈরিঙৈদা মহাক্লা হায়কখিঃ "খোঙচৎ অসি অফবা ওইরোই। শাথীরবা খুদোংথীবা অমা শোয়দনা নংগনি।"

মহাক্লা করি খঙবা লৈবদগী হায়রিবনো? মহাক্কী মনাক্তা ফল্লিবা মোল্লী মাগী ৱাদু তাবদা মোমোন নোক্লগা মুন্না য়েংলকই। হংলকপদি তৌদে।

বকনেল টাইটানিক তোংলকপসিদা মাগী সেবা তৌবী আলবিনা বজানি কৌবী চহী ৩২ শুরবী অমসু লোয়নরকই।

মহাক্লা পীখিবা লাইফাউ অদুমক এপ্রিল ১৪/১৫গী লোন্নবা অহিংদা খোক্লরে। লাইবক ফবদগী বকনেল অমদি মাগী সেবা তৌবী আলবিনা হি নং ৮দা তোংবা ফংহৌবদগী তেক্তা কায়দনা ময়ুম য়ৌরকপা ঙমখি। নোংঙাল্লকপদা কার্পাথিয়াগী ক্যাপ্তেন য়ৌরক্লবা মতমদা বকনেলগা মোল্লীদা খেংনৈ। মোল্লীনা বকনেলগী লাইফাউ অদুগীদমক অঙকপা ফোংদোকখি।

এমসি দের্মোট হায়বী নুপীদু মাইবীগী লাইফাও তারগা টাইটানিক তোংলকখি। মহাক্কী অশেংবা মমিংদি ব্রিজেট দেলিয়া মেক দের্মোট কৌই। আইয়ারলেন্দগী বাউন কাউন্টি মায়োদগীনি। টাইটানিক তোংগদবগী নুমিৎ খরনিদা ঙাইরবা মতমদা ফি-রোল লৈবা চৎলি। মী পিকপা নিপা অমা য়েংনৈ। লমশাং চৎপদা শিজিন্নবা মহাক্লা য়াম্না পামজবা টুপী অঙাংবা অমা লৈরিঙৈদা মাগী লেংবান্দা মী অমনা পায়রকই। মহাক্লা ইঙক ঙক্লা হন্না য়েংখিবদা মী পিকপা মহাক অদু ওইরম্মী। মাগী নিসনা নিপা অদুদা অচোইবা পৈশা খর পীরগা হায়, "মহাক লমশাং চৎখিগদৌরিবনি।" নিপা অদুনা হায়রকই, "খুদোংথীবা শোয়দনা নংগনি অদুবু নহাক শিবমক্তি শিরোই।"

মহাক থার্দ ক্লাসকী টিকেট কক্লগা টাইটানিক তোংলকখি। টিকট নং ৩৩০৯৩২নি। টাইটানিক লুপ্পমদাই য়ৌরক্লবদা মাগী টুপী মচা অঙাংবদু উপশিনগে তৌবদা নীংশিংলকখি নিপা অদুনা হায়রম্বদু। থীম্বা তৌদনা হি লৈরিবদু তানা চংলি। ফুট নিপাল্লোম হেন্না লাপ্পা মফমদা লৈবা হিনি। থৌরি অমগী মতেংনা য়ৌশিনবা ঙমখি। মহাক্কা তোংলিবসি হি নং ১৩নি। মী পিকপা নিপা অদুনা হায়রম্বা খুদিং চুম্লক্লবদা এমসি দের্মোট ঙকখি।

## ৫২। থবায়মক্লি খঙবা খুদোপ

লুহোংবা নুমিত্তা মপুরোইবনা শীবীখিবা খুদোপ পুম্নিগী ওইনা থবায়মক্লি খন্দুনা চেকশিন্না থমজবা ঙাক্তনি। টাইটানিক লুপখিবগী অকিবা ফংলবা অহিংদুদা নুপী অমা শিরমদাই মিংকুপ ফাওবা মহাক্কী লুহোংবা নুমিত্তা মপুরোইবনা শিবীখিবা খুদোপ্তু থবায়মক্লি খন্দুনা মখুংনা চেংনা পায়রগা লৈখি। মহাক অদু ইলিন গের্দা হায়বীদুনি। পর্সন হায়রগসু খঙনৈ। চহী ৩০ শুরবীনি। আগস্ট ২৫, ১৮৮১দা স্বেদেনগী স্কানে লৈবা গানটোর্ফটা কভিস্টোরফাদা লৈবা নিলস অমদি জোহান্না পর্সনগী মচানুপীনি। ইদভার্দ বেংটসন লিনদেলী নুপীনি। লিন্দেল চহী ৩৫ শুরবা নিপা অমনি। জনুয়ারী ৩১, ১৮৭৬ দা পোকখি। মহাক্সু স্বেদেনগী স্কানেগী হেলসিংবোর্গতা লৈবনি। মহাক রামলোসা সু ফেক্তরীদা থবক শুবা য়াউবা খোঙউপ শাবা মীনি।

মখোয়না টাইটানিক তোংলগা লাক্লিবসি আমেরিকাগী কোন্নীচিকটগী ১০ স্মিথ হার্দফোর্দতা লৈবা এ, পিটর্সন কৌবা নিপা অমগী মযুমদা লাক্লিবনি। লিন্দেল পিটর্সন্না লৈরিবা মফম অদুৱাইদা লৈবা পাম্মী। মফম অদুদা লৈরবদি শেল য়াম্না থোক্লনি খল্লি। মখোয় মফমদুদা লৈবা য়ারে হায়বগী সার্টিফিকেট ফংলবনি। সার্টিফিকেট অদু এপ্রিল ৪, ১৯১২দা পীখিবনি। মদু ফংলবনিনা টাইটানিক্কী থার্দ ক্লাসকী টিকেট কক্লগা নুংঙাইরবা মঙলান অমগা লোয়ননা লাকখিবনি। টিকেট নং ৩৪৯৯১০নি। খোঙচং অদুদা মাগী মরুপ আগস্ট ব্রেন্নস্ট্রোম লোয়নরকখি।

টাইটানিক লুপ্পা হৌরক্লবদা লিন্দেল মাগী নুপী গের্দগা লোয়নরগা হিংনবগী লম্বী থীরকপদা ব্রেন্নস্ট্রোম অমদি গুন্নার তোংলিন থেংনৈ। মখোয়সু হিংনবগী লম্বী থীরিবা ঙাক্তনি। করিগুম্বা ঈরোইদুনা চংল্লগা হি অমগী মনাক য়ৌশিনবা ঙম্নবদি হিংবসু য়াই। মদুমক নক্তবদি হিংনবগী লম্বী লৈত্রবনি। শিবা হায়বসি শোয়দ্রবনি।

ব্রেন্নস্ট্রোম্না মাগী লিন্দেনগী মরমদা হায়ঃ অঙকপা হায়বদুনি লিন্দেলগী শমদু খঙহৌদনা পুংখায় অমগী মনুংদা পোবনা ঙৌরোক ঙৌরকখি। মখোয় ঈরোইরগা চংপা হায়বসি শোইদ্রবনি। ঈশিংনা মখোঙগী শমুক লোয়না থুমজিনবা হৌরক্লবা মতমনি। টাইটানিক্সু লুপল্লগে হায়বগী মতাগুম অহৌবা মখোলগা লোয়ননা

পোকখায়বা হৌরকখি। মতমসিদা ব্রেম্নর্স্ট্রোম্মা গের্দানা মখুন্তা লুহোংবগী খুদোপ্তু চেংনা পায়শিনবা উখি। মতুং তারকপদা করি ওইখ্রবা হায়বা ভখিদ্রে।

মখোয় ঈংলবা উন ঙাক্তা ঙাইরবা ঈপাক্তুদা ঈরোইবা হৌরকখি। কোলাপসিবল এ গী মনাক্তা হান্না য়ৌবা ঙমখিবসি ব্রেম্নর্স্ট্রোম্নি। মথংদা লিন্দেল য়ৌরকখি। গের্দানা কোন্না য়ৌরকখিবনি। ব্রেম্নর্স্ট্রোম্মা খল্লুবদি গের্দা য়ৌরকপা ঙম্নরোই হায়বসিনি। লিন্দেল হি মথক য়ৌনা কাখৎপা ঙমখিদে। ঈংলবা উন ঙাক্তা ঙাইরবা ঈপাক্তুদা ঈরোইরগা লাকপদা পাঙাল পুম্নমক লোইশিনখি। হি মনাক্তা য়ৌরকপা ঙমগনি থাজরমদবা গের্দা হিদুগী মনাক য়ৌশিল্লকই। মহাক্তু পাঙাল লোইশিনখিবগী হিদুদা কাখৎপা ঙমখিদে। ব্রেম্নর্স্ট্রোম্মা গের্দাগী মখুৎ পায়রগা হি মথক্তা চিংখৎনবা কন্না হোৎনৈ। উপায় লৈখিদে। মশামক্তু হিদুদা কাখৎপা ঙমদনা লৈবিবনি। লিন্দেলদা গের্দাগী মতেং পাংবীনবা হায়গে খন্দুনা য়েংথোকখিবদা মহাক থব্রায় য়াওদ্রবা হকচাং ওইনা তাউরগা লৈরম্মী। হিবান্দা পায়রগা লৈরম্বা গের্দাসু থব্রায় য়াওদ্রবা হকচাং ওইদুনা ব্রেম্নর্স্ট্রোমগী মখুত্তগী নাম্বোকখি। অমম্বা মরক ওইরবসু ব্রন্নর্স্ট্রোম্মা উহৌইঃ নুংশিরবা মরুপ লিন্দেল অমদি মপুরোইববু মিংকুপ অমত্তা থাদোকচবা পামখিদবা গের্দা মখোয় অনী য়াম্না নকশিন্না পাক্লবা ঈপাক্তা তাউরগা লৈহৌই।

থা অমগী মতুংদনি। ওসীনিক জহাজগী ক্রিউ অমনা হি অমা ঈশিংগী ঈথক ঈপোমদা তাউদুনা লৈবা উরকই। হায়রিবা মফম অসি টাইটনিক লুপখিবা মফমদগী মাইল ৩০০রোম লাপ্পা মফমদনি। পোং অমদা অশিবা হকচাং অহমসু উরকই। হকচাং অহমদু লৌখৎবা হোৎনবদা হিগী মথক্তা অবংবা মশেক অমা উরকখি। চংশিন্দুনা য়েংবদা খঙবা ঙমখিঃ খুদোপ অমনি হায়বা। হিদুগী মখাথংবা শরুক্তা লৈরম্বনি। খুদোপ অদুদা হক্লগা ইরিবা ময়েক অদুদগী খঙলকখি মদুদি মসি শোইদনা স্বেদিস অমগী ওইগনি হায়বা। খুদোপ অদু জোরানি। খুদোপ অদুদা ইরিঃ "ইদব্রার ১৯-২৫/১-১৯০৪" অমদি "ইদব্রার অমসুং গের্দা ১৯-২৪/১০-০৫"।

খুদোপ অসিগী খোঙ্গুল লীরকখি। নিউ য়োর্ক্তা লৈবা কম্পোলেটনা স্টোকহোলমদা লৈবা দিপার্টমেন্ট ওফ ফোরেন্সিয়ার্সেতা পাউ পীরকখি। স্বেদিস খবরশিংদা খুদোপকী পাউ ফোংলকখি। পাউ অদু হেক ফংবদা গের্দাগী মপানা মচাগীনি হায়বা খঙবা ঙমখি। পাউ অদু গের্দাগী মপানা খঙহনখিবদগী চহী অদুমক্তা মঙোন্দা শীন্নরকখি। স্বেদিস খবরশিংদা খুদোপ অদুগী ফোটোগা লোয়ননা লিন্দেল অমদি গের্দাগী নুংশিনবগী ব্রারীনা পীক থনখি। ব্রারীশিংদুগী লোইশিল্লকপদা হায়ঃ শিরমদাই মিংকুপ ফাউবা খুদোপ অদু থাদোকখিদে। হিবান্দা পায়বদা খুদোপ অদু লৈহৌবগা থব্রায় য়াউদ্রবা হকচাংনা ঈপাক্তা তাউরগা লৈখি।

খবরশিংনা লিন্দেলগী মরমদা ইরকপদা মখোয়গী মচা লৈ হায়রকখি অদুবু রেজিস্টার ওফিসতদি মচা লৈ হায়না ইরমদে। থাজোশেংবমক্তু মদু অরানবা পাউনি হায়বা খঙনরকখি। খুদোপ অদু হেক ফংবা নুমিত্তগী লিন্দেলগী মনাউনা পোকপা মচানুপীনা চেকশিন্না থন্নগা মীয়ামবু য়েংহল্লি। মহাক্না হায়ঃ "থব্রায় অনী অদুসু সমুদ্রগী ঈরোম্নুংদা লুপিমিন্নখি। মখোয় অনী মিংকুপ অমত্তা থাদোক্নবা পামখিদে হায়বদু খদোপ অসিনা ময়েক শেংনা উৎলে।"

## ৫৩। অঙকপা চিঠি

শিরগনি খঙলবা চহী ১৯দা ভাইরিবা জেরমিয়া বুর্কে হায়বা নিপা অমনা যুমদা লৈহৌবা মমাদা বীদায় পীবগী চিঠি অমা ইরগা লিক্লি অমদা হাপ্লগা টাইটানিক্তগী সমুদ্রদা থাদরম্লি। বুর্কেগী অতোপ্পা মমিং অমনা জেরোমে হায়রগসু খঙনৈ। টাইটানিক্কী খোঙচৎ অসিদা মখোয় বেল্লিনোদগী য়াওবখিবসি আমেরিকাদা লৈবা মচে অনীগী মনাক্তা লৈগদবগী লাকখিবনি। বুর্কে মশা মউ ফবা ৱাংচাউবা নহা পাম্খংনি। ফুট ৬ ইঞ্চি ২ ৱাংই। পোকমিন্নবা নত্তবা মচল থোকপা চহী ১৮ শুরববী নোরা হেগার্টী কৌবী অমসু খোঙচৎ অসিদা লোয়নরকখি। নোরা আমেরিকাদা লম্মোইবী ওইনা লৈবা পাম্বদগী লাক্লিবনি। বুর্কেনা ময়ুম থাদোক্নমদাইদা মমানা লাইগী ঈশিং হাপ্পা লিক্লি অমা পীরকই। লাইগী ঈশিং অসি মহাক আমেবিকাদা চৎক্নদৌরি হায়বগী পাউ তাবদা যুম্রোন্নবদা লৈবা মিস্ট্রেস ও' কোন্নেলনা পীরকখিবনি। লিক্লি অদু পীকচরবসু ইমুং অদুদা যাম্না চেকশিন্না থমজবা পোৎনি। মমাংগী চহীদা নোরানা সমুদ্রগী খোঙচৎ অমা চৎপদসু লিক্লি অদু লোয়নহনখি। করি করম্বা মরম লৈবগীনো ইমুং অসিনা পিক্নবা লিক্লিসিবু য়াম্না মবু ওইনা লৌরিবা। মমৈথংদা খঙনরকখিঃ পাউজেল পুবা ওম্বা লিক্লনি।

বুর্কেনা এপ্রিল ১১গী অয়ুক্তা ইমুংগী লৈরিবা মী খুদিংমক বীদায় পীরম্নগা লিক্লি অদুসু য়াওনা পোৎ-চৈ ময়াম অমা পুরগা কোব হিথাংফম তানা টাইটানিক তোংগদবগী লাকখি। নুমিদাংৱাইরম য়ৌরক্লবদা জহাজদু খোঙশানবা হৌই। জহাজ অদুনা ঈংনা চিক্না লৈরিবা কোর্ক কোস্টতা চংশ্লগা দাউন্ট রোক লাম্বোকখিদুনা সমুদ্র পাংখি। যাত্রিকশিংদুনা মপান থোরক্লগা দাউন্ট রোক তম্না য়েংনরকই। মখোয়না পোক্নফম লমদমবু কায়নরবনি খল্লুবদা নুংশিনা বীদায় পীবা থোরক্লিবনি। বুর্কেসু ময়ামদুগী মরক্তা য়াওরি। মহাক্নু নুংশিনা তাম্না লৈহৌরবা পোক্নফম্বু য়েংজখি। যুমদা লৈহৌবা মমাবুসু নীংশিংজখি। কনানা

খঙপনি ওসি উরিবসিনা অরোইবনি হায়বা। ওাইহাক লৈরগদি অমম্বনা পুন্নমক কুপশিখিদুনা উবা ফংখিদ্রে।

খুদোংথীবা নংগদবা নুমিৎ অদু মখোয় নুংঙাইনা তুম্নুরবনি। থার্দ ক্লাসতা তোংলখিবা যাত্রিকশিংদি অয়াম্বনা মরাইবক থীবা হায়বদু ওইখি। হি অয়াম্বা থাদবা লোইম্রবা মতুংদা পাউ ফংনরকপদৌনা তৌই। খুদোংচাবা লৌনবগী মতম ফংখিদে। মরম অদুনা শিবগী চাং থার্দ ক্লাসতা তোংলকপশিংনা য়াম্না ৱাংখি। লাইবক থীরবশিংগী মরক্তা বুর্কে অমদি নোরা য়াওখি।

টাইটানিক লুপ্লমদাই য়ৌরক্লবদা পেন্সিল্লা চে অমদা ইঃ "১৩. ৪. ১৯১২ টাইটানিক্তগী, পুন্নমক গুদবায়; বুর্কে ওফ গ্রানমির, কো. কুইন্সটাউন"।

মমানা পীরকখিবা লাইগী ঈশিং হাপ্লকপা লিক্লি অদুগী মনুংদা চিঠি অদু হাপ্লগা মখুম চেংনা খুমজিল্লগা লংথরম্বনি। জহাজগী দেক মথক্তা বর্কে অমদি নোরা হিংনবগী উপায় থীরদুনা মফম খুদিং থুংনা চেল্লম্মী। অদুবু উপায় লৈখিদে সমদ্রগী ঈরোম্নুংদা টাইটানিক্লা লুপ্লদা য়াওখি।

বুর্কে অমদি নোরা লৈখিদ্রে হায়বসি মাবু পোকপী মমাদু ফনা কুইনা খঙলমদে। টাইটানিক লুপখিবগী পাউ তারবসু মখোয় অনী শিরম্লগনি হায়না খনখিদে। নোংমা নিপা অমা লাক্লগা হায়রম্মী, "নহাক্কী নচানিপাদু টাইটনিক্কী খুদোংথীরবা থৌদোক্তা য়াওম্লবনি।"

মচা শিখিবগী পাউ তাবদা মমাদু অ্যান মাংখি। মীয়াম চংদুনা লায়কল্লখি। মেসিজ বুদ কৌবী কাউন্সিলর অমনা হায়ঃ মচা শিল্রে হায়বগী পাউ অসি তাবদা বুর্কেগী মমাদু ৱাখলনা অনাবা ওইখি।

টাইটানিক লুপখ্রবা মতুং থা ১৪ লৈরগা শোক ১৯১৫গী মে থাদা নিপা অমনা মাগী হুই অমগা লোয়ননা দুনকেটলদা লৈবা কোর্ক হার্বরগী মনাক্তা ৱাকিং চৎলিঙেদা লিক্লিদু থেংনখি। হায়রিবসি বর্কেনা লৈরম্বা য়ুমদগী খর লাম্না মফমদনি। লিক্লিসি মমৈথংদা মমাগী মনাক্তা য়ৌহল্লকখি। চিঠি অদু মচাগী মখুৎমক্লা ইবনি অমদি লিক্লি অসিমক মহাক্লা লাইগী ঈশিং হাপ্লগা পীখিবা অদুমক্লি হায়বসি মহাক খঙই। খ্বাইদগী ওক্লিবদি লিক্লিসিনা লৈরম্লিবসি খর লাম্না লৈবা মফম ওইরবসু মযুম ময়ানি। মচাগী অরোইবা পাউজেলু পারুবদগী মমাদু ইকুই কুইদনা লৈখিদে।

চিঠি য়াউবা লিক্লি অসি ফংবদা ৱাহং কয়া হংনরকখি। টাইটানিক্লা লুপিবা মফমদুগা কোবনা লৈরিবা মফম অসিদগী মাইল লিশিং অহমরোম লাপই। মতৌ করম্না লিক্লি অসি মফম অসিদা লৈরম্লিবনো? কনা অমনা হায়ঃ মহাক্লা কোব থাদোক্লমদাইদা হিথাংফমদা লিক্লি অদু সমুদ্রদা লংথরম্বা শোয়দনা ওইগনি। অদুবু চিঠি অদুদা ইরিবা তারিক অদু এপ্রিল ১৩ হায়বনি।

কনাগুম্বা খরনা মখোয়গী মঠ পীরকইঃ টাইটানিক লুপ্পমদাইদা ইবা শোয়দনা ওইগনি। এপ্রিল ১৪ হায়গদবদা কাউদুনা ১৩ ইখিবা ওইগনি। বুর্কে মমা য়াম্না নীংজবনি। মচাগা কায়নরমদাইদা মমানা লিক্লি অদু য়াম্না চেকশিন্না শিন্নরকখিবনি। অরোইবা পুংকম য়ৌরক্লবদা বুর্কেনা মমাদা ইরকপা চিঠি শোয়দনা ওইগনি। মমানা থাজখিবসু মদুমক্লি। বর্কে কনানো অমদি মাগী চিঠিগী মরমদা অহানবা কয়া খঙনরমদে। বর্কেগী ময়াম্বশিংনা পোকপা মচানিপা জোন বর্কে অমদি মচানুগী ব্রিদ ও'শ্লীননা মীয়ামদা ৱারী শীরুবদগী পৃষ্ঠাগী খবর কয়াদা অঙকপা ৱারী অমা ওইনা চিঠিদুগী ফোটোগা লোয়নননা ফোংলকখি। খবরগী পাউ তাবদগী অতৎ অখম লৈত্রবা মীয়াম অমা লাক্লুনা য়েংলখি। মখোয়না হায়রম্লিঃ অঙকপা চিঠিনি।

## ৫৪। থয়ার ইমুংগী ৱারী

থয়ার ইমুং হায়রগা খঙনরিবসি জোন বোর্লেন্দ থয়ার, মাগী লোইনবী মরিয়ান অমদি মচানুপা জেক মখোয় অহম অসিনি। পেনসীলভানিয়াগী হেভর্ফোর্দা লৈবনি। থয়ার পেনসীলভানিয়া রেলৱেগী ভাইস প্রসিদেন্টনি। মতমদুদা থয়ারগী চহী ৪৯ শুরে। এপ্রিল ২১, ১৮৬২ পোকখিবনি। মেরিয়ানগী চহী ৩৯খক্তা মঙাইরি। মেরিয়ানগী মপুং ওইবা মমিংদি মেরিয়ান লোংস্ট্রেথ মোরিজ কৌই। জেকী চহী ১৭ মপুং ফারক্লে। থয়ারগী মচা জেক মখক্তা নত্তে। মচা মরি পোকই। নিপা অনী নুপী অনীনি। মচানিপা অমদুগী মমিংনা ফ্রেদেরিক কৌই মচানুগী অনীদুগী মমিংনা মার্গারেট "পেগী" অমদি পাউলিন কৌই। খোঙচৎ অসিদা মচা অতৈ য়াউরকখিদে। জেক মখক্তনি। মখোয় টাইটানিক তোংদ্রিঙৈগী চয়োল অনীগী মমাংদা বর্লিনদা লৈবা আমেরিকান কন্সুল জেনেরেলদা গেস্ট ওইরগা লৈরম্মী। মদুদা মিস্ট্রেস থাকারাসু য়াউই। টাইটানিকী খোঙচক্তা লাক্লিবসি থয়ার, মেরিয়ান অমদি জেক্লি। মমাগী সেবা তৌবী মার্গারেট ফ্লেমিংসু লোয়নরকখি। মখোয় য়ুরোপকী টুর লোইরদুনা ময়ুম পাংলকখিবনি। ফার্স্ট ক্লাসকী টিকেট নং ১৭৪২১ কক্লগা লাকখি। মমাগা মপাগনা কেবিন সি ৬৮ অদুগা জেক্লা কেবিন সি ৭০দা তোংলকখি।

এপ্রিল ১৪ নোংমাইজিং নুমিৎকী পুং মঙা তাবদা মেরিয়ান ইমিলি রায়ার্সনগী স্টেটরুমদা চংলি। মখোয়না দেক্তা চক্লুনা হৱা চারুশি হায়গদবগী লাক্লিবনি। মেরিয়ান্না ৱাফমদু হৌদোক্লবদা ইমিলিসু য়ারকখি। মদুদা মেরিয়ান য়াম্না হরাউজখি। মহাক্না হরাউজরিবগী মরমদি ইমিলি নীংবা কায়দুনা লৈরিবনি। মচানিপা ব্রাইন মাবর কৌবদু চয়োল খরগী মমাংদা শিখি। মদুগী ৱাখলদা মহাক মপান কয়া থোক্তে। নুমিৎ অদুদি মখোয় অনী পুং অমরোম দেক্তা ফমদুনা ৱারী

শান্নখি। মখোয়গী মনাক্তা ব্রুস ইস্মেসু চংলক্লুনা খোঙচৎ অদুগী নুংঙাইবদু ফোংদোক্লখি। বালটিক্লা উনগী চীং লৈবগী পীরকখিবা পাউদু খরমখৈদি মখোয়দা ইস্মেনা খঙহল্লম্মী। য়াম্না খুদোংথীনঙাই লৈতে হায়নসু লেদী অনীসিদা হায়রম্লি।

ব্বারী শান্নবা লোইরবা মতুংদা লেদী অনীদু জর্জ, হেরী অমদি ইলীনর ব্বাইদেন্নরনা আ লা কার্টে রেস্টোরেন্টদা শিনবা দিনর পার্টি অমদা শরুক য়াখি। পার্টি অদুদা শরুক য়াখিবশিংদি থয়ার মতৈ-মনাও, লোয়ননা জেক, লুসিলে অমদি ব্বিলিয়ম কার্টর, মেজোর বট অমদি কেপ্তেন স্মিথ অমদি অতৈ খরনি। মদুগী মতুংদা মখোয় তুম্বা চংখি। মতমসিদা জহাজ অসি উনগী চীংদা থেংজিল্লবনি। জেক খঙহৌদনা হৌরবা মখোন্দু তাবদা চিংনরদুনা মপান থোরকখি। চাউরবা উনগী শরুক অমদা জহাজগা য়াম্না নকশিন্নমা লৈবিবদু উবকই। পাউ অসি মমাগা মপাগদা তন্নরি। মখোয়গা লোয়নমক ওইরিবা ফিবমদু য়েংবা লাকই। থিম্বদনা মখোয়গী কেবিন্দা হল্লক্লগা অথাবা ফি শেৎচিল্লি। চাউরবা উনগী চীং অমগী মনাক ওইবনিনা হায়নঙাই লৈতনা ঈংই। পাউ লাকইঃ নুপী অঙাং হি লৈবিবা মফমদা লাক্কদবনি।

নুমিত্তুগী নুমিংব্বাইরমদু জেক য়াম্না নুংঙাইজখি। মমাগা মপাগা লোয়নরগা দেক্কী মথক্তা ব্বারী কয়া শান্নখি। অদুবু খঙহৌদনা জহাজগী ওইবক্লিবা ফিবমদুনা পুক্লিংদা মীপাইবা পোকহল্লকখি। জেক মপাগা লোয়নবগা মমা মেবিবান পুরগা এ দেক তানা লাকমিন্নখি। মেরিয়ান মিস ফ্রেমিংগা উন্নদুনা দেক এ গী পোর্ট সাইদতা চৎমিন্নখি। মদুনা মখোয় অহমগী কায়নবা হায়বদু ওইখি। কায়নরমদাইদা মেরিয়ান্না হায়রম্লি, "জেক, নংগী ফাদরগা কাযগনুকো।" মপা মচানা খনজখি মদুদি মেরিযান হিদা শোয়দনা তোংলম্লগনি। মতমসিদা চিফ সেকেন্দ স্টেব্বার্দ জর্জ দোদ লাক্লগা মেরিয়ানগী পাউ লৌররি। মখোয়না হায, "মেবিয়ান হি তোংগদবগী চৎশ্ব্রবনি।"

থাজোশেংবমক্সু মেরিয়ান হি নং ৪ তোংলগা সমুদ্রগী ঈপাক য়ৌখ্রবনি। মতমসিদা মীয়ামদু জ্ঞান মাংখিদুনা মাইগৈ শলাই খঙদনা চেন্নরকই। জেক মপাগী মতুং ইন্দুনা লাকপদা মীয়াম মরক্তা খঙহৌদনা কায়নখি। মহাক মপাবু ফংনবা কন্না থীজবনি। উপায় লৈখিদে। মপানসু মাবু থীরমগনি অদুবু অমুক হন্না উন্নখিদ্রে। মপা থীরকপদা মিলটন লোং কৌবা চহী ২৯ শুরবা নিপাদুগা থেংনৈ। চহী লেজা ওইদ্রবসু নুমিদাংব্বাইরমদা কোফি তোইনা থকমিবা লুনা তিন্নজবা মরুম্লি। মখোয় অনী স্টার্বোদ সাইদ তানা লাকখি। মতমসিদা জহাজগী মফম খুদিং ঈশিং থুজিনখ্রবনি। জহাজগী অহানবা ফর্নেলদু পোকখায়বা হৌরকখি। অনীশুবা ফর্নেলসু পোকখায়রক্লবা মতমনি। জহাজ অদু দেগ্রী ৬৫ দগী ৭০ গী এঙ্গালদা চেপথবা হৌরকখি। থব্বায় কনবীউ হায়দুনা লাউ-খোংলঘা পুন্নমক জ্ঞান মাঙখিদুনা ঈশিং ঈপাক্তা চোংথনরকখি।

লোং ঈরোইবা হৈত্তে। জেক্লা হায় মদুদি ঈরোইরগা হি অমদা কাখৎলবদি হিংবসু য়াই। লোংগী মফমদি হায়রিবদু অঙকপা অমা ওইনা খল্লি। জেক্লা লৌরিবা ফিরেপ অদু লোং য়ানীংদবনি। অদুবু মদু নত্তবা অতোপ্পা উপায় করি লৈরি? হি থাদবা লৌইদ্রিঙৈদা মখোয় অনী তোংগদবগী হোৎনরুই। নিপানি হায়দুনা য়ারকখিদে। উপায় লৈত্রবনিনা ৱাখল খল্বগী মতম লৈরক্রুবদা জেক ঈশিংদা চোংথরগা ঈরোইবা হৌরকখি। মতমদুদা দেক্কগী ঈপাক য়ৌগদবা ফুট ১৫দা ঙাইরক্লে। লোংসু ঈরোইবা হৌরকখিবা মাল্লি। অমম্বনিনা মিৎকুপ খরগী মতুংদা মখোয় করি ওইখ্রবগে হায়বা খঙনখিদ্রে। জেক্লা ঈশিংদা চোংথরক্লগা ঈরোইবদু হি মনুংদা তোংলিবা মমানা উহৌই। মমানা মহাক্লা তোংলিবা হি তম্না ঈরোইগা লাক্লবা কন্না কৌজখি। জেক তাখিদে। জেক অঙৈংবা উন মরক্তা ঈরোইরগা লাকপদা হি অমগী মনাক্তা য়ৌশিনবা ঙমখি। হি অদু কোলাপসিবল বি নি। হিদু মথক মখা ওস্থোক্লগা লৈরিবনি। মদুদা তোংলিবশিংদু য়াম্না কিনা লৈরম্লি। মরমদি হি অদু অমুক লোংথোকখিবা য়ারিবনি। মদুম্না তৌরক্লবদা মদুদা তোংলিবশিংদু সমুদ্রগী ঈপাক্তা লুপখিবা য়াই। ফিবম চাদনা লৈরিবা হি ওইবনিনা মমৈথংদা মদুদা তোংলম্বশিংদু হি নং ১২দা তোংহনখি। হি অদুগা যাম্না নক্লা হোল্লিবা হি নং ৪ নি। হিদুদা মমা মেবিয়ান তোংলি শায়বা জেক খঙদ্রি। অমরোম্দা মপুরোইবা থয়ার অমদি মচানিপা জেক্কী ৱাখলদা ফুম্বংনরগা ফল্লিবা মেরিয়ানসু মনাক নক্লা হোল্লিবা হিদুদা জেক অঙৈংবা খাংদুনা যাম্না ৱানা লৈরি হাযবা খঙদে। খঙলম্ব' তাববদি মমা মচা উন্নবা ফংদুনা কযাগী মতিক নুংঙাইজবমগনি।

কারপাথিয়াগী ফম্বাক য়ৌবক্লবা মতমদা জেক মমাগা ফনা কুইনা উন্নবা ফংখিদে মরমদি মহাক দাক্তবনা লাইকন্নরগা লৈরকখি। হকচাংগী ফিবম ফরে হায়বা খঙলবা মতুংদা মহাক মথাম মরক্তা লৈবিবা মমাগা উন্নগদবগী থীরকই। মমাদু অহানবা মচা উবা ফংদবদা চিংনবা পোক্লুরবনিঃ শোয়দনা শিরম্লগনি। মচাগী মশক উরবদা হরাউনা হংলকই, "জেক, নংগী দাদ কদাইদা লৈবগে?"

"ঈমা, ঐ খঙদে।"

জেক্কী পাউখুম তাবদা মমাদু মায়থোং খঙহৌদনা লাংশিনখি। অমবোমদা জেক পাউখুম অদু পীরম্লগা তুমথখি। মহাকপু নীংঙাইদনা তুম্বা ঙমখিবসি অতৈ অমনা নত্তে। মিৎকুপ খরগী মমাংদা মরুপ অমনা পুরকখিবা ময়াই কারবা য়ু অদু থক্লুবদগনি। পুন্সিগী ওইনা অহানবা থকপনি। মপা কাযনরমদ্রবদি য়ু থক্লম্লোই। মৈচাক খাঙবা ঙমদদুনা থকখিবনি। মহাক্লা য়াম্না নুংঙাইতবা পোক্লিবসিগী মরম লৈ। জহাজগী দেক্তা মপাগা কায়নখ্রবা মতুংদা মহাক পোত্থাবা লৈতনা থীজখি। ফংবা কৌবা লৈখিদে। মহাক্লা কবিগম্বা কায়নরমদবা তারবদি মপাদু শোইদনা হিংলম্বা য়ারম্বনি হায়না খল্লি। মহাকনা কারপাথিয়াগী ফম্বাক য়ৌবকপা মতমদা

খণ্ডলকই মদুদি লোংগা মাগা উন্নবা মফম অদুদগী হেক লৈথোকখিবদা মপাদু জর্জ রাইদন্নরগা রারী শান্নরগা লৈ হায়বা।

মিস্টর থয়ার হিদা ভোংলগা হিংনবা হোৎনগে খনখিদে। মাগা নুংশিনা তিন্নজবা মরুপশিং জর্জ অমদি হেরী রাইদেন্নরগা রারী শান্নরগা যাত্রিকশিং হিদা ভোংহনবদু য়েংলগা লৈ। মখোয়গী মরক্তা চার্লস রিলিয়মস য়াউশিল্লকখি। কোলনল গ্রেসিনা হায়ঃ হি নং ৭ থারমদাই ফাউবা মখোয় লৈমিন্নবা উরম্মী। মহাক্না মখা তানা হায়রকখি মদুদি থয়ারগী মায়থোংদা নুংঙাইতবগী মমি অমা তাবা উই।

মেরিয়া লুম্নাবী ওইরবীনি। ময়ুম অমুক হন্না পানখিদে। হৱাইট স্টার লাইন্দা মপুরোইবা শিখিবগী রাকৎ মেরিয়ানা তৌখিদে। মাঙন্নবা পোৎ হাপ্পা লগেজগী রাকৎ খরদি লৈখি। মশাগী চহী ৭১ শুরকপা এপ্রিল ১৪, ১৯৪৪দা লৈখিদে।

## ৫৫। কা হেন্না থাজরম্নবদি শিরমগনি

সাইলভিয়ানা টাইটানিক লুপ্পা নাইররোইদবা জহাজনি হায়বা কা হেন্না থাজরম্নদি মহাক অমদি মাগী মপুরোইবা এলবার্ট অদুগা পিক্নবা মচা এলদেন মখোয় অহম সমুদ্রগী ঈরোম্নুংদা লুপখিবদা য়াউরমগনি। টাটানিক লুপ্পা নাইররোইদবা জহাজ অমরা হায়না সাইলভিয়ানা হংলুবদা স্টেরার্দ অমনা ময়েক শেংনা হায়রম্মী , "লাই লাক্নুনসু টাইটানিক লুপহনবা ঙম্রোই।" মহাক্না হায়বদুদা থাজরুবগী ফল ওইনা সনা ময়াম মখোয়গী ট্রঙ্কদা লৈহৌরবনি। লন্দন্দগী লৈরকপা মমল য়াম্নবা ফি-রোল ময়াম অমসু ট্রঙ্কদা য়াওহৌরে।

সাইলভিয়া চহী ২৮শুরবীনি। মাগী মপুং ওইবা মমিংদি সাইলভিয় মে কালদরেল কৌই। মাগী মপুরোইবদগী মহাক্না চহী হল্লি। মপুরোইবগী মমিংনা এলবর্ট ফ্রান্সিস কালদরেল কৌই। সিয়াম হায়না খঙনবা লৈবাক অদুগী বেক্কোক্তা লৈবনি। নিপামচাখক্তগী ওইবা বেক্কোক খৃস্টান কলেজদা ওঝা ওইবনি।

এলবর্টনা মিসৌরিগী পার্ক কলেজদা লাইরিক তম্লিঙৈদা সাইলভিয়াগা শকখঙনখি। মখোয় অনী শোক ১৯০৯দা গ্রেজুয়েট লৌইশিল্লি। চহী অদুমক্কী সেপ্তেম্বর ১, ১৯০৯দা কোলোর্দোগী কোলোর্দো স্প্রিংসদা লুহোংই। মখোয় আমেরিকান সিটিজন্নি। গ্রেজুয়েট লোইরগা লুহোংলবা মতুংদা মখোয় ওঝা ওইগদবগী বেক্কোতা লাকখি। জুন ১০, ১৯১১দা মচানিপা অহল আলদেন গেটস কালদরেল বেক্কোক্তা পোকখি। চেকশিলহৌদবা হায়বদুনি। আলদেন পোকপা মতমদা আমেরিকা কনশুলেটতা পোকপগী রেজিস্টার তৌহৌদে। মদুনা মরম

# টাইটানিক লুপখিবা

ওইদুনা মহাক্না চাউরক্লবা মতুংদা আমেরিকাগী সিটজন ওইবদা চয়েংনবা লাকখি।

মখোয়না টাইটানিক তোংলগা লাক্লবসি য়ুরোপ অমদি নেপলস কোইনুরগা হল্লকপনি। মখোয় অহানবদা টাইটানিক্কী মরমদা কয়া খঙলমদে। হোটেলদা এদভরটাইজ তৌবা উরকপদগী খঙলকনি। পৃথ্বীদা খ্বাইদগী চাওরবা অঙকপা ফংনা নীংথীজরবা জহাজগী মরমদা ইরকপা পুম্নমক পারুবদগী মদুদা তোংনিংবা পোকখি। রিজার্ভেন তৌনবগীদমক লন্দন তানা লাকখি। সেকেন্দ ক্লাসকী টিকেট কক্লগা মখোয়গী রোজভাইলদা লৈবা ময়ুমদা লাকইবনি। টিকেট নং ২৪৮৭৩৮নি। এলবরটকী থোইদোক হেন্দোকপা অমা হায়বা তারবদি মহাক্না থেংনখিবা ইমুং-মনুংগী পিক্লবা থৌদোক অমদগী হৌরগা চাউরবা থবক খুদিংমক ইশিনবা অসিনি। মহাক্না ইরম্লিঃ হোটেলদা তৌবা টাইটানিক্কী এদভর্টাইজ উরমদ্রবদি টাইটানিক্কী অৱা-নুংঙাই থেংনরম্লোই। টাইটানিক্কী মরমদা ইরকপা এদভর্টাইজশিংদু অহানবা থেংনদা মহাক অঙকপা পোকখিঃ খ্বাইদগী অঙপনি হায়রিবসি অচুম্বা ওইরিগদ্রা? থাজৌশেংবমক জহাজদু হিথাংফমদা অহানবা উবদা খঙলকইঃ অচুমবনি, মসিদি অঙকপনা থল্লবা জহাজনি।

এপ্রিল ১৪গী অকিবা ফংলবা থৌদোক থোক্লিঙৈগী মমাংদা কয়াদা নুংঙাইখিবা! সন্দে নাইটকী সেকেন্দ ক্লাস দাইনিং হোলদা পাংথোকখিবা আর্নেস্ট কার্টরনা লুচিংবা কাংবুনা শকখিবা "পেরিলস ওফ দ সী" তাবদা কয়াগী মতিক নুংশিখি। পুং ১০ তারপদা তুম্বা চংলকখি। তুমথগে তৌরিঙৈদা অঙকপা মখোল অমা তারকপদগী চিংনরদুনা মপান থোরকখি। কনাগুম্বা অমত্তা থৌদোক অদুগী মরমদা খঙবা লৈত্রি। কান্নদবনি খন্দুনা তুম্বা অমুক চংলকই। ঙাইহাক লৈরগা মপান্দগী থোঙ থীল্লকই। হায়রম্মীঃ নখোয় লাইফবেলট ফারগা দেক্তা লাকউ।

হৌজিক্তি খঙলে টাইটানিক উনগী চীংদা থেংজিল্লে হায়বা। মীপাইবা পোক্লকপদগী সাইলাভিয়ানা পোৎ হাপ্লিবা বেগেজ অদুগা লোয়নরগা চৎনবা থৌরাং তৌই। মাগী মতৌদু উবদা ময়াম্না হায়নরকইঃ পোৎ-চৈ পুরুবগী কান্নবা করিনো? টাইটানক হায়বসি লুপ্পা নাইররোয়দবা জহাজনি। স্টেৱার্দ অমনসু সাইলাভিয়াদা কয়াদা থাজনা হায়রম্লিঃ লাই লাক্তুনসু জহাজ অসি লুপনবা ঙম্লোই।

চহী ফাদ্রিবা মচাদু উপুদগী অফবা ফি লৌথোক্লগা কোনশিনবীগে খল্লম্বনি। অদুবু ময়ামদুগী ৱাদু তারুরগা মনাক্তা লৈবা ব্লাঙ্কেট অমনবদু লৌরগা কোনশিনবী অদুগা মপুরোইবগা লোয়ননা দেক তানা লাকখি। মপুরোইবা এলবার্ট কোট য়াল্লগা লৈহৌবদু লিংকনি হায়বগী ৱাখল লৈখিদে। হি নং ১৩ গী মনাক্তা লেপ্লুরি। এলবার্টনা খল্লিঃ ঈংলবা মতমসিদা পীক্লবা হি অসি তোংলগা পাক্লবা ঈপাক্তা লৈগদবগী শরুক দেক অসিদা লৈবনা হেন্না ফগনি। মসি খল্লুরগা মখোয় হিদা

কাংখিদে। কুম্মৈ য়েংলগা লৈরকই। যাত্রিক অয়াম্বসু হিদুদা তোংখংকনি হায়বগী ৱাখল লৈতে। মখোয় অয়াম্বনা খল্লিঃ টাইটানিক লুপ্পা নাইররোইদবা জহাজনি।

মতমসিদা হি মনাক্তা লৈরিবশিংদা মী খরনা জহাজগী শরুক অয়াম্বা ঈশিং থুমজিনখিবগী পাউ পুরকইঃ জহাজ অসি শোয়দনমক্কী লুপখ্রগনি। পাউদু তাবদা এলবার্টনা সাইলাভিয়াবু হিদা কাখংহল্লি। পিক্লবা মচা অদুবুনা স্টৈৱার্দ ফ্রেদরিক রেদা পীশিল্লি। মহাক্তু নিপা তোংবা য়ারোই হায়বগী অথীংবা লৈরিবদু থুগায়রগা হিদা কাখংকদবগী হোংনরকখি। অথীংবদুনা ঙমদুনা কাখংহনখিদে।

জহাজ লুপথবা হৌরক্লে। এলবার্ট মীপাইবা পোক্রকইঃ নুংশিরবা নুপী অমদি মচাগা শোয়দনা কায়নখ্রগনি হায়বা। মতমসিদা হি মখাদা থাদবা হৌরকখি। এলবার্ট মপুক্লিংদা খল্লিবা ৱাখলদু থবক ওইনা উৎলকইঃ অরোইবা শক্তি শিজিন্নরগা হিদুগী মনুংদা চোংশিনখি। এলবার্টনা জধ ওইখ্রে। সনা পুম্নমক মাংজখ্রবসু মাগী নুপীগা মচাগা কায়নররোই খল্লুবদা নুংঙাইজবা পোকখি।

## ৫৬। মমাদু অঙাউবীগা মান্নখি

জাহেলা কৌবা লম অমা লেবানোনগী মনুংদা লৈ। মফম অদুদা যাম্না নুংঙাইতবা থৌদোব অমা টাইটানিক্লা লুপখ্রবা মতুংদা থোবকখি। টাইটনিক লুপখিবদা মচাদু য়াওখিবদগী মমাদু অঙাউবীগা মান্নখি। মহাক শেন্নবদা মহাক্কী মশুনুপী ইমলী কৌবীদু অহিং-নুংথিল তুম্বা চাবা খঙহনখিদে। মবোক্তু শেন্নবগা লৈবকখি, মহাক্না থবক অমা চংলুবগী হল্লকপদা মবোক্তু য়ুমদা লৈবমদে। মহাক্না য়াম্না ৱানা থীবকপদা পুখ্রি অমগী মপান্দা লেবম্মী, নিংথম খা ওইবনিনা পুখ্রিদুগী মথক্তা উন মপাক মপাক তাউরগা লৈ। মখুংনা উনশিংদুগী মরক্তা কবিগুম্বা পোং অমা মাংখিবগী মতংদা য়াম্না কন্না থীরম্লি। মবোক্না তৌবম্লিবদু উনদা মহাক মীপাইবা পোকখি। মমৈথংদা মশুদু মবোক্না তৌরম্লিবদু খঙলকইঃ মচা নিপাদু থীরিবনি। আটলান্টিক্কী ঈ লবা উন ঙাক্তা ঙাইরবা মফমদুদা মচা লুপখি। মহাক্কী ৱাখলদা পুখ্রি অসি সমুদ্রনি খল্লুবি উন মবকশিদা মচাদু লৈরমগনি খন্দুনা থীরিবনি। মশুনা য়ুমদা চংলসি হায়রুবদা য়াবকখিদে। যাম্না ৱানা হোংনরগা য়ুমদা পুরকখি।

অঙাউবীগা শংখক ওইরবী অহল অসিগী মমিং ৱাদেহ কৌই। মহাক্না পোকচবা মচানিপা নোপৌলা নাসরাল্লাহ কৌবদু মমৌনুপী আদেলাগা লোয়নরগা টাইটানিক তোংলগা আমেরিকা চংখিবনি। মতমদুদা নোপৌলা চহী ২৮খক্তা ঙাইরি। ভৌলা হায়রগসু খঙনৈ। লুগোংবসু কুইদ্রিবনি। মমৌ আদেলা মতমদুদা মশা ৱাই শংদ্রবীনি। য়াম্না নৌনা য়ুম পাল্লকই। চহী ১৪দা ঙাইরিবনি। টাইটানিক্তা তোংলিবা খ্বাইদগী চহী য়ামদ্রিবা কৈন্য অমা হায়বা তারবদি আদেলানি। অতোপ্পা

## টাইটানিক লুপখিবা

মমিং অমনা আচেম হায়রগসু খঙনৈ। আদেলা নোপৌলা নাসের হায়বসিনা ময়াম্না ময়ুম পাম্লক্লবা মতমদা কৌনবা মিংনি। মখুরা অমা আমেরিকাগী সান ফ্রান্সিস্কোদা লৈ। সিমেমাগী কারবার তৌবদা য়াম্না কান্নবা ফংই। মখোয়সু শেল য়াম্না থোকপা পাম্বদগী মখুরাগী মনাক্তা চৎখিবনি।

লেবানোন্দগী চৎখিবা যাত্রিক অয়াম্বা থার্ড ক্লাস নত্রগা মমল হন্থবা মখলগী টিকেৎ কক্লগা চৎনবা ৌাক্তনি। নোপৌলা মাগী নুপীগা লোয়ননা চৎপনিনা সেকেন্দ ক্লাসকী টিকেট ককখি। নুমিৎ খরনিদু নংঙাইরবা খোঙচৎ অমা ওইখি। মখোয়না কক্লকখিবা টিকেৎ নং ২৩৭৭৩৬নি।

অহিংদু মখোয় নুংঙাইনা তুম্লুবে। টাইটানিক উনগী চীংদা থেংজিনখ্রে হায়বা খঙদে। ময়াম্না লাংনরকপগী মখোল তারকপদা তুম্নম্বদগী হৌগৎলকখি। চিংনবা পোক্লকপদগী শেংলিবা ফি খবদুগা লোয়ননা মপান খোরকই। মখোয় মী খরদগী পাউ লৌবদগী খঙলকইঃ জহাজ অসি য়াম্না শাথীরবা ফিবমদা লৈরে।

দেক্কী অয়াম্বা শরুক ঈশিং থুমজিল্লক্রে। মীয়াম অমা মফম মরাং খঙদমখে চেন্নরম্রি। কপ্পবগী খোঞ্জেলসু তারকই। মখোয়না চেল্লিবসি হি লৈরিবা মফম অদুদনি। মখোয করিগুমবা মিৎকপ থোক্লমদবা তারবদি ঈশিং থুমজিনখিবনা হাল্লম্লগনি। খল্লুবদা অকিবা পোক্লকখি। নোপৌলা অমদি আদলা ময়ামদুগী মতুং ইল্লগা হি লৈরিবা মফমদু যৌনবা চেল্লক্লি হি মনাক য়ৌরকপদা খঙলকই। অকনবা চৈরাক অমনা মখোয় অনী কায়হনবা তারি। নুপী অঙাং খক্তা হিদা তোংদর্বনি হায়রবনিনা আদেলাবু হিদা কাখৎহল্লি অদুবু মহাক মপুরোইবগা কায়নবা পামদবদগী হিদা কাখৎলু হায়বা অহানবদা য়াখিদে। হি শেন্নরিবশিংনা মতেং পাংশিল্লকপদগী আদেলা উপায় লৈখিদে। কপ্প-কপ্প মপুরোইবগা কায়নবা তাখি।

হি অদু মখাদা থাখিবা মতমদা নোপৌলা য়াম্না নীংবা কায়না য়েংলগা লৈহৌই। হিদুনা ঈপাক য়ৌখ্রবা মতমদা নোপৌলা মাগুম্না মরাইবক থীহৌরবশিংগী মতুং ইল্লগা ঈপাক্তা চোংথরকখি। মপুবোইবনা চোংরকখিবদু আদেলা উহৌবা মাল্লি। মহাক্লা তোংলিবা হি অদুদগী ইরাপ লাপ্তা ঈরোইরগা চৎখিবদু উবদা হন্ন হন্ন কৌজখি। মহাক্লা কৌজবদু অরেম্বা তাখি। নোপৌলা মাগী নুপীনা কৌরিবদু দেক মথক্তা কপ্প-লাউনরিবশিংগী খোঞ্জেন্না তাবা ফংহনখিদে। নোপৌলা ঈরোইরগা লাকখিবা মী খরগী মতুং ইন্নখি। মহাক্লা কৌরিবদু তারম্বা তারবদি মখোয় অনী অমুক হন্না উন্নরম্বা য়ারম্বনি। মসিদনি আদেলানা নীংঙমহৌদ্রিবা।

মখোয়বু কনবা লাকখিবা জহাজ কার্পাথিয়াগী ফম্বাক য়ৌরকপদা মপুরোইবদু উপায় অমা তৌরগা লক্লম্বা য়াই খন্দুনা মীয়াম মরক্তা য়াউরিবরা হায়না থীজখি। মরমদি হিংলকখিবা ময়ামদুগী মরক্তা ঈরোইরগা লাকখিবা খরনা অতোপ্পা হিদা

তোংবা ফংলকখি। মখোয়শিংদুগী ৱারী তাবুবদগী মহাক্তু মপুরোইববু থীরিবনি। পুন্নমক অরেম্বা ওইখি।

মপুরোইবা কায়নখ্রবী আদেলা উপায় লৈত্রবী অমা ওইনা মযুমদা অমুক হল্লকখি। থোকখিবা থৌদোকশিং অসিগী ৱারী তাবদা মাবু পোকচবা মমা ৱান্নদহ জান মাংখি। অঙাউবী অমগা পাংখক ওইখি।

নোংপৌলাগী থৱায় য়াউদ্রবা হকচাংদু ফংবদগী এপ্রিল ২৪, ১৯১২দা মেকে-বেন্নেটনা পুরকখি। আদেলা মচা নুপা অমা চহীদুগী দিসেম্বর ৯, ১৯১২দ পোকখি। মচা অমা ফংজবদা আদেলা নুংঙাইজখি অদুবু ইকুই কুইদনা মচাদু শিখি। লুখ্রাবী শিংদা চন্দুনা লৈবদু মশা নহা ওইরিবা মরম্না অমুক হন্না মযুম পানবা তাখি। মচা মরিগী মমা ওইখি। জনুয়ারী ২০, ১৯৭০দা লৈখিদে।

## ৫৭। নোংমৈ মমাংদগী নাম্থোরকখিবা

নোংপোকথংবা লেবানোনগী শরুক্তা লৈবা ইব্রাইন কৌবা লমদগী লাকখিবা দাহের অবি চেদিদ হায়বা নিপা মচা অদুদি মখৌনা লৈনা সমুদ্রগী ঈরোল্লুদা চোংথরগা অশিবগী খয়াঙগী নাম্থোকপা ঙমখি। মহাক হিদা তোংগে হায়বগী ৱাখল লৈখিদে। মবমদি মহাক্কী মমাংমক্তদা হিদা তোংগদবগী হোৎনল্লবা লেবানীজ মচা অনী নোংমৈনা কাপ্পগা হাংখি। মহাক নোংমৈ পনবা য়াদবা মীশক্লি। নোংমৈনা কাপ্লগা শিগদবগী শবুক সমুদ্রগী ঈপাঙ্তা শিবনা হেন্না ফৈ খন্দুনা চোংথরকখিবা মীশক্লি।

দাহের মশা-মউ য়াম্না ফবা য়াম্না ৱাংচাউবা নহা পাখংনি' মহাক্না টাইটনিক তোংলগা লাক্লিবসি আমরিকাদা লৈবা য়াম্না পাম্বদগী লাকখিবা নত্তে। মীবোৎ ওইবগা লৈবা ঙমদবদগী হিংনবগী লম্বী থীরকখির্বনি। মহাক্কী মখুবা অমদি মমাসু আমেরিকাদা লৈবনিনা মফমদুদা লৈরবদি নিংখা তম্না লৈবা ফংলগনি হায়বসিনি। মহাক্না মীরোৎ ওইরগা লাকখিবগী মরম অমা চাউনা লৈ।

নোংমা শোক ১৯১২গী মার্চ থা মনুংদা মখোয়না লৈবিবা য়ুমদুগী মখাথংবা শরক্তা মহাক্না য়াম্না নুংশিনজবা লৈশাবী অমগা ফম্মিন্নদুনা ৱাবী শান্নে। লৈশাবী অদুগী মমিং মাররুন সেজান কৌই। মশক মক্তৌ য়াম্না ফজে। মখোয় অনী নুংশিনরকপা কুইরে। ঙসিদি দাহেরনা সেজান্দা নুংশিংগী চায়েং পরিক্ষা অমা লৌগে খনখি। মখোয় অনী ৱারী শান্নরম্বদগী দাহেব হৌগৎখ্রগা নোংমৈ অমা ইমুংদগী লৌরুরি। দাহেরনা মাররুন্দা হায়রকই, "নহাক মারুন কৌবা নিপা অমগা অরোনবা মবী লৈনৈ হাবসি অচুম্বরা?" দাহেবনা নুংশিবগী চাংয়েং পরিক্ষা তৌরিবনি হায়বসি মাররুন খঙদে। মাররুন্না খুম্নকই, "যীশুগী মমা মেরী পন্দুনা ৱাশক্লিবসিনি। ঐগা মারুনগা মরী অমত্তা লৈনদে।"

## টাইটানিক লুপখিবা

দাহেরনা মখা তানা হায়রকখি হায়রকখি, "অচুবা হায়উ, নত্রবদি নোংমৈসিনা কাপকদৌরিবনি।"

"কাপউ! ঐ মারুন কনানো খঙদে।"

দাহের অমদি মাররুন্না অহানবা খল্লুবদি নোংমৈদু মরু য়াওদে হায়বসিনি। দাহেরনা তৌরিবসিশু ফাগিনি। মরমদি মহাক্না য়াম্না নুংশিজবা মাররুন্নি। মরু য়াওদে খনবনিনা মাররুনগী ঙকশম মপাদা থম্লগা কাপখোরকখি। খুদক্তা মাররুন লৈমাইদা তারগা শিখি। মঙকশমদগী শিম্বরকপা ঈনা অরোই অখম লৈখিদে। নোংমৈ কাপখিবা মখোল তাবদা মীয়াম অমা চেম্থোরক্লুনা য়েংই। স্কুল অমসু য়াম্না নক্না লৈ। স্কুলগী অঙাংশিংদু চেম্থোরক্লগা কুম্মৈদৌনা য়েংখি। অনকপদা বেপটিস্টগী সেন্ট জোন লৈরিবনি। পাউদু তাবদা মফমদুদা লৈরম্বশিংসু চেম্থোরকখি। মখোয় কনা অমত্তা দাহেরগী মনাক্তা চংশিনবা ঙমখিদে। মখোয়দসু নোংমৈদুনা কাপ্লকপা য়াই হায়না কিরম্মী। স্কুলগী অঙাংশিংদুদি কিবনা থক থক নিক্রম্মী। মী খরনা পুলিসতা পাউ পীখ্রবনি। ময়ামদুনা ওটোমানগী পুলিস ওফিসারশিং লাকপা ঙাইনরকখি।

পুলিশ লাক্লিঙৈদা দাহের মফমদু থাদোক্লগা চংখি। কনা অমত্তনা মাগী খোঙুল লীবা ফংখিদে। মাররুনগী মরি-মতা থেংনরবদি মহাক শোয়দনা হাংথ্রগনি।

দাহেরবু নুংশিবা মীওই খরগী থৌইনশিন্দগী সেলাটা হিথাংফম তানা লাকখি। মফম অদুদগী অমুক সাইপ্রস য়ৌবকখি। মফমদুদগী ফ্রান্সকী চের্বোর্গ য়ৌরক্লগা টাইটানিক তোংলকখি। নীংবা কায়রবা দাহেরনি। মহাক্কী মখুৎমক্না মহাক্না খ্বাইদগী নুংশিজরবা মাররুন হাংখিবগী থৌদোক্তু নীংশিংদুনতা লৈখি। নীংঙমদবা পোক্লপদগী করিগুম্বদা মহাক কপখিদবা নত্তে।

হৌজিক টাইটানিক লুপখিবা য়াবগী অকিবা লৈরক্লবদা দাহের মাগা তোংমিন্নম্বা কয়াগা লোয়ননা বোট মথক্তা পলেপফম খঙদনা চেন্নরকখি। হি লৈরিবা মফমদু য়ৌরকপদা নিপাশিংদু য়াম্না নীংবা কায়রকখি। নিপা তোংবা য়াবোই হায়বগী অকনবা চৈরাক মরক্তা নিপা খরদি থৌশাদনা নমদুনা হিদা কাখৎলুবদা নোংমৈনা কাপ্লুনা শিখি। দাহের মমিংনা হাংখিবদু উহৌরবনি।

দাহেরগী মমাংমক্তদা হাংখিবগী থৌদোক থোকখ্রবনিনা মহাক হিদা কাখৎপা পামখিদে। মহাক অহানবদা হি তোংগে খল্লুরবনি। অমরোমদা নোংমৈ মখোল তাবদা মাররোনগী থৌদোক্তু নৌহৌনা নীংশিংলকখি। মতমসিদা মহাক খল্লকইঃ নোংমৈগী মখুত্তা ঐগী নুংশিবী শিখি। ঐদি নোংমৈগী মখুত্তা শিবা পামদে। ঈশিংদা চোংথরগা শিরবসু শিগনি। মতমসিদা দেক মথক্তগী মীয়াম অমা ঈশিং ঈপাক্তা চোংথরকখি। মদুগী মনুংদা দাহেরসু য়াওখিম্মী। আবি যেৎশা উপায় তৌরগা ঈরোইরগা লাকপদা হি অমা থেংনবদগী হিংলকখি। টাইটানিক তোংলগা

লাকখিবশিংগী মনুংদা খ্বাইদগী মরাইবক ফখিবা মীদু দাহেরনি হায়বা য়াই। নুংশি চাংয়েং তৌবদা খ্বাইদগী নুংশিজরবী কায়নত্রবসু খোঙচৎ অসিদা মঙোন্দা কান্নবা ফংখিবসি অনীনি। মহাক্লা হাংখিবা নুপীদুগী ইমুং মনুংনা লমন খুম্বা ওইনা মাবু হাংকদবগী হোংনরকখি। অদুবু মহাক্লা হাংপা ঙমহনখিদে। অমরোমদা টাইটানিক্কী অকিবা ফংলবা খৌদোক অদুনা মহাক শিহনবা ঙমখিদে। খুদোংথীবা অনীদগী নাম্বোক্লগা মশানা মশাবু কনজবা ঙমখি।

## ৫৮। এস্টোরনা ঐবু কনবীরকখিবনি

টাইটানিক তোংলগা লেবনোন্দগী লাকখিবা যাত্রিকশিংগী ৱারীদি লোইবা নাইদনা ৱারীনরগনি। মখোয় অয়াম্বা অৱাংবা থাক্কী ক্লাসতা তোংলকখিবা মশীং য়ামদে। থার্দ ক্লাস অমদি মমল হন্থবা টিকেট কল্লগা লাকখিবনা অয়াম্বনি। মখোয় অয়াম্বসু শিখি। মশীং য়াম্না শিখিবগী মরম লৈ। মখোয় অয়াম্বা ইংলিশ খঙদে। লোন ফাউনদবনা মরম ওইরগা টাইটানিক ওফিসারশিংনা পাম্লিবদু করিনো খঙদবনা শিনবগী চাউরবা মরম হায়বদু ওইখি।

চহী ১৬ খক্তা অদেলা কিয়ামে কৌবী নুপী মচা ইংলিশ লোন খঙদবদগী শিগে তৌরম্লবনি অদুবু জহাজ অসিদা তোংলকখিবা খ্বাইদগী ইনাক খুনবা জোন জেকোব এস্টোর থেংনবদগী মহাক অশিবগী থয়াস্তগী নাম্বোকপা ঙমহৌই।

অদেলা লেবনোনগী মনুংদা লৈবা অপিকপা সহর খৌর এল চৌয়ারদগীনি। নাজেব কৌবা অমগী মচানি। নাজেব আমেরিকাদা লৈদুনা শিঙ্ককী করাবাব তৌই। মদুদা য়াম্না কান্নরকপদগী মচানুপীসু মাগী মনাক্তা লাক্লবা হায়। মহাক্লা লাকপদা পোৎ ময়াম অমসু তপলকখি। মখোয়শিংদুগী মনুংদা টর্কিজ কার্পেটনা মরু ওই। হায়রিবা কার্পেট অদুবু আমেরিকা য়ৌরকপা ঙম্লবদি শেন্দোং য়াম্না ফংগদৌরিবনি। হিদাক মনাসু পুরকপা পামই। মদুবু খর য়াম্না পুরকপা ঙম্লবদি অঙকপা ফংনা শেন্দোং ফংগদৌরিবনি। নুপী ওইরবসু মপানা হায়রিবদুমক থবক ওইনা তৌরকখি। মহাকনা আমেরিকাদা লাকপসিদা লাটিফ বেয়াক্লিন কৌবী অমসু লোয়নরকখি। কৈরোই লৈকায় ওইনা লৈমিন্নবনি। লাটিফগী মপুরোইবদু আমেরিকদা ফার্মাসি অমা হাংলি। মফমদুদা পুন্না লৈমিন্নবা পাম্বদগী লাক্লিবনি। লাটিফগী মচানুপীশিংসু খোঙচৎ অসিদা য়াওরক্লি। লম অমত্তদগী লাকমিন্নবনিনা য়াম্না নুংশিনৈ। লোন তিন্নদবা মীশিংগা লৈমিন্নবগী মহত্তা মখোয় মিংকুপ অমা ফাউবা থাদোক্লখিদে।

লৈশাবী ওইরবসু অদেলা শেন-গ্রুম পায়বদা য়াম্না চেকশিল্লি। খরচ তৌবদা শিজিন্নগবা শেলনা তোঙান্না থমই। অদুগা খরনা মাগী খোঙউপ মোজাদা হাপই।

## টাইটানিক লুপথিবা

মীনা খঙখিদনবা তৌরিবনি। মতম পুন্নমক্তা মানা চেকশিন্না শেন্নরিবসি হায়রিবা শেল হাপ্পা খোঙউপ মোজাদুনি।

ইংলিশ লোন খঙম্রবসু টাইটানিক খুদোংথীবা ফিবম অমদা লৈরে হায়বসি মখোয় খঙবা ঙম্লবনি। পাউ অদুসু য়াম্না থেংনা ফংখি। অমরোমদা টাইটানিক লুপখিগদৌরে হায়বা খঙলগা মতমদা হি অয়াম্বা মখাদা থাদম্লবনি। মদুগী মরম খঙনীংদুনা হংলুবদা মখোয়না হায়রম্লিবদু করিনো খঙদবনা পলেপফম খঙদনা পংচত্তা চৎলি। নিপা অমা থেংনবদগী হি অমগী মনাক তানা য়ৌরকপা ঙমখি। হিদা কাখৎলমদাইদা অদেলা মাগী শেল হাপ্পা খাওদৌনা শিজিন্নরিবা খোঙমোজাদু নীংশিংলকখি। ময়ামগী চরাংনবদুদা মদু পুরকপা কাউরম্লবনি। মদু থাদোকপা পামদবদগী মানা থম্লম্বা মফমদু তানা লৌবা চৎখি। লাটিফনদি চৎখ্রগনু হায়না ফনা য়াম্না খামজবনি। অদুবু অদেলা য়াখিদে। মরমদি মাগী মখুত্তা পৈশা অমত্তা য়াওদে। আমেরিকাদা থুংবা মতমদা মহাক উপায় লৈবরোই হায়বা খঙই।

মতমসিদা লাটিফ মমা মচা হিদা তোংবা ফংলবনি। অদেলানা লাকপা মতমদা হিদু মখাদা থাদবা হৌরকখি। লাটিফনা ফনা কন্না লাউজে অদুবু হিদু অরেপ্পা লৈঙনা থাদখিবনা মখা যৌখি। মহাক্না লাউরকখিবদু ময়ামদুনা অর্থ খঙদে। মানা শাঙলিবা লোন্দু করি হাযরিবনো হায়বা ভাব তাখিদে। থাজোশেংমক্তি মহাক্না হায়জবিবদু হিদু অমুক্তা ঙাইবীখো অদেলা তোংহনখিসি হায়রিবনি।

অদেলা দেক মথক্তা মথন্তা ঙাইহৌনে। নীংবা কাযরবী অদেলা উপায় লেত্রবনিনা দেক্তুগী মথক্তা মথন্ত হঙ্গাৎ হন্দা চৎপা হৌরকই। লাইবক ফবা হায়বদুনি। মহাক্কী মতৌদু উবদা এস্টোর চংশিল্লক্লগা মতেং পাংবীগে হায়রকখি। অদেলা এস্টোবনা হায়বিবদু করিনো খঙদে। অদুবু মহাক্না হি অমগী মনাক্তা পুবীবক্লগা তোংহনবীরম্মী। অদেলানা মহাকপু হিদা তোংহনবীরম্বা মহাক অদু কনানো হায়বা মতমদুদা খঙদে। মমৈথংদা খঙলকই খ্বাইদগী ইনাক খুনবা এস্টোর হায়বদুনি। মহাক্কী লোয়নবীসু হিদা থম্বীরম্লগা মগাক্না সমুদ্রগী ঈরোম্নুংদা লুপ্পদা য়াওখি।

অদেলাবু মপানা নিউ য়োর্ক্তা ঙাইরম্নি। মপাগী মফমদা অদেলানা হায়জেঃ এগী পুক্সিদি এস্টোবনা কনবীবকখিবনি। অদুবু পুকচেল মহাক অদুদি অশিবগা মায়োক্লখি।

মহাক্কী লেমহৌরিবা পুক্সিদা এস্টোরবু খক কাউবা ঙমখিদে।

লাটিফকী মচানুপী অতোম্বী ইগেনিয়া হায়বীদু কা হেন্না অঙাংবা মায়োক্লখিবনা স্বর হোনবা ঙমদবগী লায়না অমনা হেক থুংবগা ইকুই কুইদনা শিখি। অদেলা ময়ুম পানখি। মচা অনীসু ফংজখি অদুবু কুইনা পুক্সিখিদে। মশাগী চহী ২৬ শুরকপদা শোক ১৯২৪দা লৈখিদে।

# ৫৯। লেবানোন্দগী লাকখিবা ৩গী ৱারী

লেবানোনগী জঘার্টা কৌবা লমদগী নিপা অহুখক টাইটানিক ভোংলকখি। মখোয় অহুমগী মনুংদা অনী নোংমৈনা কাপ্লকপদা শিখি। অমখক্তা নুপীগী ৱুৎ শেংলগা হিংবা ঙম্লকখি। মখোয় অহুম অদুগী মমিং সার্কিজ মোৱাদ, টান্নৌজ কেয়ান্নি অমদি হন্না মাখলোফ কৌই।

## সারকিজগী ৱারীঃ

সারকিজ চহী ৩৫ শুরবা মীওইনি। নোংমা ত্রিপোলিদা চৎপদা খুবাক ময়ি য়েংলকখি। পাল্লিদুনা হায়রকখিঃ নহাক শোয়দনা ঈশিংদা ঈরাক্লরগা শিগনি।

পাল্লিগী লাইফাউ অদুদা মহাক অকিবা পোকই। আমেরিকাদা চৎলগা খুদোংচাবা ফংই হায়বগী তাউ তাবদা চৎনিংবা কুইরবনি। অদুবু ঈশিংগী লম্বী ওইবনা মহাক চৎনিংবা কয়া লৈরবসু অকিবনা মরম ওইদুনা চত্তবনি। মমান্নবা কয়ানা টাইটানিক্কী পাউ পুরকইঃ টাইটানিক লুপ্পা নাইররোইদবা জহাজনি। লাই লাক্লগসু মহাক্তি লুপহনবা ঙম্লরোই।

মহাক ঈশিংদা ঈরাক্লগনি কিরম্বদু টাইটানিক্কী পাউ তাবদা আমেরিকা চৎলগে খনখি। লমদুদা লৈবা মরুপ খরসু চৎকনি হায়বগী পাউ ফংবদগী মখোয়গা লোয়নরগা আমেরিকাদা লাকখিবনি। টাইটানিক লুপখিবা য়াবগী অকিবা লৈরক্লবদা মহাক মফম খঙদনা জ্ঞান মাংলগা চেনবা হৌরকই। হিদা তোংবা ফংলবদি শিরোই হায়বগী ৱাখলদা হিদা কাখৎলকখি। হি শেন্নরিবা ওফিসার অদুনা নিপা তোংবা য়ারোই হায়রবা ফাওবদা মহাক হিদগী কুমথখিদে। মমৈথংদা হি শেন্নরিবদুনা নোংমৈনা কাপ্পদা মহাক খুদক্তা শিখি। পাল্লিনা হায়খিবদি ঈশিংদা ঈরাক্লরা শিগনি হায়বনি। অদুবু ঈশিংদা তারগা ঈবাক্লরগা শিবমক্তি শিখিদে।

## টানৌজগী ৱারীঃ

টানৌজময়ুম পাল্লবা চহী ২১ শুরবা নিপানি। মীনা লাকচবা য়াদে। নোংমা মরুপ অমগী ফার্মদা থম্বা মাগী ষন ওটোমাদা লৈবা মী খরনা ফাদুনা পুখি। হায়রিবসি শোক ১৯১২ হৌগৎলকপদনি। মহাক শাউনীংবদগী ময়ুমদগী নোংমৈ লৌরুরগা হরানবশিংদুনা লাক্কদবা লম্বীদা ঙাইরগা লৈ। মখোয়শিংদু লাকপা মতমদা মহাক্কী ষনদু পীরক্লবা হায় অদুবু মখোয় য়ারকখিদে। অশাউবনা হেনখিদুনা নোংমৈনা মখোয় খুদিংক কাপ্লগা হাৎখি। মী হাৎলুবগীদমক মহাক লোৎলগা লৈখি। মফমদুদা লোৎলগা লৈবা হায়বসি নোংমদি শোয়দনা পুলিশ অমদি শিপ্পবশিংদুগী মচা মশুশিংনা খঙখিবা য়াই।

## টাইটানিক লুপখিবা

মখোয়না খঙপ্পবদি জেলদা লৈবা নত্রগা হাৎখিবা তাবনি। মরম অদুনা লৈবাক অসি থাদোক্লগা চৎখিনবা মাগী মরুপ্তুগা ব্রা তাপ্পে। মমৈথংদা আমেরিকাদা চৎপা তারকখি। মফমদুদা লৈরবদি মহাক নিংখা তম্বা ফংলগনি। মহাক্কী মরুপ অদুনা আমেরিকাদা চৎনবগী পৈশা পীরকখি। মখোয়না টাইটানিক তোংগদবগী লম্বীদা লাকপদা মহাক্কী মচানুপীদু লাইজাউ থোক্তুনা য়াম্না ফিবম চাদবা অমা মায়োক্লরকখি। ক্লবলেনপুর হায়রিবা মফমদুদা মচাগী ওইরক্লিবা ফিবমদুনা চৎপা য়াদদুনা নুমিৎ খরনি লায়েংনবগীমক লৈ। ফিবম খর ফরকপদগী অমুক চৎপা হৌরকখি। মাগী নুপীনদি মতম খর মফমদুদা মচাগী অনাবদু ফত্রিবা ফাউবদি লৈনিংবনি। অদুবু টাইটানিক তোংবা তাবনিনা মদু নংনবা লাকখি।

টাইটানিক্কী ওইরক্লিবা ফিবমদুদা মহাক মাগী নুপীগা মচাগা পুরগা হি লৈরিবা মফমদু তানা লাকই। ইমুং মনুং কায়নবা পামদবনিনা মগাক্সু য়াওনা হিদা কাখৎলুই। হি শেন্নরবশিংনা হন্ন হন্ন হায়রবা ফাওবদা মহাক য়াখিদে। মরম অদুনা মহাক্সু সার্কিজগী দশাদু ফংখি। মাগী নুপী অমদি মচাগী মমাংমক্তদা নোংমৈনা কাপ্পগা হাৎখি।

### মাঘলোফকী ব্বারীঃ

মাঘলোফ লৌশিং য়াম্না শিংবা নিপানি। হিংনবা উপায় থীরকপদা ঈকায়বা পোকখিদে। মহাক্কী নমাংমক্তা সার্কিজ অমদি টানৌজ নোংমৈনা কাপ্তুনা হাৎপ্পবনিনা মহাক হিদা কাখৎকে খক খনখিদে। মীয়াম মরক্তা লেপ্পগা কুম্মে য়েংলগা লৈখি। মহাক লৌশিং অমা তৌরকখি। মীয়াম মরক্তা লৈরম্বদগী মিকুপ খর মাগী মশক উবা ফংখিদে। কদাইদা চৎলগা লৌব্বুরিবনো নত্রগা কনাদগী নীরকপনো মহাক মথা তানা হায়দোকখিদে। স্কট অমা শেৎলগা নুপী শারগা হিদা কাখৎলকখি। মানা শেৎলক্লিবদু য়াম্না চাউবা স্কটনি। মদুগী উপাইনা মহাক হি মনুংদা য়ৌবা ঙমখি। হি শেন্নরিবশিংদু য়াম্না চেকশিন্না য়েংবনি অদুবু ফাবা ঙমখিদে। লৌশিং শিংবা হায়বদু ওইখি। হি মনুংদা তোংলিবশিংদুনসু নুপী ওইববোই থন্নখি। হিদুনা সমুদ্রগী ঈপাক্ য়ৌরক্লবা মতমদা শেৎলিবা স্কটতু লৌথোক্লগা লংথোরকখি।

মাঘলোফ আমেরিকাদা থুংলবা মতুংদা ব্বাটরবর্গতা লৈখি।

## ৬০। ভারতগী লাকখিবা খরগী রারী

টাইটানিক্কী খোঙচত্তা ভারতগী বুথ বেক্করগী ইমুং নত্তবা হেনরী রাইলেন্দ দায়ার, মেরী দুনবার হাউলেট অমদি মিস এন্নি ক্রেম্মর ফঙ্কসু তোংলকখি।

### হেনরী রাইলেন্দ দায়ার

হেনরী রাইলেন্দ দায়ার চহী ২৪ শুরবা টাইটানিক্কী ক্রিউমেন্নি। ইন্দিয়াগী হরা নুংশিত্তা চাউরকখিবনি। ঝান্সিদা লৈবনি। মহাক্না ইংলেন্দ চত্রিঙৈদা ইন্দিয়াদা মহৈ মশিং তম্লকখি। ইংলেন্দা চৎলগা চহী ৪ ইঞ্জিনিয়ারিং তম্মী। ইঞ্জিনিয়ারিং তম্বা লোইরবা মতুংদা শোক ১৯০৮দা হৱাইট স্টার লাইন্দা থবক অমা ফংই। শোক ১৯১১দা হেনরী প্রোমোসন অমা ফংবদগী "ওলীম্পিক"তা থবক তৌই। টাইটানিক্তা য়াউবা মতমদা এসিস্টেন্ট ফোর্থ ইঞ্জিনিযার ওইরকখি। লাইবক থীবা হায়বদুনি টাইটানিক্কী খোঙচৎনা মাগী পুন্সিগী অরোইবা খোঙচৎসু ওইখি। মহাক্কী থৱায় য়াওব্রবা হকচাংদু ফংবা ঙমখিদে।

### মেরী দুনবার হাউলেট

মেরী দুনবার হাউলেটকী মচানিপা অহলগা লক্ষনৌদা লৈবনি। শোক ১৯১২দা মচানিপা অতোম্বা উন্নগদবগী নিউ য়োর্কতা টাইটানিক তোংলগা লাকখিবনি। সেকেন্দ ক্লাসতা তোংলকখি। নুপী ওইবনিনা তেক্তা কায়দনা নিউ য়োর্কতা থুংবা ঙমখি। মহাক্না নিউ য়োর্ক য়ৌবকপা মতমদা "দি ইভান্সটোন দেলী নীউজ"না মাগী মরমদা ফোংলকখিঃ উনগী চীংগা জহাজগা খেংজিন্নবগী অহৌবা মখোন্দুনা মহাক তুম্বা কায়হনখি। ইঞ্জিন খঙহৌবনা মুৎখিবদা মহাক চিংনবদুনা খোঙ হাংলগা মপান থোবকখি। স্টৈরার্দ অমা থেংনৈ। মঙোন্দা ইঞ্জিন মুৎখিবগী মরম হংলুবদা খুদোংথীবা থাবগী রা ওইনা হায়রমদে অদুবু চিংনবা লৈবদগী মথক থংবা দেক্তা কাপ্থৎলকখি মফমদু য়ৌরবপদা মেরী খঙলকই মদুদি জহাজ অদু শাথীরবা ফিবমদা লৈবে। মীয়ামদু জহাজসি থাপথ্রগনি হায়বগী অকিবা পোক্লরকখি। ময়ামদু লাইফবেলট ফাদুনা হি তোংগদবগী হোৎরম্লি। মমাংদা হি খর যাত্রিক হাপ্লগা মখাদা থাদবম্লে। মতমদুদা মাগী ওইনা লাইফবেল্ট অমত্তা লৈতে নিপা অমা থেংনৈ। মঙোন্দা মতেং পাংথীনবা হায়রুবদা মহাক্না অমথক পীবিরম্মী। মহাক্না হি অমদা কাখৎলুবদা নিপানা মশীং হেন্না তোংলম্মী। হি নং ১৩নি। নুপী অঙাংখক্তা তোংগবনি হায়রগা নিপা ময়াম হিদুদা তোংলম্বদুদা মহক অঙকপা পোকখি। মেরী টাইটানিক্কী অকিবা ফংলবা থৌদোক অদুনা মঙোন্দা অকনবা চৈফু অমা পীরবসু মখা তানা লম কোযনীংবগী রাখল লৈখি। মীওইবগী লাইবক তম্বা ঙমদবনিনা ভারত্তা হল্লক্লগা নাইনিটালদা মে ১, ১৯১৭তা লৈখিদে।

## মিস এন্নি ক্রেম্মর ফঙ্ক

মিস এন্নি ক্রেম্মর ফঙ্ক কৌবী অমসু টাইটানিক্কী খোঙচত্তা য়াউরকখি। মহাক নুপীগী ওইবা মেনডিওনাইট মিসনারী ওইনা ইন্দিয়াদা লাকখিবা অহানবনি। শোক ১৯০৬ দিসেম্বর থাদা লাকখিবনি। মহাক্না ইন্দিয়াদা হেক লাকপগা শোক ১৯০৭তা ছাটিসগ্রহগী জানগির কৌবা মফমদা নুপীমচাশিংগী ওইবা স্কুল অমা লিংখৎলি। ইন্দিয়াদা লৈরবদি হিন্দি হৈত্তবা য়াদে হায়বসি মাগী থাজবনি। মরমদি হিন্দি হৈত্রবদি মহাক্না পাংথোক্কে খল্লিবা থবকশিং অসি মায় পাক্লোই। মরম অদুনা মহাক হেক লাকপগা হিন্দি হৈনবা য়াম্না কন্না হোৎনখি। মহাক্না টাইটানিক তোংলগা লাকপা মতমদা মশাগী চহী ৩৮ নি। টাইটানিক্কী ফম্বাক্তা লৈরবা মতমদা চহী ৩৮ শুরকপগী বার্থদে পাংথোকখি। মহাক কখোকপা অমগা লোয়ননা সমুদ্রগী ঈরোম্নুংদা টাইটানিক্লা লুপখিবদা মহাক্সু লোয়নখি।

মহাক মরাইবক থীরবশিংগী মরক্তা য়াউখ্রবনি। মাগী কখোকখিবগী ৱারী অদুদি "পেটর্সন মোর্নিং কোল নিউজপেপর" না শিংথাদুনা ফোংলকখিঃ অকিবা ফংলবা অহিং অদুদা মহাক হিদা ফমফম অমা হাংদুনা লৈরিবদুদা কাখৎলগা ফমগদবগী হোৎনখি। মতমদুদা নুপী অমনা মহাক্না ফমগে তৌরিঙৈদা ইম্বোক্লগা হায়রকখিঃ "ফমফমদু ঐগী ইচাশিংগীনি। নহাক হি অমদা লাকউ।"

এন্নি অয়েংপা পীগে খনখিদে। তুংলোমদা হন্দোক্লগা লৈখি। মহাক্না মচিন কনবী ওইরম্লবদি অশিবগী খয়াম্ভগী নাম্বোক্লমগনি।

জর্জ বেহে কৌবা অফাউবা লাইরিক ইবা নিপাদুনা এন্নিগী মরমদা শিংথারদুনা হায়ঃ "ঈশ্বরগী থৌজাল ফংলবী এন্নীনি। মহাক্না মাগী পুন্সিবু অতোপ্পগীদমক কখোকখিবদু ৱাহৈনা শিংথাবনা অপেনবা। ওইরোই।"

মহাক লৈখিদ্রে অদুদু মহাক্কী মমিংদা থোনবা "এন্নি ফঙ্ক মেমোরিয়েল স্কুল" মতমদুদা মুৎপা নাইরোইদবা মৈরিগুম চাকখৎলকখি।

## ৬১। জপান্দগী লাকখিবা হোসোনোগী ৱারী

থব্রায় থাখিবনা ফবরা নত্রগা ঈকাইবা নংলগা শিহৌদবনা ফবরা খনবা য়াবমখে খল্লবা মতুংদা ঈকাইবা নংজরবসু হিংবনা ফৈ খন্দুনা হিদা অকিবা অমত্তা য়াওদনা নিপা অমা দেক্তগী চোংথরকখি। মহাক অদু চহী ৪২ শুরবা মশাবুমি হোসোনো কৌই। জপানীজ মচানি। জপান্দা থুঙলবা মতমদা মহাক টাইটানিক লুপখিবদা শিদনা হল্লক্লবনি হায়দুনা অহানবদা য়াম্না হরাউনখি।

কদোমদগী লাকখিবা তোকঙানো খঙহৌদে, হায়নরকইঃ হোসোনো নিপা থোক্লা হিংলকখিবা নত্তে। মহাক্কী খল্লুবদা ঈকাইবা পোকই।

তোকঙা অদুনা ওফিসতা মিংকুপ অমা ফাউবা লৈতানা ফম্বা ঙমখিদে। ঈকাইবনা লম্বী চংপা ঙমখিদে। ভশেংনা হায়রবদা হিংবগী কান্নবা লৈরকখিদে। হৌজিক হোসোনো হিংবগী অর্থ লৈরক্লবদা হন্ন হন্ন খল্লকইঃ হেরো হায়বা মিংথোল ফংনবা থবায় কথোক্লম্বনা শরুক চাম হেন্না ফরম্মী।

হোসোনো ওক্তোবর ১৫, ১৮৭০দা পোকখি। জপানগী টোকিওদা লৈবনি। অচৌবা সরকারগী থবক তৌই। সিভিল সার্ভেন্টনি। সেকেন্দ ক্লাসকী টিকেট নং ২৩৭৭৯৮ কক্লগা সাউথমটোন্দগী তোংলকখিবনি। টাইটানিক্কী খোঙচং অসিদা জপানীজ মচা তোংলকখিবসি মহাক মথন্তনি। অহানবগী খোঙচং হৌরকপা মতমদা নুংঙাইরবা পাউ কয়া পীবা পাম্বদগী মাগী ইমুং মনুংদা চিঠি ই। চিঠিদু ইবদা ইংলিশতা ওইনা ই। অদুবু টাইটানিক্লা সমুদ্রগী ঈরোম্নুদা লুপ্পবা মতুংদা মহাক হিংহৌবশিংগী মরক্তা য়াওরে হায়বগী খঙহনবা চিঠিশিংদি জপানীজদা ইরকখি।

হোসোনে'না হায়ঃ মহাক টাইটানিক লুপ্পমদায মতমদা তশেংনা মাগী নুপী অমদি মচাগীদমক য়াম্না থনজখি। মখোয়বু য়াম্না নুংশিবকখি। মদুগী খল্লুবদা মহাক শিনিংখিদে। উপায় অমা তৌবগা হিংবা পামখি। হিং নং ১৩গী মনাক্তা লেপ্লগা লৈরিঙৈদা ওফিসার অমনা লাড়রকখিঃ মী অনীখক তোংবা য়াখিগনি।

ওফিসারদুনা লাউবক্লিবদু তাবদা মনাক্তা লেপ্লগা লৈবম্বা নিপা অমা হিদুদা চোংথখি। নিপা অদুগী মতুং ইনবা ওইনা মহক্স চোংথবদা য়াওবকখি।

জপান য়ৌবকপা মতমদদি ময়াম্না য'ম্না পাংদবা মী অমনি হায়নরকখি। খবরশিংদা করেম্নরগা অমদি নোক্নরগা ইরকখি, জপানীজ অমগী ঈজ্জৎ ঙাকখিদে। লেমহৌবিবা পুন্সিদু য়াম্না নীংঙমদনা লেনখি' শোক ১৯৩৯দা লৈখিদে। শিবা নুমিত্তা মহাক শান্তি ফংখি। মহাক শিম্নবা মতুংদা মহাক্লা চেকশিন্না থমজরম্বা মাগী নোট বুক অমা উপু মখাদা লোংলপা লৈরম্বা থেংনখি। মাগী মপুবোক্লা মদু ময়াম মমাংদা পুখোবক্তুনা যেংহল্লি মহাক য়াম্না ঈকাইনা অমদি বানা খাঙখি হায়বা খঙনরকখি।

## ৬২। আর্মানিয়াদগী লাকখিবা নেসানগী ৱারী

আর্মানিয়া মতমদুদা টর্কিনা খুদুম চল্লগা লৈবা লম্নি। লৈবাক অদুদা পিক্লবা খুজাং মমিংনা কেম্বি কৌবা অমা লৈ। খুজাং অসিদা লৈরিবা খল্লাশিংগী মরক্তা য়ান্নদবা থর লৈবদগী শান্তি ফংলমদে। থর্ম্ম থেন্নবগী লড়াইনি। মহৌশানা মফম অদু মুসলিম্না মীশিং হেল্লি। মতমগী মতুং হন্না মখোয়গী মরক্তা খৃস্টান লাইমিং

লৌবা নহারোল খরা থোরকপদগী ইরাং শাগৎলকখিবনি। খৃস্টান্দা লাইমিং লৌরবা নহারোলশিং অদুদি মিস্টর নেসান ক্রেকোরিয়ান, ওর্সেন সিরয়ানিয়ান, ওর্লিন জাকারিয়ান, মগ্রিদেদের জাকারিয়ান অমসুং দেবিদ ভার্টুনিয়ান কৌই। মখোয়গী মতুং ইনবা খরসু খুজাংদুদা লৈ।

মুসলিম্মা মীশিং য়াম্বনিনা খৃস্টান লাইমিং লৌরবশিংদু ভাইহাক লৈতনা ওৎপী নৈবী। হাংখিগদ্রা হায়বগী অকিবা পোক্করকখি। মদুনা মরম ওইদুনা মখোয় মফমদুদা লৈবা ঙমদবদগী খুন হোংলগা চেনবা তারকখি। মতমদুদা নেসান ক্রেকোরিয়ান চহী ২৫ খক্তা ভায়রি। মে ১২, ১৮৮৬তা কেথীদা পোকখি। মফমদুদা কুইনা লৈরবদি অফবা ফল ফংগনি খন্দবনা থার্দ ক্লাসকী টিকেট কক্লগা টাইটানিক তোংলগা লাকখি। টিকেট নং ২৬৫৪নি। এফ দেক্তা লৈবা ই-৩৭না মখোয়গী লৈফম্লি। মহাক্না লাক্লবসি ওন্টারিওদা লৈবা হামিলটনগী প্রিন্সেস স্ট্রীট ১০৮ দা লৈবা মিস্টর পাউল মার্টিন হায়বা নিপাদুগী মনাক্তনি। খোঙচৎ হৌরমদাইদা পুক্লিং লৈত্তাখিদে। টাইটানিক্কী টিকেট কক্লবা হোংনবুবদা লোইখোকত্রে হায়রকপদগী নীংবা কায়বম্মী। টাইটানিক নত্তবা অতৈ জহাজ তোংলগে খন্দুনা হংনবুবদা কয়লাগী অন্দোলন্না মরম ওইদুনা সার্ভিস পুম্নমক লেপ্লে হায়রকখি, উপায় লৈবক্তবদা টাইটানিক্কী এজেন্টদা পৈশা খর হেন্না পীরগা তোংগে হায়জখি। তোংবা ফংলবোয় খন্দুনা লৈরুরবনি অদুবু পৈসা খর হেন্না পীবুবদগী মারসিল্লিজদা লৈবা এজেন্টনা টিকেট অমা নমদুনা ফংহনবীরকখি।

থার্দ ক্লাসতা তোংলিবা অতৈ যাত্রিকশিংদি য়াম্না নুংঙাইনা চৎলম্বা য়াই অদুবু মহাক্কী ওইনদি য়েন মচা থম্বগুম থম্বীবকখি। অদুবু মহাক শাউনিংবা কয়া পোকখিদে মবর্মদি সীট লৈদুনা তোংলকখিবা নত্তে। তুফম ফাউবদি ফংই।

নুমিৎ অদু নুমিদাংবাইরদা মমান্নবা খবগা জুবার শান্নরগা মতম লেপ্লকখি। পুং ১০ হেল্লবা ফাউবদা শান্নবদু মখা চথ্থখি। মহাক তশেংনা তুম্লিংলবনি। ময়ামদগী বীদায় লৌরগা তুম্বা চংলকখি। তুম্লিংমনখিদুনা খোঙউপ লৌথোকপা নংখিদে। হায়রিবা মতমসিদা উনগী চীংদা টাইটানিক্লা থেংজিন্নবনি। মহাক্কী মনাক্তা লৈরিবা পোর্টহোল অদু হাংদোক্লগা লৈ। মদুনা মবম ওইদুনা য়াম্না ঈংই। মদুদগী চংলকপা নুংশিংনি। উনগা নক্লনা লৈবনিনা কা হেন্না ঈংইবনি হায়না খল্লুদে। নেসান অঈংবদু খাংবা ঙমদবগী পোর্টহোলদু থীংজিনগবগী হৌগৎলকই। ঈংলবসু ঈংনা মপান থোরক্লগা য়েংই। নেসান মুশিন মুনা লৈরিবা উনগী চীংদু উবদা অঙকপা পোকখি। মহাক্কী পুক্নিদা উনগী চীং অমুকতা উখিদ্রি। মদুনা অহানবনি।

মমান্নবা খরদা উনগী চীং উরকপগী য়ারী শাগে চৎলুবদা খঙলকইঃ টাইটানিক উনগী চীংদা থেংজিনদগী চংপা য়াদদুনা পাক্লবা আটলান্টিক মহাসগরগী ঈয়াইদা পলেপফম খঙদনা লৈরে। মমান্নবা খরনদি হায়ঃ য়াম্না

কিনীঙাই ওইদে। স্টেৱার্দ অমনসু হায়রম্রিঃ ঙাইহাক পম্বদুনা লৈবনি। অমুক হন্না চৎলগনি। মপান্দা লৈরবদি য়াম্না ঈংবনি। শুম্নবা তুমফমদা চংলগা লৈবনা ফরগনি।

অচুম্বমক্তি মপান্দা লৈবা হায়বসি হায়নঙাই লৈতনা ঈংই। তুমফমদা চংলগা পোত্থাগদবগী ত্তোই। মপান্দা মী লাংবগী চাং হেনগৎলকপদগী অমুক হন্না মপান থোরকখি। সীমেন ফ্রাঙ্ক ইভান্স থেংনরমদ্রবদি নেসানগী লাইবক তম্বা ঙমদবা ফিবমদা লৈরমগনি।

হি লোইনা থাম্রবা মতম্দি। বোর্দকী মথক্তা লৈহৌরিবা মীয়াম অদু মফম মরাং খঙদবমখৈ কপ-লাউরদুনা চেন্নরকখি। জহাজগী মফম অয়াম্বা ঈশিং থুমজিনখিদুনা লুপথবা হৌরক্লবনি। দেক্তা লৈরিবশিংদু ঈশিংদা চোংথনরকখি। নেসানসু ময়ামদুগী মতুং ইন্দুনা চোংথরকখি। মফম খঙদনা ঈরোইরগা চৎখি। অহানবদা জ্ঞান মাংলমদে। অঈংবদা কয়া কুইনা ঈরোইবা ঙমগনি। জ্ঞান মাঙখিরম্মী অদুবু মহাক্না জ্ঞান তারকপদা হি অমগী মথক্তা লৈরম্মী। মহাক খ্বাইদগী লাইবক ফবাশিংগী মনুংদা অমা ওইখি। মহক্না হায়জেঃ ঐ শিরুবদগী হিংলকপনি।

কারপাথিয়াগী ফম্বাক য়ৌরকপা মতমদা মহাক নুংঙাইফম খঙখিদে। উন য়াউবা ঈংলবা ঈপাক অদুদা কুইনা তিংলগা লৈরুবদুনা ওইরমগনি স্বর হোনবা বাবগী লায়না অমা নারকখি। নিউ য়োর্ক য়ৌরকপা মতমদা হোসপিটালদা মতম খর লৈরম্মী। ফরক্লবা মতুংদা ওন্টারিও পাংখি।

## ৬৩। সুইজর্লেনদগী লাকখিবা রিচার্দগী থৌনা

টাইটানিক্কী অকিবনা থল্লবা থৌদোক অদুদা লৈজবা থৌনা ফুদোক্লগা হিংলকখিবশিংগী মনুংদা রিচার্দ নোরিজ বিলিয়মস জুনিয়ার অমনি। মহাকপু পোকপা মপা সি, দাউনে বিলিয়মসগা লোয়ননা টাইটানিক তোংলগা সুইজর্লেন্দগী জেনেভাদগী চেস্টনট হিলগী ৮১২৪ স্টেন্ট মার্টিন'স লেন্দদা লৈবা মহাক্কী মখুরা রিচার্দ নোরিজ বিলিয়মস উনবা লাকখিবনি। টাইটানিক্না নুংশিনা লাকমিন্নখিবা মপা-মচা কায়নহনখি। নিপা অমত্তা হিদা তোংবা য়ারোই হায়রবনিনা মপা-মচাদু উপায় লৈতদুনা বোর্দ মথক্তা লেপ্লগা হি ময়াম থাদখিবদু য়েংলগা লৈরকই। মিস্টর দেনিয়েনা হায়বগী মতুং ইন্না হোৱার্দ বি কেস কৌবা নিউ য়োক্তগী লাকখিবা নিপাদুগা নোরিজগী অপোকপা সি দউনে বিলিয়মগা মখোয় অনীদি ঈশিংদা চোংথরগা ঈরোইরগা চৎপা য়াম্না পাখিদে। সমুদ্রদা ঈরোইবা হায়বসি পম্বুংফম লৈতবনি হায়না খল্লি। রিচার্দ শাম্নরোই অমা ওইনা হৌরকখিবা মরম্না ঈরোইরগা

## টাইটানিক লুপখিবা

চংখিগনি হায়বগী ৱাখল হোংদ্রি। মহাক মপাবু মিংকুপ অমা ফাউবা থাদোকপা পামখিদে। করিগুম্বা ঈরোইবা তারবসু মহাক্না লোয়ননা ঈরোইমিন্নগে খল্লি।

টাইটানিক লুপখিগদবা খজিক্তা ঙায়রক্লবা মতম্নি। চাউরবা জহাজ অদু শরুক অনী তেকখিদুনা মপুংফানা লুপখবা হৌরক্লনি। ওম্মোকপা লাইবক হায়বদুনি। মতমসিদা খঙহৌদনা টাইটানিক্কী মৈখু উতোং অমা তুথরক্তুনা মপাগী মথক্তা তাশিল্লকখি। মৈখু উতোংদুনা ননশিনথ্রবা মপাদু কল্লবা য়াম্না কন্না হোংনজে। উপায় লৈখিদে। মতমশিদা বোর্দগী মথক্তা ঈশিং থুমজিল্লকখি। চাউরবা ঈথক ঈপোম কয়া লাকপা হৌরকই। চাউরবা ঈথক অমা লাক্তুনা মপাদু কুপশিনখি। মতুংদা মপাগী মশক উবা ফংখিদ্রে। মদুনা মপা মচাগী কায়নবা হায়বদু ওইহনখি। মহাক্সু শফু কন্না লাকখিবা চাউরবা ঈশিং ঈথক অমনা ঈপাক তম্না তাউথহল্লকখি। মহাক ফনা কুইনা গ্লান মাঙলুরবনি। মহাক্না গ্লান তারকরপদা মাগী নাক্তা পোং অমা লৈরম্বা থেংনখি। পোং অদু য়োনবা ঈরোইদুনা লাক্লগা মদুদা কাখৎপা ঙমখি। মতুংদা হি অমগী মথক্তা ময়াম্না মাবু চিংখৎপীরকখি। হি অদু কোলাপসিবল এ ওইরমাল্লি। থাশৈাশেংবমক মহাক য়াম্না ৱানা হিংলকখিবনি।

টাইটানিক লুপলমদাইগী মমাংদা রিচার্দ অঙকপা দশা অমা তাবুরবনি। অশিবগী মনাক্তা লেপ্লগা প্রায়চিদ ফংই হায়বদুনি। মহাক মখোয়না লৈরিবা স্টেটরুম সি দেক্তাগী লাকপদা স্টেৱার্দ অমনা থোঙ হাংগদবগী কন্না হোংনরম্মী। অদুবু মহাক্না

ফনা কন্না হোংনরবসু থোঙদু হাংদোকপা ঙম্রমদে। মহাক্না তৌরিবদু রিচার্দনা উবদা য়েংবা নুংঙাইত্রদুনা মতেং পাংই। থোঙদু মহাক্না ইনবদা কায়খিরম্মী। স্টেৱার্দ অদু হরাউগেদি হায়দ্রগা থোঙ থুগায়বগী মরাল শিরকখি। স্টেৱার্দ অদুনা কিরিবসি থোঙ থুগায়বগী পৈসা শিংউ হায়রক্লনি হায়বসিনি। মহাক স্টেৱার্দ অদুগী মতৌদুদা রিচার্দ নোক্লিংবা পোক্লকই। স্টেৱার্দ অদুনা ৱাখোক অদু চাউখোরক্লবা কন্না হোংনরকখি। অদুবু মিকুপ খরগী মতুংদা স্টেৱার্দ অদু ঈশিং থুমজিল্লকপগী পাউ তাবদা ৱা মখা তারমদনা মফমদু থাদোক্লগা চেনখি। মথৱায় হিংনবা হোংনরিবশিংগী মরক্তা য়াউখিদুনা মশক উখিদ্রে। মাগী মতৌদুদা রিচার্দ নোক্লিংবা পোক্লুরি।

কারপাথিয়াগী ফম্বাক য়ৌরকপা মতমদা রিচার্দগী ফিবম য়াম্না শোকচিনখি। মরু ওইনা মাগী শাথীনা শোক্লিবসি খোঙদনি। উন মরক্তা কুইনা লৈরুবগীসু ওইরম্বা য়াই। কারপাথিয়াগী দাক্তরনদি মহাক্কী অশোকপা খোঙদু ককপা পামখি। রিচার্দ মখোয়না হায়রিবদু য়ানীংখিদে। মহাক্কী ৱাখলদা ফরকখিগনি হায়না চেংনা থাজে। অশেংবমক্সু চৈশু অমা পায়রগা চংপা তম্মী। শাজেল তৌবদগী তম্ন তম্ন

ফগৎলকখি। দাক্তরনা হায়বদু ইল্লম্বা তারন্নবদি রিচার্দগী তুংগী পুন্সি করি ওইরমগনি। খল্লুবদা অকিবগী মশক্কি।

মহাক্লা নিউ য়োর্ক য়ৌরক্লবা মতুংদা খ্বাইদগী ঙকপা পাউ অমা রিচার্দ তারকই। মহাক্লা টাইটনিক্তগী সমুদ্রদা লংথোক্লখ্বা মাগী ফর কোট অদু ওসীনিক জহাজনা ফংলে হায়বগী পাউনি। খোঙউপ অদুদি ফংবগী পাউদি লাকখিদে। ঈরোইবদা হেন্না পাজাল থোক্লবা মহাক্লা কোট অদুগা খোঙউপ অদুগা লংশেকখিবনি। কোট অদুদা "সি রিলিয়মস" হায়বা খুদম য়াওরম্বদগী মহাক্কীনি হায়বা খঙনবকখিবনি।

টাইটনিক তোংলগা লাকপা মতমদা রিচার্দগী চহী ২১ খক্তা ঙাইবি। জনুয়াবী ২৯, ১৮৮৯ দা পোকখিবনি। ফার্স্ট ক্লাসকী টিকেট কক্লগা চের্বোর্গতগী তোংলকখিবণি। টিকেট নং ১৭৫৯৭নি। মপাগা লোয়ননা আমেরিকাদা লাক্লিসি থাজোশেংবমক্তি মানা পাজবা টেন্নিস শান্নবা মপুং ফাহনবা পাম্বগীদমক্কি। মতম খর শান্নবন্নগা হর্বাদ য়ুনিভর্সিটিদা লাইরিক মখা তমথগদবগী থৌরাং লোইরবনি।

রিচর্দ খোঙদা শোক্লবসু শান্নবা মখায়না পামজবনিনা শোক ১৯১২দা পাংথোকখিবা য়ু এস মিক্স দবলসা মায় পাকখি। এমএস মেবী ব্রাউনগা লোয়ননা শান্নমিন্নবনি। শোক ১৯১৪ অমদি ১৯১৬তা য়ু এস শিজালসদা চেমপিয়ন ওইখি। শোক ১৯২৪ ওলীমপিক্তা গোল মেদল লৌখি। শান্নবদা মখায় লুপচবম্বা রিচার্দ জুন ২, ১৯৬৮দা নোজাখি।

## ৬৪। মেক্সিকোদগী লাকখিবা উরুচুর্টুগী ৱারী

উরুচুর্টু চহী ৩৯ শুরবা মীয়াম্না শকখঙনরবা মেক্সিকান কংগ্রেসমেন অমনি। অফাউবা উকিলনি। ইংলিশ লেদী মমিংনা ইলিজাবেট কৌবী অমগী পুন্সি কন্নবা হোৎনবদা উরুচুর্টুগী পুন্সি মাঙখি। টাইটানিক্লা লুপখিবদা মহাক্সু য়াউখি। মহাক শিম্নবা মতুংদা চয়েৎনবা অমা খোরকখি। মদুমক্লা উরুচুর্টুগী মিংচৎ হেনগৎহনখি। উরুচুর্টুগী মপুংফাবা মমিংদি মানুল রামিরেজ উরুচুর্টু কৌই। মহাক ৪বক দিপুটি ওইখি। মহাক্লা য়ুরোপ্তা লাকখিবসি মেক্সিকান গভর্মেন্টকী ওফিসিয়েল ওইননি। মহাক্লা নুংশিনা তিন্নজবা মরুপ এক্স প্রসিদেন্ট রামোন কোরেল উন্নবা লাকপনি। রামোন মেক্সিকা রিভোলুসন অমদি পোর্ফিরিয়াটোগী রথোক্তা মায়থীবা ফংবদগী লোই থাখিবনি। মহাক উন্নরল্লবা মতুংদা উরুচুর্টু ফ্রান্সতগী টাইটানিক তোংলগা ময়ুম পাংলকখি।

টাইটানিক লুপ্পমদাই য়ৌরক্লবা উরুচুর্টু হি অমদা তোংবা ফংখি। হিদু থাদগদবগী থৌরাং তৌরিঙৈদা নুপী অমা লাকখি। হি শেন্নরিবা ওফিসারদুনা নুপীদু

ফমফম লৈতবদগী হিদা তোংগে হায়বা য়াখিদে। নুপীদুনা হায়রকখি, "ঐ চত্তবা য়াদবনি। ইপুরোইবগা ইচাশিংগনা নিউ য়োর্ক্তা ঙাইরগা লৈরিবনি।"

মাগী ৱাদু তাবদা উরুচুর্টু ফম্নম্বগী হৌগংলগা নুপী অদুবু মাগী ফমফমদা ফমহনখি। মহাক্না লৈহৌবা তাখি। মহাক্না নুপী অমগী মপ্লায় কল্লম্লগা শিখিবদু ময়াম্না অঙকপনি হায়না লৌনখিদে। মরমদি উরুচুর্টুগী মপা মপুশিংগী মিংচৎ মাঙখিদনবা মহাক্না ঈজৎ ঙাকখিবনি। মহাক্কী মপা মপুশিংদু লৈত-লায়রা অমদি পাজাল শোল্লবী নুপীশিংগীদমক অরেপ্পা লৈতনা থেংনখি। মখোয়গীদমক শিবা কিদনা লেপখিবা মপা মপু ঙাক্তনি; নুপীশিংবু অৱাংবা থাক্তা থম্বা মখোয় পামখি।

নুপী অদু ইলিজাবেট রামেল নীএনি। চহী ১৯ শুরবী ইংলিশ লেদী অমনি। মহাক্না তোংলিবসি হি নং ১১নি। য়াম্না ঙক্লিবদি ইলিজাবেটনা নিউ য়োর্ক্তা থুংবা মতমদা মহাক কনা অমত্তনা ঙাইরমদে। ওইদবা ঙাংবা নুপীনি হায়বা খঙনরকখি।

উরুচুর্টু লৈখিদ্রে তাব্দা মহাক্কী মরমদা কুপ্পা খীগংলকখি। মরু ওইনা য়ু এসকী সেনেটশিংনি। মহাক্না থৱায় কনবীখিবা ইলিজাবেট কনানো খীগংলকপদা মরী মখোঙ ইশম শম্নদবা কয়া ফংখি। ময়াম্না হায়নরকইঃ ইলিজাবেট ইংলেন্দগী ফোলকেস্টোনদা লৈবনি। লুখ্রাবীনি। ইংলেন্দা অমুক হনখ্রগা সেলভেসন আর্মীদা য়াউখি। হংনরকখিবা ৱাহংদি মহাক করিগীদমক উরুচুর্টুগী মফমদা ওইদবা ৱাহৈ ঙাঙখিবনো? টাইটানিক্কী যাত্রিকশিংদা কোয়না চৎলগা তম্না লাই শাখিবদু করি মরমদগীনো? মহাক্না সেকেন্দ তোংলগা আমেরিকাদা লাকখিবগী মরম করিগীনো? ইলিজাবেট ময়াম্না মাগী মরমদা ঙাঙনরিবদু পাউখুম পীবগী মহুত্তা তুমিন্না লৈখি।

মমৈথংদা ইলিজাবেট কনানো হায়বসি ময়েক শেংনা খঙনরকখি। মহাক নিউ জের্সেরীগী ইস্ট রেঞ্জদা লৈবনি। মে ২৭, ১৮৮২দা পোকখিবনি। থোমাস আই রোমেল অমদি ইলিজাবেটকী মচানুপীনি। মহাক তশেংনা নীংবা কায়রবীনি। লৈশাবী ওইরিঙৈদা মহাক্না য়াম্না নুংশিজবা নিপাদু ফোলকেস্টোনগী হার্বর পিয়ারদা ঈরাক্রদুনা শিখি। অদুবু ইদবার্দ অর্নেস্ট নায়ে কৌবা নিপা অমা থেংবদগী দিসেম্বর ২৬, ১৯০৪দা লুহোংখি। শোক ১৯০৯দা মখোয় নিউ য়োর্ক্তা লাক্লগা লৈখি। মখোয় অনীগী মচা অমা পোকই অদুবু মচাদু থা ৯ হিংলম্লগা শোক ১৯০৬তা শিখি। মদুগী মতুংদা মচা অমসু পোক্লগা শিখি। মপুরোইবসু মে ২২, ১৯১১দা মশাগী চহী ৩০ শুরকপদা লৈখিদে। মসিনি ইলিজাবেদকী পুন্সি। অৱাবতনা শরুক ওইরবীনি।

মহাক্না টাইটানিক তোংলগা লাক্লিবসি শোক ১৯১১ অমদি ১৯১২গী লোম্নবদা মরী মতা উন্নবা ইংলেন্দা লাকখি। আমেরিকাদা হল্লগে খল্লপা মতমদা কয়লাগী অন্দোলন্না মরম ওইদুনা চৎপা য়াদদুনা লৈরকখি। টাইটানিক চৎলগনি তাবদা সেকেন ক্লাসকী টিকেট কল্লগা লাকখিবনি। টিকেট নং ২৯৩৯৫নি। কেবিন এফ-

৩৩দা নুপী অহম মমিংনা মিলড্রেদ ব্রাউন, সেলেনা রোজর্স কুক অমদি আমেলিয়া লুনমোরগা লোয়ননা পুন্না তোংমিন্নরকখি।

মহাক হিদা চৎলগে খন্নক্রবা মতমদা মফম অহাংবা লৈভদুনা লৈরিঙৈদা উরুচুর্টুনা মাগী মহন্তা হিদুদা তোংহন্নকখি। হিদা লৈরবা মতমদা অঙাং অমা মমিংনা ফ্রাঙ্ক অকস কৌবা অমা মঙোন্দা পীশিল্লমই। ময়াম্না হায়নরকইঃ অঙাং অদু আর্গেনে দেল কার্লোগী মচা ওইরমগনি।

পুন্সিদা অরাবতা শরুক ওইরবী ইলিজাবেট মহাক্না থবক তৌরিবা সেলভেসন আর্মীগী কলনেল জর্জ দার্বীদা অমুক হন্না লুহোংই। জর্জ রে দার্বী কৌবা মচা অমা মার্চ ৩০, ১৯১৫দা পোকখি।

ইলিজাবেট হৌন-খঙদবীরা? মহাকপু থবায় কনবীরকখিবা উরুচুর্টুগী মরমদা তুমিন্না লৈখি। তৌবীমল খঙবগী রারোল অমত্তা হায়রকখিদে। থাজোশেংবমক ইলিজাবেট উরুচুর্টুবু নীংশিংদবা নত্তে। মহাক্কী ফিবম খর ফরকপদা টাইটানিক লুপশ্নবা মতুং চহী ১২ লৈরগা মেক্সিকোদা চত্তুনা উরুচুর্টুগী ইমুং-মনুংশিং উন্নখি। মহাক্না মফমদু য়ৌরকপদা ইংলিশ খঙবা মী লৈরমদে। মমৈথংদা ইংলিশ খঙবা স্কুল ওঝা অমা থেংনবদগী মহাক্না মফমসিদা লাক্লিবগী মরম খঙহনখি। মহাক্কী থম্মোই শোকপা অশেংবা রারীনা ইমুংদুগী মীশিংদা পেলহন্নবা হোৎনখি।

আমেরিকাগী প্রসিদেন্ট জোন এফ কেনেদী নোংমৈনা কাপ্লগা দালেসতা হাৎখিবা নুমিৎ নোভেম্বর ২২, ১৯৬৩দা ইলিজাবেট শিখি।

## ৬৫। সিলবর্বর্গকী অঙকপা শায়োন

সিলবর্বর্গ পৃথ্বীদা খ্বাইগী ঙকপা, খ্বাইদগী তৌবা ঙম্বা, শায়োন তৌবা ঙম্বা নিপানি। অঙকপনা থল্লবা পৃথ্বীনা কিনরবা জুবার শান্নবা নিপা অসি টাইটানিক্কী খোঙচত্তা য়াওরপদগী শিল্প্রে হায়দুনা খবরদা ফোংনরকখি। অদুবু ঙক্লিবদি শিখ্রবনি হায়না খন্নরিবা মীশক অসি নিউ য়োর্কতা থুংলরবা মতুংদা ব্রেকস্টোন হোটেলদা মিস মিলড্রেদ লেসর কৌবী লৈশাবী অমগা হৌখিবা থাংজা নুমিত্তা লুহোংখি হায়বা খঙনরকখি। হায়রিবা হোটেল অসিদা টাইটনত্তা তোংলকখিবা যাত্রিক মিস্ট্রেস রালটর দি দোগ্লাস অমদি হোনীমুন চৎলুবা জোন পি সনাইদর মতৈ মনাওসু লৈরিবনি। মখোয় মিন্নেসোটা য়ৌনা চৎখিগদবনিনা হরাইট স্টার লাইনগা মরী লৈননা ব্রেস্টোন হোটেলদা লৈহল্লি। সিলবর্বর্গকী মমিং হোটেলদা লৈবগী অয়াবা পীখিবা লৈত্তে। থাজোশেংবমক্তি মহাক অশেংবা সিলবর্বর্গ ওইরম্বা তারবদি মিন্নেসোটা য়ৌনা চৎকদবনি। টাইটানিক্তা সিলবর্বর্গ কৌবা মী তোংলকখিদে। ব্রাইটোন কৌবা মী অমদি য়াওরকখি।

সিলবর্বর্গ শায়োন তৌবা ঙম্বা মী অমনি। মহাক্না তৌগে নীংখিবা থবক ঙমদবা লৈতে। লেসরনা হায়বদা মমাংদা সিলবর্বর্গকী মমিং তাখিবা লৈতে। মহাক জে জে রিলিয়মস কৌই হায়না মঙোন্দা খঙহল্লম্মী। নুমিৎ খরনিগী মতুংদা মহাক অমুক হন্না উবা ফংখিদে। সিলবর্বর্গকী ৱারী ভারকপদা লেসর অঙকপা পোকখিঃ অশাবা মাইখুম উপ্লগা লাকখিবরা? নত্রগা মহাক অশেংবা সিলবর্বর্গ ওইরিগদরা?

সিলবর্বর্গ আটালান্টাদা পোকখি। মহাক্কী মপাদু মশাগী চহী ২৬ শুরকপদা লৈবাক অসিদা লাকখিবনি। মমিং ও সিলবর্বর্গ কৌই। শেল ভানবা য়াম্না কল্লি। কানসাস, আর্কান্স অমসু মিসৌরিদা দুকান হাংই। সিলবর্বর্গনা চহী ১২ শুরকপদা ময়াম্বা অমগনা দুকানশিংদু য়েংশিনবগী থবক তৌরকখি। মথংদা দুকান ১২গী মপু ওইরকখি। সিলবর্বর্গকী মমিন্তা উরিবসি শেলখস্তনি। শেলগী য়েংদুনা পুল্সিগী অহানবা ওইনা লন য়াম্না লৈবী লুম্রাবী অমা লুহোংই। জুব্বার শান্নফম অমা লিংখৎলি। চাউরবা শেলফম দোল্লর ৮৭,০০০ মফম খঙদনা পুম্থবদগী ময়ুম থাদোক্লগা রোচেস্টরদা চৎখি। মফমদুদা লন য়াম্না লৈবী অমগা অমুক লুহোংই। অদুবু ইকুই কুইদনা মহাক অদু খায়নরগা ভেনিসকী কাউন্টেস অমগা লুহোংই। কাউন্টেস অদুনা খন্নুবদি মহাক অসি য়াম্না ইনাক খুনবা মী অমনি হায়বসিনি। মহাক মপুরোইবা লৈরবা নুপীনি। অদুবু মপুরোইবদু খায়নরগা সিলবর্বর্গতা লুহোংখিবনি। মফম অদুদা জুব্বার শান্নফম অমা লিংখৎলি। মপুং ফাবা শেন্দান লম্বী পাম্নকপদগী লন্দনদা লাকখি।লন্দনদা মহাক্না চৎলিবা শাজৎ হায়বদি নমথাক তৌরগা শেল তাল্লি হায়বা খংনরকপদগী পুলিসনা ফারগা চহী ৩ জেলদা থমখি। জেলদগী হেক থাদোরকপগা টেক্সাসতা চৎখি। মফমদুদা

জে কোলমেন দ্রাইটোন হায়না মমিং ওম্বোক্লগা নুপী অমা লুহোংই। মরু ওইবা স্পেসিয়েল কম্মিসনর অমনি হায়দুনা শেল খোমজিনবগী থবক তোই। মদুদগী খোমজিল্লকপা শেলশিংদু পুরগা ফ্রান্সকী পেরিসতা চৎখি। মফমদুদা রাজনিতি তৌবা শারগা খবর অমগী ইদিটর ওই। অমরোমদা মখল মথেল কয়াগী থবক তৌবা হৌরকখি। নিউ য়োর্ক রেস ট্রেক্সকী হাক্তস্তা দোল্লার ১০০,০০০গী শেনফম মাঙহনখি। মহাক অলি জে কোলমেন দ্রাইটোন্নি হায়বা খংবদগী ময়ুম পাল্লবী সুসোটে কৌবী অমগা লুহোংবগী অয়াবা পীরকখি। মতুংদা পৃথ্বী শিনবা থুংনা চৎখি। ভারত্তা লাক্তুনা জুব্বার শান্নবদা লুপা ৬৬,০০০ ফংবা ঙমখি। শোক ১৯০৯দা অমুক হন্না লন্দনদা হল্লকখি।

লন্দনদা লাক্লগা অমুক হন্না লুহোংই। মহাক্না ঙমদবা লৈতে। চিলিদা দোল্লর ২০,০০০,০০০ চংনা শাগদবা রেলরোদ অমগীদমক শেম শাবা হৌরকখি। মহাক্না ঠিকা লৌগদবগী তৌরিবনি।

## টাইটানিক লুপখিবা

দিসেম্বর ২৯, ১৯০৯দা লন্দনগী পাউ অমনা 'জেমস জেফ্রিজ ৱিলিয়মস' কনানো হায়বা ময়েক শেংনা ফোংদোরকখি। মহাক জে কোলমেন দ্রাইটোনগী মমিং লৌরগা থবক তৌরম্বা জেলদা ফাজিন্দুনা লৈরুরবা নিউ য়োর্কা লৈবা হেনরী সিলবর্বর্গ হায়বা দাকু অদুনি। মহাক্না ইংলেন্দদা নমথাক তৌদুনা শেল ময়াম অমা মাংহনগদৌরি হায়না ফোংদোরকখি। চহী খরসিদা মহাক্না নম্থাক তৌরগা লৌখিবা কয়া মথং মথং ফোংদোরকখি। মদুনা মাগী চাউরবা মঙলান অদুদা অপনবা পীখি। চিলিদা শাগদৌরিবা রেলরোদকী মঙলান কায়হনখি। মদুমক নংলমদ্রবদি চাউরবা শেনফম অদু সিলবর্রর্গকী মখুৎতা তারমগনি।

সিলবর্বর্গ হায়বসি হৌজিক্তি খঙলে মদুদি মমিং তোংঙান তোংঙান শিজিন্নখিবা খ্বাইগী তৌবা ঙম্বা মী অমনি। পৃথ্বীদা অরোনবা মমিং খ্বাইদগী য়াম্না শিজিন্নখিবা মী অমা হায়বা তারদি সিলবর্বর্গনি। মহাক্না শিজিন্নখিবা মমিংশিংদুদিঃ জেকসন কম্মিংস দেবিজ, হেনরী সেদরবর্গ, হেনরী গোলদস্টেন, ৱাইটরী ঐইচ ফোর্সাইথ, জে কোলমেন দ্রাইটোন, জেমস কন্নিংহাম দ্রাইটোন, এফ এ আলেকজেন্দর, জে কোনীংহাম য়ং, জেমস জেফেরিজ ৱিলিয়মস, জে জে ক্রাইক, জে জে কার্টিসলে, আই দি ৱিলিয়মস, হেনরী লেদুবর্গ, জোন জি কার্লিসলে, জে জে দেব্রালস, জোন জিওফ্রে কার্লিসলে, বি ই ব্রোলিস, জে সি ৱাইটনে, প্রোফেসার ক্রাইক, হেরী সেলডর্সটেন, অমদি হেনরী ফোর্সাইথ মমিংশি অসিনি।

খবরগী পাউশিংদা ইরকখিবদু অচুম্বা ওইবিগদ্রা? মতুং তাবকপদা সিলবর্বর্গকী পাউ কয়া ফোংলকখিদ্রে।

## ৬৬। মিস দীন

টাইটানিক লুপখিবদা অশিবগী খয়ান্তগী নাম্বোক্লগা হিংবা ঙম্লকখিবশিংগী মনুংদা খ্বাইদগী নহা ওইখিবা যাত্রিক অমা হায়বা তারগদি ইলিজাবেথ গ্রেদীজ দীন কৌই। মিলিভিনা হায়রূগসু খঙনৈ। মহাক ফেব্রুয়ারী ২, ১৯১২ দা পোকখি। অতোপ্পা অঙাং অমনা বারবরা জোইস দাইতোন কৌই। মহাক মতমদুদা থা ১১ মপুং ফারে। মহাক মিশ দীন থাদোক্লম্লগা ওক্তোবর, ২০০৭দা লৈখিদে। মিস দীন মাগী ইমুং মনুং পুন্না থার্দ ক্লাসগী টিকেট কক্লগা টাইটানিক তোংলকখিবনি। তমথীরবা থৌদোক অদুদা মহাকপু পোকপী মমা জিওরজেটাগা চহী অনীদা ঙায়রিবা মবুং বর্ট মখোয় অহুম হিংহৌবা ঙমখি। মাবু পোকপা বেরট্রাম লাইবক থীরবা থৌদোক অদুদা য়াওখি। মখোয় বোট নং ১২দা তোংলকখি। মখোয়না আমেরিকাদা লাক্লিবসি কেসাস সিটিগী ৱিচিটা হায়বা মফম অদুদনি। চুরুট অমদি হিদাক মনাগী দুকান অমা হাংগদবগী লাকখিবনি। মপুরোইবা য়াওদনা অঙাং অনীদুগা মফমদুদা করম্না লৈগনি। উপায় লৈতবদগী মখোয় সাউথামটোন্দা অমুক

হল্লকখি। মখোয়না ইংলেন্দদা হল্লকপদা হরাইট স্টার লাইন্না চেকশিন থৌরাং লৌবীরকখি। দীন্না হায়জেঃ জহাজ কায়বগী থৌদোক থোক্লমদ্রবদি ঐ আমেরিকান ওইরম্লগনি। শোক ১৯৮৫দা সমুদ্রগী ঈরোম্লুংদা লৈরিবা টাইটনিক্কী অকায়বা শরুক্তু পুথোকখিবা মতমদা মাগী চহী ৭০ চংলক্লবনি। মহাক অকিবা ফংলবা থৌদোক অদু করি অমত্তা খঙহৌবা লৈতে অদুবু খ্বাইদগী নহা ওইবা যাত্রিক ওইখিবা অমদি হিংহৌরিবশিংগী মনুংদা মহাক্লা অরোইবা ওইরবনিনা মহাকপু ফংসন কয়াদা লকপীনবা বার্তন তৌরকখি। আমেরিকাদা পাংথোকখিবা টাইটানিক কনভেন্সন অমা য়াওন্নুরগা হল্লকপদা মহাক্লা হায়, "ঐসে টাইটানিক অমদৌনা ময়াম্না উবীরে।"

মহাক মীনম্বা পামদে। মতমদুদা অঙাং পিশক ওইবনিনা করি অমত্তা খঙহৌদে। খঙহৌদবা থৌদোক্তুগী ৱারী লীখিদে। "টাইটানিক" ফিলমগী এক্তরশিং কেটে ৱিন্সলেট অমদি লিওনার্দো শোক ১৯৯৮দা দীনগী মনাক্তা লাক্লগা শেলগী মতেং পাংবীরম্মী। ফিলমদুগী দিরেক্তর জেমস কামেরোসু লাক্তুনা মিলভিনাগী ফন্দা দান তৌবীরম্মী। দীন মশাগী চহী ৯৭ শুরকপা মে ৩১, ২০০৯দা নোঙাখি।

## ৬৭। মেরী দেভীজ ৱিলভুম

টাইটানিক্লা লুপখিবদা হিংহৌবশিংগী মনুংদা খ্বায়দগী পুন্সি শাংনা হিংখিবা মহাক অদু মেবী দেভীজ ৱিলফুম কৌই। মহাক চহী ১০৪ পুন্সিরম্মী। মেরী দেভীজ মে১৭. ১৮৮৪দা লন্দনগী সাউথৱার্কদা পোকখি। মহাক সেকেন্দ ক্লাসগী টিকেৎ কক্লগা টাইটানিক তোংলগা নিউ য়োর্ক্কী স্টেটন আইলেন্দদা লৈবা মচে এলসি এফ, ফ্লাংফোর্দ উন্নবা চৎখিবনি। মহাক সেকেন্দ ক্লাসতা নুংঙাইনা লাকপা ঙম্লিবসি লনাই শেল তানবা য়াম্না কল্লি। লন্দন হোমদা চাক থোংবা য়াউই। মফমদুদা চাক থোংবী ইটালিয়ান নুপী অমগা লোয়নরকপনিনা মহাক্সু য়াম্না হৈ। মহাক মতমদুদা মশাগী চহী ২৮ হায়রক্লে। মহাক্কী টিকেট নং ২৩৭৬৬৮নি।

টাইটানিক্লা উনগী চীংদা থেংজিনবা মতমদা মহাক তুম্লি। মহাক্লা মিৎকপ থোরকপদা হিদা তোংগদবগী ময়ামদু লাংনরম্মী। মেরী মরাইবক থীরবনি। পোক্লকদগী খোঙদা থীবা খোঙ ওইবনা চথোক চৎশিন্দা য়াম্না নুংঙাইজদে। মহাক্কী কেবিন্দা লৈমিন্নবা লুসি রিদসদেল কৌবী অহল ওইরবী নর্স অদুনা মফি মরোল শেৎচিনবী অদুগা য়াম্না থুনা হি তোংগদবগী লাকখি। হি লৈরিবদু তানা লাকপদা চেন্নগা লাকখিবা হিহোনবা অমনা থেংজিনবীরম্মী। য়াম্না শাথীনা শোকহনবা নত্রবসু মঙোন্দদি য়াম্না নুংঙাইজখিদে। মাগী মতৌদু উবদা নুংঙইতদুনা নুপী অনীনা মতেং পাঙবীদুনা হি লৈরিবা মফমদুদা পুবীরকখি। নিপা থরনা হিদা কাখৎপদসু মতেং পাংবীখি। মহাক্লা তোংলখিবা বোট নং ১৩নি। হিদা

অহিং চুম্না লৈরকপদা মহাক ঈংবনা খাওবা ওমখিদে। গাউন শেংলি অদুবু শাল অমদি ইল্লি। হি তোংখংলকপা মতমদা মঙোন্দা অঙাং অমা শিন্নরম্মী। অঙাং অদুগী লুম্নবা হোংনবদা মহাক য়াম্না ৱাজখি। অহল ওইরবশিংনা অঈংবা খাংবদু উবদা মহাক য়েংওমখিদে।

কারপাথিয়াগী মথক য়ৌরকপদা মহাক শ্রান মাওখি। খুজেং য়ৌনা ঈংশিন্নকপদগী তৌরকখিবনি। থৌদোক অদু মহাক্না শিরমদায় য়ৌরকলবা ফাওবদা নীংশিংদুনা লৈখি। নিউ য়োর্ক য়ৌরকপদা মচে অমদি মচেবু লৌবা নিপাদুনা মাবু ওাইরগা লৈরম্লি। মখোয়না হোসপিটালদা পুরগা লায়েংখি। মহাক মতুংদা ইংলেন্দদা লাকখি। ৱহাইট স্টার লাইন্না পৈশা অমত্তা লৌদনা পুবীরকখি। মখং চহী ১৯১৩দা আমেরিকাদা অমুক হল্লকখি। পুজারী ওইগে হায়বগী ৱাখলদা লাকখিবনি। জোন এ, ৱিলবুমগা শোক ১৯১৫ দা লুহোংই। জোন পেইন্টর অমদি দিকোরেটর অমনি। জনুয়ারী ৩১, ১৮৯১ দা মহাক পোকখি। অহানবা পৃথ্বী লাজ্ঞাওদা নেভিদা চংই। কার ৱিলফুম কৌবা মচা অমা জুলাই ১৬, ১৯১৫ দা পোকই। মহাক শোক ১৯৯৪দা শিখি। মেরী দেভীজ ৱিলভুম নিউ য়োর্কী সাইরাকুজদা মশাগী চহী ১০৪ থা২ নুমিৎ১১নি শুরকপা জুলাই ২৯, ১৯৮৭দা নোজাখি।

# লোইবা নায়দ্রবা থৌদোকময়াম

১। লোরেন্স বীজলে হায়বা টাইটানিক কায়বদা হিংহৌবশিংগী মরক্তা অমনি। দুলবিচ কলেজদা সাইন্স মস্টর তম্নকখিবা ওজানি। মহাক চহী ৩৪ শুরবনি। দিসেম্বর ৩১, ১৮৭৭তা দেবীসায়ারগী বিক্সবার্থদা পোকখিবনি। হেনরী বীজলে অমদি এগ্নি মেরিয়া অনীগী মচানি। মনাউ নিপা অমা আমেরিকাদা লৈ। ছুটি ফংবদগী মহাক্কী মনাক্তা কোয়বা লাকখিবনি। সেকেন্দ ক্লাসগী টিকেট নং ২৪৮৬৯৮ কক্লগা কেবিন নং দি ৫৬তা তোংলগা লাকখি। বোট নং ১৩ দা নুপী অঙাং কাখৎপা লোইগ্রে। লাইটোল্লরনা হংলকইঃ নুপী কনা কনা লৈরিবগে? হি অদুদা মী খর তোংবা য়াখিগনি। হি মনাক্তা লেপ্লগা লৈরিবা বীজলেনা খুল্লকইঃ কনা অমত্তা লৈত্রে। হিহোনবদুনা হায়রকইঃ অদুদি নহাক হিদা চোংথরকউ। বীজলে হরাওমনখিদুনা খুদক্তা চোংথখি। মীনা হায়নৈ মশীং ১৩ হায়বসি অফবা মশীং নত্তে। লাইবক থীবা মশীংনি। হিদা তোংলিবশিংগী মরক্তসু হায়নরকইঃ ঐখোয়না তোংলিবা হি অসি নম্বর ১৩নি। ঐখোয়সে লাইবক কয়া ফগনি থাজদে। বীজলেনা হায়ঃ নখোয়না খল্লিবা ৱাখলদু অরানবনি। ঙসিগী থোক্লিবা শাথীরবা অকিবা ফংলবা থৌদোক অসিদগী হি অসিনা পুবীরক্তুনা নখোয়গী থৱায়শিংদু কনবীরবা নত্ত্রা? ঐখোয়গী ওইনদি হি নং ১৩ হায়বসি খ্বাইদগী ফরবা হিনি। খ্বাইদগী ফরবা মশীংনি। হি হোল্লিবা মী অদুমক ময়াম্না ঙাওনরিবদু তাবদা ৱাখল মম্বরগা লৈরম্লিবনি। মহাক হি হোনবা লেপ্পুরবনি। বীজলেগী ৱাদু তাবদা অনৌবা থৌনা অমা লাক্পগুম তৌই। হিদু অমুক হন্ন কন্ন হোনবা হৌরকখি।

বীজলে অচম্বা মী নত্তে। টাইটানিক্কী মরমদা লাইরিক অমা ইরগা শোক ১৯১৩ দা ফোংই। মশাগী চহী ৮৯ শুরকপা শোক ১৯৬৭ তা লৈখিদে।

২। জুয়ারৱালা দোক ওরেন অমদি কাদ হোমর কৌবা মখোয় অনীদি নুপীগী ফি শেৎলগা হিদা তোংবা ঙম্নকখি। টাইটানিক্লা লুপখিবা য়াবগী অকিবা লৈরবা মতম ফাউবদা নিপা অমগা জুৱার কন্না শান্নরি। মখোয়গী অনীংবদি জুৱারদা নম্থাক তৌরগা ওইরবসু যেশা উপায়না পৈসা লৌহৌদবা য়াদে হায়বা মীতাদুনি। আটলান্টিক্কী খোঙচৎ কয়াদা জুৱার শান্নরক্লিবা মী ঙাক্তনি। মখোয় সাউথমটোন্দগী তোংলকখিবনি। টাইটানিক লুপখিগদৌরে হায়বা খঙলকপদগী মখোয় অনী নুপী শারগা মখাদা থাদগদবগী থৌরাং লোইরবা হি অমদা তোংলকখি। হিদু সমুদ্রগী ঈপাক য়ৌরক্লবা মতমদা মখোয়না শেৎলম্বা নুপীগী ফিশিংদু লংখোরকখি। মখোয় অনীদু মথৌনা লৈবজাংনি। নৌ পায়দুনা হি

হোনবগী মতেং পাংলকখি। মখোয় অনীগী মতৌদুদা হি হোনবদা নত্তনা হিদা তোংলিবশিংদু য়াম্না হরাউজখি।

৩। উপায় অমদগী হিংবা ওমহৌরবনি হায়না নুংঙাইবা পোক্লবসু শেংলিবা ফিশিংদু ফিবম অমা চাদনা ময়ুম য়ৌখি। মখোয় অহম্নি। খবরগী কাংবুনা পাউ অসি ফোংদোরকপদগী খঙনরকখিবনি। মরু ওইনা নুপী লৈশাবী অনীগী ফিবম উবদা য়াম্না পেন্নখিদে। মখোয় অনীদুগী মমিং এম্নি মেক গাউন অমদি মাগী মমান্নবী এম্নি কেটে কল্পী কৌই। হিংনবা হোৎনরকপদা ফিগী য়াখল খনখিদে। মখোয়না পুক্লরকপা ফি ময়াম অদুদি সমুদ্রগী ঈরোম্নুংদা লুপখ্রবনি। মখোয়না নিউ য়োর্ক্তা থুংলবা মতমদা মেক গাউন মতম শাংনা থা খর হোস্পিটালদা লায়েংখি। অনাবা ফরক্লবদা ময়ুমদা হনখি। নিউ য়োর্ক্তগী চিকাগো তানা চৎকদবা ট্রেনগী শাংলবা খোঙচৎনি। মখোয়না শেংলিবা ফি হায়ববু নাইটগাউন অমদি কোট অমনি। ফিনুংগী শিজিন্নবা দরকার ওইবা অমত্তা লৈজখিদে । তোংলিবা খোঙউপ অদুসু অমনবনি। মখোয় ইকাইবা পোকখিদে। নাত্তে চাদবা ফিশিংদু শেংলগা ট্রেন তোংখি।

৪। কেটে বুস হিংহৌবশিংগী মরক্তা য়াওবদগী সান দিয়েগোদা লাকখি। মে ১১, ১৯১২ দা সামুয়েলগা লুহোংই। মখোয়না পোকচবা মচা নুপীদু লিলিয়ান কারতর হায়না থোক্নে। শোক ১৯৫৩দা মপুরোইবা লৈখিদে। মহাক্কী পুন্সিদা টাইটানিক পনবা য়াখিদে। হরাও তয়াম্না কনাগুম্বগা ৱারী শান্নরিঙৈদা টাইটানিক পল্লকপা থোক্লবদি মহাক থীংবা ওমদ্রবা পী খঙহৌদনা শিন্থরক্লনি। টাইটনিক পনবা য়াদবা মী হায়বদু ওইখি। মশাগী চহী ৯৬ শুরকপদা শোক ১৯৭২দা নোক্সাখি।

৫। ৱিলিয়ম থোমসন স্লোপর কৌবা নিপাদু নুমিদাংৱাইমদগী হৌনা দোর্থী জিবস কৌবী সিনেমা কুন্থীদুগা ব্রিজ শান্নমিন্নরকখি। ফ্রেদ সেৱার্দ অমদি মখোয়গী মরুপ অমসু য়াওনা নুংঙাইনা শান্নরম্বদগী টাইটানিক্তা উনগী চীংদা থেংজিল্লে খঙবদগী ব্রিজ শান্নবদু তোকখি। মখোয় লোয়নমক হি নং ৭ লৈরিবা মফমদু তানা লাকখি। লাইবক ফবদগী জিবসনগা লোয়ননা হিদুদা তোংবা ফংখি। নিউ য়োর্ক য়ৌরকপদা নিউ য়োর্ক হেরালদ কৌবা খবরনা স্লোপরগী মরমদা অঙকপা পাউ অমা ফোংলকখিঃ স্লোপর নুপী শারগা হিদা তোংলকখিবনি।

স্লোপর দিসেম্বর ১৩, ১৮৮৩দা কোন্নেক্তিকটকী নিউ ব্রিটিয়ান্দা পোকখিবনি। মপানা নিউ ব্রটিয়ান নেসনেল বেঙ্ককী প্রসিদেন্টনি। ছুটি ফংদুনা য়ুরোপ কোইরুরগা হল্লকপনি। মাউরিটানিয়া জহাজদা তোংগনি তৌরম্বদগী ফোর্চুনগী ইমুং মনুং থেংনবদগী টাইটানিক তোংলগা লাকখিবনি। খবরগী পাউ অদুনা স্লোপরগী ইজৎ য়াম্না শোকহনখি। অরানবা পাউ ফোংবগীদমক কেশ তৌগদবগী শেম শাই অদুবু মাগী ইমুং মনুং অমদি মরুপ মপুংশিংনা খামজিনবদগী তোকখিবনি।

৬। টাইটাইনিক্কী ৱারী লিজরগা নুংঙাইজবা মী অমা হায়রগদি মেরিওন রাইটনি। মহাক্না খ্বাইদগী নুংঙাইজখিবগী মরম অমা লৈ। মহাক আর্থর বুলকোটগা লুহোংবগী মতম এপ্রিল ২০, ১৯১২দা লেপ্লরগা লৈরবনি। মহাক শিরল্লগদ্রা হায়না ময়ায়া মীপায়নখি। শিরম্বা তারবদি লুহোংবা কায়গদৌরিবনি। অকিবা তুজুংবা পোক্লবা এপ্রিল ১৪/১৫ গী থৌদোক্না মাগী লুহোংবা কায়হনখিদে। মসিদনি মহাক্না নুঙাইজরিবা। লুহোংলবা মতুংদা ওরেগোনগী কোটেজ গ্রোভদা লৈখি। টাইটানিক কায়রগা সমুদ্রদা লুপখিবগী নিংশিং কুমওন পালন চহী খুদিংগী তৌদুনা লাক্লি। অদুগুম্বা কুমওন লাকপদা মহাক হরাওজে। মেরিওন শোক ১৯৬৫দা লৈখিদে।

৭। কার্দেজা কৌবী নুপী অদুনা হায়বদা নিপা অনীখক হিহোনবা শারগা হিদা তোংলকখি। য়ুনিফোর্ম শেংলবনিনা হিহোনবা অমনা তৌগদবা মখৌদু তৌই। কারপাথিয়াগী ফম্বাক য়ৌরকপদা মমিং ইখংলকপদা খঙনরকখিঃ মখোয় অনিদু নুপী শারগা চংপগী মহত্তা হিহোনবা শারগা লাকখিবনি।

৮। ৱিন্নী ট্রাউট টাইটানিক্কী থৌদোক নংহৌরবীনি হায়দুনা তুমিন্না খক লৈখিদে। থৌদোক অদুগী মতুংদা ব্রেভরলী হীলসদা লৈবম্বদগী খাথংবা কালিফোর্নিয়াদা লৈখি। ব্রেভরলীদা লৈরিঙৈদা তল হৌবা নিপা অমদা অহানবা ময়ুম পাল্লি। মমৈথঙদা মপুরোইবা অহম শুরকখি। মথং-মথং য়ুম হোংলকপনা মমৈথঙদা হেরমোশা বীচদা লৈখি। এপ্রিল ১৪/১৫ লাকপা খুদিংগী হেরমোসা বীচদা টাইটানিক নীংশিংবগী পালন তৌগনি। মী য়াম্না তিল্লবসু মহাক্না নীংশিংজবা ৱারী লীগনি। মদুনা মাগী পেঙ্গবা ওইখি। চহী ১০০ য়ৌনা পুন্সিরল্লগা শোক ১৯৮৪দা নোক্লাখি।

৯। চহী ৫০ শুরবী আন ইলিজাবেট ইসাম হায়বী নুপীদু মহাক্কী নুংশিনা তৌজবা হুইগা কায়নবা ঙমদবদগী সমুদ্রগী ঈরোল্লুংদা লুপমিন্নখি। আন চহী য়ামজরবসু ময়ুম পানখিদবী নুপীনি। মহাক্না টাইটানিক্কী খোঙচং অসিদা মানা য়াম্না নুংশিজবা হুই মমিংনা গ্রেট দেন কৌবা অমা লোয়নরকখি। হুইদু য়াম্না চাউই। অচৌবা হুইনিনা তোঙানবা শারংদা থম্মী মিংকুপ খুদিংগী হুইদুগী মনাক্তা চংকনি। করি ৱাংলিবগে য়েংশিনগনি। টাইটানিক লুপখিবা য়াবগী অকিবা লৈরক্লবদা মীপুম খুদিংমক হিদা তোংহৌগদবগী হোংরকখি। মতমদুদা মহাক হুইদু লোয়নরগা হিদা পুল্লা চংমিন্নবা পামখি। অচৌবা হুই ওইবনিনা কনা অমত্তনা য়াবীখিদে। উপায় লৈতবদগী অরোইবা মিংকুপ ফাউবা হুইদু কোল্লগা লৈখি। টাইটানিক লুপল্লবা মতুংদা অশিবা থল্লায় য়াওদ্রবা হকচাং ময়াম মোকে-বেনেটনা লৌখংপা লাকপদা নুপী অমনা চাউরবা হুই অমা কোল্লগা লৈরম্বা থেংরকখি। নুপী অদু আন অদুগা হুই অদুনা গ্রেট দেননি হায়বা খঙনরকখি।

১০। মচিন কনবী ঙাঙনবা ঙমদবী অমা হায়বা তারগদি কোনগী মনুংচনবা দরবীদগী লাকখিবা মিস্টেস পাউল স্কার্বটনি। মপা মপু জর্মনদগী হৌরকখিবনি।

চহী ৩৫ শুরবী মচা অনী লৈরবনি। ইস্মা হায়রগসু খণ্ডনৈ। পাউল স্কার্বর্টদা ময়ুম পানখিবদগী ইস্মা হায়না কৌনখিদ্রে। মহাক্কী খোঙচং অসিদা মচা অনী অমদি মপুরোইবা য়াওরকখিদে। মতমদুদা মপুরোইবা স্কার্বর্ট কালিফোর্নিয়াদা লৈ। মাগা লোকমিন্নবা মনাওনিপা ফিলিপ ইদমেন্দ মোক লোয়নরকখি। ফার্স্ট ক্লাসকি কেবিন সি ২৮দা তোংলকখিবনি। টিকেট নং ১৩২৩৬নি। টাইটানিক লুপ্রমদায়দা মখোয়না তোংলখিবসি হি নং ১১নি। হি অসি মী ৬৫খক তোংবা য়াবা য়াই অদুবু মী ৭০ তোংলকখি। মসিগী মমাংদা মখোয় অতোপ্পা হি অমদা তোংখৎকদবগী হোৎনখি। হিদা কাখৎলকপদা মহাক্কী মখা ফিলিপ তোংবা য়ারোই হায়না খীংলকখি। মহাক্না কয়ারক হন্না চংমিন্নজগে হায়বদা ওফিসারশিংদুনা য়ারকখিদে। মহাক নীংবা কায়রদুনা তুমিন্না লেপ্লগা লৈখি। মহক্না তৌরিবা মতৌদুদা ইস্নেনা হায়, "হিদা তোংহনদবা তারবদি করি তৌগনি?" পাউলনা খুমলকখি, "করি তৌগনি। ইনাওনিপাগা ঐগা পুন্না লৈহৌবা তাবনি।" মখোয়না তোংগে তৌরম্বা হিদু মখাদা থাদম্লবনি। উপায় লৈত্রবনিনা দেক্তা মখোয় অনী হনগৎ হন্দা চৎলগা লৈরকই। মতমদুদা সীমেন অমনা হায়রকইঃ অতোপ্পা হি অমা থাদগদবগী থৌরাং লৈরবনি। মাদু তাবদা পাউলনা ফিলিপ লোয়নরগা হি লৈরিবদু তানা লাকই। হি থাদবগী মতম য়ৌরক্লবদা সীমেন খর হিদু হোনগদগী কাখৎলকখি। মতমদুদা স্কার্বর্টনা মাগী মখা ফিলিপ তোংহনবা য়াম্রবদি নখোয়সু তোংবা য়ারোই হায়না মরৈ য়েংলগে খল্লকখি। মরমদি মখোয় নিপা ভাক্তনি। হিদুদা তোংবা য়াবা নুপী লৈত্রবদা অরোইবা ওইনা হায়রগা য়েংই, "নুপী তোংনবা লৈত্রবনিনা ফিলিপ তোংহনবা য়ারবরা?" ওফিসারদু মখা তানা অখীংবা পীরকখিদ্রে। মরমদি হিদুদা অহাংবা সিট খর লৈ। মমৈথঙদা মহাক্না ঙমদুনা অশিবগী খয়াংতগী ফিলিপ কনবা ঙমখি। অমরোমদা মহাক কনাগুম্বনা থৌনা ফবীনি হায়না শিংথাবী। মহাক এপ্রিল ১৮, ১৯৬১দা লৈখিদে।

১১। ই, জে, টায়লর কৌবা ফিলাদেলফিয়াদা লৈবা নিপাদু টাইটানিক লুপথখিগদবা মিনিট অহমদা ভায়রবা মতমদা ঈশিংদা চোংথরকখি। মহাক অমুক হন্না কংফাল য়ৌরক্লনি হায়বা থাজখিদে। মসিদা চোংথরগা শোয়দনা থৱায় হিংলগনি হায়বগী আশাদা তৌখিবা নত্তে। উপায় লৈরক্লবদা তৌখিবনি। মহাক্না ঈরোইরগা লাকপদা হি অমা থেংনবদগী মদুদা তোংলিবশিংদুনা হিথক্তা চিংখৎপিবদগী অশিবদগী নাম্বোকপা ঙমহৌবনি। লাইবক ফবা মী হায়বদু ওইখি।

১২। শিহৌদ্রবশিংনা হায়নৈঃ টাইটানিক্কী ওফিসারশিংনা নুপী অঙাংখক্তা হিদা তোংগদবনি হায়বা অকনবা য়াথং তৌরকপদা শিরগনি খঙলবা নিপা খরনা অকিবা পোক্তনা হিদা তোংগদবগী হোৎনরকখি। মদুবু কন্ট্রোল তৌনবগীদমক নোংমৈ কাপখি। কাপ্লিবা নোংমৈদু যাত্রিকশিংদা নত্তে। অহাংবা অতিয়াদনি। অদুবু

ব্রাইটোন কৌবা নিপা অমনা হায়রকপগী মতুং ইন্নদি স্টেবার্ড অমনা নোংমৈ কাপ্পদা থার্ড ক্লাসদা তোংলকপা নিপা অমা শিখি। থৌদোক্তু থোক্লিঙৈদা হেনরী বি, হেরিজ কৌবা থিয়েত্রিকেল মেনেজরদুনা মাগী নুপীগা হিদা তোংগদবগী হোৎনরকখি। মদুদা সেকেন্দ ওফিসারনা য়াখিদে। থার্ড ক্লাস যাত্রিক অদুনা হিদা কাখৎকদবগী কন্না হোৎনরকখি। মদুদা স্টেবার্ডদুনা খঙহৌদনা নোংমৈ কাপ্লকপদা খুদক্তা শিখিবনি।

১৩। মিস্ট্রেস ইলিজাবেথ দাইক কৌবী কোনগী মনুংদা লৈবা রেস্টহাভানদগী লাকখিবী নুপীদু অঙকপনা থনখি। মহাক নৌনা লুখ্রাবী ওইরবীশিংগী মনুংদা অমনি। মপুরোইবা কায়নবগী মৈশা ফংলিঙৈ মরক্তা অঙকপা থৌদোক অসি থোকখিবনি। মহাক্লা হিদা তোংখৎলমদায়দা এদোলফগা দেক্তা উন্নে। এদোলফনা মঙোন্দা খাও মচা অমা শিন্নরকই। খাওদুদা য়াওরিবদু সনাগী ঘড়ী অনী, দাইমন্দগী খুদোপ অনী, সেপফিয়ারগী লিক্লাং অমা, অমদি ক্রাউন চনীনি। মদু মঙোন্দা শিন্নরকপা মতমদা হায়রম্মী, "ঐদি হি অসিদা চৎপা য়ারোই। অদুবু ঐ হিংনবা উপায় থীরগা লাক্লবা হোৎনগে।" মহাক্লা মসি হায়জরগসু মিকুপ অদুদা উন্নখিবদুনা পুন্সিগী অরোইবনি। মহাক খাও মচাদু য়াম্না চেকশিন্না পায়রগা লাকখি। কারপাথিয়াগী ফম্বাক্তা লৈরবা মতমদা মপুরোইবা কায়নরবনি হায়বগী ৱাখলদা ফুম্বংননা ফন্নগা লৈ। খাওদু হৌজিক্সু চেকশিন্না পায়রি। মতমসিদা নিপা অমা চংশিল্লক্লগা মখুত্তগী খাওদু মুন্নগা দেক মথক্তা খঙহৌদনা লংথোকখি। মহাক অঙকপা অমগা লোয়ননা য়েংথোকখিবদা খাওদুসু নিপাদুসু উবা ফংখিদে। মসিগী থৌদোক অসিনি মহাক্লা কাউবা ঙমদনা নীংশিংলিবা!

১৪। বুনাব টোংলিন কৌবা সুইদেন মচা অমনা অঙকপা ঙাক্তা থেংনখিবগী পাউ ময়ামদা তমই। মহাক্লা হিদা তোংখৎত্রিঙৈ মমাঙদা শারে হৌবী নুপী অনী জ্ঞান তাদনা লৈরম্বা থেংনখি। নুপী অনীদু মহাক্লা থেংনবমদবা থোক্লবদি

সমুদ্রগী ঈরোম্মুংদা টাইটানিক্কা লোয়ননা লুপমিন্নরমগনি। মহাক্লা মথোয় অনীদু হিদা তোংহনখি। মদুগী মতুং ইকুই কুইদনা মহাক্লা দেক মথক্তা লেপ্লগা লৈরিঙৈদা কপ্পগী থোজ্রেল অমা খঙহৌদনা তারকখি। মহাক্লা থোজ্রেল লাক্লিবদু মথক্তগীনি হায়বা খঙবদগী য়েংখৎখিবদা নুপী অমা লেপ্লগা লৈবা উই। নুপীদু মখুৎনা অঙাং মচা অমা কোম্লি। অঙাং অদু খঙহৌদনা মখাদা থাদরকখি। টোংলিন্না য়াম্না হৈ-শিংনা অঙাংদু ওকই। হিদা লৈরিবা নুপী অমদা অঙাং অদু পীশিনখি। অঙাংদু মতুংদা করি ওইরম্রবনো মহাক খঙখিদ্রে মরমদি মহাক অতোপ্পা হিদা লাকখি।

১৫। ইটালিগী এরিকগাবোদগী লাকখিবা ইমাইল পোর্টালুপিনা হিংলকখিবসি ময়ামগা মান্নখিদে। মহাক সেকেন্দ ক্লাস যাত্রিক ওইনা লাকখিবনি। মহাক বোইলরশিংদুগী মরক্তা অমা পোকখায়বা হৌরকপা মতমদা তুম্নুবদগী মিৎকপ

থোরকখি। মহাক য়াম্না ফিংনা দেক্তা চেম্বোরকই। লাইফ প্রেজাভর অমনা মশা পুম্বা য়োমশিল্লগা সমুদ্রদা চোংথরকখি। মনাক্তা ভাউরগা লৈরিবা চাউরবা উন মচেং অমথক কোল্লগা লৈরকখি। মমৈথঙদা হি অমথক্লা মহাক্লা লৈরিবা ফিবমদু উরকপদগী কনবীখি।

১৬। চহী ৭ শুরবী নুপী মচা অমনা টাইটানিক্লা লুপথিবদা মহাক্লা য়াম্না পামজনা লোয়নরকখিবা টেদী বীয়ার অমদি লাইথি অনী মাঙখিবগীদমক থরায় তানা কপচে। মপা শিখিবগীদমক খোয়না খল্লুদে। মমাদুদি মহাক নৌনা লুপ্রাবীশিংদা চল্লবনি খনবদগী হিক্ক-হিক্কা কপ্পি। মহাক ৱাখলনা অঙাওবী অমগা মান্নরকই মরমদি ইংলেন্দগী য়ুমদু য়োম্বোকখ্রবনি। হৌজিক মখোয় কদায়দা লৈগদৌরি? নুপী মচাদু অতে অমা নত্তে ইভানি। লুপ্রাবী ওইরবী অসিনা ইস্টর হার্টনি। মখোয় ইংলেন্দগী ইসেক্সদা লৈবা ইলফোর্দদা লৈরম্বনি। ইংখোল য়োল্লগা আমেরিকাদা লৈগদবগী লাকখিবনি। মপুরোইবা হার্টপী ফুরিংখাওদা পৈশা পুম্নমক য়াওখিবদগী মহাক্লা শিবদা লোইনগ্রে। নিউ য়োর্ক্তা থুংবা মতমদা পায় অমগী মপু ওইবা ঙমদ্রবনিনা য়াম্না ৱানা খাঙখি। মহাকী লাইবক ফবা হায়রবু মনাও নুপী অমা নিউ য়োর্ক্তা লৈবনিনা মাগী মত্তেংদগী ৱিনিপেগতা য়ুম শারগা লৈখি।

১৭। হি নম্বর ১২দা তোংখিবা নুপীশিংদু ফি অথাবা অমত্তা শিজিন্নদে। রোব হায়রগা খঙনবা ফি অপাবনা শেম্বা অকোম্বা ফিজেৎ, ফর্জ, নুমিদাংৱাইরমদা শেংনবা গাউন খরদুনি মখোয়না শেংলিবা। অহিংদুদা অকনবা নুংশিং শিংত্রবসু উন য়াওনা শিংলকপনিনা হায়নিঙায় লৈতনা ঈংই। পিক্কিবী নুপী মচা ইমিলী কৌবী অমদি অঈংবদু খাঙবা ঙমদ্রদুনা লাউরকই, "ও, মমা, মমা, ঐ ঈংবনা শিগদৌরে মমা, মমা!" মমাদু উপায় লৈখিদে। মচাবু লুমহনবা ঙমখিদে। অহিং অদু মচা কোল্লগা লৈরকই। কারপাথিয়াগী মথক য়ৌরকপদা মমাদু জ্ঞান তাদনা ৱাম্বরকখি। কেপ্টেন রোস্ট্রোমনা কন্না হোংনবীরমদ্রবদি মমা-মচাগী পুন্সি লোইরমগনি।

১৮। মিস্ট্রেস জর্জ এন, স্টোন মীনা হায়বদা থাজরম্লবদি মহাক সংসারসিদা লৈরম্লরোই। মঙোন্দা কনাগুম্বা অমত্তনা টাইটানিক য়াম্না খুদোংথীবা ফিবমদা লৈরে হায়বসি তাকপীরকখিদে। মী ময়াম লাংনরকপদুদা মহাক মপান থোরক্লগা হংই, "করি থৌদোক লৈরবগে?" মী অমনা হায়রকই, "করিসু লৈতবা মরমগীনি। নুংঙাইনা তুম্নুবনা হেল্লা ফগনি।" মহাক চংশিন্দুনা ফমুংদা হিপই। তুমশিনবদি য়াদে। মহাক্লা করিগুম্বা তুমথখিবা থোক্রম্লবদি অশিবগী খয়াংত্তা শোয়দনা তারমগনি। উচিনা লাং মনুংদা লৈরগা শিবদুগা মান্নরমগনি। মহাক কংশি খিংকসু তাখিদে। তুম্বা য়াদ্রবনিনা মপান্দা অমুক থোরকই। ইয়াং অমা উরকপদগী হি লৈরিবা মকমদুদা লাকখি। লৈরম্লিবা হিদু নম্বর ১নি। মনুংদা মী ১৩

তোংলগা লৈরম্রি। মদুমক থেংনরমদ্রবদি মহাক শিরমগনি। করিগুম্বা মতমদা নীংশিংলত্তুনা মসিগী রাখল হেক খল্লুবদা মশা পুল্লমক তু চুংলকই।

১৯। যুলিয়স সোপ কৌবা বেলজিয়ান মচাদু হিংলমগদ্রা নল্লগা শিল্লবরা খল্লুবদা আমেরিকান নুপী অমনা য়াম্না রাজখি। যুলিয়স আমেরিকাদা লৈব্লুরগনি হায়বগী আশাদা বেলজিয়মদগী লাকখিবনি। মহাক শিনিংদবদগী নিয়ম থুগায়রগা হিদা তোংগদবগী কন্না হোৎনরকখি। নিয়মগী রাংমদা থবক তৌবগীদমক মঙোন্দা টাইটানিক্কী ওফিসারনা রিভোলভর লৌখোল্লগা অনীরক কাপকদবগী তৌখি। অহানবদা মহাক অকিবা লৈতনা হিদা কাখৎনবা হোৎনরিঙৈদা ওফিসারদুনা রিভোলভর শৎলগা কাপকনি কিহনখি। মহাক মদুদা খোঙফম খর হন্দোকখি। অনীরকশুবদা মহাক ক্রেফ মচা অমা লৈরিবদুদা অমুক্ত কাখৎনবা হোৎনরকখি। ওফিসারদুনা মহাক্লা তৌরিবদু উবদা রিভোলভরদুনা কাপকদবগী অমুক্ত তৌরকখি। অদুবু ময়ামগী নিল-খোঙবদুনা নোংমৈ কাপ্পগী মখোলমক্তি তাখিদে। মহাক্লা হন্না য়েংখিবদা মরাইবক থীরবা যুলিয়স সোপগী মশক অমুক হন্না উবা ফংখিদে।

২০। টাইটানিক্কী অহানবা সমুদ্রগী খোঙচৎ অসিদা জুরার শান্নবদা ফাউরবা জে, য়েটস য়াউরক্লি। হায়নৈঃ জে য়েটস য়াওবা জুরার ওইরবদি চেকশিনগদবনি। টাইটানিক্কী খোঙচৎ অসিগী মতুংদদি মীয়াম্না জুরার শান্নফমদা জে অমুক হন্ন উবা ফংখিদ্রে। তমথীরবা থৌদোক অদুদা টাইটানিক্লা জেবুসু লোয়নবীদ্রে। কনাগুম্বশিংনা থল্লায় হিংনবা কন্না হোৎনখি। অদুবু জে মায়থোংদা অরাবা মমি কয়া তাখিদে। নুপী অঙাং কয়ানা হিদা তোংগদবগী হোৎনরিঙৈ মতমনি। মহাক মাগী এপোইন্টমেন্ট বুক্তগী চেনা অমা শেৎলগা ইবা হৌরকই অদুগা লোইশিল্লকপদা মী অতোপ্পনা খঙনবা মীং এলাইজদা সহি তৌইঃ "চিঠি অসি মাঙখিদবা তারবদি ঐগী ইচল ওহিওগী ফিন্দলেদা লৈবা মিস্ট্রেস ই, জে, আদামদা পীবীউ। মফম খংদনা লৈরবা। জে, ঐইচ, রোজর্স"। চিঠি অসি ইবা হেক লোইবগা হি লৈরিবদুগী মনাক্তা চংশিল্লি অদুগা হিদা তোংগদবগী তৌরিবা নুপী অমদা পীরম্মী। চিঠি অদু মমৈথংদা মমাগী মখুত্তা য়ৌহনবা ঙমখি। মমাদু সুৎ সুৎ কপ্পগা হায়রকই, "ঈশ্বরনা ঙসিদি মহাক্কী লৈফম অশংবদু খঙহনবীরে। চহী অনীগী মমাংদা মাগী পাউ অমা তাবা ফংখি। পাউ অদুনা খঙহল্লকখি মদুদি মহাক লন্দনদা লৈ।"

২১। নুংশিবদা ঙাউজবা হেনরী সুটেহোল কৌবা চহী ২৫ শুরবা নিপা অমা মাগী নুংশিজরবী রুথ আলকোক কৌবা অমগা টাইটানিকী খোংচং অসিদা য়াওরক্লি। মখোয় অনীসি আমেরিকাদা হেক থুংবগা লুহোংগদৌরিবনি। অস্ট্রেলিদগী লাক্লিবনি। সুটেহোল মাগী মরুপ হাওৱার্দ ইর্বিন কৌবা অমগা অস্ট্রেলিয়াদা থবক শুরগা শেল তানবা শোক ১৯১০দা আমেরিকাদগী অস্ট্রেলিদা লাকখি। মফমদুদা থুংলবা ইকুই কুইদনা সুটেহোল মশক মতৌ ফজবী পার্ল শুটল কৌবী চহী ২১ শুরবা অমগা য়াম্না নুংশিনখি। লাইবক থীবা হায়বদুনি পর্ল শ্বর ফুনগৎপগী লায়নানা নাবদগী শোক ১২১১গী দিসেম্বর থাদা শিখি। নুংশিবা কায়নবগী মৈচাক খাঙদুনা লৈরিঙৈদা রুদ আলকোক কৌবী অমা থেংনবদগী পর্ল কায়নখিবগী মৈচাক কাউহনখি। নুমিৎ চুপ্পা নুংশিবগীদমক ঙাউচংনদুনা লৈবদু মহাক্কী মরুপ ইর্বিন য়াম্না হৈনদে। মমৈথংদা ইর্বিন সুটেহোলগা লৈমিন্নবা পামদবদগী আফ্রিকাদা চৎখি।

কায়নম্লবা মরুপ অনীদু টাইটানিক তোংলদায়দা উন্নখি। নুংঙাইরবা খোঙচং অমগা লোয়ননা লাকখিবনি অদুবু টাইটানিক্কী তমথীববা থৌদোক অদুনা সুটেহোল অমদি রুদ অনীগী আশা কায়হনখি। সুটেহোলনা মাগীদমক ঙাউজখিবদু নীংশিংলুরগা রুথ তুংগী লেমহৌরিবা পুক্নিদা ফজবা ফি শেংখিদে। অমুবা ফিজোল শেংখি।

২২। দেনিয়েল বক্লে কৌবা চহী ১৯ বোম শুরবা থার্দ ক্লাসতা তোংলকখিবা নিপাদু নুপী শারগা হি নং ১৪দা তোংলকখি। কো কোর্কগী বাল্লীদেসমোন্দ কৌবা মফমদগী লাকখিবা আইরিসনি। মাগী মতৌদুদা এপলটোন্না নুংশিরক্লুনা মাগী শালনা কুপশিনবী। এপলটোন বক্লেনা তোংলখিবা হিদুদা তোংলকখিদে। মহাক্না তোংলখিবা হিদা নীংবা কায়রবী এস্টোরগী লোয়নবী মেদেলাইন তোংলি। মহাক করিগুম্বা ওফিসারনা নিপানি খঙখিবা থোক্লবদি হিংনবগী উপায় লৈত্রবনি। মহাক্কী মতৌদু উবদা মেদেলাইন মানা ইল্লিবা সাল অদু লৌথোক্লগা বক্লেগী মকোক্তা কুল্লীরকপদগী ওফিসারগী মখুত্তগী কনবা ঙমখি। নুপী শারগা হিংবা ঙমহৌরবসু চহী ৬কী মতুংদা পৃথ্বী অহানবা লাল্লাও লোইশিনগদবা থা অমখক্তা ঙাইরক্লবা মতমদা জর্মনগী বুলেটনা পানবদা বক্লে লৈখিদে।

২৩। ইমুং মনুংনা পাজদবা নিপাদা থাজরবসু থরায়না খোয়দাজবা নিপাদা লৈজগে হায়বগীদমক লৌসে হোল কৌবা নুপী অমা টাইটানিক

তোংলগা লোন্না চেল্লক্লি। লৌসে হোল য়োর্কসিয়ারগী থীরেক্তা লৈবা সরকারগী অয়াবা লৌরগা য়ু য়োনবা নিপা অমদা লুহোংখি। মহাক মচানিপা অমগা মচানুপী অনী পোক্লবনি। মহাক্লা চেল্লকপসিদা মচানিপা অহল চহী ১১ শুরবা বিল কৌবদু লোয়নরকখি। পৈসা হরাল্লগা চেল্লকইবনি। পৈসা হরানবদু বিল খঙই অদুবু মমানা হায়দোক্কনু হায়। বিল হায়দোকখিদে। টাইটানিক্লা উনগী চীংদা থেংজিনবা মতমদা বিল নুংঙাইনা তুম্লি। টাইটানিক লুপখিবা য়াবগী অকিবা লৈরপদগী মচা হৌদোক্লগা লৌসেনা ফি শেংচিনবী অদুগা দেক তানা পুরক্লি। বিল হিদা তোংবা ফংখিবদু অঙাং ওইবনিনা ভাব তাবা ঙমখিদে। অঙকপা হায়বদুনি হিদুদা মমা য়াওরমদে। অমুক হন্না মমাগী মশক উবা ফংখিদে। নিউ য়োর্ক য়ৌরকপা মতমদা মাগী অশেংবা ৱারীদু খঙবদগী ময়ুমদা থীনবীরকখি। মপা অমদি মচল অনীগা অমুক হন্না উন্নবা ফংখি।

২৪। গিলবর্ট মিল্লিগান টুকর নীংবা কায়রবা নিপা অমনি। মহাক্লা য়ান্না নুংশিজবা নুপী লৌজবা ফংখিদে। মহাক্লা টাইটানিক্তা তোংলকখিবা মতমদা মশাগী চহী ৩১ শুরে। মাবু পোকপা মপাদু লাইরিক ইবা গিলবর্ট মিল্লিগান টুকর হায়বদুনি। ইমুং-মনুং মচল য়াওনা য়ুরোপ কোইরুবদগী নিউ য়োর্ক তানা লাক্লিবনি। ফার্স্ট ক্লাসতা তোংলকই। লাইবক ফবা হায়গদ্রা মার্গারেট হেজগা শকখঙনবগী তঞ্জা ফংখি। হেজ মাগী মমান্নবী ওলিভ আর্নসো অমদি লিলী পোটরগা লোয়নরগা লাকখিবনি। হেজগা শকখঙনখিবা নুমিত্তগী নুপী অহমদুগী মতেং পাংই। টুকরনা হেজবু উবদা হায়নঙাই লৈতনা নুংশিখি। টাইটানিক লুপ্পমদাই য়ৌরক্লবা ফাওবদা মশাগী খনখিদে। হেজ অমদি মমান্নবী অনীদু য়াওনা হিদা তোংহন্নবা হোৎনখি। মখোয় পুন্না হি নং ৭তা তোংলকপদগী তেক্তা কায়দনা নিউ য়োর্ক্তা থুংবা ঙমখি। পুক্লিংগী অপাম্বদু হেজ য়ৌনা ফোংদোকপা ঙমহৌদে। হেজ দা: চার্লস ইস্টোনগা শোক ১৯১৩দা লুহোংখি। মহাক নীংবা কায়রগা লৈহৌই। ময়ুম পাল্লরোইদ্রা খল্লম্বনি অদুবু মশাগী চহী ৪১শুরকপদা মিদ্রেদ পেনরোজ কৌবী চহী ৩৬ শুরবী অমগা শোক ১৯২২দা লুহোংখি। টুকর চহী ৮৭ পুল্লিরম্মী অদুগা মিদ্রেদনা চহী ৯৪ পুল্লিরন্নগা শিখি।

# টাইটানিক্কী ফত্ত-খুদমশিং

১। টাইটানক্লা ঈশিংদা অহানবা তাউহনবা নুমিত্তা চেম্পেইন য়ু লিক্লি থুগায়খিদে। মসি ফত্তবা খুদম্নি। নুমিৎ অদুদা মী অমসু শিখি। ঙাঙনরকখিঃ অফবা থক ওইরোই। মতুং তারপদা ঙাংনরকখিঃ টাইটানিক হায়বা মমিং অসিমক শাপ লৈরবা মমিংনি। মাগী খোঙচং হৌরকপা মতমদা করি থৌদোক থোকপগে য়েংউ।

২। টাইটানিক্কী খোঙচং হৌখিবা নুমিৎ অদু এপ্রিল ১০, ১৯১২গী অয়ুক পুং ৮ তাবদা ব্রাটর্লুদগী সাউথমটোনগীদমক থাদোকখি। পুং ১২ মিনিট ১৫ তারকপদা হুইশল অহন্নক পীদুনা সাউথমটোন্দগী নিউ য়োর্ক য়ৌবগী খোঙচং হৌরকখি। খোঙচং হৌন্নবা মিনিট ৫গী মতুংদা নিউ য়োর্ক হায়না খঙনবা আমেরিকাগী স্লাইদগী ফজরবা জহাজনি হায়বদুগা থেংজিন্নগে তৌখি। অউবশিংনা ঙানরকখিঃ ফত্তবা খুদম্নি। খোঙচং অসি কয়া ফগদবা মান্দে। মথংগী নুমিৎ হায়বদি এপ্রিল ১১ শগোলশেন নুমিৎকী পুং ১৩.৫৫ তারকপদা কুইন্সটাউন থোদোকখি। মদু থাদোক্লমদাইদা হৌদোং অমা পিক্লিবা মচা অমা চেন্নগা খঙহৌদা চেথোরকখি। মদু স্টোকর অমনা উহৌই। মসি য়াম্না ফত্তবা খুদম্নি হায়না লৌনে। মসিনা তাক্লিবদি খোঙচং অসিদা য়াওবা তারপদি মহাক হিংলরোই হায়বনি। মতমসিদা কয়া চাউদ্রিবা য়েনবা অমা মফম মতম চাদনা য়াম্না হৌনা খোঙলকখি। মসিগুম্বদা কা-হেল্লা থাজবা মীওই খরনা ঙানরকখিঃ য়েন্না মতম চাদনা খোংবসি অফবগী খুদম নত্তে। খোঙচং অসি অফবা ওইরোই।

৩। টাইটানিক্লা ব্রাইথ ইথং লাথোক্লগা লাকপদা সমুদ্র মপান্দা মীয়াম অমনা য়েংদুনা লৈরম্লি। মীয়াম অদুনা য়েংবা পাম্লিবসি অঙকপনা থল্লবা জহাজদুনা সমুদ্রগী পাক্লবা ঈপাক অদুদা চংখিবদুনি। মীয়াম অদুনা হরাউ তয়াম্না মখুৎ হাইর-হাইরদুনা বীদায় পীরক্লি। ময়ামদুগী মনুংদা মিস্ট্রেস মার্সেল কৌবী অমসু মপুরোইবগা লোয়ননা কুস্মে য়েংলি। খঙহৌদনা মার্সেলদু মপুরোইবগী পাথোমদা চেংনা পাইশিল্লগা য়াম্না হৌনা অকিবা অমা য়াউনা লাউরকখি, "জহাজ অসি শোইদনা লুপল্লগনি! শোইদনা লুপম্নিএ। মথোয়শিংসি অমুক্তা কনবীউ! কনবীউ!" মহাক্লা লাউরকপু তাবদা মীয়াম অদুনা ঙাঙনরকখিঃ "মিস্ট্রস মার্সেল ঙাউরেদনা!"

মাগী নুপীগী মতৌ উবদা মিস্টর মার্সেল ঈকাই নুংশি য়াম্নখি। মতুংদা খঙনরকই। মিস্ট্রেসমার্সেলগী মমাদু টাটানিক্কী খোঙচঙা য়াউরি হায়বা।

৪। এপ্রিল ১৪নি। লন্দনগী মফম অমদা মমাংগী নুমিত্তগী অনাবা নুপীমচা অমা দাক্তরনা ফমশেন্নদুনা লৈরক্লি। অনাবদু মমিৎ পাংথোরকখিদবা অমদি জ্ঞান

মাঙখিবদগী বা ঙাঙলকখিবা কুইরবনি। খঙহৌদনা অনাবদু মমিং লাউনা পাংখোরক্লগা য়াম্না হৌনা লাউরকইঃ "য়েংঙউ! য়েংঙউ! জহাজ অচৌবা অমা লুখিগদৌরে।" অনাবদুগী মনাক্তা লৈরিবশিংদু মাগী মতৌদুদা অঙকপা পোক্লখি। দাক্তরনা হায় জান তানা ঙাঙলকখিবা নত্তে। চোয়রোম্নি! নুমিৎ অদুগী অহিংদা টাইটানিক্লা লুপখিবা মতমদুদা নুপীমচাদুসু লৈখিদে। নুপী মচাদুনা লৈখিদ্রবা মতুংদা টাইটানিক লুপখিবগী পাউ তানরকই। মাবু লায়েংখিবা দাক্তরদু মতুংদা নীংবা য়াম্না কায়খি। মরমদি টাইটানিক লুপখিবদা মহাক্কী চান্নরবা মরুপ কেন্দ পার্টিগী লুচিংবা বালেস হার্টলেসু য়াওম্রে। মরুপ অদু মহাক্কদি নুংশিনা "বাম্নী" হায়না কৌজবনি।

৫। খ্বাইদগী ঙক্লা থোকখিবা থৌদোক অমনা টাইটানক্লা উনগী চীংদা থেংজিনবা মতম অদুমক্তা টাইটানিক শাখিবা মফম বেলফাস্টদা ঙাল্লম্বা মৈ খঙহৌদনা মুংখি। করি করম্বা অশোইবা লৈবগীনো খঙনখিদে। মৈ শেন্নরিবশিংদু মকোক ঙাউহনখি। অশোইবা মফম পুথোকপা ঙমখিদে। টাইটানিক্লা সমুদ্রগী ঈরোম্নুংদা লুপথবা লৌইম্নবা মতুংদা বেলফাস্টগী মন্নম্বা মৈ খঙহৌদনা অমুক ঙাম্বোরকখি। মসিদনি মীয়াম্না ঙক্লখিবদু।

৬। টাইটানিক্তা তোংগদবগী শেম শাদুনা লৈরম্বা যাত্রিক ২০ খোঙচত্তা য়াউখিদে। মদুগী মরম হায়ববু হৌখিবা অহিংদা মখোয়না হেক তুমথখিবদা অকিবা ফংলবা মঙ মঙখি। মখোয়গী মঙদা টাইটানিক সমুদ্রগী ঈরোম্নুংদা লুপখিদুনা মী মশিং খঙদনা শিরম্মী। মঙদা কা হেন্না থাজবনিনা মখোয় খোঙৎ অদুদা য়াউরকখিদবনি। মদুগী মমাংদা যাত্রিক ৫০সু চৎলরোই হায়রকখি। মতমদুদা মখোয়না হায়খিবা লৈঃ মখোয়শিংদুগী মরক্তা থরনা অনাবনা মরম ওইদুনা চৎতবনি। মখোয় থর অমনা হায়ঃ থাদোকপা য়াদবা লল্লোনবগা মরী লৈনবা থবক লৈবদগীনি। টাইটানিক্লা লুপল্লবা মতুংদদি মখোয় ৫০দু মহৌশাগা মাম্নদনা অশিংবা শারগা হায়রকইঃ খুদোংথীবা থৌদোক থোক্লগনি খঙবদগী চৎখিদবনি।

৭। টাইটানিক লুপল্লবা কুইরবগী মতুংদা অঙকপা থৌদোক অমা শোক ১৯৭৫দা ইংলেনগী বেদফোর্দতা থোকখি। মফম অদুদা লৈবা ইমুং অমদা টাইটানিক্কী ফিলম য়েংলিঙৈদা থোকখিবা থৌদোক্নি। কুইরবা ফিলম্নি। শোক ১৯৩৫দা নমখিবনি। ফিলম অদু উৎলিঙৈদা টাইটানিক্লা উনগী চীংদা থেংজিনবগী মতাং য়ৌরকপদা অঙকপা ফংলবা উন ময়াম য়ুমদুগী য়ুমথক্তা তারকখি। তৌরিবা মতৌদুদা মীয়াম অঙকপা পোক্লখি।

## টাইটানিক করি তৌবদগী লুপখিবনো?

টাইটানিক লুপপ্রবা মতুংদা মখল কয়াগী ইনক্বারী শেমদুনা থীগৎলকখি। করিগীমক জহাজ অসিনা য়াম্না থুনা লুপখিবনো? মমল য়াম্নবা পুল্সি ১৫১৪ মাঙহনখিবগী মরাল কনানা পুগনি? জহাজ অসি করিদগী খুদোংথীবা তাম্রিবনো? মসি থোক্তনবা থৌরাং লৌখৎহৌদ্রিবা করিগীনো? শাথীরবা থৌদোক অসিগুম্বা অমুক হন্না থোক্তনবা করি থৌরাং লৌখৎকনি হায়বগী মরমদা ইনক্বারী কমিত্তিনা কুম্না খন্নরকখি। টাইটানিক লুপখিবগী মরমদা মখোয়না মঠ কয়া পীনরকখি।

১। **মাসি কেপ্টেন স্মিথগী মরালনিঃ** কেপ্টেন স্মিথনা মাগী অরোইবা থোঙচৎ ওইরগে খল্লবনিনা মিংচৎ থগ্না পামখি। নিউয়োর্কতা হান্না লেপখিবা মতমদগী ঙনখৎনা থুংবা পামই। মরম অদুনা থোঙজেল হন্ববা পামখিদে। উনগী চীং লৈরে হায়বগী পাউ মাগী ক্রিউশিংনা পীরক্লবা ফাওবদা থোঙজেল য়াংনা থৌবা মরম্না উনগী চীংদা থেংজিনবা মতমদা শাথীনা শোকহনখিবনি। অকায়বা মফমদা ঈশিং য়াম্না চংলকপদগী লুপ্নবগী মরম ওইখি।

২। **মাসি জহাজ শাবশিংনা থোকহনখিবনিঃ** টাইটানিক শাবদা ফত্তবা য়োৎপি শিজিন্নখি হায়বসি য়োৎপি খর চাংয়েং তৌবদা খঙলকখি। য়োৎপি ফত্তবনা উনগা থেংনবদা তৎখি। য়োৎপি মপাঙ্গল কনবা ওইরবদি কায়বা ঙম্লম্লোয়। টাইটানিক শাবদা য়োৎপি মিলিয়ন অহম হেন্না চংখি। য়োৎপি মখল অনীনি। নম্বর ৩ অমসুং নম্বর ৪ নি। জহাজ শাবদা ওর্দর তৌখিবসি নম্বর ৩ নি। নম্বর ৩ না 'বেস্ট' হায়রগা খঙনৈ। নম্বর ৪ না 'বেস্ট বেস্ট' কৌই। নম্বব ৩দা স্টীলগী চাং চাদা ৭৩ য়াওই অদুগা নম্বর ৪দা স্টীলগী চাং চাদা ৮০ য়াওই। বোইলর কা নম্বর ৫ অমদি ৬দা শিজিন্নরিবা য়োৎপিশিংদু স্টীলগী ঙাক্তনি।

৩। **মাসি ব্রুস ইস্মেগী মরালনিঃ** হ্বাইট স্টার লাইনগী মেনেজিং দিরেক্টর ব্রুস ইস্মেনা জহাজ অসিদা তোংলমদ্রবদি টাইটানিক লুপ্পমদবা য়ারম্মী। মহাক্না টাইটনিক্না নুমিৎ তরুকনিগী মনুংদা আটলান্টিক লাম্থোক্নগা মাগী পম্মুংফম য়োবা পামখি। মসি ঙম্লবদি মহাক পোকপগী মহৈ য়াম্লবনি খল্লি। নুমিৎ অদুদা অতোপ্পা জহাজশিংদগী উনগী চীং লৈরে হায়বগী পাউ তরুক ফংখি। পুম্নমক মাগী ফুরিংখাওদা হাচিল্লগা লৈখি।

মহাক্না কেপ্টেন স্মিথদা হায়খিঃ হৌজিক ফাওবদি থোঙজেল ফজনা চেল্লি। ঙসিনা মমাঙগী নুমিত্তগী হেন্না ফজহনবা তাবনি। উনগী চীং লৈরে হায়বসি

মঙোল্দা করি অমত্তা খনখিদবগুম তৌই। মাসিনা খুদোংথীবগী অচৌবা মরম ওইখি।

৪। **মাসি থোমাস এন্দ্রিউগী মরাললনিঃ** টাইটানিক শাবদা চাউরবা থৌদাং লৌরকখিবা আর্কিটেক এন্দ্রিউনা কা হেন্না থাজখি মদুদি জহাজ লুপ্পা নাইররোইদবনি। ঈশিং চংবা ঙম্নরোইদবা কম্পার্টমেন্ট তরাতরুক য়াওরি। অদুবু কম্পার্টমেন্টশিংদুনা লৈরিবদু ৱাংবগী চাং ৱাংলি। মাসি ফার্স্ট ক্লাসদা খুদোংচাবা পীবা পান্নগীনি। কম্পার্টমেন্টশিংদুনা ৱাংনা লৈরম্নবদি উনগা থেংজিন্নবদা শাথীনা কায়রম্লোই। কায়বা তারবসু ঈশিং চংবগী চাং হৃহুরমগনি। পুম্নমক আর্কিটেক এন্দ্রিউনা ৱাখল খল্লবা ৱাংপদগী থোকহনখিবনি।

৫। **কেপ্টেন লোর্দগী মরাললনিঃ** কেপ্টেন স্টার্নলে লোর্দ হায়বসি কালিফোর্নিয়ান জহাজগী কেপ্টেন্নি। মহাক্না অহানবদা টাইটানিক্তা উনগী চীং লৈ হায়বগী পাউ পীরকখি। টাইটানিক্না লৈরিবা মফমদুদগী মাইল ১৯ লাপনা খ্বাইদগী নক্না লৈবা জহাজদি কালিফোর্নিয়ান্নি। মখোয়দি উনগী চীং ময়াম লৈরে হায়বা খঙলবনিনা জহাজদু লেপহল্লগা লৈখি। চাউরাক্না পুং ১১.১৫ তাবদা জহাজদুগী রেদিও ওপরেটরনা রেদিও মুথথংলগা তুমখি। মখা তানা পাউ ফাওনবা ঙমখিদে। টাইটনিক শাথীরবা ফিবমদা লৈরক্লবদা কালিফোর্নিয়ান্দা পাউ পী। পুম্নমক অরেম্বা তাখি। মহাক পাউ ফংদুনা চংশিল্লম্বা তারবদি টাইটানিক লুপখ্রবসু যাত্রিকশিং কনবা য়ারম্মী। মহাক্না মসি তৌখিদবসি কেপ্টেন অমগী হৈ-শিংবা ৱাংপগীনি।

৬। **শোগী ৱাথোকঃ** ময়াম অসি খল্লবগী মনুংদা শোগী ৱাথোক অমা লাকখি। ক্রো নেস্টগী শো লৈরম্নবদি টাইটানিক উনগী চীংগা থেংজিনরমদবা য়ারম্বনি। ক্রো নেস্টগী মনুংদা বাইনোকুলার থমই। বাইনোকুলার থম্লিবসি জহাজগী মমাঙদা করি লৈবগে য়েংনবনি। অদুবু বাইনোকুলার থম্লিবা ক্রো নেস্ট অদুদি শো লোল্লগা লৈ। টাইটানিক্কী খোঙচৎ হৌরকপা মতমদা ক্রো নেস্টগী শো য়াওরকখিদে। শো অদুদি ব্লেয়ার কৌবা ওফিসার অমগী ফুরিংখাওদা য়াওরগা লৈহৌরে। মহাক খোঙচৎ অসিদা য়াওখিদে। জহাজগী খোঙচৎ হৌরমদায়দা ওফিসারশিংগী মরক্তা ফম হোংদোক হোংজিন তৌখি। শো পায়রিবা ব্লেয়ারসু ফম হোংদোকখিবদা য়াওখি। মহাক্কা ফম মান্নবা চার্লস লাইটোল্লরগা চার্জ শিন্নবা মতমদা শোদু কাওদুনা পীরমদবনি। মসিনি টাইটানিক্কী দশা তারক্লবগী চাউরবা মরম।

দেবিদ ব্লেয়ার হায়বসি দেবী হায়রগসু খঙনৈ। মতমদুদা মহাক্কী চহী ৩৭ শুরে। মহাক ব্রাউটি ফেরীদগনি। মতম শাংনা হ্বাইট স্টার লাইন্দা বৃটিশ মারচেন্ট সীমেন অমা ওইনা লোয়নরকখিবা নিপা অমনি। অহানবদা মহাক টাইটানিক্কী সেকেন্দ ওফিসার ওইনা হাপখিবনি। মহাক জহাজ অসি বেলফাস্টদা শাবা

হৌরকপদগী চাংয়েং তৌবা ফাওবদা য়াওরক্লবা মীনি। ব্রেয়ার টাইটানিক্কী অহানবা খোঙচৎ অসিদা য়াওগনি হায়না লৈরম্মনি। মহাক এপ্রিল ৩, ১৯১২দা বেলফাস্টদগী সাউথামটোন্দা লাকপদগী হৌনা য়াওরকই। সেকেন্দ ওফিসারনি। এপ্রিল ১০গী খোঙচৎ অসিদা খর হেন্না খঙবা ওফিসার পাম্বদগী হবাইট স্টার লাইনগী জহাজগী মপুনা শিনখিবা থৌরাংনি। ব্রেয়ার খোঙচৎ অসিদা য়াওবা ফংলরোই খল্লুবদা য়াম্না নিংবা কায়খি। খোঙচৎ অসিদা য়াওররোই খঙলবা মতমদা মতৈমাদা চিঠি ইরম্মী: ঐবু ওলিমপিক্কী চিফ ওফিসার ওইনা থবক পুহল্লবসু পুক্নিংদা নুংঙাইবা পোক্লমগনি নীংবরা ... জহাজ অদু অঙকপা অমনি, মহাক্কী অহানবা খোঙচত্তা য়াওবা ফংদবসি নীংবা কায়নীঙাইনি।

য়ু এস ইনক্বারীদা ক্লীটনা শো অসি ব্রেয়ার খঙবনি হায়খি । বেলফাস্টদগী সাউথামটোন্দা লাকপগী খোঙচত্তা বাইনোকুলরদু ব্রেয়ারগা লোয়নরগা লাকখি।

ব্রেয়ারনা এপ্রিল ৯, ১৯১২দা খোঙচৎ অদুদা য়াওররোই হায়বদগী এপ্রিল ৯ দা টাইটানিক থাদোক্লগা লাকপদা শো অদু মাগী ফুরিংখাওদা য়াওম্লবনি।

খ্বায়দগী ঙক্লিবদি শো অসি সেপ্তেম্বর ২০, ২০০৭ পুথোবকখি অদুগা নিলাম লাউরকই। শেন দৌগজুন কৌবা নিপা অমনা পাউন্দ ৯০,০০০ দা ওক্লগা নানজিংদা থম্নগা ময়ামদা য়েংহল্লি। শো অসিদা নত্তনা বেলফাস্টদগী সাউথামটোন ফাওবা লাকপগী টিকেৎ অদুনা পাউন্দ ৩২,০০০ দা অদুগা যাত্রিক অমনা ইবম্বা পোস্টকার্দ অমনা পাউন্দ ১৭,০০০ দা য়োনখি। চহী কুয়ধবগী মতুংদা শো অসি য়োম্বোবকপগী মরমদি মদুদগী ফংলকপা শেল অদুনা ব্রেয়াবগী মমিংদা স্কোলার্সিপ পীনবগীদমক্নি।

৭। **স্টীল প্লেট ফংতবা:** টাইটনিক্তা শিজিন্নরিবা স্টীল প্লেট অদু উনগা থেংবদা কায়গনবা মরম্না শোকপগী চাং য়াম্না ৱাংখি। কায়রবা মফমশিংদা ঈশিং চংলকপদগী চাউববা মরম অমা ওইখি। জহাজগী মশাদা থারিবা প্লেট অদু ইঞ্চি ১ দগী ১ মখায় থায। ফোসফোরস অমসুং সলফরগী চাং ৱাংনা যাওই। উনগা থেংনবদা মপাজাল য়াওখিদে। স্টীল প্লেট অসি ফংতে হায়বসি হান্নদগী খঙলবনি। টাইটানিক্তা শিজিন্নরিবা প্লেট অসিমক মহাক্কী মচে শক্লবী ওলিমপিক্তা শিজিন্নখি। সেপ্তেম্বর ২০, ১৯১১দা ওলিমপিক্লা হিথাংফম থাদোকপা মতমদা থেংজিন্নবগী থৌদোক অমা থোকখি। মদুদা প্লেটশিংদু শাথীনা কায়খি। টাইটানিক্তা শিজিন্নরিবা য়োং অসিসু ফত্তবা মখলনি। ওক্সিজেন অমদি সলফরগী চাং হেন্না য়াওই।

# তোকণ্ডা শন্দোরকপা

টাইটানিক লুপখ্রবা মতুংদা তোকণ্ডা কয়া শন্দোরকখি। মদুগী মনুংদা ''মমীগী শাপ'' অমনি। টাইটানিক্তা মাগী অহানবা সমুদ্রগী খোঙচংদা কনাগুম্বা অমনা লোম্না মমী য়াওবা কু অদু পুরকখি। য়াম্না মগুন লৈবা, ময়াম্না কিনবা কুনি। শোক ১৮৯০গী লোইশিল্লমদায় মতমদা নহা ওইরিবা ইংলিশ মচা অমনা লুকজোর মনাক্তা তৌরুবদা কু অসি ফংলকখিবনি। কু অসিদা য়াওরিবসি আমেন-রা কৌবা নিংথৌ মচানুপী অদুগী মমীনি। মহাক্তা কু অসি ময়ুমদা পুরক্লবা থৌরাং তৌই অদুবু মফমদু য়ৌরকপদা লৌশিনবীনবা লৈখিদে। মহাক মফম খণ্ডদনা মাঙখি। উবা ফংখিদে মহাক্কা লোয়নরগা লাকমিন্নরকপা মরুপ অমা হেক থুংলবগা শিখি। নিপা অমনা এক্সিদেন্ট থোকপদা মখুৎ তংখি। নিপা অমনা তোর্বান নিংথায়বদা য়াওখি।

কু অদু ইংলেন্দ য়ৌরকপদা মথৌনা লৈবা লপ্লোনবা নিপা অমনা লৈখি। কুদু লৈখিবা লপ্লোনবা নিপাদুগী ইমুং-মনুং পুম্নমক ওটো এক্সিদেন্ট অমদা শাথীনা শোকখি অদুগা ময়ুমসু মৈনা ভুম্না চাকখি। নিপাদু কু পুরকপদগী খুদোংথীবা তাবিবনি খনবদগী কিরক্তুনা বৃটিশগী মিউজিয়মদা থমখি। মিউজিয়মদা লৈরিবা স্টাফনা হায়ঃ কু অসি হেক থমখিবা মতুংদা অহিংদা কুদগী অকিবা ফংলবা লাউ-খোঙবগী মখোল তত্তনা তারকখি। খঙহৌদনা ময়ামগী য়েংফম কা লৈরিবদুদা পোৎ-চৈ ময়াম চায়খায়রম্বা থেংনৈ। করি তৌরিবনো য়েংলুবা মহাক অদু শিখি। কু অদুগী ফোটো লৌরুবা নিপা অমনা ফোটোদু চামখোক্লদবগী তৌরিঙৈদা অকিবা ফংলবা শক্তম অমা উরকই। মহাক্না লৈরিবা কাদুগী খোঙ মথন্তা লোনশিনখি। মদুগী মতুংদা ফোটোগ্রাফর অদু পিস্টোল লৌথোরক্লগা মশা মথন্তা মকোক্তা কাপ্লগা শিজখি। কা অদু মাগী থোম্না চায়খায়রগা লৈরম্বা থেংনরকখি। কু অসি মিউজিয়মদা থম্বা পামদ্রবনি অদুদু কনাদা পীথোকখিগনি? কনানা লৌবিগনি? উপায় লৈত্তবনা মফম অসিদা থমখি। ময়াম্না ভাঙনরিবদু থাজদবা আমেরিকান আরকেলোজিস্ট অমনা মমী অমসুং কু অসি লৈরগা আমেরিকা তানা টাইটানিক্তা লোম্না পুরকখি। কু অসি হাংদোক্তুনা য়েংবদা 'মমী' য়াউদে। পুরোহিদ নুপী অমুনগী কুগী মখুম্নি।

ফ্রেঞ্চ উসরনা লীবা ৱারীগী মতুং ইন্না খৃস্টা পোক্লিঙৈ ১৬০০ বি, সি, হায়বদি অরিবা মতমগী ইজিপ্তা মমী লৈরম্মী। মহাক্না শিবদা অমুন-ৱাগী লাইশংগী মপান্দা কু অমদা হাপ্লগা ফুমখি। কুদুদা সনা অমদি কোম্হিং কাদনবা হিদাক হাপ্লগা মাগী মুর্তি অমা শারগা হাপখি। চহী কুয়রবগী মমাঙদা দোগলাস মুরে

## টাইটানিক লুপখিবা

কৌবা নিপা অমনা লুক্সোরদা লাক্লগা মসি পুরগা চৎখি। নুমিৎ খরনি লৈরগা মহাক নাইল ভুরেন্দা শাদানবা চৎলি। মানা পায়রিবা নোংমৈদু খঙহৌদনা কাপথোরকখি। মহাক জ্ঞান ভাদনা লৈরকপদগী লায়েংনবা কাইরোদা পুরকখি। কাইরোদা থুংদ্রিঙৈ নুমিৎ ১০গী মমাঙদা হকচাং শিথবগী লায়না নারকখি। লেংবা ওৎপা ঙম্লক্তে। মমৈথঙদা খুনিংগী মথকথংবা পাম্বোমদু ককপা তাখি। মাগা লোয়নরকপা নিপা অনিখক্সু ইংলেন্দদা লাকপগী সমুদ্রগী খোঙচস্তা শিখি। অশিবদু সমুদ্রদা লৈরোন চনখি। 'মমী' হাপ্পা উপু কেসদু পুরকপদা মত্তেং পাংলকখিবা ইজিপ মচা অনীদু চহী অমগী মনুংদা শিখি। মুরেনা তোংলকখিবা জহাজ অদু টিলবুরীদা থুংবা মতমদা মাগী মত্তিক মগুন খঙবশিংনা হরানখি অদুবু অমুক হন্না ফংবা ঙমখি। মুরেনা হায়বদা কু অসি মাঙম্রবনি হায়না লৈরগসু মাগী নাক্তা অমুক হন্নক্কনি। পুরোহিদ অসিগী মায়খোংদা মুন্না য়েংলুবদা অহিংবা মীদৌনা মমিৎ পাংলক্কনি। মহাক্কা নুপী অমদা মসি পীথোক্লগা চাংয়েং তৌই। নুপীদুনা পামজবদগী পীখিবনি। খুদক্তা ইমুংদু অৱাবা তারকখি। নুপীদুগী মমাদু মখোঙ তেক্লগা শিখি। নুপী অদুনা লুহোংজগে খনবা নিপাদু মরম ইরৈ লৈতনা লুহোংবা তোক্লসি হায়রকখি। মাগী নুংশিনা য়োকচবা শা পুম্নমক শিখি। মশামক্সু য়াম্না শাথীনা নারকখি। মমৈথঙদা নুপী অদুনা মুরীদা কু অদু অমুক হন্না পীরকখি। মুরীনা অমুক বৃটিশ মিউজিয়মদা পীথোকখি।

মখল মথেলগী 'মমী কর্স' গী ৱারী লৈরগসু কুদু পুরকখিবদগী টাইটানিক লুপখিবনি। মীয়াম অমনা কন্না ঙাঙনরকপদগী চিংনরক্তুনা পুরোহিদ অমুনগী কুগী মখুমদু লৈরিবরা হায়দুনা য়েংনরকই। কু অদু অদুমক লৈরমই। মাগী নম্বরদি ২২৫৪২নি। বৃটিশ মিউজিয়মগী সেকেন্দ ইজিপ্টিয়ান রুমদা হৌজিকমক্সু লৈরি। মদু খঙনরকপদগী 'মমী কর্স' গী তোকঙাদু লোইশিনখি।

মশীং ৩৯০৯০৪ গী মরমদা তোকঙাঃ টাইটানিক্কা লুপখিবগী তোকঙা অমসু ঙাঙনরকখি। টাইটনিক শাবগী নম্বর "থ্রি নাইন জেরো নাইন জেরো ফোর" (৩৯০৯০৪) হায়রিবা ইংলিশ মশীং অসি য়াম্না ফত্তবা নম্বরনি। মশীং অসি ওন্না তৈননা য়েংবদা "নো পোপ" হায়বনি। ঈশ্বর থাজদবগী খুদম্নি। মসিনা মরম ওইদুনা জহাজগী খোঙচস্তা য়ৈখায় খিঙায়বা পীরিবনি। ময়াম্না ঙাঙনরিবা নম্বর য়েংলুবদা ৩৯০৯০৪ ওইরমদ্রে। অশেংবা নম্বর ১৩১,৪২৮ নি। তোকঙা ওইরম্রে।

অতোপ্পা তোকঙা অমসু হায়নরকখিঃ টাইটানিক্কা ঈশিংদা থাদবা মতমদা চেম্পেইন য়ুগী লিক্লি অমা থুগায়রগা ঈশ্বরগী মফমদা থৌনিগদবনি। মদু তৌখিদে। নুমিৎ অদুদা মী অমা শিখি মদু য়াম্না ফত্তবা খুদম অমনি।

## টাইটানিক লুপখিবদা কনবা ঙমখিবা মশীং

| | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|
| ফার্স্ট ক্লাসঃ | নিপা | ১৭৫ | গী মনুংদা | ৫৭ | কনবা ঙমখি। |
| | নুপী | ১৪৪ | ,, ,, | ১৪০ | ,, ,, |
| | নিপামচা | ৫ | ,, ,, | ৫ | ,, ,, |
| | নুপী মচা | ১ | ,, ,, | ১ | ,, ,, |
| | অপুনবা | ৩২৫ | ,, ,, | ২০৩ | ,, ,, |
| সেকেন্দ ক্লাসঃ | নিপা | ১৬৪ | ,, ,, | ১৪ | ,, ,, |
| | নুপী | ৯৩ | ,, ,, | ৮০ | ,, ,, |
| | নিপামচা | ১১ | ,, ,, | ১১ | ,, ,, |
| | নুপী মচা | ১৩ | ,, ,, | ১৩ | ,, ,, |
| | অপুনবা | ২৮৫ | ,, ,, | ১১৮ | ,, ,, |
| থার্দ ক্লাসঃ | নিপা | ৪৬৩ | ,, ,, | ৭৫ | ,, ,, |
| | নুপী | ১৬৫ | ,, ,, | ৭৬ | ,, ,, |
| | নিপা মচা | ৪৮ | ,, ,, | ১৩ | ,, ,, |
| | নুপী মচা | ৩১ | ,, ,, | ১৪ | ,, ,, |
| | অপুনবা | ৭০৬ | ,, ,, | ১৭৮ | ,, ,, |
| ক্রিউঃ | দেক | ৬৬ | ,, ,, | ৪৩ | ,, ,, |
| | অতৈ দিঃ | ৮১৯ | ,, ,, | ১৬৯ | ,, ,, (নুপী ২৩ গী মনুংদা ২০) |
| | অপুনবা | ৮৮৫ | ,, ,, | ২১২ | ,, ,, |

পুম্নমক্কী অপুনবা ২,২০১ গী মনুংদা ৭১১ কনবা ঙমখি।

জহাজ অদুদা তোংবা নিপা ১,১৬৭ নি মদুদা কনবা ঙমখিবসি ৩৩৮ চাংচত্তা ২০.২৭ নি, নুপী ৪২৫ গী মনুংদা ৩১৬ চাংচত্তা ৭৪.৩৫ নি অদুগা অঙাং ১০৯ গী মনুংদা ৫৭ চাংচত্তা ৫২.২৯নি। অপুনবা যাত্রিক ২,২০১ গী মনুংদা কনবা ঙমখিবা ৭১১ চাংচত্তা ৩২.৩০ নি। (নিক বেরেটগী মঠ মতুং ইন্না)

## অৱাবা তারবশিংগী মতেং

টাইটানিক লুপখিবদা য়াওল্লবশিংগী ইমুং মনুংদা মতেং পাংনবগীদমক এপ্রিল ২৯, ১৯১২দা ওপেরা স্টার ইনরিকো কারিসো অমসুং মেরী গারদেন অমদি মেট্রোপোলিটান ওপেরাগী মেম্বরশিংনা ঈশৈ তৌরগা দোল্লর ১২,০০০ খোমগৎপা ওমখি। পাংথোকখিবা কনসর্টশিংদা শকখিবা মরু ওইবা ঈশৈদি "অটম" অমসুং "নিয়ারর, মাই গোদটু দী" হায়বসিনি। অমরোমদা মিস্ট্রেস দবলবু, কে, ভেন্দরবিলটনা লুচিংদুনা স্টীরেজ যাত্রিকশিংগী মতং পাংনবা ফন্দ খোমগৎলকখি। ভিন্সেন্ট এস্টোরনা দোল্লর ১০,০০০, এন্দ্রিউ কার্নেগিনা দোল্লর ৫,০০০, জোন দি, রোকফেলরনা দোল্লর ২,৫০০, থীয়েটর পিশলদগী জর্জ এম, কোহাননা খোমগৎলকপা দোল্লর ৯,০০০ পীশিল্লকখি।

## টাইটানিককী অকায়বশিংদু পুথোকপা

সেপ্টেম্বর ১, ১৯৮৫দা জিন-লুইজ মাইকেল অমসুং দা: রোবার্ট বাল্লার্দনা লুচিংবা অপুনবা আমেরিকান-ফ্রান্স এক্সপেদিসন অমনা সমুদ্রগী ঈরোমুংদা লৈরিবা টাইটানিক কায়খিবগী অকায়বা শরুকশিংদু মায় পাক্না পুথোকপা ওমখি। কনোররান্দ লে সুরোইট কৌবা রিসার্সগীদমক লৈবা জহাজ অমগী মতেংনা পাংথোকখিবনি। অকায়বশিংদু মাইল ২.৫ হায়বদি কিলোমিটর ৪ লুবা মফমদা লৈরম্মা থেংনখি। হায়রিবসি নিউফাওলেন্দগী মিস্টেকন পোইনটগী খা নোংপোক মাইল ৩৭০ (কিমি: ৬০০) হেন্না লাপ্পা মফমদনি। মসি পুথোরকপদগী খণ্ডবা ওস্রে মদুদি টাইটানিক মতেক মতেক তোংগাল্লা তাবা নত্তে। ফরনিচরগী ওইবা পোৎশিংদি য়াম্না লাপ্পা চায়থোক্লা তারম্নি। পোৎ মখল মখেল ৫,৫০০ পুরকখি। থীজিনবা লোইরবা মতুংদা কনোর সেপ্তেম্বর ৪, ১৯৮৫দা হল্লকখি। অহানবদা ইংলেন্দগী গ্রিনবিচদা লৈবা নেসনেল মেরিটাইম মিউজিয়মদা য়েংহনখি। মমৈথণ্ডদা টাইটানিককী ময়ুম লমদম ওইরিবা লিভরপূলদা থমখি। মদু থম্লিবা মফমদু মেরসেসাইদ মেরিটাইম মিউজিয়ম কৌই। টাইটানিককী মরমদা থীজিনবগী থবক শোক ১৯৮৭, ১৯৯৩, ১৯৯৪, ১৯৯৬, ১৯৯৮ লেপ্তনা চংশিল্লকখি। হৌজিক্সু চংশিল্লি। নুপী মরক্তা জেন্নিফর কার্টর শোক ১৯৮৭ অহানবা ওইনা থীজিনবদা য়াওখি।

# টাইটানিক লুপ্পা নাইররোইদবা জহাজনি হায়নখি

টাইটানিক লুপ্পা নাইররোইদবা জহাজনি হায়নখি। শোক ১৯১১ দা টাইটানিক্কী মরমদা 'দা সীপবিলদর' কৌবা চেফোংনা হায়খিঃ টাইটানিক্তা পীরিবা খুদোংচাবা কয়া অসিনা লুপ্পা য়াবগী অকিবা লৈরবা ফাওবদা খরমখৈদি ঙাকথোকপা ঙম্লগনি।

১। চার্লস হেজনা আমেরিকা চংকদবগী থৌরাং তৌরিঙৈ মতম্লি। মরুপ অমগা নোংমা উন্নবদা মঙোন্দা হংলকখি, "করি তৌরে চত্রবদি?" মহাক্না পাউখুম পীখি, "টাইটানিক তোংলগা চংকে খনবদগী মতম খর য়ৈথোক্রে।" মাগী ৱাদু তাবদা মরুপ অদুনা হায়রকখি, "নহাক্না খল্লিবদু য়াম্না ফৈ, ... টাইটানিক খ্বায়দগী নৌরবা পৃথীগী ইঞ্জিনিয়ারগী হৈশিংবা উৎলগা পুখোক্লবা জহাজনি। ... খুদোংথীবা অহম্রক নংলবা ফাওবদা নহাক্কী কোক্কী শমদু শম্না অমা ফাওবা কেল্লরোই।"

২। বেঞ্জামিন হার্টনা আমেরিকাগী মোনিটোবাদা লৈবা ৱিনিপেক্তা ইমুং মনুং চংনবা থৌরাং তৌরিবদু উরগা হার্টকী নুপীদু খুদোংথীবা থোক্কদ্রা য়াম্না কিখি। হার্ট অহানবদা ফিলাদেলফিয়া জহাজ চংকনি থৌরাং তৌরম্বনি। কয়লাগী ৱাথোক্না মরী লৈননা টাইটানিক্তা চংপা তারকখি। পাউদু মাগী নুপীদা হায়রুবদা মহাক্না ঙক্না হংলকই, "টাইটানিক হাযবা। মখোয়নবু লুপ্পা নাইররোইদবনি হায়বরা?" বেঞ্জামিন হার্টনা খুম্লকখি, "জহাজ অদু লুপ্পা নাইররোইদবনি।"

৩। মারগারেট দেবান্সি নহা ওইরিবী আইরিশ লৈশাবীনি। আমেরিকাদা ময়ুম হোংবা চংলিবনি। মহাক্না ময়ুম কাউন্টি স্লিগো থাদোক্লগা লাকপদা টাইটানিক তোংলগা লাক্লিবসি ময়াম্না জহাজ অসিদি লুপ্পা নাইররোইদবনি হায়রকখি। মহাক ময়াম্না হায়রকখিবদু তারুবগা খুদোংথীবা অমত্তা থেংনরোই হায়না খঞ্জখি।

৪। রিরচার্দ রাউজ রাজমিস্ত্রি অমনি। মহাক মাগী নুপী চেরিটিগা পিক্লিবা মচা নুপীগা লোয়রগা আমেকরিকা চংনবা থৌরাং তৌরিঙৈদা মাগী নুপীনা টাইটানিক তোংলগা চংপা পামদে হন্ন হন্ন হায়জে। মখোয়না চংকদৌরিবসি আমেরিকাদা য়ুম হোংবনি। মহাক্না টাইটানিক তোংনিংদ্রিবা করি মরমগীনো খঙদে। অদুবু রিচার্দনদি হায়, "চেরিটি, করি অমত্তা ৱাগনু। জহাজ অসি অতৈগা মান্নদে। মখোয়না লুপ্পা নাইররোইদবনি হায়।"

৫। আরচিবালদ বটনা রোমদা লৈরিঙৈদনি। মেক্সিকোদা লৈবা ইটালিয়ান মিনিস্টর বেরোন কারলো এস্লোটিগা চাকলেন অমা চামিন্নখি। চাকলেন অদুদা বেরোন্না হায়রকখি , "য়ুমদা হল্লিংবগী ৱাখলনা মফমসিদা লৈরিবসি নুংঙাইফম খঙলম্লরোই।" বটনা হায়রকখি, "ঐ ৱাশিংটোন্দা মতম চানা থুংবা ঙম্লগনি মরমদি ঐ লাইবক ফবদগী অনৌবা জহাজ টাইটানিক্কী রিজার্ভেসন ফংলে। মসিদি

য়াম্না ফরবনি হায়না খল্লি। নখোয়না খঙইবদুনি মসিদি লুপ্পা নাইররোইদবা জহাজনি।"

৬। লুসিল্লে দফ গোরদোন্না হ্বাইট স্টার লাইনগী বুকিং এজেন্টদগী টিকেট ককপা মতমদা টাইটানিক্কী মরমদা খঙনিংদুনা হংলুবদা এজেন্টনা খুম্লকখি, "টাইটানিক তোংবদা নঙোন্দা ৱাখল নুংঙায়রোইদবা, পোম্থাকম খঙলোয়দবা অমত্তা লৈররোই। জহাজ অসি লুপ্পা নাইন্নরোইদবনি। ... মসিদা ফংলিবা খুদোংচাবা ময়াম অকে অমৌগী ওইরবসু ... অহানবা সমুদ্রগী খোঙচৎ অসিনা মহৌশাগী সমুদ্রগী খোঙচত্তগী তোপ-তোপ্পা অনৌবা ইতিহাস অমা শেম্নগদবনি।"

৭। থোমসন বীটি কনাদাগী লৌ লৈবা য়োনবগী থবক তৌবা মীনি। মহাক ইজিপ কোয়নুরগা কনাদাদা হল্লকপগী থৌরাং তৌরকপদা অহানবদা মাউরেটানিয়া কৌবা জহাজদু তোংলগা চৎকনি খল্লমই। বীটি অমসুং মাগী মরুপ মপাংশিংনা টাইটানিক্তা চৎলগে খল্লকখি। মহাক্না ৱাফম অসি মমাদা পোস্টকার্দ অমদা চিঠি ইরকখি, "য়ুমদা হল্লকপদা লুপ্পা নাইররোইদবা জহাজ অমদা তোংলগা লাক্লগনি।"

৮। আলবর্ট ইরভাইন হারলেন্দ অমসুং ওলফ 'গ্রেন্টি গ্রুপ'গী মেম্বর অমনি। মহাক্না এপ্রিল ১১, ১৯১২দা ক্বিন্সটাউন্দগী চিঠি অমা মমাদা ই। নুমিৎ অদুগী অয়ুক্তা জহাজ অদুনা খোঙশাল্লমদাইদা ফুল দ্রেস রিয়ারসেল অমা ইমরজেন্সিগী ওইনা পাংথোকখি। সেকেন্দ কয়া বেল খিংহনখি। খোঙ ৫০ হাংদুনা য়েংখি ... ঈশিং চংলকপা ঙমদে। মদুগী পাউ অদুনি মমাদা হায়রক্লিবা, "অতোপ্পা জহাজ অমগা খেংজিন্নবদা লুপ্পা ঙম্ররোইদবনি।"

৯। জহাজ অদুগী কেপ্টেন স্মিথনা এপ্রিল ১৪দা উনগী চীংগা খেংজিন্নদ্রিঙৈগী মমাঙদা ফ্লেটচর লম্বার্ট ৱিলিয়মগা রিসেপসন রুমদা টেবল অমদা ফম্মিন্নরগা কোফি থক্লিঙৈদা হায়খি, "ঐদি মসি লুপ্পা ঙমগনি হায়বা থাজদে ... শরুক অহম খোক্লা তেক্লবসু মচেৎ মচেৎশিংদু তাউরগা লৈরবা য়াই।"

১০। আরনেস্ট পরসন টাইটানিক কায়বদা হিংহৌবশিংগী মনুংদা অমনি। মহাক ময়ুম হোংলকপা সুইদেন মচানি। মহাক এপ্রিল ২০ দা মহাক্কী সুইদেন্দা লৈহৌবা ইমুং-মনুংদা চিঠি ইখি, "মখোয়না ঐবু পুং ১২ তারকপদা হৌদোরকখি অদুগা দেক্তা লাক্লবা হায়রম্মী মদুদি ঐখোয় উনগী চীংদা খেংজিল্লে। অদুবু য়াম্না খুংদোংথীনঙায় ওইদে। জহাজ অসি লুপ্পা নাইররোইদবনি। হিদা ময়াম তোংনম্রবা ফাওবদা মখোয় অকিবা লৈখিদে। মখোয়না হায়বদুদা থাজরম্লবদি ঐ শিরমগনি।"

১১। সারাহ রোদ কৌবী টিকেৎ মমল হম্বদা তোংলগা লাকখিবী অমদা ক্রিউমেন অমনা হায়রম্লি মদুদি জহাজ অসি লুপ্পা নাইররোইদবনি। মতমদুদা মহাক সেকেন্দ ক্লাস যাত্রিক খরগা হি লৈরিবা মফমদু কম্না থীরিবনি।

## টাইটানিক লুপখিবা

১২। আলদেন কালদরেল কৌবা সিয়ামদা লৈরম্বদগী আমেরিকাদা হল্লকখিবা মিশনারীদুনা হায় মদুদি টাইটানিক লুপখিবা য়ানা লৈরবা ফাওবদা যাত্রিক অয়াম্বা লুপ্পা নাইররোইদবা জহাজনি হায়না থাজনখি। মহাক্কা ময়ুমদা হল্লকলবা মতুং এপ্রিল ৩০, ১৯১২ দা মরুপ অমনা ইদিটর ওইবা কলেজ জরনেল অমদা আর্টিকল অমা ইরগা ফোংখিঃ জহাজ অদু লুপ্পা নাইররোইদবনি হায়বগী থাজবনা হিদা তোংবগী রাখল কয়া লৈনখিদে। মদুমক্তনা শিবগী মশীং হেনখিবনি।

১৩। টাইটানিক লুপ্পা নাইররোইদবনি হায়না চেংনা থাজখিবা মীদি ইন্টর্নেসনেল মার্সেন্টাইল মেরিনগী ভাইস প্রসিদেন্ট ফিলিপ এ, এস, ফ্রেঙ্কিননি। টাইটানিক উনগী চীংগা থেংজিনবগী পাউ হেক ফংবদা খবরগী পাউমীশিংদা হায়খি, "টাইটানিক উনগী চীংগা থেংজিন্নবা তারবসু খুদোংথীবা খোক্রোয় ... লুপ্পা নাইররোইবা জহাজনি মরমদি মঙোন্দা ৱাটর্টাইট কম্পার্টমেন্ট ময়াম য়াওরি ... পাউসি খোয়রাংবা পোক্লিংঙায় ওইদে।" ৱাফম অসিমক দো, জোন্স এন্দ কো.গী রিপোর্টর স্মোলবুদ অমসুং বার্নেদসু হায়খি। মহাক্কা রিপোর্টর অনীদুদা হায়, "টাইটানিক লুপকনি হায়বগী কিনঙায় লৈতে। মহাক লুপ্পা নাইররোইদবনিনা যাত্রিকশিংদু অশোয়-অঙাম অমত্তা লৈরোয়।" রিপোর্টর অনীনা অমুক হংবদসু মহাক্কা অনীরকশুবা ওইনা খুম্নকখি, "ঐখোয় জহাজ অদু লুপ্পা নাইররোইদবনি হায়বসিদা চেংনা থাজে। যাত্রিক খুদিংমক অশোয়-অঙাম অমত্তা লৈরোই। জহাজদুগী মখাদা ঈশিং খর চংবদগী খর লুপথখিবগী পাউ ফংই। অদুবু হৌজিক্সু অশোয়-অঙাম লৈতনা তাউরগা লৈরি।" মহাক্কী অরোইবা স্টেটমেন্ট টাইটানিক লুপথগ্নবা মতমদা পীরকই, "ঐ লুপ্পা নাইররোইদবা জহাজনি হায়বসিদা চেংনা থাজরুই। এক্সপার্টশিংনা পীবা মঠতা থাজদুনা হায়রুবনি। ঐ হৌজিক ভাব তারক্তে।" ৱাহৈ খরসি হায়রম্নগা ফ্রেঙ্কিন খোজেল খোক্কা কপ্পকই। অহিং চুপ্পা কপ্লগা লৈখি।

## টাইটানিক্কী মরমদা খণ্ডজিনবা য়াবা খর

১। টাইটানিক্কী মমাংদা 'আর এম এস' হায়বা ৱাহৈসি ফমই। মসিগী অর্থদি 'রোয়েল মেল ষ্টীমর' হায়বনি। অহানবদা 'রোয়েল মার্চেন্ট সিপ' হায়না খঙনরমই। 'বৃটিশকী নিংথৌ অমদি মহারানীগী লুহুপ' পু ইকায় খুম্নবা উৎলিবনি। খুদমসি য়াওবা জহাজদা লৈবাক অমনা নক্রগা য়েক্রবশিংনা অথীংবা পীরক্রবদি মহারানী নক্রগা নিংথৌদা ইকায়বা পীবনি অমদি লান্দারকপনি হায়না লৌগনি।

২। টাইটানিক লুপখিবদা হই অনিথক হিংই। হৌদোং অফবা মজালনি পৌনে অদুবু কি-রোল অমদি পোৎ-চৈ চিথৎপা শা মখল অমনিনা পুহনখিদে।

৩। টাইটানিক্কী অশাংবগা ইম্পায়ার স্টেট বিলদিংগী অৱাংবগা মান্নৈ। লন্দনগী টৱার ব্রীজগী অশাংবগা টাইটানিক্কী অৱাংবগা মান্নৈ।

৪। টাইটানিক্কী রেদিও কোল সাইন অদু 'এম জি ৱায়' কৌই।

৫। পোর্ট ওফ রেজিস্ট্রী ইংলেন্দগী লিভরপূলদা মার্চ ২৪, ১৯১২ দা তৌই।

৬। টাইটানিক উনগী চীংদা থেংজিলবা মতুং পুং ২ .৪০ দা লুপখি। সমুদ্রগী ফম্বাক য়ৌবদা মিনিট ১৫ চংখি। পুং মাইল ১০ /কিমি: ১৬ চাংদা লুপখি।

৭। টাইটানিক কায়খিবা মফমদুদা এক্সপেদিসন চংকে হায়রবদি জুলাই অমসুং আগস্ট থাদা চৎপনা ঈশিং নুংশিংকী য়েংলুরগা অফবা মতম্নি হায়।

৮। সিপ নম্বর ১৩১,৪২৮ নি। হুল নম্বর ৩৯০৯ ০৪ শিজিন্নৌ হায়খিদে।

৯। টাইটানিক্তা ইলেভেটর ৪ নি। ফার্স্ট ক্লাসদা ৩, সেকেন্দ ক্লাসদা ১।

১০। টু ফোর-সিলিন্দর স্টীম ইঞ্জিন্নি। অপুনবা হোর্সপাৱার ৫১,০০০ নি। বোইলর ২৯ – দবল এন্দেদ ২৪ অদুগা সিঙ্গল এন্দেদ ৫নি। ফর্নেলস ১৫৯ নি। ৱাটরটাইট কম্পার্টমেন্ট ১৬ নি। ফৈগাক ফৈনা লৈবা ঈশিং চংদবা ৱাটরটাইট ১৫নি। সুইমিংপুল হাপ্পা খ্বায়দগী অহানবা জহাজনি।

১১। মীয়ামগী চাফম প্রোমেনেদ দেক 'এ' দা লৈরিবসিঃ ফার্স্ট ক্লাসগী তুমফম কা, ফার্স্ট ক্লাসগী লাইরিক পাফম অমদি ইবা য়াবা মফম, ফার্সট ক্লাসগী পোত্থাফম, স্মোকিং রুম, ভেরেন্দা কেফ অমদি পালম কোর্ট নি।

১২। ব্রিজ দেক 'বি' দা লৈরিবসিঃ ফার্স্ট ক্লাস সুইটস, ফার্স্ট ক্লাস 'মিলিনর' সুইটস অনী, ফার্স্ট ক্লাস আ লা কার্টে রেস্টোরেন্সট, কেফ পারিসিয়েন রেস্টোরেন্ট, সেকেন্দ ক্লাস স্মোকিং রুমনি। ফার্সট ক্লাস যাত্রিকশিংগীদমক থম্লিবা গ্রান্দ স্টেয়ারকেস পুক্লিং হনিংঙাই মশক্লি। ফুট ১৬ পাকই। দেক ৭ ফাওবা চংফম পীরিবা ফুট ৬০ ৱাংবা স্টেয়ারকেসনি। মথক্কী সিলিং অদু মিংশেলনা দোম শারগা থাওমৈ ময়াম য়াম্লি। স্টেয়ারগী মখা অরোইবদা চাউরবা মুর্তি অমা থমই। স্টেয়ার্সগী খ্বায়গী মথক্তা নিংখিজনা লৈতেংলবা ঘড়ী অমা থমই। গ্রান্দ স্টেয়ারকেস অসি "Honor and Glory crowing time" হায়না শিংথানৈ।

১৩। সেলটর দেক 'সি' দা ফার্স্ট ক্লাস সুইটস, সেকেন্দ ক্লাস লাইব্রেরী, থার্দ ক্লাস সোসিয়েল রুম, থার্দ ক্লাস স্মোকিং রুম, ক্রিউ খরগী লৈফম, ফার্স্ট ক্লাস যাত্রিকশিংগা লোয়নরকপা সেবা তৌবী অমদি মীনায়শিংগী কেবিনশিং, ফার্স্ট ক্লাসগী শম ককফম, দাক্তরগী ওফিস, শেল-থুমগী হিসাব শুফম ওফিস, জহাজদা পোৎ চৈ হাপ্পগী লোইশিনফম লৈ।

১৪। সেলুন দেক 'দি' দা ফার্স্ট ক্লাস চাক চাফম কা, ফার্স্ট ক্লাস রিসেপ্সন রুম, সেকেন্দ ক্লাস চাক চাফম, ফার্স্ট অমসুং সেকেন্দ ক্লাসগী চাকশং অমদি অচা অথক, পুখম-তেংকোৎ অমদি টেবল ফিদানচিংবা থমফম লৈ। ফার্স্ট, সেকেন্দ অমদি থার্দ ক্লাসগী কাশিং, ক্রিউশিংগী ক্বাটর্সশিং, ফার্স্ট অমসুং সেকেন্দ ক্লাসগী তল হৌফম অমদি শা অশেম্বা য়োনফম, হোসপিটাল লৈ।

১৫। মথকথংবা দেক 'ই' দা লৈরিবসি ফার্স্ট, সেকেন্দ অমসুং থার্দ ক্লাসগী কাশিং, ক্রিউগী ক্বাটর্সশিং, সেকেন্দ ক্লাসগী শম ককফম্নি।

১৬। ময়াইথংবা দেক 'এফ' দা লৈরিবসি সুইমিং পুল, টর্কিশ বাথ, সেকেন্দ অমসুং থার্দ ক্লাসগী কাশিং, ক্রিউগী ক্বাটর্সশিং, থার্দ ক্লাসগী চাক চাফম, থার্দ ক্লাসগী চাকখুম, থার্দ ক্লাসগী তল হৌফম অমদি অশেম্বা শা য়োনফম্নি।

১৭। মখাথংবা দেক 'জি' হায়রিবা মফমসিদা লৈরিবসি স্কাশ রেকেট কোর্ট, পোস্ট ওফিস, চিঙ্গাক লিরগা থমফম, পোৎ হাপ্পা উপুনচিংবা থমফম, জহাজদা পুরকপা মাল থমফম, ক্রিউ ক্বাটর্সশিং অমদি থার্দ ক্লাসগী কাশিংনি।

১৮। জহাজগী মখাথংবা হিরুবাক্তা লৈরিবা কা ময়াম অদুদা ইঞ্জিন, বোইলরনচিংবা থমই। কয়লা থমফম কাশিংসু তোংঙান্না লৈ। চান-থক্লবা মপোৎ থমফমশিং, য়ু থমফম, মাল থমফম, ঙা অমদি শানচিংবা ঈংহল্লগা থমফম, পোৎ হাপ্পা উপুনচিংবা থমফম কা মফমদুদা তোঙান-তোঙন লৈ।

১৯। নুমিৎ ৫নিগী চাকখুমগী দরকার ওইবা মচাকশিংদিঃ অশেম্বা শা পাউন্দ ৭৫,০০০, অলু টোন ৪০, ঙা অতেকপা পাউন্দ ১১,০০০, তিলহৌ পাউন্দ ৩,৫০০, শা-উচেক য়েন-ঙানু য়াওনা পাউন্দ ২৫,০০০, চেং-হৱাই পাউন্দ ১০,০০০, থুম অমসুং ঙা অকঙবা পাউন্দ ৪,০০০, ইনশাং মনা-মশিং মপুন ৭,০০০, থুম থাক্লবা ওকশা অয়াইবা অমদি শাগী মফৈগন পাউন্দ ৭,৫০০, খামেন অশিনবা টোন ২৩/৪, শা পিরু-পিল্লা ককথৎলগা লীরবা পাউন্দ ২,৫০০, হৱায় থরাপ অতেকপা ২,২৫০, য়েরুম অহিংবা ৪০,০০০, কোৎনবা মনা-মশিং অতেকপা মথা ৮০০, য়াম অতা বেরেল ২০০, কোমলা বোক্স ১৮০ (৩৬,০০০), চিনি পাউন্দ ১০,০০০, চম্প্রা হাপ্পা উপু ৫০ (১৬,০০০),কোফি পাউন্দ ২,২০০, অঙ্গুর উপু ৫০, চা মনা পাউন্দ ৮০০, কিশমিশ পাউন্দ ১,০০০, মহৈ-মরোং পাউন্দ ১০,০০০, শঙোম অনৌবা গেলোন ১,৫০০, শঙোম মপাল ক্বিন্টল ১,২০০, নঙশীল্লবা শঙোম গেলোন ৬০০, আইস ক্রিম ক্বিন্টল ১,৭৫০, শঙোম-মাখোন পাউন্দ ৬,০০০, অথুম্বগী শরুক য়াঙবা ব্রেদ

১,০০০, হৈগুাল অচার পাউন্দ ১,১২০ পুরগা চৎলি। মসিগী মথক্তা বীয়ার লিক্লি ২০,০০০, য়ু লিক্লি ১,৫০০, মিনরেল ৱাটর ১৫,০০০, নিশা কনবা য়ু হুইস্কি লিক্লি ৮৫০ লোয়নরকখি। চা কপ ৩,০০০, ব্রেকফাস্ট প্লেট ২,৫০০, ইনশাং য়াওনা হাপ্পা য়াবা পুখম ১,৫০০, দিন্নর ফোর্ক ৮,০০০, ঈশিং লিক্লি ২,৫০০, য়ু গ্লাস ২,০০০, দিন্নর প্লেট ১২,০০০, ক্লাবেট জগ ৩০০, য়েরবুম চমস ২,০০০, টোস্ট রেক ৪০০, কোম্প্রেং চাবদা শিজিন্নবা ফোর্ক ১,০০০, কট তম্বলব ৮,০০০, গ্রেপ সিজব হায়না খত্তনবা কাতি ১০০ লোয়নরকখি।

## লোইরবা

## BIBLIOGRAPHY

১। WYN CRAIC WADE THE TITANIC END OF A DREAM
২। NICK BARRATT LAST VOICES FROM THE TITANIC
৩। JAY HENRY MOWBRAY THE SINKING OF THE TITANIC
৪। DANIEL ALLEN BUTLER ১ RMS TITANIC REMEMBERED
২ UNSINKABLE – THE FULL STORY OF RMS TITANIC
৫। VICKI BASSETT
CAUSES AND EFFECTS OF THE RAPID SINKING OF THE TITANIC
৬। DOCUMENTS FROM WIKIPEDIA, THE FREE ENCYCLOPEDIA

